ঐবু পোকপীরম্বা মনুং মতম চাদনা
নোঙ্গাথ্রবা খুন্দ্রাকপম বাবাচান্দগী
খুয়াখাদা থম্মোয়শেংনা কচ্চরি ।

**Barak Tampakki Manipuri Sahityada Mityeng Ama**
(Critical essays relating to Manipuri Literature of Barak Valley written by Kh Mani Sana Singha)

Published with Financial Assistance from the Central Institute of Indian Languages (Ministry of Human Resource Development, Department of Higher Education, Govt of India), Manasagangotri, Mysore-570006 vide sanction letter No F 51-12(2)/2009-10/MAN/GRNT dated 1st March, 2010, under the scheme of Grant-in - Aid



অহানবা ফোঙবা : জানুয়াবী ২০১১
কোপী মশিং : ১১০০

মমল : লুপা ১৫০/-

ISBN 978-81-920590-0-6

# বাহৈ খরদং

বরাক তম্পাক্কী মণিপুরী সাহিত্যদা মীৎয়েং অমা হাযবা লাইবিক অসি 'ববাক তম্পাক্কী মণিপুরী সাহিত্য নৈনবা (১৯৩০ দগী ২০০০ ফাওবা)' হায়বা পি এইচ ডি থেসিসকী মরুওইবা মচাকশিংদা যুম্ফম ওইদুনা শাগৎচবনি।

ববাক তম্পাক্কী মণিপুবী সাহিত্য হায়বিবা হীরম অসিমক্তি য়াম্না পাক চাউই। মসিবু নৈনবা হায়বসি তবহি তবাইবা অমদি নত্তে। অদুবু ববাক তম্পাক্কী মণিপুবী সাহিত্যগী মচলশিং অসিবু হেন্না পাকশন্না খঙহননিংবগী বাখলনা লমজিংখিবদগী হীরম অসিদা খোঙ থাংজিন্নকখিবনি। লমদম অসিগী সাহিত্যগী মচল পুন্নমকপু তাশিন খোমজিন্নগা কুপ্না নৈনদুনা চপ চাবা মশক অমা থম্বা হায়বদুমক্তি ওইদ্রি হায়না লৌজে। অমদং পন্নবদা - লমদম অসিগী সাহিত্যগী মচল অমা ওইবিবা দ্রামাগী মবমদা থিজিন্নুবদা ফংলকখিবা মচাকশিং অদুনা চাউরবা লাইবিক অমা ওইবা য়াবগী ফীভম লৈবনা অতোপ্পা ভোল্যুম অমগীদমক্তা থমজিনহৌরে।

লাইরিক অসিবু ফোঙননবগীদমক তোয়না পাউতাক পীবিরকখিবদি মণিপুর য়ুনিভবসিটিগী প্রোফেসব ডা নহাকপম অরুনানি। বিসর্চ তৌবকওৈদগী খঙদবা কয়াবু মশেক শেংনা তাকপী তম্বীরকপা ওঝানা উনবা খুদিং, বাবী শাখিবা মতাং খুদিংদা হেক হেক নীংশিংদুনা পুক্নীং থৌগৎপিবকখিবনি। মতম পুন্নমক্তা মমল য়াম্রবা পাউতাক পীবিরিবা ওঝাবু মতম চুপ্পগী কাউজবোই।

লাইবিক অসি ফোঙননবগীদমক মতেং পীবিবকখিবা সেন্ত্রেল ইনষ্টিট্যুট ওফ ইণ্ডিয়ান লেঙ্গুইজ (সি.আই.আই.এল) মহিওরবু পুকচেল শেংনা থাগৎচবি। অশোয় অভাম, বাহৈ-বাতা, খরা য়েংশিনবীনবা হায়জরুবদা অচিনবা মতম কায়থোকপিদুনা হরাউ হবাউ মতেং পাংবীবকখিবা মরুপ ডা নাওবেম বিদ্যাসাগরবু তৌবিমল খঙবা উৎচরি। লাইরিক অসিবু মশক মচু থোকনা মীয়াম মাঙদা পুথোক্লনবা হোৎনবদা অবা অনা কয়া খাঙমিন্নদুনা চাউরবা থৌদাং লৌবীখিবা মেইরাংথেম গ্রাফিক্সগী ষ্টাফশিং মরু ওইনা ইনাও নন্দবাবুবু পুকচেল শেংনা থাগৎচবা ফোঙদোকচবি।

অরোইবদা হায়জনিংবদি লাইরিক অসিদা নৈনদুনা থমজবিবা লন্নাই মীৎয়েং অসিমক্তি অহৌবা অমগী অবোইবনি। অশোয় অভাম, চিথ নাম্বুবা কয়া য়াওবন্নবসু মতুংগী খুৎনমদা শেমদোক শাদোকুনা চুমথোকচননবগী পাউতাক পীবিরক্কনি হায়বা আশাগা লোয়ননা মীয়ামদা খুৎশিন্নজরি।

শিলচর, জানুয়ারী ২০১১ খুম্নাকপম মনিসনা

# য়াওফম তাকপা

# বরাক তম্পাক্তা মণিপুরীশিংনা খুন্দারকপা

## বরাক তম্পাক্কী লম্মিৎ তুমিৎ

ভারতকী অৱাং নোংপোক লমদমদা লৈরিবা রাজ্যশিংগী মনুংদা অমা ওইবিবা আসাম রাজ্যগী খা থংবা মায়কৈদা জিলা অহুমনা পুল্লগা ওইরিবা বরাক তম্পাক্কী লম্মিৎ-তুমিৎ অমদি তম্পাক অসিদা খুন্দাদুনা লৈরিবা মণিপুরীশিংগী সাহিত্যগী মরমদা নৈনবদা খবা হেন্না ময়েক শেংননবগীদমক্তা আসাম রাজ্যগী পাক-চাউবা অমসুং ওমখৈসু পীবি। আসাম রাজ্য অসিমক মালেমগী লৈমায়দা নোংপোকথংবা লোঙ্গীচ্যুদ ৮৯°৪২' অমসুং ৯৭°১২', অদুগা অৱাংথংবা লেতিচ্যুদ ২২°১৯' অমসুং ২৮°১৬' গী মরক্তা লৈ। অগুনবা মতমদা রাজ্য অসি য়াম্না পাক-চাউবন্নবসু মতমগী খোঙলৈ মতুং ইন্না অহোংবা কয়া লাকখিদুনা রাজ্য অসিদগী নাগা হিলস (নাগাল্যেন্দ), খাসি এণ্ড জয়ন্তিয়া হিলস অমদি গারো হিলস (মেঘালয়), লুসাই হিলস (মিজোরাম) নচিংবা খায়দোকখি। রাজ্য অসিগী হৌজিক ওইবিবা অপূনবা পাক-চাউবসি বর্গ কি.মি. ৭৮,৪৩৮ নি। রাজ্য অসিগী নোংপোক্তা নাগালেন্দ অমসুং মণিপুর, নোংচুপ্তা নোংচুপ বাংলা, বাংলাদেশ অমসুং মেঘালয়, অৱাংদা অরুনাচল প্রদেশ, ভুটান অমসুং খাদা মিজোরাম, ত্রিপুরা লৈ। মহৌশাগী খুৎশেম মতুং ইন্না রাজ্য অসিবু শরুক অহুমথোক্না খায়দোকই। ব্রহ্মপুত্র তুরেলনা কোনবা লমদমবু ব্রহ্মপুত্র তম্পাক, বরাক তুরেলনা কোনবা লমদমবু বরাক তম্পাক অমদি লেমহৌরিবা শরুক্তা চীংগী লমনি। মতমগী মতুং ইন্না হৌজিক ফাওবদা জিলা ২৭ থোক্না খায়দোকলে। ব্রহ্মপুত্র তম্পাক্তা জিলা ২২, বরাক তম্পাক্তা জিলা ৩ অমসুং জিলা ২ না চীংগী লমদা লৈ। রাজ্যশিং অসিগী জিলাশিংদা শক-চু, লোন তিন্নদবা কাঙলুপ কয়ানা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈ। জাতিশিং অসিগী মনুংদা আসামীস, আসামীস মুসলিম, বেঙ্গলী, বেঙ্গলী মুসলিম, মুসলিম, মণিপুরী, মণিপুরী মুসলিম, বোরো, কার্বি, মার, কবুই, রিয়াং, মিকির, নেপালী, কাছাড়ীনচিংবা শনবা য়াই। অদুম ওইনমক পূময়ক অসিগী মনুংদা আসামীস জাতিগী লোননা রাজ্য অসিগী মরু ওইবক্তা নত্তনা মীওই কাঙলুপ অসিনা য়াইনগী মখাং

য়াম্না অমসু ওইরি।

আসাম রাজ্যগী খা থংবা শরক্তা লৈরিবা জিলা অহুম-কাছাড়, করিমগঞ্জ অমসুং হাইলাকান্দিগী অসুপ্পা লমদমবু 'বরাক তম্পাক' হায়রগসু খঙনৈ। অঙনবা মতমদা ইংরেজ সরকারনা ইং ১৮৭৪ দা কাছাড় অমসুং শ্রীহট্ট জিলা অনী অসি বঙ্গদেশতগী খায়দোকখিরম্মী। তম্পাক অসিগী মরুওইবা বরাক তুরেলনা করিমগঞ্জদগী সুরমা অমদি কুশিয়ারা হায়না তোখায় চেন্থখিদুনা শ্রীহট্ট ফাওদুনা চেন্থখি। সুরমা তুরেলগী ফীবান্দা শন্দোক্লা তারিবা শ্রীহট্ট অসি মতম অদুগী মরুওইবা মফম অমা ওইখিবনা ইংরেজশিংনা তম্পাক অসিবু 'সুরমা তম্পাক' হায়রগা হেল্লা খঙনরম্মী। অদুম ওইনমক অরতনা নীংতম্বা ফংলবা মতুংদগীদি শিলচর, হাইলাকান্দি, করিমগঞ্জ অমসুং উত্তর কাছাড় মহকুমা মরী অসিনা পুল্লগা কাছাড় জিলা শেমখি। অমুকসু মতুং ইকুই কুইদনা ইং ১৯৫৩ দদি উত্তর কাছাড়বু খায়দোকখিদুনা কার্বি আংলোংদা পুনশিনখি। মসিগী মতুংদা কাছাড় জিলাগী লৈরিবা পাক-চাউবসি বর্গ কি.মি.৬৯২৮.০ নি। বরাক তম্পাক্কী লম অসি অমগী লৈমায়দা নোংপোকথংবা লোঙ্গীচ্যুদ ৯২°১৫' অমসুং ৯৩°১৫', অদুগা অবাংথংবা লেটিচ্যুদ ২৪°৮' অমসুং ২৫°৮' গী মরক্তা নোংপোক নোংচুপ তোংশাংননা লৈ। তম্পাক অসিগী নোংপোক্তা মণিপুর, নোংচুপ্তা ত্রিপুরা অমসুং বাংলাদেশকী শিলেট জিলা, অবাংদা উত্তর কাছাড় (হাফলং) জিলা অমসুং জয়ন্তিয়া চীংগী জিলা, খাদা মিজোরামনচিংবনা কোয়শিন্দুনা লৈ।

মতম অমদা পাক-চাউনা লৈরম্বা কাছাড় জিলা অসিদগী ইং ১৯৮৩ গী জুন, ১৪ দা আসাম সরকারনা বর্গ কি.মি.১৮২৯.০ না কোনবা করিমগঞ্জবু জিলা অমা ওইনা খায়দোকখি। অদুগা ২৯/৯/৮৯ দা বর্গ কি.মি.১৩২৫.১ বু খায়দোক্তুনা হাইলাকান্দি জিলা হায়না শকথঙখি অমদি লেমহৌরিবা বর্গ কি.মি. ৩৭৭৩.৯ বুনা কাছাড় জিলা ওইনা লৌখি। মসিদগী বরাক তম্পাক অসিবু কাছাড় জিলা হায়না লৈরম্বদগী জিলা অহুম থোকখিদুনা হৌজিক্কী ফাওবদা জিলা অহুম অসিবু 'বরাক তম্পাক' হায়না খঙনরি।

বরাক তম্পাক্তা লৈরিবা জিলা অহুম অসিবু অমুক লৈঙাকলোনগী খুদোংচাবা য়েংদুনা এলাকা ১৫ (তরামণ্ডা) থোক্লা খায়দোকই। কাছাড় জিলাগী ওইনা (ক)

শিলচর (খ) উধারবন্দ (গ)লক্ষীপুর (ঘ) বড়খলা (ঙ) কাটিগড়া (চ) সোনাই অমসুং (ছ) ধোলাই করিমগঞ্জ জিলাগী ওইনা (ক) অবাং করিমগঞ্জ (খ) খা করিমগঞ্জ (গ) পাথারকান্দি (ঘ) রাতারবাড়ী অমসুং (ঙ) বদরপুর হাইলাকান্দি জিলাগী ওইনা (ক) হাইলাকান্দি (খ) আলগাপুর (গ) কাটলিছড়া নি। কাছাড় জিলাদা এলাকা ৭, করিমগঞ্জদা ৫ অমসুং হাইলাকান্দিদা ৩ নি। জিলা অহুম অসিদা মণিপুরীশিংনা মশীং য়াম্না খুন্দাদুনা লৈরিবা জিলাদি কাছাড়নি। মথংদা হাইলাকান্দি অমসুং করিমগঞ্জনি। ইং ১৯৭১ দা পাংথোকখিবা মীকোক থিবগী মতুং ইন্না জিলা অহুম অসিগী অপুনবা মীশিং ১৭,৪৩,৪০০ দা মণিপুরী ৬৮,৪০০ নি। অদুগা তম্পাক অসিদা শুপ্না মণিপুরীশিংনা অবা খুন ১৯৮ রোম লৈ। খুন্দারিবা মণিপুরীশিংনা অতোপ্পা কাংলুপশিংগা য়ানশিন্নদুনা লৈ। খুন্দারিবা কাংলুপ পুম্নমক্তগী বেঙলীনা খ্বাইদগী মীশিং য়াম্বা কাংলুপ ওইরি। মখোয়গী লোন অমসুং সংস্কৃতিনা তম্পাক অসিগী মকওইবা লোন অমসুং সংস্কৃতিনি। নাকন অমবোমদা মণিপুরীশিংসু অহুমগুবা কাংলুপ্তা লৈ।

ববাক তম্পাক্কী লমশিং অসি নোংচুপথংবদা পাক-শন্না লৈপ্লিবা বাংলাদেশকী লম নত্তনা মায়কৈ অহুমদদি জয়ন্তিয়াগী চীংশাং পরেং, বরাইলগী চীংশাং পরেং অমদি মণিপুর, মিজোরাম অমসুং ত্রিপুরাগী চীংশাং পরেংশিংনা য়াংলবা চেকপল অমগুম্না কোয়শিন্দুনা লৈ। বরাইল চীংশাং পরেং অসিনা অয়াংথংবা মণিপুরগী চীংশিং অমদি জয়ন্তীয়া চীংশাংশিংগা শম্নহল্লি। চীংশিং অসি চাংচত্না ফুট ২,৫০০ দগী ৬,০০০ ফাওবদা য়াংই। বরাইল চীংশাং অসিদা রেংটি অমসুং টিলাইন হায়দুনা চীংশাং পরেং অনী থোকই। চীংশাং অনী অসিগী মরায়দা লৈতেম য়ামবা তম্পাক্কী লমদমদা চীংদুম মচা মচা কয়ামরুম লৈ। মসিবু 'টিল্লা' হায়না খঙনৈ। ববাক তুবেলদগী খা থংবদা, অদুগা তম্পাক অসিগীনা নোংপোক থংবা ভুবন চীংগী চীংশাং পরেং লৈ। চীং অসিগী য়াংবগী চাংসি চাওরাক্না ফুট ৭০০ তগী ৩,০০০ ফাওবনি। হাইলাকান্দি জিলাগী নোংচুপ থংবা মায়কৈদদি সরসপুর (চতুচরা) চীংশাং পরেং লৈ। হায়রিবা চীংশিং অসি নত্তবা অতোপ্পা চীংদুম মচা কয়ামরুম তম্পাক অসিদা লৈ।

তম্পাক অসিগী অকোয়বদা লৈরিবা চীংশিং অসিদগী থোরকপা তুরেল কয়াদা তম্পাক অসিদা থেক্না থোয়না চেল্লি। চেল্লিবা তুরেলশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা

তুরেলদি বরাকনি। তুরেল অসিনা খা-নোংপোক থংবা মণিপুরগী চীংদগী অরাংপাংনা চেম্থরক্লগা লক্ষীপুরদগী অমুক নোংচুপ পাংনা চেম্থখি। তুরেল অসিনা কাছাড় জিলাগী ময়াম খায়দুনা চেল্লি। তুরেল অসি মিটর ৭০ রোম শুই অমসুং মিটর ১০০ দগী ১৫০ রোম পাকই। অদুম ওইনমক মতমগী অহোংবা কয়াদা উমং-রামংনচিংবা কোকথোক্লরকপদগী তুরেল অসিগী লুবগী চাং য়াম্না হন্থরকপতা নত্তনা পাকথোক-চাউথোরক্লে। বরাক তুবেল অসিদা মায়কৈ কয়াদগী তুরেল মচা মচা কয়াসু ঈতিল্লরি। অরাং মায়কৈদনা জিলা অসিবু মণিপুরগী ওমখৈদগী খায়দোক্লিবা জিরি তুরেল, চিরি, মধুরা, জাতিঙ্গা পনবা য়াই। খা মায়কৈদদি সোনাই, ঘাগ্রা, ধলেশ্বরী অমসুং কাটাখালনি। হায়রিবা তুরেল মচা মচাশিং অসিনা বরাক তুবেলদা ঈতিল্লগা নোংচুপ পাংনা চেম্থখিদুনা করিমগঞ্জ জিলা য়ৌরকপদা অনীথোক্লা খায়বগা চেম্থখি। অরাং পাংনা চেম্থখ্রিবনা সুরমা অমসুং কুশিয়ারানা খা পাংনা চেম্থখিদুনা বঙ্গোপসাগরদা তিনখি। অমরোমদা হাইলাকান্দি জিলাদদি কাটাখাল তুবেলসু চেল্লি।

তম্পাক অসিগী লম্বী থোংগী মায়কৈদদি থোইদোক্লা চাউখৎলে হায়না লৌবা য়াই। গাড়ী লম্বীগী মতেংনা যুমথংনবা রাজ্যশিং — মণিপুর, মিজোরাম, ত্রিপুরা, মেঘালয়নচিংবগা শম্নহল্লি। রেল লম্বীগী মতেংনা শিলচরদগী গুরাহাটি, ত্রিপুরা, মিজোরাম (বাইরেংটি), জিরিবাম (মণিপুর) ফাওবা চখোক চংশিনগী খুদোংচাবা ফংহল্লে। মসিতা নত্তনা নোংথক লম্বীদা গুরাহাটি, কোলকতা, দিল্লী, ইম্ফাল, আগরতলানচিংবা মফমদা অতেনবা মতমগী মনুংদা চংননবগী খুদোংচাবা লৈবে।

### বরাক তম্পাক্তা মণিপুরীশিংনা খুন্দারকপা

বরাক তম্পাক্তা খুন্দারিবা শক-চু, লোন তিন্নদবা মীওই কাঙলুপ কয়াগী মরক্তা মণিপুরীশিংসু চহীচা কয়াগী মমাঙদগী খুন্দা-লৈতাদুনা লৈবকলি। অদুম ওইনমক তম্পাক অসিদা মণিপুরীশিংনা মতৌ করম্না, করম্না মতমদগী খুন্দা-লৈতাদুনা লৈবকখিবনো হায়বা হীরম অসিদা মান্নবা অমদি খেন্নবা মোং কয়ামরুম লৈতবা নত্তে। পুম্নমক অসি লৈদুনসু মরী লৈনবা মরী অখোঙ অমদি রাফম কয়া নৈনদুনা চাওরাকপা মশক অমা শাগৎতুনা পীরি। মায়কৈ অসোমদা মীৎয়েং থমলগা অঙনবা মতমদা তম্পাক অসিদা পানখিবা অমদি লৈঙাকখিবা নিংথৌশিংগী মরী-মখোঙনচিংবা খবদং পীরি। লোয়ননা মণিপুরী

জাতিগী হৌরককম ওইহৌরিবা 'মণিপুর' অমদি 'কাছাড়' অনীগী মরক্তা লৈনরম্বা মরীনচিংবসু নৈনদুনা উংলি।

অঙনবা মতমদা বরাক তম্পাক্কী অয়াম্বা শরুকশিং অসি ত্রিপুরীশিংগী লৈবাক ওইরম্মী। ত্রিপুরীশিংনা তম্পাক অসিদা অহানবা ওইনা কপিলি তম্পাক্তগী লাকখি অমদি সোনাই মায়কৈদা চেঙ্গিবা 'রুখনী' তুরেলগী তোরবানদা কোনুং শেমখি। মতুং তম্ন-তম্না শ্রীহট্টগী করিমগঞ্জ অমসুং মৌলবী বাজার, কুমিল্লা অমদি হৌজিক্কী ত্রিপুরা ফাওবা শন্দোকখি। বাকম অসিগী মতাংদা জে.বি.ভট্টাচার্যিনা অসুম্না ফোঙদোকই ঃ

> In the thirteenth century, the Barak Valley was ruled by the Tipperahs, a section of Bodos, whose territory, in addition to present Tripura, included a considerable portion of modern Sylhet and Commilla districts of Bangladesh, and once the capital of the kingdom was at 'Khalangsha' in Cachar Khalangsha was perhaps the ancient name of Rajghat, on the bank of Rukni, where old roads, tanks and brick built plinths are still in existence [১]

মতৌ অসুম্না পাক-চাউনা পাম্লম্বা ত্রিপুরী নিংথৌনা ১৬ শুবা শতাব্দীদা হৌজিক্কী আগরতলাবোমদা চঙশিনখিদুনা মফম অদুদা কোনুং শেমগৎখি। ত্রিপুরীশিংনা আগরতলাদা কোনুং হোংখিবদগীদি যড়খলা অমদি বালাথল মায়কৈদা থবা লৈহৌবা নত্তনা অয়াম্বা মীওইশিং পূম্নমক হোংখি।

নাকন অমবোমদা মতম অদুদা শিলেটকী লম ওইরম্বা করিমগঞ্জ অসিসু বেঙ্গলগী মোগল লমগী শরুক অমা ওইরম্মী। খৃ:গী ১৬ শুবা চহীচাদা তম্পাক অসিদগী ত্রিপুরীশিংনা কোনুং হোংদোকখ্রবা মতম অসিদা কোচশিংনা ডিমাসাশিংদা লান্দারকখি। লানফমদা মায়থীরবা ডিমাসাশিংনা মখোয়গী কোনুং থাদোক্নুনা মাইবংদা হোংলকপা তাখি। বাকম অসিগী মতাংদা বি. সি. এলেননা অসুম্না হায়ঃ

> At the beginning of the thirteenth century they occupied the western portion of Sibsager and a

> large part of Nowgong District. Their capital was situated on the banks of the Dhansiri at Dimapur; and the ruins still to be seen show that the town must once have been the seat of a king far in advance both in power and civilization, of the simple tribesman of the present day. In 1536, Dimapur was sacked by the Ahom King, its ruler Detsung Killed and the people compelled to remove their capital to Maibang in the North Cachar hills.[২]

এনেননা পল্লিবা বাফমশিং অসি অমুক শক্লাইরবা হিষ্টোরিয়ন লক্ষ্মী দেবীগী *অহোম ত্রাইবেল রিলেসনসতসু* পনবা থেংনৈ। মতৌ অসুম্না মাইবংদা কোনুং শাদুনা লৈরিবা ডিমাসাশিংনা তম্পাক অসিগী লমশিংদা তপ্না-তপ্না শন্দোকপা হৌবকখি। অদুবু ইং ১৫৬২ দা কোচবিহারগী নিংথৌ নরনারায়ননা সেনাপতি চিলারায় (শুক্লধ্বজ) থাবক্তুনা থাইবেম, ডিমাকয়া, মাইবংনচিংবগী লম খোপচিন্দুনা তম্পাক্কী লমফাওবা খোপচিনখি। কোচশিংনা খোপচিল্লবা তম্পাক অসিগী লমশিংবু লোইলম (crown colony) ওহোক্তুনা, নরনারায়নগী মনাও গোসাইকমল (কমলনারায়ন) বু গভর্নর হাপখি। চহী খরা মতুংদা চিলারায়না নোঙাখিবদগী কমলনারায়ননা খাসপুরদা কোনুং শেমদুনা পাল্লম্মী। মায়কৈ অমরোমদা ডিমাসাশিংসু মাইবংদা কোনুং শেমদুনা পানখি।

মাইবংদা কোনুং শেমদুনা পানখিবা ডিমাসা নিংথৌশিংগী মনুংদা জসনারায়ননা অহোমশিংগা লান শোক্লবদা মায়পাকখি। মায়পাকপা অসিদা হরাও মথোয় কাবদুনা ডিমাসাশিংনা 'প্রতাপনারায়ন' হায়বা মিংথোল পীখি। লোয়ননা মাইবংবুসু কীর্তিপুর হায়না ওহোকখি। প্রজাশিংগী নুংঙাইববা মতম অসিদা জসনারায়ননা ডিমাসাশিংগী লম মখেবু 'হৈড়ম্বদেশ' অমদি মশাবুনা 'হৈড়ম্বশ্বর' হায়না লাউথোকখি। 'হৈড়ম্বদেশ' হায়রিবা মিংথোল অসিগী মতাংদা সেন্সস ওফ ইন্দিয়াগী রিপোর্টতদি অসুম্না পল্লিঃ

> In olden times, this tract land was known as 'Haidimbadesh'. It is said that 'Haidimba' the demoness resided in this place while in exile, prince Bhima happened to meet 'Haidimba' as a result of

> which prince Ghotakoch was born to them. He ruled this country during his life time But according to late Maniram Burman, the word 'Haidimba' signifies as a sacred place located between two rivers surrounded by banyan trees [*]

বাফম অসিগী মতাংদা পল্লিবা মিংথোল অসিমক *বিজয় পঞ্চালী পরিবনিরাজ চরিত* তসু পনবা থেংনৈ। গেইতগী মোওদি মিংথোল অসিমক বামোনশিংনা ডিমাসাশিংগা মবী লৈনরক্লবা মতুংদগীনি হায়বসিনি। মতেক অমদং পল্লবদাঃ

> it seems more likely that Hidimba was an old name of Cachar, which the Brahmans afterwards connected with the Kachari dynasty, just as in the Brahmaputra valley they connected successive dynasties of aboriginal potentates with the mythical Narak. [*]

বাফম অসিদা মীৎয়েং থমলগা খঙবা ঙম্লিবদি 'হিড়ম্বদেশ' নৎত্রগা 'হৈড়ম্বদেশ' মিংথোল অসি কুইদ্রিবা মতমগী বানি। লমদম অসিগী ইতিহাসকার উপেন্দ্রচন্দ্র গুহনসু পৌরানিক যুগতা 'কাছাড়' নৎত্রগা 'হিড়িম্ব' মিংথোনবা তোঙানবা রাজ্য লৈরমদে, মসিদি চহী চনী-চহমগী মনুংসিদা লাকখিবনি হায়বসিনি।

তম্পাক অসিবু 'কাছাড়' হায়না খঙনরকখিবগী মতাংদা জে.বি. ভট্টাচার্যিনা অসুম্না ফোঙদোকইঃ

> Ever since khaspur had become the capital of Heramba, the kingdom was called by the people of sylhet as 'Cachar' and the ruling Dimacha tribe as 'Kacharis' [*]

মতাং অসিদা এ.সি. চৌধুরীনা ফোঙদোক্লিবা মোংতি-বেঙ্গলীশিংনা বরাক তম্পাকপু কাছাড় হায়না খঙনৈ; মসিগী অর্থদি শিলেটকী লোইছং অমদা অবাংবা চীংগী চীংখোঙদা শব্দোক্লা লৈরিবা লমদম হায়বনি। পূম্নমক অসিগী মথক্তা এদবার্দ গেইটনা কাছাড়গী মরমদা অসুম্না ফোঙদোকইঃ

> The word Khachar is derived from a Sanskrit word meaning a "bordering region" [*]

বৃটিশ বেকোর্দকী মতুংইন্নদি কাছাড়ীশিংনা লমদম অসিবু লৈঙাকলকপা মতমদগী 'কাছাড়' হায়না খঙনবে। কাছাড়বু লৈঙাকচদুনা পাল্লিবা 'কাছাড়ী' হায়বিবা মীওই কাঙলুপ অসিগী মতাংদা অমুক হন্না পদ্মানাথ ভট্টাচার্যিনা অসুম্না ফোঙদোকই:

> Mr Gait is of opinion that the Kacharis have given their name to the district of Cachar We might as well be told the Romans give the name Rome The fact is that the name has been given to the district by the Bengalis of Sylhet because it is an outlying place skirting the mountains The word 'Kachar' is still used is Sylhet in designating a plot of land at the foot of a mountain It is derived from Sanskrit 'Kachchha' which means 'a plain near mountain' or 'a place near water' whence is the name of the state of Katch in Bombay The 'Kachharis' are naturally the natives of Kachar as Bengalees are of Bengal [৭]

কাছাড়দা পানখিবা কাছাড়ীশিংনা অহানবদা নাগালেন্দগী ধনশ্রী তুরেল তোর্ব্বান্দা তাবা লমদম ডিমাপুর, অনীশুবদা ইং ১৫৩৬-১৭৮০ ফাওবা মাইবংদা, অরোইবা ওইনা ইং ১৭৮০ দগী খাসপুরদা কোনুং শেমদুনা পানখি। ইং ১৮৩২ দা তম্পাক অসিনা বৃটিশকী লোইলম ওইদ্রিঙৈগী মমাঙ ফাওবদা অবাং কাছাড় জিলা, নগাঁও জিলাগী হোজাই দবকাগী শরুক অমসুং জিরি ঙমখৈগী চীংশাং ফাওবা শন্দোক্লুনা লৈবম্বা কাছাড়ী লৈবাক্কী শরুক অমা ওইবম্মী। মতৌ অসুম্না কাছাড়দা কাছাড়ী নিংথৌনা লৈঙাক্লুনা লৈজখ্রবসু য়ুমলোন্নবা মণিপুরগা লৈনবমবা মরী মখোঙ অদু খবদং নৈনদুনা পীরি।

অঙনবা মতমগী নিংথৌনা লৈঙাক শাসন পায়খিঙে মতমদা লৈবাক অমগা য়ুমথংনবা লৈবাক অমগা লাম্ন্থেংনবা অমদি লম খোপচিনবা হায়বসি অমুক অনৌবা ৱাফম নৎত্রে। মায়কৈ অমবোমদা অমুক মরী মতা অমা ওইনা নৎত্রগা মরূপ অমা ওইনা লৈমিন্নবম্বসু য়াওদবা নত্তে। মণিপুর অমসুং কাছাড় য়ুমলোন্নবা লৈবাক অনী অসিগী তাইনবা ঙমখৈদা উমংগী চীংশাংগী মরক্তা লম অমদগী লম অমদা চৎথোক-চৎশিন য়াবা লম্বী কয়া অঙনবা মতমদগী লৈবকই। ৱাফম অসিদা ডা

নিহাব বঞ্জন বায়না মাগী লাইবিক *বাঙ্গালীব ইতিহাস* তা নোংপোক বঙ্গদগী (বাংলাদেশ) সুবমা তম্পাক, কাছাড়, মিজো চীং, মণিপুব অমসুং অব্রাং থংবা ববমা ফাওদুনা ময়ায়থংবা ববমা চংনবা খোংলম্বী অমা লৈবম্বগী ব্রাফম পল্লি। মসিতা নত্তনা কাছাড়ী লৈবাক অমসুং অহোম লৈবাক অনীগী তাইনবা ওমখৈদা লৈবা মোহুং দিজুবা (হৌজিক্কী কার্বি আলোং জিলাদা) হায়বা মফম অসিদা কাছাড়ী, অহোম, নাগা অমসুং মীতৈশিংনা অওনবা মতমদা লল্লোন ঈতিক তৌবম্মী। ববাক তম্পাক্তা লৈবা ভুবন চীংগী নোংপোক্তা কংবাং (জিবিঘাট) হায়বা মফম অসিদা কাছাড়ী,নাগা,মীতৈ অমসুং ত্রিপুবীশিংনা ফি,লশিং, মকমবাং, ফৌ,পীথ্রাইনা শাবা কোল-লিক্লচিংবা য়োনবা লৈবগী থবক ত্রিপুবী নিংথৌশিংনা পাল্লিঙৈদগী তৌবকই।

ব্রাফম খবসিনা খওবা ওন্নদি মণিপুবীশিংনা কাছাড়গী লমদা অওনবা মতমদগী হৌনা চংথোক-চংশিন তৌবকই। মতম অসিদা মণিপুবীশিংনা তুংকোইনা নৎত্রবসু লল্লোন ঈতিককী খুদোংচাবা য়েংদুনা মতম খবগী ওইনা লমদম অসিদা লৈবম্বা য়াবগী ওইথোকপা লৈ। মায়কৈ অমবোমদা মণিপুব অমদি য়ুমথংননা লৈবা লৈবাকশিংগা লান শোক্লদুনা লম শন্দোক্লম্মী হায়বসি মবী লৈনবা লাইবিক কয়াদগী খওবা ওমই। মসিতা নত্তনা নিংথৌ মচীন মনাউ নীংওাই শংদানবদগী লাঞ্জেন্দুনা য়ুমথংনবা লৈবাক্তা লৈখিবা, অমুক অতোপ্পা লাম্মী তেঙ্গোল শেমদুনা লান্দাবকপনচিংবা থৌদোক ব্রাথোক কয়া মণিপুবগী ইতিহাসতা য়াওবি। ইং ১৩২৪ দা কোংয়াম্বনা নোংচুপ মায়কৈদা ময়াংশিংগা লান শোক্লখিবতা নত্তনা লানফা কয়া পুবকখি। ময়াংশিংগা শোক্লখিবা লানফম অমগী মতাংদা *চৈথাবোল কুম্বাবদা* অসুম্না ইবি ঃ

> হৈবাংখোংজম মোনশাংগী কুম শক ১৫২৮ ইবুংঙো শানোংবনচিংদুনা য়াংকাইবোমদা ময়াং লাকএ হায়দুনা চংএ। লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা ময়াং ওমলৌএ। শানোংবসুং খামলৌএ। শামু ৩০ নোংমৈ ১০০০, পাওন শাবা ১০০০, থাও শাবা, কোনশাবা, খুৎহৈবা, পেরে পুংতোং, কাপৈ শাবা, ধোবী, শগোল শেনবা অসি খৈবিক লোকলৌএ।[৮]

ব্রাফম অসিগী মতাংদা জে. বায়নসু মাগী *হিষ্টোবি ওফ মণিপুব* দসু পল্লি।

অদুম ওইনমক খাগেন্না অমদি শানোংবগী লানফম অসিদা শানোংবগী মায়কৈদা লান্মী ওইনা য়াওবকখিবশিংগী মনুংদা কাছাড়দগী মণিপুরী লান্মীশিং য়াওবকখি হায়বগী ৱাফম পনবা থেংনদে। কবিগুম্না মতমদুদা মণিপুরীশিংনা ববাক তম্পাক্তা খুন্দাদুনা লৈবন্না থোক্লবদি শোয়দনমক্কী শানোংবগী লান্মী ওইনা যাওবম্নগী ৱাফম পল্লমগদবনি। শানোংবনা লান্দা মাযথীবতা নত্তনা মশামককা লোযননা মুসলমান অমসুং জাৎ অতোনবা হিন্দু কযামকম লানফা ওইনা পুবকখি হাযবসিনি। ৱাফম অসিনা তাকপদি মণিপুব অমসুং কাছাড লৈবাক অনী অসি মবী লৈনববসু মীতৈশিংনা লৈবাক অসিদা খুন্দাবগী মবমদা থোইদোকপা প্রমাণ ফংদ্রি হাযবা য়াই। লানফমদা ফাবকপা ময়াং লান্মীশিংবু তংদু-লৈতানা মণিপুবগী তম্পাক্কী লমদা খুন্দা-লৈতাহন্দুনা লৈখিবন্মী। মখোয়শিং অদুবু লমদম অসিগী মণিপুরীশিংনা 'পাঙন' হায়না খঙনখি। মসিগী মতাংদা বা কু ঝলজিৎনা অসুম্না ফোঙদোকই ঃ

> The Modern Manipuri word for Muslim is pangal This is derived from the word Muslim meaning men of East Bengal The earliest Muslim settlers came from East Bengal and were consequently called the Bangals, meaning Bengalees of East Bengal The word Bangal soon corrupted into Pangal, because most Manipuris in the 17th century pronounced to 'b' as 'p' In medieval times, any man from East Bengal of his religion was called Pangal [৯]

অমবোমদা বৈষ্ণব মুবমেন্টকী ইহৌ য়ৌবকপসি য়ামদ্রবদা ১৫ শুবা চহীচা অদুৱাইদগী ওইগনি। অদুম ওইনমক ১৮ শুবা চহীচা যৌবকপদদি ঈহৌ অসি মপুং ফাবে। শিলেট, বেঙ্গল অমসুং ভাবতর্বষগী অতৈ লমদগী লাকপা বামোনশিংবু মণিপুবগী নিংথৌশিংনা য়াম্না হবাওনা লৌশিল্লম্মী অমসুং মণিপুবদা খুন্দানবা অমসুং ধর্ম্ম শন্দোক্লবা খুদোংচাবা পীবন্মী। ১৭০৯ দগী ১৭৪৮ ফাওবদা মণিপুবগী নিংথৌ পামহৈবা (গবিবনিৱাজ) গী ম্নাহাক্তক্তা বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসিবু লৈবাক্কী ওইবা ধর্ম্মনি হায়না লাউথোক্লম্মী। অসুম্না য়ুমথংনবা লৈবাকশিংগা ধর্ম্মগী ওইবা মান্নবা অমা লাকখিবা অমদি মপানদগী লাকপা মীওইশিংবু তংদু লৈতানা খুন্দাহনবগী মওং মতৌনা লৈবাক অসিদগীসু মপানলোমদা খবমথৈদি

চৎখিদুনা খুন্দাবমগনি হায়না লৌবা যাই। মসিগী ওইথোকপা য়াবা মবমশিংগী মনুংদা মণিপুরীশিংনা ময়াংশিংগা অমদি তখেনশিংগা লান শোক্লবা চৎপা মতমদা তম্পাক অসিগী চাওবাকপা লম্মিৎ-তুমিৎকী মশক অমা শোয়দনা খঙলমগনি। মসিতা নত্তনা অঙনবা মতমদগী য়ুমথংনবা লৈবাকশিংদা চৎতুনা লল্লোন ঈতিক্কী মবী লৈনবকপনা মায়কৈ অসিগী লম্বী থোং খঙলমগনি হাযবা যাই।

মণিপুরগী ইতিহাসতা হঙ্গৎনা যেংলুববসু মণিপুরীশিংগা মপানগী মীগা চাবৌ মৌবৌনবা হৌবদগী নিংথৌ মচানুপী কয়া মীবৈবাক্তা থাজখি। অঙনবা মতমদা মণিপুরগী নিংথৌশিংনা পোং, তখেল, তেখাও, অমদি ময়াংলৈবাক্তা মজাইবেম্মশিংবু থাজবা হৌবকখি। খবদং পল্লবদা ইং ১৫৫৭ তা ময়াংলৈমা মোনশাম্বী, ইং কুমজা ১৫৬৫ দা ময়াংলৈমা তকুংঙম্বী, ইং কুমজা ১৫৮৫ দা ময়াংলৈমা কোইবেশ্বীনচিংবা ময়াংলৈবাক্তা থাজখি হায়বা ৱাফম *চৈথাবোল কুম্বাবদা*পল্লি। মসিতা নত্তনা ইং ১৬০২ দা ময়াং লৈবাক্তা ময়াংলৈমা তোকশেননু, ইং ১৬০৯ দা অকোইজম চনু য়াংনু তখেল লৈমনা ময়াংলৈবাক্তা অমসুং তখেল (ত্রিপুরা) দা চঙখিবমই। পামহৈবা নিংথৌগী মতমদগীদি ময়াংগা মণিপুরীশিংগা য়াম্না হেন্না নকশিন্নবকপগী মওং লৈবনা, মণিপুরীশিংনা শিলেটলোমদা চৎলমগনি। মসিগী তোপ-তোপ্পা মবমদি হিন্দু ধর্ম্মদা মায়ওনশিনখ্রবা কাছাড়ী নিংথৌ অমদি মণিপুরগী নিংথৌগা ধর্ম্ম তিন্নখিবনি। মবম অসিমক্লা লৈবাক অনী অসিগী মবক্তা অচেৎপা মবী অমা থম্বা পাম্বা কাছাড়ী নিংথৌ কীর্ত্তিচন্দ্র মহারাজনা মচানুপা য়ুবরাজ রামচন্দ্র অতোপ্পা মমিংনা সনধিকারীগীদমক গবিরনিরাজ মহারাজগী মচানুপী প্রভাবতী (হরিপ্রিযা) বু লুহোংদুনা লৌশিনখি। অসিতা নত্তনা মতুংদা অমুক ইং ১৮০৬ তা মণিপুরগী নিংথৌ মহারাজ মধুচন্দ্রগী মচানুপী ইন্দুপ্রভাবু মহারাজ রামচন্দ্রনা পোকপা কাছাড়ী নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্রনা লুহোংদুনা লৌখি।

ইং ১৭৪৪ দা কাছাড়ী নিংথৌ রামচন্দ্রনা লুহোংদুনা লৌখিবা পামহৈবা নিংথৌগী মজাইবেম্মা প্রভাবতী অসি চীংথংখোম্বা (ভাগ্যচন্দ্র)গী মনে থোকখিবা মবমনা মতম অমদা তেখাও (আসাম)গী নিংথৌ রাজেশ্বরগী মতেং ফংননবা মনে প্রভাবতীগী মতেং লৌখি। মাম থোক্লবা কাছাড়ী নিংথৌ রামচন্দ্রনা শীন্দুনা চীংথংখোম্বনা তেখাও নিংথৌ রাজেশ্বরগী মতেং লৌবা ওমখি। মতুংদা তেখাও নিংথৌনা ঔরা তাম্ভোকপদা তেংবাংখিবা অদুগী তৌবিমল খঙবা উৎপা

ওইনা ময়াম্বুং গৌবশ্যামগী মজাইবেম্মা কুবঙ্গনয়নীবু ইং ১৭৬৮ দা তেখাও নিংথৌ বাজেশ্ববদা থাজবিখি। মজাইবেম্মা কুবঙ্গনয়নীগা লোয়ননা লাকখিবা প্রজা কয়ামকমসু মফমদুদা লৈহনখি। মৈতৈশিংবু আসামীসশিংনা 'মোগলু' হায়না খঙনবনা, মৈতৈশিংনা খুন্দাখিবা হৌজিক্কী শিবসাগব জিলাগী মনুংচনবা লমদম অদুবু 'মোগলুঘাট' হায়না খঙনখি। ব্রাফম অসিদা ডা. বীবেন্দ্রনাথ দত্তনসু ময়েক শেংনা ফোঙদোকই:

> As recorded in the Assamese chronicles, She had a large tank dug near the Ahom capital, which was named Magalau Jiyekar Pukhuri, the tank of the Manipuri Daughter, and it stands as a testimony to the achievements of the Manipuri men and women accompanying Bhagyachandra and Kuranganayani had been settled came to be known as Maglau-Khat, the Manipuri settlement, serving as another reminder of Assam Manipur ties [১০]

পামহৈবনা ফম্বাল থাদোকখ্রবা মতুংগী মণিপুবদা খুন্তাকপা থংন-থংননা থোকপদগী লৈবাক্কী প্রজা অয়াম্বা লাঞ্জেন্নদুনা মপান লৈবাক্তা শাইদাংখি। অদুগী মথক্তা মীতৈ কয়া ঔব্রানা ফাদুনা ঔব্রা লৈবাক্তা পুখি। ইং ১৭৫৫-৫৮, ইং ১৭৬৪, ১৭৬৮ অমসুং ইং ১৭৭২ দা 'লৈপাক তাকএ' হায়না *চৈথাবোল কুম্বাবদা* পল্লি। অসুম্না লৈপাক তাকপসিদা মণিপুবীশিংনা মমাঙৈদগী লম্বী-থোং খবমথৈ খঙলকপনা য়ূমলোন্নবা লৈবাক্তা চঙজফম লৌদুনা লৈবকখি। মবম অদুনা মণিপুবগা নকশিন্নবা লমশিংদা পাক্তক্লনা খুন্দাবগী ওইথোকপা য়াবা মবম ওই। খুন্তাক-লাঞ্জেনবা অমদি য়ূমলোন্নবা লৈবাক্তা চংজফম লৌদুনা মতেং নিবগী মতাংদা নলিনিন্দ্র কুমাব বর্মননা অসুম্না ফোঙদোকই:

> Joy Singh, alias Bhagya Chandra, the ruler of Manipur fled to Cachar kingdom on the irruption of the Burmese in 1765 A D He had since been living as refugee in house of Herambo monarch [১১]

ব্রাফম অসি ইতিহাসকাব জে. বি. ভট্টাচার্যিনসু শৌগৎলি। ববাক তম্পাক অমসুং মণিপুব লমদম অনী অসিগী মীওইশিংনা অসুম্না চৎথোক-চৎশিন তৌদুনা

লৈবকখিবনা মণিপুবগী নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রগী মতুংদগীদি লমদম অনী অসিগী লৈনবকখিবা মবীদা অনৌবা য়াওল অমা নৌহৌননা লাকপা হৌখিবম্মী হায়বা য়াই। মতম অসিদগী মণিপুবীশিংনসু ববাক তম্পাক্তা লাক্লগা ভৌগলিক্কী মায়কৈদগী মণিপুবগা হেন্না নকশিন্নবা মফম ওইবিবা লক্ষীপুব এলাকানা কোল্লিবা মফমশিংদা খুন্দাদুনা লৈখিবম্মী। নাকন অমবোমদা ডা এন সনাজাওবনসু ইং ১৭৬৪-৬৫ দগী মোইবাংথেম গোবিন্দ কৌবা অমনা খুন্দাখিবগী ব্রাফম ফোঙদোকই।

মণিপুবগী ইতিহাসতা খুন্তাকপগী ব্রাবীদা মক ওইনা হৌবকফম ওইবিবদি লৈবাক্কী নিংথৌ খুভম মবা চেৎতবননি হায়বা য়াই। নিংথৌ ফম্বাল মুন্নবনা মবম ওইবগা মচীন মনাউ হাৎতোক্লবগী শবৌ শিনবা ইতিহাসনা ময়েকশেংনা তাকলি। অসিগুম্বা থৌদোকসিনা ব্রাহৌ ওইবগা চাউনা অমদি মতম শাংনা লৈপাক তাকখিবদি ইং ১৮১৯ দগী ১৯২৬ ফাওবদা থোকখিবা চহী তবেৎ খুন্তাকপনি। মধুচন্দ্রনা শিখ্রবা মতুংদা চৌবজিৎনা ইং ১৮০৩ দগী ১৮১৩ ফাওবা মণিপুবগী নিংথৌ ওই। চৌবজিৎনা নিংথৌ খুভম পায়খ্রবদা মনাউইবুংঙো মার্জিৎনা কল্লক মিহৌবদগী ঔব্রা নিংথৌদা চঙজদুনা ময়াম্বগী মথক্তা লান্দাননবা মতেং নিখি। ঔব্রা নিংথৌনা মণিপুব নিংথৌগী মথক্তা লান্দাগে খল্লম্বদগী খুদোংচাবা অসি লৌদুনা লানগী মতেং ওইনা ঔব্রাশিংনা লান্দাবকখি। লান্দা মায়োক য়াবা ঙমদ্রবা চৌবজিৎ অমদি গম্ভীব সিংহ ময়াংলৈবাক কাছাড়দা চেনখি। ঔব্রাশিংনা ওৎ-নৈদুনা মী কয়া হাৎখি। খাঙবা ঙমদ্রবা প্রজা কয়া মহাবাজগা লোয়ননা কাছাড়, শিলেট অমসুং ত্রিপুবাগী মফম কয়াদা খুদোংচাবা য়েংদুনা খুন্দাখি। মায়কৈ অমবোমদা চৌবজিৎ মহাবাজনা খুদোংচাবা লৌবগা জয়ন্তীয়াগী বামসিংহগী মনাক্তা অমদি গম্ভীব সিংহনা কাছাড়ী নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রগী সেনাপতি অমা ওইনা থাদা লুপা ৫০/- (য়াঙ্খে) ফংদুনা কাছাড়ী নিংথৌগী কোনুংদা লৈখিবম্মী।

মার্জিৎনা মণিপুবগী নিংথৌ ফম্বাল কাখিবগা ঈবোয়ননা য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিংবু মহাক্কী মখাদা থম্লিংলকখি। মবম অসিনা মার্জিৎনা কাছাড়দা লান্দাখি। মসিবু জে. বি. ভট্টাচার্যিনা অসুম্না পল্লিঃ

> In December 1817, Marjit with a large number of Burmese in his Army attacked Cachar, with his existence at stake, Govindachandra appealed to

the British Government for help, but to no purpose [১২]

বৃটিশ সরকারগী মতেং ফংদ্রবা গোবিন্দচন্দ্রনা জয়ন্তীয়াদা লৈবা চৌরজিৎ অমদি রামসিংহগী মতেং লৌননবগী চঙজখি। লান ঙম্নবদি কাছাড়গী খা থংবা শকক্কী লমশিং অদু লান পাংবগী মমল ওইনা চৌরজিৎতা পীগনি হায়বা ৱাফম থমখি। চৌরজিৎনা অয়াবা পীবদুনা গোবিন্দচন্দ্রগী লান্দা মতেং পীননবা হোৎনবক্লবদা মায়োক য়াবা ঙম্নবোইদবা মার্জিৎনা নীংবা কায়না মণিপুরদা হনখি। মতম খবা মতুংদা ঔব্রাশিংনা খঙহৌদনা ইং ১৮১৯ দা মণিপুরদা লান্দাবকখি। লানফমদা মায়োক য়াবা ঙমদ্রবা মার্জিৎনা কাছাড়দা চেল্লকখি। হায়বিবা মতম অসিদা মণিপুরদা অশেংবা নিংথৌ লৈরমদে। মতাংসিবু মণিপুরগী ইতিহাসতা 'চহী তরেৎ খুন্তাকপা' হায়না খঙনৈ। ঔব্রাশিংনা মণিপুরবু খুদুম চনখিদুনা লৈবাক প্রজা অমদি নিংথৌনচিংবা ববাক তম্পাক্তা চেহোবকখি। মতমদুদা মণিপুরগী লৈজবম্বা মীগী অয়াম্বা শকক্তি মণিপুরগী মপান্দা চেনখিবম্মী। অসুম্না চেহোবকখিবা মণিপুরগী নিংথৌ অমসুং প্রজাশিং অয়াম্বা ববাক তম্পাক্তা লৈবম্মী। মতম অসিদা কাছাড়দা কৃষ্ণচন্দ্র মহারাজনা নোঙ্গাখ্রবদা ময়াম্বুং মহারাজগী নুপী ইন্দুপ্রভাবু গোবিন্দচন্দ্রনা লুহোংদুনা লৌখিবগী থৌদৌ অসিনা কাছাড়ী প্রজাশিংগী মরক্তা পেন্নদবা কয়া য়াওবকখি। মরম অদুনা গোবিন্দচন্দ্রগা প্রজাশিংগগী মরী নোংমা নোংমগী মপাঙ্গল শোম্থবক্লম্মী। অসিগুম্নবা অচেংবা তাঞ্জা অসি য়েংদুনা মণিপুরী নিংথৌ গম্ভীরসিংহনা কাছাড়গী প্রজাশিংগী লুচিংবা গুলুমিঞা অমসুং বর্জুরামনচিংবগা লোম্না রা তান্নদুনা গোবিন্দচন্দ্রগী মায়োক্তা লাল হৌখি। মায়োক য়াবা ঙমদ্রবা গোবিন্দচন্দ্রনা চেনখ্রবদা তম্পাক লমগী শককমখৈ মৈতৈ নিংথৌ মচাশিংগী মরক্তা য়েহোক্লদুনা পানখিবম্মী। মতৌ অসুম্না গম্ভীর সিংহনা টিলাইন চীংগী নোংচুপ থংবা শকক লৌদুনা গুমরাদা, মার্জিৎনা হাইলাকান্দি ফংদুনা জাফিরবোনদা অমসুং চৌরজিৎনা টিলাইন চীংগী নোংপোক থংবা শকক লৌদুনা সুনাই মুখ (সোনাই)কী মনাক্তা লৈবা ডুজুবীপারদা কোনুং শারগা নিংথৌ ওইনা পান্নখি। মসিগা লোয়ননা মণিপুরগী নিংথৌকোনগী ওইবা মীওইশিং অমসুং প্রজাশিংসু খুদোংচাবা মফম য়েংদুনা তংতানা খুন্দাদুনা লৈখিবম্মী। অসুম্না মণিপুরীশিংনা মপুংওইনা খুন্দাবকখিবগী মতাংদা সুর্জিৎ ঘোষনসু অসুম্না পন্নিঃ

The Manipuris who had left their country during the

Burmese occupation of Manipur, had permanently settled in Cachar [১৩]

গম্ভীরসিংহনা কাছাড়দা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্বা মতম খবগী মতুংদা মহারাজনা মণিপুরী সিফাই ৫০০ না শেম্না লাম্মী কাওলুপ অমগা লোয়নননা বৃটিশ সবকাবগা খুৎশম্নবগা ইং কুমজা ১৮২৫ গী জুন থাদা মণিপুবদগী ঔৱাশিংবু তানথোকখিদুনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইখিবম্মী। ইং কুমজা ১৮২৬ কী ফেব্রুবাবী ২৪ দা 'য়ান্দাবো' সহবদা পাওথোকখিবা "য়ান্দাবো সন্ধি" গী আর্টিকল ২গী মতুংইন্না গম্ভীবসিংহবু মণিপুবগী মনীংতম্বা নিংথৌ অমনি হায়না শক্তাকখি। মণিপুবগী নিংথৌ ওইববসু গম্ভীবসিংহনদি কাছাড়গী লমবুদি থাদোক্লিংখিদে। মবম অদুনা মহাক্কী ঙমখৈ কাছাড়গী বার্শকান্দি মনাক্তা লৈবা চন্দ্রপুব ফাওবা ওইননবা স্কোট (Mr Scott) কা য়ান-চে ইনদুনা ঙাকশেল্লম্মী। মসিগী মতাংদা আব. এম লাহিবিনা অসুম্না হায়বিঃ

> He set aside the original limit of his settlement near Chandrapur as assigned to him by Mr Scott and encroached on the adjoining lands He now commenced a series of unsparing exactions on the people of Cachar He countenanced the Manipurinians in their habitual evasion of the payment of transit duties at the established ghats on the Barak in Cachar, prevented the merchants of Cachar and Sylhet from bringing down their goods for sale into Manipur as had previously been the custom and compelled them to dispose of their merchandise to Manipurinian merchants at Chandrapur at cheaper rates [১৪]

গম্ভীব সিংহনা চন্দ্রপুবদা থানা থমদুনা লল্লোনবশিংদগী থাজনা লৌহনবত্তা নত্তনা শিলেটকী লল্লোনবশিংদগী হোংনা লল্লোনপোৎ লৌহনবগী থৌদৌ অসিদা গোবিন্দচন্দ্রনা পেন্দবদগী বৃটিশ সবকারদা রাকংচখি। বৃটিশ সরকাবনদি শোল্লবা গোবিন্দচন্দ্রবু শৌগৎনিংদবনা মহাক্কী রাকং অদু তাবিখিদে। মতৌ অসুম্না চহী খবা চংথবকপনা গোবিন্দচন্দ্র তৌফম খঙদনা লেনখি। মহাকনা নোঙাম্লবা মতুংদদি

কাছাড়দা নিংথৌ ওইবিনবা কনামত্তা লৈখিদে। হায়বিবা মতম অসিদা গম্ভীর সিংহনা বৃটিশ সরকারদা কাছাড় লৈবাক অসি মঙোন্দা পীবো, মদুগী মহুৎতা মহাক্না বৃটিশ সরকারদা চহীগী লুপা ১৫,০০০/- তৌদুনা পীজগে হায়বা চেরোল অমা লানখৎখি। বৃটিশ সরকারনা রাফম অসিদা কুপ্না খন্ন-নৈনরবসু হায়জবা অদুবুদি য়াবিখিদে। ইং ১৮৩২ গী আগষ্টকী তাং ১৪ দা বৃটিশনা কাছাড়বু মখোয়গী মখা পোনবা লম ওইনা লৌশিনখিবম্মী। মতুং ইং ১৮৩৩ দা মহারাজ অমদি বৃটিশ সরকার অনীগী য়ানবা অমগী মখা পোন্না মণিপুর অমদি কাছাড়গী ঙমখৈ অসি জিরি তুরেলদা ওইনা লেপ্লখি।

গম্ভীর সিংহনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইরবা মতুং কাছাড়গী ঙমখৈ জিরি তুরেলনা ওইরবসু বরাক তম্পাক্তা খুন্দাখিবা মীতৈশিং অয়াম্বনা মণিপুরদা হনখিদ্রে হায়বা য়াই। মসিগী মথক্তা কাছাড়গী অহানবা সুপরিন্টেন্দেন্ট ওইরম্মা কেপ্টেন ফিসর মশামক্না নোংপোক থংবা তম্পাক্কী লমদা অনৌবা মীতৈগী খুঙ্গং কয়ামকম শেমগৎখি ঃ

> a large proportion of the new settlers consists of Munipooris, who averse to the system of Government in their own country, have determined not to return to it, and have in consequence obtained grants of land in Kachar-one of the largest and most flourishing of the villages thus founded has been established on the banks of Madura Nulla and *its inhabitants consists principally of Munipooree* sepoys from the Sylhet Light Infantry who have resigned that service and invested their little capital in the soil [১৫]

মসিতা নত্তনা চীংগা তাইনবা লমদা মীতৈশিংবু নোংমৈনচিংবা খুশু খুৎলাই পীদুনা চীংমীশিংনা তমগী লমদা লুট পাৎ তৌবা থিংননবা, মশাবু ঙাকথোকচনবা পান্থে কয়া পীদুনা খুন্দাহল্লম্মী। হায়বিবা থৌবাং অসিনা চীংমীশিংগী কা-হেনবা নীতি থিংবতা নত্তনা তমগী লমদা লালহৌবগী ঈবাং শাগৎপা পাম্বা কাঙলুপসু বৃটিশ সরকারনা নমথবা ঙমখি।

রাফমশিং অসিদগী খঙবা ঙমলিবদি বরাক তম্পাক্তা মণিপুরীশিংনা ১৭

অমদি ১৮ শুবা চহীচাদগী খুন্দাবকপা হৌবক্লবসু মপূং ওইনা খুন্দা-লৈতাবকখিবদি চহী তবেৎ খুত্তাকপদগীনি হায়বসিনি। মতৌ অসুম্না তম্পাক অসিদা খুন্দাবকখিবা মণিপুবীশিংগী মশীং অসি ইং ১৮৫১ দা লৌখিবা মীকোক থীবগী থৌবাং অমদা কাছাড় জিলাগী মীশিং ৮৫,৫২২ গী মনুংদা ১০,৭২৩ নি। ইং ১৯০১ দদি চাদা ১১ ওইববে। ইং ১৯৩১ দা শিলচর, হাইলাকান্দি, অব্রাং কাছাড়গী অপূনবা মশীং ৫,৭০৫৩১ দা ৫৫,৫৫০ না মীতৈনি। অদুবু ইং ১৯৭১ দদি চাওবাক্লা ৬৮,৪০০নি।

ঙসিফাওবদা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈবক্লিবা মণিপুবীশিং অসি মণিপুরদা নিংথৌ পাল্লিঙৈগী মতমদা চাওবাক্লা ১৮ শুবা শতাব্দী অদুব্রাইদগী হৌদুনা কাছাড়গী কাছাডী নিংথৌগী মজাইবুংঙো অমসুং মণিপুব নিংথৌগী মজাইবেম্মগা লৌন লৈনবগী মবী অমসুং কাছাড়দা নিংথৌ প্রজাশিংনা লাঞ্জেনবদগী লৈখিবা অসিনা মণিপুবীশিংনা তম্পাক অসিদা খুন্দাদুনা লৈখিবগী মবম ওইহল্লি।

## সমাজগী ফীভম

মীওইবা সামাজিক জীবনি। মীওইবনা কৈদৌঙৈদা নাইতোম ওইনা হিংলক্তে। মশা মশাগী পুন্সিগী অর্থ অমসুং ফিদম তোঙান-তোঙান্না লৌনববসু মচোই মচোই তানবগী মহুত্তা অমগা অমগা তোংন তিন্নদুনা অপূনবা সমাজ অমা ওইনা লৈবকই। অমনা অমগী অব্রাৎ অপা কয়া মেনখৎনদুনা হিংনবি। মবম অসিনা মতম পূম্নমক্তা অপূনবা সমাজ অমগী অচেৎপা মবী লৈববতদা মাঙলোমদা চঙশিন্দুনা চাওখৎপগী থোঙজিন্দা লেপলৈ। মতাং অসিদা 'সমাজ' বু মশক তাক্লদুনা চীঙাখম পীশকনা ফোঙদোকলিঃ

> মশা মশাগী ওইজবা থিবকপদা অপুনবগী কান্নবগী মনুংদা ফংবা কোঙ্গাই য়াউবনা সমাজ লিংই। 'ওর্গেনিজম' অমগী তোঙান তোঙানবা পার্টশিংগুম অচেৎপা মবী লৈত্রবসু সমাজ অসি ওর্গেনিজম অমগুম্বনি। মীগী পুন্সিদা ব্রাখলগী ভাবকী অমসুং অতে আর্দশগী মপূংফাবা তান্নবদা সমাজগী মনুংদতা ওই।[১৬]

'ওর্গেনিজম' গী মশক লৌরিবা সমাজ অসিদা হিংমিন্নরিবা অমগা অমগগী

মরক্তা ঙম্মিংবা অমদি হেন্নিংবগী ৱাখলনা নমহৎখিদুনা মতাং-মতাংদা কাংখোং চাইবা য়াওবক্তবসু নত্তে। মসিনা মতমগী হোংলিবা য়াওনগা চাশিন চুশিন্নহনবা ঙমদদুনা চাওখৎপগী খোঙজেলদা তোয়না অপনবা থোকই।

মতৌ অসুম্না অপূনবা সমাজ অমবু মশক খঙগে হায়ববদি সমাজ অদুগী সংস্কৃতিগা শাগোন্নবিবা মচলশিং অমদি মখোয়গী পুন্সিগী শিনফমনচিংবা হীবমদসু খঙবা তঙাইফদে। হীবম পূম্নমক্তা খুমাঙ চাওশিল্লবতদা সমাজ অমা নৎত্রগা মীওই কাঙলুপ অমনা মাঙলোমদা চঙশিনবা ঙমই। সমাজ অমনা মাঙলোমদা চঙশিনবা হায়বদি চাওখৎপা হায়বসি সমাজ অদুগী নাৎকসু তৎন থানবা য়াদ্রবা মবী লৈনে। মবম অসিনা মীওইবনা মশা মশাগী নাৎপু য়োকখৎতুনা মপূং মবৈ ফাহন্দুনা মতম চুপ্পদা অহিংবা ওইনা থম্নবা হোৎনৈ।

‘সংস্কৃতি’ হায়বগা জাতি অমগী মশাগী ওইবা অখন্নবা পুন্সি মবেলবু পূন্না খঙনৈ। মসি মানা মানা লৈকবা মফম অদুগী ভৌগলিক অবস্থা অমদি খুদোংচাবা-চাদবা কয়া য়েংদুনা কাঙলুপ কাঙলুপশিংগী ওইবা চৎনবী হৈনবী কয়া শেমদুনা চৎনবোল ওইনা লৈবকই। চৎনবোলশিং অদুনা মীবোল অমদগী মীবোল অমদা, মফম অমদগী মফম অমদা মথং মথং থংথদুনা শন্দোবকই। অসুম্না মথংশিংনা থংথবক্তুনা শন্দোবকখিবা, পোকপদগী শাগোন্নবকপা নত্তবা, চৎনবোল ওইবা চৎনবীশিং অসিনা জাতি অদুগী তোপ তোপ্পা পুন্সি মবেল অমা শাগৎলকই। ‘সংস্কৃতি’ হায়বসি কবিনো হায়বগী মতাংদা মালেমগী শক্লাইববা এন্থ্রোপোলোজিষ্ট খবনা পীবব্না মোৎশিং লৌখত্তুনা য়েংবা য়াই।

এম. জে. হর্সকোভিটস (M J Herskovits) না সংস্কৃতিবু মীওই কাঙলুপ অমগী পুন্সিমবেলগী অখন্নবা মওং অমনি হায়বা মোৎ পীবদুনা অসুম্না ফোঙদোক্লম্মী:

> A culture is the way of life of a people, while a society is an organized, interacting aggregate of individuals who follow a given way of life In still simpler terms a society is composed of people, the way they behave is their culture [১১]

সংস্কৃতি হায়বসি পুন্সি মবেলগী তোপ-তোপ্পা মওং অমনি হায়না জোন.

জে. ঐচ. (John J H ) নসু পল্লি:

> When I speak of a culture I mean a way of life belonging to a designated aggregate of a people, Every culture is a unique constellation of traits, even though some of the traits are very widespread in human society [১৮]

সংস্কৃতি হায়বসিদি জাতি অমগী পোকপদগী শিবা ফাওবদা পাঙথোকলিবা থৌবমশিং হায়বদি সমাজ অদুনা পাম্না চৎনবিবা ধর্ম্ম-কর্ম্ম, হবাউ-কুম্মৈ, কলা-বিদ্যা, শিনগু-শিল্পা, ফিজেৎ-চাকচানচিংবা কয়াবু কোনশিল্লি। অসিগুম্লবা সংস্কৃতি হায়বসি মতম পুম্নমক্তা শক্লোন অনীথোক্লা লৈ। মীওইবনা হকথেংননা উবা মপাম্থোংগী ওইবা মচল অমসুং নুংগী ওইবা অনী অসিনি। হকথেংনবিবা মচলদা চাকচা-য়িথক, যুম্বাল-কৈবাল, ফিজেৎ-চাকচা, লৈবাক্কী ৱায়েল থৌদা, নুপা-নুপী, অহল নহাশিংগী মবক্তা লৈনগদবা অমদি লৈনবিবা মবী, অহনলোন্দা চৎকদবা থৌগল্লোন, ইমুং মনুংগী চৎনবীনচিংবনি। নুংগী ওইবা মশক্কনা মপোক্তা থাজবা থাজদবা, আধ্যাত্মিক পুন্সি, হিংসা তৌদবা, থৌজাল, সত্য ঙাকপা, নোল্লুকপা, প্রকৃতিবু নুংশিবা, লাইনীং লাইশোন, থাজনবীশিং, বাংঙুলোন, ঈশ্বরবু নীংজবনচিংবনি।

অঙনবা মতমদগী হৌনা মণিপুরী জাতিদা সংস্কৃতিগী মচল কয়া থোইদোক্লা মবাং কায়না লৈবকই। মণিপুরী সমাজদা মশাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা ৱাখল লোনচৎ কয়ানা সমাজগী থৌবম খুদিংদা শাগোন্নদুনা চৎলি। থবক থৌবম কয়া পাঙথোকনবগী চৎনবী পবমশিংদা থাজনবী কয়াগী চেৎলবা মমি তাই। জাতি অসিনা পাঙথোক্লিবা থৌবমশিংগী চৎন-লোনচৎ কয়ানা শেমজিবা নাৎ অসি মপুংদা ধর্ম্মগা (লাইনীং লম্বী) মরী লৈনে। ৱাফম অসিগী মতাংদা ডা. কীর্ত্তি সিংহনসু অসুম্না ফোঙদোকই:

> In Manipuri thought there is nothing like culture seperated from religion and other social traditions Whatever is culture is also religion or philosophy Every aspect of life such as politics, fine arts and crafts has never maintained seperate existence from religion [১৯]

অসুম্না লাইনীং লম্বীগসু অচেৎপা মরী লৈনরিবা সংস্কৃতিগী অকক্লবা

চায়গোইনুংদা সাহিত্যনা লৈবত্তা নত্তনা তোপ-তোপ্পা মমিসু শোয়দনমক তাই। মবম অসিনা ববাক তম্পাক্কী মণিপুবী সাহিত্যবু মশক খণ্ডবদা হেন্না ময়েক শেংননবা অমদি সামাজিক ফীভম খণ্ডননবগীদমক মখোয়গী শিনফম, সংস্কৃতিগী শাগোন্নবিবা মকওইবা মচল খবগী মশকশিংবু তেল্লপ-তেল্লপ্পা থমজবি।

## য়ূম্বাল কৈবাল

লমদম অসিদা খুন্দাবিবা মৈতৈশিংগী অঙনবা মতমগী য়ুমগী মওং মতৌদি মণিপুবদা থায়নঙৈদগী হৌনা লৈবক্লবা মৈতৈ য়ুমশানি। মসি অতোপ্পা কাঙলুপকী য়ুমশাগা খেন্নে। মৈতৈ য়ুমজাউ হায়না খঙনবা লাইখল তাদুনা মাঙ্গোল নাইবগী য়ুমশা অদুমক চৎনবকই। মীহুৎথোঙ ফাৎনবমদে। অদুবু মতমগী যাওলদা তপ্পা তপ্পা হোংলক্তুনা য়ুমজাউগী মওং ওইববসু অয়াম্বনা জিস্থনা কুপ্লবে। মসিতা নত্তনা অনৌবা য়ুমশা ওইনা আসাম টাইপ নৎত্রগা যোৎ, সিমেন্ট শীজিন্নদুনা থোঙ থোঙনাউ কয়া মবাং কায়না য়াওববা বিল্ডিংনা খুদুম চনশিনালকলে।

মতমগী য়াওনদা য়ুমশা খেন্নবক্তুনসু য়ুমগী মনুংদা সনামহী, লৈমবেন, ফুঙ্গা লাইকনচিংবগী মফম চাউনা পীবি। মায়কৈ অমবোমদা মৈতৈগী চৎনবী ওইবা য়ুমগী মমাঙদা শুমাঙ-থেল্লোং মবাং কায়না লৈনবি। অয়াম্বা মফমদা খজিক পিকপদগী হৌবগা ময়ায় ওইবপ চাউবা মমাঙ শঙ্গোয়নচিংবসু শাদুনা থমই। নোংমগী থবক থৌবমশিংগী মবক্তা খ্বাইদগী মক ওইবতা নত্তনা অহানবা ওইনা ইমুং মাঙ্গোন্নচিংবা নিংথিনা ব্বাইবম তৈথোক্তুনা নান্না থম্বগী চৎনবী লৈবি।

মৈতৈশিংনা নুমিৎপু লাই ওইনা খুকমজবা অমদি নুমিৎকী শক্লোন অহুম লৈ হায়না অচেৎপা থাজবা থমলকই। নুংতি নুমিৎ খুদিংগী থোকলিবা নুমিৎপু অয়ুক্তা মঙাং গুক, নুমিৎ য়ুংবদা লুব্বাং গুক অমসুং তাবা মতমদা খুমন গুকগী শক্লোন লৌই হায়না অচেৎপা থাজবা থল্লকই। অয়ুক অঙনবা মতমদা নোংপোকচীংঙখৈগী মশেক মঙালগা লোয়ননা থোবক্লিবা নুমিৎনা য়ৈবকপদা খুকমজদুনা পাঙ্গল থৌনা নিজদুনা চঙজে।

## ফিজেৎ - লৈতেং

লোন, শাগৈ তিন্নদবা মীতোপশিংগী মবক্তা, খুন্দাদুনসু লমদম অসিগী মৈতৈশিংনা মশাগী জাতিগী চৎনবকলবা ফিজেৎ লৈতেংবুদি তৎন থানবা লৈতনা

শীজিন্নবকই। ফিজেৎ লৈতেংনা জাতি অসিগী শক্তম (Ethnic Identity), অনেম অৱাংগী থাক (Social Heirarchy), অকে-অমৌ, লু-নানবগী থাক (Aesthetic attainment) ফোঙদোকপতা নত্তনা লমদম অসিগী লাইনীং লোনচংনা (Religious concept) মীয়ামগী ঈশ্বরবদা থম্বা ভক্তি অমদি থাজবা ৱাখল পবিং অদু ময়েক শেংনা ফোঙদোকই। ফিজেৎ লৈতেং অসি অচম্বা মপাম্ভোংগী ফজনবা লৈতেংনি হায়না লৌনদে, লাইনা থাবা খুদোলনি হায়না য়াম্না চেকশিন্না লৌনৈ।

মৈতৈশিংনা ফিবু ইচম চম্না শীজিন্নবম্বগী মথক্তা লৈবাকী অমদি ধর্ম্মগী ওইবা তোঙান-তোঙানবা থৌদোক য়েংদুনা ফিজোলশিং শেংলি। তোঙান-তোঙানবা ৱাখল্লোনগী ওইবা ধর্ম্ম কর্ম্মদগী হৌবগা মী অমগী মতিক মথৌনা ফোঙদোকপদসু ফিবু পাম্বে ওইনা শীজিন্নবকই। পোকপদগী শিবা ফাওবদা থোকলিবা থৌদোক ৱাথোকশিংদা তোঙান তোঙানবা ফিজেৎ লৈতেংনা তোপ-তোপ্পা ৱাহম্ভোক পীবি।

মৈতৈশিংনা অয়ুক নুমিদাংগী পুন্সিদা শেংন-ইন্নবিবা ফিজেৎশিং অসি হৌজিক্কী মতমদা অহোংবা কয়া উবা ফংলবসু অঙনবা মতমদা চংনবকপদা নুপাগীনা খুদৈ নৎত্রগা ফৈজোম, নুপীগীনা ফনেকনি। নুপী ওইবীশিংগীদি শেংলি ইল্লিবা ফিজেৎনা নুপীগী চহী মতাং অমসুং য়ুম্বাল্লবী, য়ুম্বানদ্রিবী ফাওবা তোঙান-তোঙান মশক লায়না তাকপা ঙমই। পিকত পিকলিবা নৎত্রগা পুংকক চাউববা নুপীমচা ফাওবসিনা ফনেক্কু খ্বাংদা শেংলি অদুগা ফি মচা অমা ইল্লি, ফূবিৎ লিৎপা লিৎতবা অদুক হাক্লা থিদে। অনীশুবদা, চাউদ চাউববা লৈশাবী অমনা শম শাই ককপগা লোয়ননা য়ুমদা লৈবা মতমদা খাউওন ওন্নবম্মী। ফনেকনা খ্বাংদা শেৎলগা বেশম ফূবিৎ লিৎতুনা ফি ইনবসু চংনরম্মী। অহুমশুবদা, লুহোংলবা মৌ অমনি হায়বসি ফনেক ফিদোন চিংখৎতুনা শেৎপগা লোয়ননা ইল্লিবা ফিদুনা কোক্তা খুম্বা অমসুং লৈশাবিঙৈদা কক্লকপা শাইদু খোমগৎপনা শক্তাকই। মতাং অসিদা পনবা য়াবা অমনা মৌগা লৈশাবীগা মশক তাকপদা ফিজেৎকা লোযননা শমগী ষ্টাইল অসিসু য়াম্না মক ওই।

চংনবীগী তুংইন্না মপাগী শক্তম (Identity) ঙাক্লা শেংন ইন্নবিবা ফিজেৎশিং অসি থৌদোক্কী নৎত্রগা সিবিমোনিয়েল (function) গী নতুং ইন্না তোঙান তোঙান্লি। লুহোং খোংদোংবগী থৌবমদা নুপাশিংনা ফৈজোম ফূবিৎ অঙৌবা, লেংয়ান নৎত্রগা ইন্নফি অঙৌবা শীজিন্নৈ। নুপীশিংনা থম্বাল লৈখোক মচুগী ফনেক মপান নাইবা,

মচু মচুগী ফুরিৎ, ফীদুপ য়াম্না পাবা মপান লমথাং খুৎহৎ হাপতুনা ইনবা নৎত্রগা মুগাগী লৈবোং য়াম্না হকপা অপাবা ফিদুপ ইনবা চৎনৈ। মসিগীসু মথক্তা মখল মথেলগী সনা লীক্লোনগী ওইবা (জিঙ্গুব, তাইবেন মনা, হৈগ্রু পবেং, পুমদাবিক পবেং, লীকশোই খাংব্রিক, খৌবী নম্বী, লুপা খুজি মচা মবি, লীবেন তম্খায়, পাঙ্বোম য়াইনচিংবা) লৈতেং শীজিন্নবমই। অসিগুম্বা অকে-অমৌগী ওইবা ফিজেৎ লৈতেংশিং অসিদি মতমগী হোংবা নাইবা ঈচেলনা পুৎকপা অনৌবা মওং কয়ানা মহুৎ শীনজিল্লকলে।

অমবোমদা অশি-অনা, লাই-তীন খুকন্থদনা পুঙৌ ফনেক শেৎলগা ফিদুপ অঙৌবা ইনবা চৎনৈ। অশি অনাগী ওইবগনা অঙৌবা শেৎনৈ। অদুগা লাই-তীন খুকম্বা ওইবগদি ফিশিংদু শুদোক চামথোক্তুনা তশেং তশেংনা শেৎলি। মতাং অসিদা মান্নবা ফিজেৎ অমত্তনা তোঙান তোঙানবা থৌদোক অনীদা শীজিন্নবিবসিনা মেন্তেল অমসুং সাইকোলোজিকেল ওইবা খূদম খবা ফিজেৎ অসিনা উৎলি। অশি-অনাদা শেৎলিবা পুঙৌ ফনেক অমদি অঙৌবা ইন্নফি অনী অসিনা শিবিবা অদুগী অৱা অনা ফোঙদোকপনি হায়না লৌবা য়াই। অদুগা লাই খুকম্বা মতমদা শুদোক চামথোকতুনা শেৎল ইল্লগা চৎলিবা অদুনা পুক্নীং হকচাং অসিবু তশেং তশেংহল্লগা অশেংবা থম্মোয়না ঈশ্বরদা চঙজবদু উৎলি।

মৈতৈশিংনা ফিজেৎ কয়ামুক নান্না শীজিন্নবগে হাযবগী মতাংদদি খ্বাইদগী চাউখৎলবনি লৌনবিবা নোংচুপকী মীওইশিংদগীসু মৈতৈনা হেন্না লু-নান্না শীজিন্নে হায়বা মেককুলোককী ৱাফম *(Account of the Valley of Munnipore and the Hill Tnbes)* নীংশিংবা য়াই। অসুম্না অকক্লবা থৌদোক্তা মবী লৈনবা ফিজেৎ-লৈতেং অসিদা নুপীশিংগী ওইনা মখল মথা শীজিন্নববসু নুপা ওইবশিংগীদি থোইদোক্লা মখল য়ামদে। অসিগুম্বা ত্রেদিসনগী ওইবা দোমিনেন্ট ফঙ্কসন পুবিবা কাঙলুপ অমবু শক্তাকপা মৈতৈগীতা ওইবা ফিজেৎশিংদি ঙসিফাওবা থোইনা অহোংবা লৈতবতা নত্তনা কাঙলুপকী মনুংগী ওইবদগী থোইনা মপান লানদে। অদুম ওইনমক অহোংবা নাইবা সমাজদা মতমগী য়াওলনা পুশিল্লকপা ফিজেৎশিংনা মপাম্বোংগী ফেসন ওইবা দ্রেসতদি যাম্নমক অহোংবা থেংনবে।

হরাউ - কুম্মৈ

মালেম অসিদা লৈবিবা তোঙান-তোঙানবা জাতি খুদিংমক্কী সংস্কৃতি খেন্নবগী

মতুংইন্না পুন্সি মবেলগা শাগোন্নদুনা মীবোল অমদগী অমদা থংথদুনা লাক্লিবা চৎনবী থৌবম পবেংসু থেন্নে। অমবোমদা জাতি অমগী হবাউ কুম্মৈ হায়বসি জাতি অদুগী চৎনবী, থাজনবী অমসুং লাইনীং লাইশোল কয়াগা লোয়ননা পাঙথোক্লবা কুম্মৈ অমনি। পাঙথোক্লিবা হবাউ-কুম্মৈশিং অসি মখোয় মখোয়গী পোকপদগীনা শিবা ফাওবগী থৌবম পবেংশিংগা মবী লৈননা পাঙথোকপা, লাইনীং লাইশোলগা মবী লৈননা পাঙথোকপা, লৈবাক্কী য়াইফ থৌবমগা মবী লৈননা পাঙথোকপা অসিনচিংবশিং অসিনি। অসিদসু নত্তনা মালেম অসিদা লৈবিবা তোঙান-তোঙানবা মীওই কাঙলুপশিংগী ওইনা মতম মতমগী নুংঙাইনবা অমদি হবাউ তয়ান্নবগীদমক পাঙথোক্লবা হবাউ-কুম্মৈ কয়াসু লৈবি। হবাউ-কুম্মৈ (festival) গী মতাংদা নিউ এনসাইক্লোপেদিয়াদা অসুম্না পল্লিঃ

> Public celebration usually joyful held to commemorate or to signal notable events Originally they were exclusively religious and most festivals are still associated with religion observances By extension, especially in modern time the term has also been applied to a number of secular commemoration [২০]

তশেংনমক হায়ববদা হবাউ-কুম্মৈ হায়বসি মী কাঙলুপ অমা নৎত্রগা জাতি অমগী মকওইবা থৌবম অমনি। অসিগুম্নবা জাতি অমগী শাগোন্নদুনা লৈববা হবাউ-কুম্মৈ কয়া ববাক তম্পাক্তা খুন্দাবিবা মণিপুবীশিংনা লীশাং শীংনা পাঙথোক্নুনা লাকই। কুম অমগী চহী হৌবদগী হৌবগা শজিবু চৈবাউবা, কাং শান্নবা, লাই হবাওবা, জগোই বাস, য়াওশঙ, থাবল চোংবা, লিক্কোন শান্নবনচিংবা কয়া পাঙথোকই। অমুকসু মীতোপশিংগা তোৎন-তিন্নদুনা লৈমিন্নবক্লবা জাতি অসিনা হিন্দু ধর্ম্মগী ওইবা দূর্গা পূজা, লক্ষ্মী পূজা, সবস্বতী পূজা, দিব্বালী, শিববাত্রিনচিংবসু পাঙথোক্নুনা লাকই। চহী অমগী মেবা থাদা ঈবাৎ পূজা তৌদুনা খুকম্লবিবা দূর্গা পূজাদা অনৌবা ফিজেৎ লৈতেং লৌদুনা অঙাং অহল খাক্তনা শকক য়াই।

শজিবু চৈবাউবা কুমগী অহৌবা শজিবু থাদা পাঙথোকলিবা অহানবা থৌরম অমনি। শজিবু চৈবাউদ্রিঙৈ মমাঙগী থাংজ অমসুং চৈরাউবা লোইরবা মতুং থাংজ

অনীমক্তা শবোই খাংবগী থৌবম পাওথোকই। শজিবু চৈবাউবা নুমিত্তা কোম্থোওদা চাক থাদোকপা চৎনৈ। শজিবু মতমদা কাং, কাংথবো শান্নৈ। মমাংঙৈদগী শান্নবকপা মশান্না অসি যান্না পান্নবতা নত্তনা থব্রায় য়াওনা শান্নবম্মী। খুন অমগা অমগা শীংনদুনা ফাওবা শান্নৈ।

মণিপুবী সংস্কৃতিগী শক্লোনশিংগী মনুংদা শীংথানিঙাই ওইববা লাই হবাওবগী থৌবমনি। মসি কালেন থাদা পাওথোকই। মণিপুবদা হবাওবিবা মখল মবি (৪) অসি ববাক তম্পাক্তদি অমখক্তমক ওইনা হবাওই। লাইগী মশীং যামজববসু পূন্ন মক্লা কংলৈ হবাওবগী চৎনবীদা হবাওই। লমদম অসিদা হবাওবিবা লাইশিংদি - মহাদেব, পাখংবা, লাইখুবেম্বী, থোংনাং, ফৌওইবী, কোলালৈমা, ছোযজাবাবা, থাংজিং, খোবিফাবা, নোংপোক-পান্থোইবী, নোংদোল লাইবেম্বী, কোম্থৌজম লাইবেম্বী, ৰূপশ্ববী, ভুবনবাবা, শামুবাইলাকপনচিংবনি।

অওনবা মতমদা লমদম অসিদা য়াওশঙ, শজিবু, কৃষ্ণজন্ম অমসুং থৌবানী জন্মনচিংবগী মতমদা লীক্লোন শান্নবমই। ইঙেন থাদা কাং চিংবগী থৌবম পাওথোকই। নুমিৎ মাপন্নি চুপ্পা কাংগী থৌবম পবেংদা জয়দেব চোংবা অমদি খূবাক ঈশৈ শক্লবমই। মেবা থাদা থা অমা চুপ্পা মেবা নিয়ম তৌদুনা ব্রাবী লীদুনা তানবম্মী। মতম অসিদগী খূবাক ঈশৈ, খোংজোম পর্ব্ব, বাশোক, শুমাঙ লীলানচিংবা কয়া লীশাং শীংনা মফম মফমদা পাওথোকই। নাকন অমবোমদা বাস-লীলা, শঞ্জেনবনচিংবা কয়া কৎনদুনসু শান্নৈ। লমতা থাদদি য়াওশঙ নুমিৎ মঙানি পাওথোকপতা নত্তনা মফম খবদদি থাবল চোংই।

## লাইনীং লাইশোল অমদি মরী লৈনবা থৌরমশিং

লৈবোল নাইনা কুপশিনখ্রবা মণিপুবীগী লাইনীং লাইশোলনি। মপানলোমদগী চঙলকখিবা শহুমদগী গৌড়িয় বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎলবা মৈতৈশিংনা বাধাকৃষ্ণদা চঙজবগা লোয়ননা হান্নগী মৈতৈ লাইনীংবুসু থাদোক্তবা অসিনি। মৈতৈগী য়ুম খুদিংদা সনামহী লৈমবেল অমদি ইমোইনুগী ঈবাৎ-থৌবম পাওথোকনৈ। মসিগী মথক্তা পাখংবা ঈবাৎপা, শাগৈগী অপোকপা খুকম্বা, উমংলাই ঈবাৎপা হৌজিক ফাওবা তোকপা লৈত্রি। অতোপ্পা লাইনীং লাইশোল কয়ানা মবোল নাইনা কুপশিন্দুনসু মখা থৎল্লবা অবীবা লাইনীংগী মাঙদ্রবা

কম্পোজিত কলচরগী মশকনি। নাকন অমরোমদা অমুক শিব-দেবীগী খুভমশিংদা চহী খুদিংগী মীয়াম্না চৎতুনা খুকম্নবা, ভুবন চীংগী ভুবন মহাদেব (বাক্নী নুমিত্তা), দূর্গা পূজা, লক্ষ্মী পূজা, সবস্বতী পূজা কয়া লুনা লৌজবগা পাঙথোকই।

মতমগী য়াওলদা লাকখিবা ঈচেলগী মতুংইন্না ইং ১৮৮৮ দা লাইশ্রম খুন হাইলাকান্দিদা পোকখিবা লাইশ্রম ফুলোনা 'অপোকপা মকপ' লিংখৎতুনা 'মীতৈ লাইনীং' বু নৌহৌনা শন্দোবকই। মসিমক ইং ১৯৪৫ দা মণিপুবদসু য়ৌশিনখিদুনা মীতৈ লাইনীং অপোকপা নীংবা হৌনবকখি। মীতৈ লাইনীংদা লাইমিং লৌবা কাঙলুপ অমসুং হিন্দু লাইনীং লন্বীগী কাঙলুপ হায়বা অনী থোক্লকই।

সনামহী লাইনীং অমসুং হিন্দু লাইনীংদা মায় ওনশিন্দুনসু মাঙলমচত্তগী হৌনা মীবোল অমদগী মীবোল অমদা থাজনবীগা লোয়ননা পাঙথোক্লুনা লাকলিবা পোকপদগী শিবা ফাওবগী ওইবা থবক থৌবমশিং মতমগী খোঙলৈনা পুবকপা অহোংবা থৌওং থৌদৌ কয়াগা লোয়ননা চথবকই। পোকপগী থৌবম পবেংদা অঙাং পোক্লবা মতুং তক্কনিশুবা নুমিত্তা ইপান থাবগী থৌবম পাঙথোকই। নুমিৎসিদা ষষ্ঠি পূজা তৌবা চৎনৈ। তবানিথোইনিশুবা নুমিত্তা মীতৈ বামোন অমনা ঈবাৎ পূজা তৌদুনা য়ুম শেংদোকই। সনামহী লাইনীংগী ওইনদি তবানিশুবা নুমিত্তা ঈবাৎ থৌবম তৌদুনা য়ুম শেংদোকই।

মণিপুবী জাতি অসি নুপানা পানবা ইমুং (Patriarchal family) অমা ওইবনা লুহোংবা মতমদা নুপীনা নুপা ময়ুমদা চৎলি অমসুং নুপাগী শাগৈদা তিল্লি। অসুম্না লৌন লৈনবগী মতাংদা হায়ন শীংনদুনা লুহোংবা অমসুং চেনখ্রবা মতুং লুহোংবা চৎনৈ। অঙনবা মতমদদি অহল-লমননা হায়না শীংনরগা য়েক থোকপা থোক্তবা, লৌনবা য়াবা য়াদবা থিনদুনা লৌন-লৈনরম্মী। চেনখ্রবা মতুং লুহোংবা অসিমক্তি থেঙথবকপা মতমদা থোবকপনি। নুপী হায়বা, ব্রাবোইপোৎ পুবা, হৈজিংপোৎ পুবা, লুহোংবগী থৌরম পরেং চপ চানা পাঙথোকই। য়ৌ থিনবা মতুং মঙানিশুবা নুমিত্তা মঙানি চাক্কৌবা থৌরম পাঙথোকই। মণিপুরদদি মপাম চাক্কৌবা হায়বগা হেন্না খঙনৈ। লুহোংবা মতুং তক্কনিশুবা নুমিত্তা নুপী মপামদা পাঙথোকই। মণিপুব মপানদদি মঙানিশুবা নুমিত্তা ওইনা পাঙথোকই। অউনপোৎ তম্বদা তবেঙ য়াওদবা য়াদবগী চৎনবী নৈরমই।

মীওইবগী থবায়না হকচাংগা খায়নদুনা অশিবগী খয়াত্তা তাববদা মশা মশাগী ওইবা চৎনবী মতুং ইন্না পোৎলোইদুনা মথৌ মঙম পাঙথোকই। অশিবা হকচাংবু শেংদবনি হায়না সমাজনা পথাপ কয়ামকম পীদুনা অকনবা চৎনবী অমা থম্লকই। গৌড়িয় বৈষ্ণব লাইনীংগী মতুংইন্না মহৌশাগী ওইবা মীশিদা শিববশিংবু মৈদা পোৎলোই। মতুং তককনিশুবা নুমিত্তা অম্তি অমদি তবাহুমদোইনিশুবদা শোবাৎ শোন্নে। মসিগী মমাঙ তবানিথোইনিশুবা নুমিত্তা চৎনবী মতুং ইন্না য়ূম শেংদোকই। মীতৈ সনামহী লাইনীং চৎপশিংনা মঙানিদা লৈহুন তম্বগী থৌবম পাঙথোকই। তবানিশুবদা য়ূম শেংদুনা তবামাথোইনিদা লান্ন-থৌবম পাঙথোকনৈ।

শিনফম

· ববাক তম্পাক্কী মণিপুবীশিংনা অঙনবা মতমদগী লৌউ-শিংউবগা থাদোক্লবা য়াদবগুম্মা হিংলকই। ইতিহাসকী তোঙান-তোঙানবা থৌদোকশিংদা লাঞ্জেল্লকপদগী খুন্দাবকখ্রবা জাতি অসিনা পাবী পুবীদগী শাগোন্নবক্লবা শিনফমদা হেন্না হৈনকবগী মশক অমনি। অঙনবা মতমদা মণিপুবগী প্রজাশিংনা পায়বিবা পুক্সি শিনফমশিংগী মনুংদা লৌউ শিংউবনা খ্বাইদগী মক ওইনা লৈবকই। মসিগা ঈবোয়ননা অপিকপা শিনফম খবদসু মায়ওনশিল্লকই। ব্রাফম অসিগী মতাংদা হডসননা অসুম্না ফোঙদোকইঃ

> In Manipur we find many forms of industry practiced by the people who are mainly agricultunsts In every house the wife weaves the cotton cloths for her family and husband [২১]

মণিপুবগী তম্পাকলমদা লৈহাউ চেনবা ফৌথোক চেঙথোক লৈবা অমসুং ঈশিং নুংশিংকী ফীভম ফবগী মবমনা, শিল্পী অয়াম্বনা পাম্নবা শিনফম অমা ওইবমই। মসিমক্লা শেল থুমগী লমদসু মকওইবা মতেং অমা পীবকই। লৌউবগী শিনফম অসি মমাঙৈদগী হৌবকপনা কুনশুবা চহীচাগী তম্খায় ফাওবদা মণিপুবগী অপূনবা শিল্পী (চাদা) ৭১% দি লৌউ-শিংউবদা মায় ওনশিল্লি।

মতৌ অসুম্না মণিপুবদগী তাংকক কয়া থোক্লা লাকখিদুনা খুন্দাবকখিবা জাতি অসিনসু অঙনবা মতমদগী লৌউবনা মকওইবা পুক্সি শিনফম ওইবকপা

থোইদোক্লা ঙক্লিঙাই ওইদে। মখোয়না অহানবদা খুদোংচাবা য়েংদুনা অনৌবা লমশিংদা চত্তুনা উ-ৱা কোকথোক্লগা লৌউবগী থবক চথবম্মী। হায়বিবা অনৌবা লমশিং অসি নুমিৎ লিশিং অমগী মনুংফাওবদা খাজনা থীদনা শীজিন্নবা য়াবগী চৎনবী লৈবম্মী। খুদোংচাবসি লৌদুনা অনৌ অনৌবা উমংশিং কোকথোক্তুনা লৌউবগী থবকতা মপূংওইনা মায়ওনশিল্লকই। সবকাবনা কোমথোকলিবা নুমিৎ মশীং অসি শুবগা অতোপ্পা অনৌবা মফম অমা থীদুনা নৌহৌননা অমুক থবক পাযখৎলি। মায়কৈ অমবোমদা মখোয়না থাদোক্লম্লবা লমশিংদু বাঙ্গালীশিংনা খোপচিন্দুনা লৈবগা চান্নবা শিনফম কয়া পায়খৎলি। ফীভমশিং অসি হকথেংননা উকুবদগীদি মফম তোইনা হোংবগী চৎনবী অদু থাদোক্লগা তংতানা লৈদুনা নুপাওইবশিংনা লৌউবতা নত্তনা অতোপ্পা শিনফম-উ শুবা, লল্লোনবনচিংবগী থবক পায়খৎলকই। মণিপুবদগী শা-ষণ কয়া লমদম অসিদা পুবক্তুনা লল্লোনবগী থবক চথবকই। নুপী ওইবীশিংনা ফিশা লোনশা তৌদুনা ইমুং মনুংগী অৱাৎ অপা মেল্লকই। মতাং অসিদা হন্টবনা ময়েক শেংনা পল্লিঃ

> The Manipuri's of Cachar are a purely agricultural people, and have for many years acted as the pioneers of cultivation in the District The men merely sow their fields and reap the crops The women husk the rice, and take the surplus to market, as well as the produce of gardens which they cultivate themselves They also do all the work required in the house, which the men think it effeminate to meddle with, although they do not hesitate to accept the help of women in their field work All the cloths worn are manufactured by the women [২২]

শুবা নোম্বা কনবা নুপীশিংনা মখল মখাগী ফি শাবগা অনকপা কৈথেলশিংদা য়োন্দুনা ইমুং মনুংগী শেল-থুমদা অচৌবা মতেং ওই। মতাং অসিদা পেম্ববতোননা মাগী লাইবিক *The Eastern Frontier of India* দা শীংথাদুনা পল্লিবা জাতি অসিগী নুপীশিংগী মশক নীংশিংবা য়াই। নুপীশিংনা লশিং নাইদুনা মখল মখাগী মচুদা শাবা 'খেশ' (ঙাবোং) হায়বিবা ফি অসিগীদমক থোইদোকপা মিংচৎ ফংবতা নত্তনা জিলাসিগী মপান্দা ফাওবা থাদোকই। মসিগী মথক্তা যৌশুদুনা চেঙ তাই।

চেঙপাক শুদুনা কৈথেলদা য়োল্লি। নুপাশিংনা উ-শুবা, চীংদগী রা পুবক্তুনা লল্লোন ঈতিক তৌবকই।

অঙনবা মতমদা তম্পাক অসিগী মণিপুরীশিংনা পায়খৎলম্বা শিনফমশিং অসিনা শেম্মীৎলোনগী ফীভম থোইদোক্না ফগৎহনবা ঙমলমদে। অদুবু চাউখৎলকলিবা লৈবাক অমগী ঈরায় ইনিননা তপ্না-তপ্না য়ৌশিল্লকখিবদগীদি অনৌবা মায়ওন অমদা মায লৈশিল্লকহনখ্রে। অনৌবা যাওলদা লাকখিবা অচৌ অচৌবা ফার্ম, ইন্দষ্ট্রিনচিংবা কযাগা খূৎশম্নহন্দুনা শেম্মীৎলোন্দা অহোংবা লাকই। শিনফম হোংলকপা অমদি শেম্মীৎলোনগী ফীভমনা মহৈ মশিংগা অমুক হেন্না নকশিন্নহন্দুনা সবকাবগী ওইবা লোযশঙশিংদা থবক শুবশিংগী চাং হেঙ্গৎলকই।

TABLE[২৩]

| | | | মীশীং | | | লাইবিক হৈবা মশীং | | শিম্মী | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| লোকেসন কোদ | খুঙ্গংগী মীং | য়ুম মশীং | নুপা | নুপী | অপুনবা | নুপা | নুপী | নুপা | নুপী | লৌউবা |
| ১/৪/১৬০ | সিঙ্গেরবন্দ-III | ২১৮ | ৫৭০ | ৫২১ | ১,০৯১ | ৩৫৬ | ১৩২ | ২৬০ | ৩ | ১৯৮ (৮২ ০৩%) |
| ১/৪/১৬৬ | সিঙ্গেববন্দ-IV | ৪৭৪ | ১,৪৩২ | ১,৪১৩ | ২,৮৪৫ | ৭৯৯ | ১৩৬ | ৭১৮ | ২ | ৬৪০ (৭৭ ৫০%) |
| ১/৬/৮২ | সুন্দরী-III | ২০০ | ৫৮০ | ৬১৮ | ১,১৯৮ | ২৪৮ | ১০৯ | ২৮৪ | ৪ | ১৬১ (৮৬ ৫৬%) |
| ১/৬/৮১ | সুন্দরী-IV | ১৭১ | ৪২৩ | ৪৩৩ | ৮৫৬ | ২৮৭ | ১০২ | ১৯৮ | ৫৬ | ১২৬ (৮৫ ২৮%) |

মথক্তা পীবিবা অসি ইং ১৯৭১ দা ভাবত সবকাবগী থৌশিন মখাদা পাঙথোকখিবা সেনসসতগী মীতোপশিং য়ানদবা মণিপুরীশিংতনা মপূং ওইনা খুন্দাবা জিলাসিগী খুঙ্গং খবগী ওইবা টেবলনি। টেবল অসিদগী খঙবা ঙমলিবদি সবকাবগী নৎত্রগা সহবগী ওইবা শিনফমশিংদা মায় ওনশিন্নখ্রবসু অয়াম্বনা লৌউবদা নাকোইননা নৎত্রগা হকথেংননা মবী লৈনবি। শম্না হায়ববদা চাংচত্তা লৌউবগী শিনফমদগী খূৎ থাদোকহনবদি ঙমদ্রি হায়বা য়াই।

বরাক তম্পাক্তা মণিপুরীশিংনা ময়াং (বাঙালী,মুসলিম) অমদি মীতোপশিংগা থংননা খুন্দামিয়ে। অতোপ্পা মীওই কাওলুপশিংগী মরক্তা হিংলবসু অওনবা মতমদগী ঈশ্বরবু চেংনা থাজবকপা জাতি অমা ওইনা মশাগী লাইনীং লাইশোনবুসু ওাক্লা চংলকই। অদুম ওইনমক তোংন-তিন্নরুবনা নোংম-নোংমগী পুন্সিদা অহোংবা খবদং ওইববসু লৌশিন্লকই। য়াওাং শাওাংদা নংত্রগা লাইনীং লাইশোলদা য়ানশিন্নরকই। হিন্দু ধর্ম্মদা লুপচরকপা জাতি অমা ওইরুবনা (মীতৈ লাইনীং চংপা নত্তনা) জাং ফুকপ তিন্নদ্রবসু লাইনীং তিন্নরুবগী মহৈনি হায়না লৌবা য়াই। অসুম্না জাতি তিন্নদ্রবসু অমত্তা ওইনা হিংমিন্নবগী লম্বীদদি অচৌবা মতেং ওইবি।

ইং ১৯৩৫ দগী ১৯৫৫ ফাওবগী মতমসি লমদম অসিদা ধর্ম্মগী ঈহৌ য়াম্না কনখংখিবা মতমনি। ধর্ম্মগী অকনবা শাফু অমা লাকুনা বাঙ্গালী হিন্দুশিংগী মনুংদা বাম উপসনা, গৌবাঙ্গ উপসনা, হবি ওঁম প্রচাব হায়বনচিংবা কাওলুপ নাইনবগী মমি তাবকখি। মতম অসিদা মতম অদুগী মণিপুরগী মহাবাজ চুড়াচান্দনা কাছাড়গী লালাংদা লৈখিদ্রবা মপা-মমাগী উংসব তৌদুনা নিংথৌ কীর্ত্তন চাউনা পাওথোকখি। খুন্নাইগা মবী লৈননা মণিপুব কাছাড় তুনা নট-পালা, হরি সংকীর্ত্তন নুমিৎ নীনি চুপ্না পাওথোকলম্মী। মতুংদগীদি গৌব ধর্ম্মদা লুপচবা মৈতৈশিংনা জগোই বাসনচিংবা শান্নবতা নত্তনা ব্রাহ্মনশিংগী মতিক মগুনসু খংহেন হেনগংহনখি।

হিন্দু ধর্ম্মগী অকনবা শাফু অমনা হমজিল্লক্লবা মতম অসিদা নাওবিয়া ফুলোনা 'অপোকপা মকপ' লিংখংলকপদগীদি 'গৌড়িয় ধর্ম্ম' চংপা অমসুং 'মীতৈ লাইনীং' চংপা কাওলুপ অনী ওইররে। তপ্না তপ্না সমাজগী থবক যৌবমদা অনী থোকলকই। লাইবিক লাইশু পংহৈ হৈত্রিবা খুজংগী মীওইশিংদদি থম্মোয় শোকহনখিবতা নত্তনা ওন্ন তৈনবা য়াখলনা লমজিংখিদুনা থওইরমদে। মসিমক্লা তম্পাক অসিগী মফম খরদদি হিন্দু ধর্ম্মদা হকচিন্না চত্তশিনখিবা অমদি মীতৈ লাইনীংদা থৈদোবক্লবা কাওলুপ অনিগী মরক্তা লৈত্রুক চংলকপদগীদি ধর্ম্মগা মবি লৈনবা থবক থৌরমশিংদা অপনবা পীনরম্মী। অমরোমদা অওনবা মতমদগী গৌডিয় ধর্ম্মদা লুপচবকপা মীওইশিংনদি বাংলা অমদি সংস্কৃতপু কাহেম্না অবাংবা থাক্কী লোন ওইনা লৌদুনা শক-শোনবদা অমদি সংকীর্ত্তননচিংবা থবক থৌরম

কয়াদা লোন অনীসি পাক্তক্লনা শীজিন্নবকই। অমুকসু জাৎ বর্ণ তিন্নদবা কাঙবুগা লৌন লৈনবগী মরীদা অচৌ মচা খায়দুনা মাংই শেংই হায়বগী য়ুম্ফমদা তোখায় তান্নবকপগী থৌওং কয়া উবা ফংলকই। মতাং অসিদা পনবা য়াবা অমনা গৌড়িয় ধর্ম্মতমক চৎলিঙৈদসু কবিগুম্বা থৌদোক রাথোক খবদগীসু মীচঙ শঙ্গ নাইনদুনা তোখায় তোখায়নবা 'আনী'গী চৎনবী লৈবকই। অসুন্না চিংখায়নবা অসি লাকপদগীদি অঙনবা মতমদগী মরু হল্লক্তবা আনীগী থৌওং অসি অমুক হেন্না মবা চেৎহল্লকখি। পুম্নমক অসিনা লমদম অসিগী মণিপুরী সমাজনা মাঙলোমদা চঙশিন্দুনা অপুনবা শক্তম অমা শাগৎপদা অপনবা অমা ওইহনখি।

অপুনবা সমাজ অমগী মথক্তা তোখায়নহল্লিবা 'আনী' গী ঈচেলদগী পুমথা থাদোকপা ঙমদ্রবসু হিংবগী লাম্লেং অমদি মাঙলোমদা চৎখৎপ্রবা জাতিশিংগী খুমাঙ চাওশিনপ্রবা মওং মতৌনা অমুক হেন্না অকনবা শাফু পীবকখিদবা নত্তে । মতমগী খোঙলৈ মতুং ইন্না মহৈ মশিংগী লমদা হেন্না থবায় যাওনবকপতা নত্তনা লোন, সাহিত্য, সংস্কৃতি, শেমগৎ-শাগৎপদসু হেন্না পুক্লীং থিংজিন্নবকই। মতৌ অসুন্না অপুনবা জাতি অমগী ওইবা শক্তম অমা শাগৎপদা চেৎশিলহল্লক্তুনা মশাগী লোন, সাহিত্য নাৎপু হেন্না মপুং ফাহন্নবা অনৌবা লম্বীদা খোঙ থাংজিল্লকখি।

□□□□□

নোট অমদি রিফারেন্সশিং -


১। J B Bhattacharjee, *The Tripura State Formation in Medieval Tripura*, Proceedings of the N E.I H A, Imphal Session, 1982, p 28

2 B C Allen, E A Gait, et al, *Gazetteer of Bengal and North East India,* Mittal Publications, New Delhi, 1979, pp 441-442

3 *Census of India*, 1961, Cachar District Handbook, p 1

4 Gait, *op-cit*, p 240

5 J B Bhattacharjee, *Cachar Under British Rule in North East India*, B R. Publishing Corporation, New Delhi, 1977, p 10

6 Gait, *op-cit*, p 236

7 J B Bhattacharjee, *op-cit*, pp 14-15

৮। লাইরেনলাকপম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র (সম্পা.) চৈথারোল কুম্বাবা, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৮৯, লা-৩৩

৯। R.K Jhaljit Singh, *A Short History of Manipur*, Imphal, Second Ed, 1992, p 13

10 Manipuri Sahitya Parishad (pub ), *Historical & Cultural Relations between Manipur, Assam and Bengal*, Imphal, 1986, p 48

11 Nalinindra Kumar Barman, *The Queen of Cachar or Herambo and The History of the Cachari*, Historical and Cultural Reaserch, Borkhola, Cachar, 1974, p 137

12 J B Bhattacharjee, *op-cit*, p 24

13 Surjit Ghosh, *The Socio Cultural Study of Cachar during 18th and 19th Century*, Diss, GU, Assam, 1980, p 27

14 R M Lahiri, *The Annexation of Assam*, Calcutta, 1994, p 154

15 Surjit Ghosh, *op-cit*, p 24

১৬। চীঙাখম পীশক, 'সমাজ অমসুং সংস্কৃতি', *বারেং অথোম্বা*, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৭৩, অনিশুবা খুৎনম, লা ১৩৪

১৭। Melville J Herskovits, *Cultural Anthropology*, Oxford and IBH Publishing Co New Delhi, 1974, p.136

18 John J Honingmann, *Understanding Culture*, Oxford and IBH Publishing Co, Calcutta, 1967, p 3

19 Dr M Kirti Singh, *Religion and Culture of Manipur*, Manas Publications, Delhi, 1988, p 1

20 Funk and Wagnalls, *New Encyclopaedia*, vol 9, p 429

21 T C Hodson, *The Meitheis*, Low Price Publication, Delhi, Reprint, 1999, p.24

22 W W Hunter, *A Statistical Account of Assam*, B R. Publishing Corporation, Delhi, Second Reprint, 1982, pp. 381-382

23 *District Census Book* 1971, Cachar District part-X-A/X-BX pp 222-223

# মহৈ মশিং, লোন অমদি সাহিত্যগী ঈহৌ

## মহৈ মশিং

বরাক তম্পাক্তা খুন্দাবিবা মণিপুরীশিংনা খুন্দামিন্নবিবা অতোপ্পা কাঙলুপশিংগী মবক্তগী মহৈ মশিংগী লমদা খবা থেঙনা খোঙ থাঙজিল্লকই। মহৈ মশিং তম্বগী মায়কৈদা মায় ওনশিনহনবদা থেঙথহনবগী মকওইবা মবমশিংগী মনুংদা শেল-থুমগী ফীভমসু অমনি। শেম্মীংলোন্দা খুমাঙ চাওশিন্দ্রিবা মীওই কাঙলুপ অসিগী অঙনবা মতমদা ওইবম্বা পুন্সি মবেলসু থোইদোক্লা অবাংবা থাক্কী নত্তে।

অঙনবা মতমদা মণিপুরীশিংনা মহৈ মশিংগী লমদা নকশিন্নবগী থোইদোকপা বাখল তৌনবকখিদে। বরাক তম্পাক্কী ওইনদি ইং ১৮৫৭তা লন্নাই শেঙ্গুংগী মতেংনা স্কুল অহুম মথংশিংনা শিলচর, হাইলাকান্দি অমসুং কাটিগড়াদা লিংখৎলি। স্কুলশিং অসিদা তাকপী তম্বীবগী মকওইবা লোনদি বাংলা অমসুং ইংরাজীনি। স্কুল লিংদুনা তাকপী তম্বীবগীদমক লৌখৎলক্কিবা খোঙথাং অসিমক্তি বৃটিশ সরকারনা পায়খৎলকপনি। অখন্নবা থৌবাং অমগী মখাদা লিংখৎখিবা স্কুল অহুমগী মনুংদা শিলচরগী ওইনদি ইং ১৮৬২দা মহৈরোয় লৈবক্তদুনা থিংজিনবা তাখি। মতুং অমুক ইং ১৮৬৩ গী দিসেম্বর ১ দা Rev Pyrse না শিলচরদা লাকলগা কাছাড় হাই গ্রামার স্কুল লিংখৎতুনা নোংচুপলোমগী শিক্ষা শন্দোকপদা মায়পাকখি। স্কুল অসি ইং ১৯৬৮গী আগষ্ট থাদগী গর্ভমেন্ট জিলা স্কুল হায়না ওন্থোকখি। মায়কৈ অমবোমদা পনবা য়াবদি মণিপুরগী ওইনা ইং ১৮৮৫ ফাওবদা শুপ্পতগী জোনষ্টোন মিডল ইংলিস স্কুল অমসুং লোরাব প্রাইমারী অমখক্তমক লৈরি।

বরাক তম্পাক্তা অঙনবা মতমদা লন্নাই ওইনা নৎত্রগা পণ্ডিতশিংনা হোৎনজদুনা পাঠশালা অমদি টোলশিং লৈবন্নবসু সরকারগী মতেং পীদবনা মরম ওইবগা মখোয়গী বেকোর্দতা পল্লমবা থেংনদে। অদুবু ইং ১৮৭২ দগীদি সরকারগী মতেং ফংলবা পাঠশালাশিং থোরকলে। অসুম্না য়াম্না তাঙনা তম্পাকসিগী অকরুবা মফম খবদা লিংখৎলকখিবা স্কুলশিং অসিদা শেল-থুম অমদি সামাজিক অবস্থাদা খুমাঙ চাওশিন্দ্রিবা মণিপুরীশিংনা থোইদোক্লা নকুবা মরী থম্বা ঙমখিদে।

মসিগীসু মথক্তা লমদম অসিগী মণিপুরীশিংনা স্কুলশিং অসিদগী থাপ্লা লৈবন্বতা নত্তনা স্কুলশিং অসিদা মীবোনদা তাকপী তম্বীবসিনি।

১৯শুবা চহীচাগী লোইবমদাই শরুক্তদি তম্পাক অসিদা খুন্দাবিবা মণিপুরীশিংনা অৱাবা কয়া মায়োক্লদুনসু মহৈ মশিংগী মায়কৈদা খবমখৈ মায় ওনশিন্নবকখি। অদুম ওইনমক শেল-থুমগী ফীভম কাহেন্না ফবমদবনা অয়াম্বনা মখা শাংনা চখনা তমথনবগী থোইদোকপা ৱাখল লৈনখিদে। পনবা য়াবদি হায়বিবা মতম অসি থোইদোক্লা মণিপুরী সমাজদা ইংৱাজী তম্বসি মাঙঙি হায়না লৌনবা মতমনি। মসিমক্লসু নোংচুপলোমগী শিক্ষাদা পূক্লীং চংখিদে। পূম্নমক অসি লৈদুনসু মহৈ মশিংবু তমজনিংবা অমদি পামজকবা, তুংগী হোংলকদবা লম্বী উবা ঙম্বা অহনশিংনা মচা-মশুশিংবু মহৈ তম্বা থাখি। অসুম্না অঙনবা মতমদা শিক্ষাগী মঙাল ফংথ্রবা তম্পাক অসিগী মণিপুরীশিংনা অহানবা ওইনা মণিপুরদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা শন্দোকলকপা মতমদা তাকপী তম্বীবগী চাউববা থৌদাং লৌখি। মতাং অসিদা এন. তোম্বীনা অসুম্না ইবিঃ

> মখোয়না ২০ শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা মমালোনবু মীবাইকরবা মণিপুরী মচাশিংবু নৌহৌননা মীৎকপ থোকহনখি। মমিং পনবা য়াবা কাছাড়দগী লাকপা ওঝাশিংদি — মকব সিংহ, ক্ষেত্রি মুনান, খ্বাইবাকপম নবকিশ্বর, তোনুবাবু, ঙাবিয়ানবম সমজায়, ওইনাম বকুল, গুলাপবাবু, বঙ্কবিহারী, বল্লভ, জন্মেজয় অসিনচিংবা অসিনি। শ্রীমকব সিংহনা 'মীতৈলোনগী অহানবা তম্নবা লাইবিক' অমসুং শ্রীক্ষেত্রি মুনান্না 'মীতৈলোনগী অনীশুবা তম্নবা লাইবিক' ইদুনা ইহান হানবা ওইনা মণিপুরী মচাশিংদা মমালোন্না মহৈ তম্বগী খুদোংচাবা ফঙহনখি।[১]

তম্পাক অসিগী মহৈ মশিংগী জ্ঞান ফংলবা মণিপুরী মহৈয়োয়শিংগী মরক্তগী লাইশ্রমখুন ময়ায় লৈকাইদা পোকখিবা নাওবেম ফুলো (১৮৮৮-১৯৪১, তুংদা মীয়াম্না লাইনীংহন নাওবিয়া ফুলো হায়বগা হেন্না খঙনখিবা)না ৩৪ নং এল. পি স্কুল, লাইশ্রমখুনদগী মথং মথং ওইনা মায়পাক্লক্তুনা

অবোইবদা হাইলাকান্দি ভিক্টোরিয়া মেমোরিয়েল গর্ভমেন্ট এন্ট্রান্স হাইস্কুলদগী ইং ১৯১৪ দা অহানবা ওইনা ত্রন্ট্রান্স পরিক্ষা পাস তৌখি। কুনশুবা চহীচাগী অহানবা শরুক্তগী পাক্তক্লনা লাইরিক তম্নবকপা অসিগী মহৈ ওইনা অরাংবা থাক্কী চাংযেং কযাদা মায়পাক্লবকখি। মখোয়শিংগী মনুংদা-হিজম বমন সিংহ (১৮৯৯-১৯৫৪, মীযাম্না ডি আই বমন হাযবগা হেন্না খঙনবা) না ইং ১৯২১ দা বি এ অমসুং ইং ১৯২৭ তা বি টি পরিক্ষাদা মাযপাকই। অমুকসু ইং ১৯২৪ দা শুখাম নন্দবাবু সিংহনা কলিকতা বিশ্ববিদ্যালয়গী মখাদা এম এ ইংলিশতা মায়পাক্লুনা থোবকখি। শুখাম নন্দবাবু মণিপুরগী ডি এম কলেজদা ইংলিশ ডিপার্টমেন্টকী প্রোফেসর অমসুং হেদ ওইখিরতা নত্তনা মণিপুরগী ডিরেক্টর ওফ এডুকেশনগী ফমসু পুরমই। মসিতা নত্তনা মৈতৈমচাশিংগী মরক্তগী (মণিপুর মনুং অমসুং মপানগী অহানবা ডাক্তর মাপনগী মনুংদা) য়েংখোম তোমালসু ইং ১৯৩০ দা ডিব্রুগড় বেরি হরাইট মেডিকেল কলেজদগী এল এম পি পাস তৌখি। অদুবু লাইবক থীবদি মপান মণিপুরগী অহানবা ডাক্তর ওইরিবা য়েংখোম তোমাল মনুং মতম চাদনা ইং ১৯৩০ দা নোঙ্গাখি।

ইং ১৯১৪ দা নাওরেম ফুলোনা অহানবা ওইনা এন্ট্রান্স পরিক্ষা পাস তৌখিবগা লোয়ন-লোয়ননা মশামক্লা তম্লকপা ভি এম গর্ভমেন্ট হাইস্কুলদা ওঝা ওইননবা আসাম সরকারনা খনগৎখি। মতম অসিদা লাইনীংহননা মীতৈ লাইনীং অমদি ইমারোনগীদমক খল্লকপা মতমনি। রাখল্লোন অসিদা থোইদোক্লা হকচিনলুবগী মরমদি মহৈ তম্লিঙৈদা মমান্নবশিংনা তোযনা হংখিবা রাহংশিংননি। 'নখোয়গী ময়েক লৈতববা' (?) 'লৈববদি নবোননা মহৈ মশিং তম্বা য়াদববা' (?) 'নখোয়গী লাইনীং লীচৎ লৈজববা' (?) অসিনচিংবা রাহৈশিংসিনা মহাক্কী থম্মোয়দা তাশোন্না থিনবগুম থোকখি। থৌদোক অসিনা মাগী তুংগী পুন্সিদা মমালোন অমসুং মজাতিগী সেবাদা কখোকপা ঙমখিবা পুন্সিগী মশক অমা উবা ফংখি।

### লোন (মমারোল তম্বা) গী ঈহৌ

লোন অমসুং সাহিত্যগী ঈহৌলনা লমজিংদুনা লাইনীংহননা মজাতি অমদি মমালোনগীদমক অনৌবা লম্বী অমদা খোঙ থাংজিনবা হৌবকই। মসিগী মশক অমা ওইনা ইং ১৯২৮ গী জানুয়ারী ১৮ দা মণিপুরগী মহারাজ ইবুঙো শ্রীযুৎ

চুড়াচান্দনা কলিকতা লেংলকপগী খোঙচত্তা আমিনগাও সবকাবী লৈফমদা (লাইনীংহনগী) পোখাখি। তাঙ্গা অসিদা লাইনীংহননা ৱাকৎচে অমা লানশিন্দুনা ৱাফম খবা হঙ্গৎচখি। ৱাকৎশিং অদুদি- ইমারোন নুংশিজবশিংবু ময়াং লৈবাক্তা (আসাম) ইবোননা মহৈ তমহনবতা নত্তনা মহৈশঙ লিংবগী থৌবাং পায়খৎপিবা, ইমাবোনদা শকপা শোনবা, মীতৈনা ময়াং (বাংলা) ময়েক্তা লাইবিক তম্নবিবসি মীতৈ ময়েক ওহ্লোকপিনবনচিংবগী থৌবাংনি।

ইনিংথৌ গবীবনিৱাজগী মতমদগী লাইমিং লৌদুনা চৎনবকখিবা হিন্দু ধর্ম্মনা মবা চেৎশিল্লকপতা নত্তনা চহীচা'সিগী অবোইবদা অমাং-অশেং, অচৌ-মচা খন্নবগী ৱাখল্লোন্না ইশাগী হান্না লৈজবম্বা চৎনবী লাইনীং লাইশোনবু কাউনবকখি। মসিতা নত্তনা মীবোননা শকপা শোনবনা মপূং ওইবকপা উব্ববগা লাইনীংহন ইবুঙোনা হিন্দুগী বেদ, বেদান্ত অমসুং উপনিষদ কয়া নৈনদুনা ভাবতকী মক ওইববা লাইফমশিং কাশী, গয়া, নবদ্বীপ অমসুং পুবীদা চৎখি। মতুংদা লাইনীংহননা মতমগা চুননা ইতিহাসতা পাউখুম পীননবা অমদি মীতৈশিংবু অমুক হন্না য়াকাইহন্নীংবগী ৱাখলনা লমজিংদুনা ইং ১৯৩০ দা 'অপোকপা মকপ' লিংখৎখি। মসিনা কাউনব্ববা ইশাগী চৎনবী, লোন, লাইনীং পূম্নমকপু নৌহৌনা নীংশিংহন্দুনা য়াকাইবোল শব্লকখি। অতোপ্পা জাতিশিংগী মবক্তা ইশাবু মশক তাক্লনবা অমদি ইমাবোননা শকপা শোনবনচিংবগী খোঙজংদা হেন্না মীৎয়েং থম্বতা নত্তনা ইশাগী লাইনীংবু অমুক হিঙ্গৎহন্দুনা মপূং মবৈ ফানা শন্দোক্লবা হোংনবকখি।

ইং ১৯৩৫ দা 'নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভা' কাছাড় মশা লিংখত্তুনা মহাসভা অসিগী অনীশুবা মীফম ইং ১৯৩৬ কী জানুৱাবী তাং ৩০ দা শিলচব তাবাপুবদা পাঙথোকখি। মীফম অসিদা লোন অমসুং সাহিত্যগা মরী লৈননা লৌখিবা ৱারেপ অদু ৬ শুবা অমদি ১১ শুবদা ময়েক শেংনা পল্লি ঃ

> Resolved
> 6 That the Manipuri songs be encouraged to spread far and wide, as a means of advancement for the Manipuri literature
> 11 That for a teaching of the Manipuri Language, efforts be made for the establishment of Primary Schools in every Manipuri Village of other provinces [২]

মতৌ অসুম্না লোন অমসুং সাহিত্য চাওখৎনবগী খোঙথাং অমা ওইনা লৌখৎখিবা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী ফীরেপশিংবু মতুংদা লিংখৎলকপা লমদম অসিগী সংস্থান কয়ানা শকক য়াবদুনা মখোঙ শোমলকই। মসিমক্না মণিপুরীনা তাবা খুঙ্গংশিংদা প্রাইমারী স্কুল লিংখৎতুনা মহে মশিং তম্বগী খুদোংচাবা ফংহনবা অমদি মৈতেবোননা তাকপী তম্বীনবগী ঈহৌ শাগৎনবকই।

মপান লমদা ইমালোন অমদি ইজাতিগীদমক ব্রাখল ময়োল চোংহনখিবা লাইনীংহন ইবুঙোগী ফীবেপ, ইবাবত অমদি নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভানা মঙখিবা মঙবু মঙফাওহন্নবা *নহা মরুপ* (১৯৫৩) লক্ষীপুরনা লুচিংবা কয়াগা খুৎশম্নদুনা মতম অদুগী আসাম সরকারদা হনবা লৈতনা খোঙজং কয়া চঙশিনখি। ঈহৌশিং অসিগী মহে ওইনা ইং ১৯৫৬ কী জুন তাং ৭ তা আসাম সরকারগী মায়কৈদগী ব্রাবোল অমা থোকলকই। আসাম সরকারগী letter No EMI, 211/53/16 PF তাং ৭.৬.১৯৫৬ কী মতুংইন্না মণিপুরীশিংনা আসামগী প্রাইমারী থাক ফাওবদা মমাবোল মণিপুরীনা লাইবিক তম্বগী খুদোংচাবা পীবে হায়রসিনি। অসুম্না চহী অসিমক্তদগী শিলচর সব-ডিবিশনগী প্রাইমারী (প্রাথমিক) স্কুল ৩০ দা মণিপুরী লোন তম্বা হৌখি। মথংদা *থৌগল মরুপ* জাবিবোনগী থৌবুবোয়শিংনা হোৎনদুনা হাইলাকান্দি সব-ডিবিশনদসু পুশিনখি। মসিদা লোকেল বোর্ডনসু ওক্টোবর থাদগী অয়াবা পীবিদুনা তাং ১/৩/১৯৫৭ তগীদি থবক ওইনা পাঙথোকহনবদা মায়পাকখি। খুদোংচাবা অসিবু নাম্থোকহন্নিংদবনা অহানবগী ওইনা মণিপুরদগী তম্ন-লাইবিক ব্রায়দুনা তম্বীবা হৌখি। তাং ১/৩/১৯৫৭ তা ইমপ্লিমেন্ট তৌদুনা তম্বা হৌখিবা নুমিৎ অসিবু নিংশিংবা ওইনা 'থৌগল মরুপ' হাইলাকান্দিনা চহী খুদিংগী *ইমা নীংশিংবা নুমিৎ* হায়না পাঙথোকই।

প্রাইমারী থাক্তা ইমালোননা তম্নবা হৌখ্রবা মতুং নৌহৌননা মায়োক্নবক্লিবা অব্রাবদি এম. ই. স্কুলশিংদা লোন অসিনা তম্বগী খুদোংচাবা লৈতবনি। মতাং অসিদা অমুক হেন্না লুবিবা সমস্যা অমনা এম. ই. স্কুলশিংদা লোনসিগী খুদোংচাবা লৈত্রিবনা বাংলা লোন্দা তম্বা তাববদি মিংজন চাংয়েংদা বাংলা ওইগদবনি হায়বা ইন্সপেক্টরগী ব্রায়োলদুনি। ইমালোননা তমজবগী খুদোংচাবা ফংবতা ঙাইবিঙৈ খঙহৌদনা অনৌবা অব্রাবা পোৎলুম অমা নৌনা কোকথোংনবকপদদি লমদম

অসিগী মীওইশিংদা অনৌবা থৌবাং অমা পায়খৎপগী মথৌ তাববে। লমদম অসিগী সংস্থানশিং *নহা মরুপ* লক্ষীপুর, *অল আসাম মণিপুরী সোসাইটি, থৌগন মরুপ* হাইলাকান্দি, *আসাম বেঙ্গল মণিপুরী সোসাইটি, কাছাড় মণিপুরী সংবর্দ্ধিনী সমিতি, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, কাছাড় মশা, অল কাছাড় মণিপুরী ষ্টুডেন্টস এসোসিয়েসন* নচিংবা অমদি লন্নাই মীওই কয়ানা মরী লৈনবা লোয়শঙশিংদা তকশিনখি। অরাবা কয়া মায়োক্নদুনসু হনবা লৈত্রবা ঈহৌ অসিনা ইং ১৯৬৩দদি আসাম সরকারগী অয়াবা ফংদুনা সাপরমহৈনা এম ই স্কুল, খুনৌ (লক্ষীপুর) এম.ই. স্কুল, সিঙ্গেরবন্দ এম.ই স্কুল, জম্ম সিং এম.ই. স্কুল, সনাবৈ মীতৈ এম.ই. স্কুল, লাইশ্রমখুন হাইলাকান্দিনচিংবদা মণিপুরী লোন্না তাকপী তম্বীবা হৌবে।

প্রাইমারী স্কুলগী থাক্তগী মথং মথং এম.ই. স্কুলনচিংবগী চাংয়েংশিংদা মায়পাক্লক্লবা মহৈরোয়শিংনা হাইস্কুলগী থাক্তা ইমারোননা তম্বগী খুদোংচাদবা অমুকসু মায়োক্লখি। হীবম অসোমদা মতাং মতম চানা লমদম অসিগী সংস্থানশিংনা চুংশিন্নদুনা মরী লৈনবা লোয়শঙশিংদা তকশিনখি। মসিগী মখা চত্থরকপা ওইনা ইং ১৯৭৮ গী জুন ৮ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসামগী প্রেসিডেন্ট ইকংবম চন্দ্রসিংহনা মীয়ামগী মহুৎ শিন্দুনা বোর্ড ওফ সেকেন্দরী ইডুকেসন আসামগী প্রেসিডেন্টকা য়ান-চেরোল (Memo No, SEBA/CA/4515-16 dt 8th June 1978) ইনখি। য়ান-চেরোল অসিবু ঈকায় খুম্নবা ওইনা নৌহৌননা আসাম সরকারনা চেরোল Memo No, SEBA/AM-LM/MAN/8687 dt 28/7/79 থোক্লুনা চহী অসিমক্তদা অহানবা চহী মঙাগী চাংয়েং ওইনা পাঙথোক্লবা থমলকই।

আসাম সরকারনা থোরকখিবা চেরোলগী মতুং ইন্না ররাক তম্পাক্কী স্কুল ২৬ (কুনতরুক) মথংশিংনা- ১) আর্ল হাই স্কুল, লক্ষীপুর, ২) ইরেমহল হাই স্কুল, রংপুর, ৩) মোদেল হাই স্কুল, পাথারকান্দি, ৪) নিমাইচান্দপুর হাই স্কুল, জাফিরবন্দ, ৫) খুনৌ হাই স্কুল, ফুলেরতল, ৬) সনাবৈ হাই স্কুল, রাজেশ্বরপুর, ৭) সাপরমহৈনা হাই স্কুল, লক্ষীপুর, ৮) গোবিন্দনগর শিববাড়ী হাই স্কুল, গোবিন্দনগর, ৯) জোগাই মথুরা হাই স্কুল, বিন্নাকান্দি,১০) শ্রীবার হাই স্কুল, শিবপুর, ১১) পব্লিক হাই স্কুল,১২) কোরোইকান্দি হাই স্কুল, কোরোইকান্দি, ১৩) জম্ম সিং হাই স্কুল, গোসাইপুর ১৪) বড়খোলা মণিপুরী হাই স্কুল, বড়খোলা,

১৫) লালাং মণিপুবী হাইস্কুল, পইলাপুল, ১৬) ইন্দ্রমনি পব্লিক হাই স্কুল, মাদাবিশাব, ১৭) সিঙ্গেববন্দ হাই স্কুল, সিঙ্গেববন্দ, ১৮) সোনাই যুবতী হাই স্কুল, সোনাই, ১৯) বীব টিকেন্দ্রজিৎ হাই স্কুল, ইটখোলা, ২০) ব্রাই এস মেমোবিয়েল হাই স্কুল, খেলমা, ২১) কাশীপুব হাই স্কুল, কাশীপুব, ২২) বলবাম হাই স্কুল, পালববন্দ, ২৩) মোডেল হাই স্কুল, কালাছড়া, ২৪) কামেশ্বব হাই স্কুল, নগডিবগ্রাম, ২৫) বনতাবাপুব হাই স্কুল, সুন্দবী অমসুং ২৬) বাঁশকান্দি হাই স্কুল, বানীপুবনচিংবদা তন্নিবা মহৈবোয় ১০৪৩ বু মৈতৈবোলনা হাই স্কুল লিভিং সার্টিফিকেট পবিক্ষা থাবা য়াহনখি।

মতৌ অসুম্না লন্নাই মীওই অমদি লমদম অসিগী লুপ কয়াগী হোৎনজমননা বাজ্য অসিদা মণিপুবী লোননা স্কুলশিংদা তম্বগী খুদোংচাবা ফংলকখিদুনা ইং ১৯৮০ ফাওবদা মণিপুবী লোনগী প্রাইমাবী স্কুল ২০০, এম ই স্কুল ৩৬, হাই স্কুল ২৬ শুবে। অসিগুম্নবা ঐতিহাসিক ওইববা লোনগী খোঙজং অসিদা কখোকপা অমগা লোয়ননা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা মীওইশিংগী মনুংদা ধনেশ্বব সিংহ (বিন্নাকান্দি, প্রেসিডেন্ট, অল আসাম মণিপুবী এসোসিয়েসন), কৈশাম পুন্সি (লক্ষীপুব), য়ুম্নাম নন্দকুমাব (মেম্বব, এ পি সি সি ) ওইনাম নবেন্দ্র (লক্ষীপুব), হাওবম গৌবহবি (শ্রীবাব), শাগৎপম গৌব (বিন্নাকান্দি), থাংজম শাজৌতোম্বী (জাবিবোন), এন বিদ্যাপতি (এম.এল এ. ওইবম্বা), পুলকেশী (জেন সেক্রেটবী, অল আসাম মণিপুবী এসোসিয়েসন), মেবাচাওবা (এম এল এ ওইবম্বা), ই চন্দ্র সিংহ (বানীপাড়া), খাইদেম একেন্দ্র (হাইলাকান্দি), প্রো শশাঙ্ক মুখার্জী (মইনাববন্দ), এন কুঞ্জমোহন (পালববন্দ), থোকচোম বাজমোহন (কামবঙ্গা), বি দেব শর্ম্মা (বনতাবাপুব), বাগীন্দ্রচন্দ্র (এ এস আই ওইবম্বা, সিঙ্গেববন্দ) নচিংবা মীয়াম্না কাউবা ঙম্নদনা তবং তবং চোংথোক্তুনা লৈবি।

কুনশুবা চহীচাগী অহৌবা তাংককতগী তম্পাক অসিগী পুকচেল চাওববা মজাতি অমদি মমালোনগীদমক কখোকপা অমগা লোয়ননা হনবা লৈতনা হোৎনবকখিবনা ইং ১৯৯৫ দদি থোইদোক্লা মপুং ফাবগী মমি উবা ফংলে। ইং ১৯৯৪ দা লমদম অসিদা লিংখৎখিবা আসাম বিশ্ববিদ্যালয়না মণিপুবী লোনবু এম. এ গী থাক্তা তম্নবগী অয়াবা পীবে। সংবিধানগী নিপালশুবা সিদ্যুলদা চল্লবা লোন অসিবু ঈকাই খুম্নবতা নত্তনা অতোপ্পা লোনশিংগা মান্নবা মফম অমদা

লেপমিন্নবগী খুদোংচাবা পীবনি। মসিমক তম্পাক অসিগী মণিপুরীশিংনা হোৎনবকখিবা ঈহৌ কয়াগী মমল য়ান্নবা মহৈ অমনি।

## সাহিত্যগী অমদি অতৈ সংস্থান লিংখৎলকপা

কুনশুবা চহীচাগী অশুনবা শকক্তা লোন অমসুং সাহিত্যগী য়াকাইবোল শকপ্তবা মপান লমদা লোন, সাহিত্য অমসুং কলা-কৃষ্টিগী লমদা চাওখৎননবা অমদি য়োকখৎনবগীদমক লিংখৎনবকখিবা সংস্থানশিংদি খরা তপ্না খোঙ থাংজিল্লকই। অদুম ওইনমক নাওবিয়া ফুলোনা মীতৈগী অবিবা লাইনীং লম্বীবু অমুক নৌহৌননা হিংগৎহন্নবা হৌগৎখিবা *অপোকপা মকপ* (১৯৩০) না লোন, নাৎ অমদি ইশাগী ময়েকপু চাওখৎহনবনচিংবগী মায়কৈদসু অকনবা মীৎয়েং থল্লকই।

ববাক তম্পাক্তা লিংখৎলকখিবা অশুনবা মতমগী সংস্থানশিংগী মনুংদা *সুরমা ভেলি মণিপুরী এসোসিযেসন* সু অমনি। সাহিত্যগী ওইবা সংস্থান নৎত্রবসু লমদম অসিগী মফম কয়াদা খুন্দাদুনা লৈবিবা মণিপুরী জাতিবু মশক মচু থোক্লা হিংহনবা অমদি চাওখৎননবগী পান্দমদা ইং ১৯৩১ দা *সুরমা ভেলি মণিপুরী এসোসিযেসন* লিংখৎখি। সংস্থান অসিনা চোইজাইননা তাবিবশিংবু অমগা অমগা পুনশিন্নদুনা জাতি অসিগী অফ-ফত্তু হীবম কয়াদা নৈনদুনা গুমজবা থবক থৌবম কয়া পায়খৎখি। পনবা যাবদি মতম অসিদা মণিপুরদা *নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা* নত্তনা মীয়ামগী ওইবা লুপ অমত্তা লৈত্রি হায়না ইবাবতনা নুংনাংবা ফোঙদোকপা য়াফম থেংনৈ। হিজম ইবাবতনা মহাসভা অসিগী অহানবা সেসন্দা ফোঙদোকখিবা য়াফমবু কাবাম মনিমোহননা ময়েক শেংনা পল্লি ঃ

> In Manipur till the beginning of the third decade there were no Associations, Societies, Organizations and Clubs Irabot felt the need to establish such Associations where, at least one or twice a week people could have a chance to meet and exchange their thoughts and emotional feelings Irabot realized that like the Surma valley Manipuri society and the Surma valley Manipuri Asociation established in Cachar in 1934, various localities in Manipur and other places might so organized to facilitate the local people and to make

them understand through such associations, the happenings of day-to-day events in the country.[৩]

মথক্তা পল্লিবা ৱাফম অসিদা *সুরমা ভেলি মণিপুরী এসোসিয়েসন* না ইং ১৯৩৪ দা লিংখৎখিবগী ৱাফম পল্লম্লবসু এসোসিয়েসন অসিনা ফোঙখিবা চেফোঙদদি ইং ১৯৩১ ওইনা পল্লি। অসুম্না *সুরমা ভেলি মণিপুরী এসোসিয়েসননা* য়াৎলকখ্রবা পবিং অসিগী মতুংদা লমদম অসিদা মীয়ামগী ওইবা লুপ *নহা মরুপ* (১৯৫৩), *থৌগল মরুপ* (১৯৫৬), *অল আসাম মণিপুরী সোসাইটি* (১৯৫৮) নচিংবা কয়া লিংখৎনবকখি। মতম মতমগী ওইনা অপূনবা সমাজ অসিদা মায়োক্লবকপা খুদোংচাদবা কয়া থেংনদুনা মাঙলোমদা চঙশিন্নবা হোৎনখিবনা লুপশিং অসিগী মীৎযেং পান্দমসু পাক-চাওনা কোনশিনবা তাখি।

ববাক তম্পাক্তা মণিপুরী লোননা প্রাইমারী থাক্তা তম্নবগী অযাবা ফংলকপগা লোয়ন-লোয়ননা সাহিত্যগী সংস্থান অমা লিংখৎননবগী ৱাখল তৌনবকই। মসিনা লমজিংদুনা ১৯৫৮ দা লক্ষীপুর মাযকৈগী ওইবা মীওই খরা পূনশিল্লগা *আসাম মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ* মিংথোনবা সংস্থান অমা লিংখৎলি। লাইবক থিরদগী পরিষদ অসিগী মপুন্সি তেনখি। মপুন্সি তেনখিবগী নুংনাংবা অমদি পেন্দবা ৱাখলনা পোখাফম খঙদ্রিঙৈ মণিপুরদগী মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী থৌরুবশিং লাক্লুনা অমুক ময়োন চোংহনবগী পোরম যাৎলখি। মসিদগী ববাক তম্পাক্তা লোন অমসুং সাহিত্যগী ওইনা *মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ*, কাছাড় মশা শায়োল্লকলে। ইং ১৯৬১ গী ওক্টোবরদা অহানবা ওইনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফালগী মতমদুগী থৌ-পুরিবা মীহুৎশিং মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ (প্রেসিডেন্ট), নীলবীর শাস্ত্রী (জেনরেল সেক্রেটরী) অমসুং ফুরাইলাৎপম নন্দলাল শর্ম্মা (মেম্বর) নচিংবনা কাছাড়দা লেঙলক্লুনা মীতৈনা মপূং ওইনা খুন্দাবিবা লক্ষীপুর খুমনগী মান্দোপ অচৌবদা মীফম পাঙথোকখি। শাগৎপম গৌর (১৯১৪-১৯৯৯) বু সভাপতি ওইনা লেঙশিনহল্লগা পাঙথোকখিবা মীফমদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, কাছাড় মশা লিংখৎপগী ৱারেপ তাই। অমুকসু ৱারেপ অসিবু থবক ওইনা ওন্থোক্লবগীদমক জারিবোন মায়কৈদা লৈরিবা *থৌগল মরুপ* কী থৌরুবশিং শাজৌতোম্বী অমদি খাইদেম একেন্দ্রনচিংবগা ৱা তান্নকুববা মতুং খুমাঙ চাউশিল্লক্লুনা শিলচর মহকুমা পরিষদতা ইকংবম চন্দ্রসিংহনা সভাপতি ওইদুনা

লমদম অসিগী মীয়ামগী ওইবা মপূং ফাবা মীফম অমা পাওথোকখি। মীফম অসিদা লক্ষীপুর খুমন মান্দোপতা লৌখৎখিবা বাবেপ অদুবু অমুক হন্না অয়াবা লৌনবগা *মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ*কাছাড় মশাগী যুম্নী যুংখি। পবিষদ অসিগী অহানবা সভাপতি অমসুং জেনবেল সেক্রেটবী মথংশিংনা ময়াংলম্বম নীলধ্বজ অমসুং নোংথোম্বম কুঞ্জমোহননি।

*মণিপুরী সাহিত্য পবিষদ* অসিনা লিংখৎখিবদগী হৌনা ওসিফাওবদা তম্পাক অসিগী লোন, সাহিত্য, কলা, সংস্কৃতি অমদি অতৈ মবী লৈনবা লম কয়াদা হকথেংননা শকক য়াবতা নত্তনা মণিপুবী জাতিগী ওইবা ঈহৌ কয়াদা অচৌবা থৌদাং য়াদুনা লাকই। অসুম্না মতমগী ঈচেলদা থেংনবকখিবা পল কয়াবু নমথায়দুনা শাগৎলকখিবা মণিপুবী সাহিত্যগী ঈহৌ অসি ইং ১৯৭০ দদি অনৌবা শক্লোন অমা চোংথোবকপা থেংনবে। চহীসিমক্তদা *আসাম মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ* হায়না মিংথোনবা সংস্থান অমা জাবিবোনদা ময়ায় লোয়শঙ ওইবগা লিংখৎলকখি। মসিগী অহানবা ওইনা বাজকুমাব সুবেন্দ্রজিৎনা প্রেসিডেন্ট অমসুং কে. কুলচন্দ্রনা জেনবেল সেক্রেটবিনি। পবিষদ অসি লিংখৎখিবগী মতাংদা কে. কুলচন্দ্রনা অসুম্না ফোঙদোকইঃ

> মণিপুবদা লৈবা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদনা তোঙানবা রাজ্য আসামদা খুদোনবী থিন্দুনা করিগুম্বা অমা তাকপদি ওমদবনিনা আসামদা আসাম মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ অমা লিংবগী হেনকত্রবা দরকাব ওইখি। মরম অদুমক্তগী ময়াম্না হৌজিকমক শাগোন্নবিরিবা নাওশুমদা হাইরিবা আসাম মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ অসি ইংশোক ১৯৭০ গী ফেব্রুয়াবী থাদা পুন্সি ইহন তমখিবনি।[8]

অসুম্না হৌবকখিবা পবিষদ অসিগী তেল্লবা পুন্সি খোঙচৎকী মনুংদা ইহান হানবা ওইনা ইং ১৯৭০ গী মার্চ থাদা আসাম সরকারগী মথাদা রেজিষ্ট্রেসন (নম্বর- ১১০/১৯৬৯-৭০) তৌই। মতুং ১৯৭২ দদি ভারত সরকারগী ওইবা সাহিত্য একাদেমীদগী এফিলিয়েসন ফংদুনা আসামগী মনুংদা একাদেমীনা শকখঙলবা অহানবা মণিপুরী লোনগী সংস্থান অমা ওইনা লেপলকখি। সাহিত্যগী সংস্থান অসিনা লিংখৎলবা মতুংদা পায়খৎখিবা থৌশিনগী মনুংদা পনবা য়াবদি সাহিত্য অমদি নাংপু য়োকখৎশা, সাহিত্যগী ওইবা চেফোঙ পুথোকপা, অনৌবা থিজিন

হৃমজিনবগী থবক পায়খৎতুনা তম্ন-লাইব্রিক ফোঙবতা নত্তনা ইশাগী লোনবু চাওখৎহনবনি। মসিমক্তা ইং ১৯৭২ দদি শিলচরদা 'রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র কলা তীর্থ' লিংখৎখি।

মতম মতমগী অহোংবা নাইবা ঈচেলদা মায়কৈ ফাংনা চেঙ্গদুনা তোঙান-তোঙানবা শক্লোন মিংফম লৌব্ববা সাহিত্য পরিষদ অনী অসি অমুক পূনশিনখিদুনা ঈচেল অমত্তদা তিন্দুনা চেঙ্গমিন্নবকই। ইং ১৯৭৮ গী ফেব্রুয়ারীদা কাছাড়গী বড়খোলা কাশীপুরদা পাঙথোকখিবা মীফম অমনা সংস্থান অনী অসি অমত্তা ওইনা পূনশিন্নগা *মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম* হায়না মিংথোন্দুনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালদগী তোঙান্নকই। পরিষদ অসিনা আসামগী মণিপুরীশিংনা খুন্দারিবা মফমশিংদা চহীগী ওইবা অপূনবা মীফম পাঙথোকই। অসুম্না পরিষদ অসিনা সাহিত্য অমসুং কলা সংস্কৃতিগী লমদা খূমাঙ চাওশিন্নবগী পান্দমদা অচৌবা থৌদাং লৌরকখি।

কুনশুবা চহীচাগী য়াথৈ মতুংদা লিংখৎলকখিবা সাহিত্যগী সংস্থানশিংগী মনুংদা থোইদোক্লা তম্পাক অসিদা মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যদা অচৌবা থৌদাং লৌরকখিবা কয়া অমসু শাফোঙলকখি। *আসাম মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা* লিংখৎপ্রবা মতুং ইং ১৯৭১ গী জানুয়ারীদা *মণিপুরী লিটরেরী ফোরম*, মাছপাড়া, কাছাড় লিংখৎলকই। সাহিত্যদা থবায় য়াওবা নহাবোলশিং অমসুং অইবশিংগা খন্ন-নৈনদুনা লোন, সাহিত্যবু চাউখৎননবা হোৎনবতা নত্তনা অতোপ্পা চাউখৎলবা লোনশিংদগী ইমারোলদা অমসুং মৈতৈবোলদগী অতোপ্পা লোনশিংদা লাইরিক কয়া হন্দোক্নুনা মণিপুরী সাহিত্যবু চাউখৎহন্নবগী মীৎয়েংদা *নহাবোল খোরিবোল সিঙ্গুপ* লক্ষীপুর, কাছাড় শেমই। মসিতা নত্তনা চহীচা অসিগী অরোইবা শরুক্তদি *খোঙ্জে শিঙ্গালুপ*, হাইলাকান্দি (১৯৯৩, সেপ্টেম্বর), *নহাবোল খোবজে থৌগলুপ* হাইলাকান্দি (১৯৯৩), *মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি* (২০০০) শিলচর, আসামনচিংবা থোরকলে। অসুম্না চহীচা অসিগী তানফম কয়াদা লিংখৎনরকখিবা লমদম অসিগী সাহিত্যগী ওইবা সংস্থান কয়ানা মণিপুরী লোন অমদি সাহিত্যবু মখোঙ শোমদুনা চাউখৎহনবদা অচৌবা থৌদাং য়াবি।

**চেফোঙ অমদি লাইরিক ফোঙনরকপা**

নোংচুপলোমগী শিক্ষাগী মঙাল ফংদুনা অঙনবা মতমদগী খূমাঙ

চাউশিল্লকল্লবা বাংলা সাহিত্যনা চাউখৎলকপগা লোয়ননা বরাক তম্পাক্তসু মসিগী চাউববা মমি তাবকই। তপ্পা-তপ্পা মশা মরেং শন্দোরকপগী মহৈ ওইনা *শ্রীহট্ট প্রকাশ* (১৮৭৫, প্যাবীচরন দাস), *পবির্দশক* (১৮৮০, বিপিনচন্দ্র পাল), *শিলচর* (১৮৯৮, বিধুভুষন রায়, নবসিং জুলগী ওঝা অমা ওইজববসু মতমদুগী ডি. পি. আই. অমদি সবকারগী মায়োক্তা ব্রাবেং কয়া ইকবনা চেফোঙ অসি থিংজিনবতা নত্তনা নবসিং জুলগী শেছুংফাওবা পীবা থিংখি। ইং ১৮৯৭ দা উইলসন সাহেব চৎখিবদগী অমুক ফোঙবা হৌই।) *উইকলি ক্রনিকল* (১৯০০, শশিচন্দ্র সিংহ, কবিমগঞ্জ), *প্রভাত* (১৯০৮, কৃষ্ণকিঙ্কর আদিত্য, করিমগঞ্জ), *সুবমা* (১৯১১, চন্দ্রোদয় বিদ্যাবিনোদ, শিলচর) নচিংবা চেফোঙ ফোঙদুনা সাহিত্যগী মথোঙ শোম্বা হৌরকই। লোন অসিগী ওইরিবা অমদি হোৎনজরিবা মশকশিং অসিমা লমদমসিগী মহৈ মশিংদা য়ায় ওনশিল্লিবা মণিপুরী মচাশিংগী থম্মোয়দা মথুম মরাং হৌহনখি।

অসুম্মা লমদম অসিদা শিক্ষাগী মঙাল ফংনবা হোৎনজরিবা মণিপুবী মচাশিংমা অভোপ্পা মপান লমগী লোন অমসুং সাহিত্যদা চাউখৎলকপগী মশক উরুবদগী ইজাতিগী সাহিত্যবু সেবা তৌনীংবগী অমদি চাউখৎহল্লীংবগী ইহল পোক্লরকই। মসিমক্তা ইং ১৯১৭-১৮ অদুবাইদা *মৈতৈ লৈমা* হায়না মিংথোনবা চেফোঙ পুথোক্লুনা মপান লমদা মণিপুরী সাহিত্যগী য়াকাইরোল শকপা হৌখি। হৌজিক ফাওবদা ফংলবা রেকোর্দকী মতুং ইন্না মসিনা মণিপুরী লোনগী ইহান হানবা চেফোঙ ওইরি। অদুবু লাইবক থীবদি অহানবা চেফোঙ অসি মতম কুইনা সেবা তৌবা ঙমখিদে। য়াফম অসি *মৈতৈ লৈমা*না য়াকাইরোল শকল্লবা মতুং ইং ১৯২৪ দা শিলেট (প্রতাপগড়) তগী ফোঙলকপা থাগী চেফোঙ *জাগরণ* গী মরিগুবা মশীংদগী খঙবা ঙমই। *মৈতৈ লৈমা* অমসুং *জাগরণ* গী মতাংদা অসুম্মা পল্লিঃ

> গত মার্চ্চ মাসে তনুবাবুর বাড়ীতে কাছাড়ের প্রথিতনামা সুবাদার খেলেন্দ্র সিংহের সভাপতিত্বে একটি সভার অধিবেশন হইয়া গিয়েছে। সভার দেশী বিদেশী ও অন্যান্য লোক উপস্থিত ছিলেন। প্রথমেই শিলচরের মৈতৈ লৈমার প্রস্তাব উত্থাপিত করিবার জন্য তনুবাবুকে অনুরোধ করা

হইয়াছিল, কিন্তু তিনি মহেন্দ্রবাবুব নিকটই এই ভার প্রদান করেন।... বিশেষতঃ জাগবণেব অধিকাংশ গ্রাহকই বিষ্ণুপ্রিয়া বলিয়া আপাততঃ। মৈতৈ ও বাঙ্গালী ভাষায় পত্রিকা চলিতে থাকিবে এবং মৈতৈ প্রবন্ধেব বৃদ্ধিব সহিত-ও শিক্ষিত বিষ্ণুপ্রিয়াদেব জাতিয় ভাষায় জ্ঞান বৃদ্ধিব সহিত উক্ত ভাষা বাঙ্গালাব স্থান অধিকাব কবিবে।"

মথক্কী ব্রাকম অসিদগী খওবা ওমলিবদি শিলচবদগী *মৈতৈ লৈমা* চেফোঙনা মতম খরা ফোঙলল্লগা লেপখ্রে হায়বসিনি। চেফোঙ অসি নৌহৌননা হিঙ্গৎনবা হোৎনজববসু জাতি অনীমক্কা পাবদা খুদোংচাবা *জাগবণ*বু ওইনা হিংহনবা পামনৈ। ইং ১৯২৮ দা অর্জুন সিংহ, বি. এ বি. এল. না সম্পাদক ওইদুনা ফোঙলকখিবা চেফোঙ অসিগী থোইদোকপা অমনা মণিপুবী অমসুং বাংলা লোন অনীমক পুনশিনবা অসিনি। মসিগী মথক্তা সম্পাদক মশামক বিষ্ণুপ্রিয়া অমা ওইবগা পবিজাত সিংহ অমদি বামকৃষ্ণ সিংহবু সহ-সম্পাদক ওইনা মতেং পাংবসিনি। লোন অনী পুনশিন্দুনা ফোঙবসিনা অতোপ্পা মপান লমগী জাতিশিংদা মণিপুবীগী শক্তম তাকপা ওন্নতা নত্তনা মণিপুবী অমসুং বিষ্ণুপ্রিয়া অনীমকনা পাবদা খুদোং চানবনি হায়বসিনি। বিষ্ণুপ্রিয়ানি হায়দুনা তোখায়না তানীংবগী ব্রাখল্লোন নাথৈবগা জাতি অমসুং লোনগী মতাংদা ব্রাবেং কয়া ইদুনা ফোঙই। অসিগুম্বা কাঙলুপ অনীগী অপূনবা শক্তম অমা শাগৎনবা হোৎনখিবা চেফোঙ অসিমক্তি চহী অমা হেনকক ফোঙলল্লগা পুন্সি লোমখি। মসিগী মতুং ইং ১৯৩৩ দদি *সুবমা ভেলি মণিপুবী এসোসিয়েসন* (১৯৩১) না হোৎনদুনা থাগী চেফোঙ *মণিপুবী* ফোঙলকলে। সমবজিৎ সিংহ, বি. এস. সি. বি. এল. না সম্পাদক ওইবা চেফোঙ অসিদসু মণিপুবী, বিষ্ণুপ্রিয়া খায়দনা খৃৎই কয়া ফোঙই।

*সুবমা ভেলি মণিপুবী এসোসিয়েসন*গী চেফোঙ অসিনা পোখাখিবদগী চেফোঙগী ইতিহাস শাংলবা মতম অমগী ওইনা থুপাচিন্দুনা লৈখি। চেফোঙনা ময়োন চোংখৎলকপতা ওাইবিওদা শিখিবসিগী মরুওইবা মবমশিংগী মনুংদা শেল-থুমনা শীবকপা চৈথেং পনবা য়াই। শেল-থুমগী ফীভম কা-হেন্না ফবমদবনা শেল পুথোক্তুনা চেফোঙ লৈবগা পাবা মীশিংগী চাং হন্থবকপা অমদি মসিনা নোংমা নোংমগী শিথবকপগী চাউববা মরম অমা ওইহল্লি। অসুম্না মাঙলোমদা চঙশিনবা ওমদনা লৈবিওে লাঙ্গাওগী চৈথেংনসু

অমুক্তা হেন্না মতেং পাংশিনখি।

মতম কুইনা থুপচিল্লুববা চেফোঙগী ইতিহাস ইং ১৯৫১ দা অমুক নৌহৌননা হাংদোবকই। চহী অসিমক্তী ওক্টোবর থাদা নোংথোম্বম কুঞ্জমোহনন সম্পাদক ওইরগা *আশা* ফোঙলে। ত্রৈমাসিক পত্র (থা ৩/৩ গী চেফোঙ) অসি খুৎনা ইদুনা ফোঙবনি। তৌবগীদি মসিগী মমাঙদা খুৎনা ইবা ব্রাল মেগাজিন অমসু *তা-ওাংগী ঈ পাউ* হায়না মিংথোল্লগা পালরবন্দ সোবোক কাবোংদা লৈবা অমবধন পালগী দুকান্দা থেংতুনা মতম খবা চৎথখি। শাগৎলকখিবা *আশাগী* ইহলনা থুমহৎখিবদগীদি ইং ১৯৫২দা থা ৩/৩গী চেফোঙ *পঞ্জেন* শক্তি প্রেস, শিলচবদগী নম্নগা ফোঙবা হৌবে। চেফোঙ অসিগী সম্পাদকসু নোংথোম্বম কুঞ্জমোহননি। মতাং অসিদা নিংশিংবা য়াবা অমনা সম্পাদক ওইবিবা নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন শিলচব গর্ভমেন্ট স্কুলদা ক্লাস নাইনগী ছাত্র অমা ওইনা হোষ্টেলদা লৈবিঙৈ মতমনি। চেফোঙ অসি মতম খবা লেপলুবগা অমুক ফোঙলক্লবসু পংশাং শাংনা হিংখিদ্রে।

ববাক তম্পাক্তী মণিপুরী সাহিত্যদা চেফোঙনা য়াকাইবোল শকপ্লবা মতুং ইকান কান্নদনা সাহিত্যগী পুক্কেদা লাইবিক কয়া ইমালোন্দা ফোঙলক্লুনা মখোঙ শোমলকখিবশিংগী মনুংদা নাওবিয়া ফুলোনা অহানবনি। ইং ১৯৩১ দা ইহান হানবা ওইনা *মীতৈ য়েলহৌ ময়েক* উনম তৌদুনা ফোঙলকই। লাইনীংহননা ইং ১৯৩০ দগী ১৯৪০ গী মতম হায়বদি চহী তবাগী মনুংদা শুপ্পা লাইরিক কুন ইদুনা চাউববা পুক্কে অমা শাগৎলকই। লাইবক থীবদি লাইনীংহনগী তুংইন্দুনা সাহিত্যগী ওইবা মচলশিং পুথোকপা ঙমখিদে। অসুম্না মতম শাংনা চহী কয়া ঈকং থোকল্লুববা তম্পাক অসিগী মণিপুরী সাহিত্যনা ইং ১৯৬৮ দদি শগোলশেম ধবলগী শৈবেং লাইবিক *শনবিক মচু* পুথোবক্লুনা অনৌবা লামায় অমা হাংদোবকই। চহী অসিমক্তদা সনসম বিনোদকী উপন্যাস *ইবেমহল* সু অহানবা ওইনা ফোঙলকই। ব্রাবীমচাগী লমদদি অঙনবা মতমদগী চেফোঙশিংদা ইনরকপ্লবসু মপুংদা লাইবিক ওইনা পুথোবকপদি ইং ১৯৭৩ দনি। মতম অসিদা রাস পূর্ণিমা থোর্জে মকপ, শিলচবগী মায়কৈদগী শগোলশেম ধবলনা সম্পাদক ওইবগা *অসিদসু মী ঈংঙি* - ১ পুথোবকই। তম্পাক অসিগী অইবা তবেংকী শুপ্পা ব্রাবীমচা ১২ (তবানিথোই) য়াওববা লাইবিকনি।

## চেফোঙগী শন্নপ্পা মশক

ববাক তম্পাক্তা ফোঙলম্না অমদি ফোঙলিবা মণিপুবী চেফোঙশিং অসি সাহিত্য, লোন অমসুং নাৎকী হীবমলোমদনা হেন্না মকওইবা মীৎয়েং থম্লবকই। অদুম ওইনমক চেফোঙশিং অসিদা বিজ্ঞান, শিক্ষা, হকশেল অমদি অঙাংগী লাতমনচিংবা কয়াসু মবক মবক্তা মথেল ওইনা হাপ্ই। ইং ১৯৫০গী মতমদগী পুথোক্লবকখিবা চেফোঙশিং অসিগী শন্নপ্পা শক্তম অমা উৎননবগীদমক চেফোঙশিং অসিগী মবমদা তেল্লপ-তেল্লপ্পা মখাদা থমলি।

## চয়োলদা ফোঙবা পাউ-চে

ববাক তম্পাক্কী মণিপুবী লোনতগী ওইবা চয়োলগী পাউ-চেশিংদি – *লৌশিংগী মৈবা* (১৯৬৬), *জাফিববন্দ* (১৯৭৩, গোয়ালীপাব, হাইলাকান্দি, কৈশাম বীরচন্দ্র), *শক্তম* (১৯৭৯-৮০, লক্ষীপুব, মনোহব সিংহ), *মৈবম মৈবা* (১৯৮০, লক্ষীপুর, ঙাথেম ইবুঙোয়াইমা), *ববাক তম্পাক* (১৯৯৪, লালা, লাইশ্রম ফনিন্দ্র), *ভাবত লৈমা* (১৯৯৫, শিলচব, থিংগোম প্রিয়কুমাব) *যাওজীল থাবা* (১৯৯৭, শিলচব, সি.ঐচ. বিজান্দো), মীবাওখোল (২০০৯, শিলচব, ৰাই কুঞ্জলাল) নচিংবনি। পাউ-চেশিং অসিগী মনুংদা *ববাক তম্পাক* না চহী অনীমখায়বোম ফোঙলম্বতা নত্তনা অতৈদি পংশাং শাংনা হিংবা ঙমখিদে। পাউ-চেশিং অসি মতম মতমগী ওইবা লৈবাক্কী বাজনীতি, অর্থনীতি অমদি সামাজিক থৌদোক ৰাথোকশিংদা যুম্ফম ওইদুনা ফোঙবা ঙাক্তনি। তৌবগীদি সাহিত্য অমদি নাৎকী ওইবা কলমসু মতাং চানা হাপ্পা থেংনৈ।

## থা-খায়গী চেফোঙ

তম্পাক অসিগী অহানবা *থা-খায়গী চেফোঙদি ইবাৎ* নি । চেফোঙ অসি সোবাম বাবুসনানা ইং ১৯৬১গী মতমদা খুৎনা ইদুনা জাবিবন্দদগী পুথোকপনি। চেফোঙ অসি অহানবদা শেল লৌদনা থৰায় য়াওবা মীয়ামদা য়েন্থোক্লগা পাহল্লমই। ইং ১৯৬৩ দগীদি অমুক দীপক আর্ট প্রেস, হাইলাকান্দিদা নমলগা ফোঙই। মতম খবা শিথকববা মতুং ১৯৯৪ গী ফেব্রুয়াবীদগী মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, অৰাং জাবিবন্দ মশানা অনীশুবা শায়োন ওইনা থা অহুম অহুমদা ওন্থোবকতুনা ফোঙই। চেফোঙ অসিনা খুৎই ওইনা ফোঙলিঁডেদা সোবাম বাবুসনা মশামক্কী মিং লোৎশিঞ্জবগা 'মেমা' মিংথোন্দুনা 'ঈপোম হৌবকপা ঈচেলদুদা'

উপন্যাসকী শরুক খরা ফোঙই। মসিমক্তা মখাতানা মপূং ফাহনখিবা ওমব্রবসু তম্পাক অসিগীদি মমি তম্নকপ্রবা উপন্যাসকী শক্তম অমা ওইরি। মতুং তাবা মখীং খরদা সোরাম বাবুসনাগী 'খোংদ্রবা ঐগী বীনা' (শৈরেং), কে. বীরেন্দ্র সিংহগী বারেং 'ঝাকিববন্দা কাঙপাক শান্নবা' অমসুং নীনা দেবীগী 'জাহানারাগী পীরাং' য়াওরি।

নীনা দেবীগী 'জাহানারাগী পীরাং' ইতিহাসকী থৌদোক অমদা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎপনি। মোগল সম্রাজ্যগী নিংথৌরেল আকবরনা মখোয়গী নিঙোল ওইবীশিংবু মযুম পানবা য়াদবগী আইন অমা শেমলমই। অদুবু মশে নোংমাই অকে-অমৌদা লুপচবী শাহাজাহানগী মমোম জাহানারানা লম্বীদা কোয়চৎ-চৎতুনা মশে শরুক্কদগী মোগল দরবারদা পুরক্কুনা দেবান হাপপ্রবা নিজামগা নুংশি মরী লৈনরকখি। নিজামগী গজলনা জাহানারাগী থম্মোয় ইরাং হৌহন্দুনা থম্মোয় অনী অমত্তা ওইবা সুরদা তিন্নখিদুনা অমনা অমদা কখোক্কখি। পাউ অসি মম্পাবুংনা তারবদা নিজামবু নিংথৌ-কোনুংদগী তাদ্বোকখি। নুংশিবগী মৈমা চাকজরা নিজামনা শিরবসু শিনা জাহানাবাবু অরোইবা ওইনা অমুক্তং উত্নজনীংদুনা লাকখি। অদুবু নিজাম শাহাজাহানগী য়াথংদগী মথবায় থাখি। নুংশি বারী অসিগী মৌরিবা ইতিহাসকী মফমদু অইবীনা পাল্লি :

> দেবান নিজামউদ্দিন অমসুং শাহাজাদী জাহানারাগী অমর
> ওইববা প্রেমগী বারীনা ইতিহাসকী লামায়দা ময়েক লানা
> ইদুনা লৈরি। নুংশি শম্নুংবম য়ৌহৌদবা ফায়না মৈশা
> লাংলবা নুজা পাখং অনীগী পীরাং ইতিহাসকী লামায়
> চোৎহন্দুনা লৈবি।"

নুংশি বাইথুংনখিদ্রবা জাহানারানা মাগী পুন্সিগী অরোইবা শরুক্তা পিবাংগা লোয়ননা মাগী হকচাংবুসু নিজামগী কবর মনাক্তা পোথাহনবিনবা হায়জবদু ঔবজজেবনা পাঙথোকখি। ইতিহাসনা লাচনবিরমদ্রবা নুংশিবগী বাবী অমবু বারীমচা ফলাগী উফমদা হাপচিন্নবা নীনা দেবীনা হোৎনজে। অদুম ওইনমক প্লোট অমসুং ক্রাফসমেন্সিপকী অশোনবা কয়ানা হিষ্টরিকেল নেবেত্তিব-লোমদা নকশিন্নহল্লে।

থাথায়গী *চেফোঙ ইরাৎকী* মতুংদা ফোঙলকখিবশিংদি — *খুদোল*

(১৯৭৭, লালা, হিজম বীবেন্দ্র) অমসুং *লংদাই* (১৯৯৪, লালা, ঙৌবরেন) অসিনচিংবনি।

থাদা অমুক্তং ফোঙবা চেফোঙ

ববাক তম্পাক্কী থাগী চেফোঙশিংদি *মণিপুবী* (১৯৩৩), *ঐখোয়* (১৯৬৭), *সিদ-মপাও* (১৯৬৭), *সনবিক* (১৯৮৪), *মণ্ডাল* (১৯৮৭), হিংমিন্নসি (২০১০) নচিংবনি।[৮] *ঐখোয়* চেফোঙসি ইমাচাউবী দেবীনা সম্পাদক ওইবগা পবির্দশক প্রিন্টিং প্রেস, শিলচবদা নম্লগা ফোঙবনি। চেফোঙ অসিদা ইমাচাউবী দেবীবু সম্পাদক ওইনা পঞ্জববসু মপূং ওইবা সম্পাদক্কী থৌদাং লৌখিবদি সেবাম রাধামোহননি। *সিদ-মপাও* মকওইনা লোন অমদি মীতৈ লাইনীং লম্বীগী হীবমদা হেন্না মীৎয়েং থমদুনা পুথোকপা চেফোঙনি। 'অপোকপা মকুপ' কী হৌনশঙগী মায়কৈদগী ফোঙলকপা চেফোঙ অসি মতম শাংনা ফোঙলক্লবসু হৌজিক্তি চাং নাইবা ঙমদ্রে।

অঞ্জন লুবাংনা সম্পাদক ওইবা চেফোঙ *সনবিক*না অহানবদা থা ১/১ দা ফোঙলম্লবসু মতুং তাবকপদা থা ২/২ গী ওইনা ওম্থোকখি। সাহিত্য, নাৎ অমসুং পুদিনগী ওইনা পুথোকপা চেফোঙ অসিনা মতম খবদি সাহিত্যগী সেবা তৌবমই। চেফোঙ অসিগী মশীংশিংদা এন. খেলচন্দ্রগী ৱাবেং 'মৈতৈগী অবীবা লাইবিক খবা', জি. সি. তোংব্রাগী 'অতৈগীসু য়েংনবা', কোনসম বিনোদবিহাবীগী 'শক্তিদা মীওইবা' নচিংবা য়াওবি। তোংব্রাগী ৱাবেংদা শেল পাম্বদগী মীওইবনা অমনা অমবু হন্না য়েংনবক্তবা, অবোনবা কাববাব কয়া তৌনবকপা, শেল পায়বে হায়বগী মতিক মানা মানা মহেল্লে খল্লকপা, অমনা অমগী য়েংনবক্তববু পল্লদুনা ইবি ঃ

> নঙবু (শেল) নমা নপানা ৱাবক্তবা জাৎলা কদায়দৈ
> লাকপনো? নমা নপা কনানো? লৈবাক্কী ৱাথোক
> অমোৎপমখৈ কুপথনা থিজিল্লুবগা নশুংলাংগী হেক্তা
> ওইবম্মিনহৈ।[৭]

শেলগী ময়ায়না ঙাওখিদুনা মশানা মশাবু খম্থজবা ঙম্বা শক্তিগী ৱাংমদা লাম্থোবকই। লোয়ননা নীতি গী থৌশিল থৌওং কয়াদগী চনৈনবা ৱাখল পোক্লক্তুনা সমাজ অমা, জাতি অমবু চাউখৎপগী লম্বীদা অচৌবা অপনবা পীবকই। মতৌ অসুম্না মণিপুব অমসুং মপান মণিপুবগী ৱাবেং ইবশিংনা মখোয়গী মমল লৈববা

য়াবেং কয়া ফোঙদোক্লুনা মনুং মপান অনীবু অচেৎপা মবী থম্লনবা অচৌবা থৌদাং লৌবকই।

## থা অনী অনীদা ফোঙবা চেফোঙ

ইং ১৯৬০ গী সেপ্টেম্বরদা খ্বাই থৌগন কাঙবুনা চৈতন্য প্রেস, শিলচরদা নমলগা অঙোম বি সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা থা ২/২গী চেফোঙ *মৈতৈ লৈমা* ফোঙলকই। পংকুই কুইদনা মতম খরা ফোঙলম্লবগী মতুংদা লেপখি। মসিগী চহী তরা মতুং ইং ১৯৭১, মার্চ থাদা মণিপুরী লিটরেরী ফোরম, আসামগী মায়কৈদগী *পান্থা* (চোংথাম গৌব) ফোঙই। মসিগী মতুংদা পুথোক্লবকখিবা চেফোঙশিংদি -- *ঈচেল* (ওক্টোবর, ১৯৭৯, মৈম্রাম ভুবন), *লমজেল* (জানু, ১৯৮০, সাপম বল্লভ) অমসুং *লঙ্গী* (১৯৮১, লাইশ্রম ব্রাকচীং) অসিনচিংবনি।

*ঈচেল*গী তোঙান তোঙানবা মশীংশিংগী মনুংদা —অনুবাদ সাহিত্যগী লমদা এল বিশেশ্বরনা ম্যানকেকবগী 'দি ওয়েডিং দ্যাট ওউন এ ওয়ার' (The wedding that won a war) হায়রসিদগী হন্দোকপা 'লুহোংবনা লান অমা ঙমখিবা', যেংখোম ইবুঙোহলগী 'হৌজিক্কী মণিপুরী শৈরেংগী খোঙচৎ', 'লান মমাঙগী মণিপুরী ড্রামাগী মশক', ররাক তম্পাক্কী মবী লৈনবা ইতিহাসকী মচাক ওইবা য়াবরা কৈশাম বাবুগী 'কাছাড় ডায়েরী', শৈরেংদা তোনুগোপালগী 'লৌ মপু য়োংনা তানবা', ধবলগী 'অসুম্যক কংশিল্লকই', কৈশাম পূর্নেন্দুগী 'অনৌবা থুংলবা জীবশিংদা' নচিংবা মখল মথেল লৈচল কয়া য়াওরি।

তম্পাক অসিগী মণিপুরীশিংগা মবী লৈনবা অরিবা রেকোঁদ কয়াবু কৈশাম বাবুনা থিজিন হুমজিল্লুবগা ময়েক শেংনা মথং মথং ওইনা ফোঙলকই। বৃটিশনা পাল্লবা মতুংদা ইহান হান্না ইং ১৮৭২ দা পাংথোকখিবা মীকোক থীবগী থৌবাংদা লমদম অসিগী মণিপুরীশিংগী অপূনবা মশীং, মতুং তারকপা চহীশিংদা হেনগৎলকখিবগী চাংচৎ, সার্কল খুদিংমক্তা খুন্দাবিবা খুনশিংদুগী মীশিংনচিংবা ময়েক শেংনা পল্লি। মসিতা নত্তনা গম্ভীর সিংহ মহারাজনা কাছাড়দা লাঞ্জেল্লকপদা গুলুমিঞা (মুসলমান) কৌবা নুপা অমগা তোৎন-তিন্নদুনা মহারাজনা ফংখিবা মতেং, মতম অমদা তম্পাক অসিগী মণিপুরী সমাজগী মনুংদা ধর্মগী চয়েৎনবা অমা থোরক্লুনা অচৌবা ঈহৌ অমা লাকপদা মহারাজ বোধচন্দ্রনা য়ায়েলদুনা ইবকখিবা চিঠিগী মরোললনচিংবরু অমুক হন্না ময়ামদা উহম্লনবা ফোঙদোরকই।

য়েংখোম ইবুঙোহলগী 'হৌজিক্কী মণিপুরী শৈবেংগী খোঙচৎ' হায়বা ব্রাবেংদা মণিপুরী কবিশিং-নীলকান্ত, সমবেন্দ্র, শ্রীবীরেন, থাংজম ইবোপিশক, বা কু মধুবীব, য়ুম্লেম্বম ইবোমচানচিংবগী শৈবেংশিংবু শন্নপ্না নৈনদুনা লাল মতুংদা ওইবিবা অনৌবা মণিপুরী শৈবেংগী মশক অমা থমই।

মণিপুরী লিটরেবী ফোবমনা পুথোকপা *পান্থা* চেফোঙগী তোঙান তোঙানবা মশীংদা সৌগাইজম ব্রজেশ্বরগী ব্রাবীমচা 'জুব্রাবগী মৈচাক', শগোলশেম ধবলগী শৈবেং 'অমুক্তসু কুপলক্তে', ব্রাবেংদা চৌধুরী হামিদ উদ্দিনগী 'মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিদা মণিপুরী মুসলীমশিংগী দান', হুইবেম মদনমোহনগী 'ববাক তমদা মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচৎ', শগোলশেম ধবলগী 'নাট্য সাহিত্যদা অসামীয়া', চোংথাম গৌবগী 'কাছাড়ী নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রবু কনানা হাৎখিবগে', সনসম বিনোদকী 'অহন ইবুঙো জননেতা ইবাবত' নচিংবা যাওবি।

হুইবেম মদনমোহনগী ব্রাবেং 'ববাক তমদা মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচৎ' হায়বসিদা ববাক তম্পাক্তা খুন্দাবিবা মণিপুরীশিংগী চাউবাকপা মশক অমা থন্নগা তবামাপলশুবা চহীচানা লোইশিল্লকপগা লোয়ননা বাংলা অমসুং ইংবাজীগী শিক্ষা ফংলবা লমদম অসিগী মণিপুরী মচাশিংগী মনুংদা মমাবোল অমসুং সাহিত্যবু শেমগৎ-শাগৎনিংবগী ঈহৌ পোক্লকখিবনচিংবগী মবমদা পল্লি। অসুম্না অঙনবা মতমদা বাংলা অমসুং ইংবাজীগী শিক্ষা ফংলবা মণিপুরী মচাশিংবু মণিপুবদা পুখৎখিবা, মখোয়না লোন অমসুং সাহিত্যগী য়ূম্ফম নৌহৌননা থোনখিবা পল্লদুনা ইবিঃ

> মসিগী মবীদা পনবা য়াবদি-লম অসিগী মচা কাহাইলালপুবগী ওজা বিহাবী সিংহনা 'পাগলিনী' কৌবা বাংলা নাটক লাইবিক অমা খ্বাইদগী ইহান হান্না মণিপুরীদা হন্দোক্লনা খৃ: কুম ১৯০৫ দা শান্নখি। মণিপুরী অঙাংশিংগী তম্নলাইবিকশিংগী মনুংদা ওজা মকবগী 'মীতৈলোনগী অহানবা তম্নবা লাইবিক' অমসুং ক্ষেত্রিময়ুমগী ওজা মুনানগী 'মীতৈলোনগী অনীশুবা তম্নবা লাইবিক' মখোয় অসি পনবা য়াই।[৮]

**থা ৩/৩দা ফোঙবা চেফোঙ**

*মৈতৈ লৈমা* (১৯১৭-১৮), *জাগবণ* (১৯২৪) অমসুং *মণিপুরী* (১৯৩৩)

চেফোঙশিংনা থুপখিদুনা মতম কুইনা চেফোঙগী মশক উনবকত্রবা মতুং ইং ১৯৫১ গী ওক্টোববদা নোংথোম্বম কুঞ্জমোহননা সম্পাদক ওইদুনা শৃংনা ইবা ত্রৈমাসিক পত্র *আশা* ফোঙই। মমল সিকি অমতমক থাবা শৃংইগী চেফোঙ অসি লাইবিক তমলিবা নহাবোল ছাত্রশিংগী পূক্লীং ঈথিলনা পীবকপা ইমাবোলদা ইদুনা সাহিত্যবু সেবা তৌজনীংবগী ময়েক লাববা খুদমনি। মৈতৈবোলগী সেবা খবতং ওইববসু তৌনীংবগী কল্পবা ঈথিলনা ইং ১৯৫২ মে থাদা *পঞ্জেন* (এন. কুঞ্জমোহন) ফোঙবা হৌই। চেফোঙ অসিগী অহানবা মশীংদা নোংথোম্বম কুঞ্জমোহনগী *জীবন উৎসর্গ* অমসুং মৈস্নাম ভুবনগী *ওক্কবা* কৌবা ৱাবীমচা অনীখক ফোঙই। অসুম্না লমদম অসিগী মণিপুৰী মচাশিংদা ইবগী খুদোংচাবা মফম অমা পীবতা নত্তনা অনৌবা অইবশিংগী মফমদা ইনীংবগী ঈথিল অমসু পোকহনখি।

ইং ১৯৬৫ দা তম্পাক অসিগী জিলা অমা ওইবিবা হাইলাকান্দি মায়কৈদগী সাহিত্যগী লমদা থোইদোক্লা পুন্সি কখোকখিবা সোবাম বাবুসনানা *চৈজিং* ফোঙলকই। মথংদা মণিপুৰী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফালগী মখাদা লিংখৎখিবা কাছাড় মশানা সাহিত্যগী হীবমদা মীংয়েং থম্নকপা পান্দম অমগী মখা পোন্না ইং ১৯৬৮গী জুন থাদা অহানবা ওইনা *অনৌবা ঈচেল* ফোঙই। মসিগী সম্পাদকনা এন. জি গৌবচন্দ্রনি। অসুম্না চেম্থবক্লিবা চেফোঙগী ঈচেল অসিদা ইং ১৯৭৩, জুলাইদা *নোংপোক মৈবা* (ইকংবম চন্দ্র সিংহ), ১৯৭৮ সেপ্টেম্ববদা *নুমিৎলৈ* (আব্দুস সহীদ), ১৯৭৮ ডিসেম্ববদা *খোবিবোল* (ৱাংখেম শবৎচন্দ্র), ১৯৮০ দা *সাহিত্য বীনা* (এন.জি. নবদ্বীপ), ১৯৮৩ মে থাদা *অনৌবা পৃথিবী* (কোম্হৌজম কালেনজাউ), ১৯৮৩ ওক্টোববদা *ৱাকং* (কে. এন. চান্দ), ১৯৯৪ দা *খোবজৈ* (বীবেন লাইশ্রম) অমসুং *মৈবা* (টি. নিমাইচান্দ), ২০০০ ডিসেম্ববদা *য়েনিং* (লাইশ্রম তবনীকান্ত) অসিনচিংবা কয়া অমসু তপ্না-তপ্না য়াওশিল্লকখি।

মণিপুৰী সাহিত্য পবিষদ, আসামনা ফোঙবা *অনৌবা ঈচেলদা* য়াওবিবশিংগী মনুংদা ই. চন্দ্র সিংহগী 'কাছাড়গী ইতিহাস', প্রো কাবাম ইবুংঙোহলগী 'নাগাঁও জিলাগী তেতেলিয়াদা মীতৈ নিংথৌ', শগোলশেম ধবলগী 'অসামীযা সাহিত্যগী ঈহৌ অমসুং খোঙচৎ' নচিংবা ৱাবেং পনবা য়াই। অনুবাদ সাহিত্যগী লমদা মৈস্নাম ভুবনগীনা মি: বউসকিং কুমায়ুনগী 'কিংস ড্রায়েবী' দগী

লৌথোক্লগা হন্দোকপা ৱাবী 'অঙকপা ৱায়েল অমা', ইশুদম শতীশনা 'অনাবকলি', বি.বি. মুতুৱানা সাহিত্য একাদেমী এৱার্ড ফংল্লবা বাজস্থানী কবি সুমেব সিংহ সেখৱাটকী 'মরু মঙ্গল' কৌবা শৈবেং লাইবিক্তগী 'মকডি বো জালো'বু 'মিবাং মহুম' হায়না হন্দোকপনচিংবা কয়া য়াওবি। মসিতা নত্তনা মণিপুব অমসুং মপান মণিপুবগী অইবশিংগী শৈবেং, ৱাবীমচা কয়াসু য়াওবি।

কাবাম ইবুংঙোহলগী 'নগাঁও জিলাগী তেতেলিযাদা মীতৈ নিংথৌ' ৱাবেংদা অঙনবা মতমগী মণিপুব নিংথৌগী ঈ মবী থোকপা মচা-মশুশিংনা মপান লমদা লাকলগা অতোপ্পা নিংথৌগী মচা নিঙোল লৌন-লৈনদুনা চাদা নাউদা শন্দোকখিবগী মবী মখোঙ পল্লি। অইবা মশামক্লা ৱাবী ওইনা তাদুনা লৈববা মফমশিংদা চৎতুনা থিজিনল-হুমজিনবতা নত্তনা হীবম অসিগী মাযকৈদা খঙহৈববা মীওইশিং উনবগা খোমজিল্লকপা মচাকশিংদু শুগাযনা ইথোকলি। লক্ষী সিংহ ডেকানা নিংথৌবোলগী অবিবা কোর্বেকতগী ইথোক্লবা 'মনি কোঁৱৰ আথ্যান' (১৯৪৫, ফোঙবা ১৯৭১) অসম সাহিত্য সভাগী চহীগী চেফোঙ *ৰহদৈ* নচিংবা কয়াদগী মতেং লৌবগা ইবা ৱাবেংনি। মতৌ কবম্মা নিংথৌ ফমথোল ফংখিবগে হায়বসিগী মতাংদা অসুম্মা ইবিঃ

> মণিপুব নিংথৌগী ঈ কপাঙ্গদকি মশু বনসিদ্ধ মজাইবুংঙোনা লমকোয়বা ওইনা জয়ন্তা খৈবাম (খাছিয়া-জয়ন্তীযা) হুৎনা ফাওদুনা লেইহী নত্রগা নেলী লৈপাকতা থুংঙি। . নিংথৌ অনীনা বনসিদ্ধগী পাবী পুবি খংলবদা পেল্লদুনা কোনুংদা ইকাই খুম্মনা পুবকখি। ... মজাইবুংঙো বনসিদ্ধবু লানদা হৈশিংবগী চাংয়েংবা ওইনা অহোম স্বৰ্গদেৱকী মখাদা লৈবা 'নিংথৌ তবেৎ' কী লুচিংবা ওইদুনা জয়ন্তা লানথেংনবা থাই। বনসিদ্ধনা লানদা মাইপাকলবদা অহোম স্বৰ্গদেৱনা লানদা মাইপাক্লকই হায়দুনা 'বনজয় সিংহ' মিংথোল হাপ্পিদুনা লানগী থাং-তা খুজু খুলাইগা লোয়ননা সনা-লুপা মনা মথুম পীদুনা নিংথৌ তবেৎ লৈপাক্কী মনুংচল্লবা 'তেতেলিয়া নিংথৌ' ফম হাপখি। লানদা মাইপাকলবদা তবানি অমসুং কুমৈ নিংথৌনা মখোয়গী তৌবিমল ওইন্না

> মহাক মহাকী লৈপাক্কী ঙমখৈ খায়দোকতুনা মজাইবুংঙো
> বনজয় সিংহদা নিংথৌ অনীগী মজাইবেম্মা অনি পুন্না
> থাজদুনা মীতৈ নিংথৌবু ময়া নিংথৌ ওইখি।[৮]

মতৌ অসুম্না অহোমশিংগী লৈবাক্তা মীতৈ নিংথৌ ওইদুনা পানখিবসি চাওবাক্লা ইং ১৭০৭ অদুবাইদনি হায়না পল্লি। চাবোল শুবোল থল্লবা ঈ মবীগী ওইবা রাবী রাখোঙ অসিমক্তি য়াম্না কুপ্না থিজিল্লগা নৈনবা অমা চঙলি। ইতিহাসকা মবী লৈনবা রাফম ওইবনা নিংথৌ পানখিবা লৈবাক অনীসিগী থৌদোক রাথোক অমদি পাবী পুবীগী মবমদা ইবম্বা লাইবিকশিংদা মনুং হঞ্জিন্না চঙশিন্দুনা য়েংবগী মথৌ তাবি। অদুম ওইনমক রাবেং অসিদা পল্লিবা 'নিংথৌ তবেং' (সাতো রাজা) নৎত্রগা 'অপিকপা নিংথৌ' (পোরালী রাজা) অসি মতিক ময়াই কল্লবা অহোম নিংথৌ স্বর্গদেবকী মখাদা লোই কাবা নিংথৌ কাঙলুপ অমা ওইবনা অহোম বুবঞ্জীনচিংবদা মখোয়গী রাবী রাখোঙ মবীক চুম্না ইশিন-খোৎচিনবিবমদে হায়বা রাফমসিনা (ইতিহাসকাবশিংদা) অমুক হেন্না খঙ্গহল্লি।

অমবোমদা থোকচোম বিশ্বনাথকী 'চাফদ্রবা লাইগী য়েন', ইলাবন্ত য়ুম্নামগী 'মচু', খৈকদ্দিনগী 'ঐগী মুক্তিগী লম্বী' (শৈবেং), নীনা দেবীগী রাবীমচা 'বন-সাই', চা খোশ্মৈগী 'ইম্ফালদা রামৈ', এস. মানিকচান্দগী মথং-মথং নাইনা ফোঙখিবা রারেং 'মণিপুবগী রাংমদা মীতৈবোলগী ইহৌ' অমসুং নোংথোম্বম নোনিগোপালগী 'কসাবদ মীতৈ দ্রামাগী ঈহৌ' নচিংবা অসি থোইদোক্লা শীংথানবা য়াববা *খোবিবোল* চেফোঙগী মচলশিংনি। 'কসাবদ মীতৈ দ্রামাগী ঈহৌ' (ভাবতনা নীংতম্বা ফংদ্রিঙৈগী মমাঙদা) হায়বা রাবেংদা কাছাড় লমদমদা প্রোসিনিয়ম থিয়েটবনা হৌগৎলকখিবা অমদি শান্নবগী মওং মতৌ মবীক চুম্না পল্লি। লমদম অসিগী অহানবা মণিপুবী প্রোসিনিয়ম থিয়েটবগী মতাং পল্লদুনা ফোঙদোকলিঃ

> ঙসিগী সান্নবিবা দ্রামাগী মওংদ সিলচবদ লাইবিক তল্লম্ব
> কসাব অমদি মণিপুরগী সাত্রশিংন পুল্লগ সরস্বতি
> পুজাগীদমক তমখিব 'মীতৈ সাত্র মকপ'ন ইহান হান্ন সান্নখি।
> হায়বিব কাঙলুপ অসিন মথং মথং সান্নখিবসি — মোইবাং
> পর্ব, হবিচন্দ্র অমদি প্রুব চবিত। কাঙলুপ অসিন ১৯১৮
> ইংদা সিলচব মধুরামুখকী মাঙোপ্ত 'মোইরাং পর্ব' সান্নখি।

> 'মোইরাং পর্ব' হায়রবনিন মসান মীতৈলোন্দ সান্নজবে। সান্নখিব মতাংন-মোইরাং হরাওব। উপাক হ্যদুনা ষ্টেজ সেম্মী। হ্ থাউমৈ অনি লাইট বোল্স য়াওদনা ষ্টেজদ অম, মীয়াম মরক্ত অমা থানখি।[১০]

ইং ১৯১৮ দগী হৌগৎলকখিবা ড্রামাগী ঈহৌ অসিদা শকক য়াবকখিবা মণিপুর অমদি মপানগী মীওই কয়াগী মমিং মথা লৈফম্নচিংবা পল্লদুনা মখোয়না করি করম্বা শক্তম লাংখিবগে হায়বনচিংবসু পল্লি। মীতে নিংথৌবোলগী ওইবা ব্রারীদা শান্নবতা নত্তনা বাংলাদগী লীলা কয়াসু হন্দোক্তুনা শান্নে। ইচম চম্না উপাক্লা হারগা শেম্বা ষ্টেজদা থোইদোকপা মেক অপ, লাইট শীজিন্নদনা ধুলোক অমদি পেনানা অখন্নবা যন্ত্র ওইদুনা শান্নবকখিবগী ব্রাবোলশিংনি। অইবগী ব্রারেংদা কাংথোকলিবা মরু ওইবা ব্রাবোলশিং অসিনা লমদম অসিগী ড্রামাগী খোঙচৎ নৈনবদা চাউরবা মতেং ওইহল্লি।

তম্পাক অসিগী জিলা অহুমগী মনুংদা অমা ওইবিবা মণিপুরীশিংনা খুন্দাবিবা হাইলাকান্দি মায়কৈদগীসু চেযোঙ, লাইবিক কয়া ফোঙলক্লুনা লমদম অসিগী সাহিত্য শেমগৎ-শাগৎপদা অচৌবা থৌদাং য়াবি। মতৌ অসুম্না মায়কৈ অসোমদগী পুথোরকখিবা চেযোঙশিংদসু থোইদোক্লা মচঙ ওইবা ব্রাবেং শৈবেং কয়া য়াওবকই। লমদম অসিদগী ফোঙলকখিবা *মৈরা* গী মথং মনাও নাইবা ইশু খবদা লাইশ্রম ব্রাকচাংগী 'বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী চিত্রাঙ্গদা', রাজকুমার গোলাপসনাগী 'চৌরজিৎ মহারাজকী মরমদা', এস. চাউবেনগী 'জাবিবন্দ লৈবাক্তা খুন্দাবা' নচিংবা য়াওরি। অমরোমদা টি. সনায়মচাগী ব্রাবেং 'জীবনানন্দ দাশকী কবিতাদা মীৎয়েং অমা', লাইশ্রম কুলচন্দ্রগী 'তসলিমা নসরিনগী পুস্তি অমসুং সাহিত্য', লাইশ্রম ব্রাকচাংগী 'সাহিত্যদা রোমান্টিসিজম' নচিংবা ব্রাবেং কয়া *খোরজৈ* গী তোঙান-তোঙানবা মশীংদা ফোঙই।

আধুনিক বাংলা কবিতাগী লম্বী তাকপা অমদি লমজিং পুরেন ওইবিবা কবি জীবনানন্দ দাশকী কবিতাদা মীৎয়েং থমদুনা সনায়মচানা 'জীবনানন্দ দাশকী কবিতাদা মীৎয়েং অমা' হায়বা ব্রাবেংদা নৈনরি। ব্রারেংলিবীনা কবি অসিগী শৈরেং — 'ঝরা পালক', 'ধূসর পাণ্ডুলিপি', 'রূপসী বাংলা', 'বনলতা সেন', 'মহাপৃথিবী' নচিংবা শৈরেংশিংদা মমি তাবিবা নীংবা কায়রবা থম্মোয়গী অচাকপা,

পোত্থাফম খণ্ডদবা অমদি চবাংনববা ফীভমশিংবু পুথোকলি। কবি অসিগী টেক্লিক, ষ্টাইলনচিংবদা আইরিশ কবি ডব্লিউ. বি. য়িটসকা নকশিন্নবনচিংববু অনীসিগী শৈবেং পবেং খবা লৌখত্নুনা উৎলি। কবি অসিবু শক্তাক্লেদুনা ইরি ঃ

> 'পঞ্জনিংবদি কবি জীবনানন্দ দাশনা মহাক্কী কবিতাশিংদা শীজিন্নবিবা প্রতীক অয়াম্বদি য়াম্না অকব্বা মখলগী নত্রবসু ফোঙদোকনিংবা ৱাখল্লোন অসিমদি য়াম্না লুথহল্লি খঙ্গহল্লি। মক ওইনা মহাক Impressionist কবিনি হায়বসি সমালোচকশিংগী অমত্তা ওয়বা মতনি।'[১]

বুদ্ধদেব বসুমক্তা কবি অসিগী মরমদা ফোঙদোকখিবা ৱাফম পল্লদুনা অইবীনা কবি অসিগী কবিতাগা শকখঙনবা তাববদি শাংলবা সাধনা অমগী মথৌ তাই হায়নসু ফোঙদোকলি। কবি অসিগী 'মহাপৃথিবী' দা য়েকলিবা হেমন্তগী চিত্রকল্পদা, পোখোক লৈত্রবা লৈহাউ চেন্দ্রবা যুগ অমগী মমি অমদি 'বনলতা সেন' লাইবিক্কী মনুংচনবা 'সুবঞ্জনা' দা মীওইবগী নুংশিবগী মমল চপ চানা পীবা, শান্তিবু পামজবা, নুংশিবা অমদি মীনুংশিবু ঈরাৎচবা, 'পিবামিড' শৈবেংদা য়াওবিবা নীংবা কায়বগী সুবনচিংবা কয়াবু ৱাবেং অসিদা মচা তানা নৈনৈ।

## চহীদা অনীরক ফোঙবা চেফোঙ

লমদম অসিগী থা তকক তকক্তা ফোঙবা চেফোঙশিংদি – *বিজয়া* (ওক্টো. ১৯৬৬, আব কে. গৌবমনি), *ঈচেল* (১৯৭৮, অঞ্জন লুৱাং), *স্তেতৱার্লদ* (১৯৮৪, লৈশুংবম এম.মঙাং), *তাবুনুংদগী* (১৯৮৮), *খোংজেল* (আগষ্ট, ১৯৯৬, ওক্রম মীনা), *নুমিৎ য়ুংবদা* (মে, ১৯৯২, থোকচোম বিশ্বনাথ), নোংলৈ (মে ২০০৬, যেন্দ্রেম্বম কুঞ্জলাল) অসিনচিংবনি। ৱাজকুমারস জেনাবেল ষ্টাডিস এন্দ কালচাবেল বিসার্চনা পুথোকপা *বিজয়া চেফোঙগী* অহানবা মশীংদা লমদম অসিগী অইবা খবগী কললমদগী থোবকপা উপন্যাসকী মমি অমা উবা ফংই। মসিদা আব. কে. গৌবমনিগী 'লৈবিবা ৱথকী চাকা', ইবোংমম আবি সিংহগী 'লাইববা' অমসুং আই. বাগিন্দ্রগী 'লৌনম্বা' (মবীশুবা মতাং) নচিংবা উপন্যাসকী শকক খবা য়াওবি। চহী মবিমুক চাং নাইনা পুথোক্লম্বা চেফোঙ অসি নত্তনা অতৈদি অনী অহুমদগী হেন্না পুথোকপা ওম্লখিদে।

## চহীদা অমুক্তং ফোঙবা চেফোঙ

ইং ১৯৭০ ফেব্রুয়াবী থাদা ইহুন তমখিবা আসাম মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী থৌ পাঙথোকপদা খুমাঙ চাওশিন্নবা শেমজবা পব্লিকেসন অমসুং মেগাজিনগী মীৎয়েং মখাদা *পি-থাদোই* (১৯৭৩, জানুয়াবী) ফোঙই। পবিষদ অসিগী প্রেসিডেন্ট ওইখিবা আব.কে. সুবেন্দ্রজিৎনা সম্পাদক ওইবগা কোটেজ ইন্দাষ্ট্রিজ শিলচবদা নমদুনা পুথোবকখিনি। পুথোবকলিবা চেফোঙসি চেনা ২২৫ পাল্লি। মসিনা লমদম অসিদা ফোঙবা লোন অসিগী খ্বাইদগী চাউবা সাহিত্যগী পত্রিকা অমা ওইজববসু লাইবক থীবদি মখা তানা ফোঙবা ঙমখিদ্রে। মথংদা চহীগী ফোঙখিবা চেফোঙদি মোইবেংজম দেবাশিষনা ইং ১৯৯৮ দা হাইলাকান্দিদগী ফোঙলকখিবা *ঐখোয়গী নহাবোল* নি। মখা তানা ফোঙখিদ্রবা চেফোঙ অনী অসি নত্তনা অতৈ অতোপ্পা চহীগী ওইবা চেফোঙ পুথোক্লম্বগী মবী মখোঙ হৌজিকমক্কীদি ফংদ্রি।

## স্কুল কলেজকী মণিপুরী মহৈরোয়শিংগা ফোঙবা চেফোঙ

ইং ১৯৫৯গী মে থাদা কাছাড়গী তোঙান-তোঙানবা স্কুলশিংদা তম্নবা মহৈবোয়শিংনা মীফম অমা শীন্দুনা 'অল কাছাড় মণিপুবী ষ্টুডেন্টস এসোসিয়েসন' শেমখি। লুপ অসিগী পান্দম অমগী মখাপোল্লা মণিপুবী সাহিত্যগী ওইবা চেফোঙ অমা পুথোক্লবা ব্বাবেপ্লখি। মসিগী মহৈ ওইনা চহী অসিমক্কী সেপ্টেম্বব থাদা এন. জি. গোপীমোহননা সম্পাদক ওইদুনা *ঈচেল* ফোঙই। চেফোঙ অসিদা কাছাড়গী তোঙান-তোঙানবা স্কুলশিংদা তম্লিবা মহৈবোযশিংগী শুপ্পা শৈবেং ১৭ অমসুং ব্বাবেং ১৬ য়াওই। মসিগী মথংদা মোইবাংময়ুম মান্যবাবুনা সম্পাদন তৌবা *মতমগী পাউতাক* (১৯৫৯), জি. সি কলেজ ছাত্র ইউনিয়নগী মায়কৈদগী পুথোকই। চেফোঙশিং অসিনা মখা তানা ফোঙবা ঙমখিদ্রবসু খূৎ থাবিবা অইবশিং অসিনা মতুং তাবকপদা লমদম অসিগী সাহিত্যবু য়োকখৎপদা অঙন্বা থৌদাং য়াখি। চেফোঙ অনী অসিগী মতুং তাবকপদা ফোঙনবকলিবশিংদি *নাচোম* (১৯৮০, জি. সি. কলেজ), *মৈবা* (১৯৮৫, কাছাড় কলেজ), *যেন্নীং* (১৯৯৫, জনতা কলেজ), *নিঙোল* (২০০০ কমেল্স কলেজ, শিলচব) অসিনচিংবনি। মতৌ অসুম্না ববাক তম্পাক্তা ফোঙলকখ্রবা চেফোঙশিং অসিগী মনুংদা খবা নত্তনা

অয়াম্বনা পুন্সি তোল্লোয়নবদি ঙমনদ্রি। মতম শাংনা ফোঙলম্বা চেফোঙশিংগী মনুংদা *নোংপোক মৈবা* অমসুং *ঈচেল* পনবা য়াই। ইরুংবম চন্দ্র সিংহনা *নোংপোক মৈবা* গী অহানবা মশীংদগী সম্পাদন তৌদুনা মপুন্সিগী অবোইবা মতাং (১৯৯৪) ফাওবদা কখোকপা অমগা লোয়ননা পুথোকলমই। লন্নাই পুথোকচবা চেফোঙ অসিগী থোইদোকপা অমা ওইনা 'ইপুগী পাওদম' হায়বিবা কলম অসিনি। মতমগা চুননা অপাবশিংগী মফমদা পাউতাক ওইবা য়াবা ৱারী কয়া লীবিবা পাউদম কাউহনবা ঙমদ্রি।

ইং ১৯১৭-১৮ দগী চেহুবকলিবা লমদম অসিগী চেফোঙগী ইতিহাসনা চহীচা অসিগী অবোইবা ফাওবদা পাউ-চে অমসুং চেফোঙ কয়া শাফোঙলকখ্রে। তোঙান-তোঙানবা মতমদা পুথোক্লবকখিবা চেফোঙশিং অসিদি অয়াম্বনা মপুন্সি তেল্লি। *অনৌবা ঈচেল* অমসুং *য়েনিং* নত্তনা অমত্তা ফোঙবা ঙমদনা মাঙখ্রে। পল্লিবা চেফোঙশিং অসিসু চাং নাইনা ফোঙদুনা অপাবশিংদা খুৎশিন্নবা ঙমদ্রি। পূম্নমক অসি লৈদুনসু ববাক তম্পাক্কী সাহিত্যনা য়েনিং হুল্লক্তুনা শাবেপ তানখৎলকপদা হাব হাপতুনা লৈহাউ লৈহনখিবা লমদম অসিগী চেফোঙশিংনি। থেংখাঙ কয়াদা খুদোংচাদবা মায়োক্লদুনসু চোইজাইননা খুন্দাবিবা জাতি অসিগী লোল, সাহিত্য অমদি নাৎকী শক্তমবু ঙাকশেনবতা নত্তনা মাঙজিল থাগ্লবা অইবা অইবীশিংগী খুৎইবুদি মৈ ইক্লুনা পুথোবকপদা অচৌবা মফম অমা পীখ্রবনি। সাহিত্য কলাবু পামজনা লৌবিবা মীওইশিংগী খুৎইশিংবু চেফোঙগী লামায়শিংদা শাজেল তৌহন্দুনা তীক তীক লাওনা মরু চঙলবা মচল অমা ওইহন্দুনা মতমগী ঈচেলগা চেন্নহনমিন্নবকন্সি। মতমগী য়াওলদা থোবকলিবা অনৌবা নহা ওইরিবা কয়াবুসু মফম অমা পীদুনা শক্তাকপদা চেফোঙনা চাউরবা থৌদাং লৌবি।



নোট অমদি রিফারেন্সশিং ঃ


১। এন তোম্বী, 'কাছাড় লমদমগী সাহিত্য', *সাহিত্য* (সম্পা ), এল দামোদর অমসুং এন তোম্বী, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ২৯ শুবা মশীং, আগষ্ট ১৯৭৬, লা ৪৩

২। Karam Manimohon Singh, *Hijam Irabot Singh and Political Movements in Manipur*, B R. Publishing Corporation, New Delhi, 1989, p 56

৩। *Ibid*, p 50

৪। কে কুলচন্দ্র সিংহ, 'সেক্রেটবিনা পাথোকখিবা পরিষদকী পাওদম, আসাম মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ', *সোভিনির*, হাইলাকান্দি, ১৯৭৭, লা ২

৫। রাজকুমার স্নাহল, *মৈতৈ চেফোঙ*, রাজকুমার পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, ১৯৯২, লা ১২৪-১২৫

৬। নীনা দেবী, 'জাহানাবাগী পীবাং', *ইবাং* (সম্পা ), সোবাম বাবুসানা, হাইলাকান্দি, অনীশুবা শায়োন, ১৯৯৪, লা ২৭

৭। জি সি তোংব্রা, 'অতৈগীসু য়েংনবা', *সনবিক* (সম্পা ), অঞ্জন লুবাং, লালা, অনীশুবা মশীং, ১৯৮৭, লা ৫

৮। হুইরেম মদনমোহন, 'বরাক তমদা মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচৎ', *পাঙ্খা* (সম্পা), চোংথাম গৌর, মণিপুরী লিটরেরী ফোরম, কাছাড, থোইদোকপা মশীং, মে ১৯৮৭, লা ২

৯। ইবুংঙোহল খুমনচা, 'নগাওঁ জিলাগী তেতেলিয়াদা মীতৈ নিংথৌ', *অনৌবা ঈচেল* (সম্পা), সৌগাইজম ব্রজেশ্বর, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম, ৩ শুবা মশীং, সেপ্টেম্বর ১৯৮৮, লা ১২

১০। নোংথোম্বম নোনিগোপাল, 'কসাবদ মীতৈ দ্রামাগী ঈহৌ', *খোবিবোল*, (সম্পা, বাংখেম শরৎচন্দ্র, নহাবোল খোবিবোল সিন্নুপ, লক্ষীপুর, ৫ শুবা মশীং, আগষ্ট ১৯৮০, লা ২৮

১১। টি সনামচা, 'জীবনানন্দ দাশকী কবিতাদা মীৎয়েং অমা', *খোরজৈ* (সম্পা), লাইশ্রম মুসিন্দ্র, নহাবোল খোরজৈ যৌগন্নুপ হাইলাকান্দি, ২১ শুবা মশীং, ফেব্রু ২০০১, লা ২

# বরাক তম্পাক্কী মণিপুরী শৈরেং

মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংনা থুংলখিবসি কুনগুবা চহীচাগী অগুনবা শরুক্তনি। শাংলবা মতম অমদগী নীংথা তম্না লৈজরকখিবা লৈবাক অসিনা ইং ১৮৯১ দা বৃটিশকী লোইলম মখা চনখিদুনা লৈবকপা, অমম অগুান শিন্নবগী তাংকক অসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবশিং চাউবা, কমল, অঙাংহনবনচিংবা তাইবং খোগুদারকখি। থংমু-নাউমু ওইনা চিংগুাখম মমুরধ্বজ, নবদ্বীপচন্দ্র, দরেন্দ্রজিৎনচিংবা থুংলখি। মতম অসিদা নৌনা চগুলকখিবা নোংচুপলোমগী শিক্ষনা চহী চনী হেন্না বৈষ্ণব ধর্ম্মদা লাইমিং লৌরুদুনা থম্মোয়দা মরা অদুনা লৈত্রবা মশানা মশাবু মশক খগুজদবগী মীংয়েং, মাখলদা অনৌব্য অহোংবা অমা পীরকখি। মহে মশিং তম্বগী অহানবা খোগুথাং অসিদা বাংলা লোন অমদি সাহিত্য তমদুনা নৈনরুবদগী মতম কুইনা মীরায়বীরুরবা মমালোন মণিপুরীবু নৌহোননা শকখগুলককুনা নুংশিরকখি। মমালোনগী সাহিত্য চাউখৎহনীংবগী অকনবা ইহল অমা লাক্রুবা মতমসিদা ইং ১৯২৪ তদি কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী মখাদা মেট্রিক পরিক্ষাদা ভর্নেক্যুলাব ওইবা লোন অমা ওইনা থাবা য়াহনখিবসিনা অনৌবা ঈনোং অমা হাপখি। অসুম্না নীংগুমত্রবা মাখলগা লোয়ননা থৌওইবীরুত্রবা, কাউথোক্রুরবা মমালোন অমদি মজাতিবু নুংশিবগী অনৌবা য়াকাইরোল শকপা হৌরকখি। পুক্লীংগী অকনবা ঈহৌশিং অসিগী লীচিংদগী কুনগুবা চহীচাগী অগুনবা শরুক্তদি চেফোগু কয়া পুথোক্লরকখি।

কুনগুবা চহীচাগী অগুনবা মতমদা অইবা কয়া থোরককুনা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী মশক অমা শাগৎপা হৌখি। মতমসিদা সাহিত্যগী ওইবা শৈরেং, ৱারেং, ৱারীমচা, প্রামানচিংবা মখল মখা কয়াগী খুৎইশিং থোরকখি। মতম অসিবু মণিপুরী সাহিত্যগী রিনাসাঁ হায়না খগুলৈ। অসিগুম্নবা মতম অসিদা থোরকখিবা সাহিত্যগী মখল মখা খুৎইশিংগী মনুংদা শৈরেং অসি য়াম্না মরুওইবা লৈচল অমনি। কমল, চাউবনচিংবা কবিশিংনা মখল মখা কয়াগী শৈরেং ইদুনা মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মজরবা নিংখিজরবা মশক অমা শাগৎলকই।

অঙনবা মতমদা লাকলিবা শৈরেংগী মশক অসি হীবম মখল কয়াদা ইববসু মপুং ওইবা মশক্তি রোমান্টিক ওইবা অসিনি। মখোয়না কল্পনা, ইমোসন অমসুং আর্দশ ওইরবা মীৎয়েং কয়াগা লোয়নননা রোমান্টিক ওইববা মণিপুরী শৈরেংগী মশক অমা খুদোল তৌরকই। 'রোমান্টিসিজম'বু চেৎনা থাগোঞ্জদুনা শৈরেংদা অথোৎপা রাহে-রাতা শীজিন্নদুনা অকোয়বদা উবিবা পোৎশকশিংবু সবজেক্তিব ওইবা মীৎয়েংদা য়েংলদুনা ফোঙদোক্লকই। অসিগুম্বা মতম অমত্তদা ওইবকলিবা মশক অনীসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী রোমান্টিসিজমগী খোঙচৎতি বিনাসাঁগা পুল্লে হায়না লৌবা য়াই।

থায়নগী ফজববা সুবদা লন্নাইগী ওইবা তোপ-তোপ্লা মূর্তি অমগা লোয়নননা জাতি অসিগী অশেংবা মশক উৎখিবা চাউবা, স্বার্থত্যাগ তৌদুনা নুংঙাইববু ময়েক শেংহল্লিবা, অরাববু চেজেৎ কোনশিন্দুনা পুন্সিগী মীৎয়েং অমদি আর্দশনি খন্দুনা নুংশিবগী ঈশৈ শকখিবা প্রকৃতি কবি কমল অনী অসিগা ঈরোয়নননা লাকখি অঙাংহলনা। পূন্না চেষ্টবক্লিবা ঈচেলগী মতাংদা লোংজম জয়চন্দ্রনা ময়েক শেংনা ফোঙদোকলিঃ

> অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী লুচিংবা অনী অসিদা নত্তনা তোঙান তোঙানবা পুন্সিগী মীৎয়েং অমসুং আর্দশগা লোয়নননা মতম অসিদা থোরকই-হিজম অঙাংহল, হরাইবম নবদ্বীপচন্দ্র, অরাম্বম দবেন্দ্রজিৎ অমসুং মখোয়শিং অসিগী মতুংদা নহা ওইনা তুং ইন্নবকই অশাংবম মীনকেতন, রাজকুমার শীতলজীৎ,রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ, খুমন্থেম ইরোহল, সঞ্জেবম নদীয়া, রেদজীৎ, রজনীকান্ত, খুমন্থেম গৌরকিশোর অসিনচিংবা। মখোয়শিং অসি পুল্লপ পূন্না চাউবা কমলগী মতমগী মণিপুরী কবিতাগী মহুৎ শিল্লি।[১]

অহানবগী কাঙলুপতা য়াওরিবা কবিশিং অসি ইং ১৯৫০ গী মমাঙদা লোইনা নোঙাম্লরবসু মদুগী মতুং হায়রদি ইং ১৯৫০ দগীনা '৬০ ফাওবগী মনুং অসিদসু মখোয়গী প্রভাব অমসুং ঈথিল অসুক্কী মতীক কল্লা লৈখিবনা ইশাম শম্না অহানবগী শকক অসিবু চাউবা কমলগী মতম হায়না থোনবা য়াই। মণিপুরী শৈরেংগী রোমান্টিসিজম পেরডনি হায়না লৌনরিবা চাউবা কমল মতমগী শৈরেংগী ঈচেলনা

তপ্পা তপ্পা অহোংবা লাকখিবসি পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদগীনি। অনীশুবা লাঞ্জাওগী চৈথেং ফংলবা মণিপুবদসু অহোংবা কয়া লাকখি। অনৌবা থৌদোক কয়াগী চৈথেং ফংলবা, অহোংবা কয়াগী প্রভাব তাববা সমাজ অসিদা মীওইবগী মগুণ হুম্বকপা, কবপশন, শেঞ্জা-থুমজা পূম্মক অসিনা পুবকলিবা সামাজিক, বাজনৈতিক অমসুং অর্থনৈতিক্কী ফিভমনা মতমগী কবিশিংদা অনৌবা এব্রবনেস অমা পীবকই। মওং মবিল তাদ্রবা সামাজিক অবস্থাদগী চিংনবা, নুংনাংবা খোইশাউনবতা নত্তনা ট্রেডিসনেল ভেল্যুজদা থাজবা থম্বা ওমলক্তে। অনৌবা অমা শেমগৎ-শাগৎনবগীদমক লালহৌবগী ব্রাখল লাকই। লাঞ্জাও মতুং য়াথেগী মতমদগীদি মণিপুবী শৈবেংগী খোঙচত্তা অহোংবা অমা লাকপা হৌবকপতা নত্তনা 'অনৌবা মশক' অমা য়াম্না শাফু লৈনা চঙশিনবা হৌবক্লে। 'অনৌবা মশক' অমগী অহোংবা অসিগী লময়ানবদি নীলকান্ত অমদি সমবেন্দ্রনি। মণিপুবনা ভাবতবর্ষগুম্বা জাতি কয়াগী ধর্ম্মগী সংস্কৃতিগী চাউববা মহাসমুদ্র অমগী মৈইনম্ব্রিমদা তিনগ্রবা মতুংদা ওইবকলিবা মণিপুবী জাতিগী মশকপু নীলকান্তনা থিবকই। নাকন অমবোমদা সমবেন্দ্রনা গনতন্ত্র লৈঙাকলোন অসিনা পথ-পুমথবক্তুনা ওইহল্লকলিবা সোসিও -পোলিতিকেল ক্রাইসিস অমদি মবায় চাইথবকলিবা মীওইবা সমাজগী কবামচাওবা, কবপসন, অশোনবা কয়াদা কবেম্লবকই।

ইং ১৯৫০ গী মতমদগী অনৌবা শক্লোন অমা লৌবকখ্রবা মণিপুবী শৈরেংনা ১৯৬০ অদুব্রাইদদি মপূং ফাবকপতা নত্তনা মণিপুবী সাহিত্যদা মোর্দন টেন্দেন্সিনা মথক থংনা লৈবা মবমনা মোর্দন পেবডনি হায়না লৌনবে। অনৌবা শক্লোন অসিগী ঈচেলদা হুম্ফুতবাগী মতমদা লাকখিবা অনৌবা নহাবোল কবি অমনা মোর্দনিষ্টশিংগী মকওইবা শক্তম কয়া উংলকই। তমথিববা সমাজ অমবু পেন্দবদগী হেন্না নাইতোম তাবক্তুনা অশাউবা লালহৌবগী মওং উংলকই। হৌজিক্কী সমাজগী ফিভম ফোঙদোক্লবা হোংনবদা হান্নগী কলাগী মওংনা য়াবক্তদুনা অনৌবা মফোঙদোক থিবকপদা নোংচুপকী কবিশিংগী শৈহেক লৌবকই। কাঙলুপ অসিগী মাঙজিন থাবদি শ্রীবীবেননি। কাঙলুপ অসিদা ইবোমচা, মধুবীব, ইবোপিশক, বনজিং ডব্লিউ, জ্যোতিবিন্দ্রনচিংবা য়াওরি। মথোয়না ওল্লক্লিবা সমাজগী য়াওনদা মশামক লুপশিল্লগা ইনভোল্ব তৌদুনা অনৌবা ভ্যেলু সিস্টেম অমবু থিবকই। অকোয়বদা লৈবিবা সমাজ অসিদা চংনবিবা সিস্টেম কয়াদা, লৈঙাক্লা, ধর্ম্মদা সংস্কৃতিদা, মোরেলিতিদা অশাউবা অমগা লোয়ননা অকনবা প্রোটেস্ট তৌরকই।

য়ক লাউনা ইচং থৌববা খোঙচৎ অসিমক ইং ১৯৭৯ দা ফোঙলকপা *৭০ দা হল্লকপা নোংলৈ* কৌবা শৈবেং লাইবিক অসিনা মপাঙ্গল হাপকৎখি। চেহ্নবক্লিবা মণিপুরী শৈরেংগী ঈচেল অসিনা মরিফুতবাগী মতম য়ৌবকপদদি অনৌবা কবি কয়া চোংথোরক্নুনা নৌনা হিমায় চুম্বা হৌগৎলকখি।

## বরাক তম্পাক্তা মণিপুরী শৈরেং

ববাক তম্পাক্তা নোংচুপলমগী শিক্ষানা তবামাপলগুবা চহীচাদগী চঙলকপ্রবসু তম্পাক অসিগী মণিপুবীশিংনা মপূং ওইনা ওনশিল্লকখিবদি কুনশুবা চহীচাদগীনি। অদুম ওইনমক মতম অদুগী বাংলা অমদি ইংবাজী শিক্ষা ফংলবা তম্পাক অসিগী মণিপুবীশিংনা মমালোন অমদি সাহিত্যগী মবীদা অকনবা ঈহৌ অমগীদমক থনখিদবা নত্তে। হায়বিবা মতম অসিদা মণিপুববু বৃটিশনা লোই চল্লবা মতুংদা লৈবাক ব্বায়েলগী থবক পুবা য়ানবা অমদি মণিপুবদা মখোয়গী অনৌবা শিক্ষা শন্দোক্লনবগী পান্দমদা তম্পাক অসিগী শিক্ষাগী মঙাল ফংলবা মীওই কয়া মণিপুবদা পুখি। মীওইশিং অসিনা মণিপুবী সাহিত্যগী য়ুম্ফমবু নৌহৌননা থোনবদা অচৌবা থৌদাং য়াখি। মখোয়গী মনুংদা মকব সিংহ, ক্ষেত্রিময়ুম মুনান, জাতিশ্বব, খাইবাকপম নবকিশোব, তোনুবাবু, স্যামজায়, চোংথাম খম্বা, ওইনাম বকুল, গুলাপবাবু, বঙ্কবিহাবী, বল্লভ, বিহাবী, জন্মেজয়নচিংবনি।

নাকন অমবোমদা অতোপ্পা লোন, সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগা তোৎন-তিন্নদুনা হিংলিবা তম্পাক অসিগী মণিপুবীশিংনা মশাগী লোন, সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিবুসু মতম লৈবা খিবিক্তা মিবাইখিদে। অদুম ওইনমক অঙনবা মতমদা ওইখিবা শিক্ষাগী মওং মতৌনা অহানবদা বাংলা অমদি ইংরাজী লোনগা শকখঙ মায়খঙনখি। মসিমক্লসু বাংলা সাহিত্যগা অমুক্কা হেন্না নকশিন্নবগী খুদোংচাবা পীখি। বাংলা সাহিত্যবু শকখঙলুবা অমদি মখোয়গী লোননা খুমাঙ চাওশিনবা মশক অদুনা মমালোনবু নুংশিজবা কনাগী মফমদদি মথুম মবাং হৌখি। মসিমক্লা মমালোনগী সাহিত্যবু সেবা তৌজনিংবগী ইখৌলাংবা অমা পোকহনখিদুনা কুনশুবা চহীচাগী অহানবা তবাগী মতমদা শেল-থুম অমদি সামাজিক অবস্থাদা অশোনবা কয়া লৈরবসু, মমালোনবু নুংশিজবা মীওইশিংগী মবক্তগী লাইনীংহন নাওরিয়া ফুলো চোংথোরকখি। হায়বিবা মতম অসিদা মণিপুবীশিংনা গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মদা পুমলুপ লুপতুনা সংস্কৃত, বাংলা, ব্রজবলী লোনবু লাইগী লোননি হায়দুনা

ব্রায়েং অমত্তা চঙবা য়াদনা লৈরিঙৈনি। মণিপুরী ঈশৈ ভাবগা কপ্পা মীনা অয়ুক নুংথিল শিববদি ক্নাক ওল্লি, অদুগা নুমিদাং শিবগনা মকু ওইনা পোকই হায়না থব্রায় লুপ্পা থাজনবিবা মতমনি। পূম্নমক অসিবু তারুবগা মথব্রায় শোকপগা লোয়ননা চোংথোবকখি লাইনীংহন ফুলোনা।

লাইনীংহননা জাতি অসিগী হৌবকপদগী লোয়নবক্রুবা লাইনীং লীচৎ, লোন অমদি সাহিত্য য়োকখৎননবা অমদি অমুক নৌনা হিংগৎহন্ননবগীদমক ইং ১৯৩০দা 'অপোকপা মকপ' লিংখৎখি। মহাক্কী মীওইবনা পোকপদগী শিবা ফাওবদা শাগোন্নবিবা লাইনীংগী ওইবা শক-শোনবনচিংবদা ইমালোন্না পাঙথোক্কদবনি হায়বসিদা অতোপ্পা লোননা নমহৎস্লবা মমালোন অমদি সাহিত্যবু শেমগৎ শাগৎনিংবগী ব্রাখল্লোন য়াওবি। ব্রাখল্লোন অসিমক্লা লমজিংদুনা জাতি অসিগা মবী লৈনবা হীবম কয়াদা শূৎ থাবা হৌবকই। ইং ১৯১৫ অমদি ১৯১৬ তা *ইনিংথৌ হরিশ্চন্দ্র* অমসুং *রাম বনবাস* বাংলাদগী হন্দোকখি। মতুং ইকুই কুইদনা লমদম অসিদগী অহানবা ওইনা *মৈতৈ লৈমা* অমদি *জাগবণ* চেফোঙ থোবকখি।

ববাক তম্পাক্কী মণিপুরী সাহিত্যদা চেফোঙনা মাঙজিন থাবা ইতিহাস অমা শাগৎপা হৌখ্রবসু খ্বাইদগী অহানবা ওইনা মশাগী ওবিজিনেলিতি য়াওনা সাহিত্যগী শূৎই মথল কয়া ফোঙলকখিবদি লাইনীংহননি। অনুবাদশিং অসি নওনা ইং ১৯৩০দগী ১৯৪০ ফাওবদা মথং মথং ওইনা শুপ্পা লাইবিক কুন (২০) ইখি। মসিমক লাইনীংহননা মণিপুরী লোনদা ফোঙলকপা লাইবিকশিংগী খুদোলনি। মণিপুরী লোনগী সাহিত্য শেমগৎলকপগা য়াম্না মবী লৈনবিবা শূৎইশিং অসি লাইনীং লম্বীদা মায় ওনশিন্দুনসু অতৈ লোনয়ান ইয়াও য়াওদনা মণিপুরীদা ইবকপা ব্রাবেং শৈবেংনি। সাহিত্যগী ওইবা মশক মওং খবা ব্রাংলবসু মহাক্না তৌবমলিবা খুদোলশিং অসিদি ববাক তম্পাক্কী সাহিত্যগা থানবা য়াদে। মহাক্কী লাইবিক অয়াম্বা লাইনীং লম্বীগা মবী লৈনবা হীবমদনি। ইবকলিবা মওংদি শৈবেং অমসুং ব্রাবেংদনি।

লাইনীংহননা ইং ১৯৪১ দা থুপশ্লবা মতুং মতম শাংনা তম্পাক অসিগী সাহিত্যদা ইকং থোক্কুনা লৌশিং তাখি। মকওইবা মবমশিংগী মনুংদা পৃথিবীগী লাঞ্জাওগী চৈথেংসু অমনি। লাঞ্জাও অসিনা পুবকপা অব্রা অনা, লাঞ্জেন্নবা পূম্নমক্কী খুদোং চাদবশিং তম্পাক অসিদসু ফংখি। মহৈমশিংগী লমদা মাপ্প খজিক

ওননিংদবগীবা, অমাঙদগী শেলথুংগী কাঙ্গ্লা খোইদোক্লা খুমাঙ চাওশিল্লক্কবা জাতি অসিদদি অচৌবা চেপোং অমা ওইখত্রে নাত্তনা তংতাবা পুলিদা অকায়বা কয়া পুবকখিশ। কুঞ্জমোহনচাদনশিং কয়া চিংচিনসু যাওগী মতমদদি চেফোঙ কয়া পুথোক্লুবকখি। মতম অসিদা গর্ভমেন্ট হাইস্কুলগী ছাত্র অমসু ওইরিবা নোংথোম্বম কুঞ্জমোহননা মরেকাইগী বাখল থিনবা কয়াগা চুংশিন্নবগা মশামক্তা সম্পাদক ওইদুনা খুৎলাইবা *ঙমগা* (ওক্টো. ১৯৫১) অমদি *পঞ্জেন* (মে. ১৯৫২) ফোঙই। মথা শমথনবগা ওইনা *মৈতৈলেনা* (১৯৬০), *ঈবাৎ* (১৯৬১), *চৈজিং* (১৯৬৫), *বিজয়া* (১৯৬৬), *সিদ-মপাঙ* (১৯৬৭), *ঐখোয়* (১৯৬৭) নচিংবা ফোঙনবকখি। চেফোঙশিং অসিনা সাহিত্যবু নুংশিজবা তম্পাক অসিগী মীওইশিংদদি খোয়রাংহনবত্রা নত্তনা তৎকদৌরুববা ঈচেল অমবু শমথদুনা চেম্বুরকপদা অচৌবা মতেং ওইখি। মশা মশানা পামজবা মখল মথা খুৎই কয়া চেফোঙশিং অসিদা হাপত্তুনা ফোঙনরকখি।

লাইনীংহনগী মতুং লমদম অসিদা অহানবা ওইনা শগোলশেম ধবলনা ইং ১৯৬৮ দা শৈরেংগী লাইরিক *সনরিক পবেং* ফোঙলক্লুনা ঈচেল অসিবু অমুক নৌহৈনননা শমথবকই। মসিগী ঈকন-ঈনিননা অনৌবা ঈনোৎ হাপখিবদগীদি মথং মথং ওইনা লমদম অসিগী অইবা কল্পনা সাহিত্য কলাগী মখল অমা ওইবিবা শৈরেংগী লাইরিক কয়া ফোঙনরকখি। মতম অসিদা সৌগাইজম ব্রজেশ্বর, নবদ্বীপ, তোনুগোপাল, খৈরুদ্দিন, নীলধ্বজনচিংবা খোঙ থাংজিল্লকখি। চহীচা অসিগী হুম্ফুগী মতমদগী শমথদুনা চেম্বুবকপা ঈচেল অসিনা তপ্না-তপ্না মতমগী খোঙথাংগা লোয়ননা পাকথোক চাউথোরকখি। কুনশুবা চহীচাগী অবোইবা চহী কুনগী মতমদদি খুৎই অসিদা লমদম অসিগী অইবা কয়া থেংনরে। মতম অসিদা থোবকখিবশিংদি -সনামচা, সহীদ, পবিমল, কালেঞ্জাউ, আর.কে.আই, ধনঞ্জয়, বিশ্বনাথ, ইলাবন্ত, ইবা, অতোল, নিমাইচান্দ, বিনোদবিহারী, ফুরনীকান্ত, মীনা নীলকন্ঠ, বীবেন, গৌরহবি, মেঞ্জব, নবীন, মুসিন্দ্র, অঞ্জনা, তাহীব আলী, নোনী, নন্দকুমার, সাজৌ, উষাবানী, লিলি, বিদ্দিত, শান্তকুমার, বিদ্যাসাগব, হোদাম্বা, আব্দুল হামিদনচিংবনি। মসিমক্তি শুক্রদ্ব চীংনুংদগী হৌবকপা ঈচেল মচা অমনা থেক্লা খোয়না চেল্লগা পাকথোক চাউথোরক্লুনা অচৌবা সমুদ্রগী ঈপান্দ তল্লকপনি।

তম্পাক অসিগী মণিপুবী সাহিত্যদা খুৎথাবক্লিবা অইবশিংনা খুদোল

তৌরকলিবা সাহিত্যগী খূৎই মখলশিংগী মনুংদা পাম্না অমদি মশীং য়াম্না পুথোক্করক্লিবদি শৈরেংনি। মসিমক্তা খূৎইশিং অসিবু নৈনবা হায়বসি তবাই তরাইবা নত্তে। মায়কৈ অসোমদা চঙশিন্নুবদা খূৎইশিং অসিগী মশক মওং, হীরম য়েংলুরগা, মতম অমা লেপথোকপা হায়বসি তঙাইফদবা অমা ওইববসু খুদোংচাদবা কয়া মায়োক্লবি। মায়োক্লরিবা খুদোং চাদবশিংগী মবক্তা পনবা য়াবদি— অইবশিংনা লাইবিক অমদগী হেন্না ফোঙলক্তবা অমদি মতম শাংনা লেপলুবগা অমুক ফোঙলকপা, চেফোঙদতা খূৎ থাদুনা ইবা অদুগা লন্নাই ওইনা লাইবিক ফোঙলক্তবনচিংবনি। পূম্নমক অসি নৈদুনসু তম্পাক অসিগী চেম্বক্লিবা শৈরেং সাহিত্যগী খোঙচৎ অসিবু য়েংলগা মখাগী অসুম্না খায়দোক্তুনা থম্বা য়াইঃ—

(ক) লাইনীংহনগী মতম (১৯৩০-১৯৪০),

(খ) নীংতম্নবা মতুং ১৯৫০ দগী ১৯৮০ গী মতম অমসুং

(গ) ১৯৮১ দগী হৌজিক ফাওবা

খায়দোক্লিবা মতমশিং অসিদা অইবশিংগী থিম, মীৎয়েংদা য়েংদুনা থম্বগী মহুত্তা মখোয়গী খূৎইনা মপূং ফাবক্তুনা চপচাবা ফিদা অমা কন্নবা মতম অদু য়েংদুনা থম্বনি। অদুম ওইনমক অইবা খবনা অনীশুবা তাংককতগী খূৎথাবা হৌরগা চহীচা অসিগী অবোইবা ফাওবদা পুথোবকখিবা খূৎইশিংবুদি মমাঙগী মতমদা পূনশিন্দুনা থমজবে।

ববাক তম্পাক্কী মণিপুরী সাহিত্যদা মপূং ওইবিবা লৈচল শৈরেংগী খোঙচৎপু মতম অহুমথোক্না খায়দোক্তুনা থমলিবা অসিগী অহানবা হায়বদি লাইনীংহনগী মতম অসি থোইদোক্না মকওই হায়না লৌবা য়াই। তাংকক অসিদগী তম্পাক অসিগী সাহিত্যনা অনৌবা মায়কৈ অমগীদমক খোঙ থাংজিনবা হৌরকখিবনি। মসিমক্তা মতম অসিদগী হৌরগা তাংকক অহুম অসিবু নৈনবি।

## (ক) লাইনীংহনগী মতম (১৯৩০-১৯৪০)

অঙনবা মতমদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা ফংলকখিবা বরাক তম্পাক্কী মীতৈমচাশিংগী মবক্তগী অমা ওইবিবা ফুলোনি। ইং ১৮৮৮ গী আগষ্ট তাং ২৮দা হৌজিক্কী হাইলাকান্দি জিলাগী মনুংচন্না লৈরিবা জাবিবোন লাইশ্রমখুনদা পোকই। মতম খবা সবকাবগী ওইবা থবক তৌবম্নবসু ইং ১৯৩০ মতুংদদি লাইনীংহন্না মৈহৌবোলদগী শাগোন্নদুনা লাক্লম্নগা মতম খবা শিথরববা, মাঙথরবা সনামহী

লাইনীংবু নৌহৌননা য়াকাইহল্লকখি। বিভাইভেলিষ্ট মুভমেন্ট অমা শাগৎতুনা জাতি অসিগী মীৎ নাকোং শিংননবা, ইমালোনবু তেক্ত কাইদনা হিংহনবতা নত্তনা সনামহী লাইনীংবু পাকচাউনা শন্দোকলগা মালেম অসিদা খুন্নাই অসিবু মশক তাক্লনবা শিদ হিদাক চাইদুনা মখৌ পোঙনা য়াকাইবোল শকপা হৌবকখি। নীংহন্নবা লৈত্রবা মাগী খোঙচৎ অসিদা ইশাগী লোন অমদি সাহিত্যবু চাওখৎহন্নীংবগী অচেৎপা ব্রাখল অমা য়াওবি। ব্রাখল্লোন অসিমক্তা খুত্তা খোর্জে পায়দুনা ইবা হৌবকখি। ইং ১৯৪১ লাইনীংহননা মীবমলেন থাদোক্তুনা লাইবমলেন্দা তিনদ্রিঙে তেল্লবা মতম অসিদা লাইরিক কুন (২০) ইদুনা ঈহৌ অসিবু পামজবা মীওইশিংদা য়েন্থোকখি।

চেফোঙ পুথোক্তুনা ববাক তম্পাক্তা মণিপুরী সাহিত্যগী মাঙজিন থাবা ইতিহাস শাগৎপা হৌব্রবসু শীংথানবা য়াববা লাইবিক অমা ওইনা ফোঙলকপদি লাইনীংহননি। মায়কৈ অসোমদগী য়েংলগা তম্পাক অসিগী সাহিত্যগী মশক অমা শাগৎলকপদা লাইনীংহনগী চাওববা মফম অমা কন্দুনা লৈবি। মবম অসিনা সমাজ শেমদোকপা অমগী শক্লোন লৌদুনা খুৎ থাবকলিবা লাইনীংহনগী খুৎইশিংদগী মরুওইবা খরদং লৌখৎলগা মখাদা শন্নপ্পা নৈনবি।

*হৌনবুং অমসুং লান্নবুং*

শৈবেং তবানা শাবা ইং ১৯৩২ দা ইবন্বা লাইবিক অসি খৃষ্টগী কুম ১৯৬৪দা বাংলা ময়েক্তা ছাপা তৌদুনা ফোঙই। লাইরিক অসিদা ইমালৈবাকনা অথোইবা লাইফমনি হায়না শীংথাবদুনা তাইবংগী হৌবকফম অমসুং লোইফমসুনি হায়না পল্লি। মীতৈ লৈবাক্তা অহানবা ওইবন্বা শক্লোনবু শেমশাবকপগা লোয়ননা লৈবিবা চয়োলগী নুমিৎ তবেৎনিগী মিংথোলখিবা ব্রবীসু তেন্তক্তা ফোঙদোকই। লাইফম ওইনা লৌজরিবা মমালৈবাককী ফজববা শক্তমবুসু ব্রাংনা থাঙৎলদুনা অসুম্না ফোঙদোকই ঃ

> কৌক্র চীংনা লেমফুনি কংলানদি খোইদৌনি
> লোকতাক সনা তেংগোৎনি মীতৈ থব্রায় ওইবনি
> অচৌবদি তুরেননি ময়ায়দবু চেনবনি
> ঈবীল নমবুল অনীনা ওয়দা য়েৎতা চেনবনি।[২]

মখাতানা কৌক্র চীংবু অথোইবা লাইফম অমনি হায়না লৌরদুনা অহুমশুবা মতাংদা পল্লিঃ

সনাগী চীংদোনদা সনাগী ফমবান্দা
সনাগী সেকপিনবু খনবনি
সনাগী হৌভমনি সনাগী সাৎফমনি
সনাগী মঙাননা ঙানবনি।*

পদ অহুমনা শাবা ত্রিপাদী শৈবেংগী মওংনি। অহানবা অমসুং অনীশুবা পদদা ৬/৬ না শারগা অহুমশুবা পদদনা মাপননা মপান খোপচিল্লি। মীওইবনা শিবগা মীবমলেন্দগী থব্রায় য়াইখীবেননা লাইবৈবাক তানগদবা খমুং লম্বীসিদা মকওইনা থেংনগদবা পাৎ, তুবেল, লোইবী চীং অমত্তা চিখদনা নোঙ্গা লম্বীগী শৈথাবোলবু পবেং ১৬৪ শাংনা শৈথাবকই।

*পামহৈবা*

ইং ১৯৫২ দা ফোঙখিবা *পামহৈবা* মিংথোনবা লামায় হুম্ফুতবা পানবা শৈবেং লাইবিক অসিদদি ইতিহাসকী হৌখ্রবা লামায়দা য়াওবা ব্রাবীবু অমুক নৌহৌননা লীবকপনি। ইনিংথৌ পামহৈবনা পানবা মতমদা লৈবাক অসিদা মীতৈশিংনা কবম্না হিন্দু লাইনীংদা মায়ওনশিনখিবা অমদি লাইনীং অসিনা পাক শন্দোবক্কুনা মতুংদা ওইবকখিবা থৌদোক ব্রাথোক কয়াদা য়ুম্ফম ওইদুনা শৈথাবকপনি।

ইনিংথৌ পামহৈবনা হিন্দু লাইনীংদা লুপখ্রবা মতুং শান্তিদাস গোসাইগী পাউতাক মতুংইন্না য়ানিংদবা থবক কয়া তৌবকপদা মাইচৌ খোংনাংথাবনা নোংমা নৎত্রগা নোংমদি মৈতৈশিংনা অব্রাশিংগী মফমদা মীনাই ওইবখিনি হায়বম্বদুমক মতুং চহী তবেৎ খুন্তাকপদা মীতৈ লীশিং কয়া অব্রাগী লানফা ওইখি। ইনিংথৌ মশামকসু নিংথি তুবেল তোর্বানদা মথব্রায় থাখি। অসিগুম্লবা অব্রাগী লানফম অসিনা লৈবাক অসিগী প্রজা কয়া মফম খণ্ডদনা লাঞ্জেন্নবগী অব্রাবা শক্তমবু অসুম্না শৈথাবি ঃ

নুংসি মকপ খিবিক্তা সেংনা খাইনবদুনা
অব্রাবগী পোৎলুম্বু মকোক থক্তা পুদুনা
থাপখ্রবা চিংলক্তা পুন্সি মতোন লোম্নখি।
মীতৈ খাইবোক অমনা ময়াংলোমদা চেনথদুনা
উমং নাবক মবক্তা উল্লী বাইবী চাদুনা

মতম কুইনা লৈরগা, ময়াং লৈবাক লমদমদা
খুন্দাদুনা লৈনখি। মপামচা মচিন মনাও
মফম মরাং খংখিদে, লোইনা পুমচাই চাইনখি।[৪]

নিংথৌ পামহৈবনা মপুবোইবা লৈরবী ইবোম থম্বালবু নমদুনা মাগী তালোইশিংদা চনখিবা অমদি ইতিহাসকী লামায়দা ময়েকশেংনা লৈবিবা চহী তরেৎ খুদ্রাকপগী ৱারী পুম্নমক অসি, ইনিংথৌগী অশোয়বনি হায়না তাক্লনবা হোৎনদুনা ইবিবা খণ্ডকাব্যগী মওং লৌবা খুৎইনি।

*তেংবানবা অমসুং লাইনিংথৌ লাইপাও*

শৈবেংগী মওংদা ইবিবা লামায় য়াম্নে পানবা লাইবিক অসি ইং ১৯৩২ দা ইরম্বনি। মসিবু ইং ১৯৪৬ তা মোইবেংজম্বা মুনাললনা উনম তৌদুনা অহানবা ওইনা ফোঙখি। লাইনীং লম্বী অমসুং ৱাঙুবোন্দা ইবা তাংকক তবানিথোইদা লাইপাউ ১৮৪ য়াওবি। মমাঙদা য়াওবিবা লাইপাউ তবেৎকা পুন্না লাইপাউ ১৯১ নি। লাইবিক অসিদা তাইবং মপু শিদবগী মতিক মযাই শৈথাদুনা থৌনিজে। মৈতৈশিংগী লাইনীং হিংগৎ ইহৌ অমা নৌহৌননা লাক্লবদা মৈতৈমচাশিংনা হান্নগুম পংথদুনা তুমদুনা লৈবগী মহুত্তা মীৎকপ থোকলো হাযবা য়াকাইবোল শকলি। তাইবংশেম্বা মপুবু মশক তাকলদুনা শৈথাবি। মৈ, ঈশিং, নুংশীৎ, লৈপাক, অতিঙা মঙাগী মপুং ওইবা তাইবং শেম্বা মপুদি অমত্তনি। মসিবু জাৎ তিন্নদবা লোন মান্নদবা কয়ানা মানা মানা পাম্বা মবোননা ইবুংঙোবু শোঞ্জবনি হায়বা ফোঙদোকলি। তাইবং মপুবু ফংননবা তাকলিবা শৈবেংশিংবু না-পু তাবা মান্নবা শৈবেংগী পায়াব ছন্দদা ইবিঃ

অপোকপগী তাইবংনি অপোকপগী কুম্মৈনি
অপোকপদি ইপুবোয় তাইবং কুম্মৈ শেম্বনি
ইপুবোয়দি অপোকপা থৌজাল লৈপুন পীনবিয়ু
ইবুংঙোবু নীংজগে পাংগল লৌশিং ওইহনবিয়ু।[৫]

শৈবেং অসি লাইনীং লম্বী অমসুং ৱাঙুরোনদা য়ুম্ফম ওইবগা ইবনি। কৌক্র চীংগী চীংদোম্দা ফমদেংলিবা লাইনিংথৌদা লাইবেম্বীনা হংবা ৱাহংগী পাউখুম ওইনা মপুগী মতিক ময়াই অমদি তেংবানবনা হৌবকপগী ৱারীশিং অদুবু নেবেটিভ ষ্টাইলদা ইবনি।

*অথোইবা শৈরেং*

ইং ১৯৩৫ দা ইরন্না শৈরেং তরানা শাজিনবা লাইরিক অসি ইং ১৯৮৮ দা ছাপা তৌদুনা ফোঙই। শৈরেংশিং অসিদা ইমালোন অমদি ইনাংপু থম্মোয়শেংনা নুংশিজবগী মশক উবা ফংই। শৈরেংশিং অসিদা ইমালোন অমদি ইনাংপু থম্মোয় শেংনা নুংশিজবগী মশক উবা ফংই। মশা-মশাগী লোননা শক শোন্নববু মশা মপু য়াথং ইনজবনি, মসিদা মাংই হায়বা ৱাখল্লোন্দা তাথি তাওইনা তৌবিদনবা হায়জে। পোং অমগী মশক্তি অমত্তনি, মদুবু লোন তিন্নদবনা মমিং মথা হেনবা কৌনখিবনি। মবম অসিনা মীগী মপান তাংদনা ইশাগী ইরোলনা শক শোন্নগে হায়বদি 'ঈশ্বর' হায়বা মিংথৈদা 'অপোকপ'নি হায়জগে হায়না ফোঙদোকই।

মীতোপ্পা পুশিল্লকপা লাইনীং লম্বী অমদি চংনবীদা নুশলুবদগী লোন অসিবু নাথৈবীবে। মসিগী মথক্তা মশাগী লোন অসিনা শক শোনববু ঈকাইবদুনা লোন্না থুপ্পা ঙাংনবদা থম্মোয়শোক্না নুংঙাইতবা খোঞ্জেলদা শৈথাবি। ফজববসু খীববসু ইমানি। অদুবু মচাশিংনা ইমাবোলবু থৌশানবক্তদুনা নাথৈবীরক্কবদা মীতে ইমাগী ওইবক্লিবা শকফম অদুবু তবেংশুবা শৈবেংদা মমেকশেংনা ফোঙদোকইঃ

মীতৈ ইমা লায়ববী মতম কুইনা ৱারবী
ঙসি কৌবৌ নুমিত্তা লানগী ইচিন মবকতা
মীচিকখোনদি তাদবা তাইবংনদি য়ৌদবা
তুবেলগীদি মপানদা সেকচায় চাংজৌ তোববানদা
কবি ৱাখন খনদুনা কবি চৈনা খংদুনা
অঙাওবীগী মতমগুম লমবোইবীগী মৰোংগুম
হিকনা হিকনা কপশিবা তোয়না তোয়না তেংথাবা *

মথা চত্থবকপা নিপানশুবা শৈবেংদদি লাইনীংহন মশামক ইমাবোনগীদমক য়াইবী থৱায় থাববসু থানা হোংনজগনি হায়বা ৱাফম থন্নকই।

*থাইন নোংইন*

ইং ১৯৩৬ তা ফোঙখিবা খুৎই অসিদা তেংবানবা মপুগী মতিক মন্নাই অমদি লাইনীংলম্বীগী অথুপ্পা ৱাখলবু শৈবেংগী মওংদা য়াম্না ফজরবা থোং নৌরবা ৱাহে ৱাতানা শৈথাবি। থাবলদা পামজবী থাইবু চুপতুনা লেনজনীংবী সনাগী উপাদা কাইদোংলিবী থাইন কৌবী চেক্লা অমগা নোংজুগী নোংইবু থতুনা মপুদি

লেনজবী, লুপাগী উশাদা কাইদোংলিবা নোংইন চেক্লা অনীনা তেংবানবা মপুগী মতিক ময়াই অমদি লাইনীং লম্বীবু ফোঙদোকপতা নত্তনা তাইবংপানগী যুম্বানলোনগী লম্বী অনী লোংলিবা অসিদা অফ-ফত্ত তান্নহন্দুনা খৎন-চৈনবগী ব্রাবীবু ঈশৈ ওইনা শরুকপনি। লাইনীং লম্বীগী অব্রাংবা ভাব ফোঙদোকপগা লোয়ননা ফজববা কল্পনা অমসুং ইমেজবী কয়া য়াওবি। শৈবেং অসিগী মবীশুবা মতাংদা নোংপোক থংবা মায়কৈদা থাজনা থোক্লকপদা ওইবিবা শক্তমবু অসুম্না শৈথাবিঃ

চিংদোন থকপু ফাওদুনা লাইজ থাবুং থোকশ্রে
থাইন মবাঙ হৌশ্রে; নোংইন চেক্লা ব্রাশ্রে
মাইগৈ নুজা হবাওনা জগোই খুদেক শাশ্রে
লমধাং ফিজি হাইদনা লৈনা লৈনা নোইশ্রে
লৈগী মকপ শাৎপনা য়াতা পবেং ওইশ্রে
লাইজ নুজা ইবেম্মা খিক্লা খেনা হবাওবে
তপ্লা হুম্বা মালংবা মালংবগী পাওতাক্লে
লৈবাং লৈনম ফংবদা খোইমু খোইবা পাইবক্লে
পংবা খোইমু মকপ্লা অহিং নোংজা কাউশ্রে
নুংথিননিবু নিংদনা মপৈ মপৈ পাইশ্রে। [৭]

অন্ত্যানুপ্রাস অলংকাবগা লোয়ননা শাগৎলকপা ফজববা ইমেজবীনি। অমুকসু থাইন অমদি নোংইন চেক্লা অনীনা খৎনবকপদা ওইবিবা ফিভমবুসু ময়েক শেংনা ফোঙদোকই।

নৈনবিবা লাইনীংহনগী খূৎই খবসিদগী খঙবা ঙমলিবদি লাইনিংহনগী খূৎইশিংদা ধম্মগী মিংদা লৈখা তাখ্রবা মজাতি অমসুং মমালোনগীদমক অকনবা থৌনা অমগা লোয়ননা থম্মোয় শোক্লা ফোঙদোকপনি। মপূং ওইনা মৈহৌবোল, লাইব্রা লাইবোল, মৈতৈগী শক্তম তাকপনচিংবা হীবমদা মীৎয়েং থমদুনা মশাগী ওবিজিনেলিতি লৈনা পুথোবকপনি। মৈতৈগী পুয়া পুদিন কয়া থিজিল্লুবগা লাইনীংহননা ইপা-ইপুগী খোঙ্গুল মাব মাবদুনা থিবকখিবনি মীতৈ খুন্নাইগীদমক্তা লম্বী লমতাকপা লময়ানবা অমা ওইনা। গৌড়িয় ধর্ম্মদগী থৈদোক্তুনা মীহৌবোলগা মবী লৈননা ধম্মগী য়াওলনা নুংগী ঈচেল ওইবিবা শৈবেংগী খোঙচৎনি।

ফোঙদোক্লবগী মায়কৈদা শৈবেং সাহিত্যবু খূৎলাই অমা ওইনা পামজনা অমদি হৈননা শীজিন্নকবনি। থোইদোক্লা নাওবিয়া ফুলোগী খুদোলদি মমালোনবু নুংশিজবা, মমালোনবু চাওখৎহন্নীংবগী অচেৎপা রাখল, মীৎয়েং, লৈবা অমসুং মদুবু ফোঙদোক্লবা হোৎনবস্না খূৎফমশিং অসিদা উবা ফংই।

**(খ) নীংতম্লবা মতুং ১৯৫০দগী ১৯৮০গী মতম**

ধর্ম্মগী রাফম্না মপূং ওইবগসু মশাগী লাইনীং অমসুং মমালোনবু নুংশিজবা ফুলোনা রানা হোৎনজদুনা ববাক তম্পাক্রা মণিপুবী সাহিত্যগী যুম্ফম থোল্লম্না মতুং খবদি সাহিত্যগী লৌবুক্তা লৌশিং তাখি। শাংলবা মতম অমগী ওইনা শৈবেংগী ঈচেল লেপখি। অনীশুবা লাঞ্জাও অমদি ভাবতকী নীংতম ঈহৌ, অমুকসু শেল-থুমনা পীবকপা চৈথেংদা লাইবিক লাইশুগী লমদা অশোনবা লৈখিবনা অচৌবা মবম ওইবি। অদুম ওইনমক ইং ১৯৫০ গী মতমদগী চেফোঙনা মখা শমথবক্তুনা অনৌবা ঈচেল অমা শাগৎলকই। মতম নাইনা ফোঙলকপা চেফোঙশিংদা খূৎ থাদুনা শৈবেং ইনবা হৌবকখি। ধর্ম্মগী রাফম য়াওদবা অশেংবা সাহিত্যগী মশক অমা শাগৎপা হৌবকখি। চখবকলিবা খোঙচৎ অসিদা নৌহৌননা অইবা কয়ানা চোংশিল্লক্তুনা লাইবিক কয়া মথং মথং ফোঙলকই। মতম অসিদা মশাগী ওইবা লাইবিক ফোঙনদুনা সাহিত্যগী লমদা ফিদা কন্নবা হোৎনবকখিবা অশৈবশিংগী শৈবেংগী খূৎই, খূৎফোঙদোক মীৎয়েংবু পূন্না য়েংলগা থোইদোক্লা মপূং ফাবগী লমদা খোঙথাংজিল্লবা, শীংথানবা য়াববা কবিশিংগী শৈবেংশিংবু নৈনবি।

**শগোলশেম ধবল (১৯৩৬-)**

নীংতম্লবা মতুংদা চোংথোবকপা ববাক তম্পাক্কী অইবশিংগী মনুংদা অহানবা ওইনা শৈবেং লাইবিক *শনবিক মচু* (১৯৬৮) ফোঙলক্তুনা অনৌবা ঈহৌ অমা শাগৎখিবা কবিনি। চহী কুন্থ্রামুক্কী মতুং অনীশুবা ওইনা *ঐ পোকপগী পুঙজাদু* (১৯৯৭) ফোঙলকই। শিনফমদা অক্কী ওজা অমা ওইনা বিয়েলিজমগা ঈবোয়ননা চৎচববসু সাহিত্যগী লমদদি অহানবা খোঙথাংজিল্লকপদা বোমান্টিক সুববু পামজনা শৈশকলকই।

*শনবিক মচু* কৌবা শৈবেং লাইবিকতা হৌজিক্কী পুক্নিগী তপথদ্রবা শক্রোন অমা য়াম্না ঈখৌলাংবা খোঞ্জেলদা বোমান্টিক মুদ অমসুং ভোনগী মহাউ ময়েক শেংনা পীবদুনা পুক্নিগী ঈশৈ শক্লবা লাক্লবি। বোমান্টিক সুববু পামজবা কবি অসিনা

মালহৌনরবা কবিগী থম্মোয়না পোৎশক পুন্নমকপু ফজবগী শক্তম ঙাক্তা ওইনা পুক্নীংদা ফাওরকই। নুংশিবগী তাইবং ঈপাক্তা চেহ্নখিদুনা নুংশিবগী মহাউ চুপ্পগা নুংশিবগী শক্তমদা শাগৎলিবা কবিতাশিংদা কবিগী পুক্নীং হককাংগা অমত্তা ওইখিবম্মী। চেহ্নবিবা ঈচেলসিদা কবিগী খাখল মীৎয়েংদগী নুংশিববু শক্লোন কয়াথোক্লা উবকই। থম্মোয়নুংগী নুংশিবগী লৈনা মথং মথং হাইদোকলুবদা কবিনা খঙলক্তুনা হায়বিঃ

কায়নবতনা নংগী মীংথোল ওয়রবনিকো  
নুংশিবা !  
অমম্বা অঙানবা অৱাবা নুঙাইৱা  
পুন্নমক্কী খোঙকাপ খুদিংদা।[১]

কায়নবতনা মিংথোল ওইরবসু নুংশিববুদি থম্মোয়নুংদা চেৎনা লাৎচৈ।

*তাজমহল* শৈবেংদা নিংথৌবেল শাহ্জাহানগী কায়রবা থম্মোয়গী কাচিনদগী ঈহৌবকপা নুংশি মূর্তিনা শাগৎখিবা নুংঙৌগী ফুবা তাজমহলগুম মাগীসু থম্মোয়নুংদা লোইবা নাইদ্রবা মূর্তি অমা শাগৎলি। নুংশিজরিবা কল্পনাগী মূর্তিনা মহাকালগী গর্ভদা লুপচক্রবসু নিয়তিগী চৈবাক ফংনা ফংনা নীংঙমহৌদবগী চৈনাখোল ময়াম অমগী মবক্তা লোইবা নাইদ্রবা, মাঙবা লৈববোইদ্রবা মূর্তি অমদি কবিগী তেকথববা থম্মোয়না শাগৎলি। *শনবিক মচু*দা মহৌশা লাইবেন্নীগী ফজববা শক্তমবু বর্ণনা তৌবতা নত্তনা কখোকপগী গুণবুসু ময়েক শেংনা তাকলি। শাগৎলিবা শক্তম অসিদা কবিনা পুন্সিগী নুং-থুপ্না লৈবিবা অৱা-অনাগী শক্লোনবুসু ময়েক শেংনা উৎলি। অহাংবা অমদগী লাকখিবা পুন্সিনা মতম লোইবদুনা অহাংবা অমদা অমুক তিনখিবা মশকপু *কেনখিবা উনা'মদা* হায়বা শৈবেংসিদা নিংথিনা শাগৎলবা ইমেজবী অমগা লোয়ননা পল্লিঃ

কেল্লেদো ঙসিদি  
ইংলবা নিংথমগী নাক্লেন থাদা  
মালেমগী অৱা মৈচাক কোকতুনা  
পুন্সি পন্দোন লোমলেদো।[১০]

নুংশি ঈখৌলাংজবা, রোমান্টিক সুরবু পামজবা কবি অসিনা নুংশিবগী ঈশৈ শকপমখৈ শক্লন্নবা মতুং নৌহৌননা খোঙচৎ অমদা কুমথরদুনা *ঐ পোকপগী*

*পৃথজাদু* কৌবা শৈবেং লাইবিক ফোঙলকই। অহানবা শৈবেং লাইবিক্তগী চহী কুন্থ্রামুক্কী মতুংদা ফোঙলকপা শৈবেং লাইরিক অসিদদি কবিগী লোন, বাখল, মীৎয়েং পূন্নমক হোংবগী মশক অমা উবা ফংই। শাংলবা মতমগী খোঙচত্তা উবকপা, তাবকপা, থেংনখিবা অমদি কবিগী থম্মোয়দা ফাওবকখিবা অনৌবা শক্তম ময়াম অমনা পীবকপা আশা অমসুং থাজবা মাঙশিল্লকপা নাইতোম তাবকপা, মমৈ মকোক ওন্ননা উশিল্লকপা মীৎয়েং অমদগী মহাক্কী শৈবেং থোবকই। রোমান্টিসিজমবু থাদোকপা ঙমজদ্রবসু মতমগী অহোংবা কয়াগা লোয়ননা সমাজগী শক্তমনা চৈথেং পীবকপদগীদি মোর্দনিজমবুসু পামজনা কোনশিনবগী মশক অমা ময়েক শেংনা উবা ফংই। মসিমক্তা কল্পনাগী সংসাবদগী নাথৈদুনা বিয়েলিষ্টিক ওইবা মশক অমা শাগত্তুনা উৎননবা হোৎনবকই ঃ

কাউবা হৈববদি কাউথোকপ্রো ঃ মফম অসিদা মী লৈ।
তীন কাঙ খবা লেম্পপোষ্টকী মাইগৈ মবীদা
পাইদুনা শান্নবৈ।[১১]

মতমগী হোংবা নাইবা ঈচেলদা, হিংবগী মৈখুবক্তা মীওইবনা মতম কয়াদগী পৃথিবীদা খোঙদাদুনা লাকই। মীওইবনা পুন্সিগী হিংননবা লানফমদা অমনা অমবু থাজবা লৈবক্তবা, অবিবগী চন্নফম লৈবক্তবা, 'অচুম্বগী মশক' উবক্তবতা নত্তনা অচুম্বগী শকক লৈবক্তে। হাৎনা শুনদুনা মশাগীতা ওইজনবা থিবকপদা সমাজদগী নাইতোম তাবকপা মীগী শক ময়াম অসি উবম্বগা ইতন তন্থবক্তুনা তমথীবা মী অমা ওইনিংলকই। পৃথিবীগী খোযদৌদা খুত্তুমনা তীক লাউনা শুদুনা লৈজবা পূন্নমক নৈখায়বন্নগা পূমনৌ নৌবা কবিগুম্বা মণ্ডং শেমগে খল্লবসু অনৌবা অহেনবতা পাম্বা, অনৌবা সভ্যতাগী মঙ মঙলিবা কল কাবখানাগী চাক্তাফম ওইবিবা পৃথিবীগা লাম্বা পাবা, সমাজ অমদি চৎনবীগা শীংনবা, অকনবা শক্তি পায়বশিংগা মুক্লবা পূন্নমক অবেম্বনি হায়বসি *পৃথিবীগী মখুত্তা ঐ* শৈবেংদা ফোঙদোকই। *মিকুপ খবা, ইবা লোইদ্রিবা শৈবেং, কৌবকখিনু ঐবু* নচিংবা শৈবেংদদি এবর্সদকী মীৎয়েং অমা উবা ফংই। *ইবা লোইদ্রিবা শৈবেং* দা মোর্দন সেন্সিবিলিতিগী মশক অমা উৎপগা লোয়ননা মীওইবা পুন্সিগী মথোঙ মবম খঙদবা মশক, মশানা মশাবু মশক খঙজবক্তবতা নত্তন্না অশেংবা মশক উৎপা ওন্নক্তবা, সমাজদগী নাইতোম তাহৌদুনা তৌফম খঙদ্রবা মীৎকুপ্তা জ্ঞান

মাঙলকপগী মশকশিংবু উৎলি ঃ

কদাইদনো ঐবু খঙদে
ঐ মতম খরদি মাংখুই
বাখনশিংদু কদাইদবু পোত্থারিবা
কনানা খঙগনি
কনানা খঙগনি কদাইদনো ঐবু [১২]

মীৎয়েং অসিগা নকশিন্নরা পুন্সিগী মথোঙ মবম খঙদবা মশক অমসু *কৌবকখিনু ঐবু* শৈরেংদা উবা ফংই। কবিনা ওসিগী মালেমসিদা লৈরিবা মীওইবগী পুন্সি, মচবিৎ অমদি পুন্সি মরেলবুসু *মীগী বাবী খবা* দা ফোঙদোকই। হৌজিক্কী মতমদা মীনা মীবু ওৎনৈদুনা হাৎতোকপা, মীৎকী পীগী মমল লৈবক্তবা, তোন্না তাববশিংগী বাকৎ তাবীনবা লৈরক্তবা, শাদোংতবু পাম্বা কয়ানা শারাক তমগদবগী অচেংবা তাঞ্জা য়েংদুনা লৈনবা ময়াম অসিবু কেন্দর লায়নাগী পাংখকনি হায়না ফোঙদোকই। অসিগুম্নবা পৃথিবীসিদা পোকলুবগীদমক মদোম তেংথাজে।

ধবলনা মীনুংশি লৈত্রবা লৈকংলাগুম্নবা মীওইবগী থম্মোয়, তাইবং মীগী নুঙওনগ্রবা থম্মোয়গী মশক অমা *সমুদ্রগী মপৈ* হায়বা শৈরেংদা অসুম্না পল্লি ঃ

পৃথিবীগী হৈবাং লৈরাংনা থল্লবা
ফজববা উপাল বাপালনা কুংনা হৌরবা উমংদা
নুংশিববা ঈশৈ শক্লিবা
নুংশি চেক্লা পি-থাদোই খোঙগদবা কিশিল্লকই [১৩]

সমাজগী ওইবকলিবা শক্তমসিদা নোংমদি তাইবংপানসিদা মীওইবগী মমিফাওবা শামলকখিগদ্রা হায়বগী চিংনবা অমা শৈরেংসিদা ফোঙদোকলি। মসিমক্তি হৌজিক্কী সমাজসিদা ওইরক্লিবা মশকশিং অসিবু কবিনা নুং য়ৌনা য়েংবা ঙম্বা মীৎয়েংনি। ফীভম অসি য়ৌরবদদি কবিনা মালেম অসিদগী নাম্থোকপা পামলকই । তপ্না তপ্না নাইতোম তারক্লিবা কবিনা ওইরক্লিবা হোৎলক্লিবা পুম্নমক অসিগী হৌবকফম থিবকই। অদুবু হায়গী লৈজবম্বা মশকশিংবু অনৌরশিংনা খুমজিন্দুনা মাঙহল্লক্লবদা লম্মাংনবদুনা হায় ঃ

য়াম্না থাজবম্বা নুমিৎশিংদু অদুম অদুম লোইশিনখি
খঙনদবা পৃথিবী অমা ঐগী ইমাঙদা লেপ্লে

মখোইসি কনানো ঐ খঙদে
ঐগী ইমাগুদা অকিবা ময়াম থুংলে।[১৪]

কবিগী *নোক্তমক নোকই নঙ, খুদোল, পাউ, গাড়ীদগী কুমথবগা,* অমৃত নচিংবা শৈবেংশিংদা শীজিন্নবিবা ইমেজবী খুদিংমক ময়েক শেংই। অনৌবা মীৎয়েং অমবোমদা কবিনা খোঙ থাংজিল্লকুনা অয়াম্বা শৈরেংদা পার্সনেল ভিয়ু অমা পীননবা লাক্লে। পূম্নমক অসি লৈদুনসু কবিনা অচিকপা ফজববুদি মতম পূম্নমক্তা পামজবগী ঈঙ্গিৎ অমা পীরদুনা *লম্বী অমসুং ঈপোম* শৈবেংগী অবোইবদা থন্নকইঃ

তুমিন্না হিদেন মপানগী অচিকপা উখা অমদা ফমদুনা
ঈশিংদা লৈতুন লংদুনা শান্ননিংঙি
অমসুং থরায় তানা য়েংনিংই
ঈশিংগী ঈচেলদা ঈপোমশিংদুনা তিনখিবদু[১৫]

শগোলশেম থবলগী শৈবেংগী থীমদা য়াম্নমক চাউনা অহোংবা লৈত্রবসু শাগৎলক্লিবা শক্তম অমদি মফোঙদোক্তদি অহোংবা লৈতবা নত্তে। বোমান্টিসিজমদা খোঙ থাংজিল্লকপা কবিনা চহী কুম্থা মতুংদদি মতমনা পুবকপা অহোংবদা কন্নমক নিংঙাই তৌদনা চঙশিল্লকই। মোর্দন সেন্সিবিলিতি য়াওবা শৈবেং কয়াবু পামজনা ইবকই। অকোনবা শৈবেং লাইবিক *ঐ পোকপগী পুঙজাদু* শৈবেংদদি ইমেজবীগী ফজবা কয়া ফংই। খবদং পল্লবদা মখোঙ মবম খঙদ্রবা মঙলান অমবু তাক্লবা হোৎনবদা ‘শেবান্নবা মঙদুসু তুমিন্না কবিগুম্বা খবা হায়বম্মী’, নোক্লিংবগী খাংঙমদবা মতৌ উৎপদা ‘নোক্লিংবগী ঈথিল অমা ঐগী ঙকশম য়ৌনা ইনখৎলকখি’, নুংশিববু ফোঙদোকপা ঙমদবগী মতাংদা ‘ঐগী নুংশি বাখলনা চাক্লবা থম্মোয়দু শোব হোনবা ঙমলক্তে’, ‘মশিং নাইদ্রবা মহাকাব্য অমগী সৌবজগৎ’, ‘নুংশিববু তিঙক তিঙক য়েংই’, ‘চজিক ওল্লবা খববগী চে’, ‘চাবোকপীগী শিংলি ময়াম্না বাশকখিবা’নচিংবা ইমেজবীশিং ময়েকশেংনা ফোঙদোক্লিংলিবা নুংগী অর্থ পীবা ঙম্বগী মগুণ চেল্লি। অহানবদা বোমান্টিক কবি ওইনা উবল্লবসু মহাক্কী অকোনবগী শৈরেং লাইবিক ‘ঐ পোকপগী পুঙজাদু’ (১৯৯৭) ফোঙবা অদুদা কবি অসি মোর্দনিষ্ট কবি অমনি হায়বদু ময়েক শেংনা উৎলকই। অহানবা শৈরেং লাইবিক্তা উবিবা, থেংনবিবা অশোনবা কয়াদু শেমদোকচদুনা মপুং ফাবগী লম্বী অমা শেমজবকুনা অনৌবা লম্বী অমদা খোঙ থাংজিনখিবনি।

## সৌগাইজম ব্রজেশ্বর (১৯৩৬-২০০৯)

মোর্দনিজমবু চেৎনা থাজজবা তম্পাক অসিগী অইবশিংগী মবক্তা ব্রজেশ্বরদি লমজিংবনি। ইং ১৯৬৯ দগী হৌজিক ফাওবদা শৈবেং লাইবিক তবেৎ *পিদোন্না হায়জবা* (১৯৬৯), *অশংবা ঈথক* (১৯৭১), *হুত্তোয় খোংবদসু লিঙ্গ হোংবদসু* (১৯৭৫), *প্রজাতন্ত্র নুমিৎ যৌবক্রে* (১৯৭৯), *ইতিহাসকী তিনশিল্লবা মনম* (১৯৮৭), *ওঁবিষ্ণু বিষ্ণু* (১৯৯৫), *হৌগৎলো চান্নবী থোঙ হাংদোক্লো* (২০০৩), *সুনীতাগী ঈশৈ তাসি* (২০০৪), *অখন্নবা শৈবেং* (২০০৪), *লম্বী অসিদা নুংশিজে পোক্লফমবু* (২০০৫) ফোঙলে। মসিগী মথক্তা খোমজিনবা শৈবেংগী লাইবিক *অমৃতকী তাইবং* ১৯৮৪ দা পুথোকখি। মহাক্কী ১৯৮৭ তা ফোঙখিবা *ইতিহাসকী তিনশিল্লবা মনম* হায়বা শৈবেং লাইবিক অসিদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফালনা কামিনী কুমার এৱার্দ (১৯৯০) পীদুনা ঈকাই খুম্নবা উৎখি।

ব্রজেশ্বরগী শৈবেংশিংদা মোর্দনিজমগী ইহুল চেল্লবসু অঙনবা শকক্তা ফোঙখিবা শৈবেংশিংদদি অইবগী কল্পনানা শাগৎলকপা মূর্ত্তিশিংনা অইবগী ফিলিং অমদি ইমোসনগী তিঙ লাউবা খোঞ্জেল খবমখৈ রাৎপনা ফোঙদোক্লিংলিবা ভিজন অদু অপাবশিংদা ময়েক শেংহনবা ঙমদবা মতাং য়াওবি। ক্রাফটমেনসিপকী অশোনবা লৈবনা ফংহননিংলিবা অর্থশিংগী মনাক নকশিনহনবদা অরাবা মতাং য়াওবকই। ইং ১৯৭৯ গী মতুংদা ফোঙলকপা শৈবেংশিংদদি খজিক চেকশিনবগী মমি তাবে। অইবগী রাহে পুক্কেদা লোনগী অশোনবা, অরাৎপা লৈজববসু মতমগী পুন্সি মহিংনা পুবকপা রাখলগী মমি তাবা শৈবেংশিং য়াওদবা নত্তে। সমাজ অসিদা থোক্লিবা চবাংনবা লৈতাফম খঙদ্রবা মতমসিগী শক্তম অমদি লমচৎ শাজৎ মাঙথবকপগী মশক অমা উৎননবা হোৎনবকই। শৈরেংশিংগী য়ুম্ফম শেমগৎ শাগৎপদা মবী লৈনবা রাফম, উক তাকবা অমদি থেংনকবা থৌদোক রাথোক, রাবীশিংদগী মচাক কয়া লৌই। মপুং ওইবা মীৎয়েংদা গণতন্ত্র চৎপা লৈবাক অসিগী লৈঙাকলোয়শিংনা শান্নবিবা রাজনীতি, হুম্বুবা থাক্তা হিংলিবা মীচম প্রজাশিংনা ফংলিবা চৈথেং, চৈথেং অসিদগী নাঙ্খোক্লবগীদমক ঈহৌ শাগৎপনচিংবনি। অমুকসু লৌমী শিল্পী অমসুং রার্কিং ক্লাসকী মীওইশিংগী পুন্সি মশক উৎপা শৈরেংশিংসু ইদুনা লেফটিষ্টকী খোঞ্জেল পীনবা হোৎনৈ।

ভাবতনা বৃটিশ সাম্রাজ্যগী মখুত্তগী ইং ১৯৪৭ তা নীংতম্বা ফংখি। প্রজাতন্ত্র

লৈবাক অমনি হায়না পোঙজবিবা লৈবাক অসিনা মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না চাউখৎপগী হিদান্নবদা কন্না ওনশিন্দুনসু হম্থবা থাক্তা হিংলিবা প্রজাশিংদা নীংতম্বগী ফংফম থোকপা হক অদুবুদি অর্থ থোকহন্দ্রি। গণতন্ত্র চৎপা লৈবাক অসিদা মীয়াম্না শেমজবা লৈঙাকলোয়শিংনদি মানা মানা পামজবা তৌবনা, গণতন্ত্র সমাজগী অওইবা খোঙফম ওইবকই। মীচম প্রজাশিং নোংমা-নোংমগী পুত্থবকই। হিংনবগীদমক পুক্কী হান্না খল্লকই। মসিনা মী মশানা মশাগী মনুংদা লৈবক্তে। লাংফম অসি উকরগা অশৈবনা পিদোন্না অশংবা ঈথক অমগীদমক ঈখৌ লাংজবকই। অদুবু তোল্ল তাববশিংগী অৱাবনা থুমহৎলবা, উপাই লৈজদ্রবশিংগী খোঞ্জেলদি ময়েক শেংবা হেল্লকই । শেঞ্জাউ পায়বা অমদি অৱাংবা থাক্কী মীওইশিংতনা খুল্লিংবা সমাজ অসিদা শুবা নোম্বতনা মপূং ওইবগা হিংলিবা লৈত লাইববা প্রজাশিংগী অৱাবা খম থেংলকই। মীচম প্রজাশিংনা নোংম-নোংমগী অৱাবগী লম্বীদা খোঙ থাংজিল্লকপদগীদি মাগী মাগী হিংননবা অঙম অঙন্বা পাম্বে থিনবকই। মসিনা ইশানা ইশাবু মশক খঙনবক্তে। মীওইবনা পুক্কী তোৰ্ব্বানদা লেপ্লবদগীদি সমাজ অসিগী মীওইশিংগী মবক্তা লৈনবম্বা মবীনা কোমথবক্নুনা চেৎশিন্নবক্তবা অমসুং আইদেন্টিটি খঙনদ্রবা মওংবু *নংসু* হায়বা শৈবেং মচাসিদা ফজনা উৎলি। ওইবকলিবা পুন্সি মহিং অসিনা পুবকপা ৱাখলগী মমি অসিগীদমক নুংহিক্লনা ফোঙদোবকইঃ

তপ্না তপ্না অসুম অসুম
ঐনা শাজবা য়ুমসে অৱাবগী ঈশিংনা
থুমখিদৌবে
হৌজিক ঐহাক কদাই লৈগনি ?[১৬]

ব্রজেশ্বরনা কুনশুবা চহীচা অসিদা মীওইবনা খল্লকলিবা ৱাখল অমদি মীৎয়েংদা মথং মথং অহোংবা নাইনা তপ্না তপ্না তিনশিল্লকপবু 'ইতিহাসকী মমম' ওইনা শীংথাবকই। মদুমক্লা নুংদা চঙশিল্লক্লুনা হংলকপা ৱাহং কয়ানা হৌজিক মতমগী পুন্সিবু মশক তাক্লনবা হোৎনরকই। 'ঐ' অমসুং 'ঐগী' ওইজবা লমচৎশিংবুদি থাদোকপা ঙমদ্রবা ইতিহাসকা শাগোন্নবক্তে হায়বসিনি। লৈবাক প্রজানা অমদি ফম্নাইবশিংনা থন্না তিল্লিবা ৱাজ্যসভাদা দুৰ্য্যোধননা মচীন মনাউমক ওইরিবা পঞ্চ পাণ্ডবপু অরানবা ৱায়েল তৌদুনা অৱাবগী লাংফমদা থাদখি। সভাদুদা

তিল্লিবা মবুধৌ ভীষ্ম, মখোয়গী গুরু দ্রোণাচার্য্য পূম্নমক অবানবা অর্থম্মনি খওনা খওনা দুর্যোধনগী মায়কৈদা লেপখি। থৌদাং অসিমক নীংতম্বা ফংলে খঙ্বিবা গণতন্ত্র চংপা লৈবাক অসিদসু নোংমা কাংদনা থোকলি। মসিগী মহৈদি ঃ

শুমচাববা সমাজকী ইতিহাসনা মদুগী পাউখুম
পিগনি পাউখুমদি সমাজকী হকচাংদা য়েংঙু
মহিকনা থুমহংলবা সমাজ [১৭]

সমাজ অমগী মী অমা ওইনা হিংবা তাববদি মশাগী মিহুন হুল্লিবা, ঈ চেল্লিবা, চপচাবা কন্সসনেস লৈবতা নত্তনা নীংখা তম্বা লৈফম থোকই। নূঙদুমগুম্না অমদা অমুক থাংদ, অর্মনা অমুক নেংশন হিংবদি অর্থ থোক্তে। মী অমনা নুংঙাইনা হিংবদা চঙদবা য়াদ্রবা অমদি হৌবকফম ওইবিবদি নীংখা তম্মনি। নীংখা তম্বা হিংবা নৎত্রগা অর্থ থোক্লা হিংবগী তায়োন্নবা মায়কৈদা প্রজাশিংবু অমম্বগা পাংখক ওইববা লম্বীসিদা পুশিল্লিবসি মতমসিগী রাজনীতিবালাশিংননি। প্রজাগী অর্থ য়াওহন্দবা 'মীচম' গী মমল লৈহনদ্রবা পুন্নবা লৈঙাক অমসুং বোদি পোলিটিক্সনি। মখোয়না চংনবিবা সিষ্টেম অমদি ইদিওলোজি অমত্তবু য়াবা ঙমদে। অসিগুম্বা রাজনীতিবালাশিং অমদি ভারতকী গণতন্ত্রবু শান্নপোংকুম শান্ননীংবা মওংদা শান্নবিবা লৈঙাকলোনগী মশকপু *অনৌবা গণতন্ত্র* কৌবা শৈরেংদা আইরনিকেল ওইনা উংলি ঃ

*শৌগৎপগী কাব্যদা শৌগৎপগী জগৎতা*
অমনা অমবু শৌগৎপা
লম অসিগী মী ওইববদি লাইববসু ফৈ
লম অসিগী মী ওইববদি ইনাক খুনবসু ফৈ। [১৮]

ইতিহাসকী ওইবা থৌদোকশিংগী মনুংদা নীংতম্বা ফংলবা মতুং ইং ১৯৪৮-৪৯ দা কাছাড়দা থোকখিবা 'তে-ভাগা' অন্দোলনসু অমনি। 'তে-ভাগা' আন্দোলন হায়বসি লৌ মপুশিংগী মায়োক্তা লৌমীশিংনা হৌবকখিবা ঈহৌ অমনি। ঈহৌ অসিনা বেঙ্গলগী লৌ মপুশিংনা মতম কুইনদগী চংনবক্লবা লৌফমগী পোথোকশিংবু খাইবোক খাইদোক্নুনা (৫০%) লৌবম্না নিয়মশিংদুগী মায়োক্তা শকক অহুম থোক্লা খাইদোক্লগা অমত্তমক লৌপুদা পীগদবনি হায়না শাগৎলকখিবা ঈহৌনি। ইং ১৯৩৬ দা 'ওল ইন্দিয়া কিষান সভা' না মকহনগ্রবা থা খরগী মতুংদা

মশা অমা ওইনা 'সুরমা ভেলী কিষান সভা' মিংথোন্দুনা তম্পাক অসিদা থুংলখি। অমরোমদা বেঙ্গলদগী হৌরকপা 'তে-ভাগা' আন্দোলনসু সিলেট ফাওবগা কাছাড়দা অকনবা শাফুগা লোয়ননা ইং ১৯৪৬ কী লোইবমদাইদা থুংলখি। ঈহৌ অসিনা তম্পাক অসিগী মফম শিনবা থুংনা শন্দোবকখিবসি ইং ১৯৪৮-৪৯দনি। মসিগী মখা শমথবকপদা কাছাড় জিলাগী বড়খলাদা থোকখিবা জমিন্দাব অমদি লৌমীশিংগী মুক্কবা অমদগী লৌমী প্রজাশিংগী মবক্তগী মীওই তবেৎকী পুন্সি পীখমনহনখি। অসিগুম্লবা খুঙ্গং অসিদা অশেবগী পোক্লফম লমদম ওইবতা নত্তনা হকথেংনবকপনা লৌমী প্রজাশিংনা ফংখিবা অব্রাবগী চৈথেং অমদি শেঙ্গাউ পায়বশিংনা তোল্ল-তাববশিংবু অগুম্বা শক্কুনা তুহৎ-নৈহৎপীবগী ৱাবী কয়ানা অচৌবা ঈথিল অমসু পীখি। মসিমক্তা ব্রজেশ্বরগী শৈবেংদা তোল্ল-তাববা লৈত লাইবগী, অব্রা-মৈশা মায়োক্লবিবা লৌমী-শিগ্মী প্রজাশিংগী মায়কৈদা লেপতুনা খুৎথাবগী মশক উবা ফংই। হামচৎনববা সমাজ অসিগী সমস্যা কোকহনবগী পাউতাকতি পীবা হৈবা, থবক ওইনা পাংথোকপদদি থৌশাদবা পণ্ডিত, মশাগী ইজৎ য়োম্হোক্লগা মশাগী ওইজবা তানবা বাজনীতিৱালাশিংগী মহুত্তা ৱানা শুজ নোমজদুনা, চম্না হিংজবিবা লৌমীশিংবু হেন্না ইকায় খুম্নবা পাল্লকই।

ভাবত জাতিগী লৈখা তাববা, নমথাক তৌবিববা, অচুম্বা ৱায়েল ফংহনবিদ্রবা তোল্লবা লাইববশিংগী ফীভমদা পেন্দদুনা 'লাইববগী ফিজোন লৌথোকপদা তুমিন্না য়েংদুনা লৈবা লমচৎ মহাকাব্যনা তম্বিববা' হায়না ৱাহং হংলকই। নোংমা-নোংমগী মমশিল্লকলিবা লম্বেল অসিদগী নাম্হোক্লনবা মঙালগী লম্বী অমগীদমক খোয়বাংলকই। মুক্তিগী লম্বী থিবকই। পুকচেল খোয়জেল তিন্নদুনা অনৌবা লম্বেল অমদা খোঙদাদুনা 'নুমিৎকী মঙালনা কুপ্পবা পুথ্রী' অমগুম্লবা সমাজ অমগীদমক খোয়বাংলকই। ঈ মশেল থৌবী চিংবী শান্নদুনা লৈবগী মহুৎ, অমনা অমবু চিংথনবগী ৱাখল থাদোক্তুনা 'অপূনবা ঈশৈ' অমনা শৈহৌ ওইবগা প্রজাতন্ত্র লৈবাক অসিগী লৈঙাক মপুশিংদগী নীংখা তম্না হিংননবগীদমক অনৌবা ৱাখল খল্লি।

বাংলা সাহিত্যগা তোংন-তিন্নদুনা মপূং মরৈ ফারকখিবা ব্রজেশ্বরগী ৱাখলনা ভারতকী স্বরাজ আন্দোলনদা খুৎতা কলম পায়দুনা ঈহৌ শক্লগৎচখিবা 'বিদ্রোহী' কবি অমগী লৈনম পুশিন্দুনা নিংশিংহল্লকই ঃ

অৱাংবা অনেম্বগী
মায়োক্তা নঙগী অতিয়া নিকলম্বা খোল্লাও
অশংবগী অশংবা ঈথক-ঈপোম,
ওইবক্লে ভাবত ইমাগী মচা পুম্বগী
থম্মোইগী ঈচেলদা, নঙগী বিদ্রোহী
হিংনবগী মৈবী।[১৯]

লৈনম অসিমক্কী লৈচলদা *নক্তক্লগী মফমদা* অমদি *ফোবৱার্দ মার্চ* হায়বসিসু পনবা য়াই। মসিমক মতম অসিগী হামচৎনববা সমাজ অসিদা মৈখেৎ মচাক অমগী মতেংনা লমজিং মৈবা চুখক্তুনা অশেংবা শক্তম অমা উৎননবা হোৎনবকপনি। লৈবাক অসিগী মনুংদা নীংতম্বগী অনৌবা মশক অমা থিবকপগী মশক *অনৌবা ভাবত* শৈরেংদা ফোঙদোকই। অনৌবা শক্তম অসি শেমগৎ শাগৎপদা অপূনবা য়ুনিটি অমা শাগৎপা তাই। মবোল নাইনা লৈখ্রবা থোঙগী *পৌবোল শৎতুনা অমম্বগী চেকপলনা ৱাংনা পল্লোন নাইনা খাখ্রবা মফম অসিদগী নাম্থোক্লনবা হোৎনবা তাই। মান্নবগী তাযোন্নবদা নাইতোম ওইখিবা কনাদা তাখিবা* অৱাবগী মশক অদুবু সিম্বোল শীজিন্নদুনা *অহিংদা শেন্দ্রাং অমা* শৈরেংদা উৎলকইঃ

পাইথোবকই অহিংগী অতিয়াদা
শেন্দ্রাং অমা মফম খঙদনা
নিংখাইববা মকোন হুনজেকলমদুনা
অদুবু য়েৎশিনখ্রে মাগী শাখপ পুন্নমক
অদুগা থেংজিনলি অনাবা মকোকতো হন্না হন্না
কাখনগী ফক্লাংদুদা[২০]

তোল্ল-তাববা, পেন্দবগী খোল্লাউ খোঞ্জেল থোক্লা লাউবা ওমজদ্রবা মীচমগী মশক য়েক্তুনা শাগৎলিবা ফজববা ইমেজবীনি।

*নুমিৎ চপ য়ুংবা মতম* শৈরেংদা পাৎতা কুমদুনা ঙা ফাবিবা মী, লৌবুক্তা ষনবোৎ শুবিবা লৌমীশিংবু 'মালেম লৈমনা লাইজ ঈপাকপু মথাদা কোনবগুম কোনশিনবীদুনা প্রকৃতিগী মীনুংশিদগী হিংবা ওমজববসু লৈবাক অসি পুবিবা লুচিংবা 'মীয়ামগী সাবথী' শিংনা মখোয়গী পুক্নি অশিবগী ফীভমদা তাহনবনি হায়বা

ফোঙদোকই। *সতী সাবিত্রী* অমসুং *ইমা নঙগী শক্তম কাউজদে* কৌবা শৈবেংশিংদা নুপীগী পোজিতিব অমসুং নেগেতিব ইমেজ অমা য়েকই। হৌজিক মতমদা হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা য়ুমথোং খুদিংদা সতী সাবিত্রীবু লুনা নীংদুনা, সতীত্বগী আর্দশবু খঙনা চৎলবসু থম্বায়না খোয়দাজবা মপুবোইবা ওইকববদি অমম্বদা মখূৎনা মাদুনা অফংবা পাম্বে শীজিন্নে। হোংলক্লিবা নুপীগী মথক মখা ওল্লবা লমচৎ অসিদি *মেটবিয়েল ভেল্যুদা লুপ্লবা সমাজগী হিংবগী ফীভম খেন্নবনা ওইহনবনি হায়বসিনি।*

হন্মুতবাগী মতমদগী খূৎথাবক্লিবা ব্রজেশ্বরনা মীওইবা সমাজ অসিনা নোংমা-নোংমগী হোংলকপগা লোয়নন‌া ট্রেডিসনেল ভেল্যুজশিংবু কাউথোক্লু খিদুনা অনৌবা অবং-অবাক্কী তাইবং অমবু পাম্নবকলিবা মীওইশিংগী লমচৎ শাজৎ, অনৌবতবু মহাউ তংলিবা ফম্নাইবশিংনা ল্যাংদা থুববশিংগী অচেংবা তাঞ্জা য়েংদুনা তুহৎপীবগী মশক, মীওইবা সমাজদা নোংমা-নোংমগী কোমথবক্লিবা লমচৎ, মীনা মীবু ইকাই খুম্নবক্তবা, পূম্নমক অসিনা অমম্বগা পাংখক ওইবক্লুনা নুংশিবা, ফজবা, অচুম্বনা মমি শামহনখিবনচিংবদা মীৎয়েং থমদুনা খূৎথাবকই। অদুবু চহীচা অসিগী তপ্পা তপ্পা নীংখায়বক্লিবা সমাজ, ওইবক্লিবা সভ্যতাগী ফীভম অসিগী মূর্ত্তি অসি শাগৎলকপদা অশেংবা ফীলিং অমদি ইমোসনবুদি ময়েক শেংবা ঙমহন্দবা তোয়না থেংনবকই। মতমগী চপ চাবা সেন্সিবিলিতি অমদি সোসিয়েল এটমোসফেয়র, পুন্সিগী একচুয়েলিটিজ অদু পুথোক্লুনা শৈবেংগী পম্বুং য়ৌবদা নোপ্পা থেংনবা মতাং য়াওবি।

ব্রজেশ্বরগী শৈবেংগী ঈচেলনা ইং ১৯৭৫ য়ৌবক্লুনা *হঙোয খোংবদসু লিঙ্গ হোংবদসু* ফোঙলকপদদি শৈবেংগী টেক্নিক অমসুং মশক অসি মোর্দন ওইববোমদা হেন্না নকশিল্লকই। মতাং খবদা চমম্নবা থোকহল্লবসু ইতিং তিংনা থম্মোয়দা ফাওবকপা লোন্দা অমসুং মশক্তা ফোঙদোকপা ঙম্বগী মশক অমা উবা ফংলে। ঈচেল অসিনা মখা তানা *প্রজাতন্ত্র নুমিৎ যৌবক্লে*দদি মতাং মতাংদা সিম্বোল শীজিন্নদুনা চাংয়েং তৌবা হৌবক্লে। সোসিয়েলিষ্ট মুবমেন্ট অমা শাগৎনিংবতা নত্তনা 'বিদ্রোহী' কবি নজরুলগী খুদুং ইনজনিংবগী মশক অমা মকা ফোংদনা ঈহল ওইনা শাগৎলকই। চাংয়েংগুম্না তেন্তক তেন্তক তৌবা শৈবেং *মিংয়েং, ফোববার্দ মার্চ, মং-তাইবং* নচিংবদদি ফোঙদোকনিংলিবা খবদু ময়েক শেংনা খঙহনবা ঙম্বগী মশক থেংনৈ । লাইয়েকপা অম্বগী তুবীনা ইচম চম্বা লৈই খবা চিংলগা অর্থ লৈনা ফজবা লাই অমা ওইহনবগুম কবিগী পুক্লীংগী মুদ খবদু

অচম্বা থৌদোক অমদি ফীভমদা শাগত্তুনা হৈশিংনা লাম্লোকপা ওয়ই। *ইতিহাসকী তিনশিল্লবা মনম* অসিদদি মোর্দনিষ্ট অমা ওইবগী খোঙফম হেন্না চেংশিল্লকই। হৌজিক মতমগী মীওইবগী পুন্সিগী, মীৎয়েং, ব্রাখল তাক্লনবা হোৎনবদা নুংদা চঙশিল্লক্তুনা ব্রাহং কয়া হংলকই। মীৎযেংদা পাকথোক চাউথোবকপতা নত্তনা পংশাং শাংদবা শৈবেংশিংদা ফজবা ইমেজবিগী মশক মবাং কায়না য়াওবে। *ওঁ বিষ্ণু-বিষ্ণু* দদি সিম্বোল কয়া শীজিন্নদুনা হৌজিক মতমগী মীওইশিংগী মশক অদু উৎননবা হোৎনৈ। মহাভাবতকী ব্রাবীদা যাওবিবা চবিত্রশিং অমদি মখোয়গী লমচৎ শাজৎনচিংববু হৌজিক মতমগী মীওইশিংদা পানশিন্দুনা 'ইতিহাসকী তিনশিল্লবা মনম' অমা ওইনা পুথোবকই। খুদম ওইনা শকুনিবু ফত্তবা থবক শিনবগী লাল্লোং তাকলিবা, দুর্যোধনবু ন্যায় অন্যায় খঙদবা অবোন অথুপকী থবক্তা হৈনববা মীওই, দ্রৌপদীবু মীচঙ শঙ্গ লৈজদবা তোল্ল তাববা প্রজা, মীবজাফববুনা মশাগী ওইজবা তানবদা মমালৈবাকপু মীতোপতা য়োম্লোকপা ওম্বা বিশ্বাসঘাতক ওইবা মীওইশিং অমদি অবোন অথুপ হৈনজবা মীওইশিংবুনা উ, শেকপী, কাং, থাসিগী মচানচিংবনি। সিম্বোলশিং অসি মতাং খবদদি মফম চানা শীজিন্নবক্তবনা কন্সেপ্ট অমদি আইদিযাদু ময়েক শেংনা ফোঙদোবকপগী ওন্ন তৈনবদা ইচম চম্না মশাগী অর্থদুতমক পীবা মতাং য়াওবকই। শৈবেং খবদদি বিয়েলিজমগী চঙ য়ৌবা ব্রা হাযদোবকপা থেংনৈ।

## খৈরুদ্দিন চৌধুরী (১৯৩৯- )

ববাক তম্পাক্কী মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা থোইদোকপা মফম অমা কল্লিবা শীংথানববা কবিনি। পুন্সিদা থোৎ নৌবা খোঞ্জেল অমদি মোং হাদবা তপ্পা ইংনা ঙাংবা শকপা পামজবা কবি অমা ওইনা মহাক্কী শৈবেংগী ঈচেলগী শুবসু মেংই। ববাক্কী ঈচেলগুম মোং হাদে, ঈচেল তপই। হৌজিক ফাওবদা শৈবেংগী লাইবিক তকক - *মীনোক পীবাংগী মীৎকুপ অনিদং* (১৯৭৬), *শবনমগী মবীক অনিদং* (১৯৭৮), *মুক্তা খুজোক অমদং* (১৯৭৯), *বোবাক তোর্বানগী মহাকাব্য* (১৯৮০), *নিংশিঙ মীংশেন্দা* (১৯৮৬), *নোংখোঙ পবেং ব্রাংমদা* (১৯৯৯)নচিংবা ফোঙলে। কবি অসিগী শৈবেং অয়াম্বা ববাক তুবেলগুম মণিপুবগী চীংদগী হৌবক্লগা থেক্লা খোয়না চেম্বুবক্তুনা তম্পাক লমদম শীনবা থুংনা কোয়বগা সুবমাদা তাখিদুনা বাংলাগী সমুদ্রদা তিনম্লি। অসুম্না মীতৈগী চীংদগী হৌবক্তুনসু বাংলা সাহিত্য শমুক্ববনা কবিগী লৈকোনদা রবীন্দ্র অমদি নজরুলগী লৈনম য়াওবি।

মতাংসিদা মাগী অঙনবা মতমগী শৈবেং লাইবিক মবি- *মীনোক পীবাংগী মীৎকুপ অনিদং, শবনমগী মবীক অনিদং, মুক্তা খুজোক অমদং, নিংশিঙ মীংশেন্দা,* পনবা য়াই। থোৎ মেঙলবা অনৌবা শুবগী ঈফুৎতগী থোবকখিবা খোঞ্জেলনা তোর্ব্বান অসিদগী চীংলোন মাপন ব্রাংমা লানখিদুনা মণিপুবী সাহিত্যগী ঈচেলদা তিনখি। কবিগী অসিগুম্লবা খোঞ্জেল অসিগীদমক অহানবা শৈবেং লাইবিক *মীনোক পীবাংগী মীৎকুপ অনিদং* হায়বসিদা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফালনা অহানবা ওইনা মপান মণিপুবগী অইবশিংদা পীবা কামিনী কুমাব মনা ইং ১৯৭৭ তা পীদুনা ঈকাই খুম্নবা উৎখি।

মণিপুবগী চীংলোন কয়া লাম্হোক্তুনা লোন মান্নদবা মীতোপশিংগী মবক্তা তিনজববসু কবিগী শৈহেক্কী ফজবা লোন অমসুং মফোঙদোক্তা চাশিন্নবা অমা উবা ফংই। মহাক্কী শৈবেংশিংদা মপুং ওইনা থন্নিবা শক্তমশিংদি খেন্নদবগী যুম্ফমদা হিংমিন্নবগী ব্রাখল, ঈশ্বব ভক্তি, অচুম্বা ফজবা নুংশিবদা অচেৎপা থাজবা থম্বা, ববাক তোর্ব্বানগী মণিপুবীশিংবু নুংশিজবা, মতমগী অওনবা শক্তমশিংনা নুংহীক্লহল্লিবা থম্মোয়নচিংবনি। অমুকসু কবিনা থন্নিবা মকওইবা আপীলদি কোবৌহনবগী ঙাংঙানবা অয়ুক্তা তিংথৌ মতোনদা পক্লিবা লীক্লা (শবনম) গা পাংখক ওইববা পুন্সি কৈথেলসিদা ধর্ম্ম অমদি মফমগী খেন্নবা পল কয়াবু লাম্হোকতুনা অমত্তা ওইবগী ব্রাখল্লোন্দা হিংমিন্নবনি। খেন্নবা থমদনা মমাবোল মণিপুবী অমদি মবমদমবু থম্মোয় শেংনা নুংশিজবা হায়বসিনি। ছাচা অসিদা য়ুম্ফম ওইবগা মীওইবা জাতিবু নুংশিনা য়েংবা, মীনুংশিবু পামজবা অমদি পুন্সিবু থাজবা পুম্নমক অসিনা মহাক্কী কবি অমগী মীৎয়েংদা ববীন্দ্রনাথকী বিশ্বত্মাগী লম্বেললোমদা চঙশিন্নীংবগী মশক লৌই। মহাক্কী ধর্ম্ম খেন্নদুনসু ঐখোয় অমত্তনি হায়বসিগী মতাংদা ফোঙদোকলি ঃ

ইকবালসু চেক্লানি, চাউবসু চেক্লানি
থোইবীসু পোম্বীনি, হেনাসু পোম্বীনি
মৈতৈগী লৈকোম্নুংদা ঙানথোইবী পুম্নমক।[২১]

ইসলাম অমসুং হিন্দুগী শান্তি অমসুং নুংশিবগী ব্রাফমনি। বোমান্টিসিজমগী খাইদগী মকওইবিবদি কল্পনা (ইমজিনেশন) হায়বসিনি। ইমাজিনেশন হায়বসিনা উবা ঙমদ্রবা পোৎশক পুম্নমকপু উহনবা ঙম্বনা ব্রিক্লিয়ম ব্রেকনদি ঈশ্বব অমগুম্না

লৌখি। হ্বিল্লিয়ম হ্বার্ডসহ্বার্থনদি শৈবেংবু হ্বার্ল্ড ওফ ইমাজিনেশন এণ্ড সেন্তিমেন্তনি হায়না লৌখিবতা নত্তনা প্রকৃতিগী শক্তমশিংবুসু তাইবং মীওইবগুম অহিংবা থব্রায় পানবা ওইনা লৌখি। অসিগুম্না কবিনসু কল্পনাগী থোঙদগী পুক্নিবু য়েংনবা হোৎনখি। পংখৈ লৈতবা মহৌশা লাইবেন্থীগী ফজববা মালেমসিগী শক্তম উকবগা কবিগী থম্মোয় মালহৌনবকই। লৈকোলদা শাংলিবা মচু মচুশিংগী লৈবাংগী ফজবদা, য়েন্নিংথাগী খোইনীংগী ঈশৈদা, থাবলগী ঈপোমদা, য়াকাইবকপগী কোবৌহনবগী ঙাক্তানবা মচুবক্তা তিংথৌ মতোনদা পকলিবা তনিক তনিক শুমহৎপা মীনোক পুবিবা লীক্লাগী ফজবা উকবগা কবিগী থম্মোয়না পেন্না শান্নজে। কবিনা মহৌশা লাইবেন্থীগী ফজববু উকবগা অসুম্না শৈথাবি ঃ

হিজোল পবেংনা তুবেল মপান্দা চিক্লা হ্বাতানবি
শংবান্নবা চীংশাং অদুনা তোর্ব্বান ময়াদা পোত্থাবি
থম্মোয় চাউবা অতিয়ানা চিল্লোকনবি চীংয়াদ,
মীপায়গনবী মালেম লৈমনা মমায় লোৎলী উনাবক্তা [২২]

খৈরুদ্দিনগী শৈবেং অয়াম্বদা তাইবংপানবু নুংশিনা য়েংজবগী, থাজবগী ইহুল চেল্লি। মহৌশাবু সাহিত্যগী থাদোকপা য়াদ্রবা মচল অমা ওইনা লৌই। মহৌশা লাইবেন্থীগী খুৎশেমদা লৈবিবা, হৈপাল-লৈপাল, উচেক-হ্বায়া, নুমিৎ-থা থব্রান্মিচাক অমদি খোইমুনচিংবগী তাইবং অমদা চঙশিন্দুনা ফংজবকপা বোমান্টিক মুদ অদুনা শৈথাবকই। কবিগী মীৎয়েংদা য়েংখি-য়েংখিবদা ফজবতনা থল্লবা প্রকৃতিগী তম্পাক্তা নীংঙায়দনা উচেক হ্বায়াশিংনা চাক্তাবা, থোৎলবা শংবান্নববা শজিক থক্তুনা চাবিবা শজিশিংবু উবগা কবিনা ফোঙদোকলি ঃ

খোয়দাবগী ঈঙলবা পুকচেল
অপেনবগী নুংশিববা মীৎয়েং
ও! কয়াদা পামজবন্নলো ঐহাক্লা
শংবানববা পুক্নিগী অংগুব মহীদুবু
পেয়ালা খুদিংদা হাপ্তুনা থক্লীংলম্মী। [২৩]

কবিগী কল্পনানা মফম অমদগী মফম অমদা কোয়চৎ চৎতুনা থাবলগী ঈশাক্তা, তাবমদাই নুমিৎকী ফজবদা থম্মোয়না পেন্না শান্নজে। অমুকসু চান্নবী অমগী মশক থাবদা মহৌশাগী মশকশিংগা চাংদমনৈ। বাংলা সাহিত্যগা

শকখঙনব্বনা ববীন্দ্রনাথকী লৈবাং লৈনম খবমখৈদি চেন্দবা নত্তে। *মুক্তা খুজোক অমদং* কৌবা লাইবিক অসিমদি ঈশ্বরগী মফমদা চঙজবা, মাগী থৌজালতবু ঈথৌলাংজবা, পুন্সিগী অবোইবা মীৎকুপতু ফাওবা মিংথে শোঙ্গনিংবা ব্রাখলশিংদু ওইনা শৈথাবকই। থৌজাল হৈবা মপুবু থাজজবা, ভক্তি লৈবা কবি চাউবগুম ঈশ্বর ভক্তিদা পুক্নীং লুপচৈ। তাইবংবু শেম্বীবিবা ইবুংঙোনা মঙানগী লম্বীদা লমজিংবীদুনা সংসারগী মায়াদগী কনবিনবা হায়জৈ। মপুবু লাৎচদুনা, মপুগী থৌজান ফংবনা সংসারগী অব্রা নুঙাই ময়ামসিদগী নাম্থোক্লনব্য অমত্তা ওইববা মন্ত্রনি থাজজৈ। ঈশ্বরবু থাজবা কবি অমা ওইনা মহৌশাগী ফজবা পুন্নমকপুসু মীনুংশিগা লোয়ননা য়েংই। মবম অদুনা মহৌশাগী ফজববু থম্মোয়দগী কৈদৌনুংদা লাপ্না লৈহনবা পামদে। প্রকৃতিগী ফজববু নুংশিজবা কবিগী মফমদদি 'থম্মোয়না স্বর্গনি, নুংশিবনা দেবদূতনি'। মবম অসিনা মহৌশাগী ফজবসি স্বর্গগী ফজবগী মমি অমা ওইনা উই ঃ

অচিকপা শবৎকী ঙাংঙ্গানবা অয়ুক্তা
শবনম্না তনিকলি, শুমহৎপা মীনোক্তা
কবোকলৈ লৈকাদা, শুমাং মতোম্দা।
খাংপোকশঙগী মীহুৎথোঙদা উবম্মী ঐনা
মুক্তাবু ঙমজবী শবনম মবীক কয়ানা
ব্রাববা জগৎপু হবাওবা মপাউ তম্বীবা।[২৪]

খৈকদ্দিনগী *মীনোক পীবাংগী মীৎকুপ অনিদং* লাইবিক্কী মিংথোল ওইবিবা শৈরেংসিদা হৌজিক্কী পুন্সি মহিংগা শগোন্নবা ইখঙ খঙহৌদনা লাকখিবা নোংলৈ নুংশিৎ অমনা কবিগী ফুগায়না ঙানজবম্না থব্রায় ওইবিবা আশাগী থাউমৈবু মুৎহনবিখিবা, নুংশি খাঙপোকশঙবুসু ঙম্না য়ৈথেকপীখিবা মীনোক্কী মীৎকুপ অমনা বিদায় তোর্ব্বান ব্রাংমা লান্না চৎখিবদা নাইতোম তাহৌববা কবিগী পুন্সিনা মদোম তেংথাজবকই । ফজবা,অচুম্বা, মীনুংশিতবু পামজবা কবিনা নাইতোম তাবকপদা হৌজিক মতমগী মীওইবগী ব্রাববা ফীভমবুসু হকচিন্না খঙদবা নত্তে। লোয়ননা ক্রাইসিস ওফ ভেল্যুজবু উবকই। মসিমক *স্পেকুলেশন* শৈরেংদা ফোঙদোকই। মসিতা নত্তনা মনুং মতম চাদনা কেমখিবা পুন্সি অমদি তগৎ তগৎ তেকলিবা পুন্সি অনীগী খেন্নবসু উই। পুন্সি খোঙচত্তা উবিবা খেন্নবা ময়াম অসিগী মবক্তা মীওইবনা মী ওইবা তোক্কুনা মশাগীতা ওইজবা থিবকই। কল্লকপা মিহৌবতনা হেঞ্জিল্লক্কুনা

নুংশিনবগী লন্বী থিবা ফংলক্রুবা মতম, ওইদবা কয়ানা অওইবা মান্নবা শাশিন্নবা, মঙানগী মিত্রং হৈবা কোবৌহনবা কয়া অমা থোক্লকপদগী নুমিৎলৈ ফাওবা কদোমদা ওন্দুনা শাৎকনি হায়বা চমম্নবে। মসিমক *ষ্টেটিসটিক্সকী ফাগী অমা, তেংনা পান্বী অমা, কৈশুমশুঙগী ফাদোক* তা ময়েক শেংনা ফোঙদোকই। মীওইবনা মবায় চায়থবকপা, হিংসাগী লন্বীদা খোঙদাবকপদা খোয়শাউনবা অমগা লোয়ননা প্রতিবাদ তৌবকই। চহীচা অসিনা অহোংবা কযা পুবক্তুনা চাউখৎপগী মায়কৈদা খূমাঙ চাওশিল্লগসু পৃথিবীসিদগী অচুম্বা, অহিংবা, শান্তিগী লন্বীনা নোংমা নোংমগী মাঙল্লিকপদু *সভ্যতাগী অহাংবা লমহাংদা* কৌবা শৈবেংদা উৎলি।

মীনুংশি অমদি ভক্তি লৈবা অমা ওইনা কবি খৈকদ্দিনগী থম্মোয়না ববাক তুবেলগী তোর্ব্বান্দা লমদম তাম্না খুন্দাবকখ্রবসু মশাগী হৌবকফমদি মতম চুপ্পদা কাউবা ঙমজদে। পোক্লফম মবমদমবু থম্মোয় শেংনা নুংশিজবদু *বোবাক তোর্ব্বানগী মহাকাব্য* দা ময়েক শেংনা ফোঙদোকই। ববাক তুবেল তোর্ব্বান্দা খুন্দাবিবা মীতৈ ইমাগী মপাবী মমোমশিংগী অৱা নুঙাইবগী পিবাংনা শিখম্নবা ৱাবী কয়াবু ইথোকত্রিবা মহাকাব্য অমা ওইনা শৈথাই। চীংলোন কয়ানা ঙমখৈ নাইনা লাপথোকহঞ্জববসু লোন, ইনাৎ, জগোয় ঈশৈগী শিংলি অমনা তৎন থানবা লৈতনা শমজিন্নহল্লি হাযবদু উৎননবা হোৎনবকই।

ইতিহাস নঙগী ঈচেলদি লেপ্তুবা তুবেলনি
গতিহোংবদা, নংগী হৈনববা মহৌশানা
বোবাক তোর্ব্বানগী মণিপুরীশিংবু নোংমদি
মমাগী মথাদগী শেগায়দুনা পুবকখি
অনৌবা পুন্সিগী অয়ুক অমদা থম্বিখি।[২৫]

নিংথৌ মচীন মনাউগী অকা অকুম অমদি কল্লক মিহৌবগী শবৌদা, অৱাশিংনা খুদোংচাবা লৌদুনা ওৎনৈবকখিবদা পিবাং লাইজ শিন্থনা মমা লমদম থাদোকপা তাখি। অসিগুম্নবা ইতিহাসকী পন্দুপ অমদা শেমগৎলকখিবা ববাক তোর্ব্বানগী মণিপুরীশিংনা মীশিং য়াম্বা মীতোপশিংগী মবক্তা, ইশাগী শক্তমবু ঙাকশেঞ্জদুনা হিংলিবা নোংমগী পুন্সি মবেলদা থেংনবিবা অৱা নুঙাই খিবিকপু শৈথাবি। শৈবেংশিং অসি তোঙান-তোঙান মিংথোনজববসু লংলা অমত্তদা লেংশিনবা পবেংনি হায়না লৌবা য়াই। লাইবিক অসিদদি মমাঙগী শৈবেংশিংগী

মীৎয়েংদগী খবমখৈ পাক-চাউবক্তুনা সমাজগী ৱাফমশিংবুসু অনৌবা মচল অমা ওইনা পুশিল্লকই ঃ

শোকলবা থম্মোয়গী অসোকপদা য়েংউ
উগনি মবোল থোক্তবা ৱাকৎ কয়াবু
উচানগী মৈবীদা চাক্লিবা মহাক্তি
মনম য়েম্বা নত্তনা উ কৌবা হায়দবনি [২৬]

খণ্ডনা খণ্ডনা অমোৎপা অদুবু মকা ফোংখিনি খন্না ফোঙদোকনীংদবগী ৱাখল্লোন অদুবু *বিচার* অমসুং *জ্ঞান তাববা গতি লৈতবা* শৈবেংদা উৎলি। কবিনা মশাগী পোকফম শাংফম ওইবিবা ববাক তোর্ব্বানবু থম্মোয় শেংনা নুংশিজৈ। মসিমক্তা পৃথিবীগী ফজববা পুক্লীং হুববা কাশ্মীরদগী কুমারিকা, অজন্তা, ইলোরা, নুংঙৌগী তাজমহল পুম্নমক কোয়না চৎতুনা উকদুনসু হৌবকফম মবমদমবুদি নুংশিজবা অমদি কাউবা ঙমদবদু *তোর্ব্বান অসিগী অশৈবা ওইনা* হায়বা শৈবেংদা শৈথাবি ঃ

থাজদে ঐনা ফংগনি অমুক হন্না
মীওইবা পুন্সিসিমক তোর্ব্বান অসিদা
ফংলবদি কবিগুরুনা নোংদম্বগী কৃপাদা
পোকচনিংই অমুক হন্না তোর্ব্বানসিদা
শৈবেংগী চান্নবা অশৈবা ওইনা।[২৭]

মঙানগী অহানবা অয়ুক্তা কবিনা পামজনা ফজববা মঙলান কয়া শাগৎচখি- অমত্তা ওইনা হিংমিন্নবগী, মীনুংশিগী, ফজবগী, নুংশিবগী। অদুবু ঐ ঐগীতা খন্নবক্লবা হৌজিক মতমগী মীওইবগী তমথিববা মবাইবক উকবগা মহাকসু মেতাফিজিকেল ওইবা খোঙচৎ অমদা চঙশিল্লকই। অদুবু ঈশ্বরবু চেৎনা থাজজবা, ভক্তি মীনুংশিগী ৱাখল্লোনদা পুক্লীং লুপচবনা হৌজিক মতমগী অকাই অতোইনা থল্লবা পুন্সিসিদগী নাম্থোকখিদুনা মীওইবগী তুংগী সমথুংফম য়ৌদুনা শান্তি ফংবা ঙমগনি হায়বসিদা চেৎনা থাজৈ। কবিগী থম্মোয়না অচুম্বা অমদি শান্তি ফংনীংবগীদমক পুক্লীং লৈতাজদে। মপুংফাবা ফজববা সমাজ অমবু পামজক্ববনা, নীংঙমদনা ৱাহং কয়া হংলকই। মায়কৈ মবিমক অমম্বতনা লঙ্গোই চনশিনখ্রবসু অচেৎপা থাজবা অমগা লোয়ননা মঙালবু থিজরকই ঃ

পিনবিয়ু ঐঙোন্দা তক তকনা ফোংদোক্লিবা
শংবান্নববা উপাল হৈপালগী মঙানবু নুংশিবগী
অৱাংবা অতিয়াগী খোঙচৎ পৃথিবী লাম্বা মঙালগী খোঙচৎ।[২৮]

*নোংখোঙ পবেং ৱাংমদা* হায়বিবা লাইবিক অসিদদি কবিগী মমাঙগী শৈরেংশিংগী খোঙচত্তগী খবা থৈবক্নে। *বোবাক তোৰ্ব্বানগী মহাকাব্য* দা য়েক্লকখিবা সমাজগী মশক অদু হেন্না পাক চাউথোবক্তুনা ভাবতকী অমসুং মালেমগী বাজনীতিগী হীবম কয়া পুশিল্লকপা থেংনবে। চাউখৎলবা মপাঙ্গল কনবা লৈবাকনা ঙকচাউ থেক্তুনা অশোনবা লৈবাকশিংবু তুহৎপিবা, ধৰ্ম্মগী মীৎয়েংদগী শাগৎলকখিবা কাঙলুপকী ঈবাংনা মাঙতাকহল্লকপা, কয়া তাক উকৎবগা কবিগী থম্মোয়দা পেনবা ঙমখিদে। অসুন্না হৌৱবা থৌদোক ৱাথোকশিংবু নীংশিংবগী লংলানা পবেং লেংশিন্দুনা অমুক শকফোঙলকপনি ঃ

য়ুমগী পঙখৈ ৱাংমদা জাতিগী পুন্সিদা
কুম ১৯৯০ ' নহাক্তি তমথিববা স্মৃতি অমনি
য়োংনা চবা হেনখিবম্মী মীওইবনা শা ওইখিবদা
লৈবাক্কী সংবিধানগা শীংনখি বামগী ভক্তশিংনা
তনিকপ্রে মীশিং লিকপা তৌহিদগী লাইশঙ
মমলগা হোলি শান্নখি ব্ৰজংনা।[২৯]

কবিনা মীওইবা পুন্সিবু হেন্না লুথনা মশক খঙনবা লাক্লবকই। য়েক্লবতনা ঙাইশিল্লক্লবা, অচুম্বা, নুংশিবা, শান্তিনা মাঙশিল্লকবা মতমসিদা কবিনা লন্নাই ৱাখল থাদোক্তুনা মীওইবা অমা ওইনা সমাজ অসিদা পুন্না হিংমিন্নদুনা অমনা অমগী মতেং পাংমিন্ননবা চাউখৎহন্নিংবগীদমক হাযজবদুনা ফোঙদোকলি ঃ

ঐনা 'ঐ' ওইবদা নংনা তেংবাংবা
নঙনা 'নঙ' ওইবদা, ঐনা তেংবাংবা
মীওইবগী চৎনবোন্দা ফজখ্রবা নীতিনি।[৩০]

কবিগী অকোনবা শরুক্তা অহোংবা মশক অমদি খুৎই উবা ফংলবসু পামজবা হান্নগী পবিং অদুবুদি নাথৈদুনা চৎপা ঙমদবগী মওং অমসু উই।

খৈরুদ্দিন চৌধুরীগী *মীনোক পীবাংগী মীৎকুপ অনিদং* দগী হৌবগা *মুক্তা খুজোক অমদং* ফাওবদা চেম্ববক্লিবা মোং হাদবা শৈরেংগী ঈচেলদা ফজবা নুংশিবগী

হোংবা নাইদ্রবা পূজারি অমা ওইনা চবাংনববা, লম্মাংনববা জগৎ অসিদা ঈংলবা, তল্লবা মীৎয়েং অমনা য়েংবগী শকফমনি। মতম পুম্বদা থাজবগী লংলানা চেংনা পুনশিল্লবগা হিংজবনি। ফজবা কল্পনাগী শক্তমশিংবু থোৎ মেংবা ব্রাহৈনা লৈতেং ওইবগা শাগৎলকপা শৈবেংশিংনি। ব্রাহৈ ব্রাতাদা পংহোং-হোংদনা হিন্দু অমসুং মুসলিমগী (মৈতৈ পাঙন) সংস্কৃতি অমসুং ববাক তুবেলনা শাগৎলকপা পুন্সিগী শক্তম অমবু শৈথাবদুনা *বোবাক তোর্বানগী মহাকাব্য* পুথোবকই। থাজবা অমদি নুংশিবা মাঙহন্দনা হৌখ্রবা পুন্সিবু হৌজিক্কী খোঙফমদা লেপ্লগা পুন্না য়েংলি *নিংশিঙ মীংশেন্দা*। মহৌশা লাইবেন্থীগী ফজবদা ঙাওজবিবা, অয়াকপা খোঞ্জেল হৈনদবা কবিনা জাৎ, ধর্ম্ম অমসুং চৎনবীগী ব্রাংমদা লেপতুনা বোমান্টিসিষ্ট অমা ওইনা 'নুংশিবগী লনসে কচ্চবমগে মীওইবদা' হায়বা অচেৎপা ফিবেপ অমগা লোয়ননা ফোঙদোকই। চেষ্টবকলিবা ঈচেলনা মতমগী শাফু ফংলকপদদি মহৌশাগী ঈচেলদগী হোংদোক্কুনা য়েংলকপা মীৎয়েং খবা *নোংখোঙ পবেং ব্রাংমদা* হায়বসিদা থেংনবে। সমাজগী কিষ্টবকলিবা শকফমদা নীংবা কায়দুনসু পামজবা শৈহেকতি থাদোক্তে। মীৎয়েং খজিক থৈদুনসু হীবম অসিবু অদুক হাক্লা নৈনদুনা পুন্সিগী অনৌবা শক্লোন অমা তশেং-তশেংনা পুথোবকপমক্তি নত্তে।

## (গ) ১৯৮০দগী হৌজিক ফাওবা

কুনশুবা চহীচাগী লোইবমদাই মবিফুগী মতম অসিদদি ববাক তম্পাক্কী মণিপুরী সাহিত্যগী লৈকোন্দা লৈবাং মখল শুনা শাৎপা মতমনি হায়না লৌবা য়াই। হায়বিবা মতম অসিদা মতম কয়াদগী চোইনা চেফোঙনচিংবদা খুৎথাবক্লবা অইবশিংনা মশা মশাগী শৈবেং লাইবিক ফোঙনদুনা মশক তাক্লবকলে। মসিতা নত্তনা অনৌবা নহা ওইবিবা কয়াসু য়াওশিল্লক্কুনা অনৌবা চাংয়েং তৌনবকই। নাকন অমবোমদা নুপী অইবী কয়াসু চোংথোবকলে। তাংকক অসিগী শৈবেংগী ঈচেলদা খুৎথাবক্লিবা অইবশিংদি সনামচা পবিমল, আব্দুস সহীদ চৌধুরী, নীলধ্বজ, ইলাবন্ত, বিশ্বনাথ, আব কে আই, ধনঞ্জয়, ওইনাম নীলকন্ঠ, কালেনজাউ, গৌবহবি, নোবিন, বীবেন লাইশ্রম, মীনা, সিনাম মেঞ্জব, লৌখাম অতোল, মুন্সিন্দ্র, হীবা, বিনোদবিহাবী, তবনীকান্ত, নিমাইচান্দ, তাহীব আলী, আই. এস. থিংগোম, অঞ্জন লুব্রাং, পুত্রস্বম নোনী, নন্দকুমাব, সমবজীৎ, বীবচন্দ্র, কালাচান্দ, বীবমনি, ভগীবথ, চকপ্রম মোহন, শান্তকুমাব, পূর্ণেন্দু, লোংজম গোপেন, উষাবানী, বি. সি. থোকচোম, লৌখাম মঙ্গী, সাপম বীবমোহন, লিলি,

হোদাম্‌বা, বিদ্যাসাগর, হামিদনচিংবনি। অইবশিংসিগী খুৎই, খুৎফোঙদোক অমদি হীবমদা য়েংলগা শীংথাবা য়াববা কবিশিংগী খুৎইবু লৌখৎতুনা মখোয়গী শৈরেংগী খোঙচৎ অমদি মশকপু তাক্লনবা নৈনবি।

সনামচা (১৯৪৮– )

পৃথিবীগী অনীশুবা লাম্লাও মমাঙদগী নুপা অশৈবশিংনা শাগৎলকখিবা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী ইতিহাসতা নুপী অশৈবীশিংগী অনৌবা লামায় অমা হাংদোকপা হৌবকখিবসি খ্বাইবাকপম আনন্দিনীননি। ইং ১৯৬৭ তা আনন্দিনীনা *শজিবু লৈবাং* কৌবা শৈরেং লাইরিক অমা ইহান হানবা ওইনা ফোঙলক্তুনা মণিপুরী সাহিত্যদা নুপী অশৈবীশিংগী মফম অমা কনবা হৌখি। অশৈবী অসিগী মতুংদা মথং মথং ওইনা মণিপুরী সাহিত্যদা মফম কল্লকখিবশিংগী মনুংদা সনামচাসু অমনি। ইং ১৯৭৮ দা *বায়েলশঙগী আতবগুলাপ* কৌবা শৈরেংগী লাইরিক ফোঙলক্তুনা বরাক তম্পাক্কী মণিপুরী শৈরেংগী ঈচেলদা থোইদোক্লা ঈনোৎ পীদুনা কবিতা ইনবকখিবা মমিং লৈববা কবিশিংগী মনুংদা অমনি। মসিতা নত্তনা তম্পাক অসিগী মণিপুরী সাহিত্যদা অহানবা ওইনা মফম কনখিবা নুপী অশৈবীনি। লাইরিক ওইনা পুথোক্লিঙৈ মমাঙদা ইং ১৯৬৬-৬৭ কী মতমদগী মতম নাইনা পুথোকপা চেফোঙ সাহিত্য, খতুনচিংবদা অচোইবা শৈরেংশিং ফোঙবা হৌবকই। অথেংবা হুম্ফুগী মতমদগী খুৎথাবকলিবী অশৈবী অসিনা হৌজিক ফাওবদা শৈরেং লাইরিক তরেৎ– *বায়েলশঙগী আতবগুলাপ*(১৯৭৮), *ঈচেল পুম্নমক্কী তিনফম* (১৯৮৬), *লৈকোনগী লৈসু শাৎসনু* (১৯৮৯), *খোংজুনুবী তরেৎ* (১৯৯১), *নোংজুথাগী নোংমা* (১৯৯৪), *মবিক অমগী লৈয়ী* (১৯৯৫) অমসুং *খোঞ্জেল খোক্তবা বাবী* (১৯৯৮) ফোঙলে।

সনামচাগী শাংলবা শৈরেংগী খোঙচৎ অসিদা ফোঙলকলিবা শৈরেংশিংগী মনুংদা অঙনবা মতমগী শৈরেংশিংদদি মপাঙ্গোংদতা ঙায়ববা মগুণ য়াওদ্রবা মীশিংগী মশক অমদি ওইদবা কয়ানা অওইবা শাবকপদা য়েংবা ঙল্লক্লদুনা অশাউ মৈরীগা লোয়ননা শেন্দবা কয়া ফোঙদোকই। ফাথবা ঙমদ্রবা পুক্নীংগী ইহুল কয়া মকাফোঙনা খোয়শাউনবা মীৎয়েংগা লোয়নরকই। মতুং তাবকপদদি শৌবিং শৌবিং লাওবা হৈনিংদ্রবা ময়াম অসিদগী নাথৈননবা হোৎনবকই। মসিমক্লা প্রকৃতিগী ওইবা শক্রোনশিংদা নুং হয়া চঙশিন্দুনা পুক্নীং লাকশিল্লকই। থম্মোয়নুংদা ওমচাক্লরম্মা মৈবীবু মদোম ফাথজদুনা নুপী ওইবী

অমগী মীৎয়েংদগী মালেম অসিবু লাংতক্লনা য়েংজবকই। খোঙচৎ অসিদা হুমজিল্লকপা মতমগী নুংশিৎনা পোকহল্লকই চিংনবা, লম্মাংনবা, কপ্লিংবা, মৈবী থোক্লনা চাকপগী মশক, নীংবা কায়বা মতাং কয়া তোয়না থেংনবকই। নীংবা থুংদবা কয়া থেংনদুনসু পুন্সিসিদা থাজবা থমদুনা আশা কয়া তৌজে। সনামচাগী শৈরেংশিং অসিবু খাইদোক্লনা য়েংবদা মপুং ওইনা য়ুম্ফম অহুম থোক্লা থম্বা য়াই। অহানবদা পেন্দবা কয়াদগী থোবকপা খোয়বাং খোয়শাউনবা, অনীশুবদা-প্রকৃতিগা ইবোয়নদুনা পুন্সিবু মশক খণ্ডননবা হোৎনবা অমসুং অহুমশুবদা পুন্সি খোঙচত্তা থেংনবকপা লাংতক্লবা, চিংনবশিংনা পীবকপা নীংবা কাযবা অমদি আশানচিংবনি।

সনামচাগী অহানবা ফোঙলকখিবা *ব্রায়েলশঙগী আতবগুলাপ* তা মতমনা পুবকপা অওনবদা মীওইবগী লমচৎ শাজৎনা কোমথবকপা, তাৎ অমদি হাৎন শুনবদগী থোবকপা হিংসাগী মশক, লৈঙাকলোন অমদি মতমগী ব্রায়েলনা নোংমা নোংমগী কুপশিনখ্রবা অচুম্বগী মশকনচিংবদা পেন্দবগী ব্রাকৎ অমা থমলকই। হোৎলকলিবা মশক অসিদা পেন্দদুনা খোয়শাউনবনি। 'অচুম্বা' বু নুংশি হৈতনা মশাগী ওইজবা তানবা কাঙবুনা কুপশিন্দুনা থম্লনবা হোৎনবকপদা খাঙবা ঙমলক্তে। মখোয়গী মীৎয়েংদা শুপ্নগী মশাগী ওইজবা নত্তনা সংসাবগী কনাবুসু উবা ঙমদে। অশিবশিংগী পোৎলোইফম শ্মশানঘাটতা লৈবা সাধু অমগা পাংখক ওইবকই। 'ওইজবা তানবা' লায়না অসিনা তপ্লা তপ্লা শন্দোবক্লনা কবপসননা থল্লবা সমাজ অমগী মশক লৌবকই। মফম অসিদা হিংননবগীদমক তাৎ তৌশিন্নবা, মান্নবা থাজনবগীদমক নমথাক লৌনম তৌবগী মশক *কামাখ্যা খুকম্মুবদা* হায়বা শৈরেংদা উৎলি। লাইফম ফাওবদা পাঙ্গাশিংগী ললোন ইতিক তৌফম ওন্থোকপা ঙন্নক্লবদা অশেংবা মশক অদু থিবা ফংলক্তবনি। মসিনা মীওইবনা হিংবদা নোংমা নোংমগী ব্রাশল্লকই। মশানা মশাগী মমি উবা ফংলক্তে। মবা য়াওদ্রবা উপাল অমদি ঈশিং য়াওদ্রবা মফমদা হিংলিবা ঙাগা পাংখক ওইরকই। ঈ-তোংনা শাবা হকচাং অসিনা উৎ ওনখ্রবদা কবিসু লৈহৌবোয় খঙনা খঙনা নুংঙাইবা অমগীদমক থব্রায় কয়াবু নৈখায়বকই। মসিমক *সনা খোংনাং পাম্বী, শজোম হকচাংদা কামৈ* অমদি *মুক্তা য়াওবী কোংগ্রেং* শৈরেংশিংদা উৎলি। পুন্সিগী অশেংবা মশক থিবদা ব্রাশিল্লকপতা নত্তনা হিংবদা লুশিল্লকপনা তাইবং লীলাগী ফম্বাক অসিদা হৈশিংনা খোঙথাংবা তাই। খোঙফম অমা শোয়বদা শিবা য়াবা, মীৎফম অমা চোইবা য়াদ্রবা

তানফম অমদা ঐখোয় পূম্নমক হিংলে হায়না ফজববা ইমেজবীগা লোয়নননা ফোংদোকলকই ঃ

মচু অহুমগী ফিবাল মখুৎতা পায়বগা
মীপুম খুদিংমক তাব অমগী মথক্তা
হায়বং তুবং হায়বং তুবং চৎপদো
মীৎনা চোয়বা য়াদ্রবা মতমসিদা
কনাসু কনাদা হংনদে
কবম কবম পাল্লি।[৩১]

পুক্সি মহিং অসিদা য়ৌহল্লক্লিবা অসিদি ঐখোযনা য়াম্না চেৎনা থাজজবিবা মীযামগী য়াইফনবগীদমক লৈবিবা মথক থোংবা লুচিংবশিংননি। মসিতা নত্তনা লৈবাক্কী য়্রাযেলশঙ ফাওবা অচুম্ববু নাথৈবকপদদি পেন্দবা অমগা লোয়নননা খোয়শাউনবকই। পেন্দবগী য়াকৎ অসিদি মখা তানা *খোংজুনুবী তবেং কী তুল্লিবা মক অদু* শৈবেংদসু থেংনৈ ঃ

য়োংগা মীগা অমত্তা ওয়বগা
হিংচাবগা লাম্থেংনখিবা
হিংচাবা তুম্না মাংখ্রবসু
লাইনিংবা হিংচাবদি হিংহৌই।[৩২]

সমাজগী নাকয়েত্তা থোকলিবা থৌদোক য়াথোকশিংনা থম্মোয়দা ফাওহল্লক্লিবা পেন্দবা অমদি অশাউবগী মৈবীবু মদোম ফাথজদুনা মহৌশা লাইবেন্থীগী তোঙান তোঙানবা পোৎশকশিংগী নুংদা চঙশিন্দুনা য়েংবা হৌবকখিবসি *মবিক অমগী লৈথী* গী মতমদগীনি। শাংলবা অনৌবা খোঙচৎ অমগীদমক শেমশাবকপনি। অশৈবীগী পুক্সিদা বাংলা সাহিত্যনা য়াকাইবোল শকখিবনা খোয়দাজবা বিশ্বকবি অমদি জীবনানন্দ দাশকী শৈবেংশিংদা পুক্কীং চঙলকই। কবিশিংসিগী লৈনমদুতবু থম্মোয়দা চেৎনা কোনশিন্দুনা মহৌশা লাইবেন্থীগী শক্লোনশিংবু শকখঙননবা হোৎনবকই। নুমিৎ, থা, থব্রানমিচাক, হৈবাং- লৈবাং লেংলি পাল্লিবা থব্রায় পানবশিং উকবগা, য়েংলুরগা ফাওবকখিবা থম্মোয় ইহলশিং অদুবু তহা তহাবা তৌদনা নুপী ওইবীগী খোঞ্জেলদা শৈথারকই। অনৌবা খোঙচৎ অমদা পুক্সিবু লংশেকখিবগী মহুত্তা শকখঙনবা হোৎনৈ। শৈবেং

অয়াম্বদা ঈথক্কী মথক্তা ঈথক্লা মশীং লাকওমদবগুম, লোইবা নাইদ্রবা খোঙচৎ অমা উবা ফংই। অকনবা ঈচেলদা ঈপোম নাইনা চেঙ্খবকই। অমুকসু বিয়েলিজমগী অকাই অতোই মবক্তা য়াম্না কুপ্না য়েংবা 'সুব-বিয়েলিজিম' থাক্কী শৈবেংশিংসু উবা ফংই। মঙলানগী ওইবা ৱাখল মমিশিং অদু মবন্নাইগী শাফুনা মতোমতা মনিংতম্না ফোঙলকপবু অসুম্না হায়বকইঃ

ঈশৈ তানা তানা ঐসু শোনশোন্না ঙংজনিংঙুই
অদুবু ঐগী থম্মোয়দি নোংজুথাগী নোংমদা
হনসি য়াদনা ঈপাক্তা শানহৌবনি
লৈহৌববনি ঐগী থম্মোয়দো লৌবুক লমহাংদা
উখোং ৱাখোংদা চীং মান্দা পাৎ তুবেলদা
উন্না চোৎলবা নাপীবক্তা-অকংবা উনাবক্তা [৩৩]

মপাম্লোংগী ওইবা হকচাংগী অফা অপূন্নবা শম্বল অদু থম্মোয়না নমখায়দুনা মহৌশা লাইবেল্লীগী তম্পাক্তা ওন্নথোইনা শান্নজদুনা নুংগী ওইবা ৱাবোল কযা পুথোবকই। মহৌশা খুৎশেমগী শক্রোনশিংদা চঙশিন্দুনা মখোয়গী ভেল্যু থিবকই। অশৈবীনা অয়ুক্কী ঙাঙ্গানবা মঙানদা মচু কয়ানা লৈতেংদুনা লৈকোন থন্না শাৎলিবা হৈবাং লৈবাং কয়াগী পুক্সিবু কল্লকচৈ। মখোয়গুম্না মঙালগী তাইবংদা হবাও তয়াম্বা পুক্সিবু পামজকবনা শোল্লি ঃ

অথুম্বা হৈবাং খুদোল তম্বা ঙমজদ্রবসু
অশিনবগী মপোক্তা ইমা
নংগী ঈবাৎকী পঞ্চপাত্র লংহনবনা
ঐগী থৌদাং ওয়জনিংঙি [৩৪]

থৱায় তানা য়েংজে থাবল্লে, নুমিৎলৈ, সিঙ্গাবৈদা, নুমিদাংগী মতমদা অতিয়া মকোয়দা তগুপ তগুপ কবোক চাইবিবা থৱানমিচাক, অমুকসু ঈংলবা থাজবু উকবগা অনৌবা মূর্ত্তি কয়া শাগৎলি। খোঙচৎ অসিদা কবিগুকবু তত্তনা নীংশিংলকই। বাংলা সাহিত্যগী কংবা নাইদ্রবা ঈফুৎ অমদা তাউদুনা য়াকাইবোল শকখিবা বিশ্বকবিবু থম্মোযনুংদা লাৎচবদুনা মাগী মীনুংশি অমদি থৌজালতবু ঈথৌলাংজৈ। কেকুলোৎপী শান্নবগী মবক্রুদা ফংজহৌবা নুঙাইবদুনা কবিগী থম্মোয়বু কঙাওহল্লকই। মসিমক *ইবাল ওযজবকসু* শৈবেংদা শাগৎলকই ঃ

নোংথালৈমগী মীনোক্তা ফংজহৌবা নুঙায়বদুদি
চোয়বোল ওয়না কুবাক পায়ববি মশা খপ্প খপ্পদুনা
ঙসায় নাকোংদা লোন্না তাকপিবম্বদু খল্লুবদগী
ঐসু মতুং কোয়ইন ইঞ্জবিবনি
মাবীচকী রাখল লাপ্পা-লাপ্পা-য়াম্না লাপ্পা।[৩৫]

কঙাওনববা থম্মোয়না শকলোৎতুনা লমজিংলিববুদি লোয়ননিংবা মওংদা লোয়নজে। অদুবু থম্মোয়নুংদা লোৎতুনা থল্লিবা অশেংবদি 'ইতা মিঙ্গীজববসু ঐদি নহাক্কী মহেৎবোয়নি পুন্সি চুপ্পগী' হায়বসিনি। 'গুরু দক্ষিনা' ওইনা কথোখ্রবা থম্মোয়না শেংলবা উফুল মবীক লাইবক্তা নমজবিবসি যুগ কয়াদগী খৌবাংজবকপা মহাক্কী চরণধুলিনি খঞ্জে।

প্রকৃতিগী অবোনবা শক্লোন কয়াদা কোয়না চাক্তাজকব্ববসু মবমদমবুদি কাউথোকপা ঙমদবগী রাখল সনামচাগীদা চপচানা লৈ। কবিগী থিবগী খোঙচৎ অসিদা নুংদা চঙশিল্লুবদা থেংনবকই ভারত সংস্কৃতিগী মুৎনাইদ্রবা রাবী সতী সীতাগী, লীলাবতিগুম্লবা কয়াগী। অমুকসু পূক্লীংহনা ফজববা পোক্লফম লমদম তম্পাক অসিগী হৌখ্রবা রাবী শীংবুন ফাকক্তোলুবদা থেংনবকই 'শীঙঙেল ইন্দু', চাউবগী 'লবঙ্গলতা' উপন্যাসকী রাবীবু নৌহৌননা নীংশিংলকই ঃ

সনা হাক্তক্কী লতাম্নাগী মপাউ নীংশিংবিবক্লবদি
ববাক তোর্ব্বন্দা ধ্যান্দা লুপ্লিবী মহাক্কী রাবী লীবিবম্মু।
মনাই মশেল কোন্ননা লৈমকোনুংদা অব্রাংপা লৈত্রবসু
মপামপোৎ অমত্তং খুদোল ফংজববদা
য়েংউ নীংথিবীদো-শোয়দনা কপকনি নীংশিং নীংশিংদুনা।[৩৬]

হৌখ্রবা ইতিহাসকী খুদোংথীবা তাংকক অমদা চীংলোন মাপল লান্না শেৎ-খাইনবক্লগা তম্পাক অসিদা খুন্দাবকস্ত্রবসু মীতৈগী হৌবকফম মীতৈ লৈবাকপুসু থম্মোয়দা চেৎনা খঞ্জে। অদুম ওইনমক মতম অমদদি ইনিংথৌ মাবজিৎনা নিংথৌ ওইনা পাল্লম্মী হায়বগী জাবিবোন লৈপাক হায়না শীংথাবিবা অসিগী কোনুংদা অশৈবীগী থম্মোয়গী ইন্দ্রপ্রস্থ অমা শেমগৎলি। তামলবা লমদম অসিদগী মমা লমদমবু নীংশিংলকপদা ফোঙদোকলি ঃ

চীঙলোন মাপল রাংমদগী

থুংলবিবা ফীয়োমসি কিশি থোক্লুবদা
মচু মচুগী ইন্নফীগী লৈবোংলক্তা
আ: ইমাগী মনম অসে[৩৭]

সনামচানা ঙসিগী হোংলকলিবা পৃথিবীগী মশক অমদি শেমগৎ-শাগৎলিবা অসিবু ঐখোয়না সভ্যতাগী চাউখৎপনি হায়না লৌনববসু মসিগী মকম থূপ্লা প্রকৃতিগী ফজবা কয়াবু মাঙহনবদা নাচুংনদ্রিববুদি পেনজদে। হৌজিক্কী ওইবিবা পুন্সিগা, মহৌশাগী ফজবা কয়াগা চয়েৎনবকপদা কবিনা নুংনাংজবনি। অমবোমদা মতম কৌবা ঈচেলদা পুন্সিনা অসুম অসুম হৌখিবদা কবিনা শকলি ঃ

ঈচেলনি-তপ্লি তপ্লি চেন্থবিবা
কাওশিঙনি-তপ্লি তপ্লি তাওথবিবা
ঈবৈদা লৈশিন্দবা য়াদবগুম
খংহৌদনা লৈশিল্লন্নগা
অমুকসু 'দুম্মক চেন্থখি তপ্না তপ্না
ঈশৈ তানা তানা-ঈশৈ শক্লা শক্লা[৩৮]

সনামচাগী শৈবেংগী ঈচেলদি ব্রাংলবা চীংদোন্দগী শাফু কন্না চেন্থবকপা ঈশিংনা লৈমায়দা য়ৈদুনা তাশিনবদা মখোন থোক্লা চাইখাইজববসু মথং মথং চেন্থবক্তুনা তম্পাক লমদম য়ৌবকলবা মতমদদি মোং হাদবা মতৌদা থেক্লা খোয়না প্রকৃতিগী তম্পাকসিগী মফম শিনবা থুংনা চেল্লুবগা *ঈচেল পুন্নমক্কী তিনফম* সমুদ্র ঈপাক য়ৌববা মতমদদি অমত্তা ওইখিদুনা মশীং থিঙমদনা হৌবকপা ঈথকশিংগী মবক্তা তিনখি। অসিগুম্লদনা পেন্দবগী ব্রাকৎকা খোয়শাউননা হৌবকচববসু মহৌশা লাইবেন্থীগী শকলোনশিংদা কোয়না চাক্তামিন্নকবিবা কবিনা নৌহৌনা পুন্সিদা আশা কয়া তৌদুনা থাজবা থমলকই। পুন্সি হায়বসিমক আশা, থাজবা কয়ানা কুয়োম ওইবগা হিংলিবনি।পুন্সিগী আশাশিংবু অচেৎপা থাজবা থমলদুনা খোঙথাংজিল্লক্লিবা অশৈবীনা মহৌশা লাইবেন্থীনা ঈংনা চীক্লা য়াতাজবিবা লমদম অমা ওইহন্নীংবনি। অনৌবা মঙাল অমদি শান্তিগীদমক ঈথৌলাংজবনি। চেৎনা থাজজবিবা আশা অসিমক্তি মতোমতগী অবোনবা ওইনা খঙ্গখিবা নত্তে। পুন্নমক্কী ওইনা পামজকবনিঃ

অমৃত মবিক অমত্তং-।

সুপ্নগী মবিক অমত্তং
থম্মোয়গা থম্মোয়গা খুৎশিন্ননিংঙুবনি
চেঙ্গুহন্নিংখি পৃথিবী শিনথুংনা।৩৯

থম্মোয়নুংদা চেৎনা থাজবা থমদুনা চঙশিল্লকলিবা খোঙচৎ অসিমক্তি অতিয়া লৈবাক্তো ঈংনা চিক্লা পৃস্মমকপু য়েংদুনা মীনম্বা য়াওদনা ব্রাবী নীবিবা ধ্রুবতাবা মহাক্তনা মখূৎ থিন্দুনা লমজিং লমতাকপীবনি। খোঙচৎ অসিদা শাগৎচখিবা আশা কয়া অদু *খোঞ্জেল থোক্তবা ব্রাবী, ব্রাহৈ, মৈবানবী, মযদানবা, কৈদৌঙৈ মাযখুম হাংগনি, নোংহৌ অদো, লৈবোন শাংপী* নচিংবা শৈবেংসিদা ফোঙদোকই।

মহৌশা লাইবেম্বীনা ঈংনা চিক্লা য়াতাবিবা লমদম অসিদা মতমগী নুংশিংনা শিংলকপদা চিংনবা, লম্মাংনবা, কপ্লিংবা কয়া থম্মোয়দা পোক্লকই। মসিমক্লা ব্রাখলগী চবাংনবা অমসুং তনথদ্রবা থম্মোয়গী অপূনবা সুব অমা থোবকই। ওইবক্লিবা পুন্সি অসিগীদমক নৎত্রগা ওল্লকইবা সমাজ অমগীদমক খন্থুদনা ঙমলক্তে। মাঙদা হকথেংনবিবা সমাজ অসিগী চাক্লিবা মৈবী, কপ্পা, নোকপা, নাহেবগী খোঞ্জেল শঙ্খু ওক্লববসিনা নোংমা নোংমগী হেঞ্জিল্লক্লবদা থাজবা ঙম্লকত্রদুনা লাংতক্লে। ঈখৌলাংবা অমগা লোয়ননা চৎচবিবা শান্তিগী খোঙচৎ অসিবু তপ্না তপ্না থুগায়বিবক্লবদা 'ইমপ্রেসোনিষ্ট' অমগুম নুংনাংবা ফোঙদোবকই ঃ

চাকতাজবম্বা মানস সবোববগী কাঙাশিংদো
নোংমৈ মখোন্দা অঙকপা ব্রাহং অমগী চক্রদা
লৈবাকসিদগী থোয়না লাপ্না ব্রাংনা পায়বক্লবদা
কবিগী থম্মোয় নুংনাংহনবতা নত্তনা৪০

হৌজিক মতমগী খুন্নাই অসিদা হিংলিবা মীওইশিংগী পুন্সি মহিং, ওইবক্লিবা ফীভম, রাজনীতি অমদি অর্থনীতিগী ফীভমগী নুংথঙনা য়ৈথবকপদা কায়থবক্লিবা লম অসিগী মীওইশিংগী কায়থবক্লবা শক্তম, অকি তুজুংবনা থল্লবা থৌদোক কয়ানা পূমকোয় কোযশিল্লকই। পূন্নমক অসি অইবীনা মহাক্কী শৈরেংদা ফোঙদোকপগী মহুত্তা পেন্দবদুদগী থোবকলিবা নীংবা কায়বগী মশকপু মপূং ওইনা ফোঙদোকই। অশৈবীনা মতম কুইনদগী 'আশা অমতং' তৌজদুনা 'মঙাল অমতং' ঙাইজবকপনি, অদুবু পূন্নমক অবেন্বা তাখি ঙাইজবকপগী। অচুম্বা মাঙশিল্লক্তুনা শান্তি লৈশিল্লক্রবা

পৃথিবীগী হোংলক্লিবা শকফম অসিগীদমক তাইবং শেম্বা মপুদা ব্রাকৎ কয়া থম্লদুনা ব্রাহং হংলকই ঃ

কুনশুবা শতাব্দীগী মৈবীবক্তা
তাঙ্গোয় ওল্লক্লবা পৃথিবী
শতাব্দীগী অবোয়বা খোঙজেনসিদসু
মৈবীবক্তগী চোংথোকহৌবা
ফিভম কায়ববা মূর্ত্তি শঙ্কু
ঈগী নোংবিকবক্তা লৈনাশিংগী
অহাংবা তেংথাখোঞ্জেল
হায়য়ু লাইয়েকপা — হায়য়ু
কুনমাথোইশুবা শতাব্দীগীদমক
নহাক্কী পৃথিবী
কৈদৌঙৈ মায়খুম হাংগনি ?[৪১]

সনামচাগী শৈবেংশিং অতোপ্পা হীবম খবদসু মশাগী পূক্লীংগী ব্রাফম ফোঙদোকপা থেংনৈ। *ঈচেল পুন্নমক্কী তিনফম* মিংথোল্লিবা শৈবেংসিমক্তদা শাগৈ,জাৎ, কুচু, লোন খেন্নবা কয়ানা তিন্নদুনা শেমলিবা অপূনবা ভাবতকী মশক উৎলি। অমত্তা ওইবগী ফজববা মশক অসিবু তোঙান্না লৈনীংবগী ব্রাখলদা লৈবাক্কী শান্তি থুগায়বকই। অসিগুম্নবা তোখায় তাবগী শম্বল খানবিবসি অমুক্তদি পূম্নগদবদুগী ঈখৌলাংবা *নুমিৎ অদু কৈদৌঙৈনো* শৈবেংদা ফোঙদোকলি। অমুকসু ঙসি ঐখোযনা নীংতম্না লৈবে হায়না খঞ্জবিবা নীংতম্নবা লৈবাক অসিদা নীংতম্নবা লমদম অমদা হিংলিবা মীওই অমগী হক ফংদ্রি হায়না চেৎনা থাজে। মসিমক *নীংতম্বগী চহী য়াম্খে* মতুং শৈবেংদা ব্রাহং ওইনা হংলকই ঃ

লাংওন কয়াগী পি মবিকশিংনা
নিংতম্বগী মপুংফাবা অর্থ থিবকপদা
খোঞ্জেল মান্নদ্রবসু — খোল্লাউ তিন্নদ্রবসু
লোন তিন্নদ্রবসু — কুচু খেন্নববসু
কৈদৌঙৈনো নহাক্না ননিং তমজগদৌবসে ইমা?[৪২]

অশৈবীগী খৃৎইদা নুপী ওইবী অমগী খোঞ্জেলদা শাগৎলকপা, সঙ্গীজদা

য়েংলকপা মীৎয়েং, নুপী ওইবীগী মশক য়েকপা শৈরেংশিংসু উবা ফংই। মহৌশাগী ফজবা শক্লোন কয়াগা তোংনতিন্নদুনা লৈজনীংবগী অপাম্বা ইহুল ফোঙদোকপগা লোয়ননা ফিদমগী মশক ওইববা নুপীগী পুক্সিবু মশক তাক্লবা হোৎনৈ। মসিমক্তা নুপী ওইবীগী থম্মোয়গী ঈরায় ইনিনবু উৎথোকলদুনা নুপী মশামক্তা নুপীবু মশক তাকপদা অচৌবা মতেং ওইহল্লি। পুক্সিগী তাঙ্কক খুদিংদা অশোয়বা পুন্নমক্কী তাইনফমদা ওইববা নুপীগী মপোকপু নুংগী ওইবা ব্রাখল্লোনগী ওইবা মমি অমগা লোয়ননা ফোঙদোকলি।

সনামচাগী চহী কুনমঙামুক চথবল্লিবা শৈরেংগী খোঙচত্তা অহানবা শকফমদা ফাথবা ঙমদ্রবা থম্মোয় ওইদুনসু *ঈচেল পুন্নমক্কী তিনফম* থেংনবকলবা মতমদদি তপ্পা তপ্পা মদোম ফাথজবগী মশক লৌবকই। নুপী ওইবী অমগী নাউশুমগী খৃৎনা থেমজিন্দুনা তুমিন শুমজিল্লখি। মদোম তুমিন থেমজিনজববসু মপাল্লোংদা মকা লামদনা থম্মোয়নুংদদি নৈহৎচৈ। *লৈকোনগী লৈসু শাৎসনুদদি মহৌশা লাইবেম্বীগী* তোঙান তোঙানবা মশক্তা শকখঙননবা তপ্পা তপ্পা খোঙথাংজিল্লকই। মতাং খবদা সিম্বোলিষ্ট অমগী ফজববা লৈথেৎ য়াওবকই। ফাজিল্লবা থম্মোয়না *খোংজুনুবী তবেৎ থেংনবকই*। মসিদদি মপূংফানা ফজববা প্রমাণ পাম্থে শীজিন্নবকপা থেংনৈ। হান্নদগী মীৎযেং পাকথোক চাউথোবক্তুনা কল্পনাগী শক্তি চেৎশিল্লকপগী মশক থেংনৈ। তন্দনগুম্না কুফেৎ কুফেৎ তৌবদুনা খঙহৌদনা মীৎকুপ খবদা ফাওবকপা থম্মোয়গী ঈথিলশিংবু অপাবশিংদা ফাওহন্ননবা হোৎনৈ।

*নোংজুথাগী নোংমা* ফোঙলকপদদি প্রকৃতিদা লুপচবিবা অশৈবীনা বিশ্বকবিদা লাইমিং লৌজখিবগী মঙং তোয়না থেংনবে। খোঙচৎ অসিনা মখা তাবক্তুনা *মবিক অমগী লৈযী* দদি কবিগুরুন্দগী হৌবকখিবদু জীবনানন্দ দাশতা পূক্লীং লুপশিনখি। জীবনানন্দগী নোংমৈগী খোঞ্জেলদা তোখায় তাহনখ্রবা মানস সবোববগী কাঙাশিংবু নৌহৌননা পুশিল্লক্তুনা অশৈবীনা সিম্বোলদি য়াম্না শীজিন্নদনা থরায় তাজবা ইম্প্রেসোনিষ্টকী খৃৎই পুশিল্লকই। মহৌশা লাইবেম্বীগা মীওইবা পুক্সিগা তৎন থানবা য়াদনা লৈবিবা মখী অদু উৎননবা প্রকৃতিগী তোঙান তোঙানবা লৈচল কয়াবুসু মপূংফাবা সিম্বোল অমদি ইমেজরী খোংউপ, কুবাক, নোংহৌ, মঙাল, অমৃত, অমম্বা, ঈপাক, হিনাউ, খুনু অঙৌবা, কোয়েৎনচিংবা সিম্বোলশিংবু পামজনা মতাং মফম চানা শীজিন্নে। মোং হাদনা থম্মোয়দি লৈতাফম খঙদনা

হিউমেনিজমগী কল্লবা ঈচেল অমা চেনশিল্লকপদু অইবনা থম্মোয় শোক্লা তেংথাজে। *খোঞ্জেল খোক্তবা ৱাবী* দদি পূমনৌ নৌবা মওংদা মনুংগী লামায়শিংদা অর্থ লৈববা লাই কয়া য়েক্নুনা হাপই। ইং তপ্পা খোঞ্জেলগা ইবোয়নবা ৱাবেংগী ফোর্মদা ইবা শৈবেং খবসু য়াওবি। অমতং পল্লবদা *শেন্দ্রাদা সন্ধ্যারায়বম অমা* ৱাবেং ফোমদা ইদুনা মণিপুৰী ফোক্ক, ইতিহাস অমদি লাইনীংগী শক্তমশিংবু লাকশিন্দুনা ইবা শৈবেংনি। অবোইবদা, অশৈবীগী ঈচেল খকত্রবা তুবেলদা নুংগী খোঙচৎ অমা লেপ্তুনা চেম্ভববসু মমলবা ঈনুংবুঙ অসিদা মঙালগী লম্বী অমা লেপ্তুনা থিবিবী মতমগী চপচাবা কবি অমা ওইবতা নত্তনা অশংবা ফৌনানা লেঙ লেঙ চৎলিবা জাবিবোনগী লৌবুক্তা কবিগুরু ৰবীন্দ্রনাথ অমসুং জীবনানন্দ দাশনচিংবা বাংলা কবিশিংগী হাব মতিক চানা হাপতুনা মশাগী তোপ তোপ্পা শৈবেং শৈদা অমা লোয়নবিবী কবিনি হায়বা নীলকান্তগী ৱাফম নীংশিংবা য়াই।

## আব্দুস সহীদ চৌধুরী (১৯৪৯- )

ইং ১৯৯৩ দা মণিপুৰী সাহিত্য পৰিষদনা কামিনী কুমাৰ মনা পীদুনা ইকাই খুম্নত্রবা নহা ওইবিবা কবি আব্দুস সহীদ শৈবেং লাইবিক অনী – *কুনশুবা শতাব্দী* (১৯৭৯) অমসুং *সনাম্চুগী অয়ুক* (১৯৯২) ফোঙলে। সাহিত্যগী ৰোমান্টিক পৰম্পৰাদগী ৱাংমা লান্না চৎচবা ঙমদবগী মশক অমদা শাগৎলকপা শৈবেংশিংনি। কাব্যকলা অসিদা পাম্না অমদি হৈননা খুৎথাবিবা তম্পাক অসিগী কবি খৈকদ্দিনগা য়াম্না নক্লবগী মওং অমা লৈ। প্রকৃতিগী ফজবা, অচুম্বা অমসুং নুংশিবগী আশা তৌজববসু মীওইবা পুন্সিগী অহোংবা মশকশিংনা কবিবু তোয়না লাংতক্লবা অমা পোকহল্লি।

কুনশুবা শতাব্দীগী তাংদাংবা খঙদ্রবা পুন্সি নোংলৈ মবক্তা ঙাওচৎনববা থম্মোয়না অচুম্বা, ফজবা অমদি নুংশিবগী মঙ অমগা লোয়ননা মফম খুদিং শিনবা থুংনা চৎলকই। মঙলানগী খোঙচৎ অসিদা খঙহৌদনা থেংনবকই ইমাগী ববপুত্র চাউবা, কমলনা ইমাগী থৌগল তৌদুনা লৈবম্বা। মঙফাওনবকপদা ফজবা, অচুম্বা নুংশিবগী মঙলানবু শৈদমলকই। মঙলান্দা উখিবা ইমাগী ববপুত্রনি হায়না খনজবিবা কমলগী খুদুং ইন্দুনা মান্নবা মশক অমদা শৈদমলকই। *মঙফাউবক্লে ববাক তোর্বান* হায়বসিদা তাম্না চৎতুনা গঙ্গাজল অমুক থিকদ্রবসু তম্পাক অসিগী শীনবা থুংনা চেল্লিবা ইং তপ্পবা ববাককী লাইজনা অশেংবা মাতৃপূজাগী লাইজনি হায়বা

ফোঙদোকই। মঙফাওবক্লবা কবিনা হায়বকই ঃ

মতম কুইনগী তুংদা,
মঙফাউবক্লে ববাক তোর্ব্বান
লেঙশিল্লক্লে ইমা মৈতৈচনুসু
তামম্নবা মচাশিংগী সাহিত্য লৈকোন্নুংদা ।[৪৩]

মতাং অসিদা কবি কমলগা মান্নবগী মশক অমা থেংনবি। *থবাম্নীচাক ঙাইবদা, মকদ্যান, মীওইবা লৈবাং, থবাম্নীচাকনা শক্লক্লবদি ঈশৈ, অনৌবা অয়ুক অমগী ব্রাখলদা* নচিংবা শৈবেংশিং অসি ফজবা অমদি নুংশিববু শৈথাবতা নত্তনা থম্মোয়দা ঈখৌলাংবগী মশক অমা উবা ফংই।

অহৌবা অমদি অবোইবা নাইবা মীওইবা পুন্সিনি। পোকপা অমদি শিবগা লোইবা পুন্সিসিদা লোইবা নাইদ্রবা, মাঙদ্রবা মশক অদুদি অচুম্বা ফজবা অমদি নুংশিবনি। মসি পুম্নমক্কী তুংনফম ওইবিবসু মীওইবগী থম্মোয়দনি। *থবাম্নীচাক ঙাইবদা* হায়বা শৈবেংসিদা ঙাইবগী ঈখৌলাংলবা থম্মোয়দা লাংতক্লবা অমদি চোকথবা তোয়না পোকলসু অশেংবা মঙালগী মশক অদুবুদি শোয়দনা ফংগনি হায়বা আশা তৌই। *মীওইবা লৈবাং* দদি অশেংবা নুংশিবগী মশক অসিবু মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোয়দা ফাওহন্দুনা প্রেম অমদি ভক্তিতনা থল্লবা মালেম অমা ওইহন্নীংবগী ব্রাখল থর্মই। 'অনৌবা অয়ুক অমগী ব্রাখলদা' ঐখোয় পুম্বা অমত্তা ওইমিন্নদুনা অচুম্বা, ফজবা, নুংশিবগীদমক খোঙথাং অমত্তদা চৎমিন্ননীংবগী ব্রাখল ফোঙদোকই। পুন্সি লম্বী অসিদা অব্রা অনা কয়া থেংনদুনসু অশেংবা শক্তম অদুদি শোয়দনা লাকখিগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা মপুগী মফমদা থর্মই ঃ

থাজ থবাম্নীচাকসু থোবকখিনি
লিবি লিবি মলয়াসু হুন্নকখিনি
লৈকোন্দা লৈবাংসু শাৎলকখিনি
অমম্বা অহিংসিসু লোইখিনি
অনৌবা অয়ুক অমা লাকখিনি।[৪৪]

অনৌবা অয়ুক অমা থিবগী অমম্বা খোঙচৎতা লাকলবা কবিনা তিংখংনা থল্লবা লম্বেলদা, ব্রাবক্লবা অকি তুজুংবা ফাওবক্তুনা নীংহন্নবক্লবসু মপু মানা থৌজানবিনবগী ব্রাখলবু *খুদোল, নহাক্কী হিদেলদা, লমজিংবিয়ু ঐবু ইমাগী তীর্থদা,*

*প্রার্থনা* নচিংবা শৈবেংশিংদা কবিনা ভক্তি অমগা লোয়ননা ঈশ্বরদা চঙজবদু ফোঙদোকল্লি। তাইবংপানববু শেম্লীবিবা মপু ইবুঙো মাগী মফমদদি মীওইবা ঐখোয়সে কবিসু নত্তে। শিবগা অহাংবা অমদা তিনখিগদবা অসিদা ইশাগীনি হায়বা অমত্তা লৈহৌবোই। মসিনা থৌজালহৈবা মাগী মফমদা তিনবগী খোঙচৎ অসিদা লম্মুক্লববসু লমজিংবিননবা হায়জবদুনা *নহাক্কী হিদেলদা* হায়বা শৈবেংদা অসুম্না থল্লি ঃ

থম্মোয়গী ঈপাকমক্তা
কবিগুম্না লৈচিল্লনা থৎপ্রবদি
উবকত্রবদি হিদেল অদো
নখুৎমক্লা হিনাউ শাবিয়ু
লমজিংবিয়ু নহাক্কী হিদেলদা।[৩৫]

*প্রার্থনা* শৈবেংদদি মপু মাগী মফমদা মীওইবা পুম্নমকপু শান্তি লৈনা হিংহন্দুনা য়াইফবা পীনবিনবা হায়জে। মীওইবগী থম্মোয়বু অচুম্বা, ফজবা, নুংশিবগী মশক উহনবিদুনা মঙালগী মায়কৈদা লমজিংবিননবা ফোঙদোকই। মৈতৈ ইমাবু থৌগন তৌজনিংবা কবি অসিনা কুনশুবা শতাব্দীগী ওইবক্লিবা মশক অসিবু উকবগা চিংনবা, নুংনাংবা অমা ফাওবকই। লাইববশিংনা হিংবগী লৈতাত্রবা মশক, মীওইবগী নুংশিববু লুকমায়দা হাপতুনা য়োল্লকপা, মতম অসিগী মীওইশিংবু উবগা কবিনা পেন্দবা অমগা লোয়ননা ফোঙদোকই ঃ

ঐগী নাকোংসে পংলবনি
মিলগী খোঙ্গেলনা
অদুবু ফিশাওদি কদায়
কবম্না দুঃষাসন্না লাকপ্রে ?
ঐগী দ্রৌপদী ফিদৎতমক শেৎপ্রে।[৩৬]

ফজববা প্রমাণ শীজিন্নদুনা হৌজিক মতমগী হোংলক্লিবা মশক অমবু উৎননবা হোৎনবি। *শক মতেক অমগী ম্রাবী* শৈবেংদা লাইববা তোল্ল তাববশিংগী মীচং শঙ্গ লৈবক্তবা, অচুম্বা মীগী মফম পীবিদবা, ইশাগী লমদা ইশাগী মফম ফংলক্তবা, মীনম্বা ওইদবনা মপু ওইবকপনচিংবগী মশক অমা উৎল্লি। পুম্নমক অসি লৈদুনসু খাঙবা ঙম্বগী পনখৈ অদু লাম্থোকখিদুনা মীশুম খুদিংমক্লা অচুম্না

ফজবা ৱায়েলগীদমক নোংমদি শোয়দনা লাম্থেংনবকখিনি হায়বসি চেৎনা থাজবি।

মীওইবগীদমক খঙ্গবিবা কবিনা কুনশুবা শতাব্দীগী পন্থুংফম খণ্ডদ্রবা সমাজ অসিগী মথোং মৱম খণ্ডদ্রবা ফীভম মবকসিদা ফজববা মণ্ডলান অমগী আশা তৌবকই। মণ্ডলান অসিমক *সনামচুগী অয়ুক* মিংথোন্দুনা ফোঙলকই। কবিগী শৈরেংগী খোঙচত্তা থেংনবকখিবা চবাংনববা শক্তমশিংবু নাথৈবন্নগা থম্মোয়বু ফাথজদুনা অনৌবা খোঙচৎ অমদা চঙশিল্লকই। অসুম্না মণ্ডলানগী জগৎ অমা শাগত্তুনা নুংশিবগী জগৎ অমদা তাউদুনা লৈবগী মশক থেংনবকই। হেন্না ফজবা অমদি নুংশিবগী লৈকোলদা চঙশিনখিদুনা মহৌশাগী ফজববা শক্লোনশিংগা তোংন তিন্নদুনা কল্পনাগী তাইবংদা খোঙদাখি।

সহীদকী চোইজাইননা থল্লকখিবা থীমশিংবু পুমথা থাদোক্লগা ইনৌ নৌনা নুংশিবা অমদি ফজববু কোনশিন্নবা হোৎনবদা থেংনবিবা লাংতক্লবা, খৌবাংবা, লম্মাংনবা, কাযনবা, থুংনবা, আশানচিংবা তোঙান তোঙানবা পূক্নীংগী ফীভমবু কবিগী কল্পনানা পবেং লেংশিল্লকই। মসিমক্লা রোমান্টিক পরম্পরাদা পামজনা লাকপদু হেন্না মপূং ফাহনখি। গীতিকাব্যগী মশক লৌবিবা শৈরেংশিংনা কবিগী নুংগী খোঙচত্তা থেংনবকপা নুংশিবা অমসুং প্রকৃতিগী শক্লোনশিংবু তোঙান তোঙানবা মমিং থোন্দবা শৈরেং মরিফুতবাদা লীশাং শীংনা শৈথাই। নুংশিববু থিজবা, খৌবাংনা ঙাইজবা, মতম শাংনা ঙাইবগী চোকথবা, খঙহৌদনা উন্নবদা থম্মোয়দা ফাওখিবা নুংঙাইবা, থাজদনা অমুক কায়নবদা নুংনাংবগা লোয়ননা তেংথাজবনচিংববু তোঙান তোঙান্না য়েকলি। মসিতা নত্তনা নুংশিবা অমসুং মহৌশাগী শক্তমবু কল্পনাগী নিংথিবা মূর্তিশিং শীজিন্নবদুনা ইবি ঃ

> নঙবু অমুক নিংশিংলিবদু
> চুথবকখিনে নঙদি
> ইঙাগী নোং ওন্দুনা
> লৈকংলাগুন্নবা ঐগী পুক্নিগী লৈমায়দা[৪৭]

নুংশিবগী মেঙলবা সুব অমনা কায়হৌবিবন্নগা অসুম অসুম তামথ্রবদা অহিং কযা তুমদনা নুংশি ৱাখলদা ঙাওরবা থম্মোয়বু কোন্দুনা চৎলি। নুংশি লৈনমদা কুবাক ওন্দুনা কোইপাই পাই। কবিনা নুংশিজবিববু ফংলক্তবদা নুমিৎ থাগা লমজেল তান্নদুনা ঈপাক কয়া লান্দুনা চৎকনি হায়বগী পূক্নীংমতা ফোঙদোক্লদুনা ফজববা

ইমেজবী অমা শাগৎলি ঃ

নুমিৎসু মদোম চৎলি
থাজসু মদোম ঙাল্লি
লৈবি অতিয়াসু মদোম
হিংলি ঐসু ইদোম [৪৮]

কবিনা নাইতোম খোঙশাল্লক্লিবা নুংশিববু থিবগী খোঙচৎ অসিদা পুন্সি শিন্থা লোয়বদুনা লৈখোক্তগী কেনখ্রবা লৈবাং অমগী পুন্সি উকবদা থম্মোয় নৌথোবকই। অথেংবা অহিংদা থোক্লিবা থাজ, শংবানবা অতিয়াদা তগুপ তগুপ ঙাল্লিবা থবাম্মিচাকশিংনা নুংশি ব্রাবী শাবা উবগা অমুক হেন্না থম্মোয় নৌথোকহল্লি। অসুম্না কবিগী পুক্লীংদা ফাওবকপা তোঙান তোঙানবা ঈহুলশিংনা প্রকৃতিগী শক্রোনশিংগা অমত্তা ওইখিদুনা ফজববা তাইবং অমা শাগৎলি। খাঙবা কনবা অমগা লোয়ননা মঙালগী হিদেন অমদা য়ৌননবগীদমক খোঙশাল্লকই। নীংজবিববু অমুক্তং উন্নজবা ফংলবদি মহে য়ানগনি খন্দুনা অচেংপা থাজবা থম্লকই। থেংলবা অহিংগী অচিকপা লম্বীদা নাইতোম অকি তুজুংবা কয়া নাথৈদুনা খোঙশাল্লকই ঃ

শংবান্নববা চীংসাং পবেং লাল্লগা
কবিগুম্বা লৈবম্লবদি তুমিন্না
ঐগী থম্মোয়গী নুংশিবনা
'দুনাঐদি চৎতবা য়াদে
লেপ্পা য়াদে খোঙচৎ অসি।[৪৯]

রোমান্টিক পরম্পরাদা শাগৎলিবা সহীদকী শৈবেং লাইবিক অনীসিদা তোঙান তোঙানবা মশক অনী উবা ফংই। অহানবদা কুনশুবা শতাব্দীগী চরাংনববা সমাজগী য়ানশিন্নববা মশকশিংদগী শাগৎলকপা শৈবেং, অনীশুবদা মতমগী অহোংবা শক্তম পুম্নমক কাউথোক্লগা অশেংবা পুন্সিদগী তাম্না চৎখিদুনা ফজবগী ঈপাক্তা শাগৎলিবা কল্পনাগী তাইবং অমা উৎপনি। অকোনবগী লাইবিক *সনামচুগী অয়ুক*তদি ইনৌ নৌবা মওংদা মিংথোল অসিমক্তদা লীশাং শীংনা চৎথবগা কবিগী ড্রিম ভিজন অদুবু লোনগী ফজবা, ইমেজবী কয়ানা শাগত্তুনা থমই। শৈবেং খবদা কবিনা শাগৎলিবা নুংশিবগী মশক তাকপদা — 'খোইমুনা হিংলিবসু নুংশি লৈহিদনি,

খোইবুনা ঈবাকপসু নুংশি ঈপাক্তনি', থৱানমিচাক্কী মমি শামখিবদা – 'অমম্বা নোং মপৈগী খয়াত্তা তুমখুন তানখ্রবদা', নুংশিববু থেংনবদা উকৱা মীনোক অদুবু 'থাজগী মণ্ডালনি থাশিগী অহিংদা', থাজগী মণ্ডালবু 'থাবুমগী শঙ্গোম মহী চেল্লবা' নচিংবশিংসি থোইদোক্লা মপূং ফানা শাগৎলিবা ইমেজ্জবীনি।

সহীদকী অহানবা শৈরেং লাইবিক *কুনশুবা শতাব্দী* দা হৌজিক মতমগী হোংলক্লিবা শক্তম মচেৎ মচেৎ কয়ানা শাগৎলবসু অকোনবগী *সনামচুগী অযুক্ত*দি মপূং ফাবা কবিগী তোপ তোপ্পা খূৎফম অমা থম্বা ঙমই। শৈরেং অযাম্বদা মশাগী ওবিজিনেলিতি অমগা লোযননা লোনগী থোং মেঙনা নিংথিজবা মশক, ফজবা মফোঙদোক কয়ানা অপাবশিংগী থম্মোয়দা পালহনবা ঙম্বগী মশক অমা থেংনবে।

## হাওবোংবম পবিমল (১৯৫৭- )

ববাক তম্পাক্কী অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী খোঙচত্তা মফম অমা কন্দুনা খূৎথাবিবা অইবশিংগী মনুংদা হাবোংবম পবিমলসু অমনি। হুম্ফুতবাগী মতমদগী খূৎথাবক্লিবা অইবা অসিগী হৌজিক ফাওবদা লাইবিক অহুম– *উৎকী মপৈ* (১৯৭৮) *মাগী মৈচাক* (১৯৮৩) *থম্মোয মীংশেল অমসুং অমম্বা* (১৯৯৭) নচিংবা ফোঙলে। শৈরেং লাইবিকশিংনা অইবা অসিগী মশাগী ওইবা চাউববা মফম অমা কন্দুনা লৈবি। পবিমলগী শৈরেংশিংগী মপূং ওইবা থীমদি – মীওইবা খুন্নাইগী মোৎথবক্লবা লমচৎ, ৱাখল, মীৎযেংনা ওইহল্লিবা নীংবা কায়বগী মশক, নোংমা কাংদনা থোকলিবা থৌদোক ৱাথোকশিংনা থম্মোযদা পীবকপা চৈনা, হোংলক্লিবা সমাজগী মশক অসিদা শান্তিগীদমক ঈথৌলাংজবনি।

পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওনা মালেম নীকহন্দুনা মীওইবা সমাজবু, মীৎ-মায পাংহনখি। মসিনা নৈঙাকলোন, শেন্মীৎলোন, খুন্নাই অমদি নাকযেৎকী তোঙান তোঙানবা মায়কৈদা অনৌবা অহোংবা কয়া পুবকখি। নীংতম্লবা ভাবতকী মফম কয়াদা অনৌবা বাজনীতিগী ওইবা অনৌবা শক্তম কয়া উবা ফংলকই। মীয়াম্মা শেমজবা সবকাব ওইববসু নৈঙাকমপুশিংগী মীৎয়েংদা মশা মশাগী লমদমবু নৎত্রগনা পার্টি পোলিতিক্সনা হেন্না মকওইনা লৌনবকখিবনা মীচম প্রজাশিংদা অনৌবা চৈথেং পীবকখি। মসিনা লৌমী অমদি হম্বুবা থাক্তা হিংলিবা মীচমশিংগী শেন্মীৎলোন্দা শোকচিল্লক্তুনা পুন্সিমবেলদসু তুংহম্বুবকপতা নত্তনা সামাজিক

অবস্থাদা ময়ি চৎপা হৌবকখি। হোংলক্লিবা মশকশিং অসিদা হৌজিক্কী মীওইশিংনা পূমনৌ নৌবা পুন্সিগী ভেল্যুজবু থিবকপতা নত্তনা চাশিন্নবা ঙম্মনবা হোৎনবকই। অনৌবা পুন্সি মহিং অসিগা চাশিন্ননবা হোৎনবদগী লৌনম চিবোন তৌবনা যাংলেন শক ওইবগা অঙম অঙন্মা শেত্তুনা চানবগী মতৌ অমা থুংলখি। 'ঐ' হায়বসিদা খন্নবকপদগীদি লমদমসিদা খুন্দাদুনা লৈবিবা মীওইবা সমাজগী লমচৎ, মীৎয়েং, ব্রাখলনচিংবদা পৎথ-পুমথবকই। মসিমক পবিমলনা কনবা ঙন্নবোইদবা কেঙ্গবগা পাংখক ওইববা লায়নানি হায়না লৌবি। নোংমা নোংমগী পৎথ-পুমথবক্লিবা মীওইবা খুন্নাই অসিদা মশানা মশাগী মশক কাউথোক্লখিদুনা তৌফম থোকপা মথৌশিংদগী নাথৈবকপদগীদি লমচৎ ব্রাখলদা পুমহোং হোংলকখিদুনা লৌনম নমথাক তৌবগা অঙম্বনা অশোনবশিংবু তুহৎলকই ঃ

তশেংবমক ঈ চুপ্পী
মকোক ফোইদৎতুনা ঈ চুপ্পী
খুনু খবংদুনা উচেক্কী[৫০]

মতুশোনবা, লাইববা চন্না হিংজবিবা মীওইশিংগী চাকখাওবু নমথাক তৌদুনা শেঞ্জাও পায়বশিংনা খোপচিন্নৈ। লৌনম নমথাক, শেঞ্জা থুমজাগী থবক অসিদদি ঐখোয় মীওইবনা হিংননবগী লানফমদা মায়োক্লবা ঙম্নবা চোংশিল্লকপদগী মতোম থোকচবকপনি হায়বসিনি। ওইবক্লিবা পুন্সি মহিং অসিবু *থম্মোয* হায়বা শৈবেংদা আইবনিকেল ওইনা উৎলকই ঃ

লিপষ্টিক অমদি লিপ লোশন্ন
মচু লোক্লবা তবেক্লবা চিনবান,
চিনবান্দু কাংদুন,
প্যাফোইগী তেনজৈ মীৎচিন
মোমোন মীনোক্ক লোয়ননা
হায়ফেত্তং খপ্পদা
ঠিকাদাবগী মমোম ইবেম্মন
কুবাকদু প্লাসটিক ওনখি।[৫১]

কবপসনা থল্লবা সমাজ অমা ওইবকপদগীদি নৈত লাইববশিংনা অবেং খুদিংগী পুথবক্তুনা লৈখা তাবকই। মাইকৈ অমদনা ইনাক খুনবা ফম্মাইবশিংনা

নোংমা নোংমগী চাউখৎলকই। লৈখা তানা পুথবকলিবা খোঙফম অসিদগী অমুক্তং শৎকৎতুনা হিংনীংবগী ব্রাখলদা পুন্সিগা মন্তিক্রদুনা পাউখুম থিবকই। যুগসিগী পুন্সি খোঙজেলদা হিংননবগী লম্বী থিবদা ইশাবু মন্তিক্রবা ফাওবা যাওবকই। মীওইবা খুন্নাই অসিনা নোংমা নোংমগী মোৎশিল্লক্তুনা লৈখা তাবকপদগীদি অচুম্বা, ফজবা, নুংশিবগী ফজববা মশকশিং অদু মঙল্লানগা পাংখক ওইবে। নুংঙাই য়াইফবা খুন্নাই অমা ওইবগী মহুৎ তাইবংপান অসি 'অমম্বা কা' অমগুম্লকই । মীৎপাংবা অমদি উইশিনবা অনীগী মবক্তো খেন্নবা লৈবকত্রে। পূম্নমক অসিদি মান্নবগী ব্রাখল, থাদোক্তুনা খেন্নববু চেৎনা থাগোম্নদুনা স্বার্থগী তোর্ব্বানদা লেপ্পুবদগীনি হায়বসিনিঃ

অদুবু স্বার্থনা ময়ায় কাববা মীওইগীদমক
কবিমুক লৈবি, লৈবক্কনি কবিমুক ?
কনা লৈবি কান্নবা থিদবা
গ্রহ উপগ্রহ খোঙচৎ লেপ্প য়াদবনি
খোঙচৎ লেপ্পুবদা কবি ওইবক্কনি।[৫২]

স্বার্থগী সমাজ অমা ওইবকপদগীদি মীনুংশিগী মবী তৎখিদুনা চান্নচিন্ননা হিংমিন্নবগী মশক মাঙখি। খুদোংচাবা অসি লৌবগা লৈবাকক্কী মপী মপা ওইবিবা অঙম অথৌ, লৈঙাক চুপ্পী পায়বিবা বাজনীতিব্রালাশিংনা প্রজাগী চাকথুং কয়াবু মশা মশাগী ফুবীৎখাউদা যেপশিন্দুনা লোৎশিন্নখি। কবপসনগী ওইবা মোৎলবা লমচৎশিংবু কোম্না শীজিন্নবকই। লৈবাক নিংথৌ ফাওবা মশাগী ওইজবা খনবদগী অচুম্ববু মন্তিক্রদুনা য়োম্থোকই। চঙক্লনা হায়বকই ঃ

হন্দক্কী লৈমাবসে
অচুম্ব পাম্মী হায়বদায়নে ?
অঙকপনি মাগী ব্রায়েলসে
মন্তিক্রদুনা অচুম্ববু য়োম্থোকই
অচুম্ববু য়োম্থোকই।[৫৩]

'দাইখোপন লীন চাবগী নিয়ম' অমদি 'মশা কন্ননবগী নিয়ম' গা পাংখক ওইববা চৎনবী অসিগী মকুম থুপ্পা মিডল ক্লাসতা লৈবিবা মীওইশিংনফাওবা খুদোংচাবা লৌবকই। মখোয়গী কাবাম চাউবা মশকপু *বড-বাবু* শৈবেংদা সিম্বোল

শীজিন্নদুনা ফোঙদোকই। পূম্নমকসিগী চৈথেংদা মীচম প্রজাশিংদি অচৌবা ঈচেলনা ঈপাক তম্বদা অকনবা শাফুদুনা তোর্ব্বান কিম্বুবগুম অব্রাবা তাবকই। অব্রাবনা কোকথোং ফাবক্লবা ফীভম অসি মীয়াম্না শুকখঙ খঙদবদি নত্তে। মশা মশাবু ইনভোম্ব তৌনিংদবতা নত্তনা কবিগুম্বা মওং অমা নৎত্রগা অমদা নাম্ব্লোক্লনবা হোৎনখিবনি। অশোয়বদু থিন্দুনা তাকলুববসু অবেম্বদা তাবা, মীপুম খুদিংমক য়েংতমক য়েংবা, শেমদোককে হায়বদি খন্দনা লৈশিন্নবি ঃ

তুমশিন্নববা মীন মমিৎ নোয়বগা হায়
ঐ ইতোমতা তুম্বা হৌগৎলগা অয়ুক ওইদৌবিববো
নুমিৎ হেক থোক্লগা অয়ুকবাও—
মী পুম্নমক তুম্মি
ঐসু তুমখিনি।[৫৪]

মায়কৈ অমবোমদা অবানবা, অমোৎপগী খোঙফমনা মবা চেৎশিল্লকপদগীদি মোৎশিল্লবা সমাজ অসিদা হিংননবগীদমক হুনি খঙনা খঙনা অমৃতগুম থকপা তাবকই। হু অমদি অমৃতগী য়ান্নপোৎতু তঙাইফদনা থকলুবদগী তোঙান তোঙানবা পাম্বে পুথোক্লবকই। থব্রায়বু কনজনবা অমদি খুদোংথীবদগী নাম্ব্লোকননবা হোৎনবদা থাজবা, চৎনবী, লাইনীং পূম্নমক নাথৈবকই। *মন্দিবগী মকমদা* হায়বা শৈবেংদা 'ঈশ্বব' বু হিংননবগী খূৎলাই ওইনা শীজিন্নবে হায়না ফোঙদোকই।

ধর্ম্মনীতি, বাজনীতিগী মবক্তগী অচুম্বা, ফজবা, নুংশিবা অমদি মান্নবনা তাম্না চৎখিবদগীদি মীওইবনা মীওইবা খুন্নাইবু মশক খঙনবক্তে। ব্রাইখুনা চাউবগা অপোকপা মামাগী হকচাং চাথোকচবদুগী ফীভম লাকই। অসিগুম্লবা থীববা লমচৎ অসিনা হেঞ্জিল্লকপনা ফজববা মালেম অসি লৈকংলাগুম ওইবকই। নোংমদি তুম্না মাংব্রগনি হায়বগী মৈচাক অমা ফাওবকই। তাইবংপানসিদা অহিংবা মী অমা ওইকবনা পৃথিবীগী কাচিন অমদা পোকলুববসূ নোংমা কাংদনা থোকলিবা থৌদোক ব্রাথোকশিংবুদি কৈদৌনুংদা নাথৈদুনা চৎপা ঙমদে। মশীং থীঙমদনা থোকলিবা থৌদোকশিংনা মতাং খবদদি থম্মোয়দা তাশোন্না থিনবতা নত্তনা চৈনা ফাওনা মৈশা লাংহৌই। তোখায় তানবগী লানফমদা ইজবেলনা পেলেষ্টাইনদগী মচেৎ তানা তোঙানজবকপদা কল্লক মিহৌবা অমদি খুদোংচাবা ঙাইদুনা লৈবিবা আরবনা

খুদুম চনশিন্নবা হোৎনবকপা, অমুবা অঙৌবা অনীগী মবক্তা লৈবিবা খেন্নবা মীৎয়েংদগী থোবকপা ওৎ-নৈবগী মশক, ইয়ামগী ফায়াবিং ইম্ফ্রাদ, অচুম্বগীদমক লেপখিবা অবংবা থব্রানগুন্নবা যীশুবু মীহাৎ থীনা হাৎখিবা আইবিস লমদমনচিংবা কয়াগী রাবীনা মালেম অসিবু হিংসানা থল্লবা অকিবগী মশক ওইহল্লকই। আফ্রিকাদা জুলু জাতিশিংবু অঙৌবা কাওবুশিংনা মতম কুইনা নমথদুনা হম্বুবা থাক্তা থন্নগা ফংফম থোকপা অথিকাব কয়া মৎপিখি। এপাবথেইদগী মীৎয়েং অসিদা হিংবগী অর্থ থোক্লবা পুন্সি মবেল অমদা লেল্লকই। মতৌ অসুম্না পাঙ্গনবগী মমাঙদা মতু শোনবনা হিংলিবা মতমসিগী মশক অমবু *নুংপান ওন্নবা* শৈরেংদা হায়বকই ঃ

লাইশগোনগী মগুণ শকনিংবা
ঙানু মচাদুগী কলমন
মাগী হিংবগী ভিক্ষাদা
পৃথিবীগী ফজবা য়েকপা হায়বসি
মীনম্ব লাইয়েকনি।[৫৫]

মীওৎ মীনৈ অমদি নীংখা তম্না লৈবা ফংলক্তবদগীদি নুংশিববা পোক্লফম লমদম ওইদুনসু মতিক চাবতনা খুল্লিংবা সমাজ অদুদগী থাপ্পা পুন্সি চেংজেলগীদমক অনৌবা লমদম অমগী মায়কৈ তন্নকই। *চট্টগ্রামগী মচাশিং* কৌবা শৈরেংদা বাংলাদেশকী চিট্টাগোংদগী চেল্লক্তুনা ভাবতকী ওমখৈদা লানশিল্লক্লগা বিফ্যুজিশিংগী বিলিফ কেম্পতা হিংলি হায়বতা ঙায়ববা মীওইশিংগী পুন্সিবু শৈথাই। অসিগুন্নবা মীওইবশিংগী হিংবা শিবা ফাওবদা মনিং তন্নক্তবদু পবিমলনা ঙায়োকচফুদা ঙামুগী সিম্বোল ওইনা পীবদুনা হায়বকই ঃ

চফুগী রাংমদা
পদ্রাক তাই লৈকংথক্ত
শিকববা মতুং খঙ্গে মহাক্ল
লাইবকসি লাইজ ফংদ্রসু কেমজবসনু
খুৎচাও অমন খংপায় পায়শিনখিব খঙহৌদে
ঙায়োক চফুদ ঙামুদু অমুক হল্লকই।[৫৬]

হিংননবগী লম্বীদা হেন্না লুশিল্লক্লবা, অচুম্ববু অবানবগী ধর্ম্মনা নমহৎপীবক্লবা ফাওবদা ফুকপ খবদি মমাঙৈদগী মশা মশাগী লৈজবক্লবা লাইনীং

অমদি চৎনবীদা ঈকপতুনা হিংলি। হায়বিবা ফুকপশিং অসিগী মনুংদা মণিপুরী জাতিসু অমনি হায়না *য়াইবোং* অমসুং *ত্রিবেনী সঙ্গম* দা ফোঙদোকই। *নোংপোকথোংদা নুমিৎ থোকপা ঙমখিদে* হায়বসিদা তুকৎচনা পল্লি ঃ

খোঙবালনি খণ্ডদ্রব, তুবেলনি খণ্ডদ্রব
অমাংশঙগী কোমফুনি খণ্ডদ্রব, সহবগী কোল কাবখানাগী
ইতিনফমনি খণ্ডদ্রবা, নম্বুলদ নুতিগী ঈকপচৈ।[৫৭]

কোল কাবখানাগী মখোল তাদ্রবা মণিপুরগী সিচুয়েশনদা শাগৎপদা চান্নদ্রবসু এনবাইরোমেন্ট অমদি ইকোলোজিগী কোগোকপা মশককা শাগোন্নবিবা ইমেজবীদি পংনোপ নেপ্তে।

ফুইনা হৌবকপা মতমগী নোংহৌ মবক্তা মহৌশানা ফজববু পামজবা, অচুম্বা অশেংবগীদমক লেপচবা পামজক্কবনা মীওইবা সমাজ অমদি পুন্সিবু য়াইফনবা খঙ্গবতা নত্তনা ফজববা মালেম অমগীদমক খোয়বাংলকই। নাকপাক তানদুনা য়েংথিনবগী মহুৎ অমগা অমগা চান্ন-চিন্ননা হিংমিন্নবা পামলকই। শান্তি লৈবা মালেম অমগীদমক ঈখৌ লাংলকই। 'সত্যমেব ঃ জয়তে' দা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎলকপা শান্তিগী পাউজেলবু নৌহৌননা নীংশিংসি হায়বকই। মসিগী ওন্নতৈনবদা ঐখোয়না অপাম্বগী মহামন্ত্রদা লুপখিদুনা মমি শান্নবা ফুবা অসিবু থুগায়নবা হোৎনববা, লুপ্তবা পুন্সিগী কাববাব অসিদা থম্মোয়গী ওইবা নুংশিবা মাঙখিদুনা হাৎন-শুনবগী মীকপ মীবাওখোলতনা নিল্লবা মালেম অমা ওইবক্কনি। শক্তিগী চাংয়েংদা মালেমগী ওইনা থোকখ্রবা লাঞ্জাওশিংনা পীবিবা চৈথেং অদুদগী হেন্না শাথিবা ফীভম অমা ওইবক্কনি হায়না পল্লি ঃ

অহিংগী অমম্বদা তাম্ন শন্দোকতুন লৈম্রে
মী তাব য়াববোইদবা লমদমদুদা
অপাইব থৱায়শিংনা কপ্লি
কপ্লি তেংথাদুনা
পুন্সিগী[৫৮]

ইং ১৯৭৮ দা ফোঙলকখিবা *উৎকী মপৈ* দা পবিমলনা পুন্না চান্ন-চিন্ননা হিংমিন্নদুনা শেন্না ফজববা মালেম অমগীদমক খোয়বাংজববসু তায়োন্নবা পাউখুম ওইনা পুন্সি অমদি হোংলকলিবা, পৃথিবীগী খোঙচৎতা পেন্দবগী শক্তম কয়া

থেংনবকই। মসিদগী থম্মোয়দা ফাওবকপা চৈনা অদুনা নীংবা কায়না শৈথাবকপা খুৎইনি। সাইন্টিফিক এজকী মেটবিয়েলিষ্টিক ৱার্ল্ড অমদা মীওইবনা খোঙথাংজিনখিবদগী হিংবগী মমল লৈবক্তবতা নত্তনা হকচাংগী কয়াৎশিং য়াওনা য়াওনা লেং ওৎপা ঙল্লক্তবগী মশক অদুবু পেনদ্রবা থম্মোয়গী পাউদমখোল ওইনা ফোঙদোকপনি। লাইবিক অসিগী মতুং ইং ১৯৮৩ দা ফোঙলকপা *মাগী মৈচাকতদি নুংদা চংদুনা মনুং মপান ফাওনা য়েংলকপগী মশক থেংনবে।* তৌবগীদি সমাজবাদবু পামজবগী মশক অদুদি ঈবোয়নদুনা চৎলি। নোংমা কাংদনা থোকলিবা থৌদোক মচা মচাশিংনা পৃথিবী অমদি মহৌশাবু লৈখা তাহল্লকপদা নীংঙমদবা পোল্লকই। থীমদা মান্নবা খবমখৈ লৈজববসু শৈবেংগী মচাক লৌফমগী মতাংদা অশৈবনা পল্লিবদি —'থৌদোক ৱাথোকতনা থল্লবা পৃথিবীনি। নং-ঐনা মীৎ উইশিন্দুনা নৎত্রগা, না মেনশিন্দুনা উত্ত্রবোয়, তাত্ত্রবোয় হায়দুনা লৈথোকপা ঙন্না নত্তে। লেপতনা চৎলিবা মতমগী খোঙচৎকা লোয়ননা মাগী তম্পাক্তা থোক্লিব থৌদোকশিংসিনা ঐগী কোকত এক্সন বিএক্সনগী লোয়ব নাইদ্রবা ৱীপুন অমা ওইহল্লি' হায়বসিনি। এক্সন বিএক্সনশিং অসিগী মবক্তা পবিমলনা 'হাইকু' কৌবা জাপানীজ শৈবেংগী লৈচলসু পুশিল্লকই। 'হাইকু' শৈবেংগী মওং অসিমক্তি ১৬ শুবা চহীচাগী অদুগ্নাইদা জাপান্দা পোকলকখিবনি। মহৌশা খুৎশেমগী ফজববু উকবগা পোকলকপা থম্মোয় ইহল ফোঙদোক্তুনা ইনবিবা শৈবেং মখল অসিগী মওং মতৌ (ফিজোলসু) ঋতুগী মতুং ইন্না হোংই হায়বা য়াই। অসিগুম্নবা শৈবেং লৈচল অসিনা য়ুবোপ লমদম য়ৌবকপদদি মখল মখা থীমদা মশা লোঙথোবকখিদুনা ইংবাজী সাহিত্যগী ইমেজিষ্ট কবিশিংনা অনৌবা ঈনোৎ অমা পীবকখি। 'হাইকু' হায়বিবা মচল অসিগী মতাংদা *ৱেবষ্টর্সি এনসাইক্লোপেডিয়া ওফ লিতবেচ*না পীবিবা ৱাহনদি — 'An unrhymed Japanese poetic form consisting of 17 syllables arranged in three lines containing five, seven and five syllables, respectively' হায়বসিনি। অমবোমদা মচল অসিবু শাগৎলিবা মওংগী মতাংদা হাইকু কবি মৎসুও বশো (Matsuo Basho) না অসুম্না ফোঙদোকই ঃ

> must contain both a perception of some eternal
> truth and an element of contemporaneity, combining
> the characteristic features to the two earlier schools
> by means of the few essential elements he

presents, the whole world from which they have been extracted, the reader must participate in the creation of the poem "[৮]

পবিমলনা চাংয়েং ওইনা ফোর্ম অসিমক্তদা *ক্রিটিকস, লাইববা, ঐগী অন্নাবা* অমসুং *হৌজিক্কী রাজনীতিদা* মিংথোন্দুনা পুথোবকই। হৌজিক মতমদা লাইববনা নোংমা নোংমগী নীংলোমদা হুম্বুবকপতা নত্তনা অন্নাবশিংনা মবোন মবোন ননশিন্নকপা, উপাই লৈবক্তুবা শক্তম অমা *লাইববা* হায়বসিদা উৎলি ঃ

একাট্রেন ! লাইববা
কৈদৌনি সমাজসিদ
নতোম শিজখো।[৬০]

অসুম্না শৈবেং খবসিনা মনুং ফাওনা উশিনবা ঙমখ্রবা মীৎকুপ অমমম পুখৎলকপা ঙম্বসিমক য়াম্না শীংথানিঙাইনি।

মীওইবনা স্বার্থগী তোর্ব্বানদা লেপ্পুবদগী অশেংবা নুংশিবা মাঙখ্রবা, অচুম্বা থিবা ফংদ্রবা সমাজ অমা ওইবকপদগী, মীনম্বতনা থল্লবা, তৌফম খঙদনা নীংবা কায়বসু অখাং কনবগী থৌনা অমদি মাঙদ্রি। থৌনা ফনা লেপলিবা অইবনা *থম্মোয়, মীংশেল অমসুং অমম্বা* কৌবা শৈবেং অহুম্না পুনশিন্নগা মিংথোনবা লাইবিক অসিদদি ইমেজবী অমদি সিম্বোল কয়া মফম চানা শীজিন্নদুনা মীৎয়েং পাকথোক-চাউথোবকই। পংশাং শাংদবা শৈবেংশিংনা মপূং ওইবা অকোনবা লাইবিক অসিনা অইববু মশক লোকহনবদা অচৌবা মফম অমা কল্লি। অকোনবগী খোঙফম অসিদদি পল্লেপফম খঙদ্রবা নুংগী ওইবা মশক অদুবু থিবকপনি। খোঙচৎ অসিদা থেংনকব্বা পোৎশকশিংদুগী চপচাবা ব্রাহস্তোক পীননবা হোৎনবদা লন্নাই সিম্বোল কয়া শীজিন্নবকই। উন্না কুপশিনখ্রবা লম্বী, লৈনাং, শাবেং, অঙৌবা লমখুনু, ষ্টাম্প, চিঠিনচিংবা ফজববা সিম্বোলনি। থেংনকব্বা এক্সপবিয়েন্সতগী অইবনা লেপথোবকলিবদি আর্দশ অমদি পরাব অনীনা মুক্কমখৈ মুক্কব্বগা পুন্না তিনশিন্নবকপদুদি মতম খবনিগী ওইনা কয়লাস লম্বীগী কোংকুৎশিংদা লৈবাক্লা থেন্দুনা শমজিন্নহনবনি।

**ইলাবন্ত য়ুম্নাম (১৯৫২- )**

সমাজবু মথক মখা ওন্না য়েংলবগী তুংদা কবেম্নদুনা পাউদমলকইবা,

অনৌবা মায়কৈ অমদা খোঙদাবক্লিবা অশৈবনি। হৌজিক ফাওবদা অচোইবা নত্তনা শুপ্না লাইবিক অনি- *মীনাই অমা ফংবদা হবাওনববা লমনি* (১৯৮৩) অমসুং *নুংশিৎ শিৎলি উনা লেংলি* (১৯৯২), *মৈরাযপ্রবা লমদম* (২০০৩) ফোঙলে। মীৎমাঙদা উবিবা ফজবা, অথীবা, পেন্দবা থম্মোয় শোকপনচিংবা পূম্নমক্কী মনুংদা ফাওবকপশিংদু হৈশিংনা অপাবশিংগী পূক্নীংবু মীৎকুপ খবদং খন্থহন্দুনা পোখাহনবা ঙম্নবগীদমক শৈবেং ইবিবা মীশক অমনি। খুন্নাই অসিদা নীতি নুমিৎ খুদিংগী থোক্লিবা থৌদোকশিংবু ইলাবন্তগী শৈবেংশিংনা ফাদুনা পুবক্লগা ময়ামদা য়েংহন্নবা হোৎনৈ। সমাজগা, মীগা অমদি থৌদোক ব্রাথোকশিংগা নৈনবা মবীনা থম্মোয়দা বিয়েক্ট তৌহল্লকপা অদুমক উৎথোবকপনি। শৈবেংশিংবু মশক তাকপদা ফোঙদোকলিবদি - 'কনাগুম্বগী শৈবেং অমা পাকবগা ঐগী ইয়াম্বা অমনা অসুম্না হায়খি — শৈবেং অসিদি নুংদুমদা থেংজিল্লুবদা নত্রগা লৈতুম হল্লকপদা পানখিবা অপোম্বা শকক্তু মীয়ামদা অসুম য়েংহনবনি। ঐনা সুম খল্লুবগা ঐগী শৈবেংশিং অসিসু মাগী ব্রাহৈসিগা য়াম্না নকশিন্ননা খজুবাহোগী মূর্ত্তি অনী কোন্নবগুম লৈ হায়না' পল্লি। মীৎয়েং অসিদগী খবমখৈ নাথৈদুনা মতমনা পুবকপা অকনবা নোংলৈ নুংশিৎকী শহুমদা ইলাবন্তনা তোপ তোপ্পা চাংয়েং তৌদুনা ব্রাবেংগী মওংদা খূৎই অমা মহাক্কী *নুংশিৎ শিৎলি উনা লেংলি* দা শীজিন্নবকই। অবিবা শৈবেংগী চৎনবোলশিংবু থাদোক্লগা মহৌশাগী জগৎতা লেপতুনা ইনৌ নৌবা শৈবেংগী মশক অমা লৌক্লবা অনৌবা আন্দোলন মখল অমনি। ব্রাবেংগী মওংদি ওইবগা শৈবেংগী বিদম হাপ্তুনা ইবনি। শাথেক কায়ববা ছন্দশিং শীজিন্নদুনা ব্রাবেংগী মওংদা ইজববসু শৈবেংগী ছন্দ অদুবুদি পুমথা থাদোকখিবদি নত্তে। অমবোমদা শৈবেংশিংনা কোল্লিবা হীবমগী পনখৈ থোইদোক্লা পাকচাউখিবমক্তি নত্তে। অশুপ্পা মীৎয়েংদা পোৎচাক্কী জগৎ অসিদা মীওইবগী থম্মোয়না অহাংবা ওইবকপা অমদি অমম্ববোমদা চঙশিল্লকপা, গণতন্ত্রগী শহুমদা পীক্লবা ফুকপশিংগী ওইবিবা মশক, পুক্নিদা হকথেংনবকপা থৌদোকশিংদগী ফংলকপা এক্সপবিয়েন্সনচিংবনি। হীবমশিং অসি উৎননবা হোৎনবদা সিম্বোল, সিমিলি, মেটাফব, এলুজন মবাং কায়না শীজিন্নবকই। মহৌশাগী জগত্তা চঙদুনা অনৌবা শৈবেংশিংগী মশক অমা লেপ্ন নবা হোৎনবকপগী অকনবা থৌনানি।

কুনশুবা চহীচা চঙলকপদগী পৃথিবীগী মফম খুদিংদা অনৌবা টেক্নোলোজিগী

মচাক মথুম কয়ানা নোংমগী পুন্সিদা চাউববা মফম অমা কনশিল্লকখি। নুংশিৎসিমক লমদম অসিদসু য়ৌশিল্লক্তুনা ট্রেদিশনেল ভেল্যুশিংবু পোৎচাক্কী জগৎনা মহুৎ শীনজিনখি। অসুম্না অমনা অমদগী হিদান্নবগী ব্রাখলদা ইজৎনা হেন্না মকওইনা লৌনবকপবু অসুম্না থাই ঃ

টেবলদা থিল্লিবা মৌ অনৌবীগী লৈদু নুংশিৎনা লেংবা উই।
কোম্বীবৈগী খুদোলপোৎতি লৈত্রে অমুক। কোম্বীবৈসু
ময়ুমদা লৈত্রে। ইনাক্তদি লৈবি মৌ অনৌবী, মাগী উল্লকপা
ষ্টিবিও বেকোর্দবদা লৌফম খঙদবা ঈশৈনা নীল্লি।[৬১]

নাকন অমবোমদা পুন্সিগী অর্থ থিবদা চবা নামতংনা নোংখন্নবিবা মীওইশিংনদি হিংবগা তত্তনা লাম্হেংনৈ। মখোয়না মতমগী খোঙচৎকা চান্ননা চৎননবা হোৎনবসি অচৌবা চাংয়েং অমা ওইবি। কবিগুম্বদা মায়থীদুনা খোঙফম অসিদগী নাম্হোকখিবা থোক্লগা ওইবিবা ফীভমদি অসুম্না হায ঃ

খোঙচৎ হৈত্রবদি শাথেক য়াওদ্রবদি
শেলনা নঙবু লৈগে
থবক লৈ য়ুমগী শুগেবা হংলক্কনি
মীনাই অমা ফংবদা য়াম্না হবাওনৈ মফমসি [৬২]

মীনা মীবু ক্রিটিসাইজ তৌবা, হুন্দুনতা ঙাংনবগী হৌনবীদু উৎথোবকপনি। ঐনা হেল্লে হায়বগী লীপুননা তপ্না তপ্না লাকশিল্লকপদগীদি সামাজিক মীওই অমগী মোবেল পুম্বা মাঙখিদুনা মীওইবগী থম্মোয় অহাংবা অতিয়াগা পাংখক ওইবকইঃ

'ঐখোয়গী'গা 'ঐগী'গা মপুম থীৎনা নম্নবম্মী খেক্লবম্মী
ফোয়নবম্মী খোৎতৎনবম্মী। মসি উবদা ঈনা হাযবমই,
ঐঙোন্দ য়েংলকউ। মোংফমগী লৈনা হায়বমই, ঐবু
নখোয়গী নাপদা অমুক্তা চীম্বীয়ু। থব্রায় পাম্বশিংন হায়বকই,
মীওইবদা য়েংঙু। মীনসু হায়বমই, জাতিয়াবাদতা য়েংঙকউ।
পুম্নমকসিবু খানা য়েংলগা ট্রেন দ্রাইভব অদুনা নমহৎলকই,
ঐগী মশলসিদা য়েংলকউ।[৬৩]

ইলাবস্তগী মীৎয়েংদা অনৌবা পোৎচাক্কী জগৎ অসিনা অহোংবা পুবক্তুনসু 'মী কৌবা তীন' অসিনা মী ওইবগী মতৌ অদু য়াওদ্রবদি পুম্নমক চপমান্নে হায়বসিনি।

মীওইবগী হিংবগী মহিং, চৎনবী পূম্নমক খেন্ননা লৌবিবসিদি ঐখোয় ইশাননি। মাঙদা কবিসু উদ্রবা পঙ্খুংফম য়াওদবা অনৌবা পুন্সি মহিং অসিদি মহাউ য়াওদে, অর্থ লৈতে। অপীকপা, অখুবা, অমোৎপা পবীং অমদা অসুম ভাব ইতা তাদনা তাউথদুনা চৎপনি। মসি খণ্ডনা খণ্ডনা নাম্ছোক্তুনা চেনবা ঙমদবসিনি। অমুকসু মীওইবনা নুঙাইনা হিংনবগীদমক মশাগী খুদোংচাবতা খন্নবদা অশোনবশিংগী মফমদা তাইনফম ওই। অর্থ মাঙখ্রবা পুন্সি লম্বী উদ্রবা হৌজ হৌজ শেম শাদুনা লৈবিবা পুন্সিগী একচুয়েলিতিস অদুবু *অফোৎপা জিন খোংগ্রাও* হাযবসিদা পুথোক্তুনা উৎলি।

ইশাগী নুঙাইনবতা যেংদুনা ঙেক হেক ফমথবদা নৎত্রগা থৌব্রা শাদনা ফমথবা মতমদা খুকউ অমসুং থুনফমদা তাইনফম ওই। মবম অসিদগী মফম অনীসিদা যাম্না থুনা শোম্থবকই, শেগাইবকই ।

> য়াম্না শাথীবিবদি, নুংঙাইনবতা য়েংবা তাইনফম লৈবা
> থৌব্রা শাবীদবসিনি। ফমথবা হৌগৎপা অমদি লম্বীসিদা
> চৎপগী অর্থ খণ্ডজিল্লক্তবসিনি।[৬৪]

*নাকন অমবোমদা মশাগী নুংঙাইনবতা য়েংদুনা হিংলিবা থৌব্রা শাদবসিদা* তাইনফম ওইবিবা মীওইশিংগী পুন্সিদি পূক্লীং নুংশিনিঙাইনি। খুবাম মবক্তা ঈ খৌবোম অমত্তং চুপ্লনবগীদমক শিবা কিদনা পাইশিল্লিবা কাঙগুম হিংবা তাবকই। মসিনা পোলোইদা ওইবক্লিবদি হিংফম লৈবক্তবনি। চৎফম লৈত্রবা লম্বীদা হিংবগী অর্থ থিনা থিনা অকিবা খোঙথাংগা লোয়ননা অশিবগী লম্বীদা চঙশিল্লকপদু *পোখাবা* অমসুং *মোল্লবা খুবাম* হায়বা শৈবেংশিংদা অঙকপা সিম্বোল অমগা লোয়ননা উৎলিঃ

> ব্রাংলবা হাংলবা অতিয়াগী মথানুংদা চেক্লাগী মশাগা
> মালঙবগা চীক্লা চান্নবা অমা পুবকপ্রে। পুন্সিগী থব্রাম্নিচাক
> নক্লা তুফাং য়ৈনা লৈন-লৈন পাইবম্মী। থম্মোয়গী চীঙনুংদা
> শাগৎচবম্বা খাংপোকশাঙ থাদোক্লমদুনা খোবক্লে থব্রায়না।[৬৫]

ভাবতনা মতম কুইনা বৃটিশকী লৈঙাক শাসনগী মখাদা মকম থুপ্না লৈবম্বদু ইং ১৯৪৭ তদি নীংতম্বা ফংলকখি। নীংতম্বা ফংলবা মতুং ভাবত সংবিধানগী মখাদা মশানা মশাগী লৈবাকপু লৈঙাকচদুনা মপূং ফাবা গণতন্ত্র চৎপা লৈবাক অমা ওইবতা

নত্তনা প্রজা মীয়ামগী অপাম্বগী মতুংইন্না মীখলদা ভোৎ তৌদুনা থাগৎলক্লবা মীওই কয়ানা লৈঙাকচবগী খুদোংচাবা ফংলকই। রাজনীতিগী খুদোংচাবা অসিগী মরুম থুপ্না মীওইবগী থাদোকপা ঙমদ্রবা 'ঐ' অমসুং 'ঐখোয়গী' হায়বা রাখল্লোন অসিনা মাইনোরিটি ওইবা ফুরুপশিংগী মফমদদি লৈতাদবা রাজনীতিগী ওইবা তানফম অমা ওইরকই। ভারতকী গণতন্ত্রগী শহ্মদা পীরুবা কাছাড়গী জিওগ্রাফিকেল্লি সিচুয়েসন য়েংলদুনা মাইনোরিটি ওইরিবা চোইজাইননা খুন্দা লৈতারিবা ফুরুপমচাশিংগী পুন্সিগী লূববা তোবৈ অমদা লৈশিন্দুনা হিংবা তারকই। মীৎয়েং অসিদা মপূং ওইনা শাগৎলকখিবা শৈরেংশিংদি *বেলোট পেপরদা, লমদম ঐগী অরাবা ঐগী , হকচাং, লৈচিনগী লাইযেক* অসিনচিংবনি। হৌজিক্কী রাজনীতিগী লুশিল্লরুবা তাঞ্জাসিদা ঐখোয়গী মায়কৈ অমদি শক্তম কবিনা লেপলগদগে খঙলক্তবা মীৎকুপ্তা ববাক তম্পাক্কী মণিপুরীশিংনা ওইরিবা ফীভমদু অসুম্না ফোঙদোকলি ঃ

> 'ঐখোয়গীদি শরুক থুংগদবা মায়কৈ য়েংদুনা নপচবনা চুমগনি হায়বসি ঐগী থাজবনি। ঐসু ইখঙ খঙলবা অমগুম লেপথোকচবদি ঙমজবমদে। পীরুবা ষ্টাম্প মচাশিংনা পারুবা চিঠিখাউগী মথক্তা নপ্লদুনা মফম অমদগী অমদা থরায় পাম্বগুম চৎপদু নীংশিংলকই।'[৬৬]

লমদম অসিগী মণিপুরী সমাজগী ফীভমনা পীবকপা শক্তমনি। পুনশিনমিন্নবগী ওন্নতৈনবদা তোখায় তানবিবা পুন্সিনা নে-তাদ্রবা মতমদা হিংবা হায়বসি মফম মতমনা লেপথোকই হায়বগী শক্তম শাগৎপনি। য়াম্না কমপ্লেক্স ওইববা সিচুয়েশন অমদা হিংলিবা লমদম অসিগী মণিপুরীশিংগী কিববা শক্তমদা চিংনবকই। সেল অমত্তা পানবা শোল্লবা এমিবানা অচৌবা জীবশিংগী নাতোন শুমাংদা থরায়না তংতানা হিংবা ঙমদবা মতৌদুবু সিম্বোল ওইনা ফজবা ইমেজবী অমদা শাগৎলকই। কবিনা তাংজবগী মতৌবু অসুম্না হায়বি ঃ

> *অরাবদি নোংজুথাসিদা ঈশং পাম্বী খবা নপচদুনা হিংলিবসি থংনবা য়ুমগী পাকাগী ফরাংসিদা ইংথমথা লারুগা মথরায় অসি ইহু হুদোরুক্কদ্রা হায়বসিনি*[৬৭]

কায়ববা পুনগী চফু মচেৎশিংদা তুংবা ঈশিংগা পাংখক ওইববা ফুরুপ অসিদা খুদোংচাবা লৌদুনা রাজনীতিরালাশিংনা শীংচেপ থাদুনা তোখায় তাহল্লি।

মসিমক্তা মোৎ তিন্নবক্তবদগী আসামগী জাতি কয়াগী মবক্তা তোৎন তিন্নদুনা হিংলকলিবা মণিপুরীশিংনা ইশা ইশাগী য়ুমগী দাবীদগী হেক কুমথদুনা থোবকপদা মশাগী লোন ঙাংবগী তাঙ্গা ফংদবা শক্তম অমদি থেংনবিবা খুদোংচাদবশিংদু *চংপদা চংপদা চোকথবে* হায়বা শৈবেংদা ময়েক শেংনা উৎলি।

ইলাবন্তনা উবিবা সমাজ অসিদি নুংঙাইবা ফজবা অমদি নুংশিবনা থাপ্না চেনথ্রবা শক্তম অদুনি। নুংঙাইবগী লৌবুক্তা ফৌ অপোম্বতবু চাবিবা শামু লমশা, অমদি মকোইচোম্বা অমোংপগী কোকয়েং য়েংশিল্লিবা লম্বী চংপগুল্লবা চাউখৎলবা মেছিনগী যুগসিগী মীশিংগী মশকনি। 'অপাম্বা' কৌবা ধর্ম্মদা লাইমিং লৌথ্রবশিংবু কবেম্মদুনা হংলকই ঃ

'হো অপাম্ব, ইবুংঙো অপাম্ব সিংহবু য়ুমদা লৈবীববা?
মীওইবা কৌবা মতু চোম্বা তম্ব অমা লাকচবি থোঙজিন্দা নঙগী'[৩৮]

কবি অসিগী *মীনাই অমা ফংবদা হবাওনববা লমনি* দা য়াওবিবা *মপুগী মীৎযেং* অমসুং *তুজুংলবা অহিং* শৈবেং অনী অসি লাইশ্রম সমবেন্দ্রগী *তিল্লাইখোম্বী মচা* অমসুং শ্রীবীরেনগী *ঐ লাইমিং লৌদে* হায়বা শৈবেংশিংগা নকশিন্ননা থম্বা য়াই। হৌজিক্কী মীওইবনা ঈশ্বরবু থাজবক্তবা অমদি মফম পীবক্তবা মপাম্ভোংগী ওইবিবা শক্তমগা নুংগা লৈনজবিবা অচুম্বগী মশক উৎপনি। *তুবেল অমদি চুমথাং* শৈবেংদা অশেংবা ফজবা পুন্সি লম্বীগী ঈঙ্গিৎ অমা নাশোন্ননা থীন্দুনা তাকইঃ

> লন্নাই হায়বিবা মফমসিদগী হিংমিন্নবগী থোংঅমা লাল্লবদি
> মীয়াম হায়বদু থেংনগনি। লানথ্রিঙৈদা লৈবি শীঙ চনবা
> চাক থোংবা উচেক্তা উশাদা তুমিন্না তোংবনচিংবা। লাম্ভোক
> লানশিনগী মবক অসিদা তুবেল চেল্লি।'[৩৯]

হিংমিন্নবগী লমদমদু য়ৌবদদি ফজবা, নুংশিবা অমসুং নুংঙাইবনা পীবা পুকচেল শেংবগী, চীংলেম্বগী মগুণশিং উগনি হায়বসিনি। *মীনাই অমা ফংবদা হবাওনববা লমনি* হায়বা শৈবেং লাইবিক অসিদা য়াওবিবা *থবাক্তা নোংমৈ গুলি বমুলা, ইপাম লমদম* নচিংবদদি মমালৈবাক মণিপুবগী ওইবিবা শক্তম য়েকই। ইতিহাসকী লামায়দা লাচন্দুনা লৈথ্রবা নুপীলান, মতম অসিগী নহাবোলশিংনা খুত্তা খুৎলাই পায়দুনা লালহৌবগী মশক, মণিপুরী জাতিগী মৈহৌবোলদগী শাগোন্নজবক্লবা বাস-লীলা, লাই হবাওবা, মুক্না, কাঙজৈনচিংবা নাৎকী

মশকশিংসি ঐখোয়না নুংঙাইথোক্তুনা লৈবিঙেদা মীতোপ্না মাংহল্লকক্রা হায়বগী অকিবা অমা ফোঙদোকলি। অমুকসু পুন্সিগী তাংকক কয়াদা থোকলিবা থৌদোক মচা মচাশিংবু হৌজিক হিংলিবা সমাজ অসিনা মকওইনা লৌবিদ্রবসু অইবনা হকথেংনকব্বদা খল্লকলিবা পূক্নীং মতা অদুমক উৎতুনা য়েংহন্ননবা লাক্লে। মাঙগী লম্বীদা কবিসু উদ্রবসু চৎপদি লেপত্রিবা আশা মাঙথ্রবা পুন্সিগী শক্তমদুনি।

ইলাবন্তনা থীমদগী ৱাহৈনা হেন্না লুনা খন্দুনা অমেংবা ৱাহৈ লৈতেংশিংনা পোইতিক ফীলিং মকা লাম্না উৎলকখিবসি *নুংশিৎ শিৎলি উনা লেংলি* হায়বসিদনি। মণিপুরী লোনগী ৱাহৈশিংবু খ্বায়না শীজিন্নদবা মওংদা অনৌবা মফোঙদোক,অনৌবা প্রমাণ পাহ্নেদা চাংয়েং তৌদুনা ফোঙদোকপদা মায়পাকই। মমাঙগী শৈবেংশিংদগী তোপ তোপ্না সিমিলি, মেটাফব, ইমেজ কয়াবু নিংথিনা ওর্গেনাইজ তৌবগা হৈশিংনা শাগৎলকপদা ইনৌ নৌবা শৈবেংগী মহাউ অমা পীবকই। হৌজিক মতমগী মেটবিয়েলিষ্টিক সোসিয়েল সিষ্টেম অসিগী মথক্তা কৃপশিন্দুনা থমলিবা কুবাংবান অসিবু শেগায়দুনা সমাজ অসিদা হিংলিবা পুন্সিগী অশেংবা মশক অদু পুথোক্তুনা উৎননবগীদমক য়াম্না পামজনা সিম্বোল, ইমেজবী অমদি অনৌবা লোন কয়া শীজিন্নবি। প্রোজ বিদম ফোর্মদা অশাংবা ৱাহৈপবেংশিং শীজিন্নদুনা পুন্সিদা থেংনবকপা অৱাবা নীংবা কাযববা থৌদোকশিংনা অনৌবা থৌনা পীবকপগী মওং অমা উবা ফংই। চোকথকব্ববা হিংগনি হায়বগী আশা লৈকদ্রবা মতুংদা ইনৌ নৌনা অমুক হিংগৎলক্তুনা অনৌবা হিংবগী মহিং অমা ওইনা পুন্সিগী শক্তিবু নুংশিৎ ওইনা লৌহন্দুনা অপাবশিংদা থন্নকই। শৈবেংশিংদা সিম্বোল ওইনা মহৌশাগী ওইবা পোৎশকশিংবু মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, উনা-ৱানা, লৈচিল, নোং, নুমিৎকী মঙাল, অচিকপনচিংববু থম্মোয়দগী ফাওবকপা মওং মওংগী থৱায় পালহন্দুনা ৱা ঙাংহল্লগা পুন্সি অমসুং অকোয়বদা লৈবা নুংগী ওইবা ৱা কয়া ফোঙদোকপদা ঙম্নবা চাংয়েং তৌবি। মসিতা নত্তনা ফজববা প্রমাণ পাহ্নে মফম চানা শীজিন্নদুনা চুং ফীবান চাববা মূর্ত্তিশিং শাগৎলি।

কবিগী *মৈরায়থ্রবা লমদম* হায়বসিদদি কাঙলুপ অনি উংখৎনবনা মবম ওইবগা য়ুম মৈ থানবকপা, বাজ নীতি অমসুং অর্থনীতিগী শোকথবক্লিবা মশক, কাংখোঙ চায়ববা পুন্সিগী শক্তমনচিংবা উৎলি। ক্রিয়েটিভ ইমাজিনেসননা মফম খুদিং চৎত্তুনা পুন্সিগী অখাবা, অয়াকপা, অথুম্বা মথেল কয়া তৎদুনা য়েংবনা শৈবেংগী মপূং ওইবা থীমনি। ছন্দবু অমুক থুগাইদুনা অমুক শেমগৎত্তুনা কবিতা

অমদি পুন্সিগী অনৌবা জগৎ অমা উৎলি। মতাং খবদদি ইন্টবনেসনেল টেবোবিজমনা পীবকপা তংদু লৈতাদ্রবা পুন্সিগী শক্তম য়েক্লকই। সিমিলি, মেটাফব, ইমেজবী, সিম্বলশিং হৈশিংনা শীজিন্নবগী মশক উবা ফংই।

ইলাবন্তনা মতম নাইনা ফোঙবা চেফোঙ অমদি খোমজিনবা শৈবেং লাইবিকশিংদা অইবগী শৈবেং কয়াসু চোইজাইননা ফোঙই। চোইজাইনববা শৈবেংশিং অসিদগী খঙ্গৎতুনা লেংশিল্লগা লাইবিক অমা ওইনা পুথোবকপদা মমাঙদা ফোঙখ্রবশিংদুদগী ব্রাহে-ব্রাতা, ব্রাহেপবেংনচিংবগী লেপফমদা শেমদোক শাদোক্তুনা মশা নাননা পুথোবক্তুনা থম্বগী মশক থেংনৈ। পূম্নমক অসি নাথৈবগা অশাউবা শকফম শুকউৎ উৎতবা অইবনা লৈতাদ্রবা পুন্সিগী তাংকক অসিদা থাজবা অমদি অকনবা চাংয়েংগী থৌনাগা লোয়ননা চঙশিল্লক্লিবা অসিদি মায়পাকপগী লম্বীদনি।

থোকচোম বিশ্বনাথ (১৯৫৯- )

কুন্নশুবা চহীচাগী মবিফুগী মতমদা চঙলকখিবা নহা ওইবিবা কবিনি। মশাগী ওইবা শৈবেং লাইবিক অহুম- *নোং নুংশিৎকী হুমদোক্লবা থাবলগী* (১৯৮৪), *হবিবোলা হে মন্ত্রী হবিবোলা হে ইঞ্জিনিযাব* (১৯৮৫), *ওক্তবী অমসুং সাবোন* (১৯৯৬) ফোঙলে। মসিগী মথক্তা লমদম অসিগী নহা ওইবিবা অইবশিংগী খোমজিনবা শৈবেং লাইবিক অনী – *নোঙলৈ* (১৯৮৫) অমসুং *অঙাংবা নুংথিল* (১৯৮৬) পুথোকলে। শৈবেং ইবদা ফোর্ম অমসুং কন্টেন্টকী চুংশিন চাশিন্নবগী ব্রাখলদগী সিমিলি অমসুং মেটাফব শেম্বদনা হেন্না ঙাওজবা অইবনি। মায়কৈ অসোমদগী য়েংলবদি লমদম অসিগী কবি ইলাবন্ত য়ুম্নামগা নকশিন্ননা থম্বা য়াই। মাগী শৈবেং *ওক্তবী অমসুং সাবোন* দা কবিমত্তা নাচুংদনা সিমিলি অমদি মেটাফবনা হাববা শৈবেংশিং পুথোবকই। অসিগুম্লবা শৈবেংশিং অসি অহানবা শৈবেং লাইবিক *নোঙ নুংশিৎকী হুমদোক্লবা থাবলগী* দা থেংনদ্রবসু বিয়েলিষ্ট অমা ওইবগী ফজববা মপাউখোল অদুদুদি ময়েক শেংনা উবা ফংই। শৈবেংশিংগী মতাংদদি – 'বিএলিষ্টিককী মাইকৈদা লেপ্লগা ইনিংবদো হেক ইবা অনৌবা যুগসিগী মীৎয়েংদুনি ঐনা পামজবদু। ইমেজবী সিম্বোল অমসুং টেকনিককী মাইকৈদা থওইনা য়েংশিল্লুবা লৈতে। পঙহিং হীংবা পুন্সিনি খল্লুই। যুৎ চাদবা, ভাব ইতা তাদবা যুগসিগী ঈ থোকহন্দবা চৈফু। হেন্না চাওবা, হেন্না লুবা ব্রাহং শঙ্গুনা ইকোয় কোয়শিল্লবা

পুক্সিগী এক্সপিরিয়েন্স, ক্রাইসিশ অমসুং এটমোসফায়াবসিগী অকনবা নোংলৈ নুংশিৎসিদা হৈনিংদনা হীংবা পুক্সিগী মূর্তিসিবো ময়েক শেংনা উৎপা গুমদ্রবসু কবিনুংগীনো হায়বা ফিভমদি য়ৌবে' হায়না ফোঙদোকই। পামজনা খুৎথাবিবা খুৎই অসিদা থম্লিবা শক্তম অমদি মীৎয়েং অদুমক ময়েক শেংনা ফোঙদোকপতা নত্তনা একজিস্টেনসিয়েলিষ্টশিংগী ওইবা পুক্সি অমদি হিংবগী ব্রাখলদুমক্না মপূংওইনা শাগৎলকপনি। বিশ্বনাথকী শৈবেংশিংদা মকওইনা শাগৎলিবা মশকশিংদি — পুক্সিগী ফীভম অমদি হিংবদা চোকথবা, তম্থবা পোকলকপা, শেঞ্জা থুমজানা হেঞ্জিল্লকপগা লোয়ননা লৈখা তাবক্লিবা মীওইবগী লমচৎ, লালহৌবগী ইবাংদা মীচমশিংনা থেংনবিবা সমস্যাশিংনি।

মীওইবনা মতম লৈবা খিবিক্তা মশাগী অকোয়বদা লৈবিবশিংবু শেমগৎ শাগত্তুনা চাউখৎননবা হোৎনৈ। শেমগৎ শাগৎলিবা অসিনা নেংমা নোংমগী মপূং ফাবকপদগীদি মহৌশাগা নকুবম্বা মবী অদুসু তপ্না তপ্না থাপতোবকই। শেমগৎচখিবা কয়াৎশিংদুনা মাঙথানা চৎখিদুনা তুংদা লৈহৌববশিংবু তান্নহল্লকই। অসুম্না পোৎচাকশিংগী জগৎ অমগী মতুং ইন্নকুবদগীদি ইশানা ইশাগী হৌবকফম ফাওবা কাউথোক্লবকই। লম্যাংনবকপদগীদি তুংগী আশাসু উবা ফংলক্তদুনা হৌজিক হৌজিক হিংলিবসিতা খন্নবকপনা মী অমগা অমগা লৈনবম্বা মবীদসু তোখায় তানবকপগী চাংসু হেনগৎনবকই। ইমুং মনুংদসু মমা মপাগা মচাশিংগা, নুপীগা নুপাগা, অমত্তা অপূনবগী ব্রাখলনা পূল্লু হাযবা য়াবক্রে। মানা মানা নীংবা তৌনবে। মীওইবা খুন্নাই অসি অকবা ফীভম অমদা লৈবকপতা নত্তনা হিংলিবা পুক্সি অসি হৌখ্রবা অমদি লাক্কদবা অমত্তা উদবা পুক্সি মবেল অমা ওইবকই।

*ইতিহাসকী স্নাগী যুগ* শৈবেংদা হৌজিক মতমগী মীওইবগী পুক্সিসি কাংদ্রুম অমগুম লৌবি। মাগী মাগী অপাম্বা অদু ফংননবা হোৎনবকপদা মতুশোনবা সঙ্গ লৈজদবা, শেল পায়দবশিংবু থোমনিংবা মওংদা থোমবি। মীওইবনা অথোই অহেন তান্নদুনা শেমগৎচবকপা নিউক্লিয়ব অমসুং ইলেক্ট্রোনিক্সকী জগত্তা অচুম্বা ফজবগা লোয়ননা ঈশ্বব ফাওবা লোৎখ্রে। তাইবংবু শেম্বিবকপা মপু মানা মাঙখ্রবদা অমুক মাবু নীংশিংদুনা মতম অমদি শেল হঞ্জেকলুবগী মহৈ লৈতে। মোর্দনিস্তশিংগী হৌজিক হৌজিক্কী মীৎকুপনা বিয়েলিতিনি হায়বা মীৎয়েংলোমদা নকশিল্লকপনি। হৌজিক হৌজিক্কী অমদি শেলতনা হিংবগী মকনি হায়না খন্নববা মতমসিগী হিংবগী

মশক তাক্লদুনা হায় ঃ

য়ু থকউ
মোর্ফিন কাপ্পু
মীনশ্বা ঙাংঙু
চীনথীবা তম্মু
সৈত্যম শিবম সুন্দরম
থাজকনু।[১০]

মসিমক মতমনা পীবকপা শাফুনা তুংগী আশা লৈত্রবা হৌজিক হিংলিবা অসিতনা লোইবে খল্লকপা ব্রাখলনি। অদুবু অশেংবা মরমদি ইলেকত্রিক ফেনগী নুংশিৎ অইংবগা অশাবগা ইয়েৎ য়েৎশিন্নবগুম থিদোকপা ঙমজদে। খন্দোকফম খঙদ্রবা সমস্যা ময়াম অমনা ইকোয় কোয়শিল্লকলিবা পুন্সিগী মশক *ঈ ওববা ঈশৈ* দা উৎলকই ঃ

'দুদগী ইমম মমশিনবা সুম মমশিনবা
সুম মমশিনখিবা
অমম্বগী ইকোই কোইশিল্লবা চেকপল
উবে ইমিৎসদ ক্রুক্ ক্রুক্ চপশিল্লকই'[১১]

'তনদে মানদে হিংলিবা' পুন্সিসিনা নোং নুংশিৎনা হুমদোক্লবা মতুংদা থোবকলিবা থাবলগী মঙাল অমত্তংবু উজনিংদুনসু উবা ফংলক্তে। থাজবা অমত্তা লৈবক্তবনি। মসিমক্লা মৈবী ব্রাইববা কোকপু মদোম নৈখায়জবকই। *হীংবা অমসুং অতৈ অতৈ* অমদি *তীন মচা অমা* দা নাতৈচাদবা থৌওংগী মশক তাক্ল নবা হোৎনবতা নত্তনা নীংবা কায়বা অমদি লাংতক্লবনা থল্লবা লৈতাদ্রবা পুন্সিগী শক্তম পুথোক্লুনা উৎননবা হোৎনৈ। মীওইবগী থব্রায়না গণতন্ত্রগী অতিয়াদা লেঙদনা লৈবকখিবদগী তমথিববা নোংলৈ অমনা পুন্সি অসিবু তোইনা জ্ঞান মাঙহল্লে। গণতন্ত্রগী অমোৎপা শহুমনা থব্রায় কয়াবু নৈখায়বকপগী মশকনি। মসিমদি ফৈ হায়না থাজবা থম্বা ঙল্লক্তবদুনি। খনফম খঙলক্রবদা লাইবক্তা থাজবা থমদুনা ঙসিতবু লেনখ্রগা লোইবে খন্নৈ। *হীংবা অমসুং অতৈ অতৈ* শৈবেংদা ওইবিবা ফীভমসি হয়িংগী পুন্সিদা পানশিন্দুনা ফজববা মেটাফব শীজিন্নদুনা য়েকই। ব্রাববা ফীভম অসিমক মখা তানা শন্দ্রেম্বী চাইশ্রাগী ব্রাবীদা

পানশিন্দুনা ফোঙদোক্লকই ঃ

কুনশুবা শকান্দীগী
মৈচাক খাঙলিবী লুপ্লাবী অমনা
তেঙ্গালীনা মমশিল্লবা যুম মচা 'দুগী মনুংদা
থম্মোয় শোক্লা তেংথাবী
ইবেম্মা-
শম্রেশ্বী-
ইমাদি গুকশম য়ৌবে।[১২]

অমম্বা মপৈ মপৈগী অহীং, ব্রাহংঙাক্তনা কোয়শিন্দুনা পাউখুমদি থিবা ফংলক্তবা মতমদদি লৈথোক লৈশিন তৌবগা চৎলিবসিতবো কায়দ্রবদি খন্দুনা হিংনৈ। মাঙদা সুম চৎখত্তুনা হিংলকপা পুন্সিনা নেশা পাল্লবা মতম, হিংবগী ময়াই কাবকপা মীৎকুপ্তদি তশেংনা হিংলি হায়বা খঙলকই। মতাংসিদা ময়াই কাববা পুন্সিসিনা অমুক থব্রায়গীদমক অকিবা ফাওবকপদু *তীন মচা অমা* শৈবেংদা উৎলিঃ

নুংশা থীবদি
তেঙ্গালীনা মমশিল্লবা টেবল লেম্পকী মৈথকতুদা
শৎ হেক তাখিদবা চিংনবা লৈবদুনি *হরিবোলা*[১৩]

বিশ্বনাথনা শৈবেংগী থীমদা পংখেন খেন্নহন্দনা অনৌবা শৈবেংগী ফোর্ম অমদা হৈশিংলবা ক্রাফটমেন্সিপ অমগা লোয়ননা শেঞ্জা-থুমজা হেঞ্জিল্লক্তনা লৈখা তাববা মতমসিগী মীওই লমচৎশিংনা থম্মোয়দা পীবকপা চৈনাদগী শাগৎলকপা শৈবেংশিং *ওক্তবী অমসুং সাবোন* দা পুথোবকই। বিয়েলিজিমদা মপুং ওইবম্বদগী ব্রাহৈগী মশীজিন্ন অমসুং মফোঙদোক্তা অনৌবা তোপ তোপ্পা ষ্টাইল অমগা লোয়ননা পুন্সিগী হকথেংনবিবা এবষ্ট্রেক্ত আইদিয়াশিংবু লাম্ব ফংবা ফংদবোই তৌহন্দুনা অপাবশিংগী পূক্নীং লাংতক্তবা পোকহল্লি। ফজববু মীৎকুপ্তনা য়েংজনিংবা কবিনা 'কবিতাবুদি মশক ফজবা নুপীগী ফিজোলদগী হকচাংগী য়াম্না কেজনা লেমহনবা মফম সিদবুদি সুমাইনা পামজনা লাইমসু ময়েংবনি' হায়বদুনা ব্রাহৌদোক পীবি। অলংকাবনা থল্লবা হকচাং অমদি কোগোক কোক্লা য়েংবদা হঙ্গোয়বা মশক অনীগী লংদাইদা পামজনা শাগৎলকপা শৈবেং কয়া পুনশিন্দুনা *ওক্তবী অমসুং সাবোন* দা পুথোবকই। *অমম্বা অমসুং অতৈ অতৈ অমম্বা* হায়বা

শৈবেংদা তাৎ তৌশিন্নবা অমসুং মীনম্বনা অচুম্বা ফজববু নমশিনখ্রবদা ওইবকলিবা মীওইবগী শক্তম অমা থম্মোয় শোক্লা উৎলি। ঈশ্বর হায়বসি অমম্বদা মঙাল য়াওদনা লৈবিবা নুমিৎকুম লৌবি। মফম অসিদা ওইবিবা অচুম্বগী শক্তমবু অসুম্না পীবিঃ

ঐনা থম্মোয়গী মৈচাক খুজোক চখাইরদুনা লংলবা
খুৎশাগী খুজিন্না খোৎল খোৎলগা ব্রাখলগী তীংখঙনা
মমীৎতা থীল্লুবদদি ঃ অচুম্বদি পুমচোক চোকথবদুনা
তাদুনা লৈ মাগী ফোঙদোকচবগী লোন মাঙখিবগুম
শিংলিবা নুংশিংকী মীহুন্না কুঙশিল্লকপদা।[৭৪]

শৈবেংসিগা মান্নবপ তৌদুনা চৎথবকপা শৈবেং *মকু মণ্ডগী অহীং বেকোর্ডিং* হায়বসিদা লৌনম নমথাকনা শীংলীদা ঈ ওইনা চেনশিল্লক্লুনা লাঙ্গোই চনখ্রবা মীওইবনা মশা মশাগীতা ফবগা লোইবে খন্নবকপদু উৎলি। মসিদসু হৌজিক্কী অচু ব্রা মাঙখ্রবা মোবেলিতিগী লৈখা তাবকপা ফীভম পল্লদুনা ইবি ঃ

শান্নে খতু পুম্বা থব্রান থা ওইনা
মনতিকনৈ ঃ লাইগী ফীজোল শেৎতুনা
মখোয়না শীজিন্নবা অমনবা নুপীশিং
তাদুনা লৈ কোগোক কোক্লা
লৈ না ফুয়না শাৎপা থোৎলবা মচুগী
অলোনবা মোম্পাক ফীদক
মথক্তা।[৭৫]

সর্দোনিক মান্না ইবকপা *ইচম চম্না অমসুং চম্নদা লোইবা* শৈবেংসিদা মীওইবা অসি শিবা নাই হায়বদু নিংথিনা হৈশিংনা সসপেন্স অমগা লোয়ননা থমই। 'মতম থীক লৈতবা তোতী মখোঙদা ঈশিং ঙাইনা ঙাইনা' হাযবা অর্থ লোংবা ব্রাহে পবেং অমবু পুশিল্লক্লগা অপাবশিংদা মতমসিগী হকথেংনবিবা মশক অমা উৎলি। পুন্সিনা মথং মথং চৎখিবা, তৌগদবা শিন্থানা পাঙথোকপা ঙমহৌদবা, মতমনা লাকশিল্লকপবু 'ইবা লোইববা চিঠিগী চিঠি খাউদা গম নপ্পা ঙাইবনি' হায়না লৌই। *খুৎশেম্না লাংতক্লহল্লকপা* দা মীনা মীগী মবায়বক্তা খোঙনেৎনদুনা হিংচা য়াইতম্বতনা থল্লবা মফম অসিদা থেংনবিবা অব্রাবা মীৎকুপশিংদগী শৈবেং পোক্লকপদু উৎলি। হিংবগী চৈনা খাংবদা ব্রাবক্লবা কবিনা অতোপ্পা উপাই অমা থিবগী মহুৎ নীংহন্নবা

পোকলদুনা অমুক পোকপিবকপা ইমাগী শিয়োম্নুংদা চঙনিংবগী ব্রাখল ফোঙদোকই। অনীশুবা শৈবেং লাইবিক্কী মিংথোলসিমক ওইবিবা শৈবেং *হৰিবোলা হে মন্ত্রী হৰিবোলা হে ইঞ্জিনিয়াৰ* দা শাগৎখিবা মশা নাববা সমাজ অমসুং অমোৎপা লৈঙাকলোনগী থীমশিংবু *ওক্তবী অমসুং সাবোন* দা হেন্না মপূং ফানা উৎলকই। মিংথোলমক ওইবিবা শৈবেংদা 'ওক্তবী' বু সমাজগী শেঙ্গাও পায়বা অমদি শক্তি পায়বিবা বোদি পোলিটিক্স, অদুগা 'সাবোন'বুনা নৈহৎপীববা মীওইশিং (এক্সপ্লোইতেদ ক্লাস) গী সিম্বোল ওইনা শীজিন্নে। কবিনা ফজববা সিমিলি হাপচিন্দুনা উৎলকই ঃ

> ওক্তবীগী শঙ্গোমগী হকচাংনা ময়ায়কাবা লৈশি লৈথোনবগুম
> মতমগী ময়ায় কাবগী লাইনসু মী কোল্লি লোন্না, শেল কোল্লি,
> শঙ্গোমগী হকচাং কোল্লি।[৭৬]

শৈবেং অসিদা মখাতানা মীচমশিংগী পুন্সিবু এক্সপ্লোইট তৌবিবা য়াইতোং খমদোংবশিং, ফম পায়বশিংগী মতৌদা এলুজন হাপচিন্দুনা উৎলি। লৈঙাকলোনগী শো পায়বিবা মীওইশিংনা হামচৎনববা সমাজ অসিগী পুন্সিগী মমলবু মোবেলিতিগী মায়োক্তা কুবাংবানতা ওইনা উবকই। মীচম প্রজাশিং বু মখোয়না শীজিন্ননিংবা মওংদা শীজিন্নে। সমাজ অমসুং লৈঙাক্কী অমোৎপনা কূপশিন্দুনা মশক মমিং মাঙহল্লক্লিবা অমদি থম্মোয়নুংদা পীবকপা চৈনাদা হায়বি ঃ

> নুংশিৎ মায়বমদা ওনশিন্দুনা ঐনা হংঙিঃ ঐগী ইং তপখ্রবা
> থব্রায়গী য়াউ মচাশিংনা ইমোৎ মোৎলদনা নঙগী খুয়া উফুলগী
> মকুভুমিসিদা কুল্লিবসিবো পোত্থাজবিববা?[৭৭]

মমালৈবাক নুংশিবগী থীম অমদি লালহৌবগী সমস্যাদা য়ুম্ফম ওইদুনা অহানবা শৈবেং লাইবিক্তা শাগৎলকখ্রবসু হেন্না শাফু লৈনা মকওইবা হীবম অমা ওইনা লৌবকখিবদি *ওক্তবী অমসুং সাবোন* দগীনি। নীংতম্না মণিপুবগী মঙলান অমদা লালহৌবিবা নহাবোলশিংগী থিংঙমদ্রবা ঈবাং কনখৎলকপা অমসুং মখোয়বু নমথনবা হোৎনবদা ভাবত সবকাবনা পানশিল্লক্লিবা পঞ্জাব সেক্যুবিটি এক্ট, নেসনেল সেকুবিটি এক্ট, নেসনেল সেকুবিটি এক্ট অমসুং টাডানচিংবা অকনবা ব্লেক লো অনীগী মুকখায়নবকপদা থেংনবিবা ঈখেং তৈববা মণিপুবগী শক্তম কবিগী শৈবেং খবদা ময়েক লানা মমি তাবকই। ওইবক্লিবা ফীভম অসিদগী থোবকপা

লাইবক থীববা থৌদোক অমদি লৈবাক অসিগী শক্তমদি নীংবা কায়নিংঙাইহনি।

*নোং নুংশিংকী হমদোক্লবা থাবলগী* দা য়াওরিবা *ময়ি চৎলবা মিংশেল* শৈবেংদা মণিপুরবু হিংবদা ৱাববা লাংনা পুমকোয় কোয়শিল্লক্লবা, মীহাৎ থীনা হাৎখ্রবা থৱায় কয়াগী নাহেখোলনা কোইশাই পাইদুনা শান্নবিবা লমদম অমগুম লৌবি। হিংসাগী থৌদোক কয়া অসিবু মমীৎনা উকববসু হিংবদা ৱাশিল্লক্লবা মমালৈবাকপু নুংশিজবিবা মীওই কয়ানদি মাঙলোমদা চঙশিল্লকলি। শীংনদুনা চঙশিল্লক্লিবশিংবু অসুম্না ফোঙদোকই ঃ

ঐগী থৱায়না সবেন্দব খক তৌবোই
ঐ অমসুং ঐগুম্বা কয়া থৱায় থাবদা
অয়ো লাওবদা
থম্মোয় চিংখাইববা খুন্নাইসি
মৈসা লাংনা
'সুম লৈবা ঙন্নক্তবা য়াই।'[১৮]

ইতিহাসকী অনৌবা তাংকক অমা হৌদোকনিংবতা নত্তনা ইবমদমবু মীকপ থোকহন্নীংবগী খোল্লাউনি। *ইম্ফাল কোম্নীং ওপবেসননা থোঙজিন্দা ঙাইবা ইম্ফাল* শৈবেংদসু মণিপুবগী ময়োল ইম্ফালদা য়াওল্লোয়শিংবু নমথননবা চৎথবকপা থিবা হুম্বগী মকমদা মীচম প্রজাশিংনা মায়োক্লবিবা অৱাবশিংদুবু ফজববা ইমেজবী অমদা শাফু লৈনা ফোঙদোকই।

অয়ুক্কী পাবা লোইববা খবব মচেৎ মাল্লবা
ঐগী চান্নবী ইম্ফাল নুংশিবী ইম্ফাল
নঙগী খোয়দৌ অমসুং শিংলীদা নোংমৈ তমদুনা চৎলি
সিফাইগী গাড়ীশিং মমীৎ ক্রোক ক্রোক ওন্দুনা
পুঙ কুনমবি[১৯]

'সিফাইগী সহব' ওল্লবা ইম্ফালগী অচিকপা অহিংবু লৈতাদবগী পান্নোমনা কোনশিল্লক্লবদা অমসুং সিফাইশিংনা ফমলানগে হোৎনবক্লিবা লমদমসিগী মমাওইবীগী শক্তম লাংলক্কদবী চনুবাশিংগীদমক্তা নুংনাংবা উৎলি। লমদম অসিগী মীওইশিংদা শীরকলিবা তমথীরবা চৈথেং অসিবু মচা মশুশিং কন্নবগীদমক নুমিদাংগী মতমদা খ্বাঙদা খ্বাঙশেৎ লাক্লুনা মখুত্তা পোদোন মৈবা পায়রগা চোকথবা

লৈত্তনা ঙাকশেল্লিবী ইমাশিংগীদমক চাউথোকচৈ। মখোয়গী মৈরাত্তনা 'অকিবনা ফুড্রিং ফুববা' সহরসিবু কন্ননবা 'ইমাগী পোদোনগী মৈবা মুৎহনবীগনু' হায়জে। *নুংশিববী* শেরেংদা হৌজিক ওইরিবা মণিপুবনা মীশান তাংদ্রবদি হিংবা ঙম্নবোইদবগুম খল্লকপা, মণিপুবগীদমক নুংঙাইতবা ব্রাফম ফোঙদোকই। ফীভম অমসুং মতমনা নাইতোম তাহল্লকপদা নত্তনা নীংবা কায়নিংঙাই ওইবক্লবা শক্তমনিঃ

হৌজিকতি নুংথিল পোবোগু নঙনা চাকনিবী ওই মগুপ
মগুপ্লবা হকচাং মীনা পীবকপা চবৈ নমখাং
ঙাইদুনা লৈ
অমসুং ঙংশং ঙাংবা নুমিৎন নথক্ত
লৈনা লৈনা পাই।
অদুগা নঙনা হোসপিতালগী সিক বেডতা
ওক্সিজেন পান্দুনা লৈ
হকচাংগী মীহুন কেমথখিদনবা
ডেকাড্রোন কাপতুনা।[৮০]

ববাক তম্পাক্কী মণিপুবীশিংগী মশক লাকশিন্দুনা শাগৎলকলিবা শৈবেংদি *মুগুক মুবা নুঙপাক য়ান্দুনা লৈ শোবাবেন্দা*নি। মকুওইনা লোকেল কলব শঙদুনা লক্ষীপুবদা ওইবিবা মণিপুবীশিংনা পোলিতিকেল কন্সসনেস লৈতবা, ইলেকসন মতম য়ৌবকপদা শৌ শানা ভোৎ লেপ্পবকপা, লমদম অসিগী মীতৈ খুঙ্গংশিংনা নোংজুথাগী মতমদা ওইবিবা লম্বীথোংগী মশক অমা শাগৎলি। কুনশুবা শতাব্দীনা লোইশিল্লক্লবা ফাওবদা জ্ঞান তানা অহোংবা অমা পুবক্লবা হোৎনদবা, নাকন অমবোমদা নহারোলশিংনা চাব-থকপদা মতম লৈনবতা নত্তনা মশাগী জাতিগীদমক চোংথোবকলিবা মীওইশিংদফাওবা নমথাক তৌবকই। সোসিয়েল কন্দিশননা পীবকপা ফীভম অসিদা সিবিয়স আপিল অমা থন্নদুনা শাগৎপনি।

বিশ্বনাথকী মীৎয়েংদা উবিবা অথীবা, অমোংপা সমাজগী মশক অসিদি অহানবা শৈবেং লাইবিক্তগী উৎথোকপা হৌবক্লবনি। বিয়েলিষ্ট অমা ওইনা অশেংবা মশক উৎননবা হোৎনজবদু অকোনবদদি মীৎনা চোইদনা মনুং মপান ফাওনা য়েংলকই। তোঙান তোঙানবা মচুগী আনোক উপশিনবদা উবক্লিবা শক্তমশিংবু অমুক হৈশিংনা খন্দোক খঞ্জিন তৌবগা ব্রাহৈনা অনৌবা মহাউ অমা পীবি। মমাঙগী শৈবেংশিংগী

খীমদগী পংখেন খেন্নব্রবসু ব্রাইনা হেন্না লুনা লৌরদুনা মেটাফর মরাং কায়না শীজিন্নবকই। লোনগী মীহ্লশিংবু নিংথিজরবা পেটরন অমদা শেল্লকপা ইমেজরীদা ইঙ্গিংনা হায়বগী মশুণ অমা মাগী কল্লাদা উবা ফংহল্লি। অসুম্না ওইবগী শৈরেংগী খোঙচত্তা *ওক্তবী অমসুং সাবোন* না মায়পাকপগী মফম অমা পীরি। সিমিলি অমদি মেটাফরনা হায়বা শৈরেং খরদা ওবসক্যুবিতি ওইবা মতাং য়াওদুনসু মীনা মীগী মরাইবকত্তা খোঙনেংনদুনা তুমশিল্লকপগী শক্তম অদুবুদি শাকু লৈনা লাম্লোকই। সিম্বোলশিংগী মবক্তা — ওক্তবী, নুমিৎ, ইবাঙগী মিৎম্না, নুপীগী হকচাংনাচিংবা খরদি তোয়না শীজিন্নবগা পুন্নীং লাংতক্কনা পুদুনা চৎলি। ইমেজবী শেমগৎপগী খোইদোকপা হৈশিংবা উংলিবসু অকোনবা লাইবিকসিদনি।

## কোম্বৌজম কালেনজাউ (১৯৫৭ - ১৯৯৯)

ইং ১৯৮৫ দা *অতিয়াদা মুশুক মুবা চাকথোং চক্ষু পাইবে* মিংথোনবা শৈবেং লাইবিক ফোঙখিবা কালেঞ্জাউ সাম্যবাদ অমদি প্রগতিবাদী কবিনি। সৌগাইজম ব্রজেন্দ্রবগুম খৌমী, শিল্পী মীয়ামগীদমক খৌনা লৈনা লেপতুনা চোংথোবকখিবা তম্পাক অসিগী কবিশিংগী মবক্তা অমনি। নহা ওইনা তাইবং থাদোকখ্রবা কালেঞ্জাউগী চোইনা ফোঙখিবা অমদি শৈরেং লাইবিক অসিদা থমলিবা মপুংওইবা মীংয়েংদি লাইববা শিল্পীশিংগী পুন্সিগী মশক অদুবুনি। মখোয়গী মবক্তা লেপলগা হকথেংনবিবা মশক অদুবু উংননবা হোৎনবদা চাকথুং ফিথুংদ্রবা পুন্সি অদুদগী মুক্তিগী লম্বী অদু পুথোকপতা নত্তনা য়াকাইবোল শক্লনবা হোৎনবনি। ইং ১৯৭৭ দগী খুৎথাবকখিবা কালেঞ্জাউনা চহীচা অসিদা ওইবিবা খৌদোক ব্রাথোক খবদা মীংয়েং থন্নবসু মপুংদদি চাকথুং ফিথুংদ্রবা তোল্লবশিংগী পুন্সিদনি।

গণতন্ত্র চৎপা লৈবাক অমদা বাজনীতিগী ওইনা নীংতম্রে হায়না দবী তৌজরবসু লাইববা শিল্পী মীয়ামগী ওইনদি মঙলানগা পাংখক ওইবি। মী অমনা হিংবদা চংদ্রবা য়াদ্রবা চানবা, লৈফম অমদি ফিবোলনচিংবা মতিক চানা ফংলত্তে। মসিমকনা হম্বুবা থাক্তা হিংলিবা মীওইশিংদদি নীংতম্বগী ব্রাহম্লোক থিকবগী কান্নবা লৈরক্তে। ফীভম অসিমক লৌউ-শিংউবনা য়াংলেন শক ওইবিবা, নোংমা নোংমগী লেন্না লৈতনা মীশিং হেনগৎলক্লিবা ভাবতকুম্বা লৈবাক্তদি য়াম্না মরু ওইবকই। লৈবাক অসিদা লাইরবদগীসু হম্বুবা থাক্তা হিংলিবা মীওইশিংনা ফনমক শু-নোমলগা হোৎনজরবসু থাদোকপা ইঙম ঙমদ্রবা অমদি অবাবা হায়রবসিনি। তাইবংপান অসিদা মহৌশা

লাইবেন্নীনা মতম কৌবা ঈচেলদা খতু নাইনা অহোংবা পুবক্লবসু শুবা নোম্বতনা লাইশোন ওইবিবা মখোয়দদি চপমান্নে। লৈননবা মফম, ফিজেৎ লৈতেংগী থোইদোকপা রাখল তৌকদনা হিংনবগীদমক শুবা নোম্না তারকই। রেডিওদা, টি. ভি.দা অফিসকী ফাইলদা, খববদা গণতন্ত্র লৈবাক অমগী হৌনবা চাউখৎ থৌবাং কয়া পায়খৎপগী রাফম লৈপ্রবসু খুঙ্গং খুঙ্গংশিংদদি শকপোলাংগুম্লবা মীওইশিং মশীং য়ামখৎলকই। হিংননবগীতা খন্দুনা পুন্সিগা লাম্থেংনবিবা মীওইশিং অসিবুদি নুংঙাই য়াইফবা মীওইশিংনা শীজিন্ননিংবা মওংদা শীজিন্নবকই। অরাবতনা থল্লবা অবাম থৌবাংবগী মৈচাক্লা নম্নো পোদুনা হিংলিবা মখোয়দদি নীংতম্বগী রাহম্লোক থিবদা ফংলক্তে। মসিমক মিংথোল ওইবিবা শৈবেং *অতিয়াদা মুশুকমুবা চাকথোং চফু পাইবে* হায়বসিদা সিম্বোল ওইনা ফোঙদোক্লুনা পল্লি ঃ

মমানা মচাগী অবাম্বা কোকহনবা ঙমদ্রবদা
পাম্বে লৈবকত্রদুনা চৈশাং অমা পাইবগা
অমুবা মুশুকমুবা চাকথোং চফুদো
অমুবা মুশুকমুবা চাকথোং চাফুদো
চৈশাংদুগী মতোন্দা থন্নদুনা
অতিয়াদা রাংনা থাঙ্গৎলগা
ক্লোক ক্লোক নিক্লকই।
অদুগা হৌনা হৌনা লাওবকই
'নিংতম্বা নুমিৎনি ঙসিদি'[৮১]

সেটয়াবিকেল ওইবা অকনবা শাফু অমগা লোয়ননা 'নীংতম্বা নুমিৎকী' থীমদা ইবা শৈরেংশিংগী মবক্তা য়াম্না নৌনা থোকপা ফজবা অমনি। কালেনগী নোংজু নুংশা মবক্তা লৌবুক্তা লমহাংদা হুমাং তপ তপ তাবমখৈ হিংননবগীদমক থবক্তা লাম্থেংনবিবা লৌমীশিংবু 'নুঙগী মূর্ত্তি' অমদি মেশিনগুম ওইহন্নীংবা অমদি শীজিন্ননীংবা মওংদা শীজিন্নবিবা পুন্সিগী মশকনি। অরাং অনেমগী মীৎয়েং অমা শেঙ্গাও পায়বশিংনা শাগৎলক্লুনা মখোয়গী ঈ চুপ্লকপনি। মীৎয়েং অসিনা নোংমা নোংমগী কনশিল্লকলবদা মেশিনগুম্লবা থম্মোয়শিংদুনা খাঙবগী পনখৈ রাংমা লাল্লকতুনা অরাং অনেমগী মায়োক্তা নীংতম্না হিংননবগীতমক মশাগী ঈ ফাওবা কথোকলকখিনি হায়বসি *হিংনবগীদমক* শৈবেংদা ময়েক শেংনা

থমলদুনা হায়বকই:

ইকুই কুইদনা
ইখং খংহৌদনা
ইনক নক্লা
নিংতম লাম্নীগী ঈতনা
ইবখিনী ইনিংতম্বগী ইতিহাস [৮২]

হিংচা য়াইতম্বা, শা-ঙাগী লীচংনা থল্লক্লবা অহিংসাগী মফমদা হিংসানা মহুৎ শীনখ্রবা নৈহৎ তুহৎপতনা লাঙ্গোই চনশিল্লক্লবদা পূম্নমকপু জ্ঞান তাননবা *য়াকাইবোল* শৈবেংদা ফজববা ইমেজবীগা লোয়ননা পল্লকই ঃ

নুংশি হৈত্রবা মালেমগী মৈফুদা লেপতুনা
লাকলো য়াকাইবো লৌমী শিন্মীশা
হৌগৎলো চংশিনলো থৌনাফবা শহীদশা
লৈবগনু ইমুংদুদা মৈ হৌববা য়ুমনি
ফমুংদুদা হীপলগনু কাংখদুদা লিন লৈববনি।[৮৩]

মালেমগী ইতিহাসতা অবংবা থৱাম্মিচাককুম মশেক মঙাল অমগা লোয়ননা কেপিটেলিজমগী মায়োক্তা থৌমী শিন্মীশিংবু নীংতম্বগী চপচাবা হক ফংহন্নবগীদমক ঈহৌ শাগৎখিবা মার্ক্স, লেনিন, ষ্টেলিন, মাওনি। লুচিংবশিং অসিনা ফজববা ফিদম অমগী মখাদা শাগৎতুনা মায়পাকখ্রবা ঈহৌশিং অদুনা থোল্লম্বা অনৌবা লম্বী অদুদা চঙশিনসি হায়বি ঃ

চৎসি মখোইদৌনা ঐখোয়সু
পুন্সিগী মমল থম্বগীদমক
নৈনসি মালেমসিগী ৱাবীসু
লৌমী শিন্মীগী নিংতম্বগীদমক
লৈত্রবা অনীশুবা লম্বীনি।[৮৪]

কুনশুবা চহীচানা পুবকপা অহোংবা কয়াগী মবক্তা নোংমা কাংদনা থৌদোক ৱাথোক কয়া মায়োক্লবি। রাজনীতি অমসুং শেল-থুমগী ফীভম্না ওইহল্লকপা অওনবা নুংঙাইত্রবা সমাজগী মমি ময়েক শেংনা তাই। লৈঙাকলোনগী সিষ্টেমনা

ফংচিল্লক্নবা লাইববা ইনাকখুনবগী থাক য়াম্না খেন্নবকপা, মীচমশিংনা নোংমা নোংমগী হিংবদা য়াশিল্লকপা, জাতিগী মশক অমা-কট অমা নৌনা থিনিংলকপা, পেন্দবা কয়া অমনা পীবকপা নহাবোলগী, বাজনীতিগী ঈহৌ কয়া, খূৎলাই পায়বা লালহৌ, অমদি মবী লৈননা থোবকপা হিংসাগী থৌদোক কয়া, হাৎন শুনবা অসিনচিংবশিংসিনা পীবকপা য়াখলশিং অমদি থৌদোকশিংদুবু সিকুয়েন্স অমগী মথাদা পরেংনাইনা লেংশিন্দুনা *দি লাইফস অফ দিস সেঞ্চুরী* দা পুথোবকই। লোয়নননা *পুন্সি অমদি মৈ অতে অতেনচিংবা – ৪* অমসুং *ইন্টরভিউ* শৈবেং অনীসিদদি মোৎলবা সমাজ অসিগী মশক অমদি মতম অসিগী পুন্সি মহিং উৎলি। *হিয়া-হিবোয়, নিংতম চেক্কা* দা নীংতম ঈহৌগী মশক *নোংমৈ মখোল* অমসুং *কাছাড়দগী ইম্ফাল ইম্ফালদগী কাছাড়* দা মণিপুবগী লালহৌবগী ঈবাংনা পুবকলিবা থৌদোক য়াথোকশিংবু শৈথাবকই। *বোমাল* অমসুং *লমদমসিগী শাবী শানৌগী ইতিহাস* দদি নুপীশিংগী নেগেটিভ ইমেজ অমা শাগৎতুনা ইবকপা শৈবেংনি।

## বীরেন লাইশ্রম (১৯৬৩-২০০৮)

তম্পাক অসিগী মণিপুরী শৈবেংগী ঈচেলনা মবিফুগী মতম য়ৌবকপদা নহা কবি অমা ওইনা থৌনা লৈনা চোংথোবক্তুনা খূৎথাবকখিবতা নত্তনা শৈবেংগী লাইবিক অহুম – *ওাইজবনি থাদোইনা লোই কাবকপা* (১৯৯৫), *কবিগী ইদোম কপকনি* (১৯৯৯) অমসুং *পাবী ইমোম লৈতবরা* (২০০৩) ফোঙলে। মোং হাদনা হোংলক্লিবা মশকশিংবু য়াম্না নুং হুৎনা য়েংলকই। সমাজ অমসুং মীওই লমচৎকী অমোৎপা কয়া উৎতুনা কবেম্নবগী খোঙ্খোক পুবা শৈবেং খূৎইগী মবক্তা শাউনিংবগী শোঙ্থাংনবা খোঞ্জেলনি। মাগী শৈবেংশিং অসিদা য়াহৈ খজিক্তুনা ফজববা মূর্ত্তি শাগত্তুনা ফোঙদোকপা য়াম্নমক তেনবা শৈবেংশিংসু য়াওবি।

লমদম অসিগী লৈহাউ অমসুং ঈশিং নুংশিত্তগী ফংবা অভিজ্ঞতাদা শকপান্দুনা শৈবেং ইবকই। মণিপুবী সমাজগী ঈচেলদা মীৎয়েং থমদুনা ওল্লকইবা যুগকী ঈবাং অমসুং তৌশিন্নবা মীওই লমচৎ কয়া য়েক্লনবা হোৎনৈ। বীবেনগী শৈবেংশিংদা মপূং ওইনা থল্লিবা মীৎয়েংদি সমাজগী, বাজনীতিগী মশক, নাকয়েৎ অমদি পুন্সিদা থেংনবিবা মথোঙ চাদবা থৌওং কয়াদা পেন্দবা অমদি নুংনাংবনি। লৈখা তাবক্লিবা খুন্নাই অসিগী অমোৎপা বাজনীতিগী ওইবা মতৌদা য়ারৌবা

অমা য়াওনা ৱাকৎওই-কবিওই সমাজগী চৎনবোলদা কবেমনৈ। অহানবা লাইৱিক্কী থীম অসিমক হোংদোক্তনা অকোনবা লাইৱিক্তদি খোয়শাউনবগী শকফম অমা য়াওবকই। মসিমক্তি হেন্না শোকচিন্নক্নিবা সমাজগী ফীভমননি।

সমাজগী মীওই লমচৎ অমা লৌখৎলগা মহাক অদুনা বিপ্রজেন্ট তৌবিবা মখোয়গী তাইবং অদুবু কবেম কথাইনদুনা উৎপসি বীবেননা হৈনজবা শৈবেংগী মরু ওইবা শাজৎ অমনি। *কোইজম লুখোই* অমসুং *য়ুম্নাম য়াইমা* হায়বা শৈবেংশিংদা ৱাবেম শুবতনা মথৌ ওইদুনা মশানা মশাবু নেতানি খঞ্জবা, মীখল মতমদা ৱাজাউ ঙাংদুনা মশাগী ওইজবা খবতবু খল্লগা মমাবোন মজাতিবু মিবাইবগী মতৌদা মচেক্লা য়ৈদুনা লকনৈ। মমবোন তন্নগা অঙাং মাঙলগনি খন্দুনা বাংলা স্কুলদা মচা মশু তন্না থাবিবা য়ুম্নাম য়াইমনা পোলোইদা ওইজবা থিরকপবু মশক তাক্লদুনা হায় ঃ

চহী খবা মতুং স্কুলদুনা মপুং ফাবক্লবদা
স্কুলদা থবাই য়াওশিল্লকই য়াইমা
হায়জবৈ মবোল খংদবা মচাবু
ওঝা ওইহনগে মনিপুৰী স্কুলগী
মবোলবু অমাংবনি খল্লন্না য়াইমা
নুংশিবকই নৌহৌনা মমাবোলবু।[৮৫]

যেক্নিবা য়ুম্নাম য়াইমগী শক্তম অসি মণিপুৰীশিংনা নোংচুপলোমগী শিক্ষাগী শহ্‌মদগী মহৈ মশিং তম্নবক্তনা হৈজবিবা বাংলা লোনগী ৱাহৈ মতেকশিংবু লৈথেৎ ওইনা ৱাঙাং-শাঙাংদা শীজিন্নবগা লেম্নবগী ৱাখল খন্দুনা মশানা মশাবু ইন্টেলেকচুয়েল অমনি লৌবিবা মীওইশিংবুনি। ইং ১৯৫৬ তা অহানবা ওইনা আসামগী মণিপুৰীশিংনা মমাবোলদা মহৈমশিং তম্বগী খুদোংচাবা ফংলকখিদুনা মতুং তপ্পা তপ্পা মপূং ফাবক্লবদা বাংলাতবু শুপকোন কোনশিল্লগা লৈখিবা মীওইশিংনা খল্লকপা ৱাখল, মখোয়গী পুকচেল মতা অদুমক উৎলকপনি। অসুম্না মান্নবা লমচৎ অসিমক মতুংদা লাকখিবা শৈবেং *মীতৈ নেতাদা* অমুক উবা ফংই। ববাক তম্পাক্তা খুন্দাবিবা মণিপুৰীশিংগী মফম চেংনবা বাজনীতিগী মশক উৎপতা নত্তনা পাবোন পুবোন ফাক্লদুনা কবেমনৈ ঃ

মেত্রিকনি হায়ববা আই এনি হায়ববা

থৌবান্দোংগী বি. এ. সাবতিফিকেতনি হায়ববা
মীতৈ নেতানি কৈজাউ মণিপুরীদেব প্রতিনিধি[৮৬]

পেবাদোল্পিকেল ওইবা মীৎয়েংদা মশক তাক্লনবা হোৎনবনি। খুৎই অমসুং খুৎফোঙদোক ছন্দ লোয়নহন্দুনা অতোপ্পা লোনগী রাহে রাতাবু লৈথেৎ ওইনা শীজিন্নবগা সেতয়াবগী মীৎয়েং শাগৎলি। অসিগুম্বা মশক অমা লৈবনা লাইশ্রম সমরেন্দ্রগা নকশিন্না লৈহল্লি। সমাজগী মাওনিংঙাই ওইববা চবিত্র অসিবু অখাবা মীৎয়েং য়েংবগী মহুৎ মেওনা কবেমনৈ।

বীবেনগী শৈবেং খবদদি আইদেন্টিটি ক্রাইসিসকী রাফম পল্লদুনা নুংনাংবা ফোঙদোকপা থেংনৈ। মীতোপশিংগী মবক্তা হিংলিবা ফুকপ অমনা মতীং থোক্লা হিংবদা মশা মশাগী আইদেন্তিতি ঙাকপা হায়বসি তঙাইফদবা অমা ওইববসু লমদম অসিদা হিংলিবা ফুকপশিংগী পুন্সি মবেল অসিবুদি পেনথোকচবা ঙমদে। হৌখ্রবা ইতিহাসকী রাবী শীংবুনদুতবু নীংশিংলগা পোংথোকলিবা, মপাম্থোক্লা মবিংজেল ফুদোক্লগা মশাগী ফংফম থোকপশিংবু তানবা ঙমদ্রবা মখোয়গী মতৌবুদি কবেন্নৈ। ফীভম অসিদা ফুকপ অসিনা মীতোপশিংগী মবক্তা কযাম কুইনা হিংবা ঙমখিগদগে হায়বগী চিংনবদু *শহব অমসুং মীতোপ* দা মিপাইজনা ফোঙদোকই। *ঐগী শকয়েং মীংশেল* শৈবেংদদি ইশাগী আইদেন্তিতি মাঙশিল্লকপবু কিনা হায়বকই ঃ

ঐগী কাগী শকয়েং মীংশেল
শেংদোকতে ঐনা শেংদোক্লোই হায়না
মবমদি কিজৈ য়েংজবা
ইশাগী মকশিল্লক্লবা ইশক্তম[৮৭]

হৌজিক মতমদা ইনবক্লিবা অয়াম্বা শৈবেংশিংদা বাজনীতিগী ঈথিলনা পীবকপা শাফুদগী থোবকপা শৈবেং মবাং কায়না থেংনৈ। অশোয়বা লৈঙাকলোন, শেঙ্গা-থুমজানা লাকহৎলক্লুনা মীচম প্রজাদা অব্রাবা তাবকপা, লুচিংবশিংগী অশোয়বা থৌশিলদা পেন্দবা রাকৎ কয়া পুখৎলি। ফীভম অসিনা সমাজদা ঈবাং শাগৎতুনা য়ৈখায় থুগায়নিংবা, লালহৌবগী রাখল পোকহল্লক্লবা নত্তে। হীবমশিং অসিনা মাঙওইনদুনা কবিশিংনা মশা মশাগী ওইবা হৈশিংবা মফোঙদোক্লা লোয়ননা পুথোবকপগুম বীবেনগী খুৎইদসু থেংনৈ।

বীবেননা মশাবু গণতন্ত্রগী মিংখৈ লৌবগা মকমদা চখবিবা থবক থৌওং

কয়া অসিবুদি পেনবা ওমদে। কিদমতমক ফজবগা গণতন্ত্রিক শাসনগী অর্থ য়াওদবা মতৌ, মপুকচেল শেগ্না নেতাশিংগী লাল্লোং কয়াশিংসিনা মী অমগা অমগগী মবক্তা থাক মান্নদবা সমস্যা থোকহল্লি। মসিদা নুংঙাইবা খবনা পঙনুংদা নুংঙাইবা, নাকন অমবোমদা অব্রাবা কাঙবু অমনা পঙব্রাদা ব্রাই ঃ

মীয়ামগী মীহুৎনা লৈঙাকপা
মীগা মীগা খেন্নদে হায়নবা
লৈবাক অদুদদি
তোংলম্বা পুক্কেদো
অসুম অসুম তোংখৎলকই
অকুৎপা পুক্কেদুনা
অসুম অসুম কুৎথবকই।[৮৮]

অসুম্না সমাজগী ফীভম অসিদি হায়নিংঙাই লৈতনা নোংমা নোংমগী শোত্থবক্লি। অদুবু মসিদা কনানসু কবিমক্তা খন্নদে। মানা মানা থোকপা হিংনবক্তা নত্তনা অচুম্বদু খঙনা খঙনা তুমিন লৈশিন্নবগী মতৌবু *পাখৌগী পখৌঙাক* শৈরেংদা লৈবাক অসিগী ব্রাকৎপা হৈত্রবা প্রজাশিংবু লাইবৈবাক্কী মবুক ফববা লাইমচাশিংনি হায়না প্রমাণ তৌবি। মীয়ামগী মপী মপানি লৌনবিবা লৈঙাক মপুগী শক্তিনা অসুক্কী মতিক পাক-শন্দোবকলিবমখৈ মীচম প্রজাশিংগী খোঙফম লৈবক্তগী হিউমিলিয়েশন অদু *হনুমান মমৈ কোল্লো* শৈবেংদা উৎলি। ইনাক খুনবশিংগী খূবাম্না চেৎনা পায়শিল্লক্লবদা লাইববনা লৈফম লৈশিল্লক্তবদুনি। য়েক্লিবা পুন্সিগী মশক্তি লৈকংলাগা পাংখক ওইববা লাইফত্তবশিংনা খুন্দাবা লমদম অসিদা অমোৎপা অমদি অমম্বনা য়োৎশিনখ্রবা হৌজিক মতমগী মথক মখা ওন্নবা, তৌনিংবদা তৌনবা শাবমচৎনা মাঙওইনবা মশকনি। *মতম য়ৌদ্রিববা* অমসুং *হুই অনী* শৈবেংদা সমাজ অসিগী তায়োন্নবা মশক, অমোৎপশিংগা পুন্সিগা অমত্তা ওইশিনমিন্নখিবগী মূর্ত্তি পুথোবকই । পুন্সি অমসুং সমাজগী মবক্তা অচুম্বগী লম্বী থিবকপদা খনফম খঙদ্রবা মতৌ, অব্রাবা মরক্তা ফজবা খুন্নাই অমগী নীংতম্না হিংহন্নিংবগী হনবা নাইদ্রবা থৌনা হাপ্পগী পাউজেলদি তোইনা শাগোন্নদুনা চৎলি।

অদুবুনে তেলঙ্গা ঐগী মনিং তম্নবা বাহৈগী তেলঙ্গা

ইনিংতন্না পাইনিংই হাইদুনসু পাইবা য়াদেনে ঐহাক্তি
অশিবশিংগী মরক্তা অহিংবা
অহিংবশিংগী মরক্তা অচংবা
য়াউরিব্রা য়েংখিবা তারি ঐহাক্তি[১১]

'অচুম্বা' বু সিম্বোল ওইনা শীজিন্নরদুনা চিংনবা রাখল, লৈতাদবা থম্মোয়, মিপাইববা পুন্সি মবেল, অসিগী মবক্তা কবিগী নীংজিং মাংজিংনবা রাখলগী মশক অদু পুথোবকই। *মচি লেংলমদে দুর্গাগী মূর্তি* দদি অচুম্বগী শক্তিনা মাগুথবক্লবদা 'মফোন থোক্লবা কাংক্রম' গা পাংথক ওইববা পুন্সিসিনা সমাজ অমসুং মীওইবগী মথক্তা হায়ফেৎ শাউবংননা মথবায় চাক্লা শীংনৈ। চাউখৎলবা মতমগী পুন্সিগী মশক অমা *নক্লা লাপ্লবা* হায়বা তেল্লবা শৈরেংদা অর্থ লৈনা ফোঙদোকইঃ

হায়নৈ ওইহল্লে তাইবংপানসে
ঙসিদি ইমুং অমা বিজ্ঞান্না
অদুগা ঐগী ঐগী য়ুমলোন্নবগদি
লৈমিন্নরি শকখঙনদবগুম[১০]

পুন্সিবু মরেক মহাউ চেন্দ্রবা পোৎশক অমা ওইনা উবা, হৌজিক হৌজিক হিংলিবা অসিতনা মকনি হায়বসি একজিস্টেনস্যেলিস্টশিংগী ওইবা রাখল্লোননি। মীৎয়েং অসিদা শাগৎলকখিবা *নিউ ইয়র হেস্পী নিউ ইয়র* দদি নীংবা কায়বনা অসুম অসুম হেক্তিলকখিদুনা আশাগী মমি উবকতবা ফীভম য়ৌবদুনা হায় ঃ

নিউ ইয়রসিদা রাশক লৌ নখোয় রাশক লৌ
য়ু পোন্না থক্কনি ড্রগ পেন্না চাগনি
শম শাংনা খাক্কনি নাদা নাচোম য়ানগনি
তৌনিংবতা তৌগনি লৈবাক নখোয়না পুগনি[১১]

শৈরেংগী লেপফম অর্দ্ধযতি খুদিংদা খোপচিল্লিবা রাহৈগী মান্নবা থমদুনা অন্ত্যানুপ্রাস অলংকারগী ফজববা মশক অমা য়াওবি।

মীওইবা সমাজনা 'সিভিলাইজদ' ওইবে হায়না লৌবিবমখৈ লৈখা তাবকপগী মশক মতৌনা লাকশিল্লকপা, থাদোকপা অমসুং মথৌদাং পাংথোকপা, অথাঙ কনবা, ঙাকপী হৈবা পুম্নমকপু মশা মশাগী ওইজগনবতা খন্দুনা 'অনৌবা পৃথিবীগীদমক' মঙলান শাগৎলগা নেৎ-নেৎতুনা চৎলকপদা মীওইবগী রাখল

পীকথনবকতুনা থাজনদবগী বাখলনা লায়েংবা গুন্নবোইদবা লায়নাগুম শন্দোবকই। অমোৎ অকায়তনা থন্দুনা লৈকংলাগী মশক ওইবক্লবা পৃথিবীগী মশকসিদা পেন্দবা অমসুং নীংবা কায়বগী খোঞ্জেল অসিবু কবেম্নবা অমদি লক্লবগী সুব অমগা লোয়ননা ফোঙদোবকই। হৌজিক মতমগী মীওই পুন্সিগী মশকপু *লেবেল* হায়বা অতেনবা পবেং অহুমগী শৈবেংদা হৈশিংনা পল্লি ঃ

মখুম খুমজিনবা লিক্লি মনুংদা
মহিক চেল্লবা ঈশিং
লিক্লিগী মপান্দনা ফজববা লেবেল[১২]

এজবা পাউন্দচিংবা কবিশিংনা য়াম্না পামজনা হোৎনজবম্না ইমেজিজমগী মমি তাবা শৈবেংনি। শক্তম অসিগা মান্নবা শৈবেংদা *লৈকংলা, লৈঙোই মপৈ, পেছোক্লা হিংজবিবা, অতিংবা লম্নী অখোয়বা লম্নী* নচিংবা পনবা য়াই।

নহাবোলগী ঈবাংদা য়ুম্ফম ওইদুনা ইবা অমদি মণিপুরীশিংগী মাঙশিল্লক্লিবা মশক্তা নুংনাংদুনা ফোঙদোবকপসি অনীগুবা শৈবেং লাইবিক ফোঙলকপদনি। লমদম অসিদগী নোংমা কাংদনা হাৎন-শুনবা, ঈখেং হাথবগী থৌদোক কম্না মশীং থিঙমদনা থোকলি। মায়কৈ অমবোমদনা অমুকসু লালহৌবা থিবা হুম্নগী নামাদা চখবিবা মীওৎ মীনৈ, ইজৎ নমজা নমথেক্লববু সিম্বোল শীজিন্নবদুনা সিনসিয়বিতি লৈনা ই। লমদমসিগী নুপাশিংবু তত্তনা হাৎলকপা, ইজৎ নমজা নমথেক্লবগী থৌদোক তোয়না থোক্লবা মতমসিদা মবুং মৌপ্পাশিংনা মচল মচেশিংগী হবাও তয়ামজবা, কুম অমদা অমুক্তা লাকপা নিঙোল চাক্কৌবদা ফাওবা কবম্না বব পীগদগে খঙলক্লবগী মশক *নিঙোল চাক্কৌবা নুমিত্তা* উৎলি। ফীভম অমদি মতমনা পুবকপা থম্মোয়গী ওইবা বাফমবু চেকশিন্না হায়বকই ঃ

থম্মোই নুংগুম কনগদবনি নখোয়দি
নবুং নৌপ্পা নপুবোইবা অমদি নচাশিংগী
মচোই মচোই তাববা পুন্সি লিক্লুশিং
খোমজীন্নবা তাশীন্নবা খুনজীন্নবা
মসিতনি নবুং নৌপ্পা ঐখোয়না পীগদবা
নিঙোল চাক্কৌবা নুমিৎসিদা[১৩]

মতমসিগী ওইবিবা ফীভম অমদি মীওইবগী লীচৎ শাজৎ, তোল্ল তাববশিংগী

মীচং সজ্ঞ লৈরক্তবতা নত্তনা হিংনা হিংনা মশানা মশাবু হন্না হন্না হাৎতোকচবা, মবাল লৈজন্দ্রবা কয়া অমনা মবালগী উশিন কোক্লবগীদমক 'বলিগী হামেং' ওহ্মোকপিখিবা ফীভম, কায়ববা মূর্ত্তিশিংতনা থল্লবা লমদম অসিবু উকবগা থম্মোয় শোক্লা ব্রাবৌনা হংলকই ঃ

কদায়দনো ঐবু পুবিবক্লিবসি ইমা
মফমসিদা নোং তাদে লৈ শাংতে
থোকতে অয়ুক্কী ঙাক্তনবা কোবৌ
পাইদে অহাংবা অতিয়াদা খুনু শঙ্গু [১৪]

থম্মোয় শোক্লা তেংথাজবিবা কবিনা থনুংগী থাউমৈ থাল্লদুনা অনৌবা মঙাল অমগীদমক থাদোইনা লোই কাবকপবু খৌবাংনা ঙাইজবি । কবিগী অপাম্বা অমদি থৌনা অদু মাঙহন্দনা মীওইবা সমাজ অসিবু মশক মচু থোক্লা ফজহন্নিংবগী মশক অদুদি অকোনবগী *কবিগী ইদোম কপকনি* হায়বসিদসু মমি তাবি। মসিদদি মোং হাদনা তপ্না চৎলম্বদু খোঙজেল থুনা চত্থদুনা মীওইবা পুন্সিগা চুশিন্ননবা হোৎনবকই।

বীবেন লাইশ্রমগী শৈবেংশিংদা মপূং ওইনা পুন্সিদা থেংনবিবা মথোং চাদবা মওং কয়াদা পেন্দবা অমদি নুংনাংবা ফোঙদোকপতা নত্তনা সমাজ অসিদা মীৎকুপ অমা কাংদনা থোকলিবা থৌদোক অমদি চৎনবোলশিংদা কবেম্নবনি। অহানবা শৈবেং লাইবিক *ঙাইজবনি থাদোইনা লোই কাবকপা* দদি ব্রাহে খজিক্তনা মূর্ত্তি শাগত্তুনা ফোঙদোকপা, য়াম্না তেনবা শৈবেংগী নমুনা ময়াম অমসু উই। ফজববা অমদি হৈশিংলবা লোনশেম শীজিন্নদুনা শাফু কল্লবা শৈবেং কয়া শাগৎলি। পংশাং শাংদবা হায়বদি অতেনবা শৈবেংশিং মক ওইনা পবেং নিপালনা শাবা, তবেৎনা শাবা, মঙানা শাবা, মবিনা শাবা অমসুং অনীনা শাবা শৈবেংশিংদা অকনবা চাংয়েং তৌবা থেংনৈ। থম্মোয়দা ফাওবকপা ব্রাফমশিংবু অখাকপা অথূপ্পা লৈতনা ময়েক শেংনা হায়দোবকই। শৈবেং খবদদি সমাজ অসিগী মীওই লমচৎকী অমোৎপা, অশোনবা মশক কয়াবু পুথোক্লগা অচম্বা লোন্দা পুদা অমদি বাংলা ব্রাহে মতেক (সিংবাবু, বড় লজ্জাব কথা, কি দবকাব) মতাং চানা হাপ্লগা মপূং মবৈ ফাহন্দুনা কবেমনৈ। তেক্লিক অসিমক্লা লাইশ্রম সমবেন্দ্রগী শৈবেংশিংগা নকশিন্ননা উহল্লি। শৈবেংশিং অসিদা য়াম্না লুবা ভাবতা উৎতুনা চঙশিন্নবা হোৎনদে।

হীরম, মীৎয়েংদা পংখেন খেন্নদনা অকোনবদা পুথোবকপা *কবিগী ইদোম কপকনি* দদি অইবনা য়াম্না শক্তি লৈবা খুৎলাই ওইনা মচেক্লা য়েবগা করেম্নবা খুৎই শীজিন্নবকই। ক্রাফসমেন্তসিপতা হান্নদগী অমুক হেন্না চেকশিনবনা শাফু কল্লকপতা নত্তনা অর্থ ময়েক শেংবা হেল্লকই। অদুম ওইনমক নুংদা করেম্নদুনা সেটয়াব তৌবগা ইবা শৈরেংদি মখা চত্থবি। মতাং খবদদি কবি ইবোপিশক্কা নকশিন্ননা উহল্লি। ইবোপিশক্কী শৈরেংদা খ্বাইবম্ননবু 'ঐগী নুপী য়ুম্বান তোয়ববী' হায়না শীংথাখিবরু বীরেননা 'অচুম্বা' বু নুপী অমগা চাংদমনৈ। শৈরেংগী ব্রাহৌদোক ওইনা য়াওবিবা 'ব্রাহে খবদং' দা অইবনা মাগী শৈরেংশিংদা বাংলা য়াওনা মমিং লৈববা কবিশিংগী শৈরেংনা য়াম্না খলহনখি হায়বগুম্না বাংলা কবি শক্তি চট্টোপধ্যায়গী *যেতে পারি কিন্তু কেন যাব* অমদি বীরেনগী *কবিগী ইদোম কপকনি* হায়বা শৈরেং অনীসি য়াম্না নক্কবা খোম্থাং অমা ওইহনবতা নত্তনা মীৎয়েং মফোওদোক্তা য়াম্না নকশিন্ননা লৈ। অকোনবগী শৈরেং *লাইবিক পাবী ইমোম লৈতববা* হায়বসিদদি নীংখা তন্নবা গণতন্ত্রগী চাউখৎলবা লৈবাকনি হায়না পোংজবিবা ভারতবর্ষসিগী মশাইগোন্দা নোংমা কাংদনা থোক্লিবা তংদু লৈতাহন্দ্রবা থৌদোক বাথোক কয়ানা মীওইবগী মমল লৈবকতবা, ডি হ্যুমেনাইজেসনগী মশক উৎতুনা শৈরেংগী শক্তম শাগৎলি। অমুকসু লাম্মৈ তোইনা চাক্লক্লবা মমা লৈবাকপু খাম্বী মৈকল্লনবা পাবী মমোমশিংবু থিবকই।

**নাওরেম বিদ্যাসাগর (১৯৭২ - )**

ববাক তম্পাক্কী মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচত্তা নৌনা থোরকপা অমদি নহা ওইনা মচিন তুমখৎলক্লিবা কবি অমসুং সমালোচকনি। হৌজিক ফাওবদা *অনৌবা নুমিৎকী ফীবাল* (২০০৩, শৈরেং) অমসুং *ইমেজরীগী মহম অমসুং অতৈ বারেংশিং* (২০০৭, নৈন বারেং) ওঅয়ভঅ *লাইবিক অনী খুদোল তমলে*। *নহা ওইবিবা* কবি অসিগী অহানবা লাইবিক অসিদা থোকচোম যোগেন্দ্র নীংশিং সনাগী মেদল, ২০০৭ পীদুনা নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফালনা ইকাই খুম্নপ্লে।

কবি অসিগী শৈরেংশিংদা মপুং ওইনা থেংনবিবা মশকশিংদি হৌজিক মতমগী সমাজগী কাংখোঙ চাইববা ফীভম, রাজনীতিগী অমোৎপা মশকশিং, ডি হ্যুমেনাইজদ ওইববা মীওইবগী মশকশিং, মীচম পুন্সিগী অবাবা অমদি তংদু লৈতাদ্রবা ফীভম, ফত্তবগী সমস্যা, শিবা অসিনচিংবনি। ববাক তম্পাক্কী অতৈ

কবিশিংদা তোয়না থেংনদবা তোপ তোপ্পা মশক অমদি – নহারোল অমদি মসিগা শাগোম্নবা নুঙাইত্রবা ফীভম, মবৈবাক নীংবগী ৱাখল্লোন অমসুং শাফু কল্লবা স্পিরিত উৎপা, কাঙলুপকী ইবাং, ঙমখৈগী ৱাথোক অসিনচিংবশিংসিগী মশকশিং মহাক্কী শৈরেংশিংদা মবীকচুন্না য়েক্লকপা অসিনি। কবি অসিগী খুৎইদা সিম্বোলশিং মবাং কায়না থেংনৈ।

শৈরেং লাইরিক অসিগী মীংথোল *লৌবিবা অনৌবা নুমিৎকী ফীবাল* হায়বা শৈরেংসি মণিপুরগী নীংতম লালহৌগী থীমদা শাগৎপা মবৈবাক নীংবগী, কখোকপগী কংবা নাইদ্রবা স্পিরিট অমসুং অনৌবা নীংতম্বগী অচেৎপা থাজবগা লোয়ননা ঈখৌলাংবা উৎলি। শৈরেং অসিদা তোপ তোপ্পা মেটাফর অমসুং ইমেজরীশিংনা শৈরেংগী হকচাং শাগৎলি।

অনৌবা নীংতম্বগী লাঙ্গুংদা চঙশিল্লকলিবা নহাবোলশিংগী কখোকপা অমদি ঈখেংগী কংবা নাইদ্রবা ঈচেলদা কলমনা লুপতুনা মমা মণিপুরনা শম্বুল চেৎনা পুল্লিল্লদুনা শৈরেং ইরি। অদুবু *নোংমৈ গুলি নত্তে শৈরেং* হায়বা পরেংসিনা মণিপুর ইমাগী থম্মোয়দা বলিদান তৌবিবা মচাশিংগীদমক তেংথাদুনা লৈবগী মহুত্তা শীংনবগী থৌনা অমা ফুদোবকপদু ফোঙদোকলি। অদুগা শৈরেংসিগী লোইশিল্লকপদা মচাশিংগী হনবা নাইদ্রবা স্পিরিটকা লোয়ননা অনৌবা নীংতম্বগী অচেৎপা মঙ মঙজবদু উৎলি।

য়াচঙলকপদগী
উমংগী উপাল ৱাপালশিংগী মবক্তা য়াবেক্লকপা
অঙাঙবা ফীজোল শেৎপা মচাশিংদুনা
মালংদা পাইহন্দুনা য়েংজৈ
মচু তবেৎনা লৈতেংলবা ফীবাল,
লোন্না লোন্না পুবকপা
মমাগী মল্লবা ফনেক মচেৎশিংনা
মীৎশেন খাঙদুনা তূজবকপা।[১৫]

নহা ওইরিবা কবি অসিনা মাগী পুক্নীংদা ফাওবিবা মবৈবাক্কীদমক কখোকপগী থৌনা অদু শাফু কন্না *ঈ তৈববা নোংঙাল্লমদাই* হায়বা শৈরেংসিদসু মণিপুরী জাতিদা থৌনা পীদুনা ৱাহং হংলি। মীখাপোন্দুনা নৎত্রগা লোয়লম

লৈঙাক্লোনদগী নীংখা তমদুনা অনৌবা ইতিহাস অমা ইবা তারবদি ঈগী বলিদান নত্তনা অতে লৈতে হায়না কবিনা ফোঙদোকলি।

*লাম্মৈ অমসুং নোং* শৈবেংসিদদি মণিপুবগী চীংমী কাঙলুপ নাগা অমসুং কুকি মশেল অমগা অমগা অণ্ডম অণ্ডম্বা হাৎতোক্লবা, য়ুম মৈ থাবনচিংবা অকি তূজুংনিঙাই ওইববা মূর্ত্তিশিংবু মবীকচুন্না য়েকই। শৈবেংসিগী *লোইশিল্লকপদা* খুত্তাক লানশিরুববা চীংমীশিংনা মাগী মাগী খুন তন্না হল্লক্তুনা মহৌশাগী পুন্সিদা ঈংনা চীক্লা হঞ্জিল্লকপদু শাফু লৈবা ইমেজবীনা উৎলি।

মশা মচেৎ মচেৎ চাকথেক্লবা
ককঙাওননা পাইকববা উচেকশিং
হল্লক্লে অমুক কাশিল্লবা চীংমায়দা।
গীর্জাগী কাংশি মখোলগুম
তাবক্লে উচেকশিংগী নুংশিববা ঈশৈগী সুব।[১৬]

*যোংমু অমসুং উমংগী মচেৎ* কৌবা শৈবেংদা মণিপুবগী ঙমখৈগী ব্রাহ্মণ অমদি মসিনা ওইহনখিবা মীশি মীনাগী থম্মোয শোক্লবা ফীভমদা কবিনা পেন্দবা উৎলি। মণিপুব বাজ্যদা পোক্লকপা চাউবকপা কাঙলুপ অমগী মীওইশিংনা বাজ্য অসিগী টৈবিটৌবিয়েল ইন্সিগ্রিতি মাঙহন্নবা হোৎনবকপা অসিবু মেটাফব অমসুং সিম্বোলশিংদা মনুং থীৎনা লুথনা উৎনবা হোৎনৈ। অদুগা লোয়ননা মবৈবাক মবমদমগী ঙমখৈবু কাযহন্নবা হোৎনবক্লিবা কাঙলুপ অমগী মীওইশিংদা 'নহাক্কী শীংলিদা পক্তববা/উমংশিংবু নুংশবগী ঈবিক অমত্তং?' হায়না শাফু কল্লবা ব্রাহ্মণ অমা হংলি।

*ইম্ফাল সহব-১, ইম্ফাল শহব* - ২ হায়বা শৈবেং অনী অসিসু মণিপুরগী তংদু লৈতাদ্রবা ফীভমশিং উৎপনি। অদুগা *লপ্লোনবা-১, লপ্লোনবা-২* হায়বা অতেনবা শৈবেং অনীসিদনা বাজনীতিবালাশিংগী মচবিৎপু শৈথাবি। *উমাইবীগী তুম্লবা মচীন* হায়বা শৈবেংদা যীশুবু ক্রোসতা পাং তীংদুনা পাপীশিংনা হাৎখিববু উমাইবীগী মচীননা অঙৌবা খুনুবু ঈহিং নাহিং শাহনবা মতৌ অদু উৎলি।

কবি অসিগী শিবগী থীমদা ইবা *ববাক তুবেল ঐনা নংবু নুংশি* কৌবা শৈবেং অসি অশিবনা কবিবু খূলাম তোযনা কৌবকপগী মেটাফবদা শাগৎপনি। মোং হাদনা ঈংনা তপ্লা লীবি লীবি চেষ্টবিবা ববাক তুবেলগী সুবদা শৈশকপনি।

তুবেল অসিগী তোর্ব্বান অমদা অহিংবশিংগী লৈফমনি। পোইট পার্সোনা মশামক য়াউ মচাগুম্না অশংবা নাপীশিংগী তুহাউনা কুপলিবা তোর্ব্বানদা চেন চোংদুনা শান্নবি। অতোপ্পা তোর্ব্বান অমদনা অশিবশিংগী লৈফমনি। বাংমগী তোব্বানদগী তেবা পাম্বীদা তোংলিবা লমখুনুশিংনা পোইট পার্সোনাবু 'নুপামচা নঙ লাক্লো, নঙ হল্লক্লো' হায়না খূলাম তোয়না কৌবি। অদুগা অমুকসু তুবেল অসিদা হঙ্গৎ হন্দা হোল্লিবা হিগী খোঙচৎ অসিনা মীওইবগী পুন্সিগী পোকপা শিবগী কাল চক্রগী বাহল্লোক অমা পীবি।

হিহোনবা লমলানবা অমনা
হি থাওদুনা হিদেন তাফমদা
ঐবু ভাইবিবগুম খল্লকই।
তোর্ব্বান অমদগী তোর্ব্বান অমদা
লাল্লোক লানশিন
অসিবনে পুন্সি হায়বদো ?[১৭]

কবি অসিগী শৈবেংশিংদা শীজিন্নবিবা ইমেজবীশিং-'উমাইবীনা মচীন্দা চীক্লুনা চেল্লি/অঙৌবা খুনু ওইনা পৃথিবীবু', হয়েংগী পোল্লিবা/মঙালগী পীক্লিবা অঙাংদো', 'মল্লবা কোঙৌ পুখমগুম ছন্দোকই থাবু/নঙনা নঙগী লূখাক কোমদা' 'নোংদম্বা হায়বদু ওইবে ঙসিদি বোম নৎত্রগা নোংমৈ, গুলিনা' অসিনচিংবা অসি তোপ তোপ্পা ফজববা মশকশিংনি।

অপূনবা শৈরেংগী মশক ঃ

ববাক তম্পাক্কী মণিপুবী সাহিত্যদা লাইনীংহনগী মতমদগী চত্থবক্লিবা শৈবেংগী খোঙচৎ অসি থোইদোক্লা নোংমা নোংমগী পাক-চাউথোবক্লে। লাইনীংহনবু সোসিয়েল বির্ফোমব নৎত্রগা বিভাইভেলিষ্ট মুভমেন্টকী লমজিংবা ওইনা উনববসু তম্পাক অসিগী মণিপুবী সাহিত্য অমসুং লোনগী ইতিহাস অমা নৈনদুনা শেমগৎপদা চাউববা ফিদা অমদি কন্দুনা লৈবি। লাইনীংদা য়ুম্ফম ওইদুনা মপূংদা ইজববসু মমালোনবু নুংশিবা অমসুং মমালোনবু চাউখৎহল্লীংবগী অচেৎপা বাখল অমা য়াওবি । মাগী লাইবিকশিং অসিমক্তি বাবেং অমসুং শৈবেং সাহিত্যগী অঙনবা মতমগী শক্তম অমনি। জাতি অসিনা মশাগী ওইবা ধর্ম্ম থাদোকখিবতা নত্তনা মশাগী লোনবু ঙাংবা, শক শোনবদা যৌওইনবক্তবদগী ওইবকপা ফীভমদুবু

ফোঙদোক্লবা সাহিত্যগী মখল মখা লৈচনদা খূৎ থাদুনা হোৎনবকপনি। মমাবোল, মবৈবাক মজাতি নুংশিবগী শক্তম অমদি তাইবংমপুবু তাক্লনবা হোৎনবকপদা মহৌশা লাইরেম্বীগী মশক অমদি মবমদমগী মতম অমগী ফজববা শক্তমবুসু নিংথিনা উৎলি। শম্মা হায়ববদা—লাইনীং লম্বীগী ওইবা অৱাংবা ভাব ফোঙদোকপগা ইবোয়ননা ফজববা কল্পনা, ময়েক শেংনা নিংথিজববা ইমেজবী কয়াসু য়াওবি। অসুম্না লাইনীংহননা তম্পাক অসিগী মণিপুরী সাহিত্যগী চেৎলবা য়ূম্ফম অমা থোনগৎলকখি।

লাইনীংহননা ৱানা হোৎনজদুনা থোনগৎলকখিবা সাহিত্যগী য়ূম্ফমদা শগোলশেম ধবলনা শৈরেংগী খোঙচৎ অমা অনীশুবা লাপ্পাও মতুংদা শাগৎলকখি। মতম কুইনা লেপলুববা তম্পাক অসিগী মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা ঈনোৎ অমা হাপকৎলকখি। হুম্ফুগী পবিংনা লোইবমদাই মতমদা ধবলনা মহৌশাগী শক্লোনশিংদা চঙনীংবা ঈহুল অমগা লোয়ননা পুন্সিগী ঈশৈ শক্লকই। মঙলান অমসুং অচুম্বা অনীগী মবক্তা থম্মোয়না তত্তনা থেংগাইনববসু লেপ্তুনা চৎখে। হৌজিক্কী পুন্সিগী তপথদ্রবা শক্লোনবু য়াম্না ঈখৌলাংবা খোঞ্জেলদা বোমার্ন্টিক মুদ অমসুং তোনগী মহাউ লৈনা পুথোবকই।

ধবলগী মতুং বোমার্ন্টিক শৈরেংগী ঈচেলদা তোনুগোপাল অমসুং খৈকদ্দিন চৌধুরীনা হুম্ফুতবাগী মতমদা অনৌবা ঈনোৎ অমা হাপলকই। তাইবং মপু অমসুং মহৌশাবু ঈবাৎচনিংবা খৈকদ্দিন চৌধুরী, থোৎ মেঙলবা ৱাহৈ-ৱাতা শীজিন্নদুনা কল্পনাগী মকমদা পুন্সিবু নুংশিনা য়েংলিবা কবিনি। মপুবু লাৎচদুনা, মপুগী যৌজান ফংবনা সংসারগী অৱা নুঙাই ময়ামসিদগী নাম্থোক্লনবা অমত্তা ওইববা মন্ত্র ওইনা লৌবি। ঈশ্বববু থাজবা কবি অমা ওইকবনা মহৌশাগী ফজবা পূম্নমকপুসু মীনুংশিগা লোয়ননা য়েংজদুনা থম্মোয়নুংদগী কৈদৌনুংদা লাপ্না চৎহনদে। অমুকসু ফজবা নুংশিবগী হোংবা নাইদ্রবা পূজাবি অমা ওইনা চবাংনবা, লম্মাংনববা জগৎ অসিদা ঈং তপলবা মীৎয়েং অমগা লোয়ননা চখে। থাজবা মাঙদ্রিবা কবিনা হিন্দু অমদি মুসলিমগী (মৈতৈ পাঙন) সংস্কৃতি অমসুং ববাক তুরেলনা শাগৎলকপা পুন্সিগী শক্তমবুসু য়েকলকই। মহৌশা লাইবেম্বীগী ফজবদা ঙাওজবিবা, অয়াকপা খোঞ্জেলদগী লাপথোকচবগা জাৎ ধর্ম্ম অমসুং চৎনবীগী ৱাংমদা লেপ্তুনা বোমার্ন্টিসিষ্ট অমা ওইনা 'নুংশিবগী লনসে কচ্চরমগে মীওইবদা' হায়বা অচেৎপা ফীবেপ লৌই। মিংথোল মিংখৈ খেন্নদা লৌনববসু ঈশ্ববদি অমত্তনি

হায়বসিদা চেংনা থাজবা থম্লগা চশ্থবকপা খোঙচং অসিগী অথেংবা মতম হায়বদি *নোংখোঙ পবেং য়াংমদা* য়ৌবকপদদি সমাজগী ওইবা য়াফম খবা পুশিল্লক্কুনসু চেল্থবিবা শৈবেংগী মপুং ওইবা মশক্তি রোমান্টিসিষ্ট অমগী চপ চাবা শককমনি। অপাবশিংবু তহ্না তহ্নদবা খুৎই অমসুং খুৎফেঙদোক্ল তাল্হা নাইবা ঈথক অমদা পুদুনা চৎলি।

হম্ফুতবাগী নুমিৎনা তাবমদাই মতমদা সনামচা, আব্দুস সহীদনা খোঙ থাংজিল্লক্লগা মবিফুগী মতমদা খোঙফম চেংনা লেপ্লদুনা মশাগী চপচাবা মায়থোং অমা উৎলকই। তম্পাক অসিগী অইবীশিংগী লমজিংবী অমা ওইনা সনামচানা ময়ামদগী তোপ্পা নাইতোম তাবকই। রোমান্টিক সুব চঙবা শৈবেংশিংনা তোঙান তোঙানবা মূর্ত্তি মচেৎ মচেৎ শাগৎতুনা অপাবশিংবু লাংতক্লহল্লকখিবা সনামচানি। *য়ায়েলশঙগী আতবগুলাপ* ফোঙলকপদা অয়াংবা চীংদোনদগী শাফু লৈনা চেল্থবক্লিবা ঈশিং চাইবীগী শক্তম লৌবি। শাফু অদুনা লৈমায়দা য়ৈশিন্দুনা মতম খবা নৈখায়জববসু *ঈচেল পুন্নমক্কী তিনফম* গী মায়কৈ পাংনা চেল্থবকপদদি মোং হাদনা অকোইবদা লৈবিবা প্রকৃতিগী শক্লোন ময়াম অমা থেংনবে। লৈতাফম খঙহন্দ্রবা থম্মোয়দা হিউমেনিজমগী ঈচেল অমা চেনশিল্লকপতা নত্তনা অবোইবা নাইবা মীওইবা পুন্সিগা নেচবগা থাদোক্লবা য়াদনা লৈনবিবা মবীবু তোয়না নীংশিংহল্লি।

লৈবাক খুন্নাইদগী থাপতোক্লবা হোৎনবতা নত্তনা মঙালগী লম্বী অমবু লেপ্তনা থিবিবী অইবীনা নাকয়েংতা থেংনবকপা কয়াবুসু নাশোন পীক্লা *খোঞ্জেল থোক্তবা য়াবী* ওইনা পাউদম্লকই। আশা, থাজবা নীংবা থুংদবগী মবক্তা শাগৎলকপা ইমেজবীশিংদা সিম্বোল শীজিন্নে। বিয়েলিজমগী অকাই অতোই মবক্তা য়াম্না কুপশিন্না য়েংবা সুব-বিয়েলিজমগী ঈহুল চেনবা শৈবেংশিং উবা ফংই। নক্লা য়েংবদা কবিমত্তা খঙবা ঙমদবদু লাপথোক্লবক্লবদি অবোনবা শকফম্না খঙহৌদনা চোংথোবকপা 'ইমপ্রেশনিষ্ট' খুৎই য়াওবি। অইবীগী শাংলবা চহী কুনগী শৈবেংগী ঈচেলদা রোমান্টিক সুবগা পুন্না মতমগী ওইবিবা শক্তমদা চঙশিল্লুবগা থোবক্লিবা নুংহিক্লবা খোঞ্জেল অসিমক্লা অইবীবু লংদাইদা মফম পীবনা হেন্না মতিক চানা থোকলি। অমুকসু অইবীগী খুৎইদা কবি নীলকান্তনা অহানবদা 'খোম্নৌ নহা খোইনিং অমা' হায়বল্লগা অকোনবদদি অনৌবা মতমগী চপচাবা প্রতীকবাদী (সিম্বোলিষ্ট) কবিনি হায়না মোং পী।

রোমান্টিক য়াম্নমক ওইরবসু মিষ্টিকতি নত্তবা সহীদনা গীতি কাব্যগী মওং লৌবা শৈরেংনা পুন্সিদা ফাওবকপা মীৎকুপশিংগী অহোংবা নাইবা শক্রোনশিংগী ঈশৈ শক্লকই। *কুনশুবা শতাব্দী* গী য়ক লাউবা মশক্তা চঙশিল্লকখ্রবসু তুং তাবকপা শৈরেংগী ঈচেলদা পূমহোং হোংদোক্লগা কবিগী কল্পনানা *সনামচুগী অমুক* অমগীদমক খৌবাংনা কোয়চৎ চৎলি। খোঙচৎ অসিদা থেংনবিবা মহৌশা লাইবেন্থীগী শক্রোনশিংবু উকবদা ফাওবকপা পূক্লীং ঈহৌলবু থোং-নৌবা খ্রাহৈ ব্রাতানা লৈতেংদুনা য়াম্না সবজেক্টিব ওইনা ফোঙদোকই। খূৎই, মীৎয়েংদা খৈকদ্দিনগা যাম্না নকশিন্নে। অমুকসু সনামচাগী ব্রাখল যুম্ফমগা মান্নবা অমা ওইনা ঈশ্বরনা ঐখোয়দা খুদোল তম্বীবকপা খুদিংমক তুংকোইনা তুংশিন্দুনা থমহৌবা ঙমদে হায়বদুমক সহীদনসু ফোঙদোকই।

ত্রেদিশনেল অমদি রোমান্টিক ওইবা খূৎইদা পামজনা চঙশিল্লকখিবা তম্পাক অসিগী কবি ধনঞ্জয়না ঈশ্বর ভক্তি, নুংশিবা, কখোকপা অমদি সত্যম শিবম সুন্দরমগী মপাউ তল্লকই। নিমাইচান্দনা তেংথা নাওইননা ঈশ্বরগী খূয়াদা চঙজনিংনা অমদি নীলকন্ঠনা ঈশ্বরগী মগুণদা ঙাওজবা, মীওইবা অমসুং প্রকৃতিগী মবক্তা লৈনবিবা মবী কুপ্না য়েংনবা হোৎনৈ।

অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদা লাকখিবা ববাক তম্পাক্কী মণিপুরী শৈরেংগী ঈচেলদা রোমান্টিক ঈহৌগা তুংথ মাংথ ওইনা মোর্দন সেন্সিবিলিটিগী ঈহুল চেনবা শৈরেংগী ঈচেলসু চেন্থরকখি। মায়কৈ অসোমদা ব্রজেশ্বরনা মোর্দনিজমগী লময়ানবা কবি অমা ওইনা হৌজিক্কী চমম্নববা অমদি নে-তাদ্রবা পুন্সিগী মশক উৎলদুনা মতমগী পুন্সি মহিংনা পুবকপা ব্রাখলগী মমি তাবা শৈরেং পুথোবকই। ইতিং তিংনা থম্মোয়দা ফাওবকপা লোন্দা অমসুং মশক্তা সিম্বোল শীজিন্নদুনা হৌজিক মতমগী মীওইবগী পুন্সিগী মীৎয়েং, ব্রাখল তাক্লনবা হোৎনবদা নুংদা চঙশিল্লকতুনা ব্রাহং তৌবি। গণতন্ত্র চৎপা লৈবাক অসিগী লৈঙাকলোয়শিংনা শান্নবিবা রাজনীতি, হঙ্গবা থাক্তনা হিংলিবা মীচম প্রজাশিংনা ফংলিবা চৈথেং, চৈথেংসিদগী নাম্থোক্লনবগীদমক সোসিয়েলিষ্ট মুভমেন্ট অমা শাগৎনীংবগী পূক্লীং ইহৌলনি। অমুকসু লৌমী শিন্মী অমদি ব্রার্কিং ক্লাসকী মীওইশিংগী পুন্সিগী মশক উৎপা শৈরেংশিংনা লেফটিষ্টকী খোঞ্জেল অমা পী। মতমগী অহোংবা ঈচেলদা শুমচাবক্লবা সমাজগী পুন্সি মহীং অসিদা পুবকপা ব্রাখলগী চবাংনবা মবক্তা ফোংনা লাউবা ঙমদ্রবা

তোল্ল- তাববশিংগী পেন্দবগী খোঞ্জেল অমা য়াওবি। সিম্বোলিক ওইবনা অমদি তেন্তক তেন্তক তৌবা য়াহে পুশিল্লক্কুনা মীওইবগী পুন্সিদা লৈবিবা য়াখল, মীৎয়েং, ফীদমগী অহোংবা উৎলি। পোলোইদা নুংগী খোঙচৎ অমদা মীওইবগী থীববা মশকশিং তাক্লনবা লাক্লে।

খোঙচৎ অসিনা হুস্ফুতবাগী অবোইবা মতমদা পবিমলনা শক্তাক্লককখ্রবসু খোঙফম চেৎলকখিবদি মবিফুগী মতমদা লাকখিবা খুৎইশিংদনি। মতম অসিদদি নহা কবি কয়া অমসু মশা মশাগী খুৎই অমসুং খুৎফোঙদোক্তা চাংয়েং তৌদুনা মশক লোক্লবা চঙশিল্লকলে। সমাজবাদ পামজবগী পূক্লীং মতা উৎলিবা পবিমলনা বিয়েলিজমদা চঙশিন্দুনা হৌজিক্কী মীওইবগী মশকপু তাক্লনবা হোৎনৈ। হান্নগী চৎনবী থাজনবী কয়াগী ময়োক্তা আইকোনোক্লোজমগী মীৎয়েংনি। পুথোবক্লিবা ফীভমদি লৈঙাক মপুশিংগী নাম্মতা ওইবা মীৎয়েং অমদি পার্তি পোলিতিক্সনা হেঞ্জিনখিদুনা ময়ি চৎহল্লবা সামাজিক অবস্থাদা হৌজিক্কী মীওইশিংনা পুন্সিগী ভেল্যুজবু থিবকপদা অনৌবা পুন্সি মহিংগা চাশিন্নবা ঙম্মনবা লৌনম চিবোন তৌবনা য়াংলেন শক ওইবগা অঙম অঙন্বা শেৎন চানবগী মতৌনি। পূম্নমক অসিগী হৌবকফমদি ‘ঐ’ হায়বসিনা ওইবি। ‘ঐ’ অমসুং ‘ঐগী’ হায়বসিনা লমজিংদুনা অধিকাবগী লানফমদা অবানবনা খোঙফম চেৎশিল্লক্লিবা মখৈ পুন্সিসু পোল্যুটেদ ওইবা হেঞ্জিল্লক্কুনা হিংননবগী লম্বীদা হেন্না লুশিল্লক্লে। পূম্নমক অসিবু শেমদোক শাদোক্কুনা মান্নবা খুন্নাই অমা ওইহনবা হায়বসিদি ভাব তামিন্নদুনা পূম্নমক্লা হোৎনবা মথৌ তাইহায়বসিনি।

মতমনা পুবকপা অকনবা নোংলৈ নুংশিৎকী শহুমদা ইলাবক্তনা তোপ তোপ্পা চাংয়েং ওইনা অবিবা শৈবেংগী চৎনবোলশিংবু থাদোক্লগা মহৌশাগী জগত্তা লেপতুনা ইনৌ নৌবা শৈবেংগী মশক অমা লোক্লবা য়াবেংগী মওংদা ইবা শৈবেং পুথোবকই। উকবা অথিবা, থবায় শোকপা, নিংবা কাইবা, পেন্দবা অমসুং নাইতোম তাববসু অশাউবা মাইথোং শুংউৎ উৎতনা চীংলেম্না মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, উনা, লৈচিল অমসুং অচিকপনচিংবা মহৌশাগী কয়াৎ কয়াবু মওং মওংগী থবায় পালহনবতা নত্তনা য়া ঙাংহন্দুনা পুন্সি অমসুং মাগী অকোইবদা লৈবা নুংগী য়া কয়া ফোংদোকপা ঙম্নবা চাংয়েং তৌই। ‘কোম্বীবৈ’ (ত্রেদিসনেল ভেল্যুজ ওইনা)গী ফজববা শক্তমবু ‘মৌ অনৌবী’ (মোর্দন ভেল্যুজ) গী লৌফম খঙদনা নীল্লিবা

ঈশৈনা মহুৎশিনখ্রবদা তংতাবা ফংদ্রবা হৌজিক্কী পুক্সি উংলি। য়াম্না কমপ্লেক্স ওইববা সিচুয়েসন অমদা হিংলিবা মণিপুরী সমাজনা পুনশিনমিন্নবগী ওন্নতৈনবদা তোখায় তানদুনা মফম মতম মতুংইন্না লেপ্লিবা নে-তাদ্রবা পুক্সিগী শক্তম পুবকপদা চিংনবকই। অসুম্না কায়ববা পুনগী চফু মচেৎশিংদা তুংলিবা ঈশিংগা পাংখক ওইবে হায়বিবা বরাক তম্পাক্কী মণিপুরী সমাজগী ফীভম অত্তোপ্পা জাতি কয়াগী মবক্তা নোংমা নোংমগী লুশিল্লক্লি হায়বসিনি। হিংমিন্নবগী তায়োন্নবদা ওইবিবা 'লন্নাই' হায়বসিদা থম্মোয় শোক্না নুংনাংই। সিমিলি, মেতাফব মবাং কায়না শীজিন্নবগা ইমেজ কয়া নিংথিনা ওর্গেনাইজ তৌবতা নত্তনা হৈশিংবা লোননা তোল্লবশিংগী পুক্সিবু নিংথিজনা য়েকই।

বিশ্বনাথনা মীওইবগী লমচৎনা লৈখা তাববা সমাজদা শেঙ্গা-থুমজাগী মহুম শাগৎনবকপা, মণিপুরগী প্রজাশিংনা তং-তাদবগী ফীভম অমা মায়োক্নবকপা, হিংবদা চোকথবদা নত্তনা তম্থবা পোকলকপবু লোন অমদি ইমেজবীগী যাদু শীজিন্নদুনা উংলকই। ফজবা, নুংশিবা, অচুম্বা অমসুং নুংঙাইবা ফংদ্রবদা কবিনা চৈনাগী য়ুম্ফমদগী শাগৎলকপা শৈরেংশিংনি। হৌজিক মতমগী হিংবদা শেলতনা মক ওইনা খন্নবকপা মতৌদা তুংগী আশা পূম্বা তপ্না তপ্না মাঙখিবনি। লাংতক্লবনা থল্লবা লৈতাদ্রবা পুক্সিসিদা মীওইবনা গণতন্ত্রগী অতিয়াদা লেঙদনা লৈবকখিবদগী থবায় কয়ানা হিংশি-শিবকই। অসুম্না হিংনিংবগী বাখলদা অমুকসু মীনা মীগী মবায়বক্তা খোঙনেৎনববা ফীভম অসিদা থাজবা থম্বা, আশা তৌবা হায়বসিদি মতম থীক লৈতবা তোতি মখোঙ ঈশিং ঙাইবগুম্বা ওইনা খোকলি। 'সাবোন' বু শীজিন্ননিংবা মওংদা শীজিন্নবগুম মীচম প্রজাবু শীজিন্নবিবা লৈবাক অসিগী লৈঙাকলোনগী শো পায়বিবা 'ওক্তবী' গী শক্লোন লৌবিবা শেঙ্গাও পায়বশিংগী লমচৎপু কোগোক কোক্না চিংথোক্তুনা উংলি। থীমদগী বাহৈনা হেন্না নূম্না লৌবগা শাগৎলিবা শৈরেংশিং অসিমক্না ইলাবক্তগা পূম্না থম্মিন্নবা য়াই।

কালেনজাউনা মার্ক্সিজমগী মীৎয়েংদগী লৈবাক অসিগী চাকথুং ফিথুংদ্রবা সমাজ অমদা হিংলিবা লাইববা ইমুং মনুংদা লেপ্লগা নীংতম্বা অমদি পুক্সিগী অর্থ থিবকই। মালেমগী ইতিহাসতা অবংবা থবানমিচাক্লুম মশেক মঙাল অমগা লোয়ননা কেপিটেলিজমগী মায়োক্তা থৌমী শিম্নীশিংবু নীংতম্বগী চপচাবা হক ফংহন্ননবগীদমক ঈহৌ শাগৎখিবা মার্ক্স, লেনিন, ষ্টেলিন, মাওনচিংবা লুচিংবা কয়াগী ফজববা ফীদমগী মখাদা থোল্লম্বা লম্বীদা চংশিনসি হায়। বরাক তম্পাক্কী

কবি ময়ামশিংদগী প্রোগ্রেসিব ওইবা লৌমী শিন্মীশিংগী হ্রাফমদা হেন্না মীৎয়েং থমখিবা কবিনি।

কুনশুবা চহীচাগী অবোইবা তাংকক হায়বদি মবিফুতবাগী মতমদদি অনৌবা কবি কয়ানা খুৎ থানবকখি। মখোয়গী মবক্তগী বীবেন লাইশ্রমনা হৌজিক্কী হামচৎনরবা পুন্সি অসিবু লংশেক্লিংদুনা হেন্না নুংঙাইবা অচুম্বা অমদি মঙাল লৈবা অমবু খৌবাংলকই। অদুম ওইনমক হোংলক্লিবা সমাজগী চৎনবোলদা পেন্দবা অমগা লোয়ননা কবেমনৈ। তাৎ তৌশিন্নবগা মপাম্বোংদা অখঙ অহৈ শাবা মতমসিগী মীওইশিং উকবগা খোয়শাউনবতা নত্তনা মশানা মশাবু নেতানি খঞ্জবিবা জাতি, ফুকপ অমবু য়োম্থোকপিখিবদগী ওইবক্লিবা আইদেন্তিতি ক্রাইসিসতা নুংনাংই। অমুকসু অচৌ অশাঙশিংগী শক্তিতনা চপখায়বকপদা মীচমনা সমাজগী চাইগোয়নুংদা মফম লৈবক্তবগী হিউমিলিয়েশন উকবদা য়েংদুনা লৈবা ঙমদে। পুন্সি হায়বসি মবেক মহাউ চেন্দ্রবা পোৎশক অমগুম লৌবিবা কবিনা হৌজিক মতমগী লমচৎ কোমথববা মীওইশিংবু কবেম্নবতা নত্তনা মচেক্লা য়ৈদুনা উৎলি। পবেং খবতনা শাবা অতেনবা শৈবেংদা চাংয়েং তৌবদুনা চবাংনবা ফীভমশিংবু উৎনবা হোৎনৈ। নহা ওইবিবা কবি নাওবেম বিদ্যাসাগবনা মৰু ওইনা মমা লৈবাক মণিপুবদা য়ুম্ফম ওইদুনা ইবকই। খুৎই অসিমক্তি মণিপুবী শৈবেংগী খোঙচৎতা অনৌবা মহাও অমা পীবা ঙমলে। নীংতম্বা পাম্বা মীৎকুপ অমদা কুরাক অমবু সিম্বল ওইনা থম্লগা পাইবিবা কুরাক্কী ফজবা মশাবু উরগা লাংতক্লবা পুক্নীংদা ইখৌ লাংবা ফাওবকই।

অসুম্মা চহীচা অসিগী অবোইবদা চঙশিল্লক্লিবা কবিশিংগী মনুংদগী নোবিননা তঙ তাদ্রবা মতমসিগী পুন্সিদা দলালীনা পীকথল্লকপা অমদি মপাম্বোংগী ঈবাংদা পেম্থোক্লা হিংলিবা মীওইবগী থম্মোয়গী মশকশিং পুথোবকই। মুসিন্দ্রনা মতমগী ভেল্যুজনা পীবকপা চৈথেংদগী নিংবা কায়না পুন্সিবু লাংতক্লনা য়েংই। তরনীকান্তনা মবৈবাক অমসুং মালেম লৈমগী মরমদা নুংশিনা তেংথাই। তাহিব আলীনা অমম্বা মবকসিদা কাংখোং চাইববা পুন্সি মবেল, মীচং শঙ্গ নাইবা খুন্নাইবু মোৎশিল্লক্লিবা লৈঙাকলোনবু উৎথোক্লবা লাকনৈ।

মথক্কী পন্দুশতা নৈনবিবা মকওইবা কবিশিং অসিগী কবিতা নৈনবগা খঙবা ঙম্বদি ববাক তমপাক্কী অশৈবশিং অথেংবা তাংকক অমদা খোঙথাংজিল্লক্লবসু

মণিপুৰী সাহিত্যদা তৌবক্লিবা খুদোলশিং অসিদি শীংথানিঙাই ওইবক্লি। তশেংনমক মণিপুৰী শৈবেংগী খোঙচত্তা কবিশিং অসিনা চাউববা মফম অমা কন্দুনা লৈবি। মখোয়গী খুৎই, মফোঙদোক অমসুং থীমদা য়েংলগা চাউবাক্লা অহুমথোক্লা থম্বা য়াই। অহানবদা বোমান্টিক অমদি ত্রেদিসনেল ওইবা খুৎইদা ফজবা অচুম্বা অমদি ঈশ্বব ভক্তিদা পূক্লীংগী ইহুল ফোঙদোকপা, অনীশুবদা মবমদম ববাক তম্পাক্কী মৈতৈশিংগী মথক্তা পেন্দবা, অশাউবা অমদি কবেম্নবগা লোয়ননা ফোঙদোকপা মশক অমসুং অহুমশুবদা হৌজিক্কী পুন্সি অমসুং সমাজগী মশক ফোঙদোকপা শৈবেংনি। অকোনবগী হীবম অসিদা হেন্না মীৎয়েং থমদুনা অয়াম্বা কবিশিংনা মোর্দনিষ্ট অমগী খোঙফমদা লেপতুনা ফোঙদোক্লবা কন্না হোৎনৈ। কাঙলুপ অসিগী কবিশিংনা পুন্সিবু মবেক মহাউ য়াওহল্লক্তবতা নত্তনা তংতাহনদ্রিবা অসিমক্তি মতমগী বাজনীতি, পার্টি পোলিতিক্সননি হায়বসিনি। ব্ৰাফম অসিমক্তি কাঙলুপ অসিগী কবিশিংগী মফোঙদোক্তা খেন্নববসু খুৎইদা মান্নবা অমা ওইনা লৈবি। মসিমক ওইদুনসু বোমান্টিক ওইববা ব্ৰাখল, কল্পনা, থম্মোয়গী ঈহুল কোকপা ইওম ঙমদনা ইবকপা শৈবেংসু মখা চত্থবক্তবা নত্তে।



## নোট অমদি রিফারেন্সশিং

১। লোংজম জয়চন্দ্র, 'অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মশাগী ওইবা শক্তম', *মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস,* (সম্পা) তোম্বী, ইবোহনবী, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ২০০১, লা ১২৭

২। লাইনিংহন নাওবিয়া ফুলো, *হৌনবুং অমসুং লান্নবুং,* হৌনসঙ, অপোকপা মরুপ, হাইলাকান্দি, ১৯৯৭, লা ৩

৩। ইবিদ, লা ৯

৪। লাইনীংহল ফুলো, *পামহৈবা,* পোইবৈ মীতৈ মরুপ, ইম্ফাল, ১৯৯০, লা ৫৩

৫। লাইনিংহন নাওবিয়া ফুলো, *তেংবানবা অমসুং লাইনিংথৌ লাইপাও,* হৌনশঙ, অপোকপা মরুপ, হাইলাকান্দি, ১৯৯৬, লা ৩৪

৬। লাইনিংহন নাওবিয়া ফুলো, *অথোইবা শৈরেং,* হৌনশঙ, অপোকপা মরুপ, কাছাড, ১৯৯৮, লা ১২

৭। নাওবিয়া ফুলো, *থাইন নোংইন,* অপোকপা মীতৈ মরুপ, ইম্ফাল, ১৯৯০, লা ৪

৮। শগোলশেম ধবল, *শনবিক মচু,* মদন সিংহ, কাছাড, ১৯৬৮, লা ৩

৯। *ইবিদ,* লা ৭

১০। *ইবিদ,* লা ২৫

১১। শগোলশেম ধবল, *ঐ পোকপগী পুঙজাদু,* চন্দ্রকলা অমসুং ফজতোম্বী, শিলচব, ১৯৯৭, লা ৪

১২। *ইবিদ,* লা ২২

১৩। *ইবিদ,* লা ১৭

১৪। *ইবিদ,* লা ৬৭

১৫। *ইবিদ,* লা ৪৪

১৬। *সৌগাইজম ব্রজেশ্বব, হঙোই খোংবদসু লিঙ্গ হোংবদসু,* মৈরাম লক্ষীকান্ত, শিলচব, ১৯৭৫, লা ৮

১৭। সৌগাইজম ব্রজেশ্বব, *ওঁ বিষ্ণু বিষ্ণু,* সৌগাইজম পাব্লিকেসন, কাছাড়, ১৯৯৫, লা ১১

১৮। সৌগাইজম ব্রজেশ্বব, *প্রজাতন্ত্র নুমিৎ য়ৌবক্রে,* সৌগাইজম ব্রাদর্স, বড়খলা, ২ শুবা ফোঙবা, ১৯৮১, লা ৫১

১৯। *ইবিদ,* লা ৮

২০। সৌগাইজম ব্রজেশ্বর, *ইতিহাসকী তিনশিল্লবা মনম,* সৌগাইজম ব্রাদর্স, কাছাড়, ১৯৮৭, লা ৩৬

২১। খৈরুদ্দিন চৌধুবী, *মীনোক পীবাংগী মীংকুপ অনিদং*, শিলচর, ১৯৭৬, লা ৮

২২। *ইবিদ*, লা ১১

২৩। খৈরুদ্দিন, *শবনমগী মবীক অনিদং*, শিলচর, ১৯৭৮, লা ২

২৪। খৈরুদ্দিন চৌধুবী, *মুক্তা খুজোক অমদং*, শিলচব, ১৯৭৯, লা ১

২৫। খৈরুদ্দিন চৌধুবী, *বোবাক তোব্বানগী মহাকাব্য*, শিলচর, ১৯৮০, লা ১১

২৬। *ইবিদ*, লা ১০৮

২৭। *ইবিদ*, লা ১১৬

২৮। খৈরুদ্দিন চৌধুবী, *ওপসিট*, লা ২২

২৯। খৈরুদ্দিন চৌধুবী, *নোংখোঙ পবেং বাংমদা*, নুমিথলৈ পাব্লিকেশন, শিলচব, ১৯৯৯, লা ৬৫

৩০। *ইবিদ*, লা ২৩

৩১। সনামচা, *বাযেলশঙগী আতবগুলাপ*, অনৌবা সাহিত্য প্রেমী, জাবিবোন, ১৯৭৮, লা ৪

৩২। সনামচা, *খোংজুনুবী তবেৎ*, টি নিমাইচাঁন্দ, হাইলাকান্দি, ১৯৯১, লা ৩২

৩৩। সনামচা, *মবিক অমগী লৈয়ী*, মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, আসাম, ১৯৯৫, লা ৭২

৩৪। *খোংজুনুবী তবেৎ*, লা ১

৩৫। সনামচা, *নোংজুথাগী নোংমা*, টি নিমাইচাঁন্দ, হাইলাকান্দি, ১৯৯৪, লা ৭১

৩৬। *ইবিদ*, লা ১৮

৩৭। *মবিক অমগী লৈয়ী*, লা ১৬

৩৮। *নোংজুথাগী নোংমা*, লা ৪৮

৩৯। টি, সনামচা, *খোঙ্গেল থোক্তবা বাবী*, নহাবোল খোবজৈ থৌগল্লুপ, জাবিবোন, ১৯৯৮, লা ২০

৪০। *মবিক অমগী লৈয়ী*, লা ৩৩

৪১। *খোঙ্গেল থোক্তবা বাবী*, লা ৭

৪২। *ইবিদ*, লা ৬৪

৪৩। এ সহীদ, *কুনশুবা শতাব্দী*, কাছাড, ১৯৭৯, লা ১

৪৪। *ইবিদ*, লা ৮১

৪৫। *ইবিদ*, লা ৮৪

৪৬। *ইবিদ*, লা ১৬

৪৭। আব্দুস সহীদ চৌধুরী, *সনামচুগী অয়ুক*, সমীম পাব্লিকেসন, বাঁশকান্দি, ১৯৯২, লা ৭

৪৮। *ইবিদ*, লা ৩৮

৪৯। *ইবিদ*, লা ৩৫
৫০। হাওবোংবম পবিমল, *উৎকী মপৈ*, শিলচর, ১৯৮৭, লা ২৯
৫১। হাওবোংবম পবিমল, *থম্মোয় মীংশেল অমসুং অমম্ব*, মণিপুরী সাহিত্য পবিষদ, আসাম, ১৯৯৭, লা ২
৫২। *উৎকী মপৈ*, লা ১৩
৫৩। *ইবিদ*, লা. ১১
৫৪। *থম্মোয় মীংশেল অমসুং অমম্ব*, লা ১৮
৫৫। *ইবিদ*, লা ৪৮-৪৯
৫৬। *ইবিদ*, লা ২৫
৫৭। *ইবিদ*, লা ৭
৫৮। *উৎকী মপৈ*, লা ১৭
৫৯। *The New Encyclopaedia Brittanica*, Macropaedia, Vol-22, 15th ed , 1998, p 318
৬০। হাওবোংবম পবিমল, *মাগী মৈচাক*, ১৯৮৩, লা ৯
৬১। ইলাবন্ত য়ুম্নাম, *নুংশিৎ শিৎলি উনা লেঙলি*, বাইটবস গীল্ড লক্ষীপুব, ১৯৯২, লা ১৯
৬২। ইলাবন্ত য়ুম্নাম, *মীনাই অমা ফংবদা হবাওনববা লমনি*, আসাম, ১৯৮৩, লা ১
৬৩। ইলাবন্ত, *নুংশিৎ শিৎলি উনা লেঙলি*, লা ৯
৬৪। *ইবিদ*, লা ২০
৬৫। *ইবিদ*, লা ৩০
৬৬। *ইবিদ*, লা ২৩
৬৭। *ইবিদ*, লা ২৪
৬৮। *ইবিদ*, লা ৩৬
৬৯। *ইবিদ*, লা ৩৪
৭০। থোকচোম বিশ্বনাথ, *নোং নুংশিৎকী হুমদোক্রবা থাবলগী*, কাছাড, ১৯৮৪, লা ৭
৭১। *ইবিদ*, লা ১০
৭২। *ইবিদ*, লা ৩৭
৭৩। থোকচোম বিশ্বনাথ, *হবিবোলা হে মন্ত্রী হবিবোলা হে ইঞ্জিনিয়াব*, থোকচোম হেরাবাবু, সিঙ্গেরবন্দ, ১৯৮৫, লা ৬
৭৪। থোকচোম বিশ্বনাথ, *ওস্তবী অমসুং সাবোন*, বাইটবস গীল্ড, লক্ষীপুব, ১৯৯৬, লা ৩০
৭৫। *ইবিদ*, লা ২৪

৭৬। *ইবিদ,* লা ১৪
৭৭। *ইবিদ,* লা ১৪
৭৮। বিশ্বনাথ, *নোং নুংশিংকী হমদোক্রবা থাবলগী,* লা ২৬
৭৯। বিশ্বনাথ, *ওক্তবী অমসুং সাবোন,* লা· ১৫
৮০। *ইবিদ,* লা ২১
৮১। কোন্থৌজম কালেনজাউ, *অতিয়াদা মুশুক মুবা চাকথোং চফু পাইবে,* মাগুজিং মৈতৈ অইবা মরুপ, কাছাড়, ১৯৮৫, লা ২
৮২। *ইবিদ,* লা ২৩
৮৩। *ইবিদ,* লা ৩৩
৮৪। সৌগাইজম ব্রজেশ্বর (সম্পা), *অমৃতকী তাইবং,* বাসপূর্ণিমা খোর্জেই মরুপ, শিলচর, ১৯৮৪, লা ৫৪
৮৫। বীরেন লাইশ্রম, *ভাইজবনি থাদোইনা লোই কাবকপা,* নহারোল খোরজৈ থৌগল্লুপ, জারিবোন, ১৯৯৫, লা ১৫
৮৬। বীবেন লাইশ্রম, *কবিগী ইদোম কপকনি,* নহাবোল খোরজৈ থৌগল্লুপ, জারিবোন, ১৯৯৯, লা ৭৬
৮৭। *ইবিদ,* লা ৪৩
৮৮। বীবেন, *ভাইজবনি থাদোইনা লোই কাবকপা,* লা ১
৮৯। বীবেন লাইশ্রম, পারী ইমোম লৈতবরা, নহারোল খোরজৈ থৌগল্লুপ, জাবিবোন,২০০২, লা ১৯
৯০। *ইবিদ,* লা ৪৪
৯১। *ইবিদ,* লা ২৩
৯২। *ইবিদ,* লা ৬০
৯৩। *ইবিদ,* লা ৬২
৯৪। বীবেন, *ভাইজবনি থাদোইনা লোই কাবকপা,* লা ২৪
৯৫। নাওরেম বিদ্যাসাগব, *অনৌবা নুমিৎকী ফীবাল,* নাওরেম ওঙবী শান্তি দেবী, কাছাড়, ২০০৩, লা ১১
৯৬। *ইবিদ,* লা ২৮
৯৭। *ইবিদ,* লা ৭

# বরাক তম্পাক্কী মণিপুরী ফিক্সন

## মণিপুরী বারীমচা

'বারীমচা' হায়বসিনা সাহিত্যগী নৌবিবা মচল অমা ওইববসু 'বারী' হায়বসিদি মীওইবা খুন্নাইগা অঙনবা মতমদগী শাগোন্নদুনা লাক্লবনি। ইংবাজী সাহিত্যগী মাইচৌ চৌসবগী কেন্টববুযবি টেলস, ভাবতকী ধর্ম্ম অমদি জাতিগা শাগোন্নববা হিতোপদেশ, পঞ্চতন্ত্রনচিংবা বারীশিংসিগী মবক্তা য়াওবিবা ধর্ম্ম অমদি সমাজগী ওইবা পাউতাক পাউমেন কয়ানা সাহিত্যগী পান্দম অমা ওইবিবা 'টু গিব দিলাইট এন্দ টু টীচ সমথিং' হায়বদু'মদি অদুমক শাগোন্নবি। মসিমক লৈদুনসু হৌজিক মতমগী পুন্সিনা হেন্না পান্নবকলিবা — অমুক্তং ফন্ববদা পাবা লোইবা য়াবা, পুক্নীংদা কাউওমদ্রবা মমি অমা তাহনবা ওস্বা 'বারীমচা' হায়বিবা সাহিত্যগী বিধা অসিমক্তি য়ুবোপলোমদগী হৌবক্তুনা অমেবিকাদা মপূং মবৈ ফাবকখিবনি। কলা অসিনা মীওই পুন্সিগী ওাইহাক্কী ওইবা পংচাউ চাউদবা থৌদোক বাথোকপু পীক্তকপা কেনভাসদা য়েক্লগা থম্মোয়দা পালহন্দুনা চোকথববা পুক্নীংদা নুংঙাইবগী মহাউ পীবি। অসুম্না হোংলকলিবা মতমগী শকফমবু য়াম্না য়াংনা লৌশিনবা ওমহনবতা নত্তনা পুন্সিদা মতমগী মমল হেক্সংলকপগা চাশিন চুশিন্নখিবনা বারীমচাবু মীপুম তিংনা হেন্না পান্নহল্লকখি।

বারীমচানা অহানবা ওইনা ভাবত্তা বৃটিশকী লৈঙাক শাসন লাকপ্রবা মতুং নোংচুপলোমগী ঈথিলদগী বাংলা সাহিত্যদা ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবগী খুত্তা থোবকখি। অসুম্না মথং মথং ওইনা বাংলা সাহিত্য ফাওদুনা লাকখিবা বারীমচানা মণিপুবী সাহিত্যদা থোবকখিবদি ইং ১৯৩১দনি। অদুবু বারীমচাগী হৌজিক ওইবিবা মওং অসিমক্তি অনীশুবা লাঙ্গাওগী মতুংদনি। লাঙ্গাও অসিগী মমাঙদা মণিপুরী বারীমচানা চেফোঙ অমদি পত্রিকানচিংবদা মমি শামি ওইনা ফোঙবা হৌনবকই। মতম অসিদা অমদি মতুংদা ফোঙলম্বা চেফোঙ, পত্রিকা — *য়াকাইবোল, ললিত মঞ্জবি পত্রিকা, তরুণ মণিপুব, মণিপুব মতম, নহাবোল* নচিংবা কয়াদা বারীমচা

খবদি ফোঙপ্রবনি। মতমদুদা ফোঙবা চেফোঙ য়াকাইবোলগী অনীশুবা চহীগী অহানবা মশীং (ওক্টো. ১৯৩১) দা খুম্বিং তাংখুল নাগাগী *ইয়া য়া তান্নবা* অহানবা ওইনা ফোঙলকখি। মসিনা মণিপুরী ৱারীমচাগী ইহান হানবা মশকনি। মসিগী মতুংদা থোইদোক্লা শীংথানবকখিবা মমিং চৎলবা অইবা কয়াগী ৱারীমচা ফোঙনবকখি। অঙনবা মতমগী শীংথানবা য়াববা চেফোঙশিংদা সর্বজিৎকী *যুম পানবা* (মে ১৯৩২), ডা.কমলগী *ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা* (ওক্টোবর, ১৯৩৩), কৃষ্ণমোহনগী *লমন* (১৯৩৪), অয়েকপম শ্যামসুন্দরগী *হেমপ্রভা* (১৯৩৩), বী সিংহগী *নুংশি লমন* (১৯৩৬), শ্যামসুন্দরগী *ফাসীগী হুকুম* (১৯৩৮) নচিংবা ৱারীমচা কয়া ফোঙলকই। চহীচা অসিগী অহুমশুবা দিকেদতা ৱারী ময়াম অমা থেংনববসু ৱারীমচা কলাগী ওইবা মবন্নাই পুন্সি শক্তম অমা লেপচবদদি নোপ্পা থোকই। অসুম্না অঙনবা মতমগী ৱারীমচানা অৱাৎপা কয়া লৈখিদুনসু মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচাগী ঈশ্বল তমখিবদি অঙনবা মতমগী চেফোঙশিং অসিনা ওইবি।

অনীশুবা লাপ্পাও মমাঙগী চেফোঙশিংদা মমি তন্নকপ্রবা মণিপুরী ৱারীমচারু রাজকুমার শীতলজীৎনা ইহান হানবা ওইনা ইং ১৯৪৬ *লৈকোম্লুংদা হায়বা* ৱারীমচাগী লাইরিক ফোঙলক্তুনা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাসতা অচেৎপা মফম অমা কনবতা নত্তনা অনৌবা মায়ওন অমদা খোঙথাংজিল্লকখি। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অচেৎপা ৱাখলগী কুয়োম্না য়োমশিন্দুনা সমাজগী ফিবম্নফম ওইবা 'অচুম্বা' অমদি 'থাজবা' হায়বিবা ভেল্যুজ কয়া শাগোন্নবগা খোঙফম চেৎনা লেপ্লকই। মীৎয়েং অসিদগী নাথেবগা চহী মাপনমুক মতুং ইং ১৯৫৫ দা আর. কে. এলাংবমগী *চীংয়া তময়া* ফোঙলকই। রোমান্টিক ওইবা মীৎয়েংনা পুন্সিদা থেংনবকপা থৌদোকশিংবু নীংশিংদুনা থম্মোয় য়ৌবা মহাউ অমগা লোইননা ফজববা শক্তম কয়া য়েক্লকই।

*শীতলজীৎ* অমসুং *রজনীকান্ত অনীগী মখূত্তা মণিপুরী ৱারীমচাগী* মশক অমা শাগৎলকপ্রবা মতুং হুম্ফুগী মতমদদি বিনোদিনী, কুঞ্জমোহন, খুমন্থেম প্রকাশ, শ্রীবীরেন, নীলবীর, হিজম গুণনচিংবা কয়া চঙলক্তুনা অঙনবা শকক্তা লৈরম্না ৱারীমচাগী মশক হোংদোবকই। মতমগী পুন্সি অমদি সমাজগী মশক নীংথিনা য়েকপা ওন্না কন্নবা কলা অমা ওইহনবতা নত্তনা মশা মশাগী চপচাবা ফীবম লৌদুনা অনৌবা ট্রেন্দ অমদা লাকখি। অইরশিংনা মতৌ অসুম্না তোঙান-তোঙানবা মীৎয়েং অমদি হীরমদা ৱারীমচাগী মচল অসিনা চেঙ্থবক্তুনা সাহিত্যগী পাকচাউববা লমদাংদা অনৌবা

ঈচেল অমা ওইবিবা মণিপুরী ৱারীমচাগী মফম অমা উবা ফংলকই। অসুম্না চখবক্লিবা ৱাবীমচাগী ঈচেলসিদা নীলবীব শাস্ত্রী, গুণ, দীনমনি, চিত্রেশ্বব, বীবমনি, প্রেমচান্দ, শবৎচন্দ্র, সোনামনিনচিংবা কয়ানা অনৌবা ঈনোং অমমুক হাপকংলকখি।

## বরাক তম্পাক্তা মণিপুরী ৱারীমচা

ববাক তম্পাক্কী মণিপুবী সাহিত্যদা অইবশিংনা শৈবেংগী মথংদা খ্বাইদগী হেন্না খুৎথাবিবদি ৱাবীমচানি। তোঙান তোঙানবা সাহিত্যশিংদা তৌবগুম্না মণিপুবী ৱাবীমচানা অহানবা মশক উৎলকখিবা অসি অঙনবা মতমদা ফোঙবা চেফোঙগা তৎন থানবা য়াদ্রবা মবী নৈনবগী মওং অসিমক ববাক তম্পাক্কী মণিপুবী সাহিত্যদসু ময়েক শেংনা উবা ফংই। পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওনা লোইখ্রবা মতুংদা বাজনীতি, সামাজিক, শেলথুমনচিংবা মায়কৈ কয়াদা অহোংবা পুবকখি। অহোংবশিং অসিনা পীবকপা শাফু ববাক তম্পাক্কী মণিপুবীশিংদসু চপ চানা থুংলখি। পীবকলিবা মতমগী শাফু অসিদা মশাগী সামাজিক ফীবেপ শেম্নবা হোৎনবদা লোন অমদি সাহিত্যদা অচেৎপা মীৎয়েং থম্নবকই। মসিমক্তা ১৯৫০ গী মতুংদদি তম্পাক অসিগী চেফোঙ-পঞ্জেন, মৈতৈলৈমা, ঈবাৎ, চৈজিং, বিজয়া, লৌশিংগী মৈবা, ঐখোয়, অনৌবা ঈচেল, পাম্থানচিংবা কয়া পুথোক্লবকখি। পল্লিবা চেফোঙশিং অসিগী মনুংদা পঞ্জেন, ঈবাৎ, চৈজিং, বিজয়া, অনৌবা ঈচেল, পাম্থানচিংবদা ৱাবীমচা ফোঙলকপা থেংনৈ। ইং ১৯৫২ গী মে থাদা ফোঙবা 'পঞ্জেন'গী ১বা মশীং অহানবা চহীদা নোংথোম্বম কুঞ্জমোহনগী *জীবন-উৎসর্গ* অমদি মৈস্নাম ভুবনগী *ওক্তবা* ফোঙলকই। ৱাবীমচা অনী অসিনা অহানবা ওইনা তম্পাক অসিগী মণিপুবী সাহিত্যদা মমি তম্লকখিবনি। মতৌ অসুম্না মণিপুবী ৱাবীমচানা পোক্লকপ্রবা চহী কুন মতুংদা ববাক তম্পাক্কী ৱাবীমচানা অনৌবা পন্দুপ অমা হৌবকই।

লীবি লীবি চখবক্লিবা সাহিত্য কলাগী মচলবু মতম খায়দোক্তুনা তোঙান তোঙানবা মিংথোল অমমম পীবগী য়ূম্ফম কয়ামুক লৈ। হায়রিবা অসিমক্তি য়াম্না চম্না অবায়বা থবক অমদি নত্তে। মবমদি কলা হায়বসি লেপ্তুনা চেম্থবকপা ঈচেল অমা ওইবনা অমগা অমগা চপচানা খায়দোক্তুনা থম্না য়াবমক্তি নত্তে। ঈচেল অসিবু অমুক থিংগৎতুনা থম্নসু ওইথোক্তে। অদুম ওইনমক সাহিত্যগী মচল অমবু চপমাম্নবা হীরমদা মখল মখলগী ট্রিটমেন্ট কয়া উবা ফংবনা ঈচেল অদুবু মতম অমা খায়দোক্তুনা নৈনবা তাবকই। মতৌ অসুম্না ১৯৫০ গী মতুংদা পোকলকখিবা

লমদম অসিগী রাবীমচাগী ঈচেলবু নৈনবা অমদি মখোয়গী মশক তাকপদা হেন্না ময়েক শেংনবগীদমক চাওবাকপা মতম খায়দুনা য়েংবা য়াই। নৈনবদা খুদোং চাননবা অমদি হেন্না ফজহন্নবগী মীৎয়েংদা মখাগী অসুম্না তাংকক খায়দোক্তুনা থম্না য়াই।

অহানবা তাংকক – রাবীমচানা মমি তন্নকপগা লোয়ননা মশক শেমগৎলকপা মতম (১৯৫২-১৯৯০)

অনীশুবা তাংকক – মপূং মবৈ ফাবকপা মতম (১৯৯১-)

অহানবা তাংকক অসি ববাক তম্পাক্কী মণিপুরী সাহিত্যগী ঈচেলদা চঙশিল্লকইবা রাবীমচাগী তোপ তোপ্পা মশক অমা লেপ্পগী চঙদ্রবা য়াদ্রবা তাংকক অমা ওইনা লৌবা য়াই। অহানবা তাংকক হায়বদি ১৯৫২-১৯৯০ ফাওববু অমুকসু মমি তন্নকপা অমদি চোইজাইনবিবা মতম (১৯৫২-১৯৭৪) অমদি তাশিন খোমজিঞ্জদুনা অচেৎপা য়ূম্ফম থোল্লকপা মতম (১৯৭৫-১৯৯০) হায়না মতাং অনীদা থম্না য়াই।

মমি তন্নকপা অমদি চোইজাইনরিবা মতম

ইং ১৯৫২ দগী অনৌবা অমা ওইনা মতমদুগী চেফোংশিংদা রাবীমচানি হায়না অইবা কয়ানা ফোঙদোকপা হৌবকই। সাহিত্যগী মচল অসিনা তাংকক অসিগী মতম মতমদা ফোঙবা চেফোংশিংদা মবক মবক্তা য়াওবকপনি। লমদম অসিগী অইবশিংনা মতম চঙনা নৎত্রগা কুইনা কুইনা কান্নবগা অমমম অনীদং শোয়দননবা তৌবা মওংদা ফোঙলকই। মসিগীসু মথক্তা চেফোংশিং অসিনা চাং নাইনা ফোঙদবা অমদি খুদোংচাদবা কয়া মায়োক্নবদগী ফোঙবা লেপখিবনা অমুকসু তপথহল্লকই। অইবশিং অসিগী খূৎইশিং অসিদা রাবীগী মশক অমদি মওং মতৌ খুদিংমক রাবীমচা অমগী চপচাবা মশকলোমদা কন্না নকশিন্নবদি ঙমদ্রি। অইবশিংনসু তোয়না খূৎ থাদুনা ফজবা মওং চুম্মবা অমা ওইননবা হোৎনবসু তাঙনা উবা ফংই। মখোয়না থল্লক্লিবা রাবীশিং অসি রাবীমচানি হায়দুনা লৌবগা থম্না য়াববসু তশেংনা রাবীমচাগী মশক ওইনা চৎনবিবা রাবীমচাগী ওইবা মীৎয়েংদা মক চঙনা তীক তীক লাউবা হায়বদুমদি ওইবদা রানা থোকপি। রাবীমচা কলাগী চপচাবা মওং মতৌ ওইবা ঙমদবতা নত্তনা মপূং ফাবা রাংলি।

অহানবা তাংকককী শাংলবা চহী কুনগী মতম অসিদা চেফোংদা ফোঙলকখিবা

ৱাবীমচাশিংগী মশীং পংয়াম য়াম্বমক্তি নত্তে। ইং ১৯৫২ দা নোংথোম্বম কুঞ্জমোহনগী *জীবন উৎসর্গ,* মৈস্নাম ভুবনগী *ওক্কবা* (পঞ্জেন ১বা মশীং), ইং ১৯৫৪ দা মৈস্নাম ভুবনগী *গ্র্যাজুয়েট্* (পঞ্জেন অহুমশুবা চহী, ১বা মশীং) ১৯৬৬দা এম. এইচ. কে. গী *কনাগী মবালনো* (বিজয়া, ৪শুবা), ১৯৬৭ তা মৈস্নাম ভুবনগী *খুদোল* (ঐখোয়, ১বা মশীং), ১৯৬৮ দা অইবা অসিমক্কী *ইতৈমা,* আই বিনোদকী *নুপী ওইববসু ইচেনি* (অনৌবা ঈচেল, ১বা মশীং), এস. ৱাধামোহনগী *অহীং অমা* (ঐখোয়,৭শুবা), ১৯৬৯ দা সোৱাম বাবুসনাগী *খৌৱানমিচাক অমা* (চৈজিং, ১বা মশীং), ১৯৭১ দা সৌগাইজম ব্রজেশ্বরগী *মণ্ড* (পাম্থা, ১বা), *জুৱাবগী মৈচাক* (পাম্থা, ২শুবা), *ওপবেশন* (পাম্থা, ৪শুবা), মৈস্নাম ভুবনগী *মহৈ য়ানখিদ্রবা পামেল,* (পাম্থা,৪শুবা) তোনুগোপালগী *ঐগী অণ্ডাওবা প্রেম* (পাম্থা, ৪শুবা), এন জি. নীলকন্ঠগী *কৃষ্ণপুৰীগী অণ্ডাওবা অমা* (পাম্থা, ৪শুবা), ১৯৭২দা সৌগাইজম ব্রজেশ্বরগী *না-তংপা* (পাম্থা, ৫/৬ শুবা)নচিংবনি।

ববাক তম্পাক্কী অহানবা ওইনা ফোঙলকপা ৱাবীমচানি হায়না লৌবিবা কুঞ্জমোহনগী *জীবন উৎসর্গ* অমদি এম বি সিংহগী *ওক্কবা* বু নৈনবদা নুংঙাইননবা লৌখৎলগা মখাদা থমলি।

## জীবন উৎসর্গ

গোপালগী মপানা লৈখিদববদা মখোইগী সংসার মমসনবা হৌবক্লে। শুবিনবা লৈতবনা অৱাবা পন্দোল লোম্লে। মমা অদুনা মশা খব কল্লবদি মৈতে-নুপীনিনা খবা শুজ-খোৎচদুনা উপায় অমা তৌবা ঙমগদৌবা; অদুবু কুমলৈনানা মহাকপু থাদোকপা লৈখিদবে। নৌনা মখাদা হৌগৎলক্লিবী মচন ইন্দুমতীনা তৌবে অঙাং-নৱা ওইবনা চাক থোংবগা মতম মতমদা চেং চাবা অমা শুবদগী হেন্না ঙমদ্রি। গোপাল নত্তনা থবক মচেৎ অমত্তা শুবিনবা মী লৈত্রে। মদুসু লাইহাবক তম্বা মচানিনা মতম ঙাহাক ঙাহাক ফংবদুদা হিজোল কোইবদগী হেন্না থবক শুবগী মতম ফংদে। মপাগী শ্রাদ্ধ-কর্ম্মদা লৌফম খবা য়োনখিবদগী লুপা খবা লেমহৌবাদুনা মমাগী অনাবদু য়েংঙি। তৌইগুম্বসুং মচানা লাক্লবা পুম্নমক কবিমতা কন্নদ্রে, সতী ওইবী অশোকপীদো মপুরোইবনা লৈখিদবগী থা মঙাবোম লৈবগা নোংমা মচা অনিদুবু থাদোকপিবমদুনা মপুরোইবগী মতুং ইনপ্রে।

গোপালগী অৱাবা অমুক থোইনা হেনপ্রে। মপানা লৈবিওঁদা নোংমতা মহাক্লা অসুম তৌদুনা ৱাবগনি হায়বসি মংদা ফাওবা মওঙুদে। অদুবু অৱাবসি খল্লুববদি পুনশি লেনবা ওমলোই খন্দুনা মহাক্লা অৱাবা পুম্নমকসিবু অৱাবনি হায়না থানখিদে।

মপা-মমানা লৈখিদ্রবা ফাওবদা গোপাল স্কুল কাবা তোকখিদে। মহৈতেনা মীওইবগী অশেংবা লম্নি হায়বসে মহাক্লা মতম খুদিংদা কাওবা লৈখিদে। মচন ইন্দুমতীবুসু মহাক্লা ওন্নমখৈ যুমদা তম্বিবগা স্কুল থাই। লৈকাইগী মীনা মহাকপু লাইবিক তোকখোকতুনা থবক কন্না শুনবা হাইবি; অদুবু গোপালনা মদু থওইনা তাকদে।

অসুম তৌদুনা গোপালনা মেট্রিক পাস তৌবগা লোইননা লৈজবন্না মবল খবা অদুসু লোইখ্রে। অতৈ তমথনিংবসু কলেজকী লাইবিক লৈবগী লুপা, অদুগী মথক্তা অতৈ থা থাদা চংগদৌবিবা অদো খল্লুবদা মখুত্তদি অমত্তা লৈতবনিনা থোইনা ৱাথৈ।

খুল্লক্কী অওাংশিং খোমজিনলগা লাইবিক তম্বিদুনা থা থাদা খবা খবা ফংওকপা অদুনা মখোই মচিন-মনাও মতম লেল্লি। সবকাবী চাকবীসু ফংদে। মাহাক্লসু মদু থোইনা পাম্মুদে।

নুমিদাং মতম সংবদা রাজনৈতিক লাইবিক পাই, মীগা আলোচনা তৌই। মিটিং খুদিংগী চৎলি, ময়ামগা আলোচনা তৌবি, বক্তৃতা তৌবি, মীনা ঙাংবসু তাই। অসুম তৌদুনা গোপাল দেশ-সেবাগী ৱাখল অমা মতম খুদিংদা লৈখি, দেশ-সেবদা জীবন-উৎসর্গ তৌগে খনখি।

নোংমা গোপালনা কবিগুন্না অমা চিন্তা তৌবিওঁ মতমদা ইন্দুমতীনা মহাক্কী চিন্তাগী মশক অদো উবদা হংঙি —"কবি তৌববগে, তাদো ?"

"কবিসু তৌদে।" গোপলনা খন্মকই।

"কবিসু তৌদ্রবদি কবিগী অদুম তুমিন্না লৈবি ? হায়য়ু, কবি তৌববগে?"

"কবিসু তৌদেনে।"

"হায়দ্রবদি, ঐসু হায়দ্রিফাওবা নানাক্তগী চখোকশ্লবোইদবনি। চাক ফাওবা থোংঙোইদবনি।

ইন্দুমতীগী থাববোইদবা অদো উবদা গোপলনা তপ্না তপ্না হাইবকই —

"ইন্দুমতী ঐ তৌফম খংদ্রে। ঙসি দেশকী অবস্থা য়েংঙুবগা খল্লি দেশকী মফম খুদিংদা চত্তুনা থবক খবতং তৌবা ওমন্না য়েংগে। পুনশি অসি দেশকী সেবদা উৎসর্গ তৌখবগে। অদুবু নাহাক্কী ৱা খল্লুবগা .. "

গোপালনা ঙাংবা লোইদ্রিঙৈনা ইন্দুমতীনা হাইবকই —"ঐগীতমক কবিগী ৱাকবি? ঐসু দেশ সেবানা পুনশিগী ব্রত ওইগে নিংঙি।"

"অদুবু নাহাক্তি নুপী মচানি।"

"নুপী মচা ওইবগা দেশ-সেবা তৌবা য়াদ্র? ঐনা বিপ্লবকী লাইবিক পাবা মতমদা ফংনৈ— বিপ্লব খুদিংমক্তা নুপানা কবিদৌঙৈদসু নুপীদগী হেন্না থবক য়াম্ন া তৌখিদে। নুপী-নুপা চপমান্ননা নোম্মগা অদুগতা বিপ্লব সফল ওইখি। বাশিয়াগী বিপ্লবতা নুপী কয়া থৱাই কৎখি, চীনগী বিপ্লবতসু অদুনি। অদুদগী চহি মবি, মঙা মামাংদা ঐখোইগী লৈপাক্তা দেশকীদমক থৱাই কত্তুনা শহীদ মীংথোন ফংখিবী ইবেমচাওবীনচিংবা নুপীশিং অসি কনানো? মখোই অসি নুপী নত্রা?"

"খংঙে, ইন্দুমতী! নহাক্কী ৱা খংগে তৌবনি। চৎলসি, ঐখোইগুম্বা কযাগীসু দেশ-সেবানা পুনশি-ব্রত ওইবি; ঐখোইসু দেশ-সেবাদা জীবন উৎসর্গ তৌকসি।"

কাওগনু হে অথোয়বা -!-  
চিংনক্গনু থৱাইগীদমক,  
খল্লুগনু স্বার্থগীদমক,  
জীবন স্বার্থক ওইবনি  
দেশকী সেবা তৌবদি।  
মাংঙোয় লেম্না নখোইগী  
"জীবন-উৎসর্গ।"

## ওক্তবা

এম বি সিংহ

চহি ১০ শুবা মতমদা ঐবু পোকপা পষ্টৌনা ইমা ১সুং ঐহাকপু থাদোকপিবমদুনা সংসাবগী ৱাংমদা লানখি। ঐবু পোকপী লাইবকথিবী ইমানা মীমান্নবা ঙন্নবগীদমক লাইবিক তমহন্লি। ঐহাকসু লাইবিক পাবদা থৱাই য়ান্না চংনা পাজবম্মি। ঐহাক্না লাইবিক খবা পাজবগা অমদি ইমা ইবেমো বিদ্যাদেবীনা চানবিবগা পাঠশালাদগী হৌদুনা এম,ই, স্কুল ফাওবা ক্লাশকী মকোক ওইজবকই। ঐবু পোকপী ইমানা এম, ই, স্কুল ফাওবা লাইবিক তম্বগী খবচ হুনবদা থোইনা ৱাবমদে। তৌইগুম্বসুং হাইস্কুলদা তম্বদগী ইমানা খবচ হুনবা ঙমসল্লক্রে। অদুবু মেট্রিক পাশ তৌবা ফাওবদি হায়দুনা ৱাববসু ৱানা তম্হল্লি, তৌইগুম্বসুং ঐহাক্না মামাঙৈদা পাবম্বা অদুগুম্না পাবা তোকলে, লাইবিক পাবদা মোন চংদবে, কোইনিংলে, ৱাখল অমা ওনখবে। মামাঙৈদা ঐবু তাকপিবা ওঝাশিংনা মচাবু হেন্না নুংশিবী, তৌইগুম্বসুং হাইস্কুলদা তমঙৈদগী ওঝাশিংনা ঙাংবা, ফুবা হৌবক্রে, ইমান্নবগী মাংদা কয়া ইকাইবা ফংলে। লৈকাইগী অহনশিংনা ঐহাকপু যান্না নুংশিবিবম্মী, তৌইগুম্বসুং হৌজিক্তি ওকতবনিনা, "লুপ্তাবী মচা" হায়না হাইৱিবে। হাইস্কুলদা তমঙৈদগী ঘড়ী থাংঙে, ক্যাপষ্টেন সিগাবেট থক্লে মাইদা পাউদাব থাবে, আতব তৈবে, লং-পেন্ট শেৎলে, নোংমাইজিং খুদিংগী সীনেমা মেটীনি-শো যেংবা চৎলে। ইমানা কৈথেল্দা লুকমাই থাবগী পয়সা অদো লাইবিক লৈগনি, কলম লৈগনি, চে লৈগণি, অদু লৈগনি হায়দুনা লৌথোকতুনা ঐনা ফুটানি তৌজে। ইমানা ঐগী খবচ হুনবদা য়ান্না ৱাবে হায়বা খং-খংনা সিনেমা য়েংবগী, ক্যাপষ্টেন থকপগী নেশা থাদোকপা ঙমদবনা পয়সা লৌথোকতবা ঙমদ্রে। ইমানা পিবা পয়সানা ওক্তদুনা ক্লাশতা থোইন পড়া ওইদবা য়োনবা য়াবা লাইবিক মখে য়োন্দুনা ক্যাপষ্টেনগী, সীনেমাগী খবচ ওইবে। লাইবিক য়োন্দুনা খবচ তৌবদা ওক্তবে, সিগাবেট থকপা, সিনেমা য়েংবা থাদোক্কে হায়ন হন্না হন্না ৱাশকই, তৌইগুম্বসুং থাদোকপা ঙমদে। পয়সানা লৈবক্তবদা, পাউডাব, আতব, সিগারেটনচিংবা দোকান্দগী শোৎপা হৌবক্রে। অদুবু পিবিদ্রবদা ইমান্নবগী মমাংদা থৌবক্রে, তৌইগুম্বসুং পিনিংঙাই লৈতরে, ইমাদগীসু ফংদবে। লৈতবগী মবম্না ঐগী লাইরিক তম্বগীদমক নুমিদাং নুমিদাং চাবা হেল্লে।

স্কুল চৎপদা দোকান য়ৌবা মতমদা পে হাংদোক্নুনা মাই লোক্নুনা চৎলে।

তৌইগুম্বসুং কয়ানি লোৎকনি, দোকান্দাবনা ক্লাসতা লাক্নুনা পয়সা থৌববে, ইমান্নবা ১সুং ওঝাশিংগী মামাংদা কয়া ইকাইবা ফংলে। উপায় লৈবক্ত্রবদা কোক-চিকই, পুক থিনলি হায়দুনা স্কুল চৎপা লেপলে, তৌইগুম্বসুং কয়ানি স্কুল চৎপা লেপকনি? ওয়াকিং চৎপা ইবুঙো ইবেমাশিংনা ঐগী লমচৎ সমালোচনা তৌবদা লম্বেলদা তর্ক তৌনবে। মপান থোকপা ঙমদবে। উপায় লৈবক্ত্রবদা নুমিদাং কুমৈ থিদুনা চৎলে ১সুং পয়সা খবা ফংব্রা য়েংগে হায়দুনা লাগাও শান্নবে, তৌইগুম্বসুং ফংবদি থমলদুনা ইখুত্তা শিজরম্বা ঘড়ী, নুমিদাং কোইবদা পাইজবা টর্চ্চ-লাইট, সীনেমা য়েংবদা উপচবা খোংগ্রুপ য়োনদুনা শান্নবদা লোয়না চৎখবে। জোরাব শান্নবদা লাইবকনা য়াদ্রবদা গঞ্জা বেপাব তৌবা হৌবে, গঞ্জা বেপাব তৌবদা অহান্নবদা য়ান্না তোংঙি, অদুনা মীগী লমন খবা শিংজবা লোইবে। অদুবু নোংমদি লাইবক থিবনা পুলিসনা ফাবে। পুলিশকী মখোঙ পায়দুনা ঐবু থাদোকপীয়ু ঘোষ পিজগে হায়না ঐগী অরাবা কয়া উৎচৈ, তৌইগুম্বসুং পুলিশনা য়াখিদবে, থানাদা চৎলে, বিচাব তৌবে, বিচাবদা থা অহুম জেইলদা লৈবা তাবে।

হা - হা - হা নুংঙাইদা সীনেমা য়েংবগী, ক্যাপষ্টেন থকপগী, মাইদা পাওদাব থাবগী, অতব তৈবগী মতিক চাবা শাস্তি, - থা অহুম জেইলদা ।

অয়ুক্কী চাকচানবা মতমনি, নুঙনা তংখায় অমা ওইববা হরাই থোংবা ১সুং কোফাই কাববা চেংগী চাক খবগা পুনশি অমা ফেংদ্রবা সিলভাব অমদা ঐবু চাও হায়না পিবকই। মাংদা চাক হিঞ্জাং অদু থল্লগা মীগুগী পী তাবা খংহৌদে অদুবু নুমিৎ হুমনি চাদবগী মৈনা চখোম অনি অহুম চাবগা ইশিং খব থকলে, অদুদগী চাকমাংদা ফমদুনা ইথস্তনা ইথস্তবু খিক্কাব তৌবমই, "হে, ওক্তবা। নহাক্কী মতিক চাবা শাস্তিদি অসিনি। লাইবক থিবী নমা লুখ্রাবীনা কৈথেন্দা লুকমাই থাবগা ফংবা পয়সানা লাইবিক তমহন্দুনা লাইববা লুখ্রাবী মচানি খংহন্দনা থম্ববু সিনেমা য়েংবা পামবনা, ক্যাপষ্টেন থকপা পামবনা, পাউদাব থাবা পামবনা, আতর তৈবা পামবনা জেইলদা থা অহুম । কপকনু কপকনু হে, ওক্তবা। নমানা নংগীদমক কয়া রাবমগনি, নংগীদমক্তা চবা নামা হেল্লবী নমা'দো কৈথেন্দা লুকমাই থাদুনা ফম্বা ঙমলবোই, মপান থোকচবা ঙমলবোই, মীনা নংগী রা হংলগা কবি হায়না খুন্নমগনি? ওক্তবা মচা পোকচবনা অরাবা মৈশা লাংঙেদো। ক্লাশতা নমান্নবা অমদি ওঝাশিংনা লাইরিক তাকপিবা তোকথোক্নুনা নংগী রাবী শুবমগনি। হে, ওক্তবা। ছাত্রমচানা চৎকদবা লমচৎস্তি, - মমাবু নিংবা, লাইবিক্লা

থবক ওইবা, হবাও কুমৈদা, লৈকাই কোয়বদা থবাই চংদবা অদুনি। নহাক্না চৎলিবা লমচৎ অদুদি ছাত্রমচানা চৎকদৌবা লমচৎ নত্তে, গুণ্ডাগীনি। গুণ্ডানা চৎকদৌবা লমচৎনি। হে, ওক্তবা! ওহ্লোকপনিদা হে, ওক্তবা ।

মথক্তা থমলিবা ৱাবীমচা অনী অসি পাকৎবগা মসিবু ৱাবীমচা কলাগী উফমদা হাপচিন্দুনা য়েংবদা নোপ্পা উবি। অহানবা ৱাবীমচা অসিদা অইবনা মমা মপা নৌনা লৈখিদ্রবা মচীন মনাউ অনীনা নোংমা নোংমগী ফীডম শোকচিল্লক্লবদা হিংহৌবিবা পুন্সি অদুমক লৈবাক খুন্নাইগী, সমাজ সেবাগীদমক পুন্সিবু কখোক্লনবা হোৎনবকপা, অনিশুবা ৱাবীমচাদনা নীতি নোংমগী শু-নোমলগা মচাবু মহে মশিং হৈহননবা ৱানা হোৎনজববসু মচা ওইবশিংনা নত্তবা লমচৎ চৎপদগী অৱাবা তাখিবতা নত্তনা ওক্তবগী মীংথোল ফংখিবগী মতৌবু ইচম চম্না য়েক্লবা হোৎনৈ। ৱাবী খূৎলিদা লৌথুপ লৌকোয় লৈতনা অদুম নিংলকপা, ফাওবক্লিবা পূক্লীং ঈহলগী ওইবা খবদু তবং তবং পাউদমজবগী মশকনি। অদুম ওইনমব পুন্সিদা মথৌ পাওগদৌবা থৌদাং কয়াগী মবক্তা মসিমনা খ্বাইদগী মক ওই হায়রুদু ময়েক শেংনা ফোঙদোকচদ্রবসু সমাজগীদমক কখোক্লবা পুন্সিশিংবুদি খক লেম্না মাঙদে হায়বদুমদি অদুম উৎলি। পাকচাউবা সমাজগী নুং হঞ্জিন্না লৈবা সমস্যাশিংবু থক-খা ওহ্লোক্লগা য়েংলুদ্রবসু পুন্সিগী মশক খববুদি উৎননবা হোৎনৈ। সামাজিক অবস্থাগা মবী লৈননা শাগৎলিবা ৱাবীমচা *জীবন উৎসর্গ* অসিমক্তি ইতিহাসকী লামায়দা লাচনগ্নবা লমদম অসিগী থৌদোক অমগী ৱাবীনা পীবকপা ঈথিলদা চৈথেং ফংলবা থম্মোয অনীনা লৌবিবা অচেৎপা ফিবেপ অমগী খুদমনি। অসুম্না য়াম্না টেক্নিকেল ওইবগী মহুৎ থম্মোয়দা ফাওবিবা ৱাখলবু ফোঙদোক্লবা হোৎনবদনা হেন্না মাযপুনৈ হায়বসি লায়না খঙবা ঙমই। কিশি থাংলবা থৌবী অমবু মথং মথং থোক্তুনা তিংথোবকপদা ফাওবকপা নুংঙাইবদুমক্তি ওইবা ঙমদে।

মতৌ অসুম্না মখা চত্থবকপা মতমদা ফোঙলকখিবা ৱাবীমচাশিংদসু অৱাৎপা কয়া লৈবনা মচল অসিগী তোপ তোপ্পা মহাউ অমা পীবদদি ৱানা থোকলি। অয়াম্বনা ট্রেদিশনেল ওইবা ষ্টাইলগী মনুংদা লৈবগা সমাজগী সমস্যা খববু উৎননবা হোৎনৈ। মপূং ওইনা লাইব অনংগী পুন্সি উৎপা( *নুপী ওইববসু ইচেনি, খুদোল)*, নুংশি নুংওলদা য়ুম্ফম ওইবা *(ঐগী অঙাওবা প্রেম, মহৈ য়ানখিদ্রবা পামেল, অহীং অমা)* অমদি নুপা নুপীগী কোমথবক্লবা মবী *(ওপবেসন, না তংপা)* নচিংবা

হীবমদা হেন্না অইবশিংনা পুক্নীং থীংজিল্লি। ব্রাবীমচাশিং অসিগী খুৎই অমসুং খুৎফোংদোক্তা চেকশিনবা ব্রাংপতা নত্তনা সমস্যা অদুবু উৎপদনা হেন্না মীৎয়েং থম্নকপনা তয়াং তয়াং থোকহল্লি। মসিমক্লা খুৎইশিং অসি মদোম লেপচবা ঙমদ্রিবা অঙাং নব্রাগী শক্তমগুম উহল্লি।

## তাশিন খোমজিন্দুনা অচেৎপা য়ুম্ফম থোল্লকপা (১৯৭৫ - ১৯৯০)

চেফোঙদা চোইজাইননা লৈবল্লবা ব্রাবীমচানা তাশিন খোমজিন্দুনা মফম অমা লৌবকখিবদি খৃষ্টগী কুম ১৯৭৫ দনি। চহী অসিদা 'বাস পূর্ণিমা খোর্জে মকপ', শিলচবগী মায়কৈদগী শগোলশেম ধবলনা খোমজিনবা ব্রাবীমচাগী লাইবিক *অসিদসু মী হীংই* ফোঙলকখি। ব্রাবীমচাগী লাইবিক অসি অইবা অমত্তগী লন্নাইগী ওইবা পোৎথোক অমদি নত্তে। মসিদা অইবা তবেৎকী তোঙান-তোঙানবা ব্রাবীমচা তবানিথোই মথৎশীৎনা — সৌগাইজম ব্রজেশ্বরগী *জুব্রাবগী মৈচাক, চিবোল হৈবী,* এন. ধনঞ্জয়গী *লাইববগী লাই, লাইমন,* কোঙ্গম তোনুগোপালগী *পেনখিদ্রবা আত্মা, নীংখায়ববা পুন্সি,* হৈবীথাবম বুদ্ধিচান্দগী *ইপন ডাক্তবগী হুই,* মৈস্নাম ভুবনগী *পৈশা, কনাগী মবালনো,* সোবাম বাবুসনাগী *থৌব্রানমিচাক অমা,* শগোলশেম ধবলগী *অনীথোক্লা চীংখায়বকখি, তোঙ্গগী খুদোল* নচিংবা য়াওই।

খোমজিনবা ব্রাবীমচাগী লাইবিক অসিদা মপূং ওইনা থম্লকলিবা পান্দমদি মতমগী অহোংবগা লোয়ননা মীওইবনা নৌহৌননা য়েংলকপা মীৎয়েং অমদি মদুদা খল্লকপা ব্রাখলনা পুবকপা ফজবা অথীবা কয়াগী অহোংবা ফিবেপনি। ফিবেপ অসিদা লেপলগা খুৎথাবকলিবা অইবা তবেৎকী ব্রাবীমচা তবানিথোইবু মণিপুবী সাহিত্যদা খুদোল তৌবকপনি। পোৎথোক অসিনা মফম কদাইফাওবা কনবা ঙমগদগে অমদি মমল অদুবুসু থিবা তৌকদনা খোঙথাংজিল্লক্লিবা খুৎথাবিবা অইবশিংদদি থোইদোক্লা অনৌবা মঙাল অমগুম্বনি। মসিমক্লা হীবম অসোমদা হেন্না খোইদাহনবতা নত্তনা অনৌবা ঈচেল অমা পুথবকপদা অচৌবা শাফু পীবকখি।

খোমজিনবা ব্রাবীমচাগী লাইবিক অসিগী মতুংদা লমদম অসিগী অইবা কয়ানসু মশা মশাগী মশক নাইববা ব্রাবীমচাগী লাইবিক পুথোক্তুনা চপচাবা মখোয়গী অশেংবা সেন্সিবিলিটিবু অপাবশিংদা খঙহনবমক ঙমদ্রবসু চেফোঙশিংদা খুৎথানবকপদি লেপখিদে। অদুম ওইনমক অনৌবা ঈচেল অসিগী শাফুনা পীবকপা ঈব্রায় ঈনিলদগী খৃ: ১৯৭৭ তা পুখ্রম্বম কালচান্দনা মশানা ইবা ব্রাবীশিং পূনশিল্লগা

*ঈবোলনুংদা* হায়না মিংখোন্দুনা রাবীমচাগী লাইবিক অমা ফোঙলকই। রাবীমচাগী লাইবিক অসিদা মথংশীংনা *ঈবোলনুংদা, পুত্রী অচৌবা, হল্লকপা, খোইবগী মঙ, লৈয়েক অমত্তং, কথোকপা, উতাংবী, জুরাবী তোম্বা, মেম্বব, চবা অমত্তনি* হায়বনচিংবা রাবীমচা শুপ্পা তবা য়াওই।

কুনশুবা চহীচাগী ৮০ গী মতম য়ৌবকপদদি অইবা কয়ানা খুৎথাদুনা অনৌবা রাবীমচা কয়া পুথোক্কুনা অচৌবা খৌদাং লৌবা থেংনবে। পুত্রম্বম কালাচান্দগী মতুংদা লমদম অসিগী অইবা খবসু মশা মশাগী ওইবা লাইবিক ফোঙনবকখি। মতম অসিদা ফোঙনবকখিবা রাবীমচাগী লাইবিকশিংদি হাও অমবগী *রাবীগী রাবী* (১৯৮৪), এন. ধনঞ্জয়গী *অসুম য়েংখিবদা* (১৯৮৬), সনসম বিনোদকী *শংবানবা অতিয়াগী মখাদা* (১৯৮৬), হাও অমবগী অনীশুবা লাইবিক *নিঙখায়গদৌববা তোর্বানগী শকম* (১৯৮৬), হৈস্নাম লক্ষীবাবুগী *তাবমদাই নুমিৎকী সনা অহিংবা মচুলক্তা* (১৯৮৮), অমসুং অইবী থোকচোম অঞ্জনাগী *লৈচিলগী ঈশৈ* (১৯৮৮) নচিংবনি।

অহানবা তাংকক্কী অনীশুবা শকক হায়বদি খৃ: ১৯৭৫ দগী ১৯৯০ ফাওবদা লমদম অসিদা শুপ্পা রাবীমচাগী ওইবা লাইবিক নিপাল ফোঙলকপা থেংনৈ। মতম অসিদা খুৎথাবকলিবা রাবীমচা ইবশিংনা মশা মবেং য়াম্বা রাবীমচাগী মচাক খোমজিল্লুবগী রাখল হাক্লা খল্লুদনা মণিপুরী রাবীমচাগী অঙনবা মতমদা শেমগৎখিবা উফম অদুদা চঙশিন্দুনা মশা মশাগী হৈজ শিংজবা গুণশিংদুবু হাপচিনজরগা মশেক মঙাল অমা থোক্লনবা হোৎনজবনি। মসিমক্লা মতম অদুগী সমাজ, সমাজ অদুদা হিংলিবা ইমুং-মনুংনচিংবগী খৌদোক রাথোকশিংদা মীৎয়েং থমলকই।

মান্নবা হীবমদা তোঙান তোঙানবা অইবশিংনা খুৎথাজববসু শীংথাবা য়াবা রাবীমচাশিংদুগী লোল, খুৎই, মফোঙদোক, পীনিংলিবা পান্দমদি খেন্নবনা লৌখৎপা য়াবা রাবীমচাশিংবু তেন্তক তেন্তক্লা নৈনবি।

## নুংশি নুংওলগী মরী উৎপা

রাবীগী মপুংদা অপাম নুংশিগী লম্বীদা অপনবা কয়া থেংনকবগা পোলোইদা থুংনখিবা নৎত্রগা কায়নখিবনা মবম ওইদুনা অহোংবা পুবকখিবা, নুংশি মবীদা পীবকপা অথিংবনা তোখায় তাহল্লক্লবদা ওইবক্লিবা পুন্সি মহিংনচিংবগী মওং য়েকই। হীবম অসোমদা মতম অসিগী অইবশিংগী কলমনা মায়পুনবকপগী মওং

উবা ফংই। নুপানা ইমুংগী মকোক ওইবা, অহল লমনগী য়াম্নমক মকওইবা সমাজ অসিদা শাবী শানৌশিংগী অপাম নুংশিগী ৱাকৎ কয়া থোরকই।

সনসম বিনোদকী *থাবল্লেগী কাপ্টৌমব* অপাম নুংশিগী চেৎলবা মবীগী মায়োক্তা অহল লমননা শীংনদুনা লেপলুবা ফিবেপনা তুংদা ওইবকখিবা পুন্সি অনীগী মশক অমা উৎলিবা ৱারীমচানি। শাবী শানৌ অনীনা পুন্সিগী অঙনবা বসন্তদা থম্মোয়নুংদা ফাওবকপা নুংশিবগী ইহল, থম্মোয়নুংগী ইহলশিং অদুনা তপ্না তপ্না চীনবানথোংদা য়ৌবকপতা নত্তনা মপাম্ছোংগী ওইবা ফজববা মশকশিংগা তোৎন-তিন্নবকই। মীওইবগী হৌনশা নক্লক্ত্বা নুংশিবনা থম্মোয় অনীবু চেৎনা পূনশিন্দুনা পুন্সি চুপ্পগী অমত্তা ওইনা লৈমিন্ননীংলকই। অহল লমননা মায়বোং য়াবা সমাজ অমদা ইনাকখুনবা মমা মপাশিংনা লাইববা ইমুংগী নিঙোলবু মমৌ ওইনীংদে। মসিমক ৱবীন্দ্রগী মপা চন্দ্রহাসনা মশানা নুংশিনজবা নুপী পুবগা থাপ্না চেনখ্রবা মচাবু ফাদুনা পুবক্লগা খাইদোক্লববা মতুং ইনাক কৈবাক খুনবা ইমুংগী নিঙোল বীতাবু লুহোংদুনা মমৌ ওইনা পুশিনখি। থৌদোক অসিনা মচানুপাদা ৱাখলগী লায়না পোকহল্লকপতা নত্তনা থাবল্লেবুসু পুন্সিগী অৱাবা লম্বীদা ইনশিনবিখি।

এন থনঞ্জয়গী *লাইমন* কৌবা ৱাবীমচা অসিদা শাবী শানৌশিংনা থম্মোয়নুংগী ওইবা নুংশিবগী ইহল ফোঙদোক্লবদা কনাগুম্বনা মীবাইক্লবদগী ওইবকপা মশক অদু উৎলি। ৱাবীমচা অসিদা নোং চীংগী ফীভম য়েংলগা চহী অমদা লৌবোক অনীবক ঙম্লনবা হোৎনবা হায়বদি নোংজুথাদা আউ লিংলগা অমুক অথেংবা থৱান লাংবনগী মতমদা অনীশুবা লৌবোক্কীদমক চত্থিবা থৌওংবু পল্লি। পাখঙ লৈশাবী খাক্তনা লৌউবগী শিনফমদা মায়ওনশিনবা, থবক ৱানা শুক্লবগা তুবেনগী হিদেন তাফমশিংদা চৎতুনা চেংহী উতি লুদুনা ঈকজবনচিংবা পূম্নমক খুঙ্গংগী নোংমগী পুন্সিদা শাগোন্নবকলবা মশকনি। পুন্সিমবেল অসিদা হিংলিবা মীওইশিংনা নুংশি নুংওনগী মায়কৈদদি ফোঙনা নুংশিবগীদমক লেপ্পা ঙমজদবা, ঈকাই নুংশিবতনা কুয়োম ওইবিবা ইতিং তিংবা থম্মোয়নি। মসিমক্তা বিনোদনা পতমাগী মফমদা থম্মোয়গী ওইবা নুংশিববু ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা ঈকাই ঈকাইনা 'আউ লিংবা লোইববা' হায়বসিনা ৱাহৌ ওইকই। পতমাগী 'বাজীখোয়দা হংদদনা ঐঙোন্দা কবিগী অদুক হংনিংলিবনো' হায়বা থৌশাদবা

পাউখুমনা বিনোদপু অহানবা শৈহৌদা ঈকাই নুংশি য়ানহন্নখি। ইঙাগী নোংজুদা ঈচেল ফবম্বা কাটাখাল তুবেল্লনা লাংবন লানখিদুনা ঈচেল হত্থবক্লবা ফাওবা বিনোদনা মায়ওনশিল্লকখিদ্রে। লিংখিবা লৌগী পান্দোংনা মবীক চুম্না শাংলক্লুনা লোক্লবা ফাওবদা ব্রাহে অমা হংলকখিদ্রবা, নুংশিবগী ঈঙ্গিংপু তবাই তবাইরুবনা নীংঙমদ্রবা ব্রাখলগা ইবোয়ননা ব্রাহং অমগী পাউখুমবু পীননবা শেম শবিবা পতমাগী থম্মোয়না নুংশি লাইমন ওইখি।

কালাচান্দগী *থোইবগী মণ্ড* থম্মোয়গী অশেংবা মশক খঙদনা নুংশিক্কবনা পোলোইদা মণ্ডদা মণ্ড ওইনা থোক্লবদু উৎপা ব্রাবীমচানি। ইনাকখুনবা চাউবগী য়ুমদা শাইদাংদুনা লৈবিবা থোইবনা তোমালখোয়গী য়ুম কুপলুবদা উখিবা থবোবু তশেংনা নুংশিবা ফাওখি। থবোবু নুংশিবগী ময়াইনা হেনখিদুনা চাউবগী মফমদা লুহোংনবা ব্রা তান্নে। মশাগী চহী কুম্থ্রাফাওবা শুদ্রিঙৈ ময়ুম মণ্ডা তককলক পাল্লুববী থবোবুদি চাউবনা শুকয়া য়াদে। ‘মী অপঙবা লাল্লোযনবা, উ অকংবা শীং ওইনব’গুম শীজিন্নবিবা থোইববু থবোনা পুমশুম শুমজিনখি। নোংমা কাংদনা অচা অথক পুবগা লোন্না লোন্না চৎলি। হৈশিংলবী থবোনদি মখোযনীগী ব্রাবীদু মচীন য়ামহননিংদে, মশাগী য়ুম অমত্তং লেপ্পগা চেল্লনবা হায। থবোগী শাইদাংদুনা লৈবা পামদবগী মওংদা নোংঙানবগা য়ুম শাননবগী চীংদা ব্রা য়াল্লুবগা তুবেলদা তাউথদুনা পুবকলিবা ব্রা মথক্তা থোইবনা মণ্ডলান ওইনা থবোনা ময়ুমদা লৈববা, ওয়গা য়েৎকা তৌদুনা বাজাব চৎমিন্নবা, হল্লকপগী লম্বীদা হি লাল্লকপদা মাবু ঈশিংদা ইন্থুবমলগা শকখঙনদবা নুপা অমগা চৎমিন্নখিবা মথং মথং উবকই। ঈশিংদা ঈবাক্লববা থোইবনা ব্রাবদুনা লাউবকপা খোঞ্জেলদু তাববা ফোবেষ্ট কাঙবুনা ব্রা হুবান্দুনা পুবকপগী নাম্মাদা ফাবগা মমিং মথা ইশিনবতা নত্তনা ব্রা পুম্বা লৌশিনহৌবগা থাদোবকখি। নীংবা কায়ববা থোইবনা ময়ুম পাংলকপা লম্বীদা থবো চেনবগী পাউ অমুক তাববদা ককঙাওনখি।

## লৌন লৈনবগা মবী লৈননা থোরক্লিবা সামাজিক সমস্যা

লৌন লৈনবগী মতাংদা য়াম্না চাউনা অপনবা ওইবিবনা অহূল লমনগী য়াথংগী মথক্তা সমাজগী চৎনবী থাজনবী সমস্যা অসিনি। মসিবু য়াম্না নকশিন্না য়েংদুনা চুম্মি লাল্লি হায়বগী চাংয়েংদা অচুম্ববোমদা তপ্পা তপ্পা মায়ওনশিল্লকপা অমদি শেমদোক শাদোকপনচিংবগী ব্রাখল, মীংয়েং, ব্রাকৎ পুখৎপা হৌবকই।

অইবশিংনা অওনবা অমদি পামজকবনা চৎনবী, থাজনবী অসিবু শেমদোক শাদোকপগী মওংদা নাকোয়ননা উৎলকই।

পুখ্রম্বম কালাচান্দগী অহানবা ওইনা ফোঙলকখিবা লাইবিক্তা য়াওবা রাবীমচা *পুখ্রী অচৌবা* লৌন লৈনবগী মবীদা জাৎ-বর্ণ খেন্নবদা সমাজনা থমলিবা অহকপা চৈবাক অমদি আনীগী ফত্তবা অমাংবা উৎলি। খুননা মফম অমা পীবিবিবা ইবুংহলগী অমত্তা পোকপা মচানুপা বিহাবীনা মপান্দা লাইবিক তমলুবগা হল্লকপদা সমাজগী চৎনবীগী মায়োক্তা আসামীয়া নুপী অমা পুবক্তুনা ময়ূমদা লৈবে। অসিগুম্নবা থৌদোক অসিনা রাহৌ ওইবগা অহল লমন ময়াম অমা চঙদুনা ময়াং নুপীবু ইমুংদা মমৌ ওইনা পুশিন্দুনা থম্লিবা ইবুংহলগী ইমুংবু 'খুন চেম্বুবা' অমদি 'দল কায়বা' থবক তৌবগীদমক অহকপা চৈবাক কযা থম্লকই। লৈবাক সমাজগী চৈবাক কিক্কবনা মচা মমৌবু মমাঙ শঙ্গোয়দা থম্বতা নত্তনা মচা মমৌনা শীজিন্নবিবা পুখ্রীগী ঈশিং ফাওবা শীজিন্নহনখিদে। অমুকসু দলগী য়াইতোংবশিংবু চাক খাঙহনবতা নত্তনা মীকোক খুদিংদা লুপা ১০/১০ দক্ষিনা তৌহল্লি। চৎনবীগী মায়োক্তা খোঙথাংজিল্লে হায়না লৌবিবা ইবুংহল প্রায়শ্চিৎ তৌবিখি। মতম খবগী মতুংদা ইবুংহল মমাগী লৈ পুদুনা লাইফম চৎলুবদা ঘেংনবকপা থাজদ্রবা থৌদোকশিংনা রাখল নুংঙাইহল্লক্তবা অমদি রাকবগা চান্নরা অনা লোইখি। অসুক ফীভম শোক্লবা মতমদদি মাগীদমক য়াইফনবনি হায়দুনা প্রায়শ্চিৎ তৌবিখ্রবা কনানসু হন্না য়েংলদ্রবদা তপ্না তপ্না ত্তান তাবকখি। নাকন অমবোমদা অমাং অশেংগী শম্বলদগী নাম্থোকপা ঙমজদ্রবা মীওইশিংসু ইকং থোক্তুনা ঈশিংগী অরাবনা খমথেংলবদা অমাং অশেং পুন্নমক কাউথোক্তুনা মাঙলে হায়না লৌনবিবা পুখ্রী অচৌবদগী তুমিন তুমিন ঈশিং শীজিন্নবকই।

থোকচোম অঞ্জনাগী *লৈমহন শিজ* লৌন লৈনবদা অমাং অশেং, অচৌ-মচা নাইবগী মীৎয়েংনা লৈবাক রাথোক ওইবকপা থৌদোক উৎলিবা রাবীমচানি। অমাং অশেং, জাৎ অতোনবগা শোক্ল শম্নবা পামদবা লৈমহন শিজনি। থৎনবা য়ূমগী মাঙ্গোনদা মীতোপশিং লাক্তুনা রাবী শান্নবদা ইদকী রাফম য়াওবকপদা মপূম থীৎনা শাউদুনা থীনা চৈ থাংই। তাথীববা রাহৈদগী হেন্দোক্তুনা শাপ ফাওবা তৌদুনা লাউই। লৈমহন শিজনা লম্বী চৎলিঙৈ মৈতৈনা লৌবা হাওনিঙোল অমগী মচানা শোয়খিদুনা থেংলকপদা মপা মপু পন্দুনা চৈবী। জাৎ-বিজাৎ, অরাং-অনেম

খাইবতা নত্তনা, মীগী মীতেক মীবৌ য়েংদুনা লেপ্লিবা ইমুংসিদা ইথা থাজদনা মচানিপা শরৎচন্দ্রনা সেমা নিঙোল অমবু পুশিল্লকখি। মচাগী থাজদ্রবা থৌদৌদুনা ঈকাই নুংশি য়ান্নববা লৈমহন শিজনা খুঙ্গংগী বিচার অমদা বিচারপতি গোসাইদা থকসি খাসি রাংমা লাম্থোক্তুনা খুৎশা য়াওকরবগী অচৌবা রাথোক ওইখি।

## নুপীগী পুন্সিদা হিংবগী সমস্যা

হৌজিক মতমগী সমাজদা নুপীগী পুন্সিদা হিংবগী সমস্যা কয়া থেংনবি। সমাজগী চৎনবীগী মতুংইন্না নুপী অমগী মবাইবক হায়বসি মপুবোইবা অদুনা লেপই। নুপা ফত্তবা নুপী কয়াগী পুন্সি অরাবগী কোমদা হেক হেক পুখবি। নুপীগী পুন্সিদা খোঙফম অমতং শোয়খিবদা খমথেংনা লৈখা তাববা, লৌখৎপা য়াদ্রবা পুন্সি ওইখি। অমুকসু ফীভমনা অমদি মফম মতমনা নুপীগী পুন্সিবু হোংদোক হোংজিন শান্নবি, মওং শেন্নি। মসিদা থোবকপা অরা নুংঙাইগী মশক কয়া অইবশিংগী মীৎলমদা তাববি।

হৈস্নাম লক্ষীবাবুগী *কালেনথাগী লৈবাকলৈ* হায়বা রারীমচা অসিদা মপুবোইবা লৈত্রবী নহা ওইবিবী নুপী অমগী পুন্সিদা থেংনবকপা সমস্যা উৎলি। রাবীমচা অসিগী থীমদি মপুবোইবা কায়নদুনা লুখ্রা ওইহৌববী নুপী অমগী পুন্সিদা লৈত-লাইববগী চৈথেংনা পীবকপা মশক্তুনি। চহী নৌনা লুখ্রা ওইহৌববী লৈবাকলৈনা মচাগী তুংগী মিবেপকীদমক অমুক হন্না ময়ূম পানবা অসি চুমব্রা চুমদববা হায়না রাখলগা লাম্থেংনৈ। মশাগী রাখলনদি য়ুম অমুক পানবদা য়ানীংদে। অদুবু লুবিবদি হিংননবগীদমক পুন্সিবু কাববাব ওম্থোকপা অমদি সমাজগী নাকয়েৎতগী পীবকপা চৈথেংগা লাম্থেংনবনি। থবক শুমিন্নবিবী মলয়াগী হৈশিংনা থাকলকপা খোইচাকতা অমুক পংথে। মঙলানগা পাংখক ওইখ্রবা হৌখ্রবা রাবীদা অমুক মঙফাওনৈ। মচাশিংগী ওইহৌগদবা তুংগী পুন্সিবু মুন্না খন্থুকবগা ঈবারুকরববী লৈবাকলৈ ফাওগৎলক্তুনা পুন্সিবু থাজনা অমদি অরাবা কয়াবু মায়োক য়াবগা হিংননবা রাবেপ লৌজবকই।

লক্ষীবাবুনা মখা তানা *মীৎয়েং অনী, রাখল অনী, থম্মোয় অমা* মিংথোনবা রাবীমচা অসিদা য়ুম্বানবগী দায়ত্ব লৌনীংদবা নুপাগী নুপী ওইরবীশিংগী পুন্সিদা থেংনবিবা অরাবগী মশক উৎলি। মপুবোইবনা ইমুং মনুংগী অবৈ লৈত খনবিবগী মহুৎ ওনশিন্দুনা নোংমগী পৈশা লৌবগা য়ু থক্তুনা নুংঙাইথোকপা, য়ূমগী অরাৎ

অশা অমদি মচাশিংগী হিংননবা হোৎনবদা য়ুমুবেম্বী ওইবিবী থম্বাললৈবিক অহিং নুংথিল খাক্তনা পুন্সিগা লাছেংনৈ। অহিং হৌগত্তুনা ফৌ শুবন্নগা নুমিৎ চুপ্প'মা লৌ লিংলুবা, অমুক কাবক্লগা চাবোই চাদবোই চেং লুথোং কোকথোংনবিবা থম্বাল লৈবিকনি। অমুকসু নোংমগী কুপনোমদা ফিজেৎ লৈতেংগী ৱাখল খল্লুদ্রবা, চাবা থকপা মতম নাইদ্রবা, চেং তাইননবগী ৱাখলদা চবাংনবিবা থম্বালদা তাবিবা দযাদি কয়া কয়ানি। মীতোপ অমদা চেঙ তাইনবা হোৎনবদা মমাবোলগা মীবোলগা য়ান্ননা ঙাংশিল্লুবদা শেবান্নবা অর্থ চৎখিদুনা নুপী ওইবীগী হকচাংদা মীতাবকই। অমুকসু চবাংনবা মবক্তা তহা তহা তৌবিঙে হকচাং শেংদোক্লিংবগী অৱাবা পোৎলুম থাঙবা ঙমদদুনা অমম্বা লৈবক অমদা হোৎনব্বদা খুদোংচাবতা ঙাইবম্বা অমনা ইজ্জৎপু শীংনবৈ। ঈকাই নুংশি য়ান্নবনা থক্কৎখিদুনা নাম্বোবকপ্রবসু য়ু থক্লনবা শেন লৌবা লাকলিবা মপুবোইবগা অমুক ওক্লদুনা তৌফম খঙদনা লূপা মঙাগীদমক ঙায়োনবা জবান আলীদা থেংলুই।

পুখ্রম্বম কালাচান্দগী *চবা অমতনি* হায়বা ৱাবীমচাদা হিংননবখক্তগী ওইনা চবা অমমমতনা লেল্লিবা পুন্সি অমগী মশক উৎলি। শেন তানবা চৎপ্রবা মপুবোইবনা মৱা মপাউ অমত্তা পীবিবক্তবসু অৱাবা কয়া মায়োক্লবগা হিংবগা মুক্লবিবা থম্বাল মমামচানি। জুৱাব শান্নবদগী শেলনা খ্বাঙ কোয়বক্লবা মতমদা মমা মচাবু থাদোক্লম্লগা নাগা চীংশাংদা চৎপ্রবা মপুবোইববু ফনমক ৱাবৌদুনসু উপায় লৈত্রবা থম্বাল মচাগীদমক লৌবুক্তা কুমদুনা লৌ লিংলগা মীগী শোকচিল্লুবা শেল শিংননবতা নত্তনা চবা নোংখন্ননবা হোৎনৈ। মথোং হুক্তবা নুপাগী নুপী ওইকবী থম্বালনা থেংনবিবা নাম্বোকপা য়াদ্রবা সমস্যানি।

মৈস্নাম ভুবনগী *কনাগী মবালনো* হায়বসি নুপী অমবু নমদুনা ওক্তবীগী লম্বীদা চৎহনখিবগী ৱাবীনি। মমা মপা লৈজদ্রবী লৈকাইগী মন্দোননা য়োক্লগা চাউজবকপা খুঙ্গংগী লৈশাবী অমনা মাগী মথোৎ কাবক্লিবা পুন্সিগী ঈপোম্না হেনগৎলকপদা সহবদা সিফাই খনবা লৈকাইগী পাখং নবকিশোবগা নুংশি লম্বীদা খোঙদামিন্নৈ। মথোৎ কাবকপা থম্মোয়দা ফাওবকপা ইন্দ্রিগী ঈখৌলাংববু শাবী শানৌ অনীনা ফাথবা ঙমখিদে। মসিমক্তা নবকিশোবনা থবক মফমদা চৎপ্রবা মতুং নুপী ওইবীগী হকচাংদা অহোংবা লাকখি। খাঙবা য়াবা খাঙদুনা মপাউ ঙাইববসু কান্নবক্তবদা সহব তম্না থোবকখি। সিফাইশিংগী লৈফমদা নবকিশোব হুঙলুবদা

লৌনম নমথাক তৌদুনা নুপী ওইবীগী ইজ্জৎপু খোঙ্গোইনবীখি। নোবোককী গুহাদা তাক্পদগী হৌগৎলক্লবসু ময়ুম পাংনা চৎপগী পাঙ্গল মাওথ্রে। পোলোইদা মশাগী মবাল কবিনো খঙদবমখৈ অথেংবা অহিংদা থাউমৈ মচা অমা থাল্লগা নোংমগী শিকাব ফংননবা হোৎনবকই।

*নীংখাযববা পুন্সি* হায়বা কোন্সম তোনুগোপালগী ৱাবীমচাদা নুপী ওইবীগী পৃক্লীংগী শক্তিবু ফাথজবগা পুন্সিবু নুংশিনা য়েংলকপগী মশক অমা উৎলি। কেন্সবনা লাকহৎলবা মপুবোইবগী মকম থুপ্না লৈদুনসু নুংঙাইফম খঙদ্রবী যমুনাগী পুন্সি মতেক অমগী থৌদোকনি। তমথীববা লায়ননা লাকহৎখিদুনা চৎপা খোৎপা ঙমদ্রবা ভগীবথকী মফমদা চপচাবা ব্যবহাব থমলিবা যমুনানি। তুংগী য়ুমলেপ চাব তমদ্রিবা যমুনানা নহা ওইবীগী পৃক্লীংবু মতম পৃম্নমক্তা ফাথজববসু ভগীবথকী পীক্লিভৈদগী তিন্নবকখিবা হেমন্তনা ময়ূমদা লৈবখিবদগী হৌনা মপুবোইববু ঈশ্ববমক্লি খঞ্জবিবা নুপী ওইবীগী থম্মোয়দা হেক হেক কায়হৌবকখি। মীওইবগী অকনবা পৃকচেন্স মনুংদা কনানসু খঙদবা অশোনবা ৱাখল অমা মকম থুপ্না লৈ হায়বসি খঙব। হেমন্তনা যমুনাবু তপ্না তপ্না খুদুম চন্নবা হোৎনৈ। নুপীগী পুন্সিবু ঈশিংগুম্না মশাগী মবন্নাই মওং মতৌ ফীবেপ লৈতে হায়না খল্লিবা হেমন্তনা হঞ্জিন হঞ্জিন কায়হৌবক্লবদা যমুনা চহী মতাংনা থম্মোয়দা পীবকপা ঈখৌলাংববু ফাথবা ঙমলক্তে। নুপী ওইবীগী মওং মতৌ পৃম্নমক খঙলবা হেমন্তনা যমুনাগা পৃন্না অতোপ্পা মফমদা চৎখিননবা ষ্টেশন তম্না লাকপদা মখোঙ য়াওদ্রবা অহল অমবু হন্নুবী অমনা কোয়পু পুদুনা পৈশা নীবা থেংনকই। থৌদোক অসিদগী যমুনা মশানা মশাবু নমথাক তৌবা ঙমদনা হল্লকপদদি ডাক্তবগী বির্পোট লাক্তুনা মপুবোইবা ময়ূম থাদোক্লবগীদমক শেম শাদুনা লৈবমখি। যমুনা মপুবোইবগী মখোঙ কোল্লগা কপতুনা খাওখি।

থোকচোম অঞ্জনাগী *লৈচিননা য়োংখ্রবা থাজবু* হায়বা ৱাবীমচাদসু স্বার্থগী ৱাখলদা মীৎতাংবগা পাংথক ওইদুনা, অউনপোৎ খবগীদমক মমল য়ান্নবা পুন্সিবু নমদুনা খোঙনেৎনবগী মশক অমা ফোঙদোকই। হৌজিক্কী মতমদা হায়না শীংনদুনা লৌন লৈনববা নুপী কয়াবু অউনপোৎ নীংথিনা তন্নক্তবদগী খাইনবগী ৱাফম হেক হেক থোকলি। মপুবোইবগী নুংশি মীৎয়েংখাদা হিংদুনসু বোমিনা লাইববা ইমুং অমদগী হৌবকপা, অওং অউন মতিক চানা তন্নক্তবনা মনেমনা কৈদৌনুংদা

নীংথিনা তৌবীদে। অমুকসু মপুবোইবগী অয়াবা লৌবগা খুঙ্গংগী নুপা অমগীদমক চেন চোংলিবা পূন্নমক মনেমনা শুকপাম পামদে। অশোয়বতা য়েংলগা মবাল থংশিন্নবা মীৎকুপ নাহুম শীংনা লৈবিবা মনেমনা মপুবোইবনা মপানলমদা পোষ্টিং তাখিঙেদা ডাক্তর অমগা লৌতুনবগা ঙাওবে হায়বগী বদনাম পীশিনবীখি। হৈশিংনা শেমলকপা মীবাং মহুমদা থুব্রবা বোমি নাম্থোকপা ঙমদনা অঙাওবগী লায়েংশঙদা পুন্সিচুপ্পগী ওইনা মপুবোইবগা কায়নহন্দুনা থমজিনবীখি।

## মীওইবগী নুংগী ওইবা মশক

সাহিত্যদা ব্রাবীনা মীওই মীতৌ, মখোয়গী শাজৎ লীচৎ অমদি থৌওংনা মী মীদুগী মশক খঙনবা অমদি লেপনবা লাক্লে। মতমগী মতুং ইন্না মীওইবগী লনাইগী নুংগী ব্রাখল, শাজৎ-লীচৎকা লোয়ননা মীওইবগী মশা মশাগী হায়বদি লনাইগী ওইবা শাজৎকী মওং উৎপনা পামজবা মওং উই। মসিদা ময়ামগী ওইবা মওংদগী লনাইগী, কবিগুম্বদনা লনাইতগী ওইবা মশক য়েংবা, উৎপনা মকওইবা থৌদাং ওইনা লৌবকই। মপানগী উবিবা থৌদোক ব্রাথোক ময়াম অসি নত্তবা মনুংগী ময়াম্না উনদবা ব্রাখল অমদি থম্মোয়গী ওইবা থৌদোক পবীং অমা অইবনা হাপকৎতুনা য়েকনবা লাক্লবকই। মপানগী ফিজেৎ লৈতেং য়াওববা মীওইবগী মশক অসিগী মনুংগী অশেংবা কবি ওইবি হায়বসি থিবকপনি।

বিনোদকী *শংবানবা অতিযাগী মখাদা* হায়বা ব্রাবীমচা অসিদা মীওইবগী থম্মোয়নুংগী ওইবা মশক উংলি। হৌজিক মতমগী মীওইবনা কনা লৈজদ্রবা নীংথমথাগী ইংলবা মতমদা মফি মবোল নীংথিনা শেৎচাদ্রবা চাকনিবা অমবু উকবমক্তদা হঙ্গোইবা পোকই। মখোয়গী চমোৎনববা হকচাংগী ফীভমবু উবগা নুংঙাই য়াইফবা ইমুংগী মচা মশুশিংনা অমুক্কা হেন্না তুকৎচনা য়েংই। মতাং মতাংদা মফম মতমগী মতুংইন্না মপাম্লোংগী ওইবা মীনুংশিগী মতৌ উংলবসু নুংদদি মখোয়বু তুকৎচবগী লাপথোক্লীংবগী ব্রাখল অমা লোয়নৈ।

মমা মপা মফম খঙদ্রবা, মফম খুদিং শিনবা থুংনা কোয়চৎ চত্তুনা হাপলবা পূক্কীদমক কোয়নি নিবগা চাদুনা হিংলিবা চাকনিবগী পুক্সিনি। কোয়চৎ চত্তুনা নিকবগা ফংলক্লবা মতমদা অফ-ফত্ত থিদবমখে অফংবা পোৎ অমা নৎত্রগা হোটেলগী লুখাক চগুম শুঞ্জেকফমদা হূইনা চাবিবা অদুদা চঙশিল্লি। অসিগুম্লবা চাকনিবগী পুক্সিগী মওং মতৌ অসিবু বঙ্গ নাট্য সঙ্ঘনা নাটক ওইনা শান্নদুনা উৎপদা য়েংলিবা

ভাবোকশিং পূম্নমক পূমশুম শুমখি। মসিমক্তা নাটককী চাকনিববু পুলিসনা ফু-চৈবদা কুশ্মেনি কাউদুনা ফোঙনা চৈবা, লুখাক চগুম চাবদা চাদনবা লাউবা, অঙ্গৈংবা খাঙবা ঙমদদুনা চেথি চেগুম মবক্তা শিদুনা লৈবমবদা অব্রাবা অমদি নীংঙমদবগী নিংশাশ্ববনা পীকথল্লি। অদুবু ভাবোকশিং অসিনা নাটক লোয়বগা মপান থোবকপা মতমদা অশেংবা চাকনিবা অমা অইংবা খাঙলগা মখূৎ তিংথোক্তুনা নিববদদি কনামত্তনা হন্না য়েংদবমখৈ থৈদোক্তুনা চৎনখি।

*শেল-থুমনা পীবকপা চৈথেং*

মতমগী ব্রাবীমচা ইবশিংনা লাইববা অব্রা অনংগী হীবম অসি মতাং মতাংদা হৈননা লৌখৎলি। অব্রাবা হায়বসি নুংঙাইবগী হেক তুংদা লৈবিবা পুন্সিগী তৎন থানবা য়াদ্রবা কায়াৎ অমা ওইবিবনি। কোয়না চৎলগা য়েংবদা মান্নবা অমত্তং হায়বা তাববদি লাইববনি। সমস্যা অসিবু মায়োক্নবিবা মীওই কয়াদদি পুন্সিগী লুব লুববা তানফম কয়া য়াওবকই। হিংবা অমদি ইজ্জৎ অনীনা মুক্রবকপদা পুন্সিনা হায়ফম খঙদবা মফম অমদা খোঙথাংজিল্লকই। অসুম্না ফীভম ফত্তবনা পুবকপা ফলনা ব্রাবী পবীং শাগৎপগী মওং কয়া অইবশিংগী কলমদগী থোবকই। ব্রাবীমচা ইবশিংনা লৈত লাইববগী অব্রাবা অমদি অব্রাবগী ফলবু মাগী মাগী ওইবা মীৎয়েংদগী শীংথানৈ। ব্রাবীশিং অসিদা লাইববা ফীভমদগী নাম্থোকপা ঙমদবা, অমুকসু মখোয়দগী খুদোংচাবা লৌবতা নত্তনা তুহৎপীবগী মওংদি অয়াম্বনা পল্লি। অইবশিংনা শীংথাবকপদা মীনুংশি খোনবগী মায়কৈবোমদা পূম্নমক্তা লৈশিল্লি।

*বিনোদকী খোঙউপ ফোংপা হবিলাল* ইনাক খুনবা কাঙবুনা নোংমগী শুজ্জ নোমজকবগা ফংলকপা শেনফম খবনা চবা নোংখন্নদুনা, হম্ববা থাক্তা হিংলিবা মীওইশিংদা য়েংলিবা মীৎয়েং উৎপনি। মীওই তবাগী পুকচাক থাক্লনবগীদমক লম্বী মপান্দা খোঙউপ ফোৎতুনা পুন্সিগী হিংনবা লানফমদা চোংশিল্লিবা হবিলালনি। নাকন অমবোমদা ময়ায় থক্তা হিংলিবা মীওই কাঙলুপনদি মখোয়বু কবিসু ওইনা খনবিদে। মখোয়গী খুদোংচাবতা য়েংবদা মীগী খনবা ঙমদে। চা বাগান অমগী মেনেজবনা নুমিৎ চুপ্পা খোঙউপ ফোৎহল্লগা অব্রামন ওইনা পৈশাগী মহুৎ অমনবা খোঙউপশিংনা হেন্না কান্নগনি হায়দুনা পীবি। অদুবু নুংপান ফাওনা উবা ঙমদবা মখোয়গী থম্মোয়দুদা হবিলালনা শাউনিংবা পোক্লবসু মকা ফোঙবদি ঙমজদে। মসিমক্তা থবক পীবিবদগী শেননা হেন্না পামজবা হবিলালনা মেনেজবগুম্বশিংবুদি

মীগী থম্মোয় চেন্দ্রবা মীনুংশিগী রাখল য়াওদ্রবা অমা ওইনা লৌই। অদুবু মীওইশিং অসিনদি লম্বীগী নাকন্দা ফমলিবা মখোয়বু তুমিৎ কাওগুম কবিসু থৌশাদনা য়াম্না নক্লা গাড়ী থৌজিল্লন্নগা চৎখি।

ধনঞ্জয়গী *ঈবৈ* লাইববা শিগ্নীশিংনা ফনমক শুজ নোমজদুনসু লাইববা কৌবা ঈবৈদগী নাম্থোকপা ওমদবগী ৱাবীনি। মখোয়গী লাইবক্তনা ইনাকখুনবশিংনা চানবীবা অমদি মীনুংশি নৎত্রগনা ঈশ্বরগী থৌজাল পুন্নমক য়াম্না থাপ্না লৈত্ত্রবগুম্বনি। ভৈববীদগী কাটাখাল তুবেলগী ঈচেলদা উণ্ডাম থাদুনা কবিমগঞ্জ য়ৌনবা লাকপদা নুমিৎ ১২/১৩ নি চণ্ডই। মী অনীনা ৱানা হোৎনদুনা মতমচানা থুংবা ওমজববসু অৱামল ওইনদি লুপা য়াম্ব্রেদগী হেন্না ফংবা ওমদে। তম্বা ওমদ্রবা তুবেলগী ঈচেলদা কল্লবা ঈবৈ থেংনদুনা লৈশিনখিবদগী অৱাবদা তাবসু কোঙ্গাইনি। অসিগুম্লবা ঈবৈ অসিদগী ৱানা হোৎনজদুনা বহমৎ অমসুং অব্দুলানা নাম্থোকচববসু হেন্না কল্লবা 'লাইববা' কৌবা ঈবৈ অসিদগীদি নাম্থোকপা ওমদবনা শিনফমসিদা হন্না হন্না লৈশিল্লি। মসিমক্লা পুন্সিবু অকনবা লানফম অমনি খল্লগা মাযপাকপা ওমদ্রবসু কন্না লাম্থেংনৈ।

লক্ষীবাবুগী *দেব হোটেল* হিংনবা লানফমদা মায়োক্লবকপা অৱা চৈথেং কয়াবুনা পুন্সিগী মায়ওন থৈখিবা মতৌ উৎলিবা ৱাবীমচানি। মপুং ওইবা ৱাবীদি ময়াংশিংনা চলাইবা হোটেল অমদা থবক শুজবিবা মৈতৈনুপা অমবু মচীন-মনাউ নুংঙাইনদবনা মবম ওইবগা তাম্থোকপীবকখি। হিংননবা লম্বী অমবু পৎ থদৎপীবক্লবদা ককঙাওনখিদুনা মশা মতোমতা শিজবগে খল্লুববসু পুন্সিবু অমুক নৌহৌননা মায়োক য়াননবগীদমক ইম্ফালগী ধর্ম্মশালা মনাক্তা 'হোটেল অচম্বা' হাংদোক্তুনা ফিজি ফিনা থুপ্না লৈবকখি। মতমগী য়াওলদা লাকলিবা চাকচা যিথককা চান্নবা ওমদ্রবদা যেন্নিং হল্লকপমক্তদা অদুমক খোঙনেৎনদুনা কিম্থখি। নীংবা কায়বগী চৈনাখোল মবক্তা অমুকসু নুংশিববা মমালৈবাক থাদোক্লন্নগা মীবমদা চৎতুনা মশাগী মিং, শাগৈ জাৎ পুন্নমক ওম্থোক্লগা 'দেব হোটেল' হৌগৎতুনা অনৌবা পুন্সি লম্বীদা খোঙদাবকখি। মণিপুবদগী হৌবকখিবা ববাক তুবেলনা বঙ্গোপসাগব ফীবান য়ৌবকপদা মিংথোল ওনখিবগুম মৈতৈ মচা অমা ওইদুনসু মতম অমদি ফীভমনা ময়াং ওনখিদুনা অনৌবা পুন্সি লম্বী অমা য়াংখি।

**খুৎই, খুৎফোঙদোক, লোন অমদি মীৎয়েং**

অইবা অমগী মশাগী ওইবা লোন, খুৎই অমদি মফোঙদোকনচিংবসি অইবদুগা তৎন থানবা য়াদ্রবা মশাদা য়াওজবক্লবা পোৎশক অমনি হায়বসি ময়ামনা য়ানববা ৱাফমনি। ৱাবীমচাগী হৌবকপগী মশক্তা ঐখোয়না অচম্বা শৈলীদা শেমনীংলিবা ৱাবীদু অসুম লীথবগা ফংনিংলিবা পান্দম অদু য়ৌননবা হোৎনবগী চৎনবীশিং থেংনদুনা লাকখি। মশাগী তোপ তোপ্পা মশক অমা পুদুনা লাকখিবা অইবশিংনা খুৎই অসিদা মীওইবগী পূক্নীংদা অকনবা চৈথেং কয়া পীদুনা মতিক মগুণ উৎথোক্লুনা খোঙফম অমমমসু হক্লুনা থম্বা ওমখি। অদুবু মীওইবনা অনৌবা লম্বী অমদি ফজবা, মশক থীবগী হৈনবী লৈবকপনা মতমগী মতুং ইন্না ফজবা কলাগী মশক লাক্লবা হোৎনবদা অচম্বা হৈনবীদা ৱাবী লীবতনা পেনবা ওমলক্তে। মখল মখাগী টেক্নিক শীজিন্নদুনা ভাবোকশিংগী পূক্নীংবু শুমহৎনবা হোৎনৈ।

ববাক তম্পাক্কী ৱাবীমচা অইবশিংগীসু মশা মশাগী গুণশিং অদুনা কলাগী মশক লেপ্লবগী মওং অসি অদুমক চৎনবা তাবনি। কনাগুম্বনা ৱাবী লীবগুম, কনানা থৌদোকনা মাঙদা থাংদোক্লুনা কবিগুম্বদনা ডাইলোগনা মপূং ওইনা নৎত্রগা থীম অমদা শাফু পীদুনা লাম্ছোক্লবা হোৎনবি। অহানবা তাংকক্কী অনীগুবা মতম অসি লমদম অসিগী ৱাবীমচাগী ইতিহাসতা য়াম্নমক মকওইবা মতাং অমনি। মতম অসিদা ৱাবীমচা ইবশিংনা মশা মশাগী লাইবিক কয়া খুদোল তৌবক্লুনা মান্নবা হীবম অমদি সমস্যাশিংবু তোঙান তোঙানবা সিচুয়েশনদা শাগৎতুনা মশা মশাগী ওইবা লোন, ষ্টাইলদা উৎননবা লাক্লবকই। ইং ১৯৭৫ দা পূন্না চোংথোবকখিবা *অসিদসু মী হীংই* গী খুৎপু অমনা হামচৎনববা সমাজ অমগী মশকপু চিংথোবক্লুনা পুথোবকই। অইবশিং অসিনা থম্লিবা মীৎয়েংগী মতাংদদি লাইবিক অসিগী 'ঐখোয়গী ৱা' হায়বসিদা ময়েক শেংনা পল্লি ঃ

> সমাজগী পথাপকী ৱাংমদা অশেংবা অচুম্বা কয়াগী মহাওসু তংনিংলকই । অসিগুম্বা অচুম্বগী মহাও তংলুববা তাইবংমীগী শক্তম মওল মওল ওল্লকই। মীগা মীগগী মশক খঙনবক্তে। মশাগী শক্তম মশানা কাউথোবকই। অনৌবা ৱাখল খল্লকই, অনৌবা মীৎয়েং য়েংলকই। ফজবগী অথিবগী পূম্নমক্কী ফীবেপ হোংলকই। হোংলক্লিবা

> মীৎয়েংগী মতুং ইন্না থোৎন নৌনা চোংখৎলক্লিবা
> সাহিত্যগী ময়োল অদুগী মমল ঐখোয়সু থব্রাই হকচাং
> য়াওনা পীজনিংই। হয়েংগী অনৌবা ব্রাখল খনজখ্রি, অদুবু
> ঙসিগী থাংলিবা খোঙথাং অসিগীদমক্তদি ঐখোয়গী থোপ
> অসিদা ব্রাখলগী জগোই শাবি। [১]

হকথেংনবিবা সমাজগী সমস্যাশিংনা পীবকপা এক্সপবিয়েন্সতগী শাগত্তুনা পুথোবকলিবা খূৎইশিং অসিবুদি ব্রাবীমচা কল্লাগী উফমদা হাপলুবদা ইচান চাশিন্নবা ঙমদবা মতৌ অমা হেক হেক থোবকই। সমস্যাশিংসিনা অইবশিংদা পীবিবা চৈন্যাখোল অদুবু অপাবশিংদা চপচানা মহাউ পীননবা হোৎনবদা শোন্তক তানা লৈবি। ব্রাবীমচাশিংগী অইবশিং অসিনা ফোর্মদগী কন্টেন্টদনা হেন্না মকওইনা লৌবগী মশক থেংনৈ।

অনৌবা খূৎপু অসিনা ফীভম অমদি হিংবগী কল্লবা লাম্থেংনা মীওইবগী পুন্সিদা শোক্তুনা নুপী ওইবীগী ওইদবা য়াদদুনা ওইখিবা ইজ্জৎকী ব্রাফম, শেনতবু পামলুবনা লমচৎ শাজৎ হোংলক্তুনা ইমুং মনুং কায়বা, নুপা-নুপী ওইবীগী মবীদা মাঙথবক্লিবা লমচৎপু ইচং থৌনা থন্নকই। *সৌগাইজম ব্রজেশ্বরগী জুব্রাবগী মৈচাক হায়বা ব্রাবীমচাদা য়ুম্মুবেম্বা* ওইবিবা অমবু মাগী *নুপীনা* মতম চানা থেমজিল্লগা ফত্তবা হৈনবী জুব্রাবদগী থাপতোকহনবগী মহৎতা শৌগৎলুবদগী কাইনথংদা ইমুং মবাং হৌবকপদু উৎনবা হোৎনৈ। ব্রাবী খূৎলীদা ইচম চম্না সমস্যা অদুতবু উৎননবা হোৎনবদা শেমগৎ শাগৎলিবা মঙং মতৌদা নেচবেল ওইবক্তবা চবা চবানা উবা ফংলি। অমুকসু ধবলগী *অনীথোক্লা চিংখায়বকপি* হায়বসিদা সনাতোম্বীনা ওক্তবী মকোন য়ৌখিবা ফীভমবু উৎনবা হোৎনবদা য়ূম্বান তোয়না হোংবা থৌদৌবু চেকশিন খোমজিনদুনা থম্বা ঙমদে। অসুম্না খূৎই, খূৎলাম্থোক্তা তাশিন খোমজিন্দুনা উৎপগী মহুৎ সমস্যা অদুতবু থমজববসু *হকথেংনবিবা মীওইশিংসিগী হামচৎনববা পুন্সিবুদি* অদুমক তবং তবং উৎথোকচৈ।

কোনসম তোনুগোপালগী *নীংখায়ববা পুন্সি* থোইদোক্লা সজেষ্টিব ওইবা ব্রাবীমচাগী খূৎইনি। নুপী ওইবীশিংনা মপুবোইবগী মফমদা থল্লিবা লেঙদ্রবা প্রেম অমদি ভক্তি অনীমক *পূন্না উৎনবা হোৎনবদা নহা ওইবিবী থম্মোয়গী ঈথৌলাংবা* অমদি ইন্দ্রিবু পেলহনবা ঙমদ্রবা কেন্সবনা লাকহৎলবা মপুবোইবগী পুন্সিদগী

নাথৈগে তৌরুবা, থংনবা মীৎকুপ্তা থেংনরুবা চাকনিবী নুপী অমনা চৎপা ঙমদ্রবা মপুবোইববু কোয়পু পুদুনা চৎপা থৌদোকনা মশাগী অনীংবা অপাম্বা পুম্নমক থাদোক্লগা মপুবোইবগী নাক্তা লেঙদনা সেবা তৌবগা হিংলগে থল্লকপদা ডাক্তরগী বির্পোট ফংদুনা মপুরোইবনা মহাকপু হুন্দোক্লম্লগা যুম থাদোক্তুনা চৎখিবা অসিমক অইবগী ফজববা খুৎইনি। অচম্বা লোন্দাদা হকচিনবা মীৎয়েং অমগা শাগোন্নদুনা শাগৎলিবা শক্তমনি। অসুম্না লাইবিক অসিগী অইবা খুৎপু অসিগী খুৎই, মফোঙদোক্তা শোন্তক লৈববসু মখোয়না হৌজিক্কী মতমগী নুপা নুপীগী কোমথবক্লবা মবী, লমচৎকী অশেংবা মশক্তি অদুমক য়াম্না ইচং থৌনা হায়বা ঙমই।

পুখ্রম্বম কালাচান্দগী *ঈবোলনুংদা* লমদম অসিগী অহানবা লন্নাই ফোঙলকপা ৱাবীমচাগী লাইবিক ওইবগসু খুৎইদি থোইদোক্লা মপুংফাবা ওইদে। অইবগী ৱাবীমচা *পুস্রী অচৌবা* দা মতমদুগী সমাজদা হিংলিবা নাকপাক তানবগী ৱাখল্লোন অমদি অমাং অশেংগী ৱাখল্লোনতনা হাববা মীওইশিংগী মফমদগী – 'নোংমদি পুম্নমক শিবগদবা মীওইবনা ঐখোয় মশেনগী মবক্তা খেন্নবা থমলুখিবদি কবিগীনো?' হায়বসিগী পাউখুম পীননবা হোৎনবনি। অইবগী ৱাখল, পূক্নীংদা ফাওবকপা সোসিয়েল কন্সসনেসদগী শাগৎলকপা মতম অদুগী সমাজগী অখূবা মীৎযেং অমদি আনীগী ফত্তবা উৎননবা হোৎনবদা থৌদোক' মচা অমত্তং লৌখৎলুবগী মহুত্তা ৱাবী লীশাং থাক্সবনি। মসিমক্লা প্লোট শেমশাবগী হৈশিংবা ৱাৎপা, উৎনীংলিবা হীবম নৎত্রগা নৈনবিবা সমস্যা অদু থম্লনবা হোৎনবদা মতেং ওইবা ঙমদবা সব প্লোট মযাম অমা হাপচিল্লক্তুনা ৱাবীমচাগী খোঙজেলদা তপথহল্লি। ৱাবীমচাগী সিঙ্গল ইফেক্ত হায়বদু ওইহনবদা ৱানা থোকলি।

কালচান্দনা পামলিবা মতম অদুগী মণিপুরী সমাজগী চৎনবীগী মকুম থুপ্লা শেমজিন শাজিনবা অখূবা মীৎযেংবুদি মযেক শেংনা উৎথোকলি। মশাগী হৌবকফম অমদি সমাজগী অফা অপুন্নবা অমাং অশেংগী, কুচু খেন্নবগী থাজবীদা পূমলুপ লূপলুববা মীওইশিংনা অৱাবা তাববা অমদি মপাম্লোংগী ওইবা কুয়োমদুদগী মনুং চঙলুবা মতমদদি অশোয়বা কয়াশিংদু উবা ফংলকই হায়বসিনা অইবগী মীৎয়েংনি। মসিমক ইবুংহল মমাগী লৈ পুদুনা লাইফম চৎলুবদা থেংনবকপা থাজদ্রবা থৌদোকশিংনা ৱাখল নুংঙাইহল্লক্তবা অমদি ৱাকুবগা চান্ননা অনা লোইখি। অসুক ফীভম শোকলবা মতমদদি মাগীদমক

য়াইফনবনি হায়দুনা প্রায়শ্চিৎ তৌবিস্লবা কনানসু হন্না য়েংলখিদে। তপ্না তপ্না জ্ঞান তাবক্লুনা ব্রাখল তৌবকই। সমাজগী কাহেনবা চৎনবীনা থৌবী ওইনা তাশিন্দুনা থমলিবা শন অসিদগী অইবনা নাম্থোকহন্নীংলিবদু থম্মোয় কল্লবা বিহাবীদা য়েক্লকই। বিহাবীনা মপা মমাবু থম্মোয় শেংনা নুংশিজববসু মীওই খুজোক খবনা শেমলিবা আইন অদুবুদি শীংনৈ। মহেগী জ্ঞান ফংহৌদ্রবা ইবুংহলনা সমাজগী অখৃবা মীৎয়েংদু উবা ফংদ্রবসু বিহাবীনদি অচুম অবান পুথোকপা পামই। পোলোইদা লায়না কয়ানা নাববা সমাজগী চুমদবা চৎনবীগী মায়োক্তা ইবুংহল মকাদি ফোঙদনা ঈবৈ অদুদগী ঈথৈ পীবদুনা মোং হাবা তৌদনা অনৌবা ঈপাক তমলকই। কালাচান্দনা ইচম চম্বা ব্রাহ্মে ব্রাতা শীজিন্নদুনা বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী মনুংদা য়াম্না লান্না লৌশিল্লিবা চৎনবীবু তমথীনা নিন্দা তৌবনি। মীওইবগী থম্মোয়সি চপ মান্নে। মপাম্থোংগী উবিবা খেন্নবা অমদি নমদুনা চৎনহল্লিবা খেন্নবগী মশকসি কান্নদবনি হায়বদু উৎননবা লাক্লবি। পামদবা চৎনবীগী মায়োক্তা শীংনবকপনি।

অঙনবা মতমগী ব্রাবীমচাদা মোংহাদনা হীবম নৎত্রগা থৌদোক অমবু মনুং হঞ্জিন্না মথক মখা ওম্থোক ওনশিন তৌদুনা য়েংলক্লিবা অইবা সনসম বিনোদনি। মনুং মপান নাইবা মশকশিংবু লৈতেং পংহাপ হাপতনা নুংঙাইজবগী মহাউনি। ব্রাবীমচাগী থীম অয়াম্বা লৈত লাইবা পুন্সিগা মবী লৈনববসু তোঙান তোঙানবা সিচুয়েশনদা শাগত্তুনা দিসক্রিপটিব ওইবা খৃৎইদা ব্রাবীগী খোঙজেল তহা তহাদে। অয়াম্বা মতমদা ব্রাবীগী মফম অমদি মতম শীংথাবকপদা খবা পাকচাওনা কোল্লবসু অপাবশিংবুদি হেন্না মবীক চুম্না খঙহনবা ঙমই। *শংবানবা অতিয়াগী মখাদা* হায়বসিদা চাকনিবগী হৌখ্রবা অমদি হৌজিক ওইবিবা পুন্সি তাকলদুনা ইবি ঃ

> অঙাং ওইবিবা চাকনিবা হুইবী কায়নববা হুইনাও মচাগুম্না লম্বীদা কোইঙাও ঙাওদুনা লৈহৌই । পুন্সিগী ঈচেলদা তুবেলগী ঈচেলগুম্না চেল্থবকই। ঈপান থাদা ঈচেল চাংজৌ পানা হাইগৎলম্মী। অদুবু ইকংথানা লাক্লবদা ঈচেল চাংজৌদগী কুমথবকখি। হুইনাও মচা অমগুম্না লম্বীদা কঙাওনদুনা লৈবম্বা চাকনিবা অদো ঙসিনা মশাদা তীল থাববা মপাঙ্গল শোল্লবা হুই অমগুম্না লম্বীদা হাইবং হাইবং চৎতুনা চাকনিবি।[২]

বাবীমচাসি ট্রেজিক আইবনিগী মওংদা ইবনি। হাকথেংনবিবা চাকনিবা অমগী বাবীবু মথং মনাও নাইনা বাবী লীথবক্লগা অমুক নাটকতা উৎলিবা চাকনিবগী থৌদোক বাথোক অমদি পুন্সিদা হৈশিংনা চঙশিল্লকই। বিনোদনা খুৎলাই ওইনা শীজিন্নবিবা নাটক অসিগী বাবী পবিংদা উৎলিবা চাকনিবগী থৌদোক বাথোকশিং অসিনা হোল মনুংদা তিল্লিবা ভাবোকশিংগী থম্মোয়দা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইতবা অমদি মীনুংশি পোল্লকপগী মওং মতৌদু অসুন্না পল্লিঃ

> হায়বা ইন্দে হায়দুনা পুলিশনা শোল্লবা চাকনিবা অদুগী মশাদা লীচৈনা কল্লি। মীনুংশি খঙদবা অদুগী থৌদোক উবদা তুমিন্না য়েংলিবা ভাবোক পুম্নমক য়েংদুনা লৈবা ঙম্নবক্রে। মমিংনা উবিবদু কুম্মেনি হায়বা কাওথোক্লখিদুনা ফোংনা ফোংনা পুলিশ অদুদা চৈদুনা লাওনবকই।. . মীগা হুইগা পুন্না চগুম চামিন্নবক্লবদা য়েংলিবা মী পুম্নমক তুক্কচধা হঙ্গোইবনা খাঙদুনা লৈবা ঙম্নবক্রদুনা চাকনিবা অদুদা চাগলু হায়দুনা লাওনবকই।[৩]

অইবগী হৈশিংলবা মফোঙদোকনা নাটক অসিদা উৎলিবা চাকনিবগী মতৌদা লাংতক্লহন্দুনা ক্লাইমেক্স য়ৌনবা শাগৎলি। খুদোংচাবা অসিগী মতেং লৌবদুনা মীৎলুদগী পিবাং শিল্পুব্রবা ভাবোকশিংগী থম্মোয়বু মীৎকুপ খবগী তুংদা চাংয়েং তৌদুনা মখোযগী নুংগী ওইবা পুক্লীংগী অশেংবা মশক অদু উৎলি। নাটক লোইবদুনা থোবক্লিবা মীয়ামদা অইবগী চবিত্র অমা ওইবিবা চাকনিবনা মখূৎ তিংথোক্লুনা মতেং নিজবদদি কনামত্তনা হন্না য়েংবিবমদনা থৈদোক্লুনা চৎনখি। অসিগুম্নবা ঙাইহাক্কী ওইনা মপাম্ভোংদতা ওইবিবা মীনুংশিগী মতৌ হায়বদি থম্মোয়নুংদা তশেংনা মমি তাবা ঙমদ্রবা, মীৎকুপ খবগী মমাঙদা থম্মোয়বু শুমহত্তুনা জয় তৌব্রবা থৌদোক অদুমক হোল মপানদা হকথেংনববসু উশিন্নদবা ঙম্না মীওইবগী নুংগী ওইবা মশক তরং তবং উৎলিবসি বিনোদকী তোপ তোপ্পা হৈশিংবা খূৎফোঙদোক্লি।

*থাবল্লেগী কাস্টোমাব* দদি ফ্লাস বেক টেক্লিক ওইনা ফোঙদোকপদা মায়পাকপগী মমি তাই। লম্বী মপানদা দুকান ফমলিবা থাবল্লেনা নোংজু নুমিৎ অমদা চানা বোবা তপতানা ঙৌশিল্লুবদগী মদোম থবায় বানা মওং মওং খল্লকপদা

হৌদ্রবা পুন্সিগী কাউওস্লরোইদবা তৎতনা চৈনা পীরিবা থৌদোক ব্রাথোকশিংবু পবিং নাইনা নীংশিংলকই। ব্রাখলগী ঈপাক্তা চৎলুববা থাবল্লেনা কল্লবা নোংখাক অমদা জ্ঞান খংতা তাবক্তুনা নীংশিংবনা চৈনা পীবল্লবদা অমুক মশুংলাংগী ঙাওববা ববীন্দ্রনা চেনশিল্লক্তুনা নৌহৌননা থম্মোয়দা তাশোন্না চৈনা পীবিবা ফজববা টেক্নিকনি। মহৌশা ওইনা মমা ওইবীশিংনা মচানুপীশিংবু মতমচানা নুংঙাই য়াইফবা ইমুংদা থাজ য়োঙ্গবা পামই। মতাং অসিদদি হুম্বুবা থাক্তা হিংলিবা ইমুংগী মমা ওইবীশিংনা অমুক্কা হেন্না খম্বুদবা নত্তে। থাবল্লেনা চহী মপূং ফাবক্তুনা চুং ফিবান চাবকপা, শক-চু ব্রাংতবা মতৌদা চাউথোকচবিবা মমানা হৈশিংনা ইঞ্জিনিয়াব ববীন্দ্রগা শকখঙনহনখি। থাবল্লেগী অব্রাংপা লৈত্রবা মায়থোং, শাবানদা ববীন্দ্রসু পুমশুম শুমহৎখি। শাবী শানৌ অনীগী মবীনা চেৎশিন্নবক্লবদা 'লমজাও মপান্দা শাংপী থাবল্লেবু মবা য়াওনা ফুক্লগা পাখং পম্ব্রৌ ইংখোলনুংদা থাবগা মনীং মখা তম্না লৈশাং তমহনগে' খল্লকই। ববীন্দ্রগী মপা চন্দ্রহাসনদি মখোয়না হিংলিবা পুন্সি মবেল অদুগা থাক মান্নবা নৎত্রগা অহেনবা ইমুং মনুংগতা মবী থমনিংই। অবাং অনেম নাইবা ব্রাখল, মীৎয়েং অসিনা নুংশি নুংওলগী লমদা খোঙদাজদুনা লৌন লৈনসি খঞ্জবিবা শাবী শানৌশিংদদি চাউনা অপনবা পীবকই। মসিমক চন্দ্রহাসকী চবিত্রদা পানশিন্দুনা ফোঙদোক্লকই :

> নোংমা ইখং খংহন্দনা চন্দ্রহাস মচানুপাগী মাঙদা চীঙজাওগুম্না থৎখি। ববীন্দ্র, মহৌশানা লম্বী মপান্দা শাংপা লৈবাং ইংখোল মনুংদা শাংহনবা ঐহাক পামদে। থাবল্লেবু ঐগী ইমৌ ওইবা ঐনা কৈদৌঙেদসু য়াবোই। ডাক্তব বীবেনগী মচানুপী বীতাবু ঐগী ইমৌ ওইগনি। ব্রা লোইনখ্রবনি।[৫]

চন্দ্রহাসকী কল্লবা থম্মোয় অমদি পামজবিবদু ময়েক শেংনা উৎলি। হুম্বুবা থাক্কী মীওইশিংবু মবী লৈননীংদবা চন্দ্রহাসনা লমদম থাপ্না চেনখ্রবা নুপা-নুপী অনীবু ফাদুনা পুবক্লগা খাইদোক্লদুনা মাগী অপাম্বদমুক পাঙথোকপা য়াম্না চান্ননা থোকই। মশাগী অপাম্বা, অনীংবা অদুমক ফংননবা হোৎনবদা মহৌশানা লমজাও সোড়োক মপান্দা শাংচবী থাবল্লেবু নুংশি হৈতনা থদৎতুনা থাদবীবমখি। নুপী ওইবীগী পুন্সি শৈহৌদা শাগৎচখিবা মঙলানবু চোইজাইনহল্লবদা থাবল্লেনা পুন্সি

চেংজেল ওইননবা দুকান ফম্লকপদা ওইবিবা ফীভম, য়োল্লিবা পোৎ-চৈ, মওং মতৌবু বিনোদকী হৈশিংবা লোননা ময়েক শেংনা থমলকই:

> সোড়োক লমজাওগী হেক মপান্দনি থাবল্লেগী দুকান অসি। চাওনা ফমজবা দুকান নত্তে; মপান্দা চানা বোড়া, চুরুপ বিড়ি, ক্বা অসিতনি। মকওইবা পোৎতি মনুংগী কাদনি। মনুংগী কাদা টেবিল মচা অমা থাই চেয়াব মবি মঙাগা; নাকল অমবোমদনা ফমুং মচা অমা নাননা থাই। অয়ুক নুংথিলদগী নুমিদাংদনা কাস্টোমারগী মশীং হেল্লি। মমা বোহিনীনা ফমলিঙেদদি কাস্টোমাব পংয়াম য়াল্লমদে, থাবল্লেনা হেক ফম্লকঙেদগী কাস্টোমাব খংহেন হেনগৎখি।[৫]

ইচম চম্বা ব্রাহৈপবেং খবদংনা থাবল্লেগী দুকানগী ফীভমবু মনুং মপান ফাওনা অপাবশিংদা লাকশিনহনবা ঙম্বা খুৎইনি। অকনবা ব্রাহৈগী মহুৎ অপূনবা সমাজ অমগী মীবক তিনবা ব্রাঙাং শাঙাং শীজিন্নে। থৌদোক, পোৎ, লম, মী অমসু মশক, মফম, মতম থাবদা মচা খায়না পাউদমদুনসু অপাবশিংবু তম্বহনবদি থোক্তে। মতাং মতম চানা প্রমাণ- পাম্বে, উপমা অমদি শাফু পীবা ঙম্বা ব্রাহৈ কয়া শীজিন্নে। শাবী শানৌ অনীগী নুংশিবদা মপা ওইনা অথীংবা পীবদা 'মাঙদা চীঙজাওগুম্মা থৎখি', নোংঙানবদগী লেপ্পা লৈতনা চুবিবা নোংবু 'ঈশিং পুনদগী হৈথবগুম', মপাগী মায়োক্তা চেল্লুববা নুপা নুপী অনীবু খাইদোক্লবদা 'ফিবাক তম্বায়তানা শেগায়বগুম', মায়থোং মকা লাম্ববু 'হবাওবগী মমিনা মনিং তম্মা শান্নবকই', মশক মতৌ ফজদুনসু মনা পংবতা নত্তনা মবোল থোক্তববু 'ফনমক চেদা য়েকপা লাইগুম্মা ফজদুনসু' নচিংবা সিমিলি, মেটাফব, ইমেজবী মপুং ফাই।

ব্রাবীমচা ইবা অমা ওইনা বিনোদনা থল্লিবা মীৎয়েংদা মীনুংশিগী মফম অমা চাউনা থমই। মসিমক্তা অইবনা হেন্না পামজবিবা তোল্ল তাববশিংগী সমস্যা অসিদা চোংথোবক্লিবা চবিত্রশিংগী চমজববা পুকচেল, খুবাক ময়িদা হিংলিবা পুক্সিনা নোংদম্বগা তোয়না মুক্লবা, অফ-ফত্তা থিরুদনা পংহিং হিংবা মতৌদা হেন্না মীৎয়েং থল্লকই। মীগা মীগগী মবত্তা অচৌ-মচা, অব্রাং-অনেম খাইদোক্লিবসিনা হম্বুবা থাক্তা হিংলিবা কাংলুপপু কবিসু লৈত্তনা খন্নবগা নাকোয়ননা নৈখায়বীবকপদা নুংঙাইজদবা মতৌনি।

সমাজগী সমস্যা অমা ওইনা শেল-থুমগী চাগা চাদিংদা নোংমা নোংমগী লুপথবক্লিবা মীওইশিংগী পুন্সি, আর্দশ অমসুং ইজ্জৎপু পামলুবশিংনা ওইবিবা নীংবা কায়বনচিংবদা লক্ষীবাবুনা মবেপ লুনা য়েংশিল্লকই। শেল-থুমগী ফীভমনা তপ্পা তপ্পা লাকশিল্লক্তুনা হিংবগী অকবা তানফম লাক্লুবদা মীওইবনা মোবেল ভেল্যুজবু নাথৈদুনা অচৌবা লানফম অমগা মায়োক্লবকই। মায়পাকপা অমদি মায়থিবগী মহৈ থিকদুনা মায়োক য়াবা ঙম্নবতা হোৎনবকপদা মীওইবগী লমচৎতা অওনবা লাকই।

ট্রেদিশনেল ওইবা খূৎই হায়বদি ব্রাবীগী অহৌবা ময়ায় মথং মথং চাউখৎলক্লগা পান্দম অদু ফংনবা হোৎনবা খূৎইবু পামজবা লক্ষীবাবুনি। খূৎই অসিদা মফম মতমগী মতুংইন্না মায়োক্লবকপা থৌদোকশিংদা মীওইবগী ওইবিবা মশকশিংবু কূপ্পা নৈনৈ। *মীৎযেং অনী, ব্রাখল অনী, থম্মোই অমা* থব্রায় খূবাক্তা হাপ্লগা কুপনোম নোমদুনা ইজ্জৎ অমদি হিংবা অনীগী মবক্তা লাঞ্জংলিবা মৈতৈ নুপী অমগী মশকপু লক্ষীবাবুনা লোকেল কলব শীজিন্নদুনা হৈশিংনা লাম্থোবকলি। লক্ষীবাবুগী ব্রাবী খূৎলীদা পোলোইদা ওইবক্কদবা মহৈদু ঈঙ্গিৎ ওইনা খজিক্তং পল্লন্নগা মথং মনাউ চৎথবকই। জাৎ, কুচু, ধর্ম্ম তিন্নদবা মীওই কয়ানা পুল্লপ পুনশিন্দুনা 'বামদুলাবীগী চনাচোবগুম ইয়ান য়ান্নববা' লক্ষীপুবগী শগোলশেন নুমিৎতা কাবা চাউববা কৈথেল অমদা হবাও তয়াম্বগী মশকক পুংবীবক্তুবী মৈতৈ নুপী থম্বাল লৈবিকনা ওইবিবা ফীভমবু তগৎ তগৎ *তেক্লা লীথোকলিবা য়াম্না নেচবেল ওই। থম্বাল লৈবিককুম্নবী চেংদাইবী মৈতৈ* নুপী অমনা মীবক তিনবদা থেংনবিবা খুদোংচাদবা কয়া থোকলিবশিংগী মনুংদা মীতোপকা লোন নীংথিনা ফাওনবা ঙমদবসু অমনি। মসিমক্লা শেবান্নবা অর্থ চৎনখিদুনা কদায়ফাওবা শোকচিল্লকপগে হায়বদু অইবনা পুথোবকইঃ

> তাইহৌদবা য়াদবগুম মমাংদা লাকপা খুদিংদা খুজেং ফাদুনা চেং য়েংহল্লি। মচীনসু লেপ্লে — "বাবু লোনে, য়াম্না ভালোনিনে।" .. নহা অদুগী চোয়জাইনবক্লবা মিৎয়েং মশেক অমনা ঈকায়বা ব্রাংমা লান্দুনা থম্বাল লৈবিক্কী কাংলিবা ফিজিদা চেনশিনখিদুনা সনালোককী য়াইবু খৌবুম থন্না য়েংলদুনা লংনবগুম শোল্লি -- "তোমাবতাতো খুব ভালোহে।"

"হোয়নে হোয়নে ভালোনিনে। তোমাবনা একবাব
খায়বাব কোবোনে" লৌবিনবা তকশিল্লি থম্বাল লৈবিক।[৮]

মপান কয়া থোকচদবা মৈতৈ নুপী অমনা বাংলা অমদি মৈতৈবোন য়ানশিন্দুনা ঙাংলিবা নেচবেল ওইবা ৱাঙাংনি। অদুবু ৱাহৈ অসিনা অমুক মীৎয়েং তিন্নদ্রবা তোঙান তোঙানবা ৱাঙাং অনীগী মবেক মহাউ পীবি।

মীয়াম তিনবা মফমদা অমাংশঙ, মপান থোকফম নীংথিনা শাদুনা থম্বগী ৱাখল লৈতবা, ঙাইহাক ঙাইহাক্কী খন্দুনা হিংনববসু, ফীভম অসিদা অমুক্কা হেন্না খুদোংচাদবা কয়া মায়োক্নবিবা মীওইশিংগী মনুংদা কৈথেল কাবী মৈতৈনুপীশিংসু অমনি। লাংফম অসিদা অচিন অকোম য়েংদুনা নুপী ওইবীগী ইজ্জৎপু কবিসু খনদনা মযাই কানা হিংলিবা মীওই কয়াসু লৈবি। থম্বাল লৈবিকনা হকচাং লুমথবক্তুনা নুংঙাইবক্তবদা শেংদোকচননবা মী উদবা মফমদা চঙলুবদা ঈকাইবা নংবতা নত্তনা নুপী ওইবীগী ইজ্জৎপু শীংনবকই। অসুম্না হঞ্জিন হঞ্জিন ঈকাইবা নংলবদসু অমুক হন্না নিশাগী ঈপাক্তা তাউখ্রবা মপুবোইবগী মফমদগী নাম্থোকপা ঙমদে। ইমুং মনুং হন্না য়েংশিন্দ্রবা মপুবোইবনা পোৎফমদা লাক্তুনা যুগী চাকশেনগীদমক নৈবক্লবদা পাম্বৈ লৈজদ্রবী থম্বাল লৈবিকপু নমদুনা ময়াং ঙায়োনবদা ইনশিল্লকই। অমুকসু ময়ুমদা লৈহৌবিবা মচাশিংগী খল্লকপদা মমশিল্লক্তুনা য়োনবা ঙমহৌদ্রবা চেঙদু ময়াং মহাজনগী দুকানদা থম্বা য়াননবা অমদি শেন খবা পূননবা হায়নবিবা ৱাঙাংদা তোঙান তোঙানবা অর্থ লৌনদুনা ওইবিবা পূক্নীংগী ফীভম থোইদোক্না অপাবশিংদা মীনুংশি পোকহল্লি। অসুম্না অতেনবা মতমগী মনুংদা তোঙান তোঙান থোকলিবা দৃশ্যশিংবু ওবজেক্টিব কোবিলেশন অমা পুবক্লগা মপুং ফাবা ৱাবী অমা শাগৎপদা মায়পাকই।

*কালেনথাগী লৈবাকলৈ* মপুবোইবা কায়নদুনা লুখ্রা ওইহৌববী নুপী অমগী পুক্সিদা লৈত লাইববগী চৈথেংনা পীবকপা সমস্যাদা ওইবক্লিবা পুক্সিগী মশকনি। হিংবগী কল্লবা লাম্থেংদা ফীভম অমদি মতমনা নাকয়েৎতগী পীবকপা চৈথেং কয়াগা মায়োক্লবদুনা অখাঙ কনবী, ট্রেদিশেনেল ভেল্যুজতা চেংনা থাজ্জবিবী মৈতৈ নুপী অমগী শক্তম য়েকপনি। অইবনা ৱাবীমচাসিদা চপমান্নবা থাক্তা হিংলিবা নুপী অনী লৈবাকলৈ অমসুং মলয়া তোঙান তোঙানবা শক্তমদা য়েকপতা নত্তনা মখোয়গী ৱাখল মীৎয়েং অমদি পুক্সিবুসু মচু লোক্লবা হোংনৈ। লৈবাকলৈ য়ুমপানবগী পুক্সিদা

খোঙদাববসু মপাং কায়নববী, হন্না য়েংবদা পীক্লিবা মচা অনী নত্তনা কনামত্তা লৈত্রবী, ব্রাবে নংলে হায়দুনসু পুক্সিবু থাদোক্তুনা চৎপগী মহুত্তা কালেনগী শাববা মৈশাবক্তা থবককা অঙম তান্নদুনা হিংলিবীনি। তমথীববা পুক্সিগী ঈবৈ অমদা লাকশিন্দুনা মপুবোইবা কায়নববসু নুপী অমা ওইবগী হৌনবী পূকচেল লেপতুনা মশাগী আর্দশ ঙাকচবতা নত্তনা মমা অমা ওইবগী চপচাবা মথৌদাং অদুতবু পামজবনি। মতাং অসিদা অব্রাবা কয়া মায়োক্লদুনসু মমা মচা ওইবগী অচেৎপা লংলানা পুল্লবদা অঙাংশিং অদুনা তুংগী পুক্সিদা লমচৎ শাজৎ ফবতা নত্তনা অফবা সমাজ অমা শেমগৎপা হায়বসি মমা ওইবীগী থৌদাংনি হায়বা ব্রাফম নীংশিংবা য়াই ঃ

> Motherhood itself is an important and full time job, women create human beings, and play very little part in the creative work Well behaved children are women's products, for women give children character and teach them how to behave [৭]

অমবোমদা শেলতনা মকনি খল্লগা পুক্সিবু কাববাব ওইনা ওল্লোকনীংবা মলয়ানি। অশাবা ঈ লোক্তুনা হিংনিংলিবা মলয়ানা লৈবাকলৈবু ফাদুনা পামজবা লাংদা হপচিন্নবা লাকনৈ। শকতা চুদা হন্দ্রিবী লৈবাকলৈবু লৌলিংফমদা ব্রাহৈগী লৈতেং কয়া শীজিন্নদুনা অমুক হন্না যূমপান্নবগীদমক য়াই থাবকপদা হেক হেক পংথদুনা মঙলানগুমখ্রবা হৌখ্রবা থৌদোকক‌া লৈবাকলৈগী ব্রাখলগা মূক্লহল্লিবা অইবগী ফজববা মফোঙদোকনি। লৈবাকলৈনা খাঙুথক্তা মালেম লৈদা লৈতিনখিগদ্রা খল্লবসু মপুবোইবগী হিংমিন্নবিঙে পুক্সি মতেক অমদা পীবম্বা নুংশি মীৎযেং, থাজনা হায়বম্বা ব্রাফম অমদি মচাশিংগীদমক তবাথোক্লা খল্লিবা নুপী অমগী মশক অইবনা নীংথিনা শেল্লি।

সমাজ অসিদা নুপী ওইবীশিংনা যূন্বান তোয়কববগা তুংদা মচা মশুশিংনা লমচৎ নাইদবী ওইনা খনবদু লৈবাকলৈ পামদে। পুক্সিবু অমুক মহাউ তংনিংদুনা লুপ্রাবী অমনা অমুক হন্না সমাজ মমাঙদা ময়ূম পানবা ওইথোকলোইদবা লৈতে। মসিমক ওইদুনসু নুপী অদুবু ফিদমনিঙাই ওইবা নুপী ওইনদি লৌনদে। লক্ষীবাবুনা লৈবাকলৈগী শক্তমদা নহা ওইনা লুপ্রা ওইহৌববী মহাক্কী পূক্লীংদা ঈথক-ঈপোম

কয়া হৌবকলবসু মপূক্রীং লাকশিনহন্দুনা ফিদম মাগুদ্রিবী নুপী অমগী মশক শাগংলি। অপাম মিহৌগী লাং কয়া থাক্রুনসু মপূক্রীং লাকশিনবা ঙমখিবী লৈবাকলৈগী শক্তমদা লক্ষীবাবুনা পুক্সিবু য়াম্না থাজনা, নুংশিনা য়েংবা মীৎয়েং উবা ফংই।

লক্ষীবাবুগী ৱাবীমচা অয়াম্বা নেবেতিব ওইনা তৌববসু দাইলোগ শীজিন্নদুনা ৱাবী পবিং শেমগৎপদা ফজহনবা ঙমই। অয়াম্বা মতমদা চবিত্রশিংগা চান চুনবা ৱাহৈ ৱাতা ময়েক শেংনা থম্বা থেংনৈ। মপান কয়া থোকচদবা মৈতে নুপীনা বাঙ্গালী লোন ঙাংবা হৈফাৎতবদু 'হোয়নে হোয়নে ভালোনিনে, তোমাবনা একবাব খায়বাব কোবোনে' নেচবেলমক ওই । অমুকসু ৱাহৈ ৱাতাদা ইকোনোমী ওইবা থেংনৈ। শগোলশেন নুমিৎকী লক্ষীপুব কৈথেলদা তোঙান তোঙানবা মীওই কাঙলুপ তিন্নববু 'বামদুলাবীগী চানাচোবগুম ইয়ান য়াননবে, ইতিন তিন্নবে', নীপানা মবম চাদনা নুপীবু ফুবীবগী মতাংদা 'হেক্তা ফুবি থোং হাংলমদবগী থোং হাংলমবগী', মী কুংনা চৎলিবা কৈথেল লম্বীবু 'ককচেং চৎপগুম খুবক হাংদে', নুপী ওইবীগী ইজ্জৎপু কঞ্জদুনা অমম্বদগী চেম্থোবক্লবসু মপুবোইবনা য়ুগী চাকশেনগীদমক লেপ্লম্বদা 'খোইদগী লৌথোক্লবা ঙানা থাঙগী ময়াদা তারবগুম', মলয়ানা থেম নৌবা ৱাহৈ ৱাতানা লৈবাকলৈবু য়াহন্নবা হোৎনবদা 'ৱাঙাং হৈবী মলয়া থিক থিক নোক্লগা খোয়চাক অমমুক লেংশিল্লি', মলয়াগী থম্মোয়দা তাবিবা নুংঙাইবগী মমিবু 'চীম্বানদনা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌদুনা থম্মোয়গী ঈপোম ফুদোকচৈ' হায়বনচিংবশিংদা ৱাহৈ খজিক্তনা ময়েক শেংনা ফোঙদোকপগী মশক উবা ফংই।

মতমগী পুক্সিগা চাশিন চুশিন্ননা হিংননবা হোৎনবদা শেলথুমনা পীবকপা চৈথেংদা কদায়ফাওবা শোকহনবগে হায়বদু মীৎয়েং কুপ্পা লক্ষীবাবুনা য়েংলি। চৈথেং অসিদা অমুক্কা হেন্না শোকহল্লিবসি নুপী ওইবীশিংদনি। মসিমক হিংবা অমদি ইজ্জৎকা মুক্লবিবা লৈবাকলৈ *(কালেনথাগী লৈবাকলৈ )* অমসুং থম্বাল লৈবিক *(মীৎয়েং অনী, ৱাখল অনী, থম্মোয অমা)* দা উবা ফংই। নুপীগী অৱাংবা ফিদম অমদি ফিদমগী মহৈনা নুংঙাই য়াইফবা পুবকপা হায়বসিমক মহাক্কী অচেৎপা থাজবনি। অসুম্মা মহাক্কী কলাদা নুপী ওইবীনা মপুরোইববু ঈশ্বব ওইনা নীংজবা মীতে নুপীগী ফিদম অদু মতম চুপ্লদা ঙাকচবা পাম্বগী ৱাখল য়াওবি। অইবনা পামলিবা মীৎয়েং অদুমক লৈবাকলৈগী মপুবোইবগী অবোইবা

মীৎকুপ্তা ফোঙদোকহল্লিঃ

> য়ুমবান তোয়বা নুপীগী ফজবা লৈতেং নত্তে। মমা ওইবা ঙমজবনা মালেমদা নুপী ওইবীশিংগী ফিদমনিঙাইনি। মপা মশক খঙহৌদ্রবী অপীশক অসিবু নঙ ঐগী লৈপুনগী মহৈনি খল্লবদি নঙসু শোয়দনা মমা অমগুম হিংবা ঙমহনসনু।[৮]

নোংদম্বনা মপুবোইববু শেত্তুনা পুবিম্রবসু হৈথা কয়াগী লৈকা ফম্না লৈশাং তমহল্লগা মহৈ চুম্না পালহনবা ঙম্নবা হান্ন লৈজবন্নবা পুন্সি শকফম কায়হনখিদে। কালেনথাগী লৈতঙ্গাই মবক্তা শাংলিবী লৈবাকলৈগুম অখাঙ কনবী, থম্মোয় চেৎপী লৈবাকলৈমক ওইবি। অমবোমদা থম্বাল লৈবিক সোসিয়েল বিয়েলিতিবোমদা চঙশিন্দুনা খিকবদা থেংনবকপা সমস্যা অমগী চপচাবা চবিত্রনি। মীতোপশিংগী মবক্তা হিংলিবা জাতি অসিগী নুপীশিংদা ওইথোকপা য়াবা থৌদোক অমবু মফম মতম চানা তবং তবং পুথোবকপনি। য়ুদা ঈতিংদুনসু মপুবোইববুদি নুংশিজবা, হৌজ হৌজ ঈকাই কোকথোংনববসু মচাশিংগী খন্দুনা ঙম্নবা হোৎনবিবা থম্বাল লৈবিক্কী ফীভমদা ঐথোয়বু মীনুংশি পোকহল্লি। কৈথেল মীবক্তা অব্রাবা নংলিবা থম্বালগী নুংঙাইতববু অপাবশিংদা ফাওহল্লি।

তাইবংগী নাকয়েত্তা মীৎকুপ কাংদনা থোকলিবা থৌদোক ব্রাথোক কয়াবু *অসুম য়েংবিবদা* উবকপশিংদুগী অপূনবা শক্তম অমগী মপাউ তমলিবা ধনঞ্জয়নি। খূঙ্গংগী চমলবা পুন্সিব্রাবী লীদুনা তাহন্নবা হোৎনবিবা খূৎইনি। সহবগী চাউখৎপগী মমি তমদ্রিবা খূঙ্গংগী মীওইশিংগী লমচৎ শাজৎ, পুন্সি মহিং অমদি মখোয়গী ব্রাখলবু পুন্না ফোঙদোকলিবা *লাইমন* দা শাবী শানৌ অনীগী পীকলবা থৌদোক মচা অমতংবু লৌখৎলগা মনুং মপান ফাওনা পাউদমই। অহবগী হৈশিংলবা ব্রাবী খূৎলীনা তেল্লবা মফম অসিদা খূঙ্গংগী পুন্সি মবেল, মখোয়গী শিনফমবু চিংশিল্লক্তুনা মফম অমা পীবি। বিনোদ অমদি পতমা অনীগী অব্রায় অখুমদা নুংশিবগী নাকোইনববা য়াব্রা ফোঙদোকপতা নত্তনা অহল লমনগী মীৎয়েং মখাদা হিংলিবা পুন্সি অমা ওইনা মখোয়গী ব্রাখল্লোনশিংবু অপাবদা ময়েক শেংনা খঙহল্লি। অমুকসু পতমাগী শাউবপ তৌবা পাউখুমদগী নীংহন্নগ্রবা বিনোদনা থৌনা ফুদোকপা ঙমজদবা মতৌ, নুংশিবগী ঈঙ্গিৎপু তবাই তবাইকববা পতমানা নীংঙমদ্রবা ব্রাখলগা ঈবোয়ননা হিদেন তাফমদা ঙাইজবদা কবিসু হংবিবমদবা, নাকন অমবোমদা থম্মোয়দা নুংশিবা ফাওদুনসু অমুক

হন্না ফোঙদোকপা ঙমদনা বিনোদনা হকচাং তৈথোকলিবা খুদৈ মকমদগী লোন্না য়েংলন্নগা চংখিবা চন্না ফজবা টেক্নিকনি। অইবগী সবজেক্টিব ওইবা খুৎই ঈবৈ দদি লাইববা ইমুংগী আব্দুল অমদি রহমানননা মপাঙ্গোংদা তুবেল ঈচেলগী ঈরৈদগী কন্না হোৎনজবগা নাঙ্গোকচববসু 'লাইববা' গী ঈবৈদগী নাঙ্গোকপা ঙমদ্রবা মতৌ উংলিবা অইবগী হৈশিংবা অমনি। অইবা মশামক্তা হকথেংনকবা থৌদোকপু তবং তবং উংনবা হোৎনবদা অব্বায় অখুম তৌনহন্নগা বাবীগী মতেং পাংনবা হোৎনৈ। লোন চমই। খুঙ্গংগী পুন্সিগা চান্ননা কাহেন্না শেমজিন শাজন্দবা বাঙাং শাঙাং থমই। মৈতৈ ময়াং পুন্না তামিন্নবিবা লমদম ওইবনা বাহৈ বাতাদা ময়াংলোন শীজিন্নবা মতাং হেক হেক থেংনৈ। মতাং খবদদি ফোক্ক স্পীচ ওইবিবা, 'ইবো', 'যাহা উপায়' হায়বনচিংবসু শীজিন্নৈ।

ববাক তম্পাক্কী বাবীমচাগী ঈচেলদা ইহান হানবা ওইনা থোবকখিবা নুপী অইবী অমা ওইনা থোকচোম অঞ্জনানা নুপীগা মবী লৈনবা সমস্যা কয়া পুথোরকই। নুপীদগী নুপাবুনা হেন্না লুনা খনবা, নুপী ওইবীগী ইজ্জৎপু খোঙ্গোইনবীবা, অওং অউনগীদমক নুপীনা নুপীবু হস্থনা য়েংবনচিংবা সমস্যাশিংদা হেন্না মীৎয়েং থমদুনা খুৎথাবকই। থিমেটিক ট্রিতমেন্টদা ইমান মান্নবতা নত্তনা খুৎই অমদি মফোঙদোক্তসু অশোনবা লৈবনা মথৌ হাপ্পদা শোস্তক তাবি। লমদম অসিগী মতমগী বাবীমচা ইবশিংদগী অঞ্জনাগী তোপ তোপ্পা মশক্তি নুপী অইবী অমা ওইনা নুপীগী সমস্যাবু হেন্না লুনা লৌবগা খুৎথাবকলিবা অসিনি। নুপীশিংবু য়ুম্নাক শাগৈ হোংখ্রবা মতুংদদি মীগীদা তিনখ্রগদবনি খল্লদুনা মমা মপা ওইবীশিংনা থৌশাবীদবা মতৌ (নীঙোনসু পিবানি, পিবাসু নীঙোননি), অওং অউন মতিক চানা তন্নক্তবগীদমক মনেম ওইবীশিংনা তাথী তাওইনা তৌবিবতা নত্তনা অঙাওবী ওইনা পাউথোকপীদুনা পুন্সিবু লৈখা তাহনবা (লৈচিন্না য়োৎখ্রবা থাজবু), চিবোন তৌদুনা নুপী ওইবীগী ইজ্জৎপু খাঙুথক্তা মাঙহনবীখ্রবদা খনফম খঙলক্তদুনা মীহাৎপী ফাওবা ওইবকপা (অয়ুক্কী মঙলান্দা অহিংগী মীকপ, মিবাংদা থুববা পেবেৎ) নচিংবদা নুংনাংবা ফোঙদোকই। ট্রেদিশনেল ওইবা খুৎইবু হেন্না পান্না শীজিন্নবিবা অইবীগী বাখল মীৎয়েংদা নুংনাংবা, পেন্দবগী বাকৎ অমা তোয়না থেংনৈঃ

ওন্থোকইদা সমাজ, স্বার্থগী বাখলদা মিৎতাংবী ওইদুনা
অথেনপোৎ খবগীদমক অসুক মমল য়াম্লবা মীওইবগী

> পুন্সিবু খোঙনেৎনববা পুন্সি অমা নমদুনা শেম্বীবা ঙম্লবা। অপাম মীহৌ লামৈগী ৱাংলবা মৈবীনা চাকখৎলিবা নঙগী থম্মোয়গী ৱায়েলনা নিঙোল কয়াগী পুন্সিনো মোংফমদা তিলহনখিদৌবা ? চনুবা কয়াগী থৱায়নো উফুলক্তা ওলহনখিদৌবা ?[১]

নুপীগী থৌনা লিংজেনবু নুপীনি হায়বগী পাউথোক্কুনা উৎন ৱাইনা খুমজিল্লিবা সমাজগী মীৎয়েং অদুদগী নাম্থোক্লগা মনীং তম্লকপদু থৌবাংনা ঙাইবিবা অইবীনি।

## মপুং মরৈ ফারকপা মতম (১৯৯১ -)

কুনগুবা চহীচাগী অবোইবা চহী তবাগী তাংককনা য়ৌবকপদদি লমদম অসিগী ৱাবীমচানা তপ্না তপ্না মপুং ফাবকপগী মওং অমা উবা ফংলে। মতম অসিগী অইবশিংনা হান্নগী অইবশিংগী থীমশিং অমুক হঞ্জিন্না লৌশিন্দুনা পুথোবকলবসু মীৎয়েংদা হেন্না পাকথোক চাউথোবকই। তাংকক অসিগী থীমদা চঙশিল্লকপা থোইদোকপা অনৌবা মশকশিংগী মনুংদা রাজনীতি অমসুং আইদেন্তিতিগী ৱাফম পুশিল্লকপসিনি। অসিগুম্বা থীমশিং অসিগী ৱাখল্লোনদি এবষ্ট্রেক্ট ওইবনা খুৎফোঙদোক্তসু অনৌবা চাংয়েং তৌবকই। সিম্বোলিক ওইবা খুৎইশিংদা অনৌবা টেক্নিক কয়াসু চাংয়েং তৌবকই। হীবম মীৎয়েংদা পাক-চাউনা কোনশিল্লিবা অইবশিংনা অমুকসু অপুনবা সমাজগী মশক্তা লোন্না নৎত্রগা ফোংনা চম্থবিবা কবপসন, নুপা নুপীগী মবী অমদি মথোয়গী লমচৎ, মতমগী য়াওলদা লাকখিবা লালহৌবগী ঈবাংনা শীবকপা তংতাদ্রবা ফীভম, মীওইবগী পুন্সিদা শাগোন্নদুনা লৈবিবা লৈত-লাইবগী মশকশিংদা কুপথনা খুৎথাবকই।

হৌখিবা চহী নীফুগী মতমদা ববাক তম্পাক্কী সাহিত্যদা ৱাবীমচানা পঙচাউ চাউনা কনবা ঙমদ্রবসু অকোনবগী তাংকক অসিদদি শাবেপ ফাবকপা উবে। তেল্লবা মতম অসিগী মনুংদা ৱাবীমচাগী ওইবা লাইবিক কয়ামবোম ফোঙদোবকপা থেংনৈ। ইং ১৯৯০ দা বীবমঙ্গলগী *অমম্বা সহব*, ১৯৯৩ দা কৈশাম বিদ্যাপতিগী *ঈগুনা শাবা জগোযদো*, বিনোদবিহারীগী *জাবিবোন বাবু* ফোঙই। ইং ১৯৯৪ দদি অইবী নীনা দেবীনা চঙশিল্লকক্কুনা *মৈবাম্বী* অমদি বিনোদবিহারীগী অনীগুবা লাইবিক *হনুমান নমৈ কোল্লো* পুথোবকই। মসিগী মতুং ১৯৯৫ দা এল. বিনোদকী *লৈইগী*

*রাংমদা*, এন. ধনঞ্জয়গী *ঈংনা তপ্পা চেল্লি কাটৗখাল*, ইং ১৯৯৬ দা খবলগী *অমসুং রাবী খবা*, সুব্রামগী *লমচক্রুববা পুন্সি*, নীনা দেবীগী *তেবা পান্থীনা তেংথাবি*, অসেম সবোজিনীগী *নীলকমলগী জহিদা* ইং ১৯৯৭ তা বি.বি. মুতুবাগী *অপাইবা লৈচিল*, সুব্রামগী *মশা চাববদি কমদৌনি*, ১৯৯৮ দা য়েন্দ্রেম্বম কুঞ্জলালগী *ঐবুসু অমুক্তা হিংহল্লীয়ু*, সুব্রামগী *মমল পীবিববোইদ্রবা রাকং*, নাওবেম বাজেনগী *রাবী ওইদ্রবা রাবী*, ১৯৯৯ দা বিনোদবিহাবীগী *খোঙ লোনশিনদ্রবা য়ুম*, হৈস্নাম লক্ষীবাবুগী *সনাগী থল্লাল থিকবদা*, কৈসাম মংলেমগী *ইঞ্জিনিয়াব ওংবী পাবলৈ*, ইং ২০০০ দা সুব্রামগী *খুনুখোংগী শমদগী হিংনবা লান*, নমীতাগী *লীক্লিগী তজমহল* লাইশ্রম তবনীকান্তগী *খন্না*, ইং ২০০১ দা তবনীকান্তগী *নুংশিবা হায়বসি নিশা অমনি/নত্রে*, ইং ২০০২ দা এন নোনিগোপালগী *আনি*, রাজেশ্বব থাওবোইজমগী *অচেংপা কিশি*, ইং ২০০৫ দা সাপম বল্লভকী *শকখঙদ্রবী ইচেম অদো*, ইং ২০০৬ দা খাইদেম শাজৌগী *তমনলাই*, ইং ২০০৭দা সুব্রামগী *ইমাদি চবম য়ৌবক্রে*, ইং ২০০৮ দা এস বদরুন নেসাগী *ঙাইখিনি অচুম্বনা পোলোই ওইবকপা* নচিংবা মথং মথং পুথোক্লুবকই।

**চহনবীনা পীরকপা চৈথেং**

থীম অসি মমাঙগী তাংককতসু অইবশিংনা মখোয়গী রাবীমচাগী থীম ওইনা লৌখৎপা থেংনখি। অদুবু তাংকক অসিদসু অইবশিংনা থীম অসি অদুমক পাম্না শীজিন্নবি। মতম অসিগী অইবশিংনা সমাজগী ওইবা অপূনবগী পুন্সিবু উশিনবগী মওং শোয়দনা য়াওই। মতমগী অহোংবা য়াওলদা ওইবক্লিবা সমাজগী ফীভম, অওনবগী শাফুদুনা পীবকপা অনৌবা ভেল্যুজ, সমাজগী লীচত্তা অশোয়বা পেন্দবা কয়াদসু চিংথোকতুনা উৎলি। অমুকসু অশোয়বা অমদি অশোনবা কয়াগী রাকৎসু লাম্থোকই।

কোনসম বিনোদবিহাবীগী *নিঙমদবগী চৈনা* চৎনবীগী খূববা মীৎয়েংনা হাববা মণিপুবী সমাজগী মশক উৎপা রাবীমচানি। লৈকাই অমত্তদা হিংমিন্নরিবা মীওই কাঙলুপ অমবু চৎনবীগী মকম থুপ্না কবিগুম্না নুঙাইনদবা মবম খবগীসু নাকপাক তানবকই। অসিগুম্বা ফীভম অসিনা লাপথোক্লহল্লবা প্রমিলানা ফমশেন্নবিবা মপাগী অনাবা হংবা লাকপদা নিংফু নিংফু ঙাংনৈ। অপোকপা মপানা লৈখিদ্রবা মতুং শ্রাদ্ধদা হৈ লৈ খবদং কৎপদা অথিংবা পীবকপা পূম্নমক থেংনবগে

হায়না লেপথোকচে। প্রমিলানা সমাজগী মায়োক্তা চোংথোকচববসু মপুবোইবা জয়কুমাবনদি ফৈগাক ফৈনা থিংলকখি। মচা ফাওবা লৌশিনখিদুনা কায়নবগী থাক য়ৌবকপদদি প্রমিলা ফীভমনা পুবকপা থৌবীনা পূনশিন্দুনা শুপ্লগী থম্মোয় শোক্লা কপ্পা নত্তনা উপাই লৈখিদে।

সুব্রামগী *বাবৌবি কংশিল্লক্লবা কুন্দোনা* হায়বা বাবীমচাসি সমাজগী অহকপা চৎনবীনা ইশ্লোকপীববী নুপী ওইবী অমগী থম্মোয়দা ফাওবিবা নুংহিক্লবা মপাউ পুবা বাবীমচানি। কালাছড়া বাগানগী তোলোপ বাজাবদা মুড়ি লুথোং পুদুনা মৈতৈ নুপী মমামচানা পোৎ য়োল্লিঙৈ খঙহৌদনা পুলিশ গাড়ী অমা লাকলগা লগাউ শান্নবিবা কুলিশিংবু তানখায়বকপদা বাজাব কায়খি। মসিনা বাহৌ ওইদুনা মফম কয়াদা খৎন চৈনবা, য়ুম মৈ থাদোকপদগী ঈবাং কনশিল্লকখি। মীয়াম কায়দুনা মায়কৈ শলাই খঙদনা চেন্নবিবা মবক্তা মমা মচাসু পোৎ-চৈ হন্দোক্লল্লগা তোঙান তোঙান হিংননবা চেন্নখি। ঈবাং ফৎচিল্লক্তবদগী কাবফিউ থমজিল্লক্লনা চেনশিল্লুবা য়ুম অমদা নুমিৎ হুমনি লেনখি। কাবফিউ কোমথোবক্লবা মতুং ময়ূমলোমদগী থিবা লাকপা মীওইশিং য়ৌবকলে তাবদা নুপীজা ওইবীগী ফুম্বংনববা বাখলদা নুংঙাইবগী মমি তাবকই। অদুবু পূম্নমক্কী তায়োন্নবদা ময়ূমদা পুবীবগী মহুত্তা জাৎ তাববীনি হায়দুনা থাদোক্লনা চৎনখি। বাবীমচা *শোইনাইববা তিনদ্রোক* তা নুংশি চান্নবা হিংমিন্নবগী তায়োন্নবদা তোখায় তানবনা কবিসু তৌবা ঙমদে হায়বদু উৎলি। মচীন মনাউ তিন্নবা য়াদবদগী তোঙান্না য়ুম শাদুনা লৈববা ইবুঙোহলনা লৈশা তাদ্রিবা শুমাঙ শেমজিনবদা থেংনক্কবা থৌদোক অমা উৎপনি। য়াহৌবকপদগী মপা মচা চঙদুনা য়োৎপাক অমা পায়বগা শুমাঙদা শৌবিবা তিদ্রোক ময়াম তাল্লিঙৈ, ককথৎপিকবদগী *শোইনাইথ্রবা তিদ্রোক অমনা চৎপা ঙমদনা বানা খাঙলিবা মতৌদু* থেংনকই। ফীভম অসিবু উরুবদগী ইবুঙোহলনা তিদ্রোক থুমোক অদু লৈপল বাংমদা থাদোকপীবল্লগা ইক মায়থজ্জদুনা তনচৎ চৎলগা ঐজ্ঞাহনদা খুন তাইশিনবগী বাফম হজ্জৎখি।

**মনুং মপান নাইবা মশক**

*মীওইবগী শক্তমদা খজিক্তং য়েংলগা থম্মোয়দা কনানা কবি খল্লিবা* হায়বদু হেক্তমক খঙবা ঙমদবগুম পোৎ অমগী মশক্তা নৎত্রগা কনাগুম্বা অমগী লমচৎপু মপাম্লোংদা হায়ফেৎ য়েংলগা মগুণ অমদি মমল লেপ্পা হায়বসি তবাই তবাইবা

নত্তে। অসিগুম্লবা মনুং মপান নাইবা মশক অসিবু মতমগী ৱারীমচা ইবশিংনা পাম্না লৌখংলি। মপাম্লোংদতা ফজননবা শিল্লিবা থৌদৌসিবুদি মুন্না খঙবা ঙমজদ্রিবা মীওই কয়ানা অৱাফমদা তাখিবা মতৌবু পুথোকতুনা উংলি।

*ফোঙঙমদ্রবা মৈবী* ইচম চম্না পূকচেল তিংজবী লাইববা ইমুং অমগী নুপী অমনা সমাজ অসিদা তৌনবিবা মপাম্লোংগী ওইবা মশকপু থাজদবা ে.দোক অমদগী হোত্রোং হোনা উবকপগী ৱাবীনি। মহৌশানা মৈতৈ নুপীশিংনা অলৈ লৈত পূম্নমক কাউথোক্লবগা নিঙোল চাক্কৌবা মতমদদি থম্মোয় মথুম মবাং হৌই। সোবিতাসু লৈজবিবা ফিবোল শেং চাবগা মমান্নবী সখিতোম্বীদগী অয়ূক নুমিদাং চিন্নবা নাগী সনাদু ৱায়কবগা শিদুনা মপাম চংলি। চাক্কৌবা লোইবদুনা নুংথিল ময়ূম থুংলবগা মনাদা চিনবা অৱায়বা সনাদু হান্না থিন্দোকলুগে য়েংলুবদদি নাম্মা য়াওবমদ্রে। থিবা য়াবা থিববসু ফংদ্রবদা মপুবোইবগা তান্নদুনা মহাজনদগী শেল পূবগা মান্নবা অমা শাদুনা শিন্নখি। পূক্বা শেনফমনা মবেপ ৱাংখংলকপনা য়ুম্ফম মচেৎ লৈজবদু য়োম্লোক্লন্নগা খূঙ্গংদা লাকখি। ইমুং মনুংগী ফীভমনা শো কচিনখিদুনা চহী কয়া মপাম মায়কৈদা খোঙদাকদ্রবা মতুং চাক্কৌবা অমা চংকে খল্লগা অদুঙৈ *ইনখিবা দাউ য়াদে খঞ্জবা ইন্নফিদু ফিকবাক হাংদোক্তুনা শন্দোকলুবদদি য়ুম্ফম* ফাওবা মীগী ওইহনপ্রবা নাচোম অদু ফিনাদা নপতুনা লৈবমলে। মপাম য়ৌবকপগা নুংথিল মমান্নবী সখিতোম্বীগীদা চংতুনা মমাঙৈগী নাইনদু অমুক্তা ৱায়গে হায়কবদা মদুদি বোলগোল্ডনিনা মতম য়ৌদুনা হন্দোকখিবা কুইবে হায়বকপদা সবিতা আশা পূন্না মচেৎ তানা কায়খিবতা নত্তনা মানা উকবিবা সমাজ অসিগী মীওইশিংগী মপাম্লোংতগী ওইবা মশক ময়েক লাবকখি। সখিতোম্বীনা মপাম্লোংদা অকাপ্পা সনাগী নাইনবু অশেংবা শাজিন্নদুনা শীজিন্নবম্বনা সোবিতাগী মবাইবক্কী নোংদম্বা ওইবক্তুনা অৱাবা পুন্সি ওইহনখি।

*নীঙমদবা* হায়বা নীনাগী ৱাবীমচাদা হিংলিঙৈদদি মচা মমৌনা নীংথিনা তৌবিদবা, শিববা মতুংদা মীগী মমাঙদা য়াম্না নুংশিবা মতৌ উৎশিন্নবা, শ্রাদ্ধ মতুংগী ঙাতংবদা মনেম্না য়াম্না চাজনিংলম্মী হায়দুনা শাবেং থোংদুনা চাবা মতৌবু কবেম্নদুনা উৎপনি। পূম্নমক অসি হৌজিক মতমগী ঐখোয়গী সমাজ অসিদা থোক্তবা নত্তে। য়ূমলোন্নবদা লৈবী চন্দ্রজিনিনা প্রভাগী মনেমবোক অঙৌবীদা নোংমা শবেং থোংদুনা পীজগে হায়না পুবকপদা মনি মমৌ খংনদুনা লৈবম্বদগী হজোইদুনা

অমুক হন্না পুখি। অসুম্না নোংমা নোংমা হৌখিদুনা অঙৌবী লৈখিদ্রে। মপাম্বোংদা মনেম নুংশিবা শারিবা প্রভানা মনেমনা পামজবা শাবেংমক শ্রাদ্ধগী ঙাতংবদা থোংখি। মতৌ অদুদা নীংঙমদ্রবা চন্দ্রজিনিদি চাবা ঙমদদুনা তোকখি।

এস বদরুন নেসাগী *ইন্দোন চমেলি* হায়বা ৱাবীমচাদা মমা ওইবীশিংনা মচাশিংবু মী ওইননবগীদমক লৈকাই ৱাংমা লান্না শিন্নংবা চৎপা, মচাশিংদুনা চাউবক্তুনা য়ুম কৈ পান্নবক্রুবা মতুং মমাবু থৌশাবিবক্তবা, উপাই লৈত্রদুনা মবী মতাদা শাইদাংলুবনা মশাগী অনিংবা অপাম্বা অমত্তা পাংথোকপা ঙমজদবা মতৌবু মীনুংশিগা লোয়ননা উৎলি। হৌজিক মতমগী সমাজদা চাননা থোক্লিবা থৌদোকনি। চীংগী খুঙ্গং অমদা হিংজববসু চমেলি পুন্সি চেংজেলগীদমক নক্লা লৈবা মীতে খুন্দা নোংমা কাংদনা ফৌ শুবা, লৌ খাউবা, লৈবাক হোনবনচিংবা য়াওই। ফংলকপা শেনফম খবদুনা মচা মশু অমদি ইমুং মনুং হিংননবা হোৎনৈ। নোংমা নোংমা হৌখিদুনা অমত্তা ঙাইববা মচানুপা মপুং মবৈ ফাবক্তুনা য়ুম্বাল লম্বীদা খোঙদাবে। চমেলি চহীনা লুমথবকপদগী থবক শুবা ঙমলকত্রবদা মচানা থৌশাবক্তবতা নত্তনা তাম্বোরক্রে। উপাই লৈত্রবা চমেলি মনাউ নুপীগী মযুমদা শাইদাংদুনা হিংজববসু মশাগী থম্মোয়গী অপাম পামদা, তৌনিংবা হায়নিংবা কয়াবুদি ফোঙনা মকা লামনা পাঙথোকপা ঙমজদে।

**মেটরিয়েলিস্টিক ওইবা মীৎয়েংনা মীওইবগী মরী থদংলকপা**

বিজ্ঞাননা চাউখৎলপগী মতুং ইন্না মীওইবগী নোংমগী পুন্সিদসু অহোংবা কয়া লাকই। নীতি নোংমগী পুন্সিদা চঙত্রবা য়াদ্রবা পোৎচৈ কয়াবু মতমসিগী অনৌ অনৌবা অবাং অবাক লৈতেংনা মহুৎ শীনজিল্লক্তুনা চম্না হিংলম্বা পুন্সি মবেলদগী তপ্না তপ্না নাথৈহল্লকই। অসিগুম্লবা পোৎচাক্কী জগৎ অসিদা খোঙদাববা কনানা চান চুননা হিংননবা হোৎনবকপদা শেল-থুম কাহেন্না মথৌ তাবকপনা 'ঐগী' অমদি ইশাগী হায়বা ৱাখল্লোনতনা মাঙথবকই। লন্নাই ওইবা ৱাখল অসিনা লাকহৎখিবা মতমদদি মহৌশা মী অমগা অমগগী মবক্তা লৈনবম্না মবীসু তপ্না তপ্না থাপতোক্লবকই।

মংলেমগী *ইঞ্জিনিয়াব ওংবী থাবল্লে* হৌজিক মতমগী অবং অবাকতা তাউববা মীওইশিংগী লমচৎ শাজৎনা ইমুং মনুংগী নুংশিনবগী মবী ফাওবা তৎনহল্লকপগী মতৌ উৎলিবা ৱাবীমচানি। সংসাব অসিদা মশক মতৌদা পংনোপ

নোপত্রবী নুপী ওইবীশিংনা লাইবক তিন্নকবদগী নৎত্রগা হৈজ শিংজবদগী যুম্বান লম্বীদা খোঙদাবকপা মতমদা তিল্লুবিবা ইমুং অদুনা লন থুমদা অব্রাৎ অপা লৈতবা থোকলুববদি থম্মোয়দা নাপনগী ঈপোম অমা হৌবকপা কয়া থেংনদবা নত্তে। অসিগুম্নবা মীওইশিং অসিনা কনাবুসু থৌব্রা শাদনা মাতনা মহেল্লে হায়বা ব্রাখলনা নমহৎখিদুনা ইমুং অমত্তদা হিংলিবা মীওইবুসু তুম্মিৎ কাঙগুম নৎত্রগা ম'খায়না শান্ননিংবা মওংদা শান্নবা য়াবগুম লৌই। অসুম্না থাবল্লেনা মবাইবক তিন্নদুনা শেলথুম পায়বা ইঞ্জিনিয়াব অমগী মৌ ওইকবদগী শককী গুণনা মপুবোইববু শীজিন্ননিংবা মওংদা শীজিন্নবগা লনগী নাপলনা কনা লৈত্রবা মচেমহল অমদি মতৈহনবু অথিবা খোনদা শীজিন্নদুনা মচেক্লা য়ৈদুনা ঙাংই। নাপল ময়াই কাববী, মপুকচেল শেপ্লা মাগা মান্নদদুনা লোৎলবা ফাওবদা থিন থিন্দুনা খৎনবা হৌবা ঙম্বী, মশাগী পোৎ অমত্তা চোইথোকহল্লীংদবা থাবল্লেনি। মপুবোইবদা চক্রী তৌদুনা মীনাই নুপী অমা থম্নবসু মচেমহল থবক শুববোই খন্দুনা নমথিবগী নাম্মাদা মীনাইদু তাম্থোকই। ইম্ফালদা হোংগৎতুনা লৈকবসু মচেমহলনা লম খোপচিল্লমগদ্রা নুংশাথীবদগী হল্লকগা দলান অমা শাদুনা মথক্তগী খাক্লা খাক্লা চৈবী। ব্রাতোম্না ব্রাংলগা কাকনা ফমদেকই হায়বগুম থাবল্লে মাগী নাপন মপুগী খুৎশেমদগী তমথীববা থৌদোক অমনা মকফংনা থুদেকখি।

## নুপা নুপীগী কোমথরক্লবা মরী

মতাং অসিদা নুপা নুপীগী ওইবা মরী পাক-চাউনা উৎলি। অপাম নুংশিবসিনা নুপা নুপীগী মরীদা মকওইবা অমদি য়াম্না পাকশনবা অ'' ওইনা লৌবকই। লৌন লৈনবগী মমাঙদা ওইবিবা ঈবাংগী মশক উৎলি। অমুকসু লৈমিন্নদুনা চাদা নাউদাগী মরীনা চেৎনা পুল্লবনি খল্লবা মীওই অনীগী মবক্তা থাজদনা চাউববা লাংখোঙ তৌবা হৌবকপা য়াওবি। মকওইনা লমচৎ কামলুবা, চান্নদনা লৌন-লৈনবা পনবা য়াবা মবম ওইবি।

মংলেমগী *শিংলিদা ফুদোকখিবা লাইকুপ* হৌব্রবা পুঙ্গিগী খম্বহৌদ্রবা মীৎকুপ অমদা লান্না থাংখিবা খোঙথাংনা লৌন লৈনদুনা যুম্বান পুঙ্গিদা খোঙদামিন্নববশিংগী মবক্তা অকায়বা পীবকপা অদু উৎলিবা ব্রাবীমচানি। নুপা নুপীগী নুংশি নুংওনগী ব্রাবী ব্রাতাই, কেনবগী খমথেংবা নুঙাইবদা মহাউ লৌদুনা হিংলিবা পুঙ্গি অনীনি। অদুবু নুপীগী হৌব্রবা পুঙ্গিদা থোকখিবা অপাম নুংশিগী থৌদোক কয়াবু লাচন্দুনা

থমলিবা অবোৎপা ডায়রী অমদি চিঠি মহাকপু লৌবিবা নুপানা থেংনখিবদগী মখোয় অনীগী মবক্তা চেৎনা লৈনবন্না মবীদা খঙহোং হোংলকই। নুংশি চান্নবন্না পুন্না মাঙখিদুনা কায়নবগী মশক অমা লাকপদু উৎলি। *নুংশি লাইথোক* দসু নুপা নুপীগী মবীদা কোমথবক্লিবা মশক পুথোক্কুনা উৎলি। হৌজিক্কী মতমদা নুপা নুপীগী ঈবাং কৈথেলদা ময়ূমদগী লম থাপ্পা থবক তৌদুনা লৈবিবা নুপাশিংনা তুংগী শুকখন খন্দবমখে ঙাইহাক্কী ওইবা পুন্সিদা নুঙাইথোক্কুনা লৈবা কোঙ্গায়নি। মতৌ অসুম্ন া চীংগী লমদা আউটপোষ্ট তাদুনা থবক তৌবা নুপা অমনা মশাগী লমচৎকী মবমদা নাচুঙদ্রবী পূক্লীংগী ইহৎলদা ফাওবক্লিবা নুঙাইবদুতবু মহাউ লোক্কুনা হিংলিবা শকহেনবীগী শুমহৎ লাংদা থুখি। নুপা অসিগা কবিসু থোক্লদ্রবা মাগী অফ-ফত্ত পুম্নমকপুদি কুপশেন শেন্নবিবা ইনেশিনদি শকহেনবীগা নকশিন্দনবা তোয়না হায়। নুপা ময়ামগী মতম লেনফম ওইবিবা শকহেনবীদগী থাপতোক্লবা তোয়না পল্লি। মতম খবগী মতুং ময়ূমদা ছুটি চৎলুবগা হল্লক্কুনা তহ্য তহ্য শকহেনবী উনবা চৎপগী লম্বীদা মনেশি থেংনদুনা শকহেনবীনা অঙাং অমা পোকপদগী মপা শাবা পুম্নমক চীকমাং মাঙনদ্রে তাবদা নুংশা থিবা পোকললকই।

বিনোদ বিহারীগী *রাথোকচাউবী* নুপানা নুপী অনী লোনবদা অহোংবা লাকলিবা লমচৎকী মশক তাকলিবা রাবীমচানি। বোমা অমদি ইবোচৌবা হায়না শীংনদুনা লুহোংলকখিবা, নুপী ওইবীগী গুণ চপচানা য়াওবিবীনি। মপুবোইবনা বোমাবু মতম চুপ্পদা লুনা লোয়নবিববসু নোংমা খঙহৌদনা ওঝা নুপী গীতাবু অতোনবী ওইনা পুশিল্লকখি। মচানুপী পুংকক চাওরবী অমসু লৈববা ইবোচৌবগী মতৌদা পূমঙক ঙক্লখি। নোংমা নোংমগী রোমাবু মিবাইবীবকখি। তাঞ্জা অসিদা কুমাবনা মপুবোইবগী নুংশি ঈথৌলাংবগী খুদোংচাবা লৌরগা বোমাগী পুন্সিবু মহাক্কী ঙাইহাক্কী শান্নপোৎ ওইহনখি। মদুগী মহে বোমানা ফংখি। থাগী খোঙকাপ লেপশ্লবদা মপুবোইবনা রাথোকচাউবী ওক্কবী মিংথোন শীদুনা মীশক খঙগে তাল্লকলই। বোমানা পাম্বৈ লৈতনবা শিল্লবসু মবাল লৈববী অমা ওইখি।

সুব্রামগী *শওম ওক্লবা* অচাউবম কাবী নুপী অমনা হান্নগী নুপাবু মিবায়বগা অতোপ্পা নুপা অমদা অমুক ময়ূম পাল্লুবদা মথোঙ চাদবা অমা ওইবমদুনা থেংনবিবা অরা অনাগী রাবীনি। জুরাব শান্নবগা য়ূমদা থেঙনা হঙ্গিল্লকপা, শেল-থুম মফম মবাং খঙলক্তবা থৌদৌদগী সনাহনবী মপুবোইবগা খৎনদুনা ময়ূমদা হল্লক্লগা

লৈবখি। লাক্কমদাই মীৎকুপতা মপুরোইবনা অমুক হন্না খোঙথাংজিল্লক্তনবা হায়বকখিবা ঋহৈশিংদুনা সনাহনবী উপাই লৈখিদে। সনাহনবী মশাগী ফননবা খন্দুনা বড়বাবু অমদা অমুক ময়ূম পানখি। 'কৈ কিদুনা চেল্লগা শওম ওক্লে' হায়বগুম সনাহনবী অমুক হেন্না অরাবদা তাখি। মপুবোইবগী ফুবিংখাউদগী শেন খবা লৌথোক্তুনা শীজিন্নকব্বগীদমক জুরাবদা তাউল্লবা মপুরোইবনা তমথীনা ফুবীদুনা অনা লায়েংশঙ পুখৎপা তাখি।

ধনঞ্জয়গী *ইহৌবক্লবী গঙ্গা* মপুবোইবা লৈত্রবা মতুংগী বিমলাগী পুন্সিদা ওইবকলিবা ফীভমগী মতাং অমা উৎপনি। নৌনা লুপ্তাশিংদা চলহৌববা বিমোলা অমুক মং অনী শুনিংদবনা পূক্নীং রাবক্লবা মতম পুন্নমক্তা হোৎনজৈ। অদুবু মনাউ নুপা কুমাবনা মীৎয়েং কাবন চন্দুনা কায়হৌবকপদা থম্মোয় পন নীংখায়খি।

**শেঙ্গা থুমজাগী মশক উৎপা**

মীওইবা সমাজনা রানোম তুনোমবা পৈশা পীথোক পীশিন তৌবসি লোন্না নৎত্রগা ফোঙনা চৎনবকই। থবক মচা নৎত্রগা য়াম্না চাউবা অমগী মত ংদসু অস্তস্ব অমদি অয়ৌবী থাক্তা রাচৎ রানোম্বগী থবক অসি চৎথবকই। তাংকক অসিগী অইবশিংনা পামদবা লীচৎ কয়ামকম য়েকলকপগী মনুংদা রানোম তুনোম অমদি শেঙ্গা থুমজাগী মফম পাকচাউনা পীবি। অইবশিংনা অয়াম্বা মতাংদা শেঙ্গা থুমজাগী লাংদা থুববা উপাই লৈত্রবা মীওইশিংদা মীনুংশিগা লোয়ননা য়েংই। অমুকসু সমাজগী মায়োক্তা কবেম্নদুনা অমদি অচুম্বা শক্তম অমগী ঈথৌলাংবগা লোয়ননা রাকৎ কয়া থম্নকপা মওংসু উই। মতাং মশাংদা অপান্নবগী মওংদা নৎত্রবসু শাউবংনবগী খোঞ্জেল অমদি য়াওবা হৌবে।

*ঈ চুপাখিগেবা* হায়বা রাবীমচাদা নীনানা শেঙ্গা থুমজা তৌদুনা থবক অমতং ফংনবা হোৎনবদা কান্নবকত্রদুনা খোয়শাউনবকপগী মতৌ উৎলি। হৌজিক মতমগী ফম্নাইবশিংগী নাকয়েত্তা শেন্নদুনা লৈবিবা মীওই কয়ানা শীজিন্নবা য়াবা মীওইশিংদগী খুদোংচাবা তাঞ্জা য়েংদুনা থবক হাপ্লগী মিংদা শেল-থুম কয়া মৎলি। নাকল অমবোমদা সবকাবগী থবক অমতংবু ফংলবদি খন্দুনা লৈজবা মরৌ মশন য়োম্থোক্তুনা হোৎনবসু কোঙ্গাইনি। রাবীমচা অসিগী চবিত্র অমা ওইবিবা কুঞ্জমোহন লৌমী অমা ওইজববসু বি. এ পাশ তৌববা মচানুপাবু থবক হাপ্নবগীদমক লৈজবা মবৌ মশন য়োম্থোক্তুনা হোৎনৈ। মবক চেল্লিবা ব্রজবাবুগী মতৌনদি নোংমা

নোংমগী অশাউবা হেনগৎহল্লি। ঙসি হয়েংতমক পন্দুনা মতম কয়া মাঙহল্লক্রবদা থস্মোয়দা পেন্দবা পোকলকই। খোয়শাউনববা কুঞ্জমোহননা মশাদা চীকলকপা তিশ্ফা অমদা তাইনফম খণ্ডদ্রবা থম্মোয়নুংদা ফুমদুনা লৈবিবা অশাউবা পূম্নমক হৈথদুনা খোঙপাক্লা শ্রু শ্রু নৈদুনা হাৎতোকই।

বিনোদবিহারীগী *হনুমান নমৈ কোম্রো* হায়বসিদা কবপসননা কেন্সর লায়নাগী মতৌগুম মবৈ হা হা তমদুনা মায়কৈ শলাই খণ্ডদনা শন্দোবকলিবা মতৌদু উৎলি। মীচঙ সঙ্গ লৈজদবা মীনা ফনমক ব্রানোমদুনসু কান্নবা ফংবা ঙমদে। কবপসননা হনুমানগী মমৈগুম লেপ্না লৈতনা মথং মথং শন্দোবকলিবা হৌজিক্কী যুগ অসিদা লম্লাই কান্নবা নত্তনা মীয়ামগী তুংগী য়াইফনবা থবক ওইরবসু শেঞ্জা থুমজা তৌদ্রবদি ওইদে। অসুম্না ইচম চমজবা, লৈত লাইববা মীওই কয়াগী মফমদা 'কবপসন' না নীংবা কায়হনবতা নত্তনা অব্রাবগী মায়কৈবোমদা তপ্না তপ্না চিংশিল্লকলি। পূম্নমক ওইদুনসু ফোঙনা নৎত্রগা লোম্না শন্দোবকলিবা লায়না অসিমক্তি লাইবিক লাইশুগী জ্ঞান নীংথিনা ফংদুনা হৌবকলিবা নহাবোলগী অপূনবা ঈহৌ অমনদি শোয়দনা চুমথোকপা ঙমগনি। মদু নৎত্রবদি ঐখোয় পূম্নমক খঙনা খঙনা লুপশিনখিবা শোয়দ্রবনি হায়বা অকনবা আপীল অমা অইবনা থমলি।

শীক্রবসু চাউববসু কবপসন য়াওদ্রবদি হৌজিক্কী মতমসিদা থবক অমত্তা য়াদ্রে হায়বদু বাজেনগী ব্রবীমচা *অফিসকী থবক* হায়বসিদা উৎলি। মন্ত্রীগী বিকমেন্দ তৌববা চে পুদুনা চাউহন নুমিৎ খুদিংগী অফিসতা ব্রানোম্বা চৎলি। কান্নবা ফংলোইদবা থবক ওইবনা ববাবুনা চে অদু মাঙদ্রে, ফংননবা থিবি হায়জিন্দুনা নুমিৎ কয়ানি থমই। ফীডম অসিদা নাক চাবী এজেন্ট অমনা চাউহনদগী চা থক্লনবা লুপা চামকুন লৌবগা তুমিন্না চে অদু পুথোকপীবকখি। কবপসন য়াওদ্রবদি কবিসু তৌবা য়াদবগী মতৌ অদু উৎপনি।

মংলেমগী *খোঙউপ মখাগী থবায়* শেল পায়বা শক্তি লৈবনা অতোনবা লাইববা ইমুংগী মীওইশিংবু শীজিন্ননিংবা মওংদা শীজিন্নদুনা ইজ্জৎ ফাওবদা শীংনবকপদু উৎলি। লৈবাক্কী মীহুৎ অমা ওইবিবা এম. এল এ. না শেল্লুংববু ময়ূমদা মীনাই অমগুম নোংঙানবদগী নুমিৎতাবা ফাওবা থবক শুহল্লি। নুপীনা শীজিন্নবা ফীবোল ফাওবা শুদোক চামথোকহনবদা শেল্লুংবনা ঙমলোই হায়দে। এম. এল. এনবু চানবিববদি নোংমা নৎত্রগা নোংমদি মানা ব্রানোমজবিবা

গ্রেদ ফোবগী থবক অদু শোয়দনা ওইগনি হায়বা আশানি। মীগী য়ানবা হোৎনবদা য়ুম নোং য়ুদুনা চাকখুম মৈ মুৎলবফাও নীংজবিবদু ফংননবা ব্রানা খাঙই। ফীভম অসিমক খঙলবা এম.এল.এনা থবক অদু হাপ্পীবগী নাম্মাদা লুপা লীশিং কুনগা মশামক্কী নুপীগা শীন্ননবা খঙহল্লকপদা শেল্লুংবা নীংবা কায়খি। মীগী ইজ্জৎ ফাওবা শান্নপোৎকুম খল্লগা হায়বকলিবা ব্রাহৈশিংদুনা থম্মোয় শোকহনখ্রবা শেল্লুংবা কবিসু তৌবা ঙমদনা তাইবং থাদোকপা তাখি।

**সিম্বোলিক ওইবা ব্রারীমচা**

ব্রাবীদা পাত্রগী মহুৎ পোৎ, শা-ঙা, শকপান্দবা পোৎলমশিংনা শীনজিন্দুনা লীবকপগী মওংনি। মসিদদি অইবশিংনা উৎকদৌবিবা ব্রাফমনা খ্বাইদগী মক ওইনা লৌবি। সিম্বোল শীজিন্নদুনা এবস্ট্রেক্ট ওইবা ব্রাফম কয়াবু কনক্রিট ওইহন্দুনা উৎননবা লাক্লবগী চাউববা খোঙথাং অমনি। ব্রাবীমচাদা অইবশিংনা হায়গদবা ব্রাফমনা য়াম্না হেন্না মক ওইবকপগা লোয়ননা অকক্লবা পাত্রনা অমদি অখন্নবা থৌদোক ব্রাথোক্কী মফমনা তঙাইফদবা, মশাগী থৌদাং পাঙথোকপদগী হেন্না মকওইবক্তবা মতাংদা সিম্বোলগী পাম্বৈ শীজিন্নদুনা ফোঙদোকই।

*কল্পীদা পুখৎলগদবা* হায়বা সুব্রামগী ব্রাবীমচা অসিদা ঐথোয়গী নোংমা নোংমগী শোকচিল্লক্লিবা সামাজিক অবস্থা, অমদি মীয়ামগী ওইবা অফ-ফও খন্ন *নৈনবদা ব্রাবেপতি লৌবা, থবক ওইনদি খক ওম্থোক্লদবা মতৌশিং উৎলি।* চীনগা খূৎকা মান্নদবা মীওই কাঙলুপ অসিগী চপচাবা মশকশিং অসিবু য়েক্লনবগীদমক অইবনা ঙাগী ব্রাবী ওইনা পুশিল্লকই। লৈমতাককী কোমজাউ অমদা শাবেংনা মীথুংলেন ওইদুনা পাঙথোকলিবা ঙামুশিংগী মহাসভাদা মাগী মাগী খঙজবা ব্রাফম কয়া পুথোক্তুনা থমই। মকওইবা সমস্যা অমা ওইনা শক-চু, ফিজেৎ-চাকচা খজিক মান্নে হায়দুনা মীনুংশিগী ব্রাখলদা মতেং ওইনা চংজফম পীকবদগী ঙামু চিওননা মখোয়সু ঙামুশিংগা শাগৈ অমত্তনি হায়না শাশিন্নবা ব্রাফমনা শীংনবকপদা গোফা ঙাশিংনসু শৌগৎতুনা মতেং পাংশিল্লি। শাগৈবু মশক থীহনবা য়াবা থৌদোক অসিনা অসুম চখবক্লবদি নোংমা নৎত্রগা নোংমা শাগৈ অনী খূৎথোক্লদুনা ইমু নাইমু তান্নবকপা য়াবনা ভাব তামিন্নবগী মথৌ তাবে হায়না লৌই। শাগৈ অমগী শোকচিল্লকলিবা হীবম অসিদগী নাথৈবগা অপূনবা সমাজ অসিগী সমস্যা অমনা পূক্লীং ফাথবা ঙমজদ্রিবা নহাবোলশিংনা মথোং মবম চাদনা অমদি লাইওং খঙদনা

শিরকলিবা অসিনা ঙামু মশীং য়াম্না হৃত্বক্তনা চহী খবসিদদি ঙামুমখৈ তাকখিবা য়ারি। ফজ ফজরবা য়াফোঙশিং অসিবু শুপুতগী য়ারেপ ওইনা থম্বগী মহৎ পুম্নমক্কা থবক ওইনা ওন্থোকপা পামনে। অসুম্না মঙা তবাথোক্কা অপুনবা শক্তমগীদমক খম্নবিঙে খঙহৌদনা থৎচিল্লগা লান্দাবকপদা হৈশিংলবা শাবেংনা নাবোন্দা লীংথোক্কনা চেনগ্রবসু ঙামুশিংদি জ্ঞান মাঙনখিদুনা নাম্থোকফম লৈত্রবা ঙায়োকচক্ষুদা পুম্নপ তাখি। *মশা চাববদি কমদৌনি* হায়বসিদা ঐখোয়গী কলচববু অতোপ্পগী কলচবনা য়োংশিল্লকপা, ইশাগী কলচব মাঙশিল্লকপগী মশক অমা উংলি। বিষ্ণুপ্রিয়াগী য়াথোক্তা মৈতৈশিংনা থৌশাদবগী মওং অমা উংলদুনা জাতিগী মাঙশিল্লকলিবা মওং মতৌবুসু উংলি। খোংনাং পান্নীদা নপলগা মপুং মবৈ ফাবক্তনা লৈশাং তন্নকপদা মীয়াম্না উতাংবীবু হেন্না শীংথাবীবা, খোংনাং পান্নীবুদি উবিদবা মতৌনি। *হূইগী থাবা* দা সুব্রামনা মীওইবগী ফত্তবা লীচৎ শাজত্তা কবৈয়ে। মপান লমগী প্রভাবনা ইশাগী আইদেন্টিটিদা অকায়বা শীবকপদু ফোঙদোকপনি। কম্বোদিয়াদগী পুবকপা হূই অমগা দেশী অমগা য়োক্তনা পুথোবকপা মচা থাবাশিংবু মীয়াম্না হেন্না পাম্নখিদুনা ইবমদা লৈবিবা হূইগী মফম শীবিবত্তে। অসুম্না ইশাগী লমদা ইশাবু মফম শীবিবত্তবা, মশক খঙবীদবা অসিনা নোংমদি হৌবক্ফম ফাওবা মুংখিবা য়াই হায়বা য়াফমসিনি।

## লৈত-লাইরগা মরী লৈনবা

*লৌমী শিন্নীশিংগী অবা-অনা, তুশোল্লবশিংগী লাইব-অনং অমুকসু মখোয়বু তুহৎশীবগী শীংথাদুনা ইবা য়াবী অঙনবা মতমদগী মফম অমা কন্দুনা লাকই।* মখোয়গী থম্মোয় শোকনিঙাই ওইববা পুন্সিগী মশকশিংবু মতম অসিগী অইবশিংনা মীনুংশি অমগা শাগোন্নদুনা পুথোবকই। তাংকক অসিগী অইবশিংনা মওং অমদা নৎত্রগা অমদা হীবম অসিগা শম্নদুনা চথমিন্নবকই।

মশা মশাগী শিনফম অমদি শিনফমদুগী ইজ্জৎ শাগোন্নবিবা য়ুনির্ফোম তোঙান তোঙান্না লৈ। *ফজববা নুংগী য়াহম্থোক অমা শগোন্নবিবা ফিবোল অসিবুদি শেংলি* চাবিবা মীশিংনা মফম চাদনা হেক হেক শীজিন্নবকপদা হকথেংনববশিংনা তুকৎচবা পোকইবা মতৌদু সুব্রামনা *ফুবিং* য়াবীমচাদা উংলি। চাকহেন থা (বমজান) গী অয়াবা খাঙদুনা বিয়ো থৌজবিবা বহমাননা গান্ধীবাগতা ঙাইহাক অয়াবা পোত্থাবা ওইনা তুমলুবদা পুলিস অমনা নমফুদা কিহনদুনা লুপা য়াম্থে লৌথোকপী। অমুকসু

কোর্ট অমুবা লিংপা উকিল অমনা বিস্নো তোংলগা মশাগী পম্বুংফম য়ৌববা কান্দা 'অচোইবা অমত্তা য়াওবমদ্রে' কোন্না অমূক লৌবো হায়না ইবাই লাইনা থাদোকবর্কই। ব্রানা শুজকব্বগা ফওলকপা খবনা ইমুং মনুংগী অব্রাং অপা মেনবতা নত্তনা চহীগী ওইনা লাকপা চাউববা ইদকী কুম্মে নংনবা মচাশিংগী ফিবোল লৈননবা আশা তৌকব্বা বহমাননি। অদুবু মশাগী শিনকম অমদি ইজ্জৎ শাগোন্নবা ফিরোল শেংচাবিবা পুলিশ, উকিলনচিংবনদি নাকোইননা তুহৎপিবি। মচাশিংনা লীৎচগদবা ফুবিং অদুফাওবা লৌথোকপীবা ওদ্বা থম্মোয়শিংনি। *থম্মোয়দু উকব্দা* হায়বা ব্রবীমচাদা মপা অমনা থম্মোয়গী অব্রাবা মৈচাক খাওদুনা মচাগী তুংগী পুক্সিগীদমক খনবা পূকচেল উংলি। মশাগী তংতাবা লৈফম অমগীদমক সবকাবনা মমিংতগী ওইবা চাকথাক পীবগা পুল্লপ পুনশিন্দুনা থন্নিবা বিয়াং জাতিগী পুক্সি ব্রবীনি। মী ওইনা পোকলবদি মতম পুম্নমত্তা হিংবগা লাম্থেংনদুনা চংমিন্নবা তওাইফদে। অমুকসু মী অমনা হিংবদা চওদবা য়াদ্রবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মকওইবিবসি লৈফম, চাফম, ফিবোলনি। তওাইফদ্রবা ময়াম অসিদগী নাথৈবগা শুপ্নগী হিংলি হায়বতা খাল্লম লেল্লিবা বিয়াংশিংসু অমনি। তংতাদবা ফীভমদা হিংবতা নত্তনা শুনোম্বগী মফম থিবা ফংলক্তবদা হিংননবগীদমক মওং মওংগী উপাই থিবর্কই। হিংবগী লম্বীনা নোংমা নোংমগী মমশিল্লক্লবদা নিমাই বিয়াংনা তুংগী য়ূমলেপ চাব ওইগদবা নুংশিজববা মচানুপাবু পীজ পীথক ওমদবমখৈ চাকনি ফিনিদুনা হিংবগী মহুৎ নুঙাইজগদবা মফম অমদা পীথোকখিবা থম্মোয় কায়ববা মপা ওইবা অমগী অব্রাবতনা থল্লবা ব্রবীনি।

মংলেমগী *কবিগী চিংখায়বক্লি* লাইব ইনাক খুনবা অনীগী থাক খেন্নবা উংপা ব্রবীমচানি। লৈকাই অমত্তদা য়াম্না নকশিন্না চান্ননা তিন্নদুনা হৌবকখিবা নুপী অনীগী পুক্সিনি। লাইববা ইমুং অমদা হিংলিবা মমান্নবীবু তিন্নকব্বা নুংশিবগী মবীনা ইনাক খুল্লে হায়দুনা পোওজবা তৌকদনা চাবে চামিন্ন চংলে চংমিন্ন হিংমিন্নে। মীৎতাংবগা চৈশুগা থাদোক্লবা য়াদবা মতৌগুম্বনি। চেম্থবকপা মতমগী ঈচেলদা নুপী ওইবীগী পুক্সি মপুবোইবগী মফমদা তিনখি। লাইবক তিন্নকব্বনা লাইববা ইমুংদগী হৌবকপী মমান্নবীনা ইনাক খুনবা অফিসাব অমগা য়ূম্বানমিন্নখ্রবসু মশাদি লাইববা য়ুঙাওবা অমদা লাইবক তিন্নকই। কুইববা মতুং নোংমা মবাইবক ফম্ব্রবী মমান্নবীদুনা থাজদনা কোয়বকপদা মাগী ওইবিবা ফীভমদা হম্থনা য়েংলকইবা মীৎয়েংদুনদি থম্মোয়নুংদা

কাউওমদ্রবা চৈনা অমা পীবকই।

বদরুন নেসাগী *কবি পাউখোংনো চন্নল্লিবা* হায়বা বাবীমচাদা লাইরবনা মবম ওইদুনা পুন্সি অমা পিখন্নখিবগী মশক উৎলি। মহে মশিংদা থবায় য়াওজবী থাবলৈ লৈত লায়ববনা মবম ওইবগা মেত্রিকতগী হেন্না মখা তমথবা ভমখিদে। অবাবগী পম্বুং লৈ হায়নবগুম থাবলৈ ইনাক কৈবাক খুনবা কারবাব বালা লনচেনবগা যুম্বান লম্বীদা খোঙদামিন্নে। বাজবক্কবী থাবলৈ চনিংতানা খোব হোন্দোক্তুনা নুঙাইবগী মঙলান মঙজবা মতম য়ৌবকখি। মচানুপা অমা ফংদুনা নোংমা নোংমগী মায়থোং মকা লামলকই। অদুবু খঙহৌদনা মপুবোইবনা থাবলৈবু তায়োম্ননা লৌবা হৌবকখি। লায়ববা ইমুংদগী হৌবকপী ওইরুবনা নোংমা কাংদনা মীওৎ মীনৈ কয়া চথবকপতা নত্তুনা নত্ত নত্তবা মীচৈ থাংবা হৌবকই। থাংবা ভন্নকত্রবদা থাবলৈ নুংশিববা মচা নুঙাইনা তুমখুন তান্নিঙৈ, অচিকপা অহিংদা থোবক্কগা বেল লাইনদা হিপতুনা আত্মঘাট তৌজখি।

**লৌন লৈনবগী সমস্যা**

ববাক তম্পাক্কী বাবীমচাদা হীবম অসিগী মফম অমা অহৌবা তাংককতগী শাগোম্নদুনা লাকই। মসিমক্তি লমদম অসিগী সমাজ অসিদা ওইবিবা মশক অমনি। মীতোপশিংগী মবক্তা হিংলিবা সমাজ অসিনা অমাং অশেংগী চৎনবীদা যুম্ফম ওইদুনা জাৎ তিন্নদবা লৌন লৈনবদা হকচিন্না লৌই। অসিগুম্বা সমস্যাশিং অসিনা সমাজগী ওইবা অকপা ফীভম য়ৌবতা নত্তুনা অমগা অমগা তোখায় তোখায়নবকই। ওইবক্লিবা সমাজ অসিগী মশকশিং অমদি ভিক্তিম ওইবিবা মীওইশিংগী বাখল, লমচৎ-শাজৎ, মীৎয়েংবু অইবশিংনা তোঙান তোঙানবা সিচুয়েশনদা শাগৎতুনা পুথোকলকই।

ধনঞ্জয়গী *কোবৌগী মঙান্না যৈবকপদা* জাৎ-বর্ণ খেন্নবা লৌন-লৈনববু অখিংবা থমলিবা মণিপুবী সমাজগী চৎনবী পননা তপ্না তপ্না নীংখায়বকপগী মশক অমবু ফোঙদোকপনি। মপানদা মহে তমদুনা লৈবা মৈতৈমচাশিংগী মবক্তগী থম্মোয় খোইদানা নুংশিজকবা জাৎ তিন্নদবা নিঙোল কয়াগা মবী লৈনদুনা লৌন লৈনে। চপমান্নবা মীৎয়েং অমদি নুংশিবনা পুবক্লিবা মবী অসিবুদি মপা মপুগী মতমদগী চৎনবক্তবা যৌওং ওইবনা সমাজ অসিগী অহল লমন মপা মমা ওইবশিংনা য়াবা ভমদে। সত্যজিৎনা নুংশিনদুনা চেন্নকখিবা বিষ্ণুপ্রিয়া নিঙোল গীতাবু মমা মপানা

লৌশিনবিবগী মহুত্তা ময়ুমদগী তাম্ভোকখি। সমাজগী অহকপা মীৎয়েং মখাদা লৈবিবা চৎনবী অমা ওইদুনসু মচা মমৌ অনীনা ফমদা তাবক্লবা মতমদদি 'নাব য়েকপগা কবি মবী লৈনবগে' হায়দুনা ময়ূমদা পুশিন্নবা থৌবাং তৌবকপদা মতমনা পুবকপা ঙাকপা ঙম্নবোইদবা সমাজগী মশক অমা উৎলি।

*তেবা পাম্বীনা তেংথাবি* হায়বা নীনাগী ব্রাবীমচাদা ধৰ্ম্ম তিন্নদবা কাঙলুপ অনীগী লৌন লৈনবগী মবীদা নাকপাক তানবকলবদা ফোঙমদবা চৈনা ফংহৌববী নুপী ওইবীগী মশক উৎলি। ইং ১৯৯০ দা থোকখিবা বাববী মসজিদ অমসুং বামজন্মভুমিগী ব্রাথোক্লা মবম ওইদুনা হিন্দু মুসলীম সম্প্রদায় অনী অসিগী মবক্তা অচৌবা উংখৎনবা অমা লাকখি। মশা মশাগী জাতিগীদমক পাম্বোম তিংনবক্লবা মতমসিদা অমনা অমবু কুপশেন শেন্নবকই। ওইবক্লিবা ঈবাং অসিদা থম্মোয়নুংগী অচেৎপা মবী লৈনবিবা চন্দ্রকুমাব অমদি নেহাকনগী মফমদদি অকবা সমস্যা অমা ওইবকই। উংখৎনবা মবক অসিদা মতোমতা মশাগী ওইবা ব্রাবেপ লৌবা ঙমলকত্রবা চন্দ্রকুমাব অহিং তুমখিবদগী পুন্সি চুপ্পগী ওইনা মীৎকপ থোকলকখিদে। ধৰ্ম্মনা খাবিবা পনবু থুগাইনিংলবসু মায়থিববদা নীংবা কায়না লোইশিনখিবা পুন্সিনি।

লক্ষীবাবুগী *মচু তিন্নদ্রবা থম্মোয় অনীগী লৈতাদ্রবা পুন্সি* হায়বা ব্রাবীমচাদা জাৎ তিন্নদবা নুপী লৌকবদা সমাজগী চৎনবীনা মপা মচা ফাওবা তোখায় তানহনখিবা মতৌ উৎলি। মৈতৈ পাখং নিংথৌখোম্বনা খাসী নিঙোল নিয়তিবালাগা *যূম্বান লম্বীদা খোঙদাদুনা মচা অহুম ফংজববসু ময়ূমদা পুশিল্লক্তনা থম্বদদি লৈকাই* অমদি সমাজনা অথিংবা পী। অমুকসু খাসীগী চৎনবীদা নুপীনা মপুবোইবগী ময়ুমদা লৈখিবদি চৎনদে। নাকন অমবোমদা লাইববগী ঈবৈদগী নাম্ভোকপা ঙমদ্রবা, অমুকসু শোল্লবী মমাবু মতোম থাদোকপা ঙমদবনা নিংথৌখোম্বা নুপী অঙাং পূম্নমক কায়নবা তাখি। মতু মচাবু নিংশিংবা নত্তনা নোংমতা য়েংবা ঙমলুদ্রবসু মৈতৈবু লুনা খনজবা মচানুপীনা মখোঙনা থোংনা থিবক্তুনা থেংনববদদি নিংথৌখোম্বগী মফমদা সমাজ অসিগী চৎনবীগী মকুম থুপ্পা লৈবিবা অখূবা মীৎয়েংশিংদুনা অমুক্কা হেন্না চৈনা পীবখি।

### খুৎই, খুৎফোঙদোক, লোন অমদি মীৎয়েং

কুনশুবা চহীচাগী অবোইবা দিকেদতা খোঙথাংজিল্লকখিবা ব্রাবীমচা ইবশিংনা

মপূং ওইনা খূৎ থাবিবা হীবমশিংদা য়েংলুরবদি অহোংবা কয়া লাকপা থেংনৈ। মতম অসিদদি অনৌবা খূৎই কয়াগী মহাউ তংবা ফংলে। মচল শুনা হাপলগা চপচানা কাউবা ঙন্নবোইদবা মহাউ অমা পীবা ঙমদ্রবসু মখল মথেল কয়াথোক্লা পুথোবকলিবা ব্রাবীমচাশিংসিনদি লমদম অসিগী ব্রাবীমচাগী ঈচেলনা ঈপাক তন্নকপদা অকনবা ঈচেল অমা ওইহল্লি। মখোয়গী খূৎইদা পুরকপা অহোংবদা, সোসিও- পোলিটিক্স, ইকোনোমীগা লোয়ননা চত্থবিবা সোসিয়েল বিয়েলিটি কয়াবু উৎথোকলি। সামাজিক পুন্সিদা পুবকপা অহোংবা কয়ানা ওইহল্লকলিবা নাতৈ চাদবা মতৌবু অনৌবা ব্রাহম্থোক অমদা য়েংবা তাবকই।

ববাক তম্পাক্কী ব্রাবীমচাগী অহানবা তাংককতগী খূৎথাবকলিবা অইবশিংগী মনুংদা ধনঞ্জয় অমসুং লক্ষীবাবুনা মখা তানা চত্থবকই। অদুম ওইনমক লক্ষীবাবুনা অহানবা মতমদা পুথোবকখিবা খূৎইগী মতৌগুম মগুণ হাপ্পদি ঙমদ্রে। নাকল অমবোমদা ধনঞ্জযনা মতম অদুগী ববাক তম্পাক্কী মণিপুরী সমাজদা হকথেংনবিবা তোখায় তানবগী সমস্যা অসিদা হকচিন্না অমসুং য়াম্না কুপশিন্না য়েংলকই। ববাক তম্পাক্কী মণিপুরী সমাজগী য়াম্না মকওইবা সমস্যা অমা ওইখিবদি কাঙলুপ নাইবগা তোখায় তোখায়বা 'আনী' অসিনি। মসিমক্তি লাঞ্জাও মমাঙ অঙনবা মতমদগী লমদম অসিগী মৈতৈ সমাজদা পাকতক্লনা ওইখিবা অশেংবা শকফমনি। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অহকপা মীৎযেং অমগী মখাদা লৈবিবা অমাং অশেংগী চৎনবী অমদি মীতোপশিংগী মবক্তা হিংলিবা জাতি অসিনা মশাগী ওইবা নাৎপু ঙাকচনবা হোৎনবা, অনী অসিনা মুক্লবকপদা ওইবকলিবা হামচৎনবকপা সমাজ অমগী চৎনবীনি। মবিফুগী মতম ফাওবদা মবা চেৎনা লৈবম্লবা শকফম অসিমক্তি অইবশিংনা মওং অমা নৎত্রগা অমদা কোনশিল্লি। ধনঞ্জয়না হকথেংনবিবা থৌদোক অসিদগী খক নাম্থোকপা ঙমদবনা সমস্যাশিং অসিদা চঙশিন্দুনা খূৎথাবকই। মসিগী মতাংদা মশামক্কী *ঈংনা তপ্না চেল্লি কাটাখাল* হায়বা লাইবিক্কী ব্রাহৌদোক্তা অসুম্না ফোঙদোকইঃ

> ঐনা অঙাং ওইবিঙৈদগী কাটাখাল হায়বা তুবেল
> অসিগা শকখঙনবকই। মাগী ঈচেলগা ঈবোয়নদুনা
> হিংলিবা, মাগী তম্প্যাকতা তাবিবা মীওইবনা মখোয়গী অব্রা
> নুঙাই, মাইপাকপা, মাইথিবা খিবিক অদুঙৈদগী হৌনা মাগী

> ঈচেলদা তিন্নবকখিবনি গুসিসু অদুম্মক তিন্নি। ... ঐবু শক অকনিবা ঐনা হিংজরিবা সমাজ অসিগী, মী কাগুলুপ মখল অসিগী, মখোয়গী পুন্সিমরেলগী মখোইগী পুক্নিংগী ঈথিল, নিংজবা শোঞ্জবা অমসুং মখোইগী অপাম্বা কয়া অসি মতম পুম্নমক্তা ঐগী থম্মোয়দা চৈনাখোল ওইনা ফাওবকই। ... নোংম নোংমগী মীওইবগী মনুংদা হুম্বক্লিবা অচুম্বগী মমল লেপ্পগী, খওবগী রাখল, নৈতিক চবিত্রগী আর্দশনা মাগুলক্লিবা, অচুম্বমক্লি খণ্ডবদি খণ্ডলগা থৌনাফানা চোংথোকপা ওমদ্রিবা, অসিগুম্বা কয়া অসিনা ঐবু তংতনা চৈথেং পীবৈ; কবিগুম্বা খবা অসি ইবা তাখি, মতম মতমগী ওইবা রাখল পীবকপা শাফুগী মতুংইন্না।[১০]

লাইবিকসিগী মমিং অসিমক খোনবা রাবীমচা অমত্তা য়াওদ্রবসু কাটাখাল তুবেলগী নাকয়েংনা পীবকপা রাবীমচাশিংনি। খুৎইদি অয়াম্বনা ডিসক্রিপতিব অমদি ওবজেক্তিব ওই। ঈতিনফম তমলিবা কাটাখাল তুবেলগী ঈচেলনা থোইনা শাফু কন্দনা মোং হাদনা ঈংনা চেষ্টবিবগুম্বনি। *কোবৌগী মগান্না য়ৈবকপদা* জাৎ বর্ণ খেন্নবা লৌন লৈনববু অথিংবা থমলিবা মণিপুরী সমাজগী চৎনবীদা নহাবোলশিংনা পুখৎলকলিবা রাহংশিংবু পুথোবকই। সমাজগী চৎনবীগী পন অসিবু য়ানিংদবা অমদি নাম্থোকপা পামলিবা চবিত্র সত্যজিৎনা মপাগী মফমদা মোং হাদনা রাহং কয়া থাজংলকই ঃ

> মখোইগা ঐখোয়গা অসিবু কবিদা খেন্নবিবনো অমুক্তা তাকপিয়ু, ধর্ম্ম তিন্নে, ফিজেৎ তিন্নে, তিন্নদবা হায়ববু লোনতনিদনা .. ঐনা মৈতে মহাক্তা বিষ্ণুপ্রিয়া, মসিগী খায়দোক্লিবা চৈখনসে মী ঐখোয়সিননি, মী ঐখোইসিনা শেমদোকপনি। মান শাগে জাৎ চাউই, মান পীকই, মসি কনানা পীবা মতনো অমুক্তা হায়বিয়ু। মসিদি মী ঐখোয়না ইশাগী খুদোংচাবা য়েংদুনা অনেম অরাং খায়দোকপা অসিনি।[১১]

নুঙ অতেকপা শব্দা য়াবোইদবা মতৌদা লেপগুবা সত্যজিৎকী মোৎপুদি মপানা শুকয়া য়াখিদে। মৈতে সমাজগী মমাঙদা মতম পুম্নমক্তা মায় হাইগৎপা

ওমলোইদবা, মরুপ মশাংশিংনা তিনশিং মায়শিংনবকপতা নত্তনা ইপা ইপু পুম্নমক নরক তাপ্পগনি হায়না খল্লিবা মপাগী চবিত্রগা চান্নবা ৱাখলনি। মসিমক্তা হায়ঃ

ঐখোয়গীদি মীওইবনি, সমাজগী মনুং চনবা জীবনি, অদুগা
সমাজগী নিয়ম কানন পুম্নমক য়াদুনা চৎপা তাবনি।[১২]

চৎনবীবু চেৎনা থাগোপ্পবিবা অমনা সমাজ অসিদা মায়বোং য়ানা লেপ্পা ওমলোইদবা অমদি ইজ্জৎকীদমক অকিবা পোকলিবা অদুমকনি। ৱাবীগী পোলোইদা কবন্বা মতমদা কবি থোক্লগদগে তম্বা ওমদবা মীওই মপোকসিদা সত্যজিৎ অমদি গীতানা অনাবগী লাংদা থুববদা খেন্নবগী চৈখন কানথোক্লম্লগা মানবতাগী মীৎয়েংদা 'নাব য়েকপগা কবি মবী লৈনবগে? নাববদি মপা ঐ লৈবিদনা' হায়না থৌনা ফনা চোংথোবক্লগা মচানুপাগী মহুৎ শিন্দুনা মমৌনুপীগী ওপবেশনগীদমক সহি তৌবা অসিমক চৎনবীগী খাবিবা পন্দগীদি থম্মোয়গী লীচিংনা কনবা হেল্লি হায়বসি অইবগী মীৎয়েংনি। চৎনবী হায়বসি মীওইবনা শেন্বনি মীনা শেন্বা চৎনবীনা মীওইবদা কান্নদবদা অৱাবা পোৎলুম ওইনা থোক্লবদি মদুবু লৌথোকখিবা পান্বা ধনঞ্জয়গী মীৎয়েংনি। *অহানবা পবেংমক্তদা লোইশ্রবা শৈবেং* হায়বসিদসু চপ মান্নবা সমস্যা অসি পুথোবকই। *ৱাখলগী চৈনাখোল* প্রোমোসন ফংনবগী মথক থোংবা য়ানবা চৎতুনা মবাল লৈজদবা অমবু মবাল শীদুনা অৱাফমদা তাহনখিবা নুপা অমগী পুন্সিদা মহাক্কী মখাদা লৈবা অতোপ্পা অমনা অমুক মশাগী প্রোমোশনগীদমক অৱাফমদা মাবুসু তাহল্লকপগী থৌদোক অমদা য়ুম্ফম ওইবগা শাগৎলিবা ৱাবীমচাসিদি অইবনা থাজজবিবা 'ঐনা ঐনা তৌজবা কর্মগী মহে ঐনা ফংই' হায়বদুমক ফোঙদোকপনি।

ধনঞ্জয়গী লোন লৈতেং পংয়াও য়াওদবা খুঙ্গংগী পুন্সিগা চান্নবা ৱাঙাং শাঙাংনি । অহল-লমন থকশি-খাশি নাইবা, লীবি খোইবিবনা চবিত্রশিংগা চান্ন চুনহন্নবা ওমই। চবিত্র শেমগৎলকপদসু অদুমঙাই মোং হাদবা মতৌনি। মশাগী অনীংবা অপান্বা কয়া ফংননবা য়োংনজববসু থকশি খাশি কায়দনা চৎচবা, মথক থোংবগী মমায়দা হঙ্গৎনা য়েংদুনা ৱা ঙাংবা ওমজদবা, চৎনলোনচৎ চপচানা উবা ফংই। মপাদা মমায় ওনশিল্লগা য়েংদুনা ৱা ঙাংজদবা মনিতোম্বা অমসুং সত্যজিৎকী চবিত্রনা খুদমনি। মীৎয়েংসু অনৌবা মতমনা শীবকপা চৈফুদা তপ্পা তপ্পা মপোপ

কাম্বরক্কবা সমাজগী চংনবীগী পন অদুম্বু কয়া ঙাক্কুনসু নমথবা ঙন্নরোই হায়বসিনি। মসিমক অইবগী বারীমচা *কোরৌগী মঙাম্মা য়ৈবকপদা* হায়বসিগী অবোইবা পবেংদা থমলিবসিনা ময়েক শেংনা কোঙদোকই:

অবাম্নদগী য়াম্না চেকশিন্না থোনবা অবীব পন অমা কায়দুনা
অনৌবা ঈচেল অমা চেনশিনখিদুনা এককার ওইখিবগী
খোঞ্জেল অমা তারকই।[১৩]

লৌন লৈনবনা ওইহল্লকপা সমস্যাদা বিনোদবিহারীনসু চঙশিন্দুনা খুৎথারকই। কাঙলুপ নাইনদুনা তেখায় তানবা, কৌনা ঙাংনবফাও য়াদবা, হুইদ্রওবা তুরং শম্ব য়ানদবা মতৌদা য়ানীংদবা অমগা লোয়ননা শীংনরক্লিবা অইবনি। তেখায় তেখায়বগী বাখল অসিনা মীওইবগী নক্কবা মরী অমা ওইবিবা নুংশিববু মচেং তানা থুগাইহল্লি হায়বসি'মদি তরং তবং যেঙদোকচে। অমুকসু ফীভম অসিদা হিংলিবা মীওই খবনদি তুংকোইবা য়াবরোইদবা নীতি নিয়ম অসিবু মক যংনা মুথৎনীংলবসু ফীভমনা পুরকপা নুংগী ওইবা থৌবী অমনা পূনশিল্লি। নিয়ম অসিবু নিন্দা তৌবিবা, য়নীংদ্রিবা অইন্দা মাগী চবিত্র অমা ওইবিবা প্রোমিলানা যেঙদোকই:

কবি হায়বা পাবো ? আনি, করিগী আনি? ইপাগী
শোবাংফাউবদা চংবগী অধিকাব পিবিদবা অসিবু করি আনি
কবি সমাজ য়ুমকোক খুদিং মচেং মচেং তাপ্রবসু ঐবু কনানসু
থিংবা ঙমলোই। [১৪]

মপূক্লীংদা ফাওবিবা পামদবা নীতি অসিবু থৌনা ফনা শীংনদুনসু অইবনা সমাজ অদুদা মহাকসু হিংলিবা অমা ওইবনা মতোমতনা অহোংবা পুরকপা ঙমদে। অ্যান তানা মান্নবা অমা চঙই। প্রোমিলানা সমাজগী মায়োক্তা চোংথোকচববসু মপুবোইবা জয়কুমাবনা ফৈগাক ফৈনা থিংলকখিবা, অমুকসু মচা কায়নবগী থাক য়ৌবকপদদি ফীভমনা পুরকপা থৌবীনা পুনশিন্দুনা শুপ্পগী থম্মোয়শোক্লা কপ্পা নত্তনা উপাই লৈতে। থৌনা ফনা শীংনরকলিবা বারীমচা অসিগী মতৌওম অতে অতোপ্পদদি মতীং লৈনা পুথোকপা ঙমদে। অইবনা কক্ষবা থীম কয়া লৌখৎলুদুনসু খুৎইদা, বারীমচাগী ক্লাফসমেনসিগ্না খরা শোন্দক তৌবা মশক তোয়না থেংনরি। নুপী ওইবীগী থম্মোয়নুংদগী থোরকপা তেংথাখোল অমদি নুপী ওইবীশিংগী বাহং কয়া সমাজ অসিদা থাজংলকলিবা নীনা দেবীনি। অইবীনা থৌনা ফনা

নুপী ওইবীগী সমস্যাবু পুথোক্তুনা প্রোটেষ্ট তৌই। তৌবগীদি পুথোবকলিবা সমস্যাশিং অসিনা ব্রাবীগী মপূং শাগৎলকপদা ব্রাকোই শুবা প্লোটনা দিমান্দ তৌদবা ব্রাফম কয়া শাংনা শন্দোক্লা হায়বসিনা ব্রাবীমচাগী অথুবা খোঙজেনদা হেক হেক অপনবা ওইহল্লি।

লান মতুংদা মায়কৈ কয়াদা অহোংবা লাক্লব্রবসু লমদম অসিগী মণিপুবী সমাজনা (মতমদুগী) নুপী ওইবীশিংবু মমা মপাগী মশক তাকপা ঙমলোই হায়বা ব্রাখলনা মপুংফাবা মহে-মশিংগী জ্ঞান ফংহন্নবা হোংনবমদে। মদুগী তায়োন্নবদা চহী নৌনা লুহোংদুনা সোসিয়েল বিকোগনিসন অমা পীবিবগা মপুবোইবগী মফমদা পুমশুপ শুপচিলহন্নবী। থম্মোয় অনীনা অমত্তা ওইহল্লিবা লুহোংবা হায়বা লীপুন অসিনা চেংনা পুনশিন্দুনসু পুন্সিবু মহাউ খঙনা হিংবা ঙমহন্দবা, ফৈ ফত্তে হায়বগী ব্রাবেপ লৌবা ঙমজদবা মতৌদা পেনজদে। মীৎয়েং অসিদা অইবীনা চঙশিল্লক্লুনা চবিত্র কয়াবু মথৌ হাপ্পনবা হোংনৈ। থোং নৌবা, অখাঙ কনবা, কখোকপতনা নুপীগী অশেংবা লীচং ওইজববসু খুদোংথীবা থৌদোক অমনা লুহোংবা চহী অনী মতুংদা (মশাগী চহী তবামঙাতা শুবিবা) লুপ্রা ওইহৌববী লৈবাকলৈগুল্লবী নুপীবু 'অঙৌবা চাক তাবা উবগা ক্লাক ময়াম পাইশিল্লকপগুম্না, শান্নপোং ওছোকপা পামদবা অইবীগী ব্রাখলবুদি *অহীংগী থব্রানমিচাক্কী পীবাংদা* ময়েক শেংনা ফোঙদোকচৈ। চংনবীগী কুপলবা পন অমনা খাজিক্লবা নুপী ওইবীশিংবু খোঙথাং খুদিং কুপশেন শেন্নবগা নাপচৈ থাদুনা মমল লেপ্পা, অমুকসু ফীভমনা শন্বল ব্রাংমা লানশ্রবীশিংদুগী মফমদা নক্লা চঙশিল্লগা মঙা তবাখোক্লা খন্থবিদমখৈ অবানবা মীৎয়েংনা য়েংই। নুপা খুন্নাইনা থমলিবা নুপী ওইবীগী মমলদা পেছোকপা ঙমজদবা অমদি মমল লেপ্লিবিবা মখোয়গী অশোয়বদু চিংথোক্লদুনা নীনানা পাউথুম পীরি :

> সত্যবাননা বিনয়গুম্না আসামী নুপী লৌদুনা গুহাটিদা
> লৈথোকখিদে। বামনা সীতাবু বাবননা হুবাল্লগা পুখিবদা
> তুমিন্না হল্লকখিদে। বাবনগা লাছেংনদুনা সীতাবু অমুক হন্না
> পুবকখি। সত্যবানগুম্বা বামগুম্বা মপুবোইবা ফংখিবদগী
> সতী সাবিত্রী, সতী সীতা ওইবা ঙমখিবনি। [১৫]

মপুবোইবনা থৌশাবীদ্রবা নুপীদি কবম্না কয়ানি আর্দশ ঙাক্লুনা হিংবা ঙমগনি। নুপীবু সেক্সচুয়েল ওবজেক্ট অমসুং বিপ্রডক্টিব বোলতমক লৌগদবনি খল্লিবা

মীওইশিংনা খঙবা ঙমদ্রবা ৱাফম পুথোক্তুনা থমই।

নুপী ওইবীগী ৱাহং তৌবিবা নীনানা *মিত্রং* দদি মনোবৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা নুপা নুপীগী মবী অসি শক্লা থম্মোয়না ঙাক নত্তে, নক্লবা খুদোংচাবা তাঞ্জা ফংবদগীনি হায়বদু টেক্নিকেল ওইনা উংলি। চহী মীয়ায় চল্লবা সনাবৈবু থবক শুহন্নবা অহানবা ওইনা ময়ুমদা পুবকপদা 'মশকপু ওহ্লোক্লা থিগ্রেদা মোংন মোংলিবা চাক্কা থোংহন লাকহনগনু চানিংদে' হায়খিবা বাজেশনা লৈমিন্নবক্লবা মতুং সনাবৈগা নুপা নুপী ওইবগী হকচাংগী ওইবা অবোনবা হকচিনবা মবী লৈনবকপা য়াম্না চান্নবা থোকই। *ঈ চুপখিগেবা* অমসুং *ভাইবস* সিম্বোল শীজিন্নদুনা মতমগী সমস্যা উংলিবা খুৎইনি। *ঈ চুপখিগেবা* দা মবৌ মশন ফাওবা য়োম্হোক্লগা মচানুপাগীদমক মন্ত্রীদা শেল পীদুনা ৱানোম্বা, মবকসিদা নাকল চাবা কাওবুনা অমুক খুদোংচাবা লৌবা অদুবু থবক্তি শুকওই ওইদবদগী খোয়শাউনবা লৌমী অমনা মহাক্কী অশাউবদু চিক্লকপা তিম্ফা অমদা তাইনবা অইবীগী ফজববা টেক্নি কনি। লৌমীনা মাঙোন্দা চিকপা তিম্ফাদুদা শাজৈনা কষ্টীথোক্লা কনবা, অদুদগী অমুক পেল্লক্রদুনা খোঙপাক্লা চবেৎ চবেৎ নেৎলগা অঙাওবগুম '*ঈ চুপখিগেবা, ঈ চুপখিগেবা, ঈ চুপখিগেবা*' হায়না লাউবা ৱাবীমচাসিগী চঙয়ৌবা ক্লাইমেক্সনি। *ভাইবস* দা ঙাদা মখল অমগী ভাইবস পক্লুনা ঙা চাকবদা মীদা লায়না শন্দোবকপদগী ঙা চানদবা, ঙা ফাবা অমদি য়োনবনা হিংনবগী পাম্বৈ ওইবা মীওইশিংগী পুন্সিনা অৱাবা মায়োক্লবা, ফীভম অসিদা শেন পায়বা ইনাকখুনবশিংনা লৈত লাইবগী খুদোং চাবা লৌদুনা নুপীগী ইজ্জৎ ফাওবা কবিসু ওইদনা খল্লিবা মীওইশিংগী নুংদা তপ্না তপ্না শন্দোবক্লিবা লায়নাবু তাক্লনবা হোংনবিবা ফজববা খুৎফোঙদোকনি। 'ভাইবস' বু সিম্বোল ওইনা শীজিন্নবনি। তাইবংপান মীওইবগী শাজৎ লীচৎতা পক্লিবা ভাইবসশিংসে কবম্বা এক্সপার্টনা কোকহনগদগে হায়না অকনবা ৱাহং অমগা লোয়ননা ফোঙদোকপনি।

তোঙান তোঙানবা হীবমদা খুৎথাবিবা অইবীনা লৈবাকলৈ *(অহীংগী থৱানমিচাক্কী পীবাং)*, কুন্দালৈ *(কুন্দালৈ)*, অনিতা *(মৈবাম্বী)*, অমিনা বিবি *(ভাইবস)* নচিংবা চবিত্র কয়াবু থৱায় হাপ্পনবা কন্না হোংনৈ। পুন্সি যৌবননা ফুগায়না লৈশাৎ তন্নক্লবা মতমদা লুপ্পাবী ওইবতা নত্তনা মপুন্সি লোমলমদাই য়ৌবক্লবসু মচা মমৌগী মফমদগী ফাওবা নুঙাইবা মচেৎ অমা ফংখিদ্রবা লৈবাকলৈ,

চহীদগী মশকনা নমহৎলবী ইমুং মনুংগী অৱা পোৎলুম পুদুনা মাবু পামজবা নুপানা হায়বা ফাওবা য়াদবা, মবুং মৌপ্পা মনাউশিংগী খল্লগা ওইজবা থাদোকপতনা থৌদাং ওইদুনা ৱানা পুন্সি পিখমগ্রবী কুন্দালেনি। তোপ তোপ্পা চবিত্র অমা ওইবিবনা 'অনিতা'নি। পুন্সিগী পামজবা পূম্নমক তায়োন্নববসু নুপী অমা ওইনা নুপীগী পুন্সিবু মশক মুন্না খঙলগা অনৌবা মোবেল ভেল্যুজ অমগা লোয়ননা হিংননবা হোৎনজে। মপুবোইবা লৈন লৈন নাথৈবীববা, নুপী ওইবীগী খম্বৈদ্রবা মীৎকুপ্তা পূক্নীং ইহলগী ঈথৌলাংববু ফাথবা ঙমহৌদনা দিলিপকা মবী লৈনকরবসু খম্বকপা মীৎকুপ্তদি 'ঐগী কাংখোঙ চাইববা পুন্সিগুম্না দিলিপকী নুপীগী পুন্সিদা থোকহনবা পামদে' হায়বা অচেৎপা ফীবেপ লৌজে। নুপী মশাগী মশক মুন্না খঙজবা অনিতাগী চবিত্রনি। পামজনা শেমগৎচবিবা চবিত্রশিংনা অইবীগী হৈশিংবা ৱাৎতুনা মপাঙ্গল শোন্না উববসু থম্মোয়নুংদদি মৈগী চীং ফুমলগা হিংলিবা নুপী ওইহল্লি। অদুবু মৈগী চীং অসিবু পোকখায়হন্দুনা পামজবিবা অওনবা অমগীদমক থমলিবা ৱাহংশিংগী পাউখুমদি ফংবা ঙমদ্রি। তায়োন্নবক্লবা ফীভমসিদা খুন্নদা ৱাববা ৱাহং অইবীনা থমলিঃ

> নুপী পূমম্নক মৈবাম্বীদগী কবি খেৎনবা লৈবিবগে?
> মৈবাম্বীগুম্না ঐখোয়সু অসুম চংশিল্লি, হিংলি সমাজগী চৎনবী
> আর্দশ-পথাপ মৈজাউ মৈরক্তা। নুঙাইবি, চাকথেক্লি ঐখোয়
> পূম্নমক মসিদগী কবম্বা মতমদা ঐখোয় মুক্তি ফংগনি? [১৮]

লোনগী ইকোনোমী ওইবা, প্লোটকী শেম শাবদা হৈশিংবা কয়াদা অৱাৎপা লৈদুনসু নুপী সমাজগী মহৎ শীন্দুনা থম্মোয়দা ওমচাক্লবিবা ৱাকৎ কয়াবূদি পুখৎলি। নীনাগী খূৎইদি চীংদোনদগী অকনবা শাফুগা লোয়ননা তাবকলিবা ঈশিং নত্তে। চীংয়াদা ঙাথু থেংথুবগা থেক্লা খোয়না চেল্লিবা তুবেলগুম্বনি। অইবী অমা ওইনা নুপীগী পুন্সিগী চৈনা ময়েক শেংনা ফোঙদোকপা ঙমই। বোনসাইদা কলাদা থৱায় য়াওজবা সোবিতাবু লুহোংবগী লীপুন্না হেক পুনখিবদগী সমাজগী মীনোক মৈশা চঙলক্লনি খন্দুনা মনেম মকুনা মমৌনা পামজবিবা কলা সাধনাবু মবী লৈনহন্দবা, লুহোংবা হায়বা লীপুন অসিনা চেংনা পুনশিনখিবদগী ইশাগী ওইবা অফ ফত্ত ফীবেপ ফাওবা ইশান্না লৌজবা ঙমদবমখে লেল্লিবা পুন্সিগী মতৌ অদু উৎলি। পুন্সিবু মহাউ খঙনা হিংবা ঙমদ্রবা সোবিতাগী ফীভমবু মশাগী মশক মচু থোকহন্

দবমখৈ লৈবাক্কী চক্নুদা মশা ময়েং ককথংপিবগা থমলিবা বোনসাইগা পাংথক ওইরে হায়বদু ময়েক শেংনা পঙ্গি ঃ

> বোনসাই তৌরবা খোংনাং পাম্বী, কৃষ্ণচূড়া পাম্বীগী অবাবা কনানা উবিগনি? মনীংতম্না মকা লাম্না পাক শন্না হৌজগদবা পাম্বীশিংসে চাউখৎলবা সভ্যতাগী অঙকপা অপাম্বগী মতুংইন্না মনীংতম্না হৌরন্দুনা বোনসাই তৌদুনা ফজবিবনি হায়দুনা থমলি। লৈবেন্দদা লৈবিবা বোনসাই পাম্বীশিংগা মহাক্না কবি খেন্নবা লৈবিবগে? [১১]

নুপানা খুল্লিংবা সমাজনা শেমলিবা ফজরবা চৎনবীনা নুপীগী পুন্সি অমসুং মশাগী অশেংবা মশক ইন্দিভিজুয়েলিতিবু করিগুম্বা পান্দম খবদগী হেন্দোক্তনা ফাজিন্দুনা থমলিবা পুন্সিগীদমক তেংথাবকপনি।

চেহ্লবক্কিবা রাবীমচাগী ঈচেলদা সুব্রাম অমসুং কৈশাম মংলেমনা চঙলকপদা অনৌবা খোঙচৎ অমা লাকখি। অইবশিংনা টেক্নিক, ষ্টাইল অমসুং পুন্সিগী খেন্নবা মীৎয়েংদা অনৌবা খুৎশেম কয়া পুথোক্তুনা মশক মচু থোকহনবা হৌবকখি। সমাজগী অমোংপা, মীচঙ মীখায় নাইবা মতৌ, মোবেল কোমথবক্তুনা মাঙথবকলিবা পুন্সিগী মশক কয়া ইচঙ থৌনা লেক্লনবা লাক্লবকই। ইং ১৯৯৬ তা সুব্রামনা রাবীমচাগী ঈচেলদা য়াওশিন্নকতুনা সোসিয়েল বিয়েলিতিবু হেন্না উৎননবা হোৎনবকই। খুৎলাম্বোকতা তেন্তক তেন্তক্না সমাজগী তোঙান তোঙানবা থৌদোক মচা মচাশিংবু পামজনা লৌখৎলগা পৎশাং শাংদবা খুৎইদা শৎ শৎ হায়দোকই। কবেন্নবোই, নোক্লবোই তৌদুনা ফোঙদোকলগা অচুম্বা রা খবদি হায়নবা হোৎনবিবা খুৎইনি। পুন্সি কয়ানা হিংননবা হোৎনবিবা, হিংলিবা কয়া অদুগী মওং মবিন নাইদ্রবা রাবীবু অইবনা পুথোকলি। অইবা মশামক্তা হিংলিবা লমদম অমসু ওইবিবা বরাক তম্পাক্কী মৈতৈশিংনা মীতোপশিংগী মবক্তা খেংনবিবা কলচবেল এক্সপ্লোইটেসনদা অকিবা নুংনাংবা পোকই। মশাগী নাৎপু থৌশাদবদগী অতোপ্পা কলচব অমনা য়োৎশিন্নক্লবদা লাংতক্লবা, তুংগী য়ুন্বীবেল ওইগদবা নহারোলশিংগী চেকশিন্দবা লমচৎ শাজৎ, পুম্নমক অসিবু মঙা তবাথোক্লা খন্নবগা পুনশিন্ননবা হোৎনরকপদদি অকবা ফীভম য়ৌবন্নবা মতৌবু সিম্বোলিক ওইনা *কম্বীদা পুখৎলগদবা* হায়বসিদা ফোঙদোকই।

ঙামু, চিওন, শাবেং, গোফা, গোজাপোবোম, ক্বাকনচিংবা শা-ঙাবু সিম্বোল ওইনা শীজিন্নবগা বিষ্ণুপ্রিয়াশিংনা সম্প্রদায় অসিগী মশক্তা তৈশিল্লকলিবা অমুবা কালিবু থৌশাদদুনা লৈথোকপা, লালহৌবগী ঈবাংদা মফম খণ্ডদনা পুন্সি পিথম্নব্রবা নহাবোল, লমচৎ শাজৎ চুমদবদগী লায়না কয়ানা হাৎপিব্রবা, হৌজিক হৌজিক ওইবিবা মণিপুবী সমাজগী শক্তম অমা পুথোকলি। ববাক তম্পাক্কী ব্বাবীমচাদা সিম্বোল শীজিন্নদুনা অনৌবা চাংয়েং অমা তৌবিবা সুব্রামনা ব্বাবীমচাসিদা মণিপুবী (ঙামু) জাতিগী আইদেন্তিতিদা শীংনবক্লিবা বিষ্ণুপ্রিয়া (চিওন) গী ব্বাফমদা য়াইতোং ফমদোংবা বাজনীতিবালা (শাবেং) শিংনা লৌবিবা শক্তমবুসু পুথোক্লুনা উৎলি। *মশা চাববদি কমদৌনি* খোংনাং পান্বী অমসুং উতাংবীনা সিম্বোল ওইবগা ঐখোয়না থৌব্রা শাদবদগী ইশাগী মশক মাঙশিল্লকপা, মদু ফাওবদা থৌওইদবা মতৌদা আপীল তৌবিবা খুৎইনি। *শোইনাইববা তিনপ্রোক* তদি তোখায় তোখায় তানববদি জাতি অসিনা মশক মচু থোক্লা হিংবা ঙমলোই হায়বা মতৌ উৎলি। শোইনাইববা তিপ্লোক্কী ফীভম উকবগা পূক্লীংগী ফীভম হোংলক্লবা ইবুঙোহলনা লৈকাই অনী তাইশিন্নবা হোংনখিবা সুব্রামগী ফজববা ষ্টাইল অমনি। *হুইগী থাবা* দা হেন্না বিয়েলিষ্টিক ওইমনখিদুনা নুংঙাইতবা ফাওববসু অতোপ্পা প্রভাবনা আইদেন্টিতি মাঙশিল্লকপদা অকিবা পোকলিবা অদুমদি ফোঙদোকই।

ববাক তম্পাক্তা চাউবকখিবা অইবনা মশাগী লমদম অসিদা লৈশিন্দুনা লৈতে। মদুমক্লা কোয়না চৎপদা থেংনকবা নৎত্রগনা তাক-উকবা থৌদোক ব্বাথোকশিংবু কোনশিল্লকই। পুন্সি অমদি নাকয়েৎকী ফীভমদা চঙশিন্দুনা য়েংলকপদসু মপুংফাবগী মমি তাই। *ঙমখুংদবা* দা বামোন মীতৈগী অখূবা মীৎয়েংগী চৈথেংনা থাপ্লা ইম্বোবক্লবা পুন্সি অনীগী নুংহিক্লবা ব্বাবীগা লোয়ননা মতমসিগী সিফাইশিংনা মী খুদিংমক্তা য়েংলিবা অবানবা মীৎয়েং, ক্বাথাগী নাকয়েৎকী ফীভম হৈশিংনা শাগৎলি। লালহৌবগী ইবাং, অমুকসু মদুবু নমথননবা ইলবজেন্সি ওপবেসন অনীগী মবক্তা মীচমগী পুন্সিনা নাকয়েৎ পুম্নমক চপশিল্লক্লুনা হিংবা শিবা মরাইবক্কী ওইবকলবা ফীভমবুসু ব্বাবীগী মচল অমা ওইনা লৌখৎলি। নহাবোল অমসুং পুলিশ মূক্লদুনা নাকপাক তানা হাৎতোক্লবকপদা অব্বাবা তাববা মমা মপাগী ফীভম, লালহৌবগী থমকী, দিমান্দ লেটবনা মথক মখা ওম্থোকপীববা

পুন্সিগী মশক, লালহৌবা থিবগী নাম্মাদা ইজ্জৎ খোঙ্গোইনবনচিংবা উৎপদা চপচাবা মহাউ অমা পীবা ঙমই।

রাজনীতিগী অমাং অতোংদা মশাগী কলচবেল আইদেন্টিটি শোকচিল্লকুনা থম্মোয়দা অকিবা, লাংতক্লবা ফাওবিবা রিয়াংশিংগী ফীভমবু *নুমিৎ অমা খোক্লকখিনি* হায়বসিদা সবজেক্টিব ওইনা ফোঙদোকই। মশাগী হৌবকফম লমদম মিজোরামদগী মীচেন ওইদুনা লাকখ্রবা রিয়াং (ব্রু) জাতিনা ত্রিপুরাগী মফম কয়াদা রিফ্যুজি ওইনা শাইদাংদুনা হিংবা, অমুকসু মখোয়গী তংতাদ্রবা পুন্সিনা মিজোরামদা থেংনবিবা অরাবা উৎপদা অপাম্বশিংবু পূক্নীং চীংশিনবা ঙমই। *থম্মোয়দু উকব্দা* হিংবগী কোল্লুনা চপখায়বকপদা উপাই লৈতদুনা নুংশিজববা মচাফাওবা শকখঙদবা অমদা শিন্নথোকখিবা, মচাগীদমক পৈশা খবা পীবস্বদু য়ুম্নুবেম্বীনা থানাদা অমুক পীশিল্লগা কেস পান্দুনা লোকঅপতা থল্লবদা মশাগী কাউথোক্লগা মপান্দা মদোম লৈহৌবগদবা মাগী নুপীগী খল্লকলিবা মীনুংশি পোকহনবা ঙম্না খুৎইনি।

মীওইবনা মায়োক্লবিবা হিংবগী লাম্ছেংদা মায়থিদুনা অরাবগী পংখৈ য়ৌবকপদা মওং মওং উপাই থিবকই। কল্লবা ঈশিং ঈচেলদা তাউথববদা লৈবাইগী শীংনাং মচা অমদসু য়াল্লগা লাইবক য়েংবগুম *হৌনবী* রাবীদা হিংননবগীদমক মণিপুরগী মুসলিম শ্যামসুদ্দিননা কাছাড়দা শ্যামসুন্দর ওন্দুনা পুন্সি লোমখিবা সুরামগী সেবিয়স ওইবা খুৎইনি। শিবমদাইদা ফমশেন্নবিবা মাইবনা থেংনহৌবদো পাউদম্বনি। *ফুবিৎ* রাবীমচাদা মচাগী ফুবিৎ অমতং লৈবিননবা অরা মৈচাক খাঙলগা শুনোমদুনা তানজববসু মশক নাইবা ফুবিৎ লীংলিবা পুলিশ, উকিলশিংনা মখোয়না শেংলিবা ফিজোলদুগী ওন্ন-তৈনবদা নমথাক তৌদুনা অকিবা পোকহল্লিবা টৈক্লিক ফজে। হৌজিক মতমগী অমোংপা মোবেল য়াওবকত্রবা পুন্সিগী মশকনি। *রাবৌবি কংশিল্লক্লবা কুন্দোনা* হায়বসিদা মীওইবা হায়বসি পুন্সিদা অহোংবা কয়া লাক্লুনসু মহাক্কী হৌবকফম মনাৎ খক কাউবা ঙমদনা সব-কন্সস মাইন্দদা চঙদুনা লৈখ্রবা মতুং মতাং মতম চানা ফোঙদোরকই হায়বদু মচা মশু ফংদুনা অতোপ্পা শাগৈদা জাৎ তাপ্রে লৌবিবী নুপী অদুনা ময়ুমমক্তদা মৈতৈ অনীনা লাক্লুনা লৈববদা চপচানা থোকলি। সমাজগী মনুং মপান শম্লদবা, অমুকসু অশেংবা মশক থিকদনা লৌবা ফিরেপনা পুন্সি অমা মাঙহনবীববদা থোবকলিবা নুংহিক্লবিবা মপাউ চেনবা খুৎইনি। *ফোঙঙমদ্রবা মৈবী* হায়বসিদি মৌপাসাগী *ডি নেক্লেস*

হায়বা মমিং চৎলবা রাবীদুগা য়াম্না মান্নবা থেংনৈ। পার্টি অমা য়াওনবগীদমক মমান্নবী অমদগী মীক রায়কপা, মীক অদু মাওখিবা, শীংননবা হোৎনবদা মবোল মরাং তাকখিবা, মমৈদা মীক অদু অকপ্পনি খঙলকপা মৌপাসাগী য়াম্না আইবনিক ওইবা অকনবা খুথা অমা রাবীসিদা উবা ফংখিবদু সুরামগী রাবীমচাসিদসু প্লোটকী খুথা অদুমক থেংনবি। মণিপুরী সমাজগা চান্নবা সিচুয়েশন অমদা শাগৎলগা অনৌবা মহাউ অমা পীনবা হোৎনবনি।

সুরামগী খুৎই অমসুং খুৎফোঙদোক্তা তোপ-তোপ্পা মশক অমা শাগোন্নবকই। তেক্তক তেক্তক তৌবা রাবীমচাশিংদা হায়নিংলিবা কয়াদু শৎ-শৎ হায়দোকই। চুমদ্রিং রাবী লীবগী মহৎ মঙ ওইনা, ফম্না ফম্না মঙদ্রঙ ওইনা, রাবী মতাং অমদগী অশেংবা রাবী নৌনা অমুক হৌবগুম্না খুৎফোঙদোক হেন্না পাম্না শীজিন্নৈ। সমাজগী থৌদোক অমদি পামজদবা পুন্সিগী রাফম কয়াগী মতাংদা কবেম্নবা, মচেক্লা য়ৈবগা ফাগী তৌশিনলি। লোন শীজিন্নবদা চেকশিনবতা নত্তনা রাহে খবদনা অর্থ থোকহন্দুনা রাখল খম্বহল্লি। লৈত লাইববগী পুন্সিগী মতাং অমদা অসুম্না ফোঙদোকই:

> লৈতবনা মবাং কায়বা অসিগুম্বা ইমুংদা পোক্লবসি লাইবক চাদুনা অসুম পোক্লকবনি। মপোকসিগুম্বদা পোক্কদবগী শকক সাহেবগী হুই ওইনা পোকচগে হায়নবিবনি। ব্রহ্মানা পোকঙমদ্রবা তাইবঙ মপোক্কি হায়নবদো, ব্রহ্মা মহাকপু অসিগুম্বা মপোকসিদা পোক্লবদি অমুক্তগী হেন্নিংলোই, খিগনি।[১৮]

মশানা পামজদ্রবসু ফীভমনা ওইহনখিবা, সমাজগী চৎনবীনা ইম্বোকপীববী মৈতৈ নুপী অমনা ময়াং পাঙন ইমুংগী মৌ ওইববদা নুঙাইফম খঙদ্রবা পুন্সিগী মতাংদা অইবনা ফোঙদোকলিবা 'থম্মোয়দনা কৃষ্ণ,পান্দনা আল্লা,অনিগী য়েৎনদুনা ঐগী লাইবক থিবগী মবম ওইদুনা ইপুবোইবা নৌনা কায়নখিববা' অসি খজিক্তা ওইববসু অর্থ য়াম্না লৈহল্লি । হায়ফম তৌফম খঙজদ্রবী নুপীজা অমগী থম্মোয়গী অর্থ লৈবা রাহংনি।

সমাজ অসিগী লমচৎ কোমথবক্লবা মীওইশিংগী শকয়েং মিংশেল ওইগদবা রাবীমচা কৈশাম মংলেমনা ইচং থৌনা ইবকই। মতম অসিগী লাইব-অনং, শেঞ্জা-থুমজানচিংবা হীবমদা চঙশিন্দুনসু অপাবা ফিনা কুপশিন্দুনা থমলিবা হকচাংগী ইহলদা চেল্লিবা নুপা নুপীগী রাখলনা ওইহল্লকপা থৌদোক কয়া, থৌদোকশিংনা

পীবকপা শহমদা লৈখা তাবকলিবা লমচং, মেটবিয়েলিষ্টিক ভেল্যুজনা মখোঙ নোমহনবদগী থক থক নীক্লা লেপলিবা মোবেল ভেল্যুজ য়াওদ্রবা সমাজগী মশকপু মহাউ অমগা লোয়ননা অপাবশিংদা শেমশাদুনা পুথোবকই।

লৌন লৈনম্রিঙৈদা নুংশিবগী মহাউ চুপলুবনা লৈমিন্নবিবা পুন্সি অনীগী মবক্তা লাংখোঙ চংলকপা থৌদৌবু *শিংলিদা ফুদোকখিবা লাইকুপ* দা কেরেক্তব নুপী অমনা মশাগী পুন্সিগী থৌদোক অমুক হন্না লীবগী মওংদা পুথোবকই। লৌন লৈনদুনা লৈববা নুপা নুপী অনিগী নুংশি নুংওনগী কেনবগী বমথেংবা মশক, কেবেক্তব মশানা বোমালগী অয়ৌবী মশক অমা পুখৎতুনা ব্রাবী লীবগী হকচিন্নবা মশক অদু অদুম ফোঙদোকই। মচা অদুগী মবমদা মপুক্লীংদা ফাওবা নুঙাইবা, অঙাং অদু মপাগী মশক মানবা, মশক মতৌ কয়াদা মখোয় অনীমক লৌবা অসিনচিংবা কয়া ফোঙদোকপদা মখোয় অনীগী রোমান্স ময়েক শেংনা উহল্লি। অদুবু নুপী অদুগী হৌপ্রবা পুন্সিগী অপাম নুংশিগী থৌদোক কয়া য়াওবা অবোংপা ডায়বী অমদি চিঠি মাগী নুপানা থেংনখিবদগী মখোয় অনীগী মরীদা খংহোং হোংলক্তুনা কায়নবগী ফীভম য়ৌরকলবা মকওইবা মতাংদা মংলেমনা নুপী অসিবু মশাগী মবান লোৎশিনবগী মহৎ য়াহন্দুনা ফজবা পোলোই অমা ওইহনবা ওমই। *নুংশি লাইথোক* তসু চীংগী লমদা আউট পোষ্ট তাদুনা থবক তৌবা নুপা অমনা মনম চাউবী শকহেনবীগী শুমহৎ লাংদা থুদুনা ঙাওরুবগা পোলোইদা ওইবিবা মতৌ অপাবশিংদা চপচানা অর্থ লৈনা পালহনবা খুৎফোঙদোকনি। শকহেনবীগী শুমহৎলাংদা মতম কয়া পুশুম শুমলুববসু মতম খবনি ময়ুমদা চংলুবগা হল্লকপদা মাগী অফ-ফত্তগী মবমদা চেকশিন ব্রা হায়বিবী মনেশিনা 'লমশা নুপীদো অঙাং অমা পোকয়ে' হাযবতা নত্তনা 'মপা শাবা ওম্লমক চেন্নগ্রে' হায়বা ব্রাহৈ তাবকপদা শকহেনবীবু য়াম্না উননিংবনা লাংতক্লবম্না পুম্না মাঙাখদুনা 'অঙাংদুনা ঐ মাল্লম্লবদি' হায়বা ব্রাখলদা ফুম্বংনবকই। মীয়ামগী চাক্তাফম ওইবম্না শকহেনবীনা অঙাং অমগী মমা ওইববা মতমদা তোরা খোইদানরম্না পুম্নমক চেন্নম্রবদা মশামকসু খংকি কিবক্তুনা মনেশিগী তুংইল্লকপা, ব্রাখলদদি 'ইনেশিমক থেংনবমদ্রবদি ঐ শেগাইবা ফোংলমনিকো' হায়না খনবা মতৌশিং অসিনা ব্রাবীগী মনুং মপান লোইনমক হোত্রোং হোনা ফোঙদোকলিবা খুৎইগী তোপ তোপ্পা মশক অমনি।

হৌজিক মতমদা মী মীগী লমচং শাজত্তগী লৈতেং ওইগদবা পোংশকনা হেন্না

মগুণ লৈনা লৌবকপদা মবীং মবাংদুনা তংতাদ্রবা পুন্সি মবেল অমদা খোঙদাবকই। অমুকসু শক লনগী নাখৈফংনা হাইগৎখিবদদি মচীন মনাউ ওইবগী চেৎলবা নুংশিনবগী মবী ফাওবা কাউনবক্তুনা তুকৎচবা মতৌ অমা ওই। শেল-থুমগী শক্তিনা মীওইববু কোনশিল্লকপদা মাগী হৌবকফম কাউখিদুনা অমগা অমগা চিংখায়নবকই। ফীভম অসিদা হিংলিবা মীনা পোলোইদা ওইবকলিবা মতৌবু *ইঞ্জিনিয়াব ওংবী থাবল্লে* দা পুখোকই। মপুবোইবা ইঞ্জিনিয়াবনা ফিল্ড ভিজিৎ চৎখিবা য়েংহৌবগা নাপল তৌদুনা লৈহৌবী থাবল্লেগী ফীভম থাবগা লোয়ননা অইবনা থাবল্লেগী পুন্সি অমদি লমচৎ মথং মথং য়েকপা থাবল্লেগী নাপলগী মঙলান অদু মপুবোইবা শিবগী পাউ ফোনদা লাকপদা কায়হল্লিবা ফজবা মফোঙদোকনি।

কৈশাম মংলেমদা অইবশিং অতৈদগী তোঙান তাবা ষ্টাইল টেক্নিক অমা উবা ফংই। অয়াম্বনা নেবেতিব ষ্টাইলদা ইদুনসু দাইলোগ মবাং কায়না শীজিন্নে মবক মবক্তা ব্রাখলবু ফোঙদোকপা ওইনা মোনোলোগ শীজিন্নদুনা সিচুয়েশন শেম্বদা মপূং ফাহল্লি । ফাগী পুবা ব্রাহে ব্রাতা ঙাক্তা শীজিন্নদুনসু নোকহনবগী মহুত্তা খম্বহল্লি। 'ফদিগোম্মা মনম হন্দ্রিঙে খঙজৌকো, নিংথমথা লোইদ্রিয়ে' *(ইঞ্জিনিয়াব ওংবী থাবল্লে),* পংথি থিদ্রবসু পংক ফজদে *( লৈপাক মাইবা খুবাই তাংব ),* লৈকাইনা নুংশিবীবদে শুমাংদা নুংশা য়াইবা ওইনা ঙৈহাক লুহোংহৌই, 'চহী নিফু হেনককব্রাইনি, অহেনবা থাশিং খবসিনা অচোইবা ওইনা শীজিন্নবি' *(খোঙউপ মখাগী থব্রায),* মনেম য়াইবোঙ হিংচাবী, ঐখোয় ইমুংদো প্রসিদেন্ট কলনি অসিনচিংবসি অর্থ লৈনা চবিত্রশিংগী লমচৎ শাজৎ অমদি ফীভমবু ময়েক শেংনা উৎপা ঙমই। ব্রাহে শেম্বদা হৈশিংবগী মশক লৈজে। ব্রাহে খজিক্তংনা পীনিংলিবা অর্থ মপূংফানা পীবা ঙমই। এম. এল. এ. গী কবপসন অমদি কাবাম্বা লমচৎপু 'লুপা লিশিং কুন অদুদৈ নুংশিতোম্বী', অঙম্বশিংনা তৌবা ঙম্বা শক্তি উৎনবা হোৎনবদা 'মন্ত্রি মন্দল অঙম্বশিংগী ব্রায়েল কাতিসি ময়া থৌমনখ্রে, চপ্প চপনিংলবদি অচুম্ববু চবৎ' ইঙেল্লে কৌবী নুপীনা ময়ুম তোয়না পানববু 'থব্রান নোংজুগুম মবা চেননাই নাইকবী' হায়না ব্রাহে খজিক্তনা ফজনা ফোঙদোকেই।

মংলেমনা সমাজ অসিগী মোবেল ভেল্যুজ য়াওদ্রবা মীওইশিংবু হম্ববা থাক্তা থম্বগী মীৎয়েং অমা মাগী খূৎইশিংদগী উবা ফংই । মবম অসিনা সমস্যা উৎপদগী

লমচৎ য়েকপবোমদা হেন্না পুক্নীং থিংজিল্লি। অইবগী খুৎইশিংদা য়াওরিবা চবিত্রশিংনা চপচাবা খুদমনি। থাবল্লে (ইঞ্জিনির ওংবী থাবল্লে) অমসুং তোম্বীয়ে (খুৎকাম্বী) বু মশাগী লমচৎকা চান্নবা ত্রিটমেন্ট পী। থাবল্লেগী লমচৎতা অইবগী কললমনা মীনুংশি খক ফোঙদোক্তে। শক অমসুং ললনা থোইচৎনবগী নাপল তৌরিবা থাবল্লেনা নীংলকপা অপাম্বদু ফংননবা তানবদা মপুবোইবগী অশোনবা মফম য়েংদুনা পুনিংবা মওংদা হুমদুনা পুবা, অমুকসু তুশোন্না হিংলিবা মতৌ অমদি মচেমহননা তুমিন্না লৈববসু মীথিনজেগুম চক চক থীন্দুনা খংনবা হৌবগা অথিবা খোন্দা শীজিন্নবা থোইদোক্না পকনা থোকলি। অইবনা থোইচৎনবগী নাপল নীংখায়ববা থাবল্লেগী ফীভম বাবীমচাগী লোইশিন্নকপদা অসুম্না ফোঙদোকই ঃ

> উকমগী হৱাই মতোন থোৎ-থোৎ নৌবীদু নুংশা ফংবদা
> বৎ তৎশ্রে। মচেমগী মখোঙ কোন্দুনা তেংথা নাওইনা
> কপচবিবা অদুসু পবিং নাইনা চৎথবকপা পুল্লিগা চপ চানবা
> অনৌবা ঈশৈ ময়েকনি।[১১]

অমুকসু মীৱা ঙাঙগনবী হিগায়ৱা শুবী, মীগী অফ নুঙাই উবগা কল্লকপী, অউনপোৎ য়াম্না পামবী তোম্বীবৈগী লমচৎ থাবকপদা 'চোম্পী। চোম্পদা হাইক্নেং মাইকৈ শেংনা চোম্পী। কৈবোই লৈকাইগী হিগাইৱা ললোনবীনি। থম্মোয়না ঙাশেম থাং। খুদোম্বীদং হাইবকপদা থেংনক পুম্বা পৎ পৎ হেক্তা পৎ পৎ। মীগী মথৌ অমা থিব, মচানিঙোল অমা থাজ য়োনজবদা মশাদু ফুবি থুংবীদৌন মবেং মরেংঙি। থিনগাইনিংবনা হুম হুম লাওই। ... মমৌগী মথক্তা অউনপোৎ নম্ভে, অউনপোৎকী মবক্তা মমৌ য়াওবকপদুনি।' লমচৎকা চানববা লোন্দানি। তোম্বীবৈগুম্নবী নুপীশিংগীদমক্তদি শকয়েং মীংশেলনি।

ববাক তম্পাক্কী মণিপুবী বাবীমচাগী ঈচেলদা য়াম্না তাংনা থোকলিবা নুপী অইবীশিংবু অনৌবা থৌনা অমা হাপ্পা ওইনা নহা ওইবিবী এস বদরুন নেসা থোবকই। খুৎইগী হীবমসিং অয়াম্বনা নুপীশিংগী ওইনা তৌবতা নম্ভনা মীনুংশিগী খুৎফম অমা লোয়নদুনা চৎলি। পুথোরকলিবা চবিত্রশিংনা- কখোকপতনা মশরুক ওইজবক্রবী, শু নোম্বতনা পুল্লিগী থৌদা ওইববী, চহীনা লুমথবক্রবীশিংনি। অইবীগী বাবীমচাগী টেকনিক অমা ওইনা বারী খুৎলীদা থম্মোয়নুংগী নুংশিবগী মবী অমা ফুমদুনা বারী লীবসিনি। লোন লীক্না শীজিন্নবগী হৈশিংবা উবা ফংই।

নিঙোল ওইবীশিংগী পুন্সি মশক তাকপদা 'নীঙোল হায়বসি লুবজাৎনি খোঙফম অমত্তং শোয়খিবদা পুন্সি চুপ্পা মাঙবা তাবনি', মমানবীশিংগী মতৌবু ফোঙদোকপদা 'ঐগী ইমান্নবীশিংসি খিগৎকল্লি। ইন্দোন চমেলিগুম্বী মীশক অমগী বাবীবু মখোয়গী নোকপগী হীবম ওইহন্নীংদে' নচিংবা বাহৈশিং মশা তাশিন্না শাফু লৈ। অইবীগী শীজিন্নবিবা বাহৈ বাতাশিংগী মতাং খবদদি মণিপুবী সাহিত্যগী শক্লাইরবী অইবী বিনোদিনী হেক হেক নীংশিংহল্লি। অমতং পন্নবদা বদরুনগী 'ঐনা আইনগী অঙম্বা নত্রগা চৈবাক পীবা ঙম্বা মীশক্তা ওইরক্রবদি মতিক চাবা চৈবাক পীগে খল্লি' হায়বসি বিনোদিনীগী *থোইবীদো য়ান্না বাবৌহৌই*দা য়াওবিবা বাহৈপবেং 'অওইবা ঐনা মতিক লৈবা মী অমা ওইবমলবদি তাঙলবা শাশিংবু শেন্নবিবা মশক খঙবীদ্রবা মীওইশিংদা বীবচক্র পীথোক্রলমগনি।' হায়বসিগা য়ান্না নকশিন্ননা উবা ফংই।

**বারীমচাগী অপূনবা ঈচেল**

মথক্তা শন্নপ্পা নৈনখ্রিবা ববাক তম্পাক্কী ৱাবীমচাগী ঈচেল অসি পংশাং শাংদ্রি হায়না লৌবা য়াই। ইং ১৯৫০ গী মতুংদা মমি তন্নকখিবা ৱাবীমচানা মতম চঙনা ইং ১৯৭৫ দা পোকলকই। মসিগী মতুং তপ্পা তপ্পা ৱাবীমচাগী লাইবিক খূদোল তম্মদুনা মপূং ফাবা ঈচেল অমা শাগৎলকখিবনি। ঈচেল অসিনা চহীচা অসিগী অবোইবা শকতুদি শাবেপ ফাবগী মমি তাবে। অইবশিংগী মশীং য়ামলকপতা নত্তনা মখল মখা ৱাবীমচা কয়াসু থেংনববে। মতম অসিদা ৱাবীমচা কলাগী মপূং ফাবা মশক অমা চোংথোবকলে।

অহানবা তাংককতা খূৎথাবক্লিবা লমদম অসিগী ৱাবীমচা ইবশিংনা শাফু কল্লবা ঈচেল অমা শাগৎপা ঙমদ্রবসু মতমগী পুন্সি অমদি সমাজগী শক্তমবুদি মখল মখা কয়া থোক্লা য়েংননবা হোৎনৈ। নোংমগী পুন্সিদা শাগোন্নবকপা থৌদোক মচা মচাদগী হৌবগা অচৌববু খুন্নাইগী ৱাফমদা হকথেংনবকপা পাঊদম অমা পীবি। অইবশিংনা মীওইবা লমচৎকী মশক থিকবদা থেংনবিবা, নুপা নুপীগী নুংশি নুংঙন অমদি কোমথবক্রবা লমচৎকী মবী, লৌন লৈনবদা জাৎ বর্ণ লাইনীং খেন্নবনা পুবকপা ফল, য়ুম্বান চাদবা নৎত্রেগা অতোপ্পা মবম অমদগী নুপীনা ওক্তবী ওইবকপা, অৱাংবা থাক্কী মীওইশিংনা তুহৎপিবিবা হন্থবা পুন্সিশিং, লাইব অনংগী ঈবৈদগী নাম্ব্লোকপা ঙমদ্রবা মীচম, শেল-থুমনা পীবকপা চৈথেংদা হিংবা অমসুং ইজ্জৎকী

ময়ায়দা লেপলকপা, ফিদম্নফম ওইবা সোসিয়েল ভেল্যুনচিংবদা মশা মশাগী ওইবা সেল্পিবিলিতি অমা হাপতুনা থমলকই। অইবশিংনা মান্নবা অমদি খেন্নবা হীরম্দা চঙশিল্লবসু মখোয়না য়েংলকপা মীৎয়েংদদি খেন্নদবা নত্তে। মতম অসিগী অইবশিংগী রাখলদগী নাম্থোকপা ঙমদ্রবা চপ মান্নবা সমস্যা অমা ওইবিবদি লমদম অসিগী সমাজগী মীওইশিংদা কাঙলুপ নাইবা আনী অসিনি। লাপ্পাও মতুংগী অঙনবা মতমদগী মবা চেংনা লৈবকপা সমাজগী শকফম অসিমদি অইবশিংনা মওং অমা নৎত্রগা অমদা কোনশিল্লি।

সনসম বিনোদনা অচৌ মচা, ইন্যাকখুনবা লাইববা অনীনা য়েৎনবগা থৌবী মবৈ তাবগুম চৎমিন্নবিবা সমাজ অমা পুথোবকই। অপূনবা সমাজ অসিদা শেঞ্জাও পায়বশিংনা মায়কৈ মায়কৈ লেপলগা উপাই লৈজদ্রবা লাইববশিংবু চিংনবক্লবদা হায়ফম তৌফম খঙদ্রবা শকফম অমগী মতৌনি। নুং হুৎনা য়েংলুবদা উবিবদি মীনুংশি মাঙখ্রবা মীওইশিংনা হাজিল্লক্লবা সমাজনি। ধনঞ্জয়গীদি মপান লমগী শহুম মপূংফানা ফংদ্রিবা মোংহাদ্রবা মতৌ চেল্লি। অদুগা লক্ষীবাবুনা উবিবদি ময়ায় ওইবদগী হম্বুবা থাক্কী ফীভমনি। মসিমক্ল মীচমশিংগীতা ওইবা চবিত্রশিং পুথোবকই। পুক্চাক্কী লান্দা ইজ্জৎ য়োনবগী ফীভম য়ৌবকলবা মতমসিগী মশা নাববা মণিপুবী সমাজ অসিদগী থোবকপা মীওং অমমমনি। মতমগী অহোংবদা ফিদম অমদি মোবেলিতিগী থাজবা মাঙলকই। মতম অসিদা বিনোদকী মীনুংশি পোকহনবা ঙমলবা চবিত্র ‘চাকনিবা’ লক্ষীবাবুগী ঈকাই নুংশি য়ান্নববী উপাই লৈত্রবী ‘থম্বাল’, অখাঙ কনবী ‘লৈবাকলৈ’ গুম্বী কাউবা ঙম্লবোইদবা চবিত্র শেমগৎতুনা ইবগী হৈশিংবা উৎলকইব চেম্বুবক্লিবা বাবীমচাগী ঈচেল অসিদা অঞ্জনানা ট্রেদিশনেল ওইবা খুৎইদা নুপী ওইবীগী সমস্যা খবা পুথোকলকই। অদুবু খুৎলাম্থোকতা অশোনবা খবা লৈবনা মপুং ফাহনবদদি রানা থোকই। সমস্যা অসিদগী খবা হেন্না মীৎয়েং শাকথোক চাউথোক্লগা অমুক খুৎথাবকখিবদি নীনানি। বাবীমচাগী অরোইবা তাংককতা থোবকখিবা অইবী অসিনা নুপীনা নুপীগী সমস্যাবু পুথোক্লগা সমাজদা রাকৎ কয়াগা লোয়ননা রাহং তৌবকই। অদুম ওইনমক ষ্টাইল টেক্নিকতা য়ৌশিনম্রিবনা মতিং লৈবা হায়বদুমক্তি ওইবা ঙমদ্রি। মতম অসিদা মমাঙদগী খুৎথাদুনা অচুম্বা ফজবদা থাজজবিবা ধনঞ্জয়দি ‘কাটাথাস’ তুবেলগী ঈচেলদা ঙাথু থেংথুবিবা বাবীশিংদগী হেন্দোক্তনা পাউদমই। রোমান্টিক অমদি আর্দশগী মূশ্ফমদা শাগৎপা

ৱাবীগী মহাউ পীবা লেপত্রি। ৱাবীমচাগী ঈচেলসিদা তোশায়না ঈচেল অনীগী তোঙানবা মশক অমসুং খূৎইগী ষ্টাইল অনীশক সুব্রাম অমসুং মংলেমদা থেংনবে। সুব্রামনা অনৌবা টেক্নিকতা মঙ হা ওইনা, ফম্না ফম্না মঙদ্রঙ ওইনা, ৱাবীগী মতাং অমদগী অশেংবা ৱাবী চখবকপা, ফাগী তৌশিন্দুনা কবেম্নদুনা মচেক্লা য়েবা ৱাবীমচা পুথোবকই। ৱাহৈ য়ামদনা অমদি ৱাকোই শুদনা ফোঙদোক্নিংবা পূক্নীংগী ৱাখল অদু ইতিং তিংনা হায়দোকপা অসুপ্পা খূৎই (সমাস শৈলী) নি। হিংলিবা অমদি হিংননবা হোৎনবিবা পুন্সিগী মওং মবিল নাইদ্রবা ৱাবী কয়া পাউদমলকপনি। মংলেমনা ঘৌদোক ৱাথোক্তগী লমচৎনা মক ওইনা লৌবগা তয়াং তশোই থোকপা, ইমুং মনুংগী অয়াকপা ৱাহৈ কয়া শীজিন্নদুনা ৱাবী কয়াগী মহাউ তংহল্লকই। নোক্নিং মচাক য়াওবা খূৎই (হাস্য ব্যঙ্গত্মক শৈলী) দা ইজববসু অপাবশিংবু খম্নদুনা মহাউ শীননবা উপাই মায়পাক্লা শীজিন্নে। মপাম্থোংগী ওইবা ৱাবীনা খম্নহল্লবা মতুংদা নুংগী ৱাবী অমা পুবক্তুনা লমচৎ শাজৎ কয়াবু মথং মথং চিংথোক্লকই। মতম্না পুবকপা লমচৎকা চান্নববা তোম্বীবৈ, থাবল্লেগী কাউবা ওন্নবোইদ্রবা খূৎফমদা শেমলকই। মসিমক্লা ট্রেডিসনেল খূৎইদা ইবিবা অইবনা অহানবমক্তদা খোঙফম চেৎনা লেপতুনা মফম অমা কনবদা মায়পাকখি।

অসুম্না লমদম অসিগী ৱাবীমচানা খোঙথাং তপ্না তপ্না লাক্তুনা চহীচাগী অবোইবা শক্তদি খবমখৈ শাবেপ ফাবে হায়না লৌবা য়াই। মফম অসিগী জিওগ্রাফিকেল্লি, পোলিটিকেল্লি ওইনা য়েংবদা মণিপুরী সাহিত্যগী মপুং ওইবা ঈচেলদগী খজিক লাপথোকচববসু হৌজিক্কী পুন্সিদা য়াওশিন্দুনা চপচানা শরুক য়াদুনা হিংননবা হোৎনবি । লানফম অসিদা অমুক সামাজিক অমদি শেলথুমনা পীবকপা চৈথেংদা শেমগৎলকলিবা সাহিত্যগী মচল অসি থোইদোক্লা মপুং ফাবগী মায়কৈদা চঙশিল্লকই।

## অনীশুবা শরুক

### উপন্যাসঃ

মণিপুরগী মপান বরাক তম্পাক্তা ইহান হানবা ওইনা ইং ১৯৬৮ দা উপন্যাসকী ঈচেল অমা শাগৎলকখি। চহী অসিমক্তদা অহানবা উপন্যাসকী লাইরিক ওইনা ফোঙলকপ্রবসু মমি তমলকখিবদি ইং ১৯৬৩ দনি । মতম অসিদা খূৎনা ইদুনা ফোঙলকপা 'ঈবাৎ' চেফোঙদা ইদিতবসু ওইবিবা সোবাম বাবুসনানা

অশেংবা মমিং লোৎশিন্নবগা মেমা থোক্কবগা *ঈপোম হৌবকপা ঈচেলদা* হায়বা উপন্যাসকী শরুক কয়া মথং মথং নাইনা ফোঙখি। চেফোঙ অসিনা মতম শাংনা মখা চত্থবা ওমখিদবগা লোয়ননা অহানবা উপন্যাসকী মশকসু মমি শামখি। মতৌ অসুম্না অমুকসু ইং ১৯৬৬ দা ফোঙবা 'বিজয়া' চেফোঙদসু উপন্যাসকী শরুক থবা থবা ফোঙবা হৌবকই। আর. কে. গৌরমনিগী উপন্যাসতগী লৌথোকলগা খুমুজম রাধামোহননা ফোঙবা *লৈরিবা বগকী চাকা,* ইবোংবম শ্রী আবি সিংহগী *লাইববা* আই. রাগিন্দ্রগী *নুংশি ঈহৌ* অমসুং *লৌনম* নচিংবনি। মতমগী চেফোঙশিংদা ময়োল চোংথৎলকখিবা উপন্যাসনা মপুংফানা লৈশাং তন্নমবা ওমদনা ময়োলদা কংখি। মসিগী মতুংদা উপন্যাসকী লাইরিক ওইনা ফোঙলকপ্রব শিংদি - ইবেমহল (সনসম বিনোদ ১৯৬৮), পম্বুং (সাপম বল্লভ ১৯৭১), কথোকপা(এস. ব্রজেশ্বর ১৯৭৬), কাওপ্রবা মতমদো (এল. কালিদাস ১৯৭৭), অহিংবা সনা পাম্বী (এম. কালাচাঁন্দ ১৯৭৭), লম্মুক্কববী বাধা (এল. কালিদাস ১৯৭৮), চন্দ্রকান্ত অমসুং কলাবতী (সনসম বিনোদ ১৯৭৮), পামজদে অমুবা জাৎসে (সনসম বিনোদ, ১৯৭৯), রাখল (সাগপম বীরমোহন ১৯৮৩), নহামকপ (সেবাদল, এল. কালিদাস ১৯৮৪), অসুম্নিদো খুন্নাই অসিনা হিংলল্লিবা (পুখ্রম্বম বাবু ১৯৮৪), খুবাক্কা খুনমগা (কোইজম জীতেন ১৯৮৯), ইচেগী রাবী (কোইজম জীতেন ১৯৯০), শকতম (কোইজম জীতেন ১৯৯১), নিরুপমা (বি. এম. কৈশাম ১৯৯৩), নগুংলাংগী ঐদি ঙাওরবনি (মাইবম চনু মেমচা ১৯৯৪), চীম্নহৌদ্রে নাম্নদা (ওইনাম নীলকন্ঠ ১৯৯৯), সবীনা (আহমদ হাসান ২০০০) মীবা মেমসাহেব (সুব্রাম, ২০০৩) নি।

ইং ১৯৬৮ দগী হৌজিকফাওবদা বরাক তম্পাক্কী মণিপুরী সাহিত্যদা খূদোল তন্নকলিবা সাহিত্যগী মচল অসিবু মারিওন ক্রোফোরদনা পল্লম্না প্লোট অমদি কেরেক্তরদা নগুনা ফিজেৎ চাকচা, দৃশ্য অমসুং মচাক মথুম পুম্নমক্কী ফজবা খুৎয়েক য়াওববা 'পোকেট ভিক্সনারী' অমগুম্বনি হায়বা রাফমলোমদা য়েংলুরবদি থবমখৈ নোপনা থোকলি। উপন্যাস হায়বসিদি পুন্সিগী থৌদোক থবদা অকক্কবা মীৎয়েং অমা থমজববসু মদুদা অইবনা উৎনিংলিবা সংসারদুগী চান চুনবা চরিত্রশিংগী মরমচৎ, রাখল, মীৎয়েং অমদি সমস্যাশিংদুবুদি য়াম্না কুপ্না উৎকদবনি হায়বসিনি। মায়কৈ অসোমদগী য়েংলুবদা উপন্যাসশিং অসি অনেম্না থাক্তগী

হাইগৎলকপা ঙমদ্রি হায়না লৌবা য়াই। উপন্যাসকাবশিংনা উৎনিংলিবা তাইবংপান অদুবু ময়েক শেংনা উৎপা ঙমদবা, প্লোট, টেক্নিক অমদি লমচৎ য়েকপদা অশোনবা কয়া মবাং কায়না থেংনবি। ইচম চম্না পাউদমলিবা ৱাবীতা ৱায়ী ওইনা তৌই।

ইং ১৯৬৮ দা ফোঙথিবা সনসম বিনোদগী *ইবেমহল* মকওইবিবা চবিত্র অমগী মিংথোলদা ইবিবা ট্রেদিসনেল ওইবা খৃৎইনি। অশেংবা মমা মপা লৈববসু পোকপগা লোন্না পুবগা অতোপ্পগী য়ুমদা খঙহন্দনা হুপ্লেক্লম্বনা কনামত্তনা হৌবকফম খঙদ্রবা ইবেমহলবু ফিদম্নফম ওইবা চবিত্র অমা ওইনা শাগৎনবা হোৎনবদা অৱা নুঙাই কয়াগী চাংয়েং চখে। ইবেমহলনা পোকপদগী হৌবগা চহী মপুং ফাবক্তুনা লৌন লৈনবগী মতাং য়ৌবা ফাওবদা উৎলিবা ৱাবী অসিদগী পোলোই য়ৌনবা হোৎনবদা অইবনা ওইথোকপা য়াদবা, অপাবশিংদা থাজবা ঙমহন্দবা অঙকপা থৌদোক ৱাথোক পুশিল্লক্তুনা ৱাবীতা ৱাবী মালহল্লি। ইবেমহলনা মমা মপাগী অশেংবা খঙননবা থিবকপদা চপ মান্নবা থৌদোক হঞ্জিন হঞ্জিন পুশিল্লকই। *ৱাবীগী ফজবা অমদি নুংঙাইবা পোলোই অমা য়ৌনবা হোৎনবদা* উৎলিবা থৌদোক অমবু অসুম্না লাহোকলি ঃ

> নুমিৎ অদুগী ৱায়েলদা গোবিন্দ, চন্দ্রা অমসুং ইবেমহল মখোয় অহুমগী মতৌ অমসুং মখোয় অহুম্না ৱানা ৱানা লোল্লকপা পুক্নি ৱাবীদো তাবদা খঙহৌদনা জজগী থম্মোয় শোকখিবা, খঙহৌদনা জজগী মমীৎতগী মপি তাখিবা অদুগুম্না মহাক্না অসুক কুইনা বিচাব তৌরকপসিদা নোংমা ফাওবা থোকখিদ্রি। বিহাবীগী মথক্তা অকম্বা চৈবাক পীনীংঙমবসু চন্দ্রা অমসুং ইবেমহল মমা মচাগী মহক্না ওইববনিনা মমা মচা অনিবু লৌশনহল্লগা অমুক্তং মীমান্নবা নুঙাই য়াই য়াইফনা পানহল্লগে হায়বা মবন্নাইগী ওইবা বিচাব অমা তৌবগে খল্লক্লে। অদুদগী জজনা *মহাক্কী ফমফমদগী কুমথবক্তুনা বিহারীদা হায়রকই...।*[২০]

ওইথোকপদা ৱাবগদবা থৌদৌ অসিবুদি অপাবশিংদা নোক্লিংনা থোকহল্লি।

সাগম বল্লভকী *পঙ্খং* হায়বসিদসু লাইরবী ইমাবু মীমাঙদা ইকায় খুম্নবগী মহুত্তা চাকনিবীনি হায়না শক্তাকলুবদগী মথং মথং থোবকপা থৌদোক ৱাথোক্তা

য়ুম্ফম ওইবনি। ঈকাইবনা মদোম থৌরী য়াল্লগা থব্রায় থাজব্রবী মমাবু হাংপগী মবাল ওইনা মচানুপা ইবোচাবু আন্দামান জেলদা চহী মাপন ফাদোক তাহল্লি। ইন্দিয়ান পেনেল কোডনা থৌবী য়াল্দুনা শিখিবা মীগী মবালদা পীবিবা দন্দি, হৌজিক্কী মতমদা পুশিল্লক্লিবা জেল অসি থোইদোক্লা ওক্লিংঙাই ওইবি। অমুকসু মচন অমসুং মকপপু নুংশিবগী চৈথেংনা নুমিদাং অথেংবা অহিংদা শগুণ তৌবগা ইমুংদা চঙলক্তুনা মচন অমসুং মকপকী শক্তম য়েংবা বিয়েলিতিদগী লাপথোকহল্লিবা মচাক অমা ওই।

*কখোকপা* আর্দশতনা য়ুম্ফম ওইবা ৱাবী অমা শাগৎনবা হোৎনবনি। সাহিত্যদা মপুল্সি কখোকলবা লেখক গোপালনা বাংলাদেশকী লান্দা চেল্লকপা হেলিমাগীদমক্তা মহাক্কী হিংননবগী পাম্বে ওইবিবা ফম থাদোক্তুনা মাঙোন্দা থবক তৌহনখি। থম্মোয়গী দাননি, কখোকপা অমনি। অদুবু থৌদোক অসিদা ৱাখল খেন্নববা মাগী নুপী রূপবতীগা তাইশিন্নবা য়াদনা লাকপা কনফ্লিক্ত (conflict) অদু য়াম্না ফজনা ময়েক শেংনা উৎপা ঙমদে। গোপাল হেলিমা অনিগী কখোকপা অমসুং ত্যাগনা মপুংওইনা উৎনবা হোৎনবগী মহুত্তা মশা ওইনা লৈরিবা গোপাল মতৈ মনাউ খৎনবা অমদি তাইশিন্নবগী ৱাবীদা চৎখি। অমুকসু থৌদোক শেম্বদা ইম্ফালদগী হেলিমানা ট্রেন তোংদুনা বাংলাদেশ তম্না চৎখিবা অইবগী চেকশিনহৌদ্রবা খুদমনি।

সুৱামগী উপন্যাস *মীবা মেম সাহেব* হায়বসি মণিপুরগী নিংথৌ চন্দ্রকীর্ত্তি মহাৰাজনা (ইং ১৮৫০ দগী ১৮৮৬) পাল্লিঙৈ ইং ১৮৭৪ গী আগষ্ট থাদা ভাবতকী গভর্নব জেনবেল ওইবম্বা লোর্ড নোর্থ ব্রুককা মহারাজগা কাছাড়দা জিলা দরবাব ফমলুবগা মণিপুবদা মায়পাক্লা খোঙলেংলক্লবগী মতুংদা পেনা ফাইবোক্কী অপুনবা শৈহেক্লা মমাশিজদা পাউদমজখিবা মীবা মেমসাহেবকী ৱাবীদা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎপনি। উপন্যাস অসিদা শেমগৎ শাগৎপদা য়াওরিবা ইতিহাসকী মচাকশিংদি - চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজনা জিলা দরবাব খোঙলেংনবগীদমক ৱা তান্নবা, কাছাড় য়ৌবগী লম্বীদা থেংনখিবা অমদি থোকখিবা থৌদোকশিং, সিপাহী লালহৌনা ববাক তম্পাক্তা য়ৌশিল্লক্তুনা সনা চহী অহুম (নরেন্দ্রজিৎ)না লুচিংদুনা মৈতৈ লান্মী কয়া য়াওশিনখিবা, অমুকসু মণিপুরদা চঙশিনবদা ফারবা মতুং কালাপানী জেলদা থাখিবা, লুসাইশিংনা কাছাড়গী মফম কয়াদা লান্দাদুনা লুঠ-

পাট তৌবা, নুপী কাদুনা পুবা, নুপাশিংবুনা অফং অফংবা হাৎপা, কাছাড়গী ডি.সি জন এডগারগা লুসাইশিংগা সন্ধি তৌনবা, লুসাইশিংগী ইন্নাংদা আলেকজেণ্ডারপুর চা বাগানগী মেনেজববু হাৎখিবা অমদি মচানুপী মেরীবু ভেঙ্কাইয়ানা কাদুনা পুখিবা, ইং ১৮৭০ দা বৃটিশশিংগা লুসাই লুচিংবা সুকপাইলালগা উনদুনা ঙমখৈ লেপথোক্লদুনা সহী তৌনবা, ইং ১৮৭১দা বৃটিশশিংনা লুসাই চীংদা লান্দাদুনা মেরীবু অমুক হন্না পুবকপা অসিনচিংবনি। উপন্যাসকারনা প্লোট শেমগৎ শাগৎপগী খুদোংচাবা য়েংদুনা থৌদোক বাথোকশিংবু মথং মনাও থম্বগী চৎনবীদগী খবমখৈ কোমথোকই। থৌদোকশিংগী অহান অকোন শেম্বগী মওং মতৌ অসিমক্তি ঐহিহাসিক উপন্যাসকাব অমসুং ঐতিহাসিক নাটকশিংদা তোয়না উবা ফংই। থৌদোকশিং অসিগী মথক্তা ইতিহাসকী ওইবা চবিত্র কয়া য়াওবি। মরু ওইনা মতীক মগুণ লৈববা, পাঙ্গ নবা, লৈবাক ঙাকপদা হৈশিংবা চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজ, নিংথৌগী য়াথংবু লৈখা তাহন্দনবা বায়েল থৌদা য়াবিবা লৈশং যাত্রা, মইবম তাম্রসিং, য়ুমলেম্বা পেনা খোংবা, শৌবইজাম্বা মেজ্রোর, কাংঙমবম থাঙ্গাল মেজ্রোব, বামোন লৈহাও থাবা, কিটিঙ্গ সাহেব, কেপ্টেন ব্রাউন, লন্দনদগী লাক্লগা চীংনুং মানুংদা অবাবা কয়া খাঙদুনা 'পুন্সি হায়বসি থবক্কি' হায়না খল্লিবা জেমস উইনচেষ্টাব সাহেব, লুসাইগী খুল্লাকপাশিং-বতনপুইয়া, সুকপাইলাল, ভেঙ্কাইয়া, সিপাই লালহৌদা ববাক তম্পাক্তগী মায়বোং য়াখিবতা নঙনা মপুন্সি চুপ্পগী কালাপানী জেলদা থাগ্রবা সনা চহী অহুম অসিনচিংবনি।

উপন্যাস অসিদা উপন্যাসকারনা মরুওইনা উৎননবা হোৎনরিবদি ইতিহাসকী ওইবা থৌদোক অমা ওইবিবা সিপাহী লালহৌগী ঈবাংনা বাজাব কায়দুনা মায়কৈ শলাই খংদনা চেন্নবকপদা অঙৌবীগী মচানুপী মীবাসু মুড়ী লুথোং লংশেক্লমলগা মফম মবাং খংদনা অনকপা য়ুম অমদা চংদুনা লোৎলুই। মীবানা মশাবু কঞ্জননবা লোৎলুবিবা য়ুম অদু সাহেবকী ওইবম্বা অমদি অহিং লেললুই হায়বগীদমক মচাবু বামোননা শেংদোকপা, সাহেবনা ফন্নমলবা মমাঙ শঙ্গোয়দু মৈ থাদোকপিখিবা মতৌশিংসিনা মতম অদুগী মণিপুরী সমাজদা হিংলিবা মীওইশিংগী বাখল্লোনশিং অদু উৎননবা হোৎনৈ। মরু ওইনা উৎনিংলিবা সামাজিক অবস্থা, চৎন লোনচৎশিং অসিদা চেন্নরকলিবা চবিত্র মেরা, অঙৌবী, মীবা, লাবণ্যনচিংবা উপন্যাসকাবগী কল্পনাগী খুৎশেমনি। ইতিহাসকী থৌদোক

অমদা পানশিন্নগা মখোয় অসিবু অহিংবা ওইনা উৎননবা হোৎনবনি। অদুম ওইনমক উপন্যাসকাবনা ১৯শুবা চহীচাগী মতমদা ববাক তন্পাক্তা ওইবমলিবা মণিপুরী সমাজগী মতম অদুগী অকোয়বগী ফীভম, চৎনবী, মীওইশিংদুগী পুন্সি, পামজবা অমসুং অকিবা, পুন্নমক ময়েক শেংনা উথলি হায়বদুমক্তি শোত্তক তাবি। তাংকক ১৮ য়াওবা উপন্যাস অসিদা মপুং ওইনা উথনিংলিবা বাবীগী হীবমনা কোন্নিবসি মতাং তবাখক্তনি। তাংককশিং অসিদা য়াওবিবা চরিত্রশিং অসিগী মশক য়েকননবা হোৎনবদা থৌদোক বাথোক হায়বদি য়ুপানগী অয়ুক নুমিদাংদা পাংথোকলিবা থৌবম পবেং, ষষ্ঠী পুজাদা লীনবিবা বাবীগী মশক, সিপাহী লালহৌ, লীক্কোন শান্নবা উৎপবোমদনা হেন্না মায়পুনরকই। মসিমক ওইদুনা মতাং খবদদি অমাং অশেংগী চেৎলবা লীপূন অমদা হিংলকখিবা মতম অদুগী মণিপুবী সমাজ, মসিদা হাই হন্না থাংলিবা মীওইশিংগী পুন্সিগী মশক খবদি ময়েক শেংনা উবা ফংই। খুদোংথীবা অমা থোক্তুনা কৈথেল কায়রবদা মীবানা মথবাই হিংজননবা লোৎলুবা য়ুম অদুনা ফিরিঙ্গী সাহেবকীনি খণ্ডলকপা মীৎকুপতা ওইবিবা ফীভম পুক্নীং নুংশিনিঙাইহিনি।

'ইবেমা, নঙবু নকোক মরু তুমদুনা অমুক্তা ইরুজরু চৎলু।
ঐগসু ইশম শন্নবে, ঐসু চাইথরুরগে।'
'ফিবিঙ্গী সাহেব শাথেংনবা মাংবনি। ঐ মৈ হৌগৎলম্মগে,
চৎলো চৎলো
ক্ষেত্রিময়ুম অহননা মরক থৎনা ঙাংলকই, - ইবেমা,
ব্রাহ্মণদা মীনম্বা বা ঙাংজনু নৌনা নয়া তেকচনি।
আজ্ঞাহনলোমদা ওনশিন্নগা, - 'সনিখ্যাঃ তুংদা শাজৎ
সনাৎনদনবা মতিক থোকপা চৈবাক তৌবিদ্রবদি ননাই
ঐথোয়দি পেঞ্জবোই। ফিবিঙ্গী ম্লেচ্ছনা কাবম্লবা মমাং
সঙ্গোই অসিবু মাঙম্রিবা সনিখ্যা? মসি মৈ থাদোকখিবনা
হেন্না চুম্মোইদবা? মসিবু থম্বা তারবদি ননাই ঐথোয় অমাং
অশেং খংনদবা হায়বদু থোকপা তাবে। মফমসিদা
চংলুববনিনা ঐথোয়সু ইরুদবা য়াবিব্রা?'[২১]

উপন্যাসকাবগী হৈশিংলবা বাহে বাতানা থায়নগী এদমোসফ্যাব অমা শাগৎপদা মতেং পাংই। অমাং অশেংগী চৎনবীবু চেৎনা থাগোম্নবিবা সমাজ

অমদা হিংলিবা মীরাসু চপ চাবা চৈথেং ফংখি। লৈকাইগী হরাউ কুম্মেদা মমান্নবীশিংনা করেন্নরকই। ফিবিঙ্গীগী ইমুংদা অহিং অমা নোংলেল্লুবনা মরম ওইবগা য়ুম্বান লম্বীদগী তপ্পা তপ্পা থাপতোরকহনখি। মপোকসিবু ওম্বোক্লা বাবৌজবতা নত্তনা তুরেলদা চোংথদুনা শিবগে খল্লকই। থেংলবা অহিং অমদা নত্তবা বাখলনা লমজিংদুনা খোঙনা পুবা মায়কৈদা থোক্লকপদা সাহেবকী বংলো মমাঙদা থুংলুই। স্তান খঙলাক লাক্কুনা সাহেবতা মথবাই কৎথোকখি। মীওইবগী পুন্সিদা, লুববা মতমদা কবিগুম্বা বাবেপ অমা লৌবা হায়বসি য়াম্না মরুওইবা থৌদৌ অমনি। অসিগুম্বা বাবেপনা মশাগী পোলোই লেপচগদবনি। মতাং অসিদা মীরাদি মফম মতমনা পীরকপা চৈথেংদগী মশাগী পোলোই লেপচে।

> 'বোবাক তুবেলদা চোংথকগা শিরুবগে লেপ্রদুনা অমম্বা লম্বীদা চৎলকই। নিপাননি কোনবগী থাজনা মাগী মতৌদু য়েংবা ঙমদ্রবোই, খংঙান ঙাম্হোবক্কুনা মিশনগী য়ুমদু উহনখি। সাহেব, ঐ লাক্রুবনি। সাহেবনা লৌশিনবিদ্রবদি ঐদি বোবাক তুবেলদা চোংথদুনা থবায় থারুবগনি। . মহাক চংলুবদগী মমাং সঙ্গোই মৈ থাদোকপিবা ঙম্বা মৈতৈনি। নুপীমচাসি লৌশিল্লবগা কবি অমুক্তা তৌবকপা? মাগী বাগান কোকপদা মৈতৈমচা খবা য়াওবদু মপুক য়াম্না ফৈ, অদু শাওপ্রবদি য়াম্না শাথি। মহাক্লা মবম ওইদুনা সাহেবকা মৈতৈগা মরূপ ওইনবদু কায়রগদ্রা কিজখি। ইনুং ঙান্দ্রিঙৈদা লৈমিন্নরিবা সাহেবশিংদা তাক্রুল্লগা শগোল থৌবাং তৌদুনা মখোয় অনী সিলেট য়ৌননবা চৎমিন্নখি।[২২]

সুব্রামগী উপন্যাস অসিদা কল্পনিক ওইবা মীৎয়েংনা হৌদ্রবা যুগ অমগী স্পিরিট, চরিত্র, মীওইশিংগী পুন্সি মখোয়গী পুক্নীং অমসুং ইহুল, অকোইবগী ফীভমদা মীওইশিং অসিনা কবন্না বিএক্সন পীবগে হায়বদু উৎননবা হোৎনৈ। ইতিহাসকী য়ুম্ফমদা ময়েক শেংনা লৈববা মেবী উইনচেষ্টাবগী বাবী অসিবু ইতিহাসকী ওইবা মচল কয়ানা কুয়োম য়োমলগা চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজকী জিলা দববাবগা মবী লৈননা পুথোবকই। মরু ওইরিবা প্লোট শেমগৎ শাগৎলকপদা মতেং পাংলিবা প্লোটশিংদা হেন্না মীৎয়েং থম্বগী মতৌ উবা ফংই। উপন্যাসকাবনা ইতিহাসকী ওইবা থৌদোকশিংবু শোক, তাবিখ, থাবাননচিংবা চপ চপ চানা

পন্দুনা হেন্না মপুং ফাননবা হোৎনরবসু মতাং খরদদি মান্নদবা উবা ফংই। ইং ১৮৭১গী জানুয়াবী তাং ১৩দা থোকখিবা লুসাইশিংনা আলেকজেণ্ডাবপুর চা বাগানদা লান্দারকপদা সেল্লার সাহেবনা শন্নাদা হিংহৌরবসু, জেমস উইনচেষ্টারদি হাৎখি অমদি মচানুপী মেরীবুনা ফাদুনা পুখি হায়বা বাফম ইতিহাসকাব জয়ন্ত ভূষণ ভট্টাচার্য্যনা মাগী *কাছাড় অন্দার বৃটিশ রুল ইন নোর্থ ইষ্ট ইন্দিয়া* দা পনবা থেংনৈ। উপন্যাসকারগী থৌদোকসিদদি সাহেব অনীমক থবায় থাখি। অমুকসু জিলা খোঙলেংবগী মতাংদসু চয়েৎনবা থেংনদবা নত্তে। মসিমক লৈদুনসু ইতিহাসকী লামায়দা লৈরোল চনশ্রবা থৌদোক বাথোকশিংবুদি নৌহৌননা লীরক্কুনা মহাউ পীননবা হোৎনরি। পেনা শৈশকী বাহে বাতা অমদি খুৎশেম বাবীগী বাহে বাতা অনী তিন্ন তোৎনজববসু মতাং খবদদি চন্না ফজবা কয়া য়াওই। বামোনশিংনা চান থক্কুবা থোং থাকপবু 'খাবৈ চেগপকী মখোলনা থাংশাবনা য়েবা মখোলগুম', ভীমনা গুকচাও থেকপগী বাঙাংদা 'মাদি আ ঙাখা পিকক্রনি হায়বিগে, মাগী ষষ্ঠীদা ঐনা লাইবিক তৌগ্রিবনি তাজৌ', সাহেবশিংবু মাংনা *লৌবগী মতাংদা 'উতেক অমা থাবিবগা মমাং সঙ্গোয়দা ফমহল্লি'*, মীয়ান্না হংলকপা বাহংগী পাউখুম পীননবা হোৎনরিবা অঙৌবীগী মতৌবু 'মচীনদু কোঙ্গোন শৌরে', মমানা মচাবু থীবদা 'ষণবীনা খোংলদুনা মমৈ ফীরাল শানা কৈইচেল চেন্নদুনা মচা থীবগুম' অসিনচিংবা থোইদোক্লা শীংথাবা য়াই। নহা ওইনা বাখল পেং চোইববী মীবাবু কুপশেন শেন্নরিবী অঙৌবীগী মতৌবু অসুন্না ফোঙদোকই

> অঙানবা তাইবংদা অমাং অশেংগী পলনা খাববসু
> অমম্বা অহিংদা শাবমচৎ চেন্বদা অমাং অশেং য়াবিদে।
> মীগী অচেংবা ঙাইবিবা অঙম অথৌ কয়াসু খুদোংচাবা
> লৌরকখি। তিঙ্গাববা, পুমথববা লুচিংবশিংদগী চেনফম
> মাইকৈ পুন্নমক মখোয়গী হুইবোয়শিংনা চবক সিদনা
> থৎপনা নাহোক্লবগী পাম্বৈ লৈখিদে।[২৩]

ময়ান্না মাংই হায়না ইহোকচববসু হকচাংগী ফীভমদি তনৌ তনৌবিবী মীবাগী হকচাংবু অচেংবা তাঞ্জা য়েংলগা মহাউ তংননবা হোৎনবিবশিংবু তুকৎচনা য়েংলকলিবা মীৎয়েংনি।

গ্রোটকী শেমগৎ শাগৎপদা খজিক অশোনবা লৈদুনসু সুব্রামগী *মীবা* মেম

*সাহেব* ববাক তম্পাক্কী মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল ওইনা পীবা ঐতিহাসিক উপন্যাসনি। হৌখ্রবা যুগ অমগী ওইবা মশক, পুন্সিগী ওইবা শক্তম খবদি উপন্যাস অসিদা নৌহৌননা শেমগৎতুনা উৎলি। মগুগী নৎত্রগা মিত্রংগী সংসাব নত্তবা পুন্সিগা মবী লৈনবা অওইবা হায়বদুনি। উপন্যাসকাবনা মীওইবগী পূক্নীং ইহ্নলদা ফাওবিবা মচাগী নুংশিববু বাহে খবদংনা ফোঙদোকই -

> নুংশিবা হায়বসি অঙকপা পোৎশক অমনি। মাগী চৈথেংনবু ফংগ্রবদি অঙৌবা, অমুবা, অচৌ-অপিক, অবাং অনেম খায়দে। মচা লৈজদবা কনাগুম্বসু ইমা বাবা হায়না মিংগৌজবা অঙাংশিংবু মচাগুম্না নুংশিবী। মী চামগী মথক্তা লালু চোমাই লৌবদা মখুত্তা অনিকপা পোকখিদ্রবা মীনুংশি ব্রাৎলবা ভেঙ্কাইয়াগী থম্মোইদা অঙৌবা নুপীমচাসিনা লায়না জয় তৌখি।[২৪]

হৌখ্রবা যুগ অমবু অমুক নৌহৌননা কল্পনানা শেমগৎতুনা ঐখোয়গী মীৎমাঙদা অফবা গুণ, ফত্তবা দোষ, পূক্নীং ইহ্নল, চৎনবীগী চৈথেংদা হাই হুন্না খাঙলিবা পুন্সিগী মশক খবমখৈদি উৎপা ঙমলে। অমাং অশেংগী চৎনবীনা হাববা সমাজ অমগী মতৌ উৎনবা হোৎনববসু মীবানা শেৎখিবা ফনেকপু নহাবোলশিংনা খুন্দুনা পুরকপা, বামোনগা ক্ষেত্রিয়গা গুরগুরি লান্নদুনা থকমিন্নবকপদা অপাবশিংবুদি হেক হেক চমন্নহল্লি। পুন্নমক অসি লৈদুনসু থৌদোক ময়ামবু তাশিন খোমজিন্দুনা কলাগী পোখোক অমা ওইনা পুথোবকলিবা সুত্রামগী খুৎই অসিমক্তি ঐতিহাসিক উপন্যাসনি।

মতৌ অসুম্না ববাক তম্পাক্কী উপন্যাসকাবশিংনা চহীচা অসিগী অবোইবা ফাওবদা ফোঙলকলিবা উপন্যাসশিং অসিমক্তি উপন্যাসকী পাক-চাউববা কেনভাসকী খুদোংচাবা লৌদুনা পুন্সিগী নাকয়েংকী অওইবা ফীভমদা চুং ফিবাল চানা শাগৎলকপা উপন্যাস থোবকপা ব্রাৎলি। শম্না হায়ববদা উপন্যাসকাবশিংনা ইনিংবগী লাংতক্লবনা নমহৎখিদুনা খল্লু খল্লুবদা থবায় য়াওনা ইনখিবা ওইনা থোক্তবা নত্তে। পুন্সিবু পাক-চাউনা অমদি মবেক লৈনা য়েংবা মীৎয়েংদুদি উপন্যাসশিংসিদা য়াওবা ঙমদ্রি। উপন্যাস অমগী মবেপ লৈবা, চীং লেম্না, পুন্সিবু মাইকৈ কয়াদগী কুপ্না উশিনবা ঙম্না মীৎয়েং থোবক্ত্রি । অসুম্না মহাউ পীবা ঙম্না মচল অমগীদমক্তদি ঙাইখিবা তাবি।

## নোট অমদি রিফারেন্সশিং

১। শগোলশেম ধবল (সম্পা.), *অসিদসু মী হীংই,* অনীশুবা ফোঙবা, রাসপুর্ণিমা খোর্জেং মরুপ, শিলচর, ১৯৭৩, লা ১
২। সনসম বিনোদ, *শংবানবা অতিয়াগী মখাদা,* ১বা ফোঙবা, কাছাড়, ১৯৮৬, লা ৩
৩। *ইবিদ,* লা ৫
৪। *ইবিদ,* লা ২৯
৫। *ইবিদ,* লা ২৬
৬। হৈস্নাম লক্ষীবাবু, *তারমদাই নুমিৎকী সনা অহিংবা মচুলক্তা,* অহানবা ফোঙবা, স্তেদ-বার্ড পব্লিকেসন, লক্ষীপুর, কাছাড়, ১৯৮৮, লা ২৫
৭। Patricia Jaffery, *Frogs in the well, Indian Women in Purdah, Legitimacy and Concord,* Vikash publishing House Pvt Ltd New Delhi, 1979, p 98
৮। লক্ষীবাবু, *ওপ-সিট,* লা ৯২
৯। খোকচোম অঞ্জনা, *লৈচিনগী ঈশৈ,* অহানবা ফোঙবা, কাছাড, ১৯৮৮, লা ১৯
১০। এন ধনঞ্জয়, মাঙোয়নন নিংশিংজবা, *ইংন তপ্ন চেল্লি কাটাখাল,* মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম, ১৯৯৫, লা I - II
১১। *ইবিদ,* লা ৫২
১২। *ইবিদ,* লা ৫৪
১৩। *ইবিদ,* লা ৫৮
১৪। কোনসম বিনোদবিহারী, *হনুমান মমৈ কোয়ো,* অহানবা ফোঙবা, খোর্জে শিঙ্গালুপ, জাবিবোন, ১৯৯৪, লা ৭৫-৭৬
১৫। নীনা দেবী, *মৈবাৰী,* মণিপুৰী সাহিত্য পবিষদ, আসাম, ১৯৯৪, লা ৫৫
১৬। *ইবিদ,* লা ১২৫
১৭। এন, নীনা, বোনসাই, *খোবিরোল* (সম্পা ), অচোইবম দ্বিজেন, নহারোল খোবিরোল সিঙ্গুপ, লক্ষীপুর, নবেম্বর ২০০১, লা ৪৪
১৮। সুব্রাম, *খুনুখোংগী শমদগী হিংনবা লান,* অহানবা ফোঙবা, নহারোল খোবজে থৌগলুপ, হাইলাকান্দি আসাম, ২০০০, লা ৭৭
১৯। কৈসাম মংলেম, *ইঞ্জিনিয়াব ওংবী থাবস্রে,* আহানবা ফোঙবা, মণিপুরী লিটবেবী সোসাইটি, ইম্ফাল, ১৯৯৯, লা ১১৪
২০। সনসম বিনোদ, *ইবেমহল,* থেসুজম য়াইমা সিংহ, কছাড়, ১৯৯৮, লা ২১২
২১। সুব্রাম, *মীরা মেমসাহেব,* নহাবোল খোরজে থৌগলুপ, জারিবোন, ২০০৩, লা ৪৯-৫৩
২২। *ইবিদ,* লা ৬৫-৬৬
২৩। *ইবিদ,* লা ৭৬
২৪। *ইবিদ,* লা-৮১-৮২

# ৱারোইশিন

ববাক তম্পাক্কী মণিপুরী সাহিত্যদা মীৎয়েং অমা হায়বসিগী মনুং চন্না মমাঙদা থমজগ্রিবা ৱাফমশিং অসিদগী তাবক্লিবা ৱাপুদি তবানিপানশুবা চহীচাদগী মপূং ওইনা ববাক তম্পাক্তা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈরক্লিবা মণিপুরীশিংনা অঙনবা মতমদগী মশাগী কলা সংস্কৃতি অমদি লোনবু নীংথিনা ঙাকশেন্দুনা থম্লকই হায়বসিনি। যুমথংনবিবা জাতিশিংনা মতমগী য়াওলগা ইবোয়ননা মহে-মশিং তম্লদুনা চাউখৎপগী লম্বীদা মাঙজিল থাগ্রবসু হীবম কয়াদা শোত্থবিবা মণিপুরীশিংনা তবামাগলশুবা চহীচাগী অবোইবা শকক্তগী মায়ওনশিল্লকখিদুনা তপ্পা তপ্পা কুনশুবা চহীচাগী মতমদদি অঙম্বা থৌদাং য়ানবকখি। খোঙথাং তপ্পা লাকখিবা জাতি অসিগী শক্তমদা অনৌবা মঙাল অমা নাওবিয়া ফুলোনা পীবকখি।

নীংতম্লবা মতুংদা ভাবতকী মফম শিনবা থুংনা লাকখিবা ৱাজনীতি, শেল-থুম, সামাজিক অমসুং মহৈ মশিংগী অহোংবশিং লমদম অসিদসু য়ৌবক্লুনা মণিপুরীশিংনসু মমিৎ মমায় পাংলকখি। মতম অসিদগীদি লমদম অসিদা মণিপুরী ল্যোনগী চেফোঙ কয়া পুথোকপতা নত্তনা সাহিত্যগী মচল ওইবিবা শৈরেং, ৱারেং, ৱারীমচা, দ্রামা, উপন্যাসনচিংবা ফোঙনবকখি। ফোঙনবকপ্রিবা সাহিত্যগী মচলশিংগী মনুংদা শৈরেং অমসুং ৱারীমচাদনা খ্বাইদগী হেন্না খূৎথানবকই। মচলশিং অসিনা অঙনবা শকক্তদি খূৎতম্বগুম ওইনা উববসু তপ্পা তপ্পা মপূং ফাবক্লুনা চহীচা অসিগী অবোইবা শকক্তদি মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা মশক অমদা লেপ্পকপ্রে।

মণিপুরী সাহিত্যদা অচৌবা অবদান অমা তৌবিবা ববাক তম্পাক্কী অইবশিংগী খূৎইশিংবু নৈনবা অসিগী অহানবা পন্দুপতা নৈনবদা হেন্না মবীক চুম্লনবা অমদি খুদোংচানবগীদমক তম্পাক অসিদা মণিপুরীশিংনা মতৌ কবম্না, কবম্বা মতমদগী খুন্দাবকখিবনো হায়বা ৱাফম থম্বতা নত্তনা মখোয়গী পুন্সি মরেল, সামাজিক অবস্থা, শিনফমনচিংবসু নৈনদুনা উৎলি। আসামগী জিলা অহুমনা পুম্লগা

'ববাক তম্পাক' হায়না খঙনবিবা লমদম অসিদা মণিপুরীশিংনা অঙনবা মতমদগী মবী লৈনবকপ্তবসু মপূং ওইনা খুন্দারবকখিবদি তবানিপানশুবা চহীচাদগীনি হায়বসিনি। ফুকপ অসিনা শাগে জাৎ তিন্নদবা অতোপ্পা জাতিশিংগী মবক্তা মতম কুইনদগী হিংলক্তুনসু মশাগী লোন, সাহিত্য, কলা কৃষ্টিবুদি চেকশিন্না ঙাকশেনবতা নত্তনা য়োকখৎননবা হোৎনদুনা লাকই। মীশিং য়ান্বা ফুকপকী মরক্তা মীশিং লীকপা কাঙলুপনা অৱাবা, খুদোংথীবা কয়া মায়োক্লদুনসু লমদম অসিগী মণিপুরীশিংনা সমাজ অমগা শাগোন্নদুনা লাক্লবা সংস্কৃতিবু চেকশিল্লবগা লোয়ননা মতমগী অহোংবা য়াওলদা অপূনবা সমাজ অমা লিংদুনা খোঙথাং মান্নবা চৎননবসু হোৎনৈ।

সাহিত্য হায়বসি সংস্কৃতিগী অকক্লবা চায়গোইনুংদা লৈগল্লি। মসিতা নত্তনা মীওই কাঙলুপ অমগী সামাজিক অবস্থা অমদি তোপ তোপ্পা সংস্কৃতিগী শক্তম সাহিত্যদা মমি শোয়দনমক তাই। মবমদি মখোয়গী ফিজেৎ-চাকচা, লাইনীং লাইশোল, শেল-থুমগী ফীভম, হবাউ-কুম্মৈ চৎনবীগী মচল পুন্নমক অইবশিংগী কন্সসস মাইন্দদা তংতানা লৈবা মবমনা মখোয়গী খুৎইদা হকথেংননা নত্রগা নাকোইননা মমি তাই।

'মহৈ-মশিং, লোন অমদি সাহিত্যগী ঈহৌ' হায়বসিদা লমদম অসিদা মণিপুরীশিংনা নোংচুপলোমগী শিক্ষাদা মায় ওনশিল্লকপা, সংস্থানশিং লিংখৎনবক্তুনা লোন অমদি সাহিত্যগী ঈহৌ শাগৎলকখিবা, মমারোলনা মহৈ তম্নবকপা, চেফোঙ, লাইবিক ফোঙনবকপনচিংবগী মতাংদা নৈনৈ। মীওইবনা মতমগী য়াওলদা লৌশিং জ্ঞানগী অহেনবা তান্নবকপদা মহৈ মশিংগী চাউববা মফম অমা কল্লকই। অসুম্না তাকপী তম্বীবগী ৱাখলনা মায়পুনবকপদদি মশা মশাগী লোনবু তঙাইফদবা অমা ওইনা লৌনদুনা চাউখৎননবা হোৎনবকই।

চাউখৎপগী লমদা মাঙজিল থাম্লবা বৃটিশশিংনা হৌদোবকখিবা নোংচুপলোমগী শিক্ষানা ববাক তম্পাকী অকক্লবা মফম খরদা শন্দোকপা ওইনা ইং ১৮৫৭ দগী লমদম অসিদা স্কুল লিংদুনা মহৈ-মশিং তম্নবকপ্তবসু মীশিং লিকপা জাতি অসিগী ওইনদি মমাবোলদা মহৈ-মশিং তম্বগী খুদোংচাবা ফংলকখিদে। খুদোংচাদবা অসি লৈদুনসু মীবোলদা তমদুনা মহৈ-মশিংগী জ্ঞান ফংলবশিংনদি অতোপ্পগী মতৌশুম মশাগী লোনবুসু চাউখৎহন্নিংবগী ঈহুল লাকখি। মসিমক্লা ইং

১৯১৭-১৮ দা *'মৈতৈ লৈমা'* চেফোঙ ফোঙলক্লুনা সাহিত্যগী ঈহৌ অমগী মমি তমলকই। ঈব্রায় ঈনিন ওইনা লাকখিবা ঈচেলসিদা নাওবিয়া ফুলোনা ইং ১৯৩০ গী মতমদা মৈতৈগী শিথকুববা লোন, সাহিত্য, লাইনীংবু হিংগৎহন্দুনা য়াকাইবোল শক্লকই। অদুম ওইনমক অপূনবা সমাজগী শক্তম শেমগৎ-শাগৎপদা নাম্মতগী পাঙ্গল লৈতবনা তপ্না তপ্না লূপ কয়া লিংখৎনবকখি।

খুদোংচাদবা কয়া ময়োক্লবিবা জাতি অসিগী মশাগী লোন, সাহিত্য, সমাজ সংস্কৃতিবু চাউখৎহন্নিংবগী ব্রাখলনা মাঙওইনবকপদগী, লক্ষীপুর মায়কৈদগী শেমগৎলকখিবা *নহামকপ* অমদি , জাবিবোন মায়কৈগী *থৌগন মকপ* কী লুচিংবা খবনা মকওইবা থৌদাং লৌবগা ইং ১৯৫৭ দা মৈতৈরোলনা আসামদা মহৈ-মশিং তম্বগী খুদোংচাবা ফংলকখি। অসিগুম্নবা অপূনবগী শক্তি অসিনা মথৌ মগুম শান্নকপদগীদি লোন অসিবু নুংশিবা মীওইশিংনা *মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ* (১৯৬১) লিংখৎপতা নত্তনা জাতি অসিগী লোন অমদি সাহিত্যনা তপ্না তপ্না মাঙলোমদা চঙশিল্লকখি। নাকল অমবোমদা অইবা কয়ানসু মখল মখাগী খূৎইদা খূৎথানবক্লুনা সাহিত্যগী সেবা তৌনবকখি।

কুনশুবা চহীচাগী অবোইবা তাংকক ফাওবদা ফোঙলকখিবা অইবা অইবী কয়াগী তোঙান তোঙানবা খূৎইশিংগী মনুংদা শৈরেংনা মাঙজিল থাবগা ব্রাবীমচানা তুংইন্দুনা চেঙ্খবকই। চখবক্লিবা সাহিত্যগী খোঙচৎ অসিদা মাঙজিল থাবিবা মচল শৈরেংগী ঈচেলবু মতম অহুম– (১) লাইনীংহনগী মতম (২) নীংতম্নবা মতুং ১৯৫০দগী ১৯৮০গী মতম অমসুং (৩) ১৯৮১ দগী হৌজিক ফাওবা হায়না খাইদোক্লগা নৈনৈ। অহানবা লাইনীংহনগী মতম হায়বসিদি নাওবিয়া ফুলোগী খূৎইশিংদগী মক ওইবা খবা খনগৎলগা নৈনবনি। লাইনীংহনগী মতমদগী ময়োল চোংলকখিবা লমদম অসিগী শৈরেংনি। ময়োল চোংলকপ্রবা শৈরেংশিংসিমক্তি মৈতৈলোনগী মুভমেন্টদা মাঙজিল থাবনি। মৈতৈগী লাইনীং লাইশোন অমসুং কলচবদা লৈখিবা দোবমেন্সি পেবিত্তদবু মতাং মতম চানা শৈরেংনা খূৎলাই ওইবগা লিঙ্গুইস্তিক কলচবেল নেসনেলিজমবু য়াকাইহনবনি। শৈরেংশিং অসি মপূংদা লোন, সাহিত্য, লাইনীং লম্বীবু য়োকখৎতুনা মপূং মবৈ ফাহন্নিংবগী পুক্নীং ইহুলবু কলা অসিগী উফমদা হাপ্লগা মৈ ইক্লবা হোৎনবদুমক্লি।

অনীশুবা মতম নীংতম্নবা মতুংগী অঙনবা শৈরেংশিং হায়বসিদদি অঙনবা

মতমদা খুৎথাবা হৌবকখিবা কবিশিংগী শৈরেং নৈনৈ। মতম অসিদা খুৎ-থাবকখিবা অইবশিংগী মনুংদগী শগোলশেম ধবল, সৌগাইজম ব্রজেশ্বৰ, খৈকদ্দিন চৌধুৰীনচিংবগী শৈরেংশিং শিংথাবা য়াই। কুম্লাগী পবিং হায়বদি লাইনীংহনগী মতমদা ঈফুৎ ওইনা চেম্বুবকখিবা শৈবেংগী ঈচেলনা চহী কুন হেন্না কুম কাংখ্রবসু হুম্ফুগী পবিংদা ধবলনা বোমান্টিসিজমদা মচু লোক্কুনা ঈচেল নাইহল্লকপনি। ভাবতকী নীংতম ঈহৌ, অনীশুবা লাঞ্জাও, শেল-থুমনচিংবা অৱাং অপা কয়া মায়োক্লদুনা ঈচেল খকপগী ফীভমদগী পুন্সিগী ঈশৈ শকপা পামজবা ধবলনা মহৌশাদা চংজদুনা ঈশ্ববু পার্সোনিফাই তৌবতা নত্তনা কখোকপতনা অচুম্বা পুন্সিনি হায়বা মীৎয়েং থম্লকই। অদুম ওইনমক কবি অসিনা মতম কুইনা পোত্থাকবগা চহীচাগী অবোইবদা ফোঙলকপা শৈবেংদদি মতমগী অহোংবা শাফুনা পীবকপা ৱাখল য়ুম্ফমদগী শাগৎলকখিবা মতমগী ঈহুল চেনবা, অওনবা শকফম উৎপা শৈবেংশিং ফোঙলকখিববু উৎলি। পবিং অসিদা চংশিল্লক্লিবা খৈকদ্দিন চৌধুৰীনা তাইবং মপু অমদি মহৌশা লাইবেন্থীবু থম্মোয়শেংনা ঈৱাৎচনিংবগী ৱাখলনা তাশিল্লগা থোবকখিবনি। মহৌশা লাইবেন্থীগী ফজবদা ঙাওজরিবা কবিগী শৈবেংশিংদা মোং হাদনা মতম পুম্বদা থাজবা অমদি নুংশিবা মাঙহন্দবা, ফজববা কল্পনাগী শক্তমশিংবুসু উৎলি। অয়াকপা খোঞ্জেল হৈনজদবা কবিনা খেন্নবগী ৱাংমদা লেপতুনা নুংশিববু মীপুম থুংনা য়েন্ননবা হোৎনবতা নত্তনা হিন্দু মুসলিমগী সংস্কৃতি অমসুং ববাক তুবেলনা ওইহল্লিবা পুন্সিগী শক্তমদা শৈথাই ।

অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদা লাকখিবা শৈবেংগী ঈচেলদা মোর্দন সেন্সিবিলিতিগী ঈহুল চেনবা শৈবেং ব্রজেশ্বরনা পুথোবকখি। লমজিংলিবা কবি অসিনা হৌজিক্কী নে-তাদ্রবা পুন্সিগী মশক উৎপতা নত্তনা মতমনা পুবকপা পুন্সি মহিংগী মশক কয়া থম্লকখ্রে। চৎনবীগী লীপুননা পুনবা ঙল্লক্তবা, আইনবু শীংনবগা মুক্লদুনা অধিকাব তানবগী ৱাখল্লোনতা খন্নববা মতমসিদা হিংননবগী লানফমদা মেটামোবফোসিসকী দবকাব ওই হায়বদু *হঙোই খোংবদসু লিঙ্গ হোংবদসু* দা উৎলি। সিম্বোল শীজিন্নদুনা মতমসিগী মীওইশিংগী লমচৎ শাজৎ উৎপতা নত্তনা বিয়েলিজমগী চঙয়ৌবা ৱা হায়বিবদি *ওঁ বিষ্ণু বিষ্ণু* দনি। অমুকসু তোল্ল- তাববা *পেন্দবগী* খোল্লাওদি খোঞ্জেল থোক্লা লাউবা ঙমজদবা মীচমশিংগী শক্তমসু য়েকই। কবিগী তেন্তক তেন্তক তৌবা পংশাং শাংদবা শৈবেংশিংদা মপূং ফানা শাগৎপা ঙম্বতা নত্তনা গণতন্ত্র চৎপা

লৈবাক অসিগী লৈঙাকলোয়শিংনা শান্নবিবা বাজনীতি, মীচম প্রজাশিংনা ফংলিবা চৈথেং, চৈথেংসিদগী নাহ্লোক্লনবগীদমক সোসিয়েলিষ্ট মুভমেন্ট অমা শাগৎনিংবগী পূক্লীং ঈহুল চেনবনচিংবসু উৎলি।

ইং ১৯৮১ দগী মফম অমমম কনবা গুন্নবা শীংথানবা য়ারবা কবিশিংদি সনামচা, সহীদ, পবিমল, ইলাবন্ত, বিশ্বনাথ, কালেনজাউ, সহীদ, বীবেন, বিদ্যাসাগবনচিংবগী শৈবেং নৈনবিবদি অহুমশুবা মতম অসিদনি। অহানবা ওইনা হুম্ফুতবাগী মতমদগী খূৎ থাবক্লবসু মবিফুগী মতমদা মপূং মবৈ ফাবকখিদুনা মবিফুতবাদা মহৈ য়াল্লকখিবা লমদম অসিগী অশৈবীশিংগী লমজিংবী অমা ওইবিবা সনামাচাগী শৈবেংশিংনি। শৈহৌদা বোমান্টিক সুব চংলবা মূর্ত্তি মচেৎ মচেৎ শাগৎলকপ্লবসু অইবীগী শৈবেংগী ঈচেলনা ঈপাক তন্নকপদা লোইবা নাইবা মীওইবা পূন্সিনা নেচবগা থাদোক্লবা য়াদনা লৈনবিবা মবীবুসু তোয়না নীংশিংহল্লি। মঙালগী লম্বী অমবু লেপ্তুনা থিবকপদদি আশা, থাজবা, নীংবা থুংদবগী শক্তমশিং নাক য়েৎতা তোয়না থেংনবকলে। মসিমক্লা বিয়েলিজমগী অকাই অতোই মবক্তা য়াম্না কুপশিন্না য়েংবা সুব-বিয়েলিজমগী ঈহুল চেল্লকখিদুনা *মবীক অমগী লৈযী* দা ইম্প্রেসনিষ্টকী খূৎই কয়া থেংনবববুসু উৎলি। পুন্সিগী তাংকক খুদিংদা অশোয়বা পূম্নমক্কী তাইনফমদা ওইববা নুপীগী মপোক ওইজববসু ফিদমগী মশক ওইবা নুপীগী মশক তাক্লবা হোৎনৈ। *নোংজ্রুথাগী নোংমা* দা বিশ্বকবিদা লাইমীং লৌজখিবা অশৈবীনা *মবীক অমগী লৈযী* দদি জীবনানন্দ দাসতা পূক্লীং লুপশিল্লকখিদুনা শাংলবা চহী কুনগী শৈবেংগী ঈচেলদা মতমগী ওইবক্লিবা শক্তমশিংদগী তপ্না তপ্না থোবক্লিবা নুংহিক্লবিবা খোঞ্জেল অমা লোইনবি।

সমাজবাদ পামজবা কবি অমা ওইনা খোঙ থাংজিল্লকখিবদি হাওবোংবম পবিমলনি। চান্ন-চিন্ননা হিংমিন্নদুনা শেম্বা ফজববা মালেম অমগীদমক খোইবাংজববসু তায়োন্নবা পাউখুম ওইনা পুন্সি অমদি হোংলক্লিবা পৃথিবীগী খোঙচত্তা শেন্দবগী শক্তম মথং মথং থোবকপদা লৈতাবা ঙমদে। নোংমা কাংদনা থোকলিবা থৌদোক ব্রাথোকশিংনা মহৌশাগুম লৈখা তাহল্লকপদা মীৎ উইশিন্দুনা না মেনশিন্দুনা লৈথোকপা ঙমদে। এক্সন বিএক্সনগী মরক্তা মীওইবনা স্বার্থগী তোর্ব্বানদা লেপলুবনা অশেংবা নুংশিবা মাঙপ্লবা অচুম্বা লোৎপ্লবা সমাজ অমা ওইবতা নত্তনা মীনম্বতনা থল্লবা অমম্বগা পাংখক ওইবকই হায়বসিনি।

বিয়েলিজমদা চঙশিন্দুনা হৌজিক্কী মীওইবগী মশকপু তাক্লনবা হোৎনবিবা অইবনা ‘ঐ’ অমসুং ‘ঐগী’ অধিকাব তান্নবিবা লানফমদা অবানবনা খোঙফম চেৎশিল্লক্নুনা *পুন্সিবু পোলুটেদ ওইহনক্লিবসি মীপুম তিংনা ভাব তামিন্নবগা শেমদোক শাদোকপা* অমা মখৌ তাবে হায়বা ৱাফমদা কবিনা থাজবা থন্নিবদু উৎলি।

নীতি নুমিৎ খুদিংগী মীৎমাঙদা উবিবা ফজবা, অথীবা, পেন্দবা, থম্মোয় শোকপনচিংবা থৌদোক ৱাথোকশিংবু হৈশিংনা উৎথোক্লগা অপাবশিংবু খন্নহল্লিবদি ইলাবন্তগী শৈবেংনি । অবিবা শৈবেংগী চৎনবোলশিংবু থাদোক্নুনা ইনৌ নৌবা শৈবেংগী মশক লোক্লবা আন্দোলন মখল অমা ওইনা ৱাবেংগী মওংদা শৈবেং ইবকই। শাথেক কায়ববা ছন্দদা অইবনা অচুম্বা হায়বসি মফম মতমগা চান্নদ্রবদি চৎনবা গুমদে হায়বদুসু উৎলি। থীমদগী ৱাহৈনা হেন্না লুনা খঞ্জবা ইলাবন্তগী শৈবেংগী মতাং খবদা ওবক্ষ্যুবিতি ওইবা খুৎফোঙদোক য়াওবকপা মতাং থেংনববসু ৱাহৈদা মেংবা, তাবদা নুংঙাইবা অমদি অশাউবা শকফম শুকউ উহন্দনা *সিমিলি, মেটাফব, ইমেজ কয়া নীংথিনা ওর্গেনাইজ তৌবগা তোপ তোক্ল্য* শৈবেংগী মহাউ পীববুসু নৈনবি।

*ওক্তবী অমসুং সাবোন* কৌবা শৈবেং লাইবিক্তা অনৌবা মফম অমা কনবা ঙমখ্রবা বিশ্বনাথতি খুৎইদা ইলাবন্তগা য়াম্না নকশিন্নবা কয়া য়াওবকই। অঙনবা শৈবেংশিংদা বিয়েলিষ্ট অমা ওইবগী শকফম চেনবা অইবগী শৈবেংশিংদগী হৌবগা সিম্বোলনচিংবা শীজিন্নদুনা *মোর্দন সেন্সিবিলিতি* চেনবা শৈবেংশিং কয়া পুথোক্নুনা উৎলি । প্রতিবাদকী পাঙ্গল মাঙথ্রবা অইবনা পুন্সিগী ফিভমসিদা হিংবদা চোকথবা, তন্থবা পোকললকপা, কবপসননা হেঞ্জিল্লকপদা লৈখা তাবক্লিবা মীওইবগী লমচৎ, লাইব অনং পুন্সিগী শক্তম কয়া য়েকই। লোনগী মীহুলশিংবু নীংথিজববা পের্টর্ন অমদা শেন্নকপা ইমেজরীদা ঈঙ্গিংনা হায়বগী মগুণ অমা অইবগী কলাদা উবিববুসু উৎলি। *চেস্থবক্লিবা মোর্দনিজমগী ঈচেলদা* মাক্সিষ্ট অমগী মীৎয়েংদগী কালেনজাউনা লৈবাক অসিগী চাকথুং ফীথুংদ্রবা তোল্ল তাববশিংগী মায়কৈদা লেপ্পগা নীংতম্বা অমদি পুন্সিগী অর্থ থিবি। ইম্পবিয়েলিজমগী মায়োক্তা থৌমী শিল্পীশিংবু নীংতম্বগী ৱাহম্বোক চপ চানা ফংননবগী ঈহৌ শাগৎনিংবগী অপাম্বা ঈহলনি।

নীংতম্নবা মতুং অঙনবা মতমদা খুৎথাবকখিবা খৈকদ্দিনগা মীৎয়েং অমদি

খুৎইদা নকশিন্নবা অখেঙবা মতমদা থোবক্লিবা আব্দুস সহীদগী শৈবেংশিংদা পুন্সিগী মীৎকুপ খুদিংদা ফাওবকপা ব্রাখলবু য়াম্না সবজেক্টিব ওইনা ফোঙদোকপবুসু নৈনৈ। গীতিকাব্যগী শক্তোন লৌবিবা শৈবেং কয়াবু 'নুংশি লৈকোল অমত্তদা খুজেং পালোইননা শাংচবিবা লৈবাংশিংনি' খল্লগা মমিং তোঙান তোঙান থোনবগী মহুত্তা মথং মনাও নাইনা লীশাং চখবা শৈবেংশিং (সাইকল ওফ পোইমস) ওইনা থমলি। কবিগী *সনামচুগী অয়ুক* হায়বসিদা মকওইনা য়েকলিবা নুংশিজবীবু মতম শাংনা খৌবাংনা ঙাইজবা, শাংনা ঙাইবকপগী চোকথবা, খঙহৌদনা উন্নবদা নুঙাইবা, অপেনবা, অমুক কায়নবদা নুংনাংবা, অৱাবা পুম্নমকসিগী লোইবা নাইদনা শকলিবা ঈশৈশিংবু নৈনৈ। কবিগী কল্পনানা নীংথিজববা ইমেজবী হাপতুনা অশেংবা পুন্সিদগী লাপথোক্লগা মঙলানগী তাইবংদা খোঙদাদুনা ফজবগী ঈপাক্তা শান্নবগা মহৌশাগী ওল্লক ওল্লকপা শক্তোনশিংনা থম্মোয়দা ফাওহল্লক্লিবা তোঙান তোঙানবা পূক্লীং ইহলশিংনি হায়বসিনি।

অবোইবা তাংকক্কী কবিশিংগী মনুংদা নহা ওইনা শীংথাবা য়াববা বীবেন অমদি বিদ্যাসাগবনি। বীবেনগী শৈবেংগী খোঙচংতা এক্সপ্লোইটেদকী মূর্ত্তি অমসুং ৱাজনীতিগী লমদা ঐখোয়গী ওইবা ফিবেপ লৈতবা, মতমগী অমোংপা কয়ানা শৈবেংগী মচাক ওইবিবদু উংলি। হামচৎনববা পুন্সিবু লংশেক্লিংদুনা হেন্না নুংঙাইবা, অচুম্বা অমদি মঙাল লৈবা অমবু খৌবাংবা, তাং তৌশিন্নবগা মপাম্থোংদা অখঙ অহে শাবা কন্সসসলি কবপটেদ ওইবা মীওইবগী লমচং শাজংতা মচেক্লা য়েদুনা কবেমনৈ। পংশাং শাংদবা অতেনবা শৈবেংদা ফজববা অমদি হৈশিংলবা লোনশেম শীজিন্নবগা শাফু কল্লবা শৈবেং কয়া শাগৎপদা হৈশিংবদু খুদম পীদুনা থমলি।

মতৌ অসুম্না তোঙান তোঙানবা অইবশিংগী খুৎই অমসুং মীৎয়েংবু নৈনববা মতুংদা অপূনবা শক্তম অমা শাগৎলকপদা ফোঙদোকলিবদি লোন, সাহিত্য অমদি লাইনীং লম্বীবু নুংশিবগী ঈহলনা মপূং ওইবগা শাগৎলকখিবা লাইনীংহনগী শৈবেংনা তোপ তোপ্না ১৯৩০ দগী ১৯৪০ ফাওবা লৈজল্লবসু অনৌবা মশক অমদা চেম্থবকখিবদি নীংতম্লবা মতুংদগীনি হায়বসিনি। তোঙান তোঙানবা চেফোঙশিংদা অইবা কয়ানা মশা মশাগী খুৎইশিং ফোঙদোক্লল্লবসু ১৯৬৮ দগী তাশিন খোমজিন্দুনা লাইবিক ওইনা ফোঙনবকখি। মতম অসিদগী তুংথ মাংথ ওইনা ৰোমান্টিক অমদি মোর্দনিজমগী ঈহল চেনবা শৈবেংশিং থোল্লকখি।

ৰোমান্টিক শৈবেংগী পবিংদা ধবল, শৈকন্দিননা অঙনবা শরুক্তা খুৎথাবকখি। মতুং তাবকপদা আব্দুস সহীদনচিংবনা মতুং ইল্লকখি। নাকন অমবোমদা পংখেন খেন্নদনা ব্রজেশ্বরনা লমজিংলগা পবিমল, ইলাবন্ত, বিশ্বনাথ, কালেনজাউ, বীবেন, বিদ্যাসাগবনচিংবসু মোর্দনিষ্ট অমা ওইনা চোংথোরকখি। চেষ্টরকলিবা শৈবেংগী ঈচেল অনী অসিগী লংদাইদা সনামচাদি তোপ তোপ্না মফম অমা কল্লি হায়বনচিংবগী অপূনবা ৱাবোল অমা পন্দুপ অসিগী অবোইবা শকক্তা উৎলি।

'ববাক তম্পাক্কী মণিপুৰী ফিক্সন' হায়বসিদা লমদম অসিগী ৱাবীমচা অমদি উপন্যাস হায়বা শকক অনীথোক্লা খায়দোক্নুনা নৈনৈ। অহানবা শকককী অহৌবদা মণিপুৰী ৱাবীমচাগী শল্লক্পা মশক অমা থল্লবা মতুং ববাক তম্পাক্কী ৱাবীমচাশিংবু নৈনবদা খুদোং চাননবগীদমক মতম অনী থোক্লা খায়দোকই। অহানবা মতম ১৯৫২ দগী ১৯৯০ ফাওবসিবু অমুক মখা তানা তাংকক অনী-মমি তল্লকপা অমসুং চোইজাইনবিবা মতম (১৯৫২-১৯৭৪) অমদি তাশিন খোমজিন্দুনা অচেংপা য়ুম্ফম থোল্লকপা মতম (১৯৭৫-১৯৯০) হায়না থমই। অহানবা ৱাবীমচানা পোক্লকপা মতম হায়বসিদা মকওইনা মণিপুৰী ৱাবীমচানা ১৯৩২ দা পোক্লবসু ববাক তম্পাক্কী ওইনদি নীংতল্লবা মতুং হায়বদি ১৯৫২ দগীনি হায়বদু উৎলি। অসুম্না হৌবকখিবা ৱাবীমচাগী অহানবা মওং মতৌবু ময়েক শেংনা খঙদোকপদা নুংঙাইননবগীদমক অহানবা ওইনা চেফোঙ অমত্তদা পুন্না ফোঙলকখিবা ৱাবীমচা অনী - এন. কুঞ্জমোহনগী *জীবন উৎসর্গ* অমসুং মৈস্নাম ভুবনগী *ওক্তবা* গী মপূং ফাবা খুৎইসু হাপলি। মতৌ অসুম্না চেফোঙশিংদা মচোই মচোই লৈবিবা ৱাবীমচাশিং অসিনা অঙাং ওইবগী মতৌগুম মপূং ফানা লেপ্লদদি তুরোই ঙারোই তৌবগী মবমনচিংবা উৎলি। তাংকক অসিগী খুৎইশিং অসিবু ৱাবীমচা কন্নাগী উফমদা হাপচিল্লবদা ইচান চাশিন্নবা ঙমদবা মতম অসিবু ৱারীমচাগী মমি তমলকপা মতমনি হায়না লৌই।

চোইজাইননা লৈবন্বা ৱারীমচানা তাশিন খোমজিল্লগা অপূনবা লৈরাং নাচোম অমগী মশক লৌরকখিবা ১৯৭৫ দগী হৌবগা ১৯৯০ ফাওববু তাশিন খোমজিন্দুনা অচেংপা য়ুম্ফম থোল্লকপা হায়না থমই। হায়বিবা চহী ১৫গী মতম অসিদা অহানবা ওইনা অইবা তরাগী খুৎপু অমনা ৱাবীমচাগী খোমজিনবা লাইবিক ফোঙলককলে। মসিগী মতুংদগীদি তপ্না তপ্না পুৱস্মম কালাচান্দ, বিনোদ,

লক্ষীবাবু, ধনঞ্জয়নচিংবগী নাইতোম খুৎইশিংগী রাবীমচাশিং ফোঙনবকয়ে। মতম অসিগী অইবশিংনা মকওইনা লৌখৎলিবা সমস্যাশিং-নুংশি নুংওলগী মবী, লৌন লৈনবগা মবী লৈনবা সমস্যা, নুপীগী পুন্সিদা থেংনরিবা সমস্যা, শেল-থুমনা শীবকপা চৈথেং, মীওইবগী নুংগী ওইবা মশকনচিংববু তোঙান তোঙান্না থম্লগা নৈনে। তাংকক অসিগী অইবশিংগী মনুংদগী বিনোদ, লক্ষীবাবু, ধনঞ্জয়না চপ মান্নবা হীবমদা খুৎথানববসু মথোয়গী খুৎই, মফোঙদোক, লোন অমদি মীৎয়েংনচিংবগী তোঙান তোঙনবা মশকশিংদু পুথোকই।

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফালনা ইং ১৯৮৮দা কামিনী কুমার এৱার্ড পীখ্রবা বিনোদকী রাবীমচাগী লাইরিক *শংবানবা অতিয়াগী মথাদা* হায়রবসিদা লাইব ইনাক খুনবা পুন্না থৌবী মবে তাবগুম হিংমিন্নবিবা মীওইশিংগী পুক্নীংগী ফীভম, য়েংলিবা মীৎয়েং, পুন্সিমবেলনচিংবা উৎলিবা রাবীমচা খরা লৌখৎলগা নৈনে। *শংবানবা অতিয়াগী মথাদা* হায়রিবা রাবীমচাসিমক্তদা অইবনা তোপ তোপ্পা টেক্নিক অমা ওইনা অশেংবা থৌদোক অমগা ড্রামাগী রাবী অমগা জক্সটাপোস তৌদুনা থম্লগা চাকনিবগী পুন্সি অমদি মপাম্থোংগীতা ওইবা তুংকোইদবা মীচমশিংগী মায়থোংদা লৈবিবা মীনুংশিগী মতৌ য়েকশিনবু শন্দোক্লা তাকই। মসিদা নত্তনা *থাবল্লেগী কাষ্টোমার* দা ফ্লাস বেক টেক্নিক মায়পাক্লা শীজিন্নদুনা পুন্সি বসন্তগী মতমদা লৈকা ফজ্লক্লিবা শাবী শানৌ অনীগী নুংশিববু অথিংবা পীদুনা অঙম তাল্লুবদগী কাংখোঙ চাইহল্লবা পুন্সিশিং, *খোঙউপ ফোংপা হরিলাল* দা অন্ধবিশ্বাসকী কুয়োমদগী হেন্দোক্লিবা হরিলালনা থরায় ময়াম অমবু হিংননবগীদমক গাড়ী লম্বী মনাক্তা খোঙউপ ফোৎলগা খুদোংথীবা কয়াগা মায়োক্লদুনা হিংলিবা পুন্সি উৎলিবা রাবীমচাবুসু মচা তানা নৈনে ।

শেলথুমগী চাগা চাদিংদা নোংম-নোংমগী লূপথবক্লবা মীওইশিংগী পুন্সি, আর্দশ অমদি ইজ্জৎকী চিংথাইনবকপদা ওইবক্লিবা ফীভমবু মরেশ লুনা য়েংশিল্লিবা লক্ষীবাবুনি। অইবনা য়াম্না নুং হঞ্জিন্না পুথোবক্লিবা হিংবগী অকন্বা তানফম কয়ানা থৌবী মবে তাবগা পুন্সিবু লাকশিল্লকপদা মীওইবনা মায় পাকপা অমদি মায়থীবগী মহৈ থিনদনা মায়োক য়াবা ওম্নবতা হোৎনবকপদা লমচৎতা অওনবা কয়া লাকপবুসু উৎলিবা *মীৎয়েং অনী, রাখল অনী, থম্মোয় অমা* বু শন্দোক্লা নৈনে। মসিদা

নত্তনা *দেব হোটেল* দা হিংবগা মায়োক য়াবদা মশাগী মশক মমিং ফাওবা *হোংদোকপা, তাবমদাই নুমীৎকী সনা অহিংবা মফুলজা* উৎলিবা হিংবা অমসুং আর্দশনা মুক্লবদা ওইবিবা সমস্যাশিংবু উৎলি।

মপূং মবৈ ফাবকপা মতম হায়বদি ইং ১৯৯১ দগী হৌজিক ফাওবদা থোবকখিবা অইবশিংনা মকওইনা লৌখৎলকপা হীবম চৎনবীনা শীবকপা চৈথেং, মনুং মপান নাইবা মশক, মেটবিয়েলিষ্টিক ওইবা মীৎয়েংনা মীওইবগী মবী থদৎলকপা, নুপা-নুপীগী কোমথবক্লবা মবী, শেঙ্গা-থুমজাগী মশক উৎপা, সিম্বোলিক ওইবা ব্রাবীমচা, লৈত লাইববগা মবী লৈনবা, লৌন লৈনবগী সমস্যানচিংবদা অনৌবা মহাউ অমা শীবকপদু উৎলি। মতম অসিদা ব্রাবীমচা ইবগী মশীং হেনগৎলকলবসু শীংথাবা য়াববা অইবা খবগী ব্রাবীমচাশিংবু পুথোক্লনা নৈনৈ। মমাঙগী মতমদগী খৃৎথাবক্লিবা ধনঞ্জয়না হিংমিন্নবগী তায়োন্নবদা থোকলিবা তোখায় তানবগী সমস্যাবু হকচিন্না লৌবি। কাটাখাল তুবেলগী নাকয়েৎনা *ঈথিল শীবকপা ব্রাবীশিংদা অইবনা নাম্বোকপা ঙমদ্রবা* 'আনী' গী সমস্যা উৎপতা নত্তনা অনৌবা মতমনা শীবকপা চৈকুদা তপ্না তপ্না মপোপ কাইবক্লিবা সমাজগী মশক অমা পুথোক্লকপবুসু উৎলি।

মতম অসিগী অইবশিংগী মনুংদগী ইনৌ নৌনা মফম অমমম কল্লকলিবশিংগী মনুংদা নীনা, সুব্রাম, মংলেম, বদকন নেসানি। নুপী ওইবীগী থম্মোয়নুংদগী থোবকপা তেংথাখোল অমদি নুপাতনা খুল্লিংবা সমাজদা ব্রাহং কয়া থাঙ্গৎলকলিবা নীনানা নুপী ওইবীশিংগী পুক্নীং ঈহুলদগী থোরক্লিবা মপাউখোল অমা পীননবা হোৎনবদুনা মতীং লৈবা চবিত্র কয়া মতম চঙনা শাগৎচববসু সমাজনা কোয়শিল্লবা পল অমবুদি নমখায়বা ঙমদ্রি হায়বনচিংবা নৈনৈ। মখাতানা নীনানা য়াম্না পামজনা শেমগৎ শাগৎচবকপা চবিত্রশিংদা হৈশিংবা খবা ব্রাৎতুনা মপাঙ্গল শোন্না উববসু থম্মোয়নুংদদি মৈগী চীং ফুমলগা *হিংলিবা নুপীশিংনি হায়বসু তাকলি।*

ব্রাবীমচাগী ঈচেলসিদা সুব্রাম, মংলেম অনীনা অনৌবা টেক্লিক, ষ্টাইলদা সমাজগী অমোৎপা, মীচং মীথাই নাইবা মতৌ, মোবেল কোমথবক্লনা মাঙথবক্লবা পুন্সিগী মশক ইচঙ থৌনা য়েকলকই। সুব্রামনা তেস্তক তেস্তক তৌবা ব্রারীমচাশিংদা হায়নিংলিবা কয়াবু শৎ-শৎ হায়দোকপতা নত্তনা সমাজগী পামজদবা থৌদোক

অমসুং পুন্সিগী ৱাফম কয়াদা মচেক্ল য়েরগা ফাগী তৌশিন্দুনা কবেমনে। সুব্রামগী অনৌবা চাংয়েং ওইনা চুমখ্রিং ৱারী লীবগী মহৎ মঙ ওইনা, ফম্না ফম্না মঙপ্রঙ ওই, ৱারী মতাং অমদগী অশেংবা ৱাবী নৌনা অমুক হৌবা খুৎইশিংনা ফোঙদোক্লিবা কলচবেল এক্সপ্লোইতেসন্দা মীশিং লীকপা মীওই কাঙলুপকী মীপাইরবা ফীভম, লালহৌবগী ঈরাংনা শীবকপা চৈথেংদা তং তাব্রবা পুন্সিশিং অমদি সিম্বোলিক ওইবা ৱারীমচাশিংগী শক্তমশিংদু উৎলি।

সমাজগী লমচৎ কোমথবক্লবা মীওইশিংগী শকয়েং মীংশেল ওইগদবা ৱাবীমচা কয়া ইচং থৌনা পুথোবক্লিবা মংলেমনা উৎলিবসি অবং অবাক্কী অপান্থনা মখোঙ নোমহনবদগী থক থক নীক্লা লেপলিবা মোবেল ভেল্যুজ য়াওদ্রবা সমাজগী মশকনি। লমচৎ শাজৎ কোমথবক্লবা সমাজগী মীওইশিংবু মীনুংশি অমত্তা থমদবমখৈ ময়েক শেংনা উৎলি। মখা তানা অইবনা ড্রামাতিক মোনোলোগ হাপচিন্দুনা ফজবা হেলহল্লিবা খুৎইবুসু মচা তানা থমই।

ববাক তম্পাক্কী মণিপুবী ফিক্সন হায়বসিগী অনীশুবা শকক 'উপন্যাস' হায়বসিদা লমদম অসিগী উপন্যাসনা সাহিত্যগী লৈকোলদা লৈশাং তমলকখিবা অমদি চহীচা অসিগী অবোইবা ফাওবদা পুথোক্লবকখিবা উপন্যাসশিংগী মমিং মথানচিংবা ময়েক শেংনা থমই। অসুম্না পল্লিবা মচলশিং অসিবুদি উপন্যাস কলাগী ওইবা মীৎয়েংদা কদায়ফাওবা মায়পাক্লবগে হায়বদু তেস্তক্লা নৈনৈ। উপন্যাসশিং অসিগী খুৎই, খুৎফোঙদোক, ফ্রাফমেন্টসিপনচিংবা কয়াদা অশোনবা লৈজরবসু ঐতিহাসিক উপন্যাসকী মচাক কয়া য়াওবিবা সুব্রামগী মীবা মেমসাহেব বুসু তেস্তক্লা নৈনৈ।

অবোইবদা ববাক তম্পাক্কী মণিপুবীশিংনা য়াম্না ৱানা হোৎনজবগা তপ্না তপ্না শাগৎচবক্লিবা সাহিত্যগী ঈচেলনা মতমগী ঈবৈ কয়াদা ঈবাক্লবগী ফীভম য়ৌকদুনসু চহীচা অসিগী অবোইবা তাঞ্জাদদি মতিং লৈনা লেপ্পা ওমলে। মায়কৈ কয়াদগী য়েংলকপা মীৎয়েংদা হীবম খুদিংদা শোত্থবিবা জাতি অসিনা মীতোপশিংগী মবক্তা শেমগৎ শাগৎলক্লিবা সাহিত্যনা সামাজিক অবস্থা, বাজনীতিগী অশোনবা, নোংমগী পুন্সি মবেলদা থেংনরিবা সমস্যানচিংবা কয়াবু চিংথোক্লুনা উৎপা ওমলিবসিনা মপুং ফাবগী থোংজিন্দা খোঙ থাংজিল্লকপা উরে। ববাক তম্পাক্কী মণিপুরী সাহিত্যগী লৈকোলদা লৈশাৎ তমলিবা

লৈবাংশিংনা মণিপুরী সাহিত্যগী ঈচেলদা চপ চাবা লৈশক লৈচু উৎপা ঙমদ্রবসু মফম মতমগী মতুংইন্না চেহ্নরক্লিবা সাহিত্যগী ঈচেলসিমদি পংনোপ নোপত্রে। অনৌবা মতমগী য়াওলনা পুবকলিবা অহোংবা কয়াগী ঈবায় ঈনিল তপ্না তপ্না ফংলক্লবা সাহিত্যগী খুৎইশিং অসিনা মতমগী ঈচেলগা ইবোয়ননা চেহ্নবকপা লেপত্রবদি হেন্না মশক মচু থোকপতা নত্তনা সাহিত্যগী মমল লেপ্লদা খুদোংচাবা ফংলগনি।



## এপেন্দিক্স-১

## আসাম রাজ্যগী জিলাশিং

| | | |
|---|---|---|
| ১। | কামরূপ | Kamrup (R) |
| ২। | নগাঁও | Nagoan |
| ৩। | ধুব্রী | Dhubri |
| ৪। | গোৱালপাবা | Goalpara |
| ৫। | কোকড়াঝাব | Kokrajhar |
| ৬। | বনগাইগাঁও | Bongaigoan |
| ৭। | বরপেটা | Barpeta |
| ৮। | নলবাড়ী | Nalbari |
| ৯। | মোড়িগাঁও | Morigoan |
| ১০। | শোনিতপুব | Sonitpur |
| ১১। | দরং | Darang |
| ১২। | নোর্থলক্ষীমপুব | North Lakhimpur |
| ১৩। | ধেমাজী | Dhemaji |
| ১৪। | তিনসুকিয়া | Tinsukia |
| ১৫। | ডিব্রুগড় | Dibrugarh |
| ১৬। | যোবহাট | Jorhat |
| ১৭। | গোলঘাট | Golaghat |
| ১৮। | শিবসাগর | Sibsagar |
| ১৯। | কাছাড় | Cachar |
| ২০। | করিমগঞ্জ | Karimganj |
| ২১। | হাইলাকান্দি | Hailakandi |
| ২২। | কার্বিআলোং | Karbi Anglong |
| ২৩। | নোর্থ কাছাড় | North Cachar |
| ২৪। | কামৰূপ মেট্রো | Kamrup Metro |
| ২৫। | ওদালগুবি | Odalguri |
| ২৬। | চিবাং | Chirang |
| ২৭। | বাক্সা | Baksa |

## এপেন্দিক্স-২

# বরাক তম্পাক্কী মৈতৈশিংনা খুন্দারিবা মফমশিং

### কাছাড়

| | | |
|---|---|---|
| ১। অনুবা মনুং | ২। অবাং তারাপুব | ৩। ইচা কোনসম লৈকাই |
| ৪। ইচা খোমদ্রাম লৈকাই | ৫। ইটখোলা | ৬। উরাবিল |
| ৭। কাকমাবা | ৮। কামবংগা | ৯। কৃষ্ণপুর |
| ১০। কামারবন্দ | ১১। কাপিটিল্লা | ১২। কালিনগব |
| ১৩। কাশিপুব | ১৪। কোঙেং লৈকাই | ১৫। কোরোইকান্দি |
| ১৬। খেলমা | ১৭। খোইরেল | ১৮। গবগবী |
| ১৯। গুরুন্দয়ালপুব | ২০। গোসাইপুর | ২১। চন্দ্রপুর |
| ২২। চণ্ডী | ২৩। চাতলা | ২৪। চান্দপুর (বড়খলা) |
| ২৫। চান্দপুব (সোনাই) | ২৬। চান্দম লৈকাই | ২৭। চিংদোং লৈকাই |
| ২৮। চীং লৈকাই | ২৯। চিত্রাঙ্গন | ৩০। চিনজুর |
| ৩১। চেঙ্গ্রী | ৩২। ছোট জালেংগা | ৩৩। জয়পুর |
| ৩৪। জঙ্গল লৈকাই | ৩৫। জালালপুর | ৩৬। জারইলতলা |
| ৩৭। জালেংগা | ৩৮। ঝরাগুল | ৩৯। টুকো (রামনগব) |
| ৪০। তাবাপুর | ৪১। তারাপুর ষ্টেসন | ৪২। তোনজম লৈকাই |
| ৪৩। তোলেন খুন | ৪৪। তৌরাং লৈকাই | ৪৫। থাংজম লৈকাই |
| ৪৬। থেংনা | ৪৭। দবমপুর | ৪৮। দিল্লী (বড়খলা) |
| ৪৯। চীং লৈকাই (ফুলেরতল) | ৫০। দিল্লাগ্রান্ট | ৫১। উধারবন্দ |
| ৫২। দুল্লালগ্রাম | ৫৩। ধামাই | ৫৪। ধুনকব |
| ৫৫। নন্দরী | ৫৬। নূতন বামনগব | ৫৭। নুংফৌ |
| ৫৮। পয়লাপুল | ৫৯। পালারবন্দ | ৬০। পাঞ্জীখুন |
| ৬১। বনতাবাপুব গঙ্গানগব | ৬২। গলাচিনা | ৬৩। জামালপাব |
| ৬৪। বনতারাপুর বোয়ালী | ৬৫। মথক লৈকাই | ৬৬। ময়ায় লৈকাই |
| ৬৭। বাংলাটিল্লা | ৬৮। হবিনা | ৬৯। ক্ষেত্রিলৈকাই |
| ৭০। খুনিংথেক | ৭১। দোরোম | ৭২। চিং লৈকাই |

| | | |
|---|---|---|
| ৭৩। বন্দর | ৭৪। বরখাল | ৭৫। বরবন্দর |
| ৭৬। বড়জালংগা | ৭৭। বড়রামপুর | ৭৮। বড়বিল |
| ৭৯। বাখাল | ৮০। বাগ্রীপার | ৮১। বানীপারা |
| ৮২। বাম আরমান লৈকাই | ৮৩। বাম তেলিসিবা | ৮৪। বাম দেকী |
| ৮৫। বাম ধলাইবস্তী | ৮৬। বাম পানীসাগর | ৮৭। বাম সোনাপুব |
| ৮৮। বাম মনুংখুন | ৮৯। বাম মালুগ্রাম | ৯০। বাম রামপ্রসাদপুব |
| ৯১। বাম রখালটিল্লা | ৯২। বাম রির্জাভি | ৯৩। বাম লনতুগ্রাম |
| ৯৪। বাম হিংগোর | ৯৫। বাবমনি | ৯৬। বাঁশকান্দি |
| ৯৭। বাহাদুরগ্রাম | ৯৮। বিন্নাকান্দি | ৯৯। বিবিরগ্রাম |
| ১০০। বীনশেলু | ১০১। বেরাখাল | ১০২। বেরাবাক |
| ১০৩। বোয়ালজুর | ১০৪। ভাগা বাজার | ১০৫। ভুবন নগব |
| ১০৬। মধুটিল্লা | ১০৭। মধুবামুখ | ১০৮। ময়নারবন্দ |
| ১০৯। মঙ্গলপুব (জয়পুব) | ১১০। মঙ্গলপুর (সোনাই) | ১১১। মাছপাড়া |
| ১১২। মাঝিরগ্রাম | ১১৩। মাদুবগ্রাম | ১১৪। মালুগ্রাম |
| ১১৫। রমর (লোংগোয়) | ১১৬। রংপুর | ১১৭। বংপুব সদরঘাট |
| ১১৮। রানীপুর | ১১৯। রামকৃষ্ণ মিশন বোড | ১২০। বাংগীবখাল |
| ১২১। রুপাইবাড়ী | ১২২। লাবকপার | ১২৩। লামা |
| ১২৪। লামাবগ্রাম | ১২৫। লালাং | ১২৬। লক্ষীপুর খুমন |
| ১২৭। লক্ষীপুর খুনৌ | ১২৮। লেন লৈকাই | ১২৭। লক্ষীনগর |
| ১২৮। লৌথায় | ১২৯। রাপোকপী | ১৩০। শালীপুব |
| ১৩১। শীলদুবী | ১৩২। শ্রীবার অব্রাং লৈকাই | ১৩৩। কংগালী |
| ১৩৪। কোন্থৌ লৈকাই | ১৩৫। খুনজাও | ১৩৬। নিংথেমখুন |
| ১৩৭। লোয়তোম লৈকাই | ১৩৮। শারা লৈকাই | ১৩৯। শিবটিল্লা |
| ১৪০। সঙ্গোমশুমবী | ১৪১। সাইখোম লৈকাই | ১৪২। অশরা লৌবুক |
| ১৪৩। কাপ্তানপুর | ১৪৪। সিঙ্গেবন্দ বৈখেল লৈকাই | ১৪৫। ডলুগাঁও |
| ১৪৬। সিঙ্গেববন্দ নায়দল | ১৪৭। সিঙ্গেববন্দ ময়ায় লৈকাই | ১৪৮। পুথিকাল |
| ১৪৯। সিঙ্গেববন্দ মনিং লৈকাই | ১৫০। সিঙ্গেববন্দ মুতুম লৈকাই | ১৫১। লাইকোল |
| ১৫২। সিংগেববন্দ হৈস্নাম লৈকাই | ১৫৩। সেবামখুল | |

## হাইলাকান্দি

| | | |
|---|---|---|
| ১। কোনুং লৈকাই | ২। ক্ষেত্রিখুন | ৩। খুমোং খুন |
| ৪। গোয়ালীপার | ৫। চেংবিল | ৬। জমীরা |
| ৭। জালামপুর | ৮। থিংগোম খুন | ৯। থৌনা খুন |
| ১০। ধলাই | ১১। নালুবাক | ১২। বন্দাবিল |
| ১৩। বামোন লৈকাই | ১৪। বিজলিখুচি | ১৫। ভাটিরগ্রাম |
| ১৬। ভেতলাপার | ১৭। মাদারীশাব | ১৮। মিবিরগুল |
| ১৯। মোয়ান | ২০। লবাং | ২১। লবাং মুতুম লৈকাই |
| ২২। লাইরেনখুন | ২৩। লাইশ্রমখুন | ২৪। লালা |
| ২৫। লৈহৌপোকপী | ২৬। সোয়বম লৈকাই | ২৭। সোবাম খুন |
| ২৮। হাইলাকান্দি | | |

## করিমগঞ্জ

| | | |
|---|---|---|
| ১। কালাছড়া | ২। চীং লৈকাই | ৩। চেরাগী |
| ৪। দর্গাবকন্দ (শিংলা) | ৫। পাথারিয়া ব্লক | ৬। বদরপুর ঘাট |
| ৭। ভাগাডহব | ৮। মুন্সিদয়াল | ৯। বাজবাড়ী |
| ১০। লাইশ্রমখুন | ১১। সাবরী | |

## এপেন্দিক্স-৩

# নীংতম্লবা মতুংগী ববাক তম্পাক্তা ফোঙলকপা পাও-চে অমদি চেফোঙশিং

| চেফোঙগী মমিং | অহানবা ফোঙবা | অহানবা সম্পাদক/শিং | ফোঙবগী মতম | ফোঙলিবা লূপ/ মীওই |
|---|---|---|---|---|
| আশা | ওক্টো. ১৯৫১ | এন কুঞ্জমোহন | থা ৩/৩ | পালাববন্দ ছাত্রমচাশিং |
| পঞ্জেন | মে ১৯৫২ | এন কুঞ্জমোহন | থা ৩/৩ | |
| মতমগী পাওতাক | ১৯৫৮ | এম মান্যবাবু | চহীদা | জি সি কলেজ ছাত্র ইউনিয়ন |
| ঈচেল | সেপ্টেম্বব, ১৯৫৮ | গোপীমোহন | চহীদা | অল কাছাড় মণিপুবী এসোসিয়েসন |
| মৈতৈ লৈমা | সেপ্টেম্বব, ১৯৬০ | অঙোম বি সিংহ | থা ২/২ | খ্বাই যৌগন মরুপ, শিলচব |
| ঈবাৎ | ১৯৬১ | সোবাম বাবুসনা | থাখায় থা ৩/৩ | সোবাম বাবুসনা |
| চৈজিং | ১৯৬৫ | এন ধনঞ্জয় | থা ৩/৩ | বীবেন্দ্র সিংহ |
| লৌশিংগী মৈবা | ১৯৬৬ | | চয়োলদা | |
| বিজয়া | ওক্টোবব ১৯৬৬ | আব কে গৌবমনি | থা ৬/৬ | বা কু জেনবেল স্টডিস এণ্ড কলচবেল বিসার্চ |
| ঐখোয় | ওক্টোবব ১৯৬৭ | ইমাচাউবী দেবী | থাগী | ডব্লিউ বিজয |
| সিদ-মপাও | নভেম্বব ১৯৬৭ | নাওবিয়া অমুসনা | থাগী | নাওবিয়া মধুসুদন, হাইলাকান্দি |
| অনৌবা ঈচেল | জুন ১৯৬৮ | এন জি গৌরচন্দ্র | থা ৩/৩ | মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, আসাম |
| পাম্বা | মার্চ, ১৯৭১ | চোংথাম গৌব | থা ২/২ | মণিপুবী লিটবেবী ফোবম, কাছাড় |
| পি-থাদোই | জানুয়াবি ১৯৭৩ | বা কু সুবেন্দ্রজিৎ | থা ৪/৪ | আসাম মণিপুবী সাহিত্যপবিষদ |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| জাম্বিরবন্দ | ১৯৭৩ | কৈসাম বীরচন্দ্র | চয়োলদা | কৈসাম বীরচন্দ্র |
| নোংপোক মৈরা | জুলাই, ১৯৭৩ | ই চন্দ্র সিংহ | থা ৩/৩ | চন্দ্র সিংহ, শিলচর |
| খুদোল | ১৯৭৭ | হীজম বীরেন্দ্র | থাখায় | যৌগন মরুপ, লালা |
| ঈচেল | মে, ১৯৭৮ | অঞ্জন লুবাং | থা ৬/৬ | নহারোল সাহিত্য প্রেমী, হাইলাকান্দি |
| নুমিৎলৈ | সেপ্টেম্বর ১৯৭৮ | আব্দুস সহীদ | থা ৩/৩ | নুমিৎলৈ সাহিত্য মরুপ, বাঁসকান্দি |
| খোরিরোল | দিসেম্বর, ১৯৭৮ | রাংখেম শরৎচন্দ্র | থা ৩/৩ | নহারোল খোরিরোল শিল্লুপ, লক্ষীপুর |
| শত্তম | ১৯৭৯/৮০ | মনোহর সিংহ | চয়োলদা | মনোহর সিংহ, লক্ষীপুর |
| ঈচেল | ওক্টোবর ১৯৭৯ | মৈস্নাম ভুবন | থা ২/২ | মৈস্নাম ভুবন, শিলচর |
| লমজেল | জানুয়ারি ১৯৮০ | সাপম বল্লভ | থা ২/২ | সাপম বল্লভ, পালারবন্দ, কাছাড় |
| মৈরম মৈবা | ১৯৮০ | এন ইবুঙোয়াইমা | চয়োলদা | এন ইবুঙোয়াইমা |
| সাহিত্য বীনা | ১৯৮০ | এনজি নবদ্বীপ | থা ৩/৩ | এনজি. নবদ্বীপ |
| লম্বী | সেপ্টেম্বর ১৯৮১ | রালা | থা ২/২ | লাইশ্রম রাকচীং হাইলাকান্দি |
| অনৌবা পৃথিবী | মে ১৯৮৩ | কালেনজাউ | থা ৩/৩ | মাঙজিং মৈতে অহবা মরুপ, বড়খলা, কাছাড় |
| নাচোম | ১৯৮৩ | | চহীদা | জি.সি. কলেজ মণিপুরী ষ্টুডেন্টস ইউনিয়ন |
| রাকৎ | ওক্টোবর ১৯৮৩ | কে এন. চান্দ | থা ৩ /৩ | ননীমোহন, কাবুগঞ্জ কাছাড় |
| সনরিক | মার্চ, ১৯৮৪ | অঞ্জন লুবাং | থামী | রাই এস. ডব্লিউ ও জারিবন |
| স্তেতরার্ন্দ | সেপ্টেম্বর ১৯৮৪ | লৈসুংবম এম. মঙাং | থা ৬/৬ | স্তেত-রার্ন্দ পব্লিকেসন, লক্ষীপুর |
| মৈরা | ১৯৮৫ | রাজকুমার সিংহ | চহীদা | কাছাড় কলেজ মণিপুরী ষ্টুডেন্টস ইউনিয়ন |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| মণ্ডাল | মার্চ, ১৯৮৭ | সেনজম বিজয় | থাগী | সেনজম বিজয় |
| তাবুনুংদগী | ১৯৮৯ | | থা ৬/৬ | মণিপুরী সাহিত্য পবিষদ আসাম, শ্রীবাব মশা |
| নুমিৎ য়ুংবদা | ১৯৯২ | বিশ্বনাথ | থা ৬/৬ | বাইটর্স গীল্ড, লক্ষীপুর |
| সংদাই | জুন ১৯৯৪ | এ ভৌবরেন | থা-খায়দা | ভৌববেন, লালা |
| খোবজৈ | ১৯৯৪ | বীবেন লাইশ্রম | থা ৩/৩ | নহাবোল খোবজৈ মৌগল্লুপ, হাইলাকান্দি |
| মৈবা | ১৯৯৪ | টি নিমাইচান্দ | থা ৩/৩ | খোর্জৈ শিল্পালুপ, জাবিবন |
| ববাক তম্পাক | ডিসেম্বব ১৯৯৪ | লাইশ্রম ফনিন্দ্র | চয়োলদা | টি এইচ. বনজিৎ, লালা |
| য়েন্নীং | ১৯৯৫ | সেঞ্জম হেমন্ত | চহীদা | জনতা কলেজ, এম এস ইউ |
| ভারত লৈমা | ১৯৯৫ | প্রিয়কুমাব | চয়োলদা | |
| খোঙজেল | আগষ্ট | ওক্রম মীনা দেবী | থা ৬ /৬ | মীনা দেবী, শিলচব |
| ঐখোয়গী নহাবোল | ১৯৯৮ | এম দেবাশীষ | চহীদা | ঐখোয়গী নহাবোল চেফোঙলুপ, লাইশ্রমখুন হাইলাকান্দি |
| য়েনিং | ডিসেম্বব ২০০০ | এল তবনিকান্ত | থা ৩/৩ | মণিপুবী লিটবেবী সোসাইটি, শিলচব |
| নিঙোল | ২০০০ | এম মেমতোম্বী | চহিদা | উইমেন্স কলেজ মণিপুবীষ্টুডেন্টস ইউনিয়ন, শিলচব |
| নোংলৈ | মে ২০০৬ | বাই. কুঞ্জলাল | থা ৬/৬ | নহারোল সাহিত্য মরুপ |
| মীবাওখোল | ২০০৯ | বাই. কুঞ্জলাল | চয়োলদা | বিহাইভ, শিলচব |
| হিংমীন্নসি | ২০১০ | ধীবেন | থা ১/১ | |

## এপেন্দিক্স - ৪

## লাইনীংহন নাওবিয়া ফুলোনা ইবিরম্বা লাইবিকশিং

| লাইবিক্কী মিং | ইবম্বা চহী | উনম তৌদুনা ফোঙবা চহী | ফোঙলিবা মী নত্রগা লূপ | খূৎইগী মওং |
|---|---|---|---|---|
| সকোক্ | | | | |
| থিবেলগী মচাক | ১৯২৮ | ফোঙদ্রি | | |
| য়ুমলাই লাইবোন মীতৈ য়েলহৌ | ১৯৩০ | ফোঙদ্রি | লাইনিংহন মশানা | শৈবেং |
| ময়েক | ১৯৩১ | ১৯৩১ | লাইনিংহন মশানা | |
| সকোক থিবেন্ অপোকপা মপুগী | ১৯৩১ | ১৯৩১ | লাইনিংহন মশানা | শৈবেং |
| তুংনফম | ১৯৩১ | ১৯৩৪ | অহন তরানিথোই | শৈবেং |
| সিংথা চৈথাবোল্ | ১৯৩০ | ১৯৫০ | মোইবেংজম মুনাল | |
| চীঙনু লাইবেম্বী গৌবধর্ম্ম | ১৯৩১ | ফোঙদ্রি | | শৈবেং |
| চৎলকপা মতাং | ১৯৩১ | ফোঙদ্রি | | ৱাবেং |
| অহল য়াথং | ১৯৩১ | ১৯৭০ | মো মুনাল, | |
| | | ১৯৮৬ | নোংথোম্বম নরান | ৱারেং |
| | | ১৯৯৭ | অহল তরানিথোই | |
| হৌনবুং অমসুং | | | | |
| লান্নবুং নিংথৌবেন | ১৯৩২ | ১৯৬৪/৯৭ | অহল তরানিথোই | শৈবেং |
| পামহৈবা | ১৯৩২ | ১৯৫২/৯০ | টি বোকুল | শৈবেং |
| তেংবানবা অমসুং লাইনিংথৌ লাইপাও | ১৯৩২ | ১৯৪৭ | মোইরেংজম মুনাল/ | শৈবেং |
| | | ১৯৮৬ | টি বোকুল/ | |
| | | ১৯৯৭ | অহল তবানিথোই | |
| মীতৈ হৌভম ৱাবী | ১৯৩৪ | ১৯৪৮ | মো. মুনাল/ | |
| | | ১৯৮৬ | নো. নরান | ৱারেং |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| কোনসেন তুরে | | | | |
| সেংবগী ররী | ১৯৩৪ | ১৯৭৭ | হাউবম মান্য | শৈরেং |
| অথোইবা শৈবেং | ১৯৩৫ | ১৯৮৮ | অহল তরানিথোই | শৈবেং |
| | | ১৯৯৭ | | |
| হৌরকপা অমসুং | | | | |
| হৌভম | ১৯৩৬ | ১৯৬৪ | মো. মুনাল | ৱারেং |
| থাইন নোংইন | ১৯৩৬ | ১৯৩৬ | লাইনিংহন মশানা | শৈরেং |
| | | ১৯৭১ | কোন্নবা ইবোচৌ/ | |
| | | ১৯৯৭ | অহল তরানিথোই | |
| খুদা নিপান | ১৯৩৬ | ১৯৭৫ | টি বোকুল | শৈবেং |
| বামোনগী মতিক | ১৯৩৭ | - | - | ৱাবেং |
| ঐগী ৱারেং | ১৯৪০ | ১৯৪৯ | অপোকপা মকপ | ৱারেং |
| | | ১৯৬১ | নো নবান | |

▲ অহল তবানিথোই (Trustee Board), হৌনশঙ, জাবিবোনদগী হকথেংননা খোমজিনজবকপা মচাকশিং অসিগী বানান চপ চানা থমজবে।



খুন্দ্রাকপম মনিসনা

ইং ১৯৭২ দা পোকই। লৈফম ঃ রংপুর-১, কাছাড়দনি। মণিপুর য়ুনিভরসিটিদগী পি এচ ডি ডিগ্রী ফংলবা মতুংদা কলেজগী ওঝা ওইরি। মণিপুরী সাহিত্যগী ওইবা নৈন-রারেং কয়া ইদুনা য়েনিং, লম্বী, নুপীগী খোঙথাং, অনৌবা ঈচেল, মৈবা নচিংবা চেফোঙশিংদা ফোঙখ্রে। সাহিত্য অকাদেমি, নই দিল্লি, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ; আসাম, বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদ; সিলেটনা শিনবা সেমিনারশিংদা নৈন-চে কয়া খুদোল তৌখ্রে।

ISBN 978-81-920590-0-6